ওঁ

# মণিপুরী মহাভারত

## ৩২শুবা খণ্ড

(সম্পূর্ণ মহাভারতকী অরোইবা শরুক)

আশ্রমবাসিক পর্ব দগীনা শ্বর্গারোহণ পর্ব ফাওবা

বেদব্যাসগী শ্লোকাবলী মহাভারতপু পর্ব-অধ্যায় শ্লোক মথং-মনাও কায়দনা
মৈতৈলোন্দা লনাইগী টিকা পীদুনা হন্দোক্‌চবা -

পদ্মশ্রী ৺কালাচাঁদ শাস্ত্রী

ফোঙ্‌জবী ঃ
**শ্রীমতি চিঙ্গাংবম ওংবী গম্ভীনী দেবী**
উরিপোক হাওবম দেৱান লৈকাই, ইম্ফাল।
ফোন - ২২৪৪০৬

ফোঙ্‌বা চহি - খৃষ্টাব্দ ১৯৯৯
কোপী মশিং - ১১০০

কম্প্যুটরদা ফুদোকপা অমসুং নম্ফমঃ
**ক্রিএটিভ কম্প্যু প্রিন্ট, ইম্ফাল।**

মমল : মখুম অপাবা - লুপা ২৩০/-
মখুম অথাবা - লুপা ২৭০/-

কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসনা মহাভারত কৌবা সংহিতা অদু সংস্কৃত শ্লোক লখা হুম্ফুনা রচনা তৌখি। মাদুগী মনুংদা শ্লোক লখা কুন্থ্রাগী সংহিতাবুনা দেবলোকতা নারদ ঋষিনা প্রচার তৌখি। লখা তরামঙাগী সংহিতাবুনা পিতৃলোকতা অমিতদেবল ঋষিনা প্রচার তৌখি। লখা তরামরিগী সংহিতাবুনা মনুষ্যলোক-মর্ত্ত্যলোক অসিদা বৈশম্পায়ননা দ্বাপরদা প্রচার তৌখি। মাদুনা মরিশুবা সংহিতানি। অদুগুম্বা শ্লোক লখা অমগী সংহিতাবু মণিপুরীদা হন্দোক্নুনা শ্রীকালাচাঁদনা মণিপুরীদা হৌজিক প্রচার তৌরি। সংস্কৃত শ্লোক লখা অমসি দেবনাগরী ময়েক্তা ইবনি। মাদুবু হৌজিক চৎনরিবা বাঙ্গলা ময়েক্না শ্রীকালাচাঁদনা ইথোক্চখি। অদুগা মণিপুরী ভাষাদা শ্লোক অমমম্গী অনুবাদ লখা অমা ই। অদুনা সংস্কৃত ভাষাগা মণিপুরী ভাষাগা কোম্লনা পারবদি শৈরেং শ্লোক লখা অনীনি। মশানা ইরগা মশানা প্রচার তৌজখি। শ্রীব্যাসনা চহী কুন্থ্রাদা শ্লোক লখা হুম্ফুগী সংহিতাদু রচনা তৌখি। মণিপুরী ভাযা য়াওনা ইরিবসিনা ইংশোক ১৯৫৪ দগী ইরক্পনা ১৯৯২ দা লোই। চহী কুন্থ্রানিথোই চংখি। ব্যাসগী শ্লোক লখা অনীগী সংহিতাবুনা লাইগী চহী কুন্থ্রা চঙ্না ইখি। লখা অনীগী মঙাশুবা সংহিতা কলিগী চহীদা চহী কুন্থ্রানিথোই চঙ্না শ্রীকালাচাঁদনা ইখি।



পণ্ডিত ৺ শ্রী চিঙ্গাংবম কালাচাঁদ সিংহ, শাস্ত্রী

(১৯০২-১৯৯৬)

*"ঐহাক মথংগী মপোক্তসু বিদ্যার্থী ওইনা অদুমক পোকনিংই"*

# সূচী-পত্র

## আশ্রমবাসিক পর্ব ১-২০৩

## মৌসল পর্ব ২০৫-২৪৬



## মহাপ্রস্থানিক পর্ব ২৪৮ - ২৬৩

## স্বৰ্গারোহণ পর্ব ২৬৫ - ২৯৮





ওঁ

শ্রীপরমাত্মনে নমঃ

# শ্রী মণিপুরী মহাভারতম্

## আশ্রমবাসিকপর্ব

## (আশ্রমবাসপর্ব)

-০-

### প্রথমোঽধ্যায়ঃ

(মনা ওশিংগা লোয়ননা য়ুধিষ্ঠিব, কুন্তীনচিংবা নুপী পুম্নমক্না ধৃতবাষ্ট্র গান্ধাবীগী সেবা তৌবা)

### অহানবা অধ্যায়

নাবায়ণং নমস্কৃত্য নবং চৈবনবোত্তমম।
দেবীং সবস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদদীবয়েৎ।

জনমেজয় উবাচ

প্রাপ্য বাজ্যং মহাত্মনঃ পাণ্ডবা মে পিতামহাঃ
কথমাসন্ মহাবাজ্ঞ ধৃতবাষ্ট্রে মহাত্মান ।।১।।
স হি বাজা হতামাত্যো হতপুত্রো নিবাশ্রয়ং।
কথমাসীদ্ধতৈশ্বর্যো, গান্ধাবী চ যশস্বিনা ।।২।।
কিয়ন্তং চৈবকালং তে মমপূর্বীপিতামহাঃ।
স্থিতাবাজ্যে মহাত্মানস্তন্মে ব্যাখ্যাতুমর্হসি ।।৩।।

বৈশম্পায়ন উবাচ

প্রাপ্যবাজ্যং মহাত্মানঃ পাণ্ডবাহতশত্রুবঃ।
ধৃতবাষ্ট্রং পুবস্কৃত্য পৃথিবীংপর্য্যপালয়ন্ ।।৪।।
ধৃতবাষ্ট্রমুপাতিষ্ঠং বিদুবঃ সংজয়স্তথা।
বৈশ্যাপুত্রশ্চ মেধাবী য়ুযুৎসুঃকুরুসত্তমঃ ।।৫।।
পাণ্ডবাঃ সর্বকার্য্যাণি সম্পৃচ্ছন্তিস্মতংনৃপম্।
চক্রুস্তেনাভ্যনুজ্ঞাতা বর্ষানিণ দশপঞ্চ চ ।।৬।।
সদা হি তে বীবাঃপর্য্যুপাসন্তুতংনপম্।
পাদাভিবাদনং কৃত্বা ধর্মবাজমতে স্থিতাঃ।

তে যূথং সমুপাঘ্রাতাঃ সর্বকার্য্যাণি চক্রিরে ।।৮।।
দ্রৌপদী চ সুভদ্রা চ যাশ্চান্যাঃ পাণ্ডবস্ত্রিয়ঃ ।
সমাং বৃত্তিমবর্ত্তন্ত তয়ো শ্বশ্রবার্যথাবিধি ।।৯।।
শয়ানানি মহার্হাণি বস্যাসাংম্যাভরণানি চ ।
রাজার্হাণি চ সর্বাণি ভক্ষ্যভোজ্যান্যাকশঃ ।।১০।।
যুধিষ্ঠিরো মহারাজ ধৃতবাষ্ট্রেংভ্যুপাহবৎ ।
তথৈব কুন্তী গান্ধার্য্যাং গুরুবৃত্তিমবর্তত ।।১১।।
বিদুবঃ সঞ্জয়শ্চৈব যুযুৎসুশ্চৈব কৌরব ।
উপাসতেস্ম তং বৃদ্ধং হতপুত্রং জনাধিপম্ ।।১২।।
শ্যালো দ্রোণস্য যশ্চাসীৎ দায়িতো ব্রাহ্মনো মহান্ ।
সচতস্মিন্ মহেষ্বাসঃ কৃপঃ সমভবৎ তদা ।।১৩।।
ব্যাসশ্চ ভগবান্ নিত্য মাসাংচক্রে নৃপেণহ ।
কথাঃ কুর্বন্ পুরাণর্ষিদেবর্ষি পিতৃরাক্ষসাম্ ।।১৪।।
ধর্মযুক্তানি কার্য্যাণি ব্যবহারান্বিতানি চ ।
ধৃতরাষ্ট্রাভ্যনুজ্ঞাতো বিদুরস্তান্যকারয়ৎ ।।১৫।।
সামন্তেভ্যঃ প্রিয়াণ্যস্য কার্য্যাণি সুবহূন্যপি ।
প্রাপ্যন্তেহর্থৈঃ সুলঘুভিঃ সুনয়াৎ বিদুরস্যবৈ ।।১৬।।
অকবোৎ, বান্ধমোক্ষংচ বধ্যানাংমোক্ষনং তথা ।
ন চ ধর্মসুতোরাজা কদাচিৎ কিংচিদব্রবীৎ ।।১৭।।
বিহারযাত্রাসু পুণঃ কুরুরাজো যুধিষ্ঠিরঃ ।
সর্বান্ কামান্ মহাতেজাঃ প্রদদাবম্বিকাসুতে ।।১৮।।
আরালিকাঃ সূপকারা রাগখাণ্ডবিকাস্তথা ।
উপাতিষ্ঠন্ত রাজানং ধৃতরাষ্ট্রং যথা পুরা ।। ১৯।।
বাসাংসি চ মহার্হাণি মাল্যানি বিবিধানিচ ।
উপাজহ্রুযথান্যায়ং ধ্রতরাষ্ট্রস্য পাণ্ডবাঃ ।।২০।।
মৈরেয়কানি মাংসানি পানকানি লঘূনিচ ।
চিত্রান্ ভক্ষ্যবিকাংশ্চ চক্রুস্তস্যা যথাপুরা ।। ২১।।
যে চাপি পৃথিবীপালাঃ সমাজগ্মুস্ততস্ততঃ ।
উপাতিষ্ঠন্ত তে সর্বে কৌরবেন্দ্রং যথাপুরা ।।২২।।
কুন্তীচ দ্রৌপদী চৈব সাত্বতী চ যশাস্বিনী ।
উলূপী নাগকন্যা চ দেবী চিত্রাঙ্গদা তথা ।।২৩।।
ধৃষ্টকেতোশ্চ ভগিনী জরাসন্ধসুতা তথা ।
এতাশ্চান্যাশ্চ বহ্ব্যো বৈযোষিতঃ পুরুষর্ষভ ।।২৪।।

কিংকবাঃ পর্য্যপাতিষ্ঠিন্ সর্বাঃ সুবলজাং তথা।
যথা পুত্রবিযুক্তোঽযংন কিংচিৎ দুঃখমাপ্নুযাৎ ।।২৫।।
ইতি তানম্বশাৎ ভ্রাতৄন্ নিত্যমেব যুধিষ্ঠিবঃ।
এবং তে ধর্মবাজস্য শ্রুত্বা বচনমর্থবৎ ।।২৬।।
সবিশেষমবর্তন্ত ভীমমেকংতদাবিনা।
ন হিত্যতস্য বীবস্য হৃদয়াদপসর্পতি।
ধৃতবাষ্ট্রস্য দুর্বুদ্ধ্যা যৎ বৃত্তং দ্যুতকাবিতম্ ।।২৭।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকেপর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি প্রথমোঽধ্যায়ঃ ।।

-ঃ-

অন্তযামী শ্রীনাবায়ণগী মশক্ ওইবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু অদুগা নাবাযণ মাগী নিত্য সখা ওইবা নবগী মশক্ ওইবা (অর্জুন) মাবু অদুগা ভগবতী সবস্বতীবু, লীলা পূম্নমকপু খোম্জিন্দুনা ইবম্বা শ্রীবেদব্যাসবু খুকম্জবগা জয কৌবা মহাভাবতপু শ্রবণ কীর্ত্তণ তৌজে। অদুগা তৌগদর্বানি।। জনমেজযনা হংঙিঃ ব্রাহ্মন্' বৈশম্পায়ন' ঐগী ঈবুধৌ পাণ্ডবশিংনা বাজ্যশিংহাসন ফংলবা তুংদা, ধৃতবাষ্ট্র অদুগা সতী গন্ধাবীবু কবম্বা মওং, কবম্বা ব্যবহাবদা থম্খিবগে' ।।১।। অহল্ ওইববা, মমং খূৎনা লাম্বা ফংলবা, মমীৎ উদ্রবা, নিংথৌ অদু মচামশূ লোইনা হাৎপিথ্রবদা নিবাশ্রয (চঙজফম্ লৈত্রবা) ওইবগী অবস্থাদা লৈথ্রর্বান। মাগী ঐশ্বর্য্য সম্পাতি পূম্বা তুমথ্রবদা অসিগুম্বা অবস্থাদা লৈববা অদুগা মিংচৎ চাউববী সতী গান্ধবীনা কবম্বা মওংদা পুন্সি লেন্খিবগে' ।।২।। ঐগী ইবুধৌ পাণ্ডবশিংদুনা চহি মতম্ কযা ফাওবা লৈপাক্ শাসন তৌদুনা লৈবম্বগে' অমদি পূম্নমক্ শুগায়না অমুক্তা লীবিয্ ।।৩।। বৈশাম্পাযননা হায ঃ নিংথৌ' জনমজেয' যেক্লবা পূম্বা হাৎথ্রবতুংদা মহাত্মা ওইববা নবুধৌ পাণ্ডবশিংনা ধৃতবাষ্ট্রবু মখোযনা লুচিংবা অমশুম্ মাণ্ড ওইননা পৃথিবী শাসন ভাব পুদুনা লৈখি ।।৪।। কুরুশ্রেষ্ঠ' নিংথৌ, জনমেজয' বিদুব, সংজয, বৈশ্যানিঙোম্না পোক্পা যুযুৎসু মখোযনা ধৃতবাষ্ট্রগী সেবা লাংবাদা পূক্নীং চঙনা লৈখি ।।৫।। পাণ্ডবশিং পূম্বা বাজকার্য্যগী হীবম্ পুম্বদা ধৃতবাষ্ট্রগী পাউতাক্ মতুং ইন্না থবক্ পূম্বা তান্নদুনা তৌখি। অসুম্না চহি তবাতরুক্ চুপ্পা লৈপাক্ ঙাক্লুনা লৈবম্মী ।।৬।। কল্লবা পাণ্ডবশিংনা নুমিৎ খুদিংগী ধৃতবাষ্ট্রগী নাক্তা চত্তুনা, চবণ শোক্লা খুকম্দুনা অহল্ ওইববদুগী সেবা পুজা তৌদুনা মতম্ খব লৈখি। ভীমনচিংবা নবুধৌ মবিনা ধর্মবাজ যুধিষ্ঠিবগী যাথং মখাদা হীবম্ পূম্নমক্ পাঙথোক্লুনা লৈখি ।।৭।। ধৃতবাষ্ট্রসু যাম্না নুংশিনা পাণ্ডবশিংগী মকোক নাম্দুনা মনম্ নমদুনা চৎলো-চৎলো, মঙ্গল ওইযু হাযনা নুমিৎ খুদিংগী বিদায হেক্ হেক্ পী। কুন্তীসু গন্ধাবীগী সেবা পুজাদা পূক্নীং চঙনা লৈখি ।।৮।। দ্রৌপদী, সুভদ্রানচিংবা নুপী নহাপূম্বা কুন্তী গান্ধাবী মনেম্ ঈবেম্মা অনিগী সেবাবু ভক্তিগা লোযননা তৌদুনা নুঙাইনা লৈখি ।।৯।। মহাবাজ ' জনমেজয' যুধিষ্ঠিবনা মমল্ যাম্লবা শয্যা (ফমুং ফানুং) ফিজোল্ লৈতেং পূম্বা, নিংথৌনা থোম্বা-শেৎচাবদা মতিক্ চাববা পোৎচৈ পূম্বা অদুগা

চাবদা হাওববা অচা  অথক মখল্ মখল্ ধৃতরাষ্ট্রদা কৎখি। মতৌ অশুম্না কুন্তীসু মনেম্মক্কী মতৌগুম্ নোল্লক্লা গান্ধারীগী সেবা তৌদুনা লৈখি ।।১০ ১১।। কুরুনন্দন ! জনমেজয় ! মচামশূ লোইনা হাৎখ্রবা, অহল্ ওইরবা মমীৎ উদ্রবা ধৃতরাষ্ট্রগী সেবাবু বিদুর, সঞ্জয়, যুযুৎসু অহুম্না অসিনা নুমিৎ খুদিং তৌদুনা লৈখি ।।১২।। দ্রোণাচার্য্যগী মশেল, ধনুর্ধারী কল্লবা কৃপাচার্য্যসু ধৃতরাষ্ট্রগীনাক্তা তৎতনা ফম্দুনা শেন্নদুনা লৈখি ।।১৩।। পুরাতন ঋষি, ভগবান বেদব্যাসসু ন্নামৎ খুদিংগা নিংথৌসিংগী নাক্তা লাক্লুনা ফম্মি। মমা হৈংগী দেবর্ষীশিংগা পিতর্বাশিংগা রাক্ষসশিংগা নাবী শিংবুল তাহন্নখি ।।১৪।। ধৃতরাষ্ট্রগী যাথং মতুংইন্না বিদুরনা ধর্ম্মগী মরম কর্ম খিবক তৌদুনা লৈখি ।।১৫।। বিদুরগা নীংথরবা নীতিনা মরম্ ওইদুনা সামন্ত নিংথৌশিংদা শেল যাম্না চংহন্দনা রাজনৈতিক কর্মশিংবু পাংথোক্হন্নখি ।।১৬।। কৈশুমশঙ্দা লৈবা দণ্ড ফংলবশিংবু থাদোক্হনখি। প্রানদণ্ড ফংলগদবা হাৎলগদবা শিংবু থাদোর্ক্পখি। অসুম্না থাদোক্পীখরসিদা যুধিষ্ঠিরনা কবিমত্ত ঙাঙ্ শর্কখিদে ।।১৭।। হরাও তবাম্না লাইগী পর্ব দিন থোক্পদা যুধিষ্ঠিরনা ধৃতরাষ্ট্রব মানা তৌনিংবতা তৌহন্নখি ।।১৮।। হান্নগী মতৌগুম্না বসোই থোংবা ব্রাহ্মণ পুজারিশিং অথুম্ অহাও শেম্না শাবা থোংবশিংনা চাক যেঙ্গাং মখল্ মখল থোংথাক্লুনা ধৃতরাষ্ট্রগী যাথং ঙাইদুনা লাঞ্ছিনবগীদমক ফম্দুনা লৈখি ।।১৯।। পাণ্ডবশিংনা মরক মরক্তা মমল্ যাম্লবা ফিবোল মনম্ নুংশরবা লৈ-লেপনেং ধৃতরাষ্ট্রদা লান্শিনখি ।।২০।। মহাক্কীদমক্তা মহী মরাং হাওববা, থুম্লবা অচা-অথক কয়া লান্শিন্দুনা পেলহনখি।।২১।। অতোপ অতোপ্পা দেশতগী লাকপা নিংথৌশিংনা ধৃতরাষ্ট্রগী মনাক্তা লাক্লুনা ফম্মি। অসি অসি তৌ হংযনা ধৃতরাষ্ট্রনা হায়বশিংদু ফিগাও শানা যাখি ।।২২।। নিপা অথোইবা ! জনমেজয় ! কুন্তী, দ্রৌপদী, মিংচৎ চাউবা সুভদ্রা, নাগকন্যা উলুপী, চিত্রাঙ্গদা, ধৃষ্টকেতুগা মচল্, জরাসন্ধগী মচানপা নুপীশিং পুম্নমক অসিনা গান্ধারীগী সেবা তৌদুনা লৈখি ।।২৩ ২৪।। নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা মনাও পাণ্ডবশিংদা মচা মশূ [illegible] অহল [illegible] নুংশিখিগদবা মনীং [illegible] থোক্লনবা মশোয় ময়াম্না। সেবা তৌদুনা [illegible] লৈগদবা [illegible] যাথং পীদনা লৈখি। অসুম্না সেবা তৌবকপাসিদা ধৃতরাষ্ট্রস্ হৌবম পুম্নদা নুংঙাইনা লৈখি ।।২৫।। [illegible] যুধিষ্ঠিরগী যাথং [illegible] ইন্না ভীম [illegible] পাণ্ডবশিং অর্জুন, নকুল, সহদেবনা থবক পাম্না তৌখি। [illegible] তৌরিবশিংসিদা অদব যাম্না পক্লীং চংখিদে। খোর্কাপ্রবা [illegible] থবক পম্নদ ভীমতদি কাওবা লৈখিদে। মপূকচেল থীরবা অতল্গীগী শক্তিগী খোক্পিবা থবক ঙাক্তানবো হায়বাসি ভীমগী থম্মোয়দা যেক্লুনা লৈখি কাওগে হায়বা ঈয়া যাদে ।।২৬ ২৭।।

**মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রী ব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা**
**আশ্রমবাসিকপর্বদা আশ্রমবাসপর্বগী অহান্বা অধ্যায় লোইবে ।।**

# মণিপুরী মহাভারত

## দ্বিতীয়োঽধ্যায়

(ধৃতরাষ্ট্র গান্ধারী অমানা যাবা, হাযবা থবক্তা তৌখিবা পাণ্ডবশিংগী আভাব, ব্যবহাব)

## অনীশুবা অধ্যায়

বৈশম্পাযন উবাচ

এবং সম্পূজিতো বাজা পাণ্ডবৈবম্বিকাসুতঃ।
বিজহাব যথাপূর্বমৃষিভিঃপর্য্যু পাসিতঃ ।।১।।
ব্রহ্মদেযাগ্রহাবাংশ্চ প্রদদৌ চ কুবুদ্বহঃ।
তচ্চ কুন্তীসুতো বাজা সর্বমেবান্ব পদ্যত ।।২।।
আনৃশংস্যপবো বাজা প্রীযমানো যুধিষ্ঠিবঃ।
উবাচ মতদা ভ্রতৃনমাত্যাংশ্চ মহীপতিঃ ।।৩।।
ময়া চৈবা ভর্বদ্ভিশ্চ মান্য এব নবাধিপঃ।
নিদেশে ধর্মবাজস্য যস্তিষ্ঠতি স মে সুহৃৎ ।।৪।।
বিপবিতশ্চ মেশক্রুর্নিযমাশ্চ ভবেন্নবঃ।
পিতৃবৃত্তেষু চাহঃসু পুত্রাণাং শ্রাদ্ধকর্মনি ।।৫।।
সুহৃদাং চৈব সর্বেষাং যাবদস্য চিকীর্ষিতম্।
ততঃবাজা কৌবব্যো ধৃতবাষ্ট্রা মহামনাঃ ।।৬।।
ব্রাহ্মর্ণেভ্যো যথার্হেভ্যো দদৌ বিত্তান্যনেকশঃ।
ধর্মবাজশ্চ ভীমশ্চ সব্যসাচী যমার্বপি ।।৭।।
তৎ সর্বমন্ববর্তন্ত তম্য প্রিয়চিকীর্ষযা।
কথং নু বাজা বৃদ্ধঃস পুত্রপৌত্রবধার্দিতঃ ।।৮।।
শোকমস্মৎ কৃতং প্রাপন ম্রিযেতেতি চিন্ত্যতে।
যাবদ্ধি কুরুবীবস্য জীবৎপুত্রস্য বৈ সুখম্ ।।৯।।
বভুব তদবাপ্নোতি ভোগাংশ্চেতি ব্যবাস্থিতাঃ।
ততস্তে সহিতাঃ পঞ্চ ভ্রাতবঃ পাণ্ডুনন্দনাঃ ।।১০।।
তথাশীলাঃ সমাতস্থু ধৃতবাষ্ট্রস্য শাসনে।
ধৃতবাষ্ট্রশ্চ তান্ সর্বান্ বিনীতান্ নিযমেস্থিতান্ ।।১১।।
শিষ্যবৃত্তিং সমাপন্নান্ গুরুবৎ প্রত্যপদ্যত।
গান্ধাবী চৈব পুত্রানাং বিবিধৈঃ শ্রাদ্ধকর্মভিঃ ।।১২।।
আনৃন্যমগমৎ কামনৃ চিপ্রেভ্যঃ প্রতিপাদ্য সা।

এবং ধর্মভৃতাংশ্রেষ্ঠা ধর্মবাজো যুধিষ্ঠবঃ ।।১৩।।
ভ্রাতৃভিঃসহিতো ধীমান্ পূজযামাসতং নৃপম্ ।
স বাজাসু মহাতেজা বদ্ধঃ কুরুকুলোদ্বহঃ ।।১৪।।
নদদর্শ তদাকিংচিদপ্রিযংপাণ্ডুনন্দনে ।
বর্তমানেষু সদ্‌বৃত্তিং পাণ্ডবেসু মহাত্মসু ।।১৫।।
প্রীতিমান্ ভবৎ বাজা ধৃতবাষ্ট্রোঽম্বিকাসুতঃ ।
সৌবলেযী চ গান্ধাবী পুত্রশোকমপাস্য তম্ ।।১৬।
সদৈবপ্রীতিমত্যসীৎ তনযেষু নিজেষ্বিব ।
প্রিযান্যেবতু কৌববো নাপ্রিযাণি কুরুদ্বহঃ ।।১৭।।
বৈচিত্রবীর্য্যে নৃপাগ্নৌ সমাচবত বীর্য্যবান্ ।
যৎযৎ ব্রূতে চ কিংচিৎ স ধৃতবাষ্ট্রো জনাধিপঃ ।।১৮।।
গুরুবা লঘুবা কার্য্যং গান্ধাবী চ তপস্বিনী ।
তং স বাজা মহাবাজ পাণ্ডবনাং ধুবংধবঃ ।।১৯।।
পূজাযিত্বা বচস্তৎ তদাকার্ষীৎ পববীবহা ।
তেন তস্যাভবৎ প্রীতো বৃত্তেনস নবাধিপঃ ।।২০।।
অন্বতপ্যাত সংস্মৃত্য পুত্রংতং মন্দচেতসম ।
সদাপ্রাতরুত্থায কৃতজপ্যঃ প্রচির্নৃপঃ ।।২১।।
আস্যন্তে পাণ্ডুপুত্রানাংসমবেষ্বপবাজযম্ ।
ব্রাহ্মণনান্ স্বস্তি বাচ্যাথ হুত্বাচৈব হুতাশনম ।।২২।।
আযুংষি পুত্রণনামাশংসত নবাধিপ ।
ন তাং প্রীতিং পবামাপ পুত্রেভ্যঃ সকুরুদ্বহঃ ।।২৩।।
মাং প্রীতিং পাণ্ডুপুত্রেভ্যঃ সদাবাপ নবাধিপঃ ।
ব্রহ্মণানাং যথা বৃত্তঃ ক্ষাত্রিযানং যথাবিধঃ ।।২৪।।
তথা বিট্ শূদ্রসংঘানামভবৎস প্রিযস্তদা ।
যচ্চ কিংচি তদা পাপং ধৃতবাষ্ট্রসুতৈঃ কৃতম্ ।।২৫।।
অকৃত্বা হৃদিতৎপাপং তং নৃপং সোঽন্ববর্তত ।
যশ্চ কশ্চিন্নবঃ কিং চিদাপ্রিযং বাম্বিকাসুতে ।।২৬।।
কুবেতে দ্বেষ্যতামেতি স কৌববস্য ধীমতঃ ।
ন বাজ্ঞো ধৃতবাষ্ট্রস্য ন চ দুর্যোধনস্য বৈ ।।২৭।।
উবাচ দুস্কৃতং কাশ্চিৎ যুধিষ্ঠিব ভযান্নবঃ ।
ধৃত্যাতুষ্টো নবেন্দ্রঃ স গান্ধাবী বিদুবস্তথা ।।২৮।
শৌচেনচাজতাশক্রোর্ণতু ভীমস্য শাত্রুহন ।
অন্ববর্তত ভীমোঽপি নিশ্চিতো ধর্মজংসুতম্ ।।২৯।।

ধৃতরাষ্ট্রং চ সম্প্রেক্ষ্য সদা ভবতি দুর্মনাঃ।
রাজানমনুবর্ত্তন্তং ধর্মপুত্রমমিত্রহা।
অন্ববর্ত্তত কৌরব্যো হৃদয়েনপরাঙমুখঃ ।।৩০।।

ইতি শ্রী মহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে আশ্রমবাসপর্বনি দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ।।

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ নিংথৌ ! জনমেজয় ! মতৌ অসুম্না পাণ্ডবশিংনা ইকায়খুম্নবা কিনা লুনা তৌরবা ধৃতরাষ্ট্র অম্বিকানন্দন অসি হান্নগী মতৌগুম্না ঋষিশিংগা বাবীবাতায় শান্নদুনা নুংঙাইনা লৈখি ।।১।। কুরুশাগৈগী অথোইবা ধৃতরাষ্ট্রনা ব্রাহ্মণশিংদা ভূমিদান তৌখি। মহাক্না তৌনিংবা থবক খুদিংদা কুন্তীপুত্র যুধিষ্ঠিরনা তেংবাংখি ।।২।। নিংথৌ যুধিষ্ঠির হায়রসে ওম্বোক্না থৌজাল্ হৈবা মীশক অমনি। মহাক্না মনাওশিংদা অসুম্না হেক্ হেক হায় -- ঈনাওশা ! নিংথৌ পাবুংহল্ ধৃতরাষ্ট্র হায়রসে ঐখোয় খ্বাইগী মাননীয় পুজনীয় ওইবা মীশক্ অমনি। মহাক্না হায়বা ইনবা মাগী যাথং হিক্থোক্তবা মীশিংদু ঐগী মরুপ্নি। মাগী বিরুদ্ধদা মানা যানিংদবা থবক্ তৌবা মীদু ঐগী যেক্লবনি হায়না লৌগনি। দণ্ড (দণ্ড) ফংগনি ।।৩-৪।। পিতৃলোককী মীশিংনা (সংসার থাদোক্লুনা চৎখ্রবশিংনা) শিখিবগী পর্বদিন অমুক্ মুক লাক্পা শ্রাদ্ধনচিংবা দিনা হেক হেক থোক্পদা অহল্ অসিনা তৌনিংবা দান, তৌনিংবা শেল-থুম পুম্বা মরাং কায়না ফংহনগদবনি ।।৫।। অদুগী তুংদা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা প্রেতলোকশিংগী পর্বদিন হেক্ হেক্ তারদা ব্রাহ্মণশিংদা সনা লুপা ষম্বী শন্নাও মরাং কায়না দান তৌখি। অসুম্না তৌবা থবক্ খুদিংদা যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জুন, নকুল অমসু সহদেব ঐখোয় খুদিংমক্ থবায় যাওনা যাওশিন্খি ।।৬-৭।। লান্দা শিখ্রবা ঐখোয়না হাৎখ্রবা মচা মশুশিংবু খল্লবদা নুংঙাইমন্গদবদগী মথ্ময়ককা থাখ্রবদি মাঙলেদো। মাদু থোক্তনবা তৌসিকে অসুম হায়না যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিংদা হেক্ হেক্ বাবক্ ব্রাতেম্খি ।।৮।। দুর্যোধননচিংবা মচাশিংনা লৌরবৈ মতমদা চানং শেংনিংবা পুম্না মরাং কায়না নুঙাইবা ফংখিবদুদগী তেন্না নুংঙাইবা ফংননবা পাণ্ডবশিংনা শিংখি ।।৯।। মতৌ অসুম্না পাণ্ডবশিংনা মরু লৃক্না ধৃতরাষ্ট্রগী য়াথং মখা পোন্না অহলদুবু নুংঙাইনা থম্খি ।।১০।। ধৃতরাষ্ট্রসু পাণ্ডবশিংনা মরু লৃক্না থবক পুম্না অসুম্ তৌবক্পদুদা নুংঙাইখিদুনা পাণ্ডবশিংগী মপা অপোকপগুম্না নুংশিখি ।।১১।। গান্ধারী দেবীসু শিখ্রবা মচাশিংদুগী প্রেতলোকতা পেন্ননবা ব্রাহ্মণশিংদা সনা-লুপা, মনি মুক্তানচিংবা দান তৌবা ফংদুনা মচাশিংদা তৌগদবা, শিংগদবা লমন্ মখাক্ পুম্না লোইনা শিংখি ।।১২।। মতৌ অসুম্না ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিংগা লোয়ননা তৌবক্পা সৎকার সেবা অদুদা থোইনা পেক্না ফংদুনা নুঙাইনা মচা মশুশিং কায়নবগী অরাবা কোঙ্গায় কাউদুনা লৈখি ।।১৩।। কুরুশাগৈগী মণিওইবা মহাতেজ কল্লবা, অহল্ ওইববা ধৃতরাষ্ট্রনা অসুম্ কৃপ্না য়েংশিন্বদা পাণ্ডুনন্দন যুধিষ্ঠিরনা তৌরিবা সদ্ব্যবহার অদুদা মহাক্না যানিংদবা অমত তৌবা উখিদে ।।১৪।। অদুনা অম্বিকানন্দন ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডবশিংনা তৌরিবা থবক্শিং অদুদা ইপেন পেন্দুনা নুংঙাইনা লৈখি ।।১৫।। সতী গান্ধারীসু মচামশুশিং শিখিবা হাৎখিবগী অরাবদু পুম্না কাউখিদুনা পাণ্ডবশিংবু মচাতা মচাগুম্ খন্দুনা নুঙাইনা লৈখি ।।১৬।। মতিক্ মগুন চাউরবা, লমচৎতা দোষ মরিক্ অমত যাওখিদ্রবা, কুরু শাগৈগী লেমজনিংঙাই ওইববা যুধিষ্ঠিরনা মতম পুম্নদা ধৃতরাষ্ট্রগী যানিংদবা

খবক্ অমত তৌখিদে ।।১৭।। মহাবাজ ! জনমেজয় ! ধৃতবাষ্ট্র গান্ধাবী অনীনা অকবা অবাযবা খংদে কবিগুম্বা খবক্ অমতং তৌনিংলক্পদা, পাণ্ডুনন্দন যুধিষ্ঠিবনা অহল্ অনীদুগী যাথংবু ফিগাউ শানা ওক্লুনা থবক্শিং অদু হেক্ হেক্ পাংথোক্খি ।।১৮-১৯।। যুধিষ্ঠিবগী সদ্ব্যবহাবদুদা পেম্মন্খিদুনা দুর্য্যোধননচিংবা মচানা তৌখিবা ফত্তবা থবক্শিং নীংশিংলুবদা অনুতাপ তৌখি। মচাশিংনা লান্খিবদু শংশং শংশংনা উবক্ই ।।২০।। নুমিৎ খুদিংগী প্রাতঃ কালদা হৌগৎতুনা সন্ধ্যাতর্পণনচিংবা তৌবগা ধৃতবাষ্ট্রনা পাণ্ডবশিংনা লাল্ফম্ খুদিংদা জয় ওইননবা, মঙ্গল ওইননবা পাণ্ডবশিংগী মকোক্ নাল্লনাল্লদুনা মঙ্গলাশীর্ব্বাদ তৌখি ।।২১।। ব্রাহ্মণশিংদা স্বস্তিবাচন যাগযজ্ঞনচিংবা তৌহন্দুনা পাণ্ডবশিংনা মতম্ কুইনা পুন্সিদুনা চাউখৎপত ফংননবা ভগবানদা বব নীখি ।।২২।। পাণ্ডবশিংগী মফম্দগী ফংখিবা নুংঙাইবা অপেম্বা অদু দুর্য্যোধননচিংবা মচাশিংমক্তদগীদি ফংখিদে ।।২৩।। যুধিষ্ঠিবনা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিযশিংদা তৌবিবা সদ্ভাব সদ্ব্যবহাব অদু মপোপ্ ঈকায কায়দনা বৈশ্য শূদ্রশিংদসু অদুম্ তৌখি। অদুনা, মী খুদিংমক্ (প্রজা খুদিংমক্) চপ্ মান্ননা থম্মোয যৌনা যুধিষ্ঠিববু নুংশিখি ।।২৪।। ধৃতবাষ্ট্রগী মচাশিংনা অৱাবা পিখিবা, অবাম্বা থবক্ কযা তৌবদুগী মম ফাওবা যুধিষ্ঠিবগী থম্মোযদা তাখিদে, নিংবু নিংশিংঙুদে ।। পূম্নমক্তু পূমকাউ কাউখিদুনা ধৃতবাষ্ট্রগী সেবাদা পূক্নীং চঙ্দুনা লৈখি ।।২৫।। ধৃতবাষ্ট্রদা অবাম্বা থবক্ নত্তব ৱাখল্ খন্খিবা মী মহাক্ অদুবু যুধিষ্ঠিবনা মাগী যেক্লবনি হাযনা লৌই ।।২৬।। অদুনা ধর্মবাজ যুধিষ্ঠিববু কিবদগী কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমতনা ধৃতবাষ্ট্রনা মমাংঙৈদা পাণ্ডবশিংদা তৌখবা ফত্তবশিংদুগী মবম্দা তুম্মিন্না ৱাবী ৱাতাই শাবা ঙাঙনবফাওবা ঙম্লখিদে ।।২৭।। যেক্লবা ঙম্বা ! নিংথৌ জনমেজয ! ধৃতবাষ্ট্র, গান্ধাবী, বিদুবনচিংবা যুধিষ্ঠিবগী সদ্ভাব অসি উবদা থোইনা পেন্খি। অদুগা ভীমসু মপান্দদি তৌবিবা থবক্শিং অদুদা থবাই যাওশিন্নবগা আ থম্মোয তান্নদি যাওদবদু উবগা থোইনা পেন্নখিদে ।।২৮।। যুধিষ্ঠিবনা তৌবিবা থবক্শিং অদুদা অদুর্মদি মযাওবগা ধৃতবাষ্ট্রগী মশক্ হেক্ হেক্ উকবদা ভীমগী থম্মোযদা লৈবিবা দুর্ভাবনা (ফত্তব বাখল্) অদু মথি হেক্ হেক্ ফোংঙক্ই ।।২৯।। মযাম্বা যুধিষ্ঠিবনা ধৃতবাষ্ট্রগীদমক্তা তৌবিবা থবক্শিং অদুদা য়াওদি অদুম্ যাওবগা ভীমসেননা ধৃতবাষ্ট্রবোমদদি হন্নামক্তা যেংদে ।।৩০।।

**মফম্-অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিকপর্ব্বদা আশ্রমবাসপর্ব্বদা অনীশুবা অধ্যায় লোইরে ।।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ

(ধৃতরাষ্ট্রনা গান্ধারীগা লোয়ননা বানপ্রস্থ আশ্রমদা চৎখিবগী থৌরাং তৌরক্পা। যুধিষ্ঠিরদা মাদু য়াননবা ধৃতরাষ্ট্রনা হায়জররক্পা। যুধিষ্ঠির কুন্তীনচিংবনা রাবা মতাং)

### অহুম্শুবা অধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ

যুধিষ্ঠিরস্য নৃপতের্দুর্য্যোধনপিতুস্তদা।
নান্তরং দদৃশূরাজো পুরুষাঃপ্রনয়ংপ্রতি ॥১॥
যাদাতু কৌরবো রাজা পুত্রং সস্মার দুর্মতিম।
তদা ভিমং হৃদা রাজন্নপধ্যাতি স পার্থিবঃ ॥২॥
তথৈব ভীমসেনোঽপ ধৃতরাষ্ট্রং জনাধিপম্।
নামর্ষয়ত রাজেন্দ্র সদৈব দুষ্টবদ্ধৃদা ॥৩॥
অপ্রকাশান্যপ্রিয়নি চকারাস্য বৃকোদরঃ।
আজ্ঞাং প্রত্যহরচ্চাপি কৃতজ্ঞৈঃ পুর্বষৈঃতদা ॥৪॥
স্মাবন্ দুর্মন্ত্রিতং তস্য বৃত্তন্যপ্যস্যকানিচিৎ।
অথ ভীমঃসুহৃন্মধ্যে বাহুশব্দং তথাকরোৎ ॥৫॥
সংশ্রবে ধৃতবাষ্ট্রস্য গান্ধার্য্যশ্চাপ্যমর্ষনঃ।
স্মৃত্বা দুর্য্যোধনং শত্রুং কর্ণদুঃশাসনাবপি ॥৬॥
প্রোবাচেদং সুসংরব্ধো ভীমঃ স পরুষং বচঃ।
অন্ধস্য নৃপতে ঃ পুত্রা ময়া পরিঘবাহুনা ॥৭॥
নীতা লোকমমুংসর্বে নানাশস্ত্রাস্ত্রযোধিনঃ।
ইমৌ তৌ পরিঘপ্রখ্যৌ ভুজৌ মমদুরাসদৌ ॥৮॥
যযোরন্তরমাসাদ্য ধৃতরাষ্ট্রাঃ ক্ষয়ংগতাঃ।
তাবিমৌ চন্দনেনাক্তৌ চন্দনার্হৌ চ মেভুজৌ ॥৯॥
যাভ্যাং দুর্য্যোধোনো নীতঃ ক্ষযং সসুতবান্ধবঃ।
এতাশ্চান্যাশ্চ বিবিধাঃ শল্যভুতা নরাধিপ ॥১০॥
বৃকোদরস্য তা বাচঃ শ্রুত্বা নির্বেদমাগম্য।
সা চ বুদ্ধিমতীদেবী কালপর্য্যায়বোদনী ॥১১॥
গান্ধারী সর্বধর্মজ্ঞা তন্যলীকানি শুশ্রুবে।
ততঃ পঞ্চদশেবর্ষে সমতীতে নরাধিপ ॥১২॥

বাজা নির্বেদমাপেদে ভীমবাগ্বাণ পীডিতঃ।
নাম্ববুধ্যত তৎ বাজা কুন্তীপুত্রোযুধিষ্ঠিবঃ ॥১৩॥
শ্বেতাশ্বো বাথ কুন্তীবা দ্রৌপদীবা যশস্বিনী।
মাদ্রীপুত্রৌ চ ধর্মজ্ঞৌ চিত্তং তস্যাম্ববর্ত্ততাম্ ॥১৪॥
বাজ্ঞস্তু চিতং বক্ষন্তৌ নোচতুঃ কিংচিদাপ্রিযম্।
ততঃ সমানযামাস ধৃতবাষ্ট্রঃ সুহৃজ্জনম্ ॥১৫॥
বাষ্পসংদিগ্ধমত্যর্থসিদমাহ চ তান্ ভৃশম্।

ধৃতবাষ্ট্র উবাচ

বিদিতং ভবতামেতৎ যথা বৃত্তঃকুরুক্ষযঃ ॥১৬॥
মমাপবাধাৎ তৎ সর্বমনুজ্ঞাতং চ কৌববৈঃ।
যোঽহং দুষ্টমতিং মন্দো শজ্ঞাতীনাংভযবধর্নম্ ॥১৭।
দুর্যোধনঃ কৌববানমাধিপত্যেঽভ্যষেচযম্।
যচ্চাহং বাসুদেবস্য নাশ্রৌষং বাক্যমথবৎ ॥১৮॥
বধ্যতাং সাধ্ববযঃ পাপঃ সামাত্য ইতিদুর্মাতিঃ।
পুত্রস্নেহাভিভূতস্তু হিতমুক্তোননীর্ষিভিঃ ॥১৯॥
বিদুবেনাথ ভীষ্মেন দ্রোণেন চ কৃপেন চ।
পদেপদে ভগবতা ব্যাসন চ মহাত্মনা ॥২০॥
সংজযেনাথ গান্ধার্যা তদিদং তপ্যতে মাম্।
যচ্চাহং পাণ্ডুপুত্রেষু গুণবৎসু মহাত্মসু ॥২১॥
নদত্ত্বাঞ্ঃশ্রিযং দীপ্তং পিতৃপৈতামহীমিমাম্।
বিনাশং পশ্যমানোহি সর্ববাজ্ঞং গদাগ্রজঃ ॥২২॥
এতচ্ছ্রেযস্তু পবমমমন্যত জনার্দনঃ।
সোঽহমেতান্যলীকানি নিবৃত্তাল্যাত্মনস্তদা ॥২৩॥
হৃদয়ে শল্যভুতানি ধাবযামি সহস্রশঃ।
বিশেষ তস্তু পশ্যামি বর্ষে পঞ্চদশেঽদ্য বৈ ॥২৪॥
অস্য পাপস্য শুদ্ধ্যর্থং নিযতোঽস্মি সুর্দুমতিঃ।
চতুর্থে নিযতে কালে কদাচিদপিচাষ্টমে ॥২৫॥
তৃষ্ণাবিনযানং ভুঞ্জে গান্ধাবী বেদ তন্মম।
কবোত্যাহাবমিতি যাং সর্বঃ পবিজনঃ সদা ॥২৬॥
যুধিষ্ঠিবভযাদেতি ভৃশাংতপ্যাতি পাণ্ডবঃ।
ভূমৌশযে জপ্যপবো দর্ভেষ্বজিনসংবৃতঃ ॥২৭॥
নিযমব্যপদেশেন গান্ধাবী চ যশস্বিনি।

হতং শতংতু পুত্রনাং যযোর্যুদ্ধেঽপলায়িনাম্ ।।২৮।।
নানুতপ্যামি তচ্চাহং ক্ষত্রধর্মংহি তে বিদুঃ ।
ইত্যুক্ত্বা ধর্মবাজানমভ্যভষত কৌববঃ ।।২৯।।
ভদ্রং তে যাদাবীমাতর্বচশ্চেদং নিবোধ সে ।
সুখমস্ম্যাষিতঃ পুত্র ত্বযাসুপাবি পালিতঃ ।।৩০।।
মহাদানানি দত্তানি শ্রদ্ধানি চ পুনঃ পুনঃ ।
প্রকৃষ্টং চ যযা পুত্র পুন্যংচীর্ণং যথাবলম্ ।।৩১।।
গান্ধাবী হতপুত্রেয়ং ধৈর্যোণোদীক্ষতে চ মাম্ ।
দ্রৌপদ্যা হ্যপকর্ত্তাবস্তব চৈশ্বর্য্যহাবিণঃ ।।৩২।।
সর্মতিতা নৃশংসাস্তে স্বধর্মেণ হতা যধি ।
ন তেষু প্রতিকর্ত্তব্যং পশ্যামি কুরুনন্দন ।।৩৩।।
সর্বে শস্ত্রভৃতাং লোকান্ গতাস্তেঽভিমুখং হতাঃ ।
আত্মনস্ত হিতং পুণ্যং প্রতিকর্তব্যমদ্য বৈ ।।৩৪।।
গান্ধার্য্যশ্বে বাজেন্দ্র তদনুজ্ঞাতুমর্হসি ।
ত্বং তু শাস্ত্র ভৃতাং শ্রেষ্ঠঃ সততং ধর্মবৎসল ।।৩৫।।
বাজা গুরু প্রাণভৃতাং তস্মাদেতৎব্রবীম্যহম্ ।
অনুজ্ঞাতস্ত্বযা বীব সংশ্রযেযং বনান্যহম্ ।।৩৬।।
চীববল্কলভৃৎ বাজন্ গান্ধার্য্যা সহিতোঽনযা ।
তবাশিষঃ প্রযুঞ্জানো ভবিষ্যামি বনেচবঃ ।।৩৭।।
উচিতং নঃ কুলেতাত সর্বেষাং ভবতর্ষভ ।
পুত্রৈশ্বৈশ্বর্য্যমাধায বয়মোঽন্তে বনংনৃপ ।।৩৮।।
তত্রাহং বাযুভক্ষোবা নিবাহাবোঽপি বা বমন্ ।
পত্ন্যা মহানযা বীব চবিষ্যামি তপঃ পবম্ ।।৩৯।।
ত্বং চাপি ফলভাক্ তাত তসমঃ পার্থিবো হ্যসি ।
ফলভাজো হি বাজানঃ কল্যাণ স্যেতবস্য বা ।।৪০।।

যুধিষ্ঠিব উবাচ

ন মাং শীর্ণযতে বাজ্যং ত্বয্যেবং দুঃ খিতে নপ ।
ধিঙ্মামস্তু সুদুর্বুদ্ধিং বাজ্যসক্তং প্রমাদনম্ ।।৪১।।
যোঽহং ভবন্তং দুঃখার্ত্তমুপবাসকৃশং ভৃশম্ ।
জিতাহাবং ক্ষিতিশযং ন বিন্দে ভ্রাতৃভিঃ সহ ।।৪২।।
অহোঽস্মি বঞ্চিতো মূঢো ভবতা গূঢবুদ্ধিনা ।

বিশ্বাসয়িত্বা পূর্বং মাং যদিদং দুঃখমশ্নুথাঃ ।।৪৩।।
কিং মে রাজ্যেন ভোগৈর্বা কিংযজ্ঞৈঃকিংসুখৈলবা ।
যস্য মেত্বং মহীপাল দুঃখান্যেতান্য বাপ্তবান্ ।।৪৪।।
পীড়িতং চাপি জানামি রাজ্যমাত্মনমেব চ ।
অনেন বচসা তুভ্যং দুঃখিতস্য জানেশ্বর ।।৪৫।।
ভবান্ পিতা ভবান্ মাতা ভবান্ নঃ পরমোগুরুঃ ।
ভবতা বিপ্রহীনাবৈ ক্বনু তিষ্ঠামহে বয়ম্ ।।৪৬।।
ঔরমো ভবতঃ পুত্রো যুযুৎসুর্নৃপসতম্ ।
অস্তরাজা মহারাজ যমন্যং মন্যতে ভবান্ ।।৪৭।।
অহং বনং গমিষ্যামি ভবান্ রাজ্যংপ্রশাসতু ।
ন মামযশসা দগ্ধংভূয়স্ত্বং দগ্ধুমর্হসি ।।৪৮।।
নাহং রাজা ভবান্ রাজা ভবতঃ পরবানহম্ ।
কথং গুরুং ত্বাং ধর্মমনুজ্ঞাতুমিহোঽমহে ।।৪৯।।
ন মন্যুর্হৃদি নঃ  কশ্চিৎ দুর্যোধনকৃতেঽনঘ ।
ভবিতব্যং তথা তদ্ধি বয়ং চান্যে চ মোহিতাঃ ।।৫০।।
বয়ং পুত্রাহি ভবতো যথা দুর্যোধনাদয়ঃ ।
গান্ধারী চৈব কুন্তীচ নির্বিশেষে মতে মম ।।৫১।।
স মাং ত্বং যদি বাজেন্দ্র পারিত্যজ্য গমিষ্যসি ।
পৃষ্ঠতস্ত্বনুযাস্যামি সত্যমাত্মানমালভে ।।৫২।।
ইযং হি বসুসম্পূর্ণা মহী সাগর মেখলা ।
ভবতাবিপ্রিহীনস্য নমে প্রীতিকবী ভবেৎ।।৫৩।।
ভবদীয় মিদং সর্বং শিরসা ত্বাং প্রসাদয়ে ।
ত্বদধীনাঃ স্ম রাজেন্দ্র ব্যেতু তেমানসো জ্বরঃ ।।৫৪।।
ভবিতব্যমনুপ্রাপ্তো মন্যে বসুধাধিপ ।
দিষ্ট্যা শুশ্রুষমানস্ত্বাং মোক্ষিষ্যেমনসোজ্বরম্ ।।৫৫।।

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ

তাপস্থে মে মানস্তাত বর্ততে কুরুনন্দন ।
উচিতং তু কুলেঽস্মাকমরণ্যগমনং প্রভো ।।৫৬।।
চিবমস্মু্যষিতঃ পুত্র চিরুংশুশ্রুষিতস্ত্বয়া ।
বৃদ্ধং মামপ্যনুজ্ঞাতু মর্হসি ত্বং নরাধিপ ।।৫৭।।

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্ত্বা ধর্মবাজানং বেপমানং কৃতাঞ্জলিম্।
উবাচ বচনং বাজা ধৃতবাষ্ট্রোঽম্বিকাসুতঃ ॥৫৮॥
সংজযং চ মহাত্মানং কৃপং চাপি মহাবথম্।
অনুনেতুমিহেচ্ছামি ভবদ্ভিবসুধাধিপম্ ॥৫৯॥
গ্লাযতে মে মনো হীদং মুখং চ পবিশুচ্যতি।
মযসা চ প্রকৃষ্টেন বাগ্ব্যায়ামেন চৈবব ॥৬০॥
ইত্যুক্ত্বা সতু ধর্মাত্মা বৃদ্ধোবাজা কুরুদ্বহঃ।
গান্ধাবীং শিশ্রিযে শ্রীমান্ সহসৈব গতাশুবৎ ॥৬১॥
তং তু দৃষ্টা সমাসীনং বিসংজ্ঞমিব কৌববম্।
অত্তিং বাজাগমৎ তীব্রাং কৌন্তেযঃ পববীবহা ॥৬২॥

যুধিষ্ঠিব উবাচ

যস্যনাগাসহস্রেণ শতসংখ্যেন বৈ বলম্।
সোঽযংনাবীং ব্যপশ্রিত্য শেতে বাজাগতাশুবৎ ॥৬৩॥
আযসী প্রতিমা যেন ভীমসেনস্য সাপুবা।
চূর্নীকৃতা বলবতা সোঽবলামশ্রিতঃ স্ত্রিযম্ ॥৬৪॥
ধিগস্তু মামধর্মজ্ঞং ধিগ্ বুদ্ধিং ধিক্ চ মেশ্রুতম।
যৎকৃতে পৃথিবীপালঃ শেতে যমতথোচতঃ ॥৬৫॥
অহমপ্যু পবৎস্যামি যথৈবাযং গুরুর্মম।
যদিবাজা ন ভুঙ্ক্তেঽযং গান্ধাবী চ যশস্বিনি ॥৬৬॥

বৈশম্পাযন উবাচ

ততোঽস্য পানিনা বাজন্ জলশীতেন পাণ্ডবঃ।
উবো মুখং চ শানকৈঃ পর্যমার্জত ধর্মবিৎ ॥৬৭॥
তেন বত্নৌষধিমতা পুন্যেন চ সুগান্ধনা।
পানিস্পর্শেন বাজ্ঞঃ সবাজা সংজ্ঞামবাপহ ॥৬৮॥

ধৃতবাষ্ট্র উবাচ

স্পৃশ মাং পানিনা ভূযঃপবিষ্বজ চ পাণ্ডবঃ।
জীবামীবাতিমং স্পর্শাৎ তব বাজবলোচন ॥৬৯॥
মূর্ধানং চ তবাঘ্রাতুমিচ্ছামি মনুজাধিপ।

পানিভ্যাংহি পরিস্প্রষ্টুং প্রীননংহিমহন্মম ।।৭০।।
অষ্টমো হ্যৎস্য কালো যমাহারস্য কৃতস্যমে।
যেনাহং কুরুশার্দূল শক্রোমিন বিচেষ্টিতুম্ ।।৭১।।
ব্যাযামশ্চাযমত্যর্থং কৃতস্ত্বামভিযাচতা।
ততো ম্লানমনাস্তাত নষ্টসংজ্ঞইবাভবম্ ।।৭২।।
তবামৃতরমপ্রখ্যং হস্তস্পর্শমিমং প্রভো।
ত্যব্ধাসংজীবতোঽমীতিমন্যে কুরু কুলোদ্বহ ।।৭৩।।

বৈশম্পায়ন উবাচ

এবমুক্তস্তু কৌন্তেযঃ পিত্রা জ্যেষ্ঠেনভাবত।
পস্পর্শ সর্বগত্রেষু সৌহার্দাৎ তংশনৈস্তদা ।।৭৪।।
উপলভ্য ততঃ প্রাণান্ ধৃতরাষ্ট্রো মহীপতিঃ।
বাহুভ্যাং সম্পরিষ্বজ্য মূর্ধ্ন্যাজিঘ্রত পাণ্ডবম্ ।।৭৫।।
বিদুরাদযশ্চতে সর্বে রুরুদুর্দুঃখিতা ভৃশাম্।
অতিদুঃখাত্তু রাজানং নোচুঃ কিংচন পাণ্ডবম্ ।।৭৬।।
গান্ধারী ত্বৈব ধর্মজ্ঞা মনসোদ্বহতি ভৃশম্।
দুঃখান্যধারযৎ রাজন্ মৈবমিত্যেব চাব্রবীৎ ।।৭৭।।
ইতরাস্তু স্ত্রিযঃ সর্বাঃ কুন্ত্যাসহ সুদুঃ খিতাঃ।
নৈত্রৈরাগতবিক্লেদৈঃ পরিধার্য্যা স্থিতাঽভবন্ ।।৭৮।।
অথাব্রবীৎ পুনর্বাক্যং ধৃতরাষ্ট্রো যুধিষ্ঠিরম্।
অনুজানীহি মাং রাজংস্তাপস্যে ভরতর্ষভ ।।৭৯।।
গ্লাযতে মেমনস্তাত ভূযোভূযমঃ প্রজল্পতঃ।
ন মামতঃ পরং পুত্র পরিক্লেষ্টুমিহার্হসি ।।৮০।।
তস্মিংস্তু কৌরবেন্দ্রে তং তথা ব্রুবতি পাণ্ডবম্।
সর্বেষামেব যোধানামার্ত্তমাদো মহানভূৎ ।।৮১।।
দৃস্ত্বা কৃশং বিবর্নং চ রাজান মতথোচিতম্।
উপবাসপরিশ্রান্তং ত্বগস্থিপরিচারণম্ ।।৮২।।
ধর্মপুত্রঃ স্বপিতরং পরিষ্বজ্য মহাপ্রভূম
শোকজং বাষ্পমুৎসৃজ্য পুনর্বচনমব্রবীৎ ।।৮৩।।
ন কামযে নরশ্রেষ্ঠ জীবিতং পৃথিবীং তথা।
যথা তব প্রিয়ং রাজং শ্চিকীর্ষামি পরংতপ ।।৮৪।।
যদি চাহমনুগ্রাহ্যো ভবতো দযিতোঽপিবা।

ক্রিয় তাং তাবদাহ্যবন্তুতো বেৎস্যাম্যহংপবম্ ।।৮৫।।
ততো ব্রবীম্মহাতেজা ধৃতবাষ্ট্রো যুধিষ্ঠিবম্।
অনুজ্ঞাতস্ত্বযাপুত্র ভুঞ্জীয়ামিতি কামযে ।।৮৬।।
ইতি ব্রুবতি বাজেন্দ্রে ধৃতবাষ্ট্রে যুধিষ্ঠিবম্।
ঋষিঃ সত্যবতীপুত্রো ব্যাসোঽভ্যেত্যবচো ববীৎ ।।৮৭।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি
ধৃতরাষ্ট্রানির্বেদে তৃতিয়োঽধ্যায়ঃ ।।

-ঃ-

বৈশমপাযননা হায ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয ! নিংথৌ যুধিষ্ঠিবগা ধৃতবাষ্ট্রগা অনীগী মবক্তা লৈনবিবা প্রেমপ্রীতি অসিগী তত্ত্ববু লৈপাক্কী মীযাম্ অদুনা কবি-কবিমত খঙ্খিদে উখিদে ।।১।। নিংথৌ ! অদুবু কুরুবংশগী নিংথৌ ধৃতবাষ্ট্রনা, মহাক্কী বুদ্ধিথেল্লবা ফৎত্রবা পূক্চেল্ অদুবু নীংশিংঙুবদা মাগী পূক্নীংদা ভীমসেনগী মাঙনবা ব্রাখলসি হেক্ হেক্ তৌখিবনি ।।২।। মনুং মনুংদা ভীমসেননা অথূপ্পা নীতিনা ধৃতবাষ্ট্রনা পাম্দবা যানিংদবা বাবহাব অসি হেক্ হেক্ তৌখিবদু ধৃতবাষ্ট্রনা খঙ্গিঙ-উই। মনুং মনুংদা ভীমনা মাগী মীচং থাজিন্দুনা ধৃতবাষ্ট্রগী যাথংবু যানিংদবসি হেক্ হেক তৌহনখি ।।৪।। নিংথৌ ধৃতবাষ্ট্রগী ফত্রবা শবৌ অদু ভীমসেননা অহিং নুংথিন্দা খক্ কাউবা যাখিদে। নোংমা, নুংঙাইতবনা থমোযথুল্লবা ভীমনা মাগী মনুংগী চান্নবা মরূপ্শিংগী মবক্তা মমাঙদা মপান্থোম অনি ফৃদুনা তক্কুনা ধৃতবাষ্ট্র-গান্ধাবী নাকোংদা তাহন্নবা অকল্ অবিং শীংবগী ব্রাহৈদ্ হেক্ হেক্ ঙাঙ্খি। মাগী যেক্লবা দৃর্যোধন, কর্ণ, দুঃশাসন নীংশিংঙক্কুনা অসুম্না হেক্ হেক্ হাযখি ঃ- মরূপ্শা ! যেংঙু ! ঐগী পান্থোম অনীসে যোচ্ছুকমুক্ চাউবনি কন্বান। ঐনা মীত্রাংবা নিংথৌ অসিগী মচাশিংবু, মাগী মরূপশিংবু যমালযদা লোইনা থাগ্রবনি ।।৫-৬।। মরূপশা ! সে যেংঙু ! ঐগী যোচ্ছুকমুক্ কন্বা, অমনা ঙমফদ্রবা পান্থোম অনীনা ধৃতবাষ্ট্র অসিগী মচাশিংবু নৈখাইখ্রবনিদো ।।৮।। যেংঙু, ঐগী পান্থোম্ অনীসে মনম্ নুংশিববা চন্দনাতনা তৈবদা মতীক্ চাববান। অসিগুম্বা পান্থোম্ অনীসিনা নিংথৌ অসিগী ফৎত্রবা মচা দুর্যোধন, দুঃশাসননচিংববু মখোযগী মরূপ্ মপাংগা লোযননা লানফম্দা নৈখাযখিবনিদো ।।৯।। নিংথৌ ! জনমেজয ! মবক্ মবক্তা ভীমনা ঙাঙবা শক্পসে তাবদা ধৃতবাষ্ট্রগী নাকোংদা তাশোন্না থিন্‌বগুম্ থোক্খি। বাহৈশিংদু ধৃতবাষ্ট্রগী থম্মোযদা যুদুনা লৈখ্রবনি। মাদু ধৃতবাষ্ট্রনা যুধিষ্ঠিবদা তম্থোক্তবনি ।।১০।। মতম্না খ্বাইদগী কন্বনি মতম্না কল্হন্বান, মতম্ কৌবা লাইনা শোল্হন্বনি হাযবা তত্ত্ব অসি অশিংবী গান্ধাবীনসু ভীমনা তাজসনু হাযবগী মতাংগুম ঙাংবশক্পদা অদুম্ তাখিবনি ।।১১।। অসুম্না তাবা নুঙাইতবা বাঙাং শংঙাংসিগুম্বাস থম্মোযদা থূপ্পা ফাজিন্দুনা খাঙদুনা লৈবক্পসি চঠী তবামঙাশুবে। ভীমসেননা ঙাঙ্খিবা শক্খিবা অদুবু কাউঙমদ্রবসু ধৃতবাষ্ট্রগী থম্মোযদা বৈবাগ্য ভাব অসি লাক্খিবনি ।।১২।। ভীমনা ঙাঙশক্পা, ধৃতবাষ্ট্রনা তাবা, ধৃতবাষ্ট্রগী নুঙাইতবা অসি পূম্নমক্ অসি ধর্মবাজ যুধিষ্ঠিবদি কবিমত খঙ্জদবনি। অসুম্না তৌই হাযবসি যুধিষ্ঠিববু কিবদগী কনা অমতদা তম্থোকপা ঙম্খিদে। অর্জুন, কুন্তী, দ্রৌপদীসু মনুংদা তৌনবিবসি কবিমত

খঙ্দবনি ।।১৩।। ধর্মগী তত্ত্ববু খঙ্বা, মাদ্রীপুত্র নকুল সহদেবদি খঙলবসু মতম পুম্বদা ধৃতবাষ্ট্রনা পাম্বদুতা তৌদুনা লৈবনি । অহল্ ওইববা নিংথৌ অদুগী নাকোং ঱াইচিন্গদবা ঱া অর্মাদি থনক্ পুম্নদবু কবিমত ৬।৩ শক্তে ।।১৪।। অদগী তুংদা, নোংমা ধৃতবাষ্ট্রনা মন্দাপ্ মপাং পুম্নবু কৌশিন্দুনা অসুম্না হাযখি ঃ ঐবু যুংশিবিবশা ' মযাম পুম্নমক্না খঙ্বিউবিবনি - কৌববৰংশ পুম্বা লোইনা তুমখ্রে হাযবসি । কবিগীদমক কনম্ হাযনা তমখ্রবনো হাযবদুস্ মযাম্না খঙ্বিবিনি । ধৃতবাষ্ট্র কৌনা কংত্রবা এগা ইহাকখক্তগী, ঐগী ইবান্দগী থোকাখিনি হাযন্সি হাদুম খাঙ্ঙ ।।১৬।। দুযোধনগী থম্মোযদা কম- ক্রোধ লোভ হাযবদুনা মহম্ শাদুনা লৈখ্রবনি । ঐ মাদু খাঙ্ঙ । অদুগুম্বা, জ্ঞাতিভাঙ্গবন্ধু থম্মোযদা আকবা নুংাইতবা পোকহল্বা ফত্রবা মখোন্দা লৈপাক সিংহাসন শিননবে ।।১৭।। মহাপঙলবা ঐনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী নীংথনা পাউ থাক ফাওবা লৌখিদে। অশিঙবা জ্ঞানীশিংনা মবুকচেল্ থীবা দুর্য্যোধনবু লোইথোকপিখ্রো (হাংখ্রো) অদু নাংত্রবদি কৌববৰংশ সবনাশ ওইনা মাংখিবা তাবে . হায়না তাক্পিখ্রবনি । অদবু সংসাবগী মাযান কুপ্খিবনা পুত্রস্নেহ (মচাবু নুংশিবা) হাযবদুনা বাশিং ঐনা নাকোংদা হাপ্খিদে ।।১৮ ১৯।। বিদুব, ভীষ্ম, দ্রোণাচার্য্য কৃপাচার্য্য, মহাত্মা ভগবান ব্যাস, গান্ধাবীনা মবক্ মবক্তা ঐনা ফননবা কযা কযা হাযখ্রবনি । অদুস্ ফত্রবা ঐনা অমত লৌখিদে ।।২০।। মহাত্মা পাণ্ডুবশিংসে গুণ চেম্বা মীশক্ ঙাক্তনি ঐ খাঙ্ঙ । মপামপুগী ফংফম্ থোক্পা শন্নক ফওবা ধন-সম্পত্তি পুম্না পাপী ঐনা লৌশিন্খি ।।২১।। নিংথৌ, পুম্নমক্ অসে লেইনা মাংবা তাবে হাযবসি হায়না উববা অন্তর্য্যামি ভগবান গদাগ্রজ শ্রীকৃষ্ণনা ফাওবা ঐগী ফননবত কযা তাকপিখ্রবনি । ইপৎ পঙুজদুনা অমত তাখিদে লৌখিদে । পাণ্ডুবশিংগীদমক্তা ভগবান্ মা মশামক্না লৈবা নবা লাকাখ । অদুবু পাপা দুর্য্যোধনদুনা লাল নত্তনা এতুম্ মচিন্দা পক্পা লৌবিক্ ফাওবা পাবোই হাযখি । এনা মাদুদ বা অমফাওবা হাযাখদে । মাদুগা মহৈনা পাপী এনা হৌজিক্ অৱাবা ফংজবনি ।।২২।। অসিগুম্না নিঙ্ঙমদবগী মৈচাক অসে ঐনা থম্মোযদা পুবি । ঐগী থম্মোযদা তাংখংনা অহিং নুংথিন্দা কক্ কক্ থাল্লি ।।২৩।। অদুবু, চহী ৫নামঙাগী মতুংদা পঙলবা পাপী ঐগা মীৎ অসে ঙসিদা পাঙলে । অদুনা, ঐ পাপশিং অসি কোক্লবা উপায থিকবগে । বনদা অফংবা খবদং চাদুনা হক্চাং অসে কংহনদুনা থাঙখ্রগে ।।২৪।। কবিগুম্বা মতম্দনা নীনি নীনি মতুংদা অমমুক চাদুনা, কবি কবিগুম্ব মতম্দনা মবি-মাবনীগী মতুংদা অমুমুক্ত চাদুনা শিন চাইকবগে । মাদু ঙম্নবা ঐ হৌজিক্ অভ্যাস তৌজাব । ঐনা হৌজিক্ তৌবি হাযবসি গান্ধাবীনা খঙবনি । অতৈ অতৈননাদি ঐ নোংমগা পক্ থন্না চাবি হাযনা অদুম্ উই ।।২৫-২৬।। ঐগী পৃক পেন্ননবা ঐগীদা লাকপাববা হংবিবিবা মযামসে যুধিষ্ঠিবনা কবি হাযবিগদগে হাযনা কিবদগী লাক্পনা অযাম্বনি মাদু ঐ খাঙ্ঙ । ধর্মবাজ যুধিষ্ঠিব হাদ মবুক্চেল্ শেংনা এগী নুংঙাইনবতা হোৎনবি । ঐগা মিংচৎ চাউবী গান্ধাবীগা অনীনা নিযম্ অদু ঙাক্তুনা লৈবননবগী অভ্যাসকা মগংদা শজী মউল্ শেক্তুনা লৈমাগথক্তা, কুশমনা থক্তা ফম্দুনা লৌবি ।।২৭।। ঐখোয অনীনা পোকচন ঈচা চামাদু ক্ষাত্রিযধর্মগী মতুংইন্না মমায ওন্দনা লালফম্দা থৱায থাংখ্রে । মদুগীদমক ঐ থোইনা ৱাদে । মনমাদ মখোযদো ক্ষাত্রিযধর্মগী তত্ত্ববু খাঙ্ঙ । ছলবল ওহববসু মাগা লৈবাকপু থোপচিন্নবা হোৎনখি ।।২৮।। অসুম্না হাইহক চাঙলগা ধৃতবাষ্ট্রনা যুধিষ্ঠিবদা অসুম্না হাযবকহ . কুন্তীনন্দন ' মঙ্গল ওইগু ঈবুংঙো ' ঐগী অবোইবা বা হায়গে তাও ।।২৯।। ঈবুঙো ' ধর্মগী মূর্ত্তি ' ধর্মনা ঙাক্শেন্নাববদগী ঐনা ঙসিফাওবা নুঙাইনা লৈবক্লে । নংগী কৃপাদগী দান মখল মখল্ শ্রাদ্ধকর্ম মখল মখল তৌখ্রে ।।৩০।। ঈপাগী ঈবুংঙো ' ধর্মবাজ যুধিষ্ঠিব ' মহাক্কী লৈজবা পুণ্যকর্ম কযাগী অনুষ্ঠান তৌখ্রবী মহাক্কী মচা চামা লান্ফম্দা



হাৎপিস্রবি গান্ধাৰীসিনা ঐবু শেন্নদুনা লৈবকি ।।৩১।। কুৰুনন্দন ! দ্ৰৌপদীদা অত্যাচাৰ তৌখ্ৰবা নহাক্কী ঐশ্বৰ্য্য সম্পতিবু নম্থাক্ তৌদুনা মুন্থিনা, তমাথিনা ক্ষত্ৰিয়া ঐগী ঈচাশিংদো ক্ষত্ৰিয়ধৰ্মগী মতুংইন্না লান্দা লোইনা হাৎখ্রে শিখ্রে । মখোযগীদমক্ ঐনা কবি তৌৰম থোকপগে হায়বদো ঐ কাৰমত উদে ।।৩২ ৩৩।। মাযোক্নবা লাল্দা মমায ওন্দনা শিখ্রবশিংদু শত্ৰুপাৰী ক্ষত্ৰিয়শিংনা মংগদবা লোকতা বীৰলোকতা চৎখ্রবনি । অদুনা হৌজিক্কী গান্ধাৰীগা লোয়ননা জীব ঐগী থনা কান্নবগীদমক্তা হোৎনকবগে । বিদায পীযু । নিংথৌ নংগী নযাথং পীবো ।।৩৪।। নহাক্তি শস্ত্ৰধাৰী ধৰ্মধাৰীশিংগা মনুংদা অথোইবনি । নিংথৌ হাযবসিদি প্ৰাণীপ্ৰজা পুম্নমক্কী মফমদা থবকগী মায়ন। পূজা তৌনাংঙাইহনি । অদুনা প্ৰজা অমা ওইনা নিংথৌ নঙোন্দা হাযজাব । ঐ নংগী অনাবদু হেৰ যংবদা ঐ চৎখ্রগে ।।৩৫ ৩৬।। নিংথৌ ! উকুশেৎতুনা জটাপুদুনা গান্ধাৰীসিগা লোয়ননা বনপ্ৰস্থান তৌখ্রগে । বানপ্ৰস্থ আশ্ৰমদা লৈকবগে । মদু যাবৰগীদমক্তা ঐনা নঙোন্দা আশীৰ্বাদ তৌদুনা লৈসন্ ।।৩৭।। ঈপাগী ঈবুঙো ! বনদা নমা গান্ধাৰীসিং লোয়ননা উপবাস তৌদুনা তপস্যা তৌখ্রগে । মচান লৈপাক্ শিংহাসন পম্বা শিংবন্নগা চৎখিবা হাযবসে ঐখোযগী অহন্নমন পুম্নমক্না পৰম পৰাদগী চৎনবক্না নিযম অৰ্মনি ।।৩৮।। অকম্বা ! বনদা নুংশিৎ তা চাদুনা ধৰ্মপত্নী গান্ধাৰীগা লোয়ননা তপস্যা তৌনা চৎখ্রগে । হবাউ হনাউ বিদায পীযু ।।৩৯।। ঈবুংঙো ! নহাক্সু ঐখোযনা তৌব তপনাদা । মটুং নংনা য ওগাদ । মনদাদ, নহাক্না নং তৌীন । লৈপাক্না তেক লাকপা অকম হনা পন্থগা নংহাস না থৌগাস শত্ৰুব নাওবিব ।।৪০।। যুধিষ্ঠিৰনা হায পাবুং মহাৰাজ ! মনম থাসিনা লৈনগা পাবুংনা অৰবা নুংঙাইতব লৈবসিগা মনম্মাস ঐদা কবিমত খংজদে । মনম অদুনা পাবুংনা পামদ্ৰবা নাং অাং এম্ মথুদে । পাবনা হুন্দোক্লবা ৰাজ সম্পাতসিনা এবু অবাবা পিবা নঙনা নুংঙাইতবা তুম্মোই অং । নুংঙাইকপা না । এগা বান্ধবু এনা হন্না হন্না শিনাদ তৌব । লৈপাক সি হাসিনা পাম্বা হশানকপু ঐনা হং । হন্না ধিক্কৰ তৌব ।।৪১।। অবাবা নুংঙাইতবনা ! ঙসাযা থুমতংথিদনা তপস্যা তৌমনখিবনা শোকপাংই । লৈনবগা তাব । চাৰমকপা মাওবা নাথং থিংখ্রে । ঐ অদুগা এগী ঈনাওশিংনা, পাবুংনা অসুক্ নাখিবগী মনমসি কাবমত খংদে ।।৪২।। ওহোকপান ! পাবুংনা থাল্লবা বাখলশিংসিব হায়দাক্তনা অদুক বুকংনা লোংনা থন্নিবম্নসি অদুগা ঐদ নুংঙাইব অসুম্না ঐঙোন্দা তাহৰ্থিবম্নসি পাপা ঐঙোন্দা তৌবিবম্নান হাযব খঙজবদা থম্মোয অসি পুনা যাদে । ঐব মপান্দা নুংঙাইহনবিহল্লগা পাবুংনা অবাবা ফংদুনা খাঙবিনাক্ল ।।৪৩।। মহাৰাজ ! অসিগুম্না মপামক্না নম্থাক তৌবদা মতীক চাবৰা ঐঙোন্দা ৰাজাশংহাসন অাসনা কাব নুংঙাইহনা পীগদৌবিবনো ' এনা লৈনিৰ্বাসিস্ পাবুংনা (মপানা) বাননবগীদমক্তা ওইবে ।।৪৪।। পাবুংন যাম্না নুংঙাইতনা ঙসি তাক্পাবনা অসি পাবুংদা কান্নদবান হাযনা হন্দোক্লম্বা ৰাজ্য অৰ্মাদ সম্পাত্তিশিংসিং ঐঙোন্দদ কবম হাযনা নুংঙাইবা পীগদৌবিবনো ' ।।৪৫।। পাবুং মহাৰাজনা ঐখোযগী ইপানি-ইমানি । পাবুংনা ঐখোযগী গুৰুনি । গুৰুনা ইপ্পোকপিবম্লবা ঐখোযনা কাব যেংদুনা নুংঙাইগদৌবিবনো ' অদগী ঐখোযনা লৈহৌগদৌবিবনা কদাযদা ' ।।৪৬।। নিংথৌ অথোইবা ! যুযুৎসু আৰ্যাবৰ্তগী পালংমক্কা নচানি । মাং নিংথৌ হাপ্পীবম্ম্ । পাবুংনা চাত্ৰিঙৈদা ঐ হান্না চৎহৌবগে । ঐগী থম্মোযদা মৈ চবিবম্গনু ।।৪৭ ৪৮।। নিংথৌদি ঐ নত্তে । পাবুংনি । ঐদ নিংথৌগী যাথং ঙাকপা মীনাযান । যাথং ঙাক্কদৌবিনা সেবক্ ঐনা কনম্ন গুৰুদা যাথং পীগদৌবিবনো ' পাপীদা পাপ অমুক্ থোম্জিন্বিগনু ।।৪৯।। পাপকা শৰুক্ কাবমত যাওদ্রিনা ! নিংথৌ ! পাবুং ধুৰ্য্যোধননা কবি কবি ফত্ৰবা তৌখ্ৰবগে হাযবদু কাবমত খংদ্রে । মামদনা ওবা

তাদ্রে। ওইখ্রিবা থোক্খ্রিবা ঘটনা পূম্বসে মশানা থোক্কদগী হান্না ঙাইদুনা লৈখ্রবনি। হান্না যাত্তুনা লৈখ্রবনি হাযবসি খঙ্দবদগী মীওইবা ঐখোযনা অন্নাবা ফংজবতনি। সংসাবগী শুমহৎপা হাযবদু অসিবা হাযনা থাজৈ ॥৫০॥ দুর্যোধননচিংবা নচা ওইবদুগুম্না ঐখোযসু পাবুংগী নচানি। ঈমা কুন্তীসে ঈমা গান্ধাবীনি। ঈমা গান্ধাবীসে ইমা কুন্তীনি। ঐঙোন্দা খেন্নবা কবিসু লৈতে ॥৫১॥ নিংথৌ ! পাবুং মহাবাজ ! পাবুংনা ঐবু থাদোক্তুনা বনদা লেঙখ্রগে লেপ্লিববর্বাদ, ঐ বাশকচবি ঐসু নতুং ইন্দুনা বনদা চৎকনি ॥৫২॥ পাবুংনা হুন্দোকপিবন্নবা ঐঙোন্দা, সমুদ্রনা থাঙ্গাপাৎ ওইনা কোযববা চাউববগা ভাবতখণ্ডগী বাজ্যনা অদুগা বাজ্য সম্পতিনা কবিমত নুংঙাইবা পেলহন্বা ঙম্লোই ॥৫৩॥ পূম্নমক্সে পাবুং মহাবাজগী ঙাক্তনি। ঐগীদমক্ যাওদে। ঐ পাবুংগী চবণ কোন্দুনা হাযর্জবি - পেম্বীযু, শাউবিনু, নচাবু থাদোক্পিবমগনু। ঐখোয লৈবিবপূম্বা পাবুংগী মখা পোঞ্জবি। মানসিক দুঃখ পূম্বা থাদোক্পিযু ॥৫৪॥ পৃথিবীমপু ! শোযদনা থোক্লগদবা ভবিতব্যতা হাযবদুগী মোহদা তাবিবে। লাইবক্ ফদুনা পাবুংগী সেবাবু পুন্সিচুপ্পা ফংদুনা লৈজববর্বাদি ঐ পোক্পগী মহৈ যাল্লে। অদুম্ তৌববতদা ঐগী চিন্তাসু লৈবোই ॥৫৫॥ ধৃতবাষ্ট্রনা হায ঃ ঈপাগী ঈবুংঙো কুকশাগেগী নুংঙাইননবগা মশক্ ওইববা ! ঐনা তৌবিবসি নহাকপু হাযবগী নত্তে। নখোয খ্বাইগী মঙ্গল ওইননবা তপস্যা তৌবগে হাযর্বনি। তপস্যা তৌখ্রগে হাযর্বদি ঐগী পূর্ক্লীংদা লেপখ্রবনি। পুন্সিগী ওইবগদবা বনদা চৎখিবা তপস্যা হাযবসি ঐখোযগী আ ঈবুধৌশিংগী হাক্ক্তগী কুল ধর্ম ওইনা চৎনবক্লর্বনি। তৌসু তৌগদবমক্লি ॥৫৬॥ ঈপাগী ঈবুংঙো ! নিংথৌ ! ঐ মতম কুইনদগী ননাক্তা লৈবক্লে। নংনসু ঐগী সেবা মতম কুইনা তৌবক্লে। ঐ হৌজিক্ অহল ওইবে। ইমং খুৎনা নাম্না ফংলে। বনদা থবাই থাকগে। সনা লুপা মবক্তা থবাই থাও হাযবা লৈতে। জ্ঞান তাও। অদুনা হবাও হবাওনা বিদায পাযু। ঈপানা হাযর্বসি নুংশিজববা নপাগী যাথং ঙাকউ ॥৫৭॥ বৈশম্পাযননা হায ঃ নিংথৌ ! জনমেজয ! ধৃতবাষ্ট্রগী বাসি তাবদা ধর্মবাজ যুধিষ্ঠিব অসি খোঙ্দগী কোক্ ফাওবা থক থক নীক্খি। মখুৎ লোম্নদুনা তুমিন্না ফমবদগী হেন্না কবিমত তৌনিংঙাই লৈখিদ্রে। অম্বিকানন্দন ধৃতবাষ্ট্রনা অসুম্না হাযবগা মহাবথী কৃপাচার্যাদা অসুম্না হাযবকই ঃ- মযাম্না নিংথৌ যুধিষ্ঠিববু থেমজনবিযু ॥৫৮ ৫৯॥ অমবোমদা ঐ মীকৃপ খুদিংগী অসুম শোঞ্জিল্লক্লি। অদুগা অমবোমদা ঐ বা যাম্না শাংনা ঙাংবা ঙম্দকত্রে। চীম্বান থক খা খ্রক্ খ্রক কংশিল্লক্লে ॥৬০॥ অসুম্না হাযনা হাযনা ধৃতবাষ্ট্র অসি থবায যাওদ্রবা হকচাংগুম্ গান্ধাবীদা ঙাদুনা তুমিন্না হিপথখি। ॥৬১॥ কুকবাজ ধৃতবাষ্ট্রনা গান্ধাবীদা ঙাদুনা জ্ঞান তাদনা চেপখিবসি উবদা যেক্লবপম্বা হাৎঙমবা ধর্মবাজ যুধিষ্ঠিবনা ধৃতবাষ্ট্রগী মতৌ অদু উবদা জ্ঞান তাদনা অবাবা ঈপাক্তা লপখি ॥৬২॥ অসুম্না তপ্পা হাযবক্ই শামু লিশিংতবাদগী হেন্না কল্লবা ভীমসেনগী যোৎকী মুর্ত্তিবু চপখাযদুনা উফুল্ তাহনখিবা অকম্বাসিনা ঙসিদি নূপী হনবীগী সহাযতা লৌদুনা লৈখ্রেদো। আঃ ! মতম কৌবা লাই ! ॥৬৩-৬৪॥ ঐঙোন্দা ধর্ম কর্মগী জ্ঞান কবিমত লৈত্রে। ঐ ইশানা ইশাবু হয়া হন্না ধিক্কাব তৌবি। ঐগী বিদ্যা, বুদ্ধি অদুগা পাঙ্গলবু হন্না হন্না ধিক্কাব তৌবি। মহাবাজ ধৃতবাষ্ট্রনা ফংলিবা দশাসিগী দাযিত্ব ঐঙোন্দনি। ঐ লৈবমদ্রবদি অসি থোক্লমলোইদর্বনি। সংসাবদা ঐনা মফৎত্রে ॥৬৫॥ মিংচৎচাউবী ঈমা গান্ধাবীনা অদগা পাবুং মহাবাজ ধৃতবাষ্ট্রনা হেক্ চাদ্রি থক্রি মথৈ ঐসু কবিমত চাবোই ॥৬৬॥ বৈশম্পাযননা হায ঃ মহাবাজ ! জনমেজয ! অসুম্না হাযবগা ধর্মবাজ যুধিষ্ঠিবনা ঈংলবা ঈশিংনা ধৃতবাষ্ট্রগী কোক্তা থবাব্ পান্দোমদা থীকই নাল্লি ॥৬৭॥ ধর্মবাজ যুধিষ্ঠিবগী মনম নুংশিনবা থোৎলবা খুৎ অদুনা মহৌষধ (ফববা হীদাক) অমগুম্না

তৈবা নান্‌বদা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র আস জ্ঞান খব খব তাবক্‌ই ।।৬৮।। ধৃতরাষ্ট্রনা তপ্প তপ্প অসুম্না হায়রকই ঃ থম্বাল মিৎতা তাবা ! পাণ্ডুনন্দন ! নংগী থোৎলবা নৌববা মনম্ নুংশিববা খুৎশা অদুনা ঈপাগী থবাক্ পাম্বোম্‌দা অমুক্ত নান্‌খো । ধর্ম নংনা শোক্‌পদা ঐগী প্রাণবায়ুসে হান্নগী মফম্‌দা হঞ্জিল্লক্‌পগুম্ তৌই ।।৬৯।। নিংথৌ ! ঐ নহাক্কী কোক্তা খুৎ অসি থাঙ্গৎতুনা নান্নিংঙি । নকোক্‌তো নম্নানিংঙি । পাম্বোম অনীসি থাংগত্তুনা ইপানা কোন্‌জনিংঙিদা ! যাবিদ্রেদকো । ধর্মমুর্ত্তি নংনা শোক্‌পদা ঈপা পূম্‌পেন্ পেন্‌খ্রে ।।৭০।। ঐ ঙবাং নহাল্ অমুক্তি খব চাপ্রবনি । ঐনা অমুক্ চার্বাক্রিবসে মর্বানি গুবে । কুরু শাগৈগী অথোইবা ! নংনা শোক্‌পা নানবদা ঐগী অবাম্ খৌবাংবা অমত লৈত্রে ।।৭১।। ঈবুংঙো ! নিংথৌ ! নঙোন্দা হন্না হন্না ঙাঙবাসিদা ঐ যাম্না বাবে । অদুনা ঐ বামনখিদুনা জ্ঞান তাদনা লৈরুবনি ।।৭২।। ঈবুংঙো ! নিংথৌ ঃ নংগী থোৎলবা ঈংলবা মনমনুংশিনবা খুৎ অদুনা নান্‌বা শোক্‌পা অমৃত খাকপগুম ঐঙোন্দা ওষ্ঠোক্লা নৃঙাইবা অমা পোক্‌ই ।।৭৩।। বৈশম্পায়ননা হায ঃ - মহারাজ ! জনমেজয় !- মপাবুং অহল ধৃতরাষ্ট্রগী রাসি তারদা যুধিষ্ঠিরনা যাম্না নুংশিনা মাগী থোৎল নৌববা খুৎশা অদুনা ধৃতরাষ্ট্রগী হক্‌চাংদা, পাম্বোম্‌দা, থবাক্তা, থোৎন নৌনা শূৎ শূৎ নাল্লি ।।৭৪।। অসুম্না নাল্লক্‌পদুদা হক্‌চাং অমুক্ তেক্‌খৎলক্লুনা, প্রাণবাযনা অমুক ঈনৌ নৌনা হুম্মকপদা পাম্বোম্ অনী থাংগৎলক্লুনা যুধিষ্ঠিরবু কোল্লি চুপ্লি । মকোকতা নান্দনা মনম নাম্মি ।।৭৫।। নুংশি নঙোল্লবা দশা অসি উবদা বিদুরনচিংবা লৈবির্বশিংদু খাম্না ঙম্‌দদুনা মপি তব, তব হাক্লা হাক্লা কপথোক্লবকই । বামনখিবদা খৌবিচবম্ কংমনখিদুনা মযামদু যুধিষ্ঠিরদা বা অমত হংগৎনা ঙাংবা ঙমখিদে ।।৭৬।। কালধর্মগী তত্ত্বব্ মুন্না খঙবী মশাগী অবাববু নম্‌থদুনা থম্লগা কপ্পবিবা মযামদা অসুম্না হায়রকই ঃ মযাম্না তৌবিবদু লাল্লে - তৌগনু - কপ্‌কনু । কপ্প লাউবনা কালগা গাত্রিবু খিংব যাবোই ।।৭৭।। কুন্তীনাচংবা কোনুংগী নুপী পূম্নমক্ক মমীৎ মমীত্তগী শিন্তবক্‌পা পিবাং ঈচেলন্ হিংজনা তৈথোক্লনা অবাবা মৈচাক পুঙমদনা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈর্নখি ।।৭৮।। ধৃতরাষ্ট্রনা অমুক্ যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রকই ঃ নিংথৌ ! ধর্মরাজ ! পীরো নযাথং । তপস্যাগীদমক্ নপাবু হবাউ হবাউ বিদায পীরো ।। ৭৯ । নিংথৌ ! ঐবু হন্না হন্না অমুক্ বা ঙাঙহল্লগনু । যাম্না রায ।।৮০।। অসুম্ হাযনা মখা ত্রানিংঙাই লৈতনা হাযদোবক্‌পসি তাবদা অদুক যাম্না মযামদু খাম্না ঙমদদুনা খোঞ্জেল্ থোক্লা বা-বা লাউনা তেংগানাওইনা কপ্‌খি । হাহাকার লাউর্নখি ।।৮১।। মপম্বৌ, মপাবুং অহল্ নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী মতম কুইনা চব হেল্লকপনা চোক্‌থববা, মাযথোং লাংশিল্লবা, মমায মাযথোং লাংশিল্লরুবা, শকদা উনশাতনা কূপ্পবা অবস্থাদা চবদা যাম্না লাঙতক্লনা অসুম্না যুধিষ্ঠিরনা হাযরকই ।।৮২-৮৩।। নিংথৌ অথোইবা ! লৈপাক শিংহাসনদা পামজদে । কুইনা হিংদুনা লৈবসু পাম্‌জদ্রে । অবোইবদা কবি তৌজৌ হাযবগে তাক্‌পিয়ু । তৌজগে ।।৮৪ নচাবু চানবিবর্বাদ ঐনা হংগৎচবির্বাস যাবিযু । খজিক্তুংর্তাদ হাননবা তৌবিযু । অদুগীতুংদা কবিতৌজদগে হাযবদ ঐ অমুক্ত খঞ্জগে ।।৮৫।। মাদু তাবদা ধৃতরাষ্ট্রনা হাযবকইঃ নংনা ঐবু বনদা চৎখিননবগী বিদায পীগদৌবা লৈববদি ঐ অদু মঙাযবে খবা চাবগে । অসিনি অবোইবা বা হাযবব্ ।।৮৬।। অসুম্ হাযর্নাবংঙ মতমসিদা সত্যবতীনন্দন ভগবান্ বেদব্যাস অসি কদোম্‌দগীনো হেক লাকই । যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হাযবকই ।।৮৭।।

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিকপর্বদা আশ্রমবাসপর্বগী ধৃতরাষ্ট্র নির্বেদ (বৈরাগ্য)গী অহুমগুবা অধ্যায লোইবে ।।**

০

# মণিপুরি মহাভারত

## চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

(ব্যাসগী বা তাবদা যুধিষ্ঠিরনা ধৃতরাষ্ট্রদা বন চৎখিনগী অনুমতি বিদায় পীবা)

## মরিশুবা অধ্যায়

ব্যাস উবাচ

যুধিষ্ঠির মহাবাহো যথাহ কুরুনন্দনঃ ।
ধৃতরাষ্ট্রো মহাতেজাস্তৎ কুরুষ্বাবিচারয়ন্ ।।১।।
অয়ংহি বৃদ্ধোনৃপতির্হতপুত্রো বিশেষতঃ ।
নেদং কৃচ্ছ্রং চিরতরং সহেদিতি মতিৰ্মম ।।২।।
গান্ধারী চ মহাভাগা প্রাজ্ঞা করুণবেদিনা ।
পুত্রশোকং মহারাজধৈর্যেণোদ্বহতে ভৃশম ।।৩।।
অহমপ্যেতদেব ত্বাং ব্রবীমি কুরু মে বচঃ ।
অনুজ্ঞাং লভতাং রাজা মা বৃথেহ মরিষ্যতি ।।৪।।
রাজর্ষীণাং হি সর্বেষামন্তে বনমুপাশ্রয়ঃ ।
রাজর্ষীণাং পুরাণামনুযাতুগতিং নৃপ ।। ৫।।

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্তঃ স তদা রাজা ব্যাসেনাদ্ভুতকর্মনা ।
প্রত্যুবাচ মহাতেজা ধর্মরাজো মহামুনিম ।। ৬।।
ভগবানেব নো মান্যো ভগবানেব নো গুরুঃ ।
ভগবানস্য রাজ্যস্য কুলস্য চ পরায়ণম ।।৭।।
অহংতুপুত্রো ভগবন পিতা রাজা গুরুশ্চ মে ।
নিদেশবর্ত্তী চ পিতুঃ পুত্রো ভবতি ধর্মতঃ ।।৮।।

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্তঃ স তং প্রাহ ব্যাসো বেদবিদাং বরঃ ।
যুধিষ্ঠিরং মহাতেজাঃ পুনরেব মহাকবিঃ ।।৯।।
এবমেতন্মহাবাহো যথা বদসি ভারত ।
রাজায়ং বৃদ্ধতাং প্রাপ্তঃ প্রমাণে পরমেস্থিতঃ ।।১০।।

মোঽয়েং ময়াভ্যনুজ্ঞাতস্ত্বয়া চ পৃথিবীপতিঃ।
করতো স্বমভিপ্রায়ং মাস্য বিঘ্নকরো ভব ॥১১॥
এষ এব পরো ধর্মো রাজর্ষীণাং যুধিষ্ঠির।
সমরে বা ভবেন্মৃত্যু বনে বা বিধিপূর্বকম্ ॥১২॥
পিত্রা তু তব রাজেন্দ্র পাণ্ডুনা পৃথিবীক্ষিতা।
শিষ্যবৃত্তে রাজয়ং গুরুবৎ পর্য্যুপাসিতঃ ॥১৩॥
ক্রতুভির্দক্ষিবদ্ভী রত্ন পর্বতশোভিতৈঃ।
মহদ্ভিরিষ্ট গৌর্ভুক্তা প্রজাশ্চ পরিপালিতাঃ ॥১৪॥
পুত্রসংস্থং চ বিপুলং রাজ্যং বিপ্রোষিতেত্বরি।
ত্রয়োদশসমা ভুক্তং দত্তং চ বিবিধং বসু ॥১৫॥
ত্বয়াচায়ং নরব্যাঘ্র গুরুশুশ্রূষরা নঘ।
অরাধিতঃ সুভৃত্যেন গান্ধারী চ যশস্বিনী ॥১৬॥
অনুজানীহি পিতরং সময়োঽস্য তপোবিধৌ।
ন মন্যুর্বিদ্যতে চাস্য সুসূক্ষ্মোঽপি যুধিষ্ঠির ॥১৭।'

বৈশম্পায়ন উবাচ

এতাবদুক্ত্বা বচনমলুমান্য চ পার্থিবম্।
তথাস্ত্বিতি চ তেনোক্তঃ কৌন্তেয়েন যযৌবনম্ ॥১৮॥
গতে ভগবতি ব্যাসো রাজা পাণ্ডুসুতস্তদা।
প্রোবাচ পিতরং বৃদ্ধং মন্দং মন্দমিবানতঃ ॥১৯॥
যদাহ ভগবান্ ব্যাসো যদাপি ভবতো মতম্।
যথাঽচ মহেষ্বাসঃ কৃপো বিদুর এবচ ॥২০॥
যুযুৎসুঃ সংজয়শ্চৈব তৎকর্ত্তাস্ম্যহমঞ্জসা।
সর্ব এবহি মান্যামে কুলস্যাহি হিতৈষিনঃ ॥২১॥
ইদং তু যাচে নৃপতে ত্বামহং শিরসানতঃ।
ক্রিয়তাং তাবদাহারস্ততো গচ্ছাশ্রমং প্রতি ॥২২॥

**ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি ব্যাসানুজ্ঞায়াং চতুর্থোঽধ্যায়ঃ ॥**

-ঃ-

ব্যাসনা হায় ঃ- মহাবাহু অকন্বা ! যুধিষ্ঠির ! কুরুশাগী়দা নুঙাইবা পীঙন্বা মহাতেজ লৈরবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়রিবসে, য়াও। অতৈ অমমুক্ খল্লনু ॥১॥ নিংথৌ অসি য়াম্না অহল্ ওইশিল্লকবনি। মচা মশূ

লোইনা মৃৎথ্রবনি। অদুনা ঐনা হায়রি ঃ- অহল্ অসিনা পুরিবা অৱাবসে মখা তানা অমুক্ চোম্বনা পুবা ঙম্খিনি হাযবা থাজদ্রে ॥২॥ মহারাজ ! যুধিষ্ঠির ! লাইবক্ ফরবী সতী গান্ধারীসে য়াম্না জ্ঞান লৈবী, তাইবং মীগী নুংশি নুংঙোন্বু অনুভব তৌবীনি। অদুমক্তনা অমত নত্তনা মচা চামাবু হাৎখিবগী অৱাববু খাঙ্দুনা লৈবা ঙম্লিবর্সিনি ॥৩॥ ঐগীসু লনাই ওইনা নঙোন্দা অমুক্ হায়রি ঃ- ঐনা হায়বা য়াঙ। নপাবুং অহল্ ওইরবা নিংথৌসিদা বন চৎখিনবগী অনুমতি (অয়াবা) অসি পিশ্রো। নত্রবদি সনা-লুপা মরক্, কোনুং মনুং অসিদা শিরবদি অরেম্বদা, অর্থ করিমত লৈতনা মৃত্যু ফংখিবা হায়বদু ওইরনি ॥৪॥

* টীকা ঃ- পোক্পা শিবা অনীসিগী মনুংদা পোক্পগীদি য়াম্না লাই। শিবনি খ্বাইদগী লুবদি। অর্থ লৈনা শিগদবনি। তাইবং মীনা অর্থ লৈনা শিবা ঙমবা পঙ্না য়াওদে। অরেম্বদা ব্যর্থ ওইনা শিখিবনা অয়াম্বনি। "জীব" ঐসি হন্দক্তি অদুগুম্বা দেহদা (হকচাংদা) চঙ্ঙুরগে। অসুম্না হায়না শিবা ঙমবসি পঙনা ঙম্নদে। শিঙম্ নাঙমদনা শিখিবনা অয়াম্বনি। জীবসিনা তীল্ কাঙ্গী দেহদা চঙখিগদ্রা হায়বসি শিঠ্রিঙৈদা খুক্উ শেন্গদবনি। অর্থ খঙনা অর্থ লৈনা শিগদবনি। (কালাচাঁদ)

মমাংঙৈদা রাজর্ষিশিংনা চৎনখিবা লম্বীদুদা চৎখিনবা অবসর (তাঞ্জা) সুবিধা অদু নংনা পিয়ু। রাজর্ষিশিংনা পুন্সিগী অরোইবা শরক্তা বনপ্রস্থ ওইদুনা বনদা চৎখিবা হায়বা নিয়মসে কায়হন্গনু। মসি কায়বা য়াদনা লৈরবা আশ্রয় লৌফম্ থোক্পা নিয়মনি ॥৫॥ বৈশম্পায়ন্না হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! খ্বাইনা ঙম্দবা অঙক্পা থবক্ ত তৌরবা বেদব্যাসনা অসুম্না হায়রক্লবদা তেজকল্লবা, ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা মহামুনি ব্যাসদা অসুম্না হায ঃ- ॥৬॥ ভগবান্ ! নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র কৌবসে ঐখোয়গীদি পিতানি, গুরুনি। মচা হায়বসিনা মমা মপাগী য়াথংগী মখাদা লৈরিবনি। অদুগুম্বা মচানা হঙ্গৎনা করম্না মপাদা য়াথং-অনুমতি পীগদৌরিবনো ? য়াথং পীবদি লায়রদনা, মীকূপ খুদিংগী ইকায় খুম্নফম, পূজাসেবা তৌননিংঙাই ওইদুনা লৈবনি। লৈপাক্ অসিগী অধার (তুংনফম) সু ওইদুনা লৈরিবনি ॥৭-৮॥ বৈশমপায়ন্না হায় ঃ নিংথৌ ! জনমেজয় ! বেদব্যাস, বেদগী অৱ পূম্বা খঙলবা ব্যাসনা যুধিষ্ঠিরনা হায়বসি তাবদা অমুক্হন্না হায়রকই ॥৯॥ মহাবাহু অকম্বা ভরতনন্দন ! নহাক্না হায়রিবদু য়াই- চুম্মি। অদুদা নপাবুং অসিদি মখা তানিঙাই লৈতনা অহল্ ওইশিল্লক্লেদো। অরোইবা য়াইহীগ্তা য়াতানবগী মতম্ ত ঙায়রবনি। নংনা ফনা নুংশি হায়দুনসু কম্না ঙম্মোইদো ॥১০॥ অদুনা ঐগী, অদুগা নহাক্কী অনুমতি লৌদুনা মনীং থুংহনখ্রসি। শুভ কর্ম অসিদা থিংবা তৌনদ্রে ॥১১॥ যুধিষ্ঠিব ! ক্ষত্রিয়গী ধর্ম হায়ববু মায়োক্লবা লান্দা থৱায় থাবা নত্রগা বনদা চৎখিদুনা তপস্যা তৌদুনা থৱায থাবা অসিতনা ওইগদৌবনি। শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা মৃত্যুদশাদা লৈখ্রসনু ॥১২॥ নিংথৌ ! নংবু পোক্পা নপাবুং পাণ্ডুদুনসু সেবা-পূজা তৌবম্বা নপল্ নিংথৌনি ॥১৩॥ সনামনিমুক্তা কয়া কয়ামনা চীংমুক্ চাউনা দানদক্ষিনা হ্পুনা যজ্ঞ কয়া তৌখ্রবনি। মতম্ কুইনা রাজভোগ চাদুনা লৈখ্রবনি। প্রজাশিংবু ধর্ম কায়দনা ঙাকশেন্দুনা লৈখ্রবনি ॥১৪॥ নখোয়না চহী তরাহুমদোই চুপ্পা বন চৎখ্রিঙৈদা লৈপাক্ সাসন পুদুনা লৈখ্রবনি। ধনমুদ্রা কয়া য়েম্বোক্তুনা প্রজাশিংবু পেল্হল্লখ্রবনি ॥১৫॥ নিংথৌ ! নং নশামক্লসু ননীং থুংনা ধৃতরাষ্ট্র-গান্ধারী অনীগী মপুং ফানা সেবা ফংজখ্রবনি ॥১৬॥ অদুনা মখা তারনু। নপাবুংদা অনুমতি (অয়াবা) পীখ্রো। তপস্যা তৌবগী মতম্ হেন্দোকখ্রগনি। নপাবুং অহল্ অসিগী থম্মোয়দা নঙোন্দা অশাউবা নুঙাইতবা করিমত্ত লৈতে ॥১৭॥ বৈশম্পায়ননা হায় :- নিংথৌ ! জনমেজয় ! মতৌ অসুম্না

ব্যাসনা যুধিষ্ঠিববু থেম্‌জিন্দুনা য়াহন্‌খি । ফবে অদু মঙাইরে য়াজবে হাযববদা ধৃতরাষ্ট্র অসি গান্ধাবীগা বনপ্রস্থান তৌখি ॥১৮॥ ভগবান ব্যাসনা চৎপ্রবা তুংদা, চৎলম্‌দাইদা যুধিষ্ঠিবনা ধৃতবাষ্ট্রদা অসুপ্না ভক্তিগা লোযননা তপ্প তপ্প হাযবকই : ॥১৯॥ পাবুং ! অনুমতিসে ভগবান্‌ ব্যাসনা পীবিখিবনি । ঐ মসিদা ফুম্‌বংনদুনা লৈজহৌববনিকো । অদুনা ঐ, মহা ধনুর্ধরী গুরু কৃপচার্য্য, বিদুব, যুযুৎসু, সংজযনাচিংবসিনা হাযবসিদা কবি কবিমত্ত য়েচ্চদ্রে । লৈবিবা মযাম্‌ অসিগী স্বীকাববু ঐনা ঙাক্‌পা তাবনি মযাম্‌সে ঐগীদি মাননীয় মক্তনি ॥২০-২১॥ অদুবু পাবুং নিংথৌ ! অবোইবা ওইনা ঐনা নিজরিবসিতদি যাবিবম্মু । খিত্তং হাননবা তৌবিযু । অদুগা লেঙবিখ্রো ॥২২॥

**মফম্‌ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমিকপর্বদা আশ্রমবাস পর্বদা ব্যাসানুজ্ঞাগী মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ

(ধৃতরাষ্ট্রনা যুধিষ্ঠিরদা রাজনিতি তাক্লমবা)

### মঙাশুবা আধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ
তেতো রাজ্ঞভ্যনুজ্ঞাতো ধৃতরাষ্ট্রঃ প্রতাপবান্।
যযৌ স্বভবনং রাজা গান্ধার্য্যানুগতস্তদা ।।১।।
মন্দপ্রাণগতির্ধীমান্ কৃচ্ছ্রাদিব সমুদ্বহন্।
পদাতিঃস মহীপালো জীর্ণো গজপতি যথা ।।২।।
তমন্বগচ্ছৎ বিদুরো বিদ্বান্ সূতশ্চসংজয়ঃ।
স চাপি পরমেষ্বাসঃ কৃপঃ শারদ্বতস্তথা ।।৩।।
মপ্রবিগ্য গৃহংরাজন্ কৃতপূর্বাহ্ণিকক্রিয়ঃ।
তর্পায়িত্বা দ্বিজশ্রেষ্ঠানাহারমকরোৎতদা ।।৪।।
গান্ধারী চৈব ধর্মজ্ঞা কুন্ত্যমহ মনস্বিনী।
বধূভিরুপচারেণ পূজিতাভুঙ্‌ক্ত ভাবত ।।৫।।
কৃতাহাবং কৃতাহারাঃ সর্বেতেবিদুরাদয়ঃ।
পাণ্ডবাশ্চ কুরুশেষ্ঠমুপাতিষ্ঠন্ত তংনৃপম্ ।।৬।।
ততোঽব্রবীন্মহাবাজ কুন্তীপুত্রমুপহবরে।
নিষন্নং পাণিনা পৃষ্ঠেসংস্পৃশন্নম্বিকাসুত ঃ ।।৭।।
অপ্রমাদস্ত্বয়া কার্য্যঃ সর্বথা কুরুনন্দন।
অষ্টাঙ্গে নবশার্দূল রাজ্যে ধর্মপুরস্কৃতে ।।৮।।
তত্তু শক্যং মহারাজ রক্ষিতুং পাণ্ডুনন্দন।
রাজ্যং ধর্মেণ কৌন্তিয় বিদ্বানসি নিবোধতৎ ।।৯।।
বিদ্যাবৃদ্ধান্ সদৈব ত্বমুপামীথা যুধিষ্ঠির।
শৃণুয়াস্তে চ যৎ ব্রূয়ুঃ কুর্যাশ্চৈবাবিচারযন্ ।।১০।।
প্রাতরুত্থায় তান্ রাজন্ পূজায়িত্বা যথাবিধি।
কৃত্যকালে সমুপন্নে পৃচ্ছেথাঃ কার্য্যমাত্মনঃ ।।১১।।
তেতু সম্মনিতা রাজংস্ত্বয়া কার্য্যহিতার্থিনা।

আরণ্যকং মহারাজ ব্যাসস্যানুমতে তদা ॥১৩॥
এবং সতপসা রাজান্ ধৃতরাষ্ট্রো মহামনাঃ।
যোজযামাস চাত্মানং তাংশ্চাপ্যনুচবাংস্তদা ॥১৪॥
তথৈব দেবী গান্ধারী বল্কলাজিনধারিণী।
কুন্ত্যাসহ মহারাজ সমানব্রতচারিণী ॥১৫॥
কর্মণা মনসা বাচা চক্ষুষা চৈব তে নৃপ।
সংনিয়যোন্দ্রিয়গ্রাসমাস্থিতে পরমং তপঃ ॥১৬॥
ত্বগস্থিভূতঃ পরিশুষ্কমাংসো জটাজিনী বল্কলসংকৃতাঙ্গঃ।
স পার্থিবস্তত্র তপশ্চচার মহর্ষিবত্তীব্র মপেতমোহঃ ॥১৭॥
ক্ষত্তাচ ধর্মার্থবিদগ্র্যবুদ্ধিঃ সসংজয়স্তং নৃপতিংসদারম্।
উপাচরৎ ঘোরতপো জিতাত্মা দতা কৃশো বল্কলচীরবসেঃ ॥১৮॥

**ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতয়াং বৈয়াসিক্যাশ্রমবাসিকে আশ্রমবাসপর্বনি শতযূপাশ্রমনিবাসে একোনবিংশোঽধ্যায়ঃ।**

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- জনমেজয়! অদুগী তুংদা নীনি চন্বদা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা বিদুরনা হায়বগী মতুংইন্না পুণ্যাত্মা ওইবশিংনা লৈবদা মতিক্ চাবা ভাগীরথগী আশ্রম্ শেমদুনা লৈখি ॥১॥ ভরতশ্রেষ্ঠ মহাবাহু! বনবাসী ব্রাহ্মণশিং ক্ষত্রিয়-বৈশ্য শূদ্রশিংনা পূলপ্পা লাক্তুনা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগা উনবা লাক্খি ॥২॥ ইকোয কোযনা ফম্থরিবা মখোয়দা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা ৱারী-ৱাতাই শান্নখি। মখোয়বু লোইনা পেলহল্লগা শিষ্যশিংগা লোয়ননা ব্রাহ্মণশিংদু চৎখিননবা বিদায় তৌখি ॥৩॥ অদুগী তুংদা সায়ং কালদা নিংথৌনা অদগা মিংচৎ চাউবী সতী গান্ধারীগা অনীনা গঙ্গাজীদা কুম্থদুনা স্নান তৌই ॥৪॥ ভরতনন্দন নিংথৌ! বিদুরনাচিংবা নিপাশিংনা তোঙান-তোঙান্বা ঘাট তা কুম্থদুনা স্নান তৌরগা সন্ধ্যা উপাসনাচিংবা থবক্ পূম্বা লোইখি ॥৫॥ স্নানর্নাচিংবা থবক্ পূম্বা লোইববা তুংদা অহল্ ওইরা মতৈহল্ ধৃতরাষ্ট্রবু অদুগা গান্ধারীবু কুন্তীনা গঙ্গাগী মপান তম্না পূবক্ই ॥৬॥ মফম্দুদা যজ্ঞ তৌহন্নবা ব্রাহ্মণশিংনা বেদী শেম্মি। অগ্নিস্থাপনা তৌদুনা (মৈ থাগত্তুনা) সত্যপ্রতিজ্ঞা (ৱাশক চেৎলবা) নিংথৌনা অগ্নিহোত্র তৌখি ॥৭॥ অসুম্না নিত্যকর্ম লোইদুনা অহল্ ওইরবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা ইন্দ্রিয় পূম্বা খুদুম্ চন্দুনা নিয়মবিধি কায়দনা সেবকশিংদুগা লোয়ননা লাক্তুনা কুরুক্ষেত্র য়ৌরক্ই ॥৮॥ মফম্ অদুদা বুদ্ধিমান ওইববা নিংথৌনা মফম্ অদুদা লৈবা রাজর্ষি শতযূপ হায়বদুগা উন্নখি ॥৯॥ হায়রিবা রাজর্ষি অসি মতম্ অমদা কেকয়দেশগী নিংথৌ ওইরম্বনি। মহাক্সু মচাদা সিংহাসন শিন্নরম্লগা। বনবাসি ওইদুনা লৈবনি ॥১০॥ নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা মহাক্না লোইননা ব্যাস আশ্রমদা চংখি। মফম্ অদুদা নিংথৌনা বিধি কায়দনা বেদব্যাসগী পূজা তৌখি ॥১১॥ অদুগী তুংদা ধৃতরাষ্ট্রনা বনবাসগী দিক্ষা তৌরগা শতযূপগী আশ্রমদা হল্লক্খি। মফম্ অদুদা চনিং তানা বাস তৌখি ॥১২॥ মহারাজ! জনমেজয়!

মফম্ অদুদা বুদ্ধিমান ওইরবা শতযূপনা ব্যাসগী য়াথংদগী ধৃতরাষ্ট্রনা লৈননবা বাধ কায়দনা শেম্ শাখি ।।১৩।। নিংথৌ ! মতৌ অসুম্না মহাজ্ঞনী ওইরবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা লোয়নবশিং অদুবুসু মাগী মাগী লৈফম্দা তপস্যা তৌহন্খি ।।১৪।। উকু শেংপী জটাপূরবী শজীমউন শেংপী গান্ধারীসু মপুরোয়বা ধৃতবাষ্ট্রগা চপ্ মান্ননা তপস্যা তৌদুনা লৈখি ।।১৫।। নিংথৌ ! কুন্তী গান্ধারী অনীসি ইন্দ্রিয় পুম্বা খুদুম্ চন্দুনা তপস্যাদা পূক্লীং চঙ্না লৈখি ।।১৬।। নিংথৌ ধৃতবাষ্ট্রগী হক্চাংদু শকদা উনশাতনা কুপ্পুনা লৈখ্রে, মকোক্তা জটা পুই । শজী মউল ৱাকু ৱাকুনা মশাগী ফিজোল্ ওইখি । মহা মহর্ষি অমগুম্না মমিং উইশিন্দুনা তপস্যা তৌখি । সংসারগী কাম ক্রোধ লোভ পুম্নমক্কুদগী লাম্থোক্খি ।।১৭।। অর্থ অর্থ পুম্বগী তত্ত্ব খঙলবা বিদুবসু সংজযগা লোযননা উকু শেং জটাপুদুনা গান্ধাবী ধৃতরাষ্ট্র অনীগা চপ্ মান্ননা তপস্বী ওইনা ধৃতরাষ্ট্রগী সেবাবু গুরুগুম্ পূজা তৌদুনা লৈখি । মখোয অনীসু পুক্লীং ইন্দ্রিযবু ফাজিন্দুনা তপস্যাদা লুপ্পুনা লৈখি ।।১৮।।

**মফম্ অসিদা শ্রীমহাভরতদা শ্লোক লিশিং চামানা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিক পর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা শতযূপশ্রমনিবাসগী তবামাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ।।**

-০-

# মণিপুরি মহাভারত

## বিংশোঽধ্যায়ঃ

(নারদনা মমাঙৗেদা রাজর্ষিশিংসিনা সিদ্ধি ফংনবা লম্বীদু উদাহারণ ওইনা লীবা। শতযূপনা হুংবদগী ধৃতরাষ্ট্রনা ফংখিদবা ধামগী বর্ণন তৌবা)

### কুনশুবা অধ্যায়ঃ

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততস্তত্র মুনিশ্রেষ্ঠা রাজানং দ্রষ্টুমভ্যয়ুঃ।
নারদঃ পার্বতশ্চ দেবলশ্চ মহাতপাঃ ॥১॥
দ্বৈপায়নঃ সশিষ্যশ্চ সিদ্ধাশ্চান্যে মনীষিণঃ।
শতযূপশ্চ রাজর্ষিবৃদ্ধঃ পরমধার্মিকঃ ॥২॥
তেষাং কুন্তী মহারাজ পূজাং চক্রে যথাবিধি।
তে চাপি তুতুষুস্তুল্যাস্তপসাঃ পরিচর্যয়া ॥৩॥
তত্র ধর্ম্যাঃ কথাস্তাত চক্রুস্তে পরমর্ষয়ঃ।
রসয়ন্তো মহাত্মনং ধৃতরাষ্ট্রং জনাধিপম্ ॥৪॥
কথান্তরে তু কস্মিংশ্চিৎ দেবর্ষির্নারদস্ততঃ।
কথামিমামকথয়ৎ সর্বপ্রত্যক্ষদর্শিবান্ ॥৫॥

নারদ উবাচ

কেকয়াধিপতিঃ শ্রীমান্ রাজাঽসদীকুতোভয়ঃ।
সহস্রচিত্য ইত্যুক্তঃ শতযূপপিতামহঃ ॥৬॥
সপুত্রে রাজ্যমাসজ্য জ্যেষ্ঠে পরধার্মিকে।
সহস্রচিত্যো ধর্মাত্মা প্ররিবেশ বনংপুনঃ ॥৭॥
সগত্বা তপসঃ পারং দীপ্তস্য বসুধাধিপঃ।
পুরংদরস্য সংস্থানং প্রতিপেদে মহাদ্যুতিঃ ॥৮॥
দৃষ্টপূর্বঃ স বহুশো রাজন্ সম্পতা ময়া।
মহেন্দ্রসদনে রাজা তপসা দগ্ধকিল্বিষঃ ॥৯॥
তথা শৈলালয়ো রাজা ভগদত্তপিতামহঃ।
তপোবলেনৈব নৃপো মহেন্দ্রসদনং গতঃ ॥১০॥
তথা পৃষধো রাজাঽসীৎ রাজন্ বজ্রধরোপমঃ।
স চাপি তপস্য লেভে নাকপৃষ্ঠমিতোগতঃ ॥১১॥
অস্মিন্নরন্যে নৃপতে মান্ধাতুরপিচাত্মজঃ।
পুরুকুৎসো নৃপঃ সিদ্ধিং মহতীং সমবাপ্তবান্ ॥১২॥

ভার্য্যা সমভবৎ যস্য নর্মদা সরিদা বরা।
সোঽস্মিন্নিরন্যে নৃপতিস্তপংতপ্ত্বা দিবংগতঃ ॥১৩॥
শতলোযাচ রাজাঽসী রাজন্ পরমধার্মিকঃ।
সম্যগস্মিন্ বনেতপ্ত্বা ততো দিবমবাপ্তবান্ ॥১৪॥
দ্বৈপায়ন প্রসাদাচ্চ ত্বমপীদং তপোবনম্।
রাজন্নবাপ্য দুষ্প্রাপাং গতিমগ্র্যাং গমিষ্যসি ॥১৫॥
ত্বং চাপিরাজশার্দূল তপসোঽন্তে শ্রিয়া কৃত্তঃ।
গান্ধারীসহিতোগন্তা গতিং তেষাং মহাত্মনাম্ ॥১৬॥
পাণ্ডু স্মরতি তে নিত্যং বলহন্তুঃ সমীপগঃ।
ত্বাং সদৈব মহারাজ শ্রেযসা স চ যোক্ষ্যতি ॥১৭॥
তব শুশ্রূষয়া চৈব গান্ধার্য্যাশ্চ যশস্বিনী।
ভর্তুঃ সলোকতাসেষা গমিষ্যতি বধূস্তব ॥১৮॥
যুধিষ্ঠিরস্য জননী স হি ধর্মঃ সনাতনঃ।
বয়মেতৎ প্রপশ্যামো নৃপতে দিব্যচক্ষুষা ॥১৯॥
প্রবেক্ষ্যতি মহাতম্মনং বিদুরশ্চ যুধিষ্ঠিরম্।
সজয়স্তদনুধ্যানাদিতঃ স্বর্গমবাপ্স্যতি ॥২০॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

এতচ্ছ্রুত্বা কৌরবেন্দ্রো মহাত্মা সার্ধংপত্ন্যা প্রীতিমানসম্বভূব।
বিদ্বান্ বাক্যাং নারদস্য প্রশস্য চক্রেপূজাং চাতুলাং নারদায় ॥২১॥
ততঃ সর্বেনারদং বিপ্রিসিংঘাঃ সম্পূজয়ামাসুরতীবরাজন্।
রাজ্ঞঃ প্রীত্যা ধৃতরাষ্ট্রস্য তে বৈ পূনঃ পূনঃ সম্প্রহৃষ্টস্তদানীম্ ॥২২॥
নারদস্য তুতদ্বাক্যংশশংসুর্দ্বিজসত্তমাঃ।
শতমূপস্তু রাজর্ষির্নারদং বাক্যমব্রবীৎ ॥২৩॥
অহো ভগবতাশ্রদ্ধা কুরুরাজস্যবর্ধিতা।
সর্ববৃতান্ততত্বজ্ঞো ভবান্ দিব্যেন চক্ষুষা।
যুক্তঃ পশ্যসি দেবর্ষে গতির্যা বিবিধা নৃনাম্ ॥২৬॥
উক্তবান্ নৃপতীনাং ত্বং মহেন্দ্রেস্য সলোকতাম্।
নত্বস্য নৃপতের্লোকাঃ কথিতস্তে মহামুনে ॥২৭॥
স্থানমপ্যস্য নৃপতেঃ শ্রোতুমিচ্ছাম্যহং বিভো।
ত্বত্তঃকীদৃক্ নারদস্তেন বাক্যাং সর্বমনোনুগম্।
ব্যাজহার সভমধ্যে দিব্যদর্শী মহাতপাঃ ॥২৯॥

নারদ উবাচ

যদৃচ্ছয়া শক্রমদোগত্বাশক্রংশচীপতিম্ ।
দৃষ্টবানস্মি রাজর্ষে তত্র পাণ্ডুং নরাধিপম্ ॥৩০॥
তত্রেয়ং ধৃতরাষ্ট্রস্য কথা সমভবন্নৃপ ।
তপসো দুষ্করয্যাস্য যদয়ং তপতে নৃপঃ ॥৩১॥
তত্রাহমিদমশৌষং শক্রস্য বদতঃ স্বয়ম্ ।
বর্ষানি ত্রীণি শিষ্টানি রাজ্ঞোঽস্য পরমায়ুষ ॥৩২॥
ততঃ কবেরভবনং গান্ধারীমহিতোনপঃ ।
প্রযাতা ধৃতরাষ্ট্রোঽযং রাজারাজাভিমৎ কৃতঃ ॥৩৩॥
কামগেন বিমানেন দিব্যাভরণভূষিতঃ ।
ঋষিপুত্রো মহাভাগস্তপস্য দগ্ধকিল্বিষঃ ॥৩৪॥
সংচরিষ্যতি লোকাংশ্চ দেবগন্ধর্বরক্ষনাম্ ।
স্বচ্ছন্দেনেতি ধর্মাত্মা যন্মাং ত্বমনুপৃচ্ছসি ॥৩৫॥
দেবগুহ্যমিদংপ্রীত্যা ময়া বঃ কথিতংমহৎ ।
ভবন্তোহি শ্রুতধনাস্তপসা দগ্ধকিল্বিষাঃ ॥৩৬॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইতি তে তস্য তচ্ছ্রুত্বা দেবর্ষেমধুরং বচঃ ।
সর্বে সুমনসঃ প্রীতা বভূবুঃসচ পার্থিবঃ ॥৩৭॥
এবং কথাভিরন্বাস্য ধৃতরাষ্ট্রং মনীষিনঃ ।
বিপ্রজগ্মযর্থকামং তে গতিমাস্থিতাঃ ॥৩৮॥

ইতি শ্রীমহাভরতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে আশ্রমবাসপর্বনি নারদবাক্যে বিংশোঽধ্যায়ঃ ॥

-ঃ-

বৈশম্পায়ন হায় ঃ নিংথৌ ! জনমেজয় ! অদুগী তুংদা, মফম্ অদুদা, ধৃতরাষ্ট্রবু উনরুবগে হায়বগী দমক্ নারদ, পর্বত, মহাতপস্বী, দেবল, শিষ্যশিংগা লোয়নবা বেদব্যাস, অদুগা সি নত্তবা অতোপ অতোপ্পা সিদ্ধপুরুষ, জ্ঞানী অথোইবা মীশিং লাক্খি ॥১-২॥ মহারাজ ! জনমেজয় ! কুন্তী দেবীনা লাক্লিবশিংদুগী মতীক্ চানা বিধি কায়দনা সেবা পূজা তৌখি । কুন্তীগী সেবা, পূজাদুদা মহর্ষিশিংদু ওন্থোক্লা পেন্খি ॥৩॥ মহার্ষিশিংদুনা মহাত্মা ধৃতরাষ্ট্রদা মহাক্লা তৌরিবা তপস্যাদুদা পুক্লীং তৌথখিনবা ৱারীশিং মথং মথং লীরক্ই ॥৪॥ মখোয়দুগী মনুংদা ভূত-ভর্বিষৎ-বর্তমান পুম্বা দিব্যদৃষ্টি না লোইনা উবা নারদনা ৱারী মথং মথং লীখি ॥৫॥ নারদনা হায় ঃ- নিংথৌ ! মমাঙৈদা সহস্রচিত্য কৌবা তেজ কল্লবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী । মহাক

কেকয়দেশগী প্রজাপুম্নমকপু সুখশান্তিগা লোয়ননা পালন্ তৌদুনা লৈরম্মী। মহাক্ কনাগুম্বা অমতবু কিরম্দে। হৌজিক্ ঐখোয়গী মরক্তা লৈরিবা সতযূপ নিংথৌসে, অসিগী মবুথৌনি - পিতামহনি ॥৬॥ ধর্ম চেল্লবা নিংথৌ সহস্রচিত্য হায়বদুনা মচা অহল্দা রাজসিংহাসন শিনরম্লগা তপস্যা তৌগে হায়দুনা বনসিমক্তদা লাক্লুনা লৈখি ॥৭॥ তেজ কল্লবা নিংথৌদুন মহাক্কী অকন্বা তপস্যাশক্তিনা ইন্দ্রলোকপু ফংখি ॥৮॥ তপস্যানা পাপ পূম্বা ভস্ম ওইনা মাগুহল্লম্লগা মহাক্তা ইন্দ্রপুরদা চংপদো ঐনা তোয়না থেংনখি তোয়না উনখি ॥৯॥ মতৌ অসুম্না ভগদত্ত মবুথৌ শৈলালয় হায়বদুসু মফম্ অসিদা তপস্যা তৌরম্লগা স্বর্গ কাখি ॥১০॥ মহারাজ ! নিংথৌ পৃষধ্র হায়বদুসু মফম্সিদা তপস্যা তৌখি। মহাক অদু বজ্রধারী ইন্দ্রমক্তা মান্নবা মরিল মথৌনা লৈবা নিংথৌ অমা ওইখিবনি। তপস্যাগী শক্তিনা স্বর্গ কাখি ॥১১॥ নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র ! মান্ধাতাগী মচা পুরুকুৎস হায়বদুসু তুবেল নর্মদাদেবীনা মহাক্কী লোয়নবী ওইবা বনসিমক্তদা তপস্যা তৌরম্লগা সিদ্ধি ফংদুনা স্বর্গধাম যৌখি ॥১২ ১৩॥ নিংথৌ ! ধর্মত্মা ওইরবা শশলোমা হায়বদুসু মফম্সিদা তপস্যা তৌবম্লগা চঙনা স্বর্গ কাখি ॥১৪॥ নিংথৌ ! নহাকসু ব্যাসকী কৃপাদগী তপবনসিমক্তদা থুংলরে। মফম্ অসিদা তপস্যা তৌরগা সিদ্ধ পুরুষ অমা ওইনা স্বর্গ কারুরনি ॥১৫॥ নিংথৌ ! মফম্সিদা অকন্বা তপস্যা তৌবম্লগা নংগী লোয়নবী গান্ধারীগা লোযননা সিদ্ধি ফংদুনা স্বর্গ ফংঙুরনি ॥১৬॥ নিংথৌ ! নংগী ননাও নিংথৌ পাণ্ডুদু দিব্যশরীর পুদুনা ইন্দ্রগী নাক্তা হৌজিক লৈহৌরি। মাগা লোযননা মহামঙ্গলগী মশক ওইবা পূণ্য ধাম অদুদা লৈমিন্নকরনি ॥১৭॥ নহাক্তা গান্ধারীগা অনীগী সেবা পূজাদা পুক্নীং চঙবী, যুধিষ্ঠিরজনানা কুন্তী অসি পাতলোকতা মহাক্কী পতি পাণ্ডুগা লৈমিন্নকরনি। মচা যুধিষ্ঠির হায়বদো ধর্মমক্কী মূর্তিনি। অদুগুম্বা মাপা মমা সত্রীসিনা স্বর্গ কাখিনসিদা করিমত্ত চিংনানিঙায় লৈতে ॥১৮॥ নিংথৌ ! মসি পুম্নমক অসে ঐনা ঐগী দিব্যদৃষ্টিনা উবনি। বিদুরনা (বিদুরগী আত্মানা) মহাত্মা যুধিষ্ঠিরগী তকচাংদা চঙখিগনি। অদুগা সংজয়সেনা বিদুরতরু খন্দুনা ধ্যান তপস্যা তৌবনা চঙনা স্বর্গ অদুম যৌখ্রগনি ॥১৯ ২০॥ বৈশম্পায়ন হায় :  নিংথৌ ! জনমেজয় ! নারদকী মচীন্দুদগী ৱাস তাবদা নিংথৌ ওয়ায়োক্লা হবা [illegible]। গান্ধারীগা মখোয় অনীমসি ওয়ায়োক্লা পেনখি। নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা নারদকী পূজাবু ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়নন তৌখি ॥২১॥ নিংথৌ ! জনমেজয় ! মুনি ঋষিশিংদুনা দেবর্ষি নারদকী বিশেষ ওইনা সেব পম্বা [illegible] ধৃতরাষ্ট্রনা হরাও নুঙাইনা লৈবদু উবদা ময়াম্ অদু ওয়ায়োক্লা নুঙাইখি ॥২২॥ নারদনা লীখিবা নিংথৌকনা তপস্যা অদুগা তুংদা থোক্লকপবা পুম্বা লীবদুদা ময়ামদুনা নারদবু হয় হয়া থাগৎখি অদুগা রাজর্ষি শতযূপনা অসুম্না হায়রক্ই :- ॥২৩॥ মহাজ্ঞানী মহাতেজস্বী দেবর্ষি ! ময়াম্ অসিবু নুঙাইহন্খিবগা লোয়ননা শতযূপ তৌবা ঐবুসু অমুক্ হেন্না তপস্যা তৌননবা উৎসাহ পীবিবে ॥২৪॥ লোক পুম্নমক্তা পূজা তৌনবা [illegible] ঐনা খঙনিংবা অমত্তুংগা লৈরি। তাবীয়ু। ব্রহ্মর্ষি ! নহাকসে খোকত্তনা, থোক্কদৌবা বিষযপুম্নবু তঙনা লোযননা খঙবিবিবনি। দিব্যদৃষ্টিতনা তাইবং মীগী খুদংগী অবোইবা গাতদু প্রত্যক্ষ ওইনা উবিনি ॥২৫ ২৬॥ মহামুনি ! মমাঙৈগী নিংথৌশিংনা ফংখিবা ধাম-গতি পুম্নমক্তদি হাযাবরে। মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রনা ফংঙুগদবা লোক, গতি, ধাম অসি কবম্বা গতি ধামনো ?॥২৭॥ নিংথৌসিনা ফঙুগদৌরিবা গতিদু ঐখোয় তাজনিংঙি। মাদু ঐঙোন্দা তাহন্বিয়ু। ॥২৮॥ শতযূপনা হায়রক্পা ৱাসি তাবদা নারদনা ময়াম্বু নুঙাইহন্নবা অসুম্না হায়রক্ই ॥২৯॥ রাজর্ষি ! শাতযূপ ! নোংমা ঐনা ইন্দ্রলোকতা হঙৎ-হন্দা অসুম চৎলিঙৈদা শচীনা ইন্দ্রদা হংখিবদো ঐনা তাহৌই অদুগা পাণ্ডুবুসু উখি ॥৩০॥ ইন্দ্রলোক অদুদা ধৃতরাষ্ট্রনা মর্ত্ত লোকতা

তৌরিবা তপস্যা অসিগী মরম্‌দা গুণ্ডনরম্মি ।।৩১।। ইন্দ্রনা মাগী মচীনমক্না হায়বদু ঐনা তাহৌই। ধৃতরাষ্ট্রগী পূর্ণায়ুসি লোইশিলক্লে । অদুবু চহী অহুম্‌দি ৱাৎলি ।।৩২।। চহী অহুম্‌সি ফাওবদি তপস্যা তৌরগা মহাক্ গান্ধারীগা লোয়ননা কুবেরগী লোকতা চৎকনি। মফম্ অদুদা রাজাধিরাজ কুবেরগী মফম্‌দগী সন্মান ফংদুনা মশামথন্তনা চৎনিং-য়ৌনিংবা মফম্‌দা চৎপ্তম্ পাইওন্না বিসামথক্তা তোংদুনা, দেবলোক্কী নিংথিজরবা ফিজোন্না লৈতেংলবা অমা ওইদুনা দেবগন্ধর্ব কিন্নর রাক্ষমনচিংবগী লোকতা কোয়চৎ চত্তুনা লৈগনি। ঋষিগী মচা ধর্মত্মা ওইরবা ধৃতরাষ্ট্রগী পাপশিংদু মহাক্না তৌখিবা তপস্যাগী মহৈনা লোইনা কোক্‌খিগনি। অদুনা নংনা হংবদুগী মতুংইন্না ঐনা খুম্মিবসিনি ।।৩৩-৩৫।। মসি দেবতাশিংদুগী য়ান্না অরোম্বা বার্ত্তালাপনি। অদুবু ঐনা লোইনা তমথোক্লবসিনি। ময়াম্ লৈবিরিবাপুম্বা ! নখোয়দি বেদজ্ঞমক্তনিনা, পাপসী শরুক অমফাও য়াওদ্রবনি, লোইনা তেংনা হায়দোক্লবনি । অরোম্বা অথুপ্পা হায়দোকপসে নখোয়গুম্বগী মফম্‌দদি করিমত্তা দোষ লৈতে ।।৩৬।।

বৈশম্পায়ন না হায় ! নিংথৌ ! জনমেজয় ! দেবর্ষি নারদগী ৱাসি তাবদা ময়াম্‌দু অদুগা ধৃতরাষ্ট্রসু ওহোক্লা নুংঙাই হৱাউজখি ।।৩৭।। মতৌ অসুম্না মহর্ষি রাজর্ষিশিংদু ৱারী ময়ামসিনা ধৃতরাষ্ট্র পেলহল্লম্লগা মাগী মাগী আশ্রমদা চৎনখি ।।৩৮।।

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামানা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিক পর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা নারদ বাক্যাগী কুনশুবা অধ্যায় লোইরে।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## একবিংশোঽধ্যায়ঃ

### (ধৃতরাষ্ট্রনচিংবগীদমক্ পাণ্ডবশিং পুরবাসীশিংগী চিন্তা)

### কুন্মাথোইশুবা অধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ

বনং গতে কৌরবেন্দ্রে দুঃখশোকসমন্বিতাঃ ।
বভূবুঃ পাণ্ডবা রাজন্ মাতৃশোকেনচান্বিতাঃ ।।১।।
তথাপৌরজনঃ সর্বঃ শোচন্নাস্তে জনধিপম্ ।
কুর্বানাশ্চ কথাস্তত্র ব্রাহ্মণানৃপতিং প্রতি ।।২।।
কথং নু বাজা বৃদ্ধঃ স বনে বসতি নির্জনে ।
গান্ধারি চ মহাভাগা সা চ কুন্তী পৃথা কথম্ ।।৩।।
সুখার্হঃ স হি রাজর্ষিবসুখী তৎবনংমহৎ ।
কিমবস্থঃ সমাসাদ্য প্রজ্ঞাচক্ষুর্হতাত্মজঃ ।।৪।।
সুদুষ্কতং কৃতবতী কুন্তী পুত্রানপশ্যতী ।
রাজশ্রিয়ং পবিত্যজ্য বনং সা সমবোচয়ৎ ।।৫।।
বিদুবঃ কিমবস্থশ্চ ভ্রাতুঃ শুশ্রুষুরাত্মবান্ ।
স চ গাবল্গনির্ধীমান্ ভর্ত্তপিণ্ডানুপালকঃ ।।৬।।
আকুমাবং চ পৌবাস্তে চিন্তাশোকসমাহতাঃ ।
তত্র তত্র কথাশ্চক্রুঃ সমাসাদ্য পবস্পবম্ ।।৭।।
পাণ্ডবাশ্চৈব তে সর্বে ভৃশং শোকপবায়নাঃ ।
শোচন্তো মাতবং বৃদ্ধামূষুনাতিচিরং পবে ।।৮।।
তথৈব বৃদ্ধং পিতরং হতপুত্রং জনেশ্বরম্ ।
গান্ধাবীং চ মহাভাগাং বিদুবং চ মহামতিম্ ।।৯।।
নৈষাং বভুব সম্প্রীতিস্তান্ বিচিন্তয়তাং তদা ।
নরাজ্যে ন চ নারীষু ন বেদাধ্যয়নেষু চ ।।১০।।
পরং নির্বেদমগমংশ্চিন্তয়ন্তো নরাধিপম্ ।
তং চ জ্ঞাতিবধং ঘোরংসংস্মবন্তঃ পুনঃ পুনঃ ।।১১।।
অভিমন্যোশ্চ বিনাশং বণমূর্ধনি ।
কর্ণস্য চ মহাবাহো সংগ্রামেষ্বপলায়িনঃ ।।১২।।
তথৈব দ্রৌপদেয়ানামন্যেষাং সুহৃদামপি ।
বধং সংস্মৃত্য তে বীরা নাতিপ্রমন্দসোঽভবন্ ।।১৩।।

হৃতপ্রবীরাং পৃথিবীং হৃতবত্নাং চ ভারত।
সদৈব চিন্তয়ন্তস্তে ন শর্ম চোপলেভিরে ।।১৪।।
দ্রৌপদী হৃতপুত্রাচ সুভদ্রা চৈব ভাবিনী।
নাতিপ্রীতিযুতে দেব্যৌতদাহস্তামপ্রহৃষ্টবেৎ ।।১৫।।
বৈবাট্যাস্তনয়ং দৃষ্ট্বা পিতবং তে পবিক্ষিতম্।
ধাবান্তি স্মতে প্রানাংস্তব পূর্বপিতামহাঃ ।।১৬।।

**ইতি শ্রীমহাভাবতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি একবিংশতিমোঽধ্যায়ঃ ।।**

-ঃ-

বৈশম্পযাননা হায ঃ-৮ মহাবাজ জনমেজয় ! কৌববববাজ ধৃতবাষ্ট্রনা বন চৎপ্রবা তুংদা পাণ্ডবশিংসে অবাবগী ঈপাক্তা লূপ্‌খি। মমা কুন্তী কাযনবগী অবাবা মৈচাকুনা মখোয়গী থম্মোযবু নোংম নোংমগী চাক্‌থেক্ক্রক্লি ।।১।। মতৌ অসুম্না পুববাসী প্রজাশিংসু ধৃতবাষ্ট্রবু খল্লুবদা অবাবগী ঈপাক্তা লূপ্তুনা লৈখি । ব্রাহ্মণজ্ঞানী পূম্নমক্ অহল্ ওইববা নিংথৌদুগী মবম্‌তদা ঙাওনদুনা লৈখি ।।২।। আঃ ! ওহোকর্পনি ! অহল ওইববা মমীৎ উদ্রবা নিংথৌদুনা হৌজিক্ বন অদুদা কবম্নবু লৈবিগবা ! পৃক্‌চেল চাউবী সতী গান্ধাবি, কুন্তীভোজগী মচানুপী পৃথা-কুন্তীনা হৌজিক্ কবম্না মতম্ লেল্লিগবা ! ।।৩।। মচামশূ তুম্না হাৎপ্রবা শিপ্রবা মমীৎ উদ্রবা বাজর্ষিনা বাজ্য সম্পত্তিগী ভোগবু তৌবগদবা মহাক্না শূক্লবা বনদা চাফম্ থক্‌ফম খঙ্‌দনা কবম হাযনবু মতম্ লেল্লিগবা ! ।।৪।। কুন্তীদেবীনা তৌপ্রিবা কর্মসে অমনা পাক্ ঙম্ফদ্রবা থর্বাক্লি । নুংশিববা মচাশিংবু অদুগা বাজ্যসম্পত্তিবু খোঙনা কাওথোক্লমদুনা বনবাসনা হেন্না ফৈ খন্দনা চৎখিবসে কনা ! ঙমগদবা থবক্নো ! ।।৫।। মযাম্নুং অহল্‌গী সেবাদা পুক্লীং চঙলবা বিদুব হৌজিক্ বনদা কবম্না লৈবিগদগে ! নিংথৌগী সেবাদা পুক্লীং চঙলবা সঞ্জয়না হৌজিক্ কবম তৌবিগদগে ।।৬।। অঙাং মচাদগী হৌনা অহল্ লমন্ প্রজা পূম্নমক্না মপৈ মপৈ চোল্লপ্ লোল্লপ ফমদুনা মপি তবং তবং চেন্না মাসিগী বাবীত শান্নদুনা লৈখি ।।৭।। পাণ্ডবশিংনা চাফম্ থকফম্ খঙদনা অবাবা ঈপাক্তা লূপ্তুনা লৈখি। মাতা হনুববী কুন্তীগী খল্লুবদা কোনুং মনুংদা লৈবদো মৈতাল অশাবদা ফমদুনা লৈবগা চপ্ মান্নপ্রে। নগব মনুংদা লৈনিংঙক্রে । লৈবা ঙম্মকত্রে ।।৮।। মচা লোযনা হাৎতোক্‌পিপ্রবা মপল্ নিংথৌ অহল্ ওইববা ধৃতবাষ্ট্রগী, গান্ধাবীগী, বিদুবগী খল্লুবদা পাণ্ডবশিংদো পোত্থাফম খঙক্রে। নিংথৌগী থবক্তা বাজ্যশাসন্দা পুক্লীং চঙঙক্‌ত্রে। বেদশস্ত্র নৈনবা, বাজনীতি নৈনবা পাম্মক্রে ।।৯-১০।। নিংথৌ ধৃতবাষ্ট্রগী খল্লুবদা চাদ থক্তবনা মযাং কংশিল্লক্রে। শাগে নাতে, মচিন মনাও লোইনা হাৎখিবদু মীকুপ খুদিং নীংশিংঙঙকলে ।।১১।। অকন্বা নিংথৌ ! জনমেজয় ! লালফম্‌দা নহা ওইবিবা অভিমন্যুনা থবাগ থাখিবা মথা, যুদ্ধগী নীতিকাযনা মযাম্ চঙদুনা হাৎপিখিবা লালদা মমায ওন্দবা, মপা লৈতনা কল্লবা কর্ণনা শিখিবা মশি, কর্ণ হাযবসি কনানো হায়বদু খঙদবনা হাৎখিবা মহাৎ, অসি পূম্নমক্ নীংশিঙ্ঙবদা পোত্থাফম্ খঙ্খিদে ।।১২।। মতৌসুম্না দ্রৌপদীগী মচাশিংবু হাৎখিবা,

অদুগা চান্নরবা মরূপ-মপাং শাগে-নাতে পূম্বনা শিখিবা অসি পূম্নমক্ মথং মথং নীংশিংঙক্তুনা পূক্নীং হক্চাংগী শান্তি মখৈ লোইনা চৎখ্রে ।।১৩।। ভরতনন্দন ! জনমেজয় ! ভারতকী কল্প-কল্পবা নিংথৌশিংনা শিখিবা, ষী-য়াই, মনিমুক্তা পূম্বা তুর্মখিবা, পৃথিবীগী ওইরিবদশাদু খল্লুবদা মীকুপ্ অমত্তগী ফাওবা শান্তি ফংবা ঙম্খিদ্রে ।।১৪।। মচাশিং লোইনা হাৎপিপ্লবী দ্রুপদরাজকুমারী দ্রৌপদী অদুগা সুভদ্রাগী চীন্ব ঞ্রক ঞ্রক্ কংনা চিন্তাগী মশক্তা ওইদুনা লৈখি ।।১৫।। নিংথৌ ! নংগী নপাবুং পীক্লিবা অঙাং পরীক্ষিৎপু উরুবগা অদুম্ হিংদুনা লৈবা হায়বদুতা মঙায়রে । নবুথৌশিংগী অৱাবদু মখা তানা তমনিংঙাই লৈতে ।।১৬।।ক

**মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিক পর্বদা আশ্রমবাস পর্বদা কুন্মাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## দ্বাবিংশোঽধ্যায়ঃ

(মমা কুন্তীগীদমক্ পাণ্ডবশিংগী চিন্তা। যুধিষ্ঠিরনা বনদা চংকে খল্লকপা। সহদেব দ্রৌপদীবুসু চংননবগী উৎসাহ পীবা। লাম্মীশিংগা লোয়ননা বনদা লাক্পা)

## কুন্নিথোইশুবা অধ্যায়ঃ

বৈশম্পায়ননা উবাচ

এবং তে পূরুষব্যাঘ্রাঃ পাণ্ডবা মাতৃনন্দনাঃ।
স্মরন্তো মাতরং বীরা বভূবুর্ভৃশদুঃখিতাঃ ॥১॥
যে রাজকার্য্যেষু পুরা ব্যাসক্তা নিত্যশোঽভবন্।
তে রাজকার্য্যানি তদা নাকার্ষুঃ সর্বতঃ পুরে ॥২॥
প্রবিষ্টা হ্ ব শোকেন নাভ্যনন্দন্ত কিংচস।
সম্ভাষ্যমানা অপি তে নকিংচিৎ প্রত্যপূজয়ন্ ॥৩॥
তে স্ম বীরা দুরাধর্ষা গাম্ভীর্য্যেসাগরোপমাঃ।
শোকোপহতবিজ্ঞানা নষ্টসংজ্ঞা ইবাভবন্ ॥৪॥
অচিন্তয়ংশ্চ জননীং ততস্তে পাণ্ডুনন্দনাঃ।
কথং তু বৃদ্ধবিথনং বহত্যতিকৃশা পৃথা ॥৫॥
কথং চ স মহীপালো হতপুত্রো নিরাশ্রয়ঃ।
পত্ন্যা সহ বক্যকো বনে শ্বপদ সেবিতে ॥৬॥
সা চ দেবী মহাভাগা গান্ধারী হতবান্ধবা।
পতিমন্ধং কথং বৃদ্ধ মন্বেতি বিজনেবনে ॥৭॥
এবং তেষাং কথা রথামৌৎসুক্যমভবৎ তদা।
গমনে চাভবৎ বুদ্ধির্ধৃতরাষ্ট্র দিদৃক্ষয়া ॥৮॥
সহদেবস্তু রাজানং প্রণি পত্যেদমব্রবীৎ।
অহোমে ভবতোদৃষ্টং হৃদয়ং গমনং প্রতি ॥৯॥
ন হিত্বাং গৌরবেনাহমশক্তং বক্তুমঞ্জসা।
গমনং প্রতি রাজেন্দ্র তদিদং সমুপস্থিতম্ ॥১০॥
দিষ্ট্যা দ্রক্ষ্যামি তাংকুন্তীং বর্তয়ন্তীং তপাস্বনীম্।
জটিলাং তাপসীং বৃদ্ধাং কুশকাশপরিক্ষতাম্ ॥১১॥
প্রসাদ হর্ম্যসংব্যদ্ধা মত্যন্তসুখভাগিনীম্।
কদানু জননীং শ্রান্তাংদ্রক্ষ্যামি ভৃশদুঃখিতাম্ ॥১২॥

অনীত্যাখলু মর্ত্তানাং গতয়ো ভরতর্ষভ।
কুন্তী রাজসুতা যত্র বসত্যসুখিতা বনে ।।১৩।।
সহদেববচঃ শ্রুত্বা দ্রৌপদী যোষিতাংবরা।
উবাচ দেবী রাজানমভিপূজ্যাভিনন্দ্য চ ।।১৪।।
কদা দ্রক্ষ্যামি তাং দেবীং যদি জীবতি সাপৃথা।
জীবন্ত্যা হ্যদ্য মেপ্রীতির্ভবিষ্যতি জনাধিপ ।।১৫।।
এষা তেঽস্তু মাতির্নিত্যং ধর্মেতে রমতাং মণঃ।
যোঽদ্যত্বমস্মান্ বাজেন্দ্র শ্রেয়সায়ো জয়িষ্যসি ।।১৬।।
অগ্রপাদাস্থিতং চেমং বিদ্ধি বাজন বধূজনম্।
কত্তেক্ষন্তং দর্শনং কুন্ত্যা গান্ধার্য্যাঃ শ্বশুবস্য চ ।।১৭।।
ইত্যুক্তঃ স নৃপো দ্রৌপদ্যা ভবতর্ষভ।
সেনাধ্যক্ষাম সমানায্য সর্বনিদমুবাচ হ ।।১৮।।
নির্যাতযত মেসেনাং প্রভুতবথ কুঞ্জবাম্।
দ্রক্ষ্যামি বনসংস্থং চ ধৃতবাষ্ট্রং মহীপতীম্ ।।১৯।।
স্ত্র্যাধ্যক্ষাংশ্চাব্রবীৎ বাজা হ যানানি বিবিধানিমে।
সজ্জাক্রিয়ন্তাং সর্বানি শিবিকাশ্চ সহস্রশঃ ।।২০।।
শকটাপণবেশাশ্চ কোশঃ শিল্পিন এবচ।
নির্যান্তু কোষপালাশ্চ কুরুক্ষেত্রাশ্রমংপ্রতি ।।২১।।
যশ্চপৌবজনঃ কশ্চিৎ দ্রষ্টুমিচ্ছতি পার্থিবম।
অনাবৃতঃ সুবিহিতঃ স চ যাতু সুবক্ষিতঃ ।।২২।।
সূদা পৌবগবাশ্চৈব সর্বং চৈব মহানশ্রম্।
বিবিধং ভক্ষ্যভোজ্যং চ শকটৈর্হ্রিয়তাং মম ।।২৩।।
প্রযাণং ঘুষ্যতাং চৈব শ্বোভূত ইতি মা চিবম্।
ক্রিযতাং পথি চাপ্যথ বেশ্মানি বিবিধানি চ ।।২৪।
এবমাজ্ঞাপ্য বাজাস ভ্রাতৃভিঃ সহপাণ্ডবঃ।
শ্বোভূতে নির্যযৌ বাজন্ সস্ত্রিবৃদ্ধপুবঃসব ঃ ।।২৫।।
স বহির্দিবসানেব জনৌঘং পবিপালযন্।
ব্যবসন্নৃপতিঃ পঞ্চ ততোঽগচ্ছৎবনংপ্রতি ।।২৬।।

**ইতি শ্রীমহাভারতে শতসহিস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনিযুধিষ্ঠিরযাত্রায়াং দ্বাবিংশোঽধ্যায়ঃ ।।**

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ! - নিংথৌ ! জনমেজয় ! মমাদা মহা আনন্দপীগুম্বা, নিপা অথোইবা পাণ্ডবশিংনা মমাবু তত্তনা নীংগুকুনা ওম্থোক্লা ব্রায়ক্লে ॥১॥ গুরাং ত নিংথৌগী থবক্তা, রাজ্যশাসনদা পুক্নীং চংগুম্বা যুধিষ্ঠিরসি হৌজিক্ নিংথৌগী থবক্ থনাদা পুক্নীং চণ্ডবিদ্রে । মহাক্কী থম্মোয়দা অব্রাবনা মঙ্গম্ শাররে । মমাণ্ডদা পৃশিল্লকপা গোং অমত্তনা মাগী থম্মোয় হুকচাংবু গেলহম্বা ওম্খিদ্রে । কনাগুম্বা অমত্তনা ব্রিরী শাবা ব্রা হঙ্গংকে লাক্পদু থওইনা তাদ্রে, ঈহৈ হৈনিংখিদ্রে ॥২-৩॥ সমুদ্রগী মতৌগুম্বা গম্ভীর ওইবা চীংলেম্বা, অমনা লাক্তম্ ফাণ্ডমদ্রবা কল্লবা পাণ্ডবশিংদু জ্ঞান অমত্তা তাদনা ঙাওচং ফৈচংনবগী মওংদা লৈরে ॥৪॥ নোংমদি, মমাগী মরম্দা য়াম্লা কন্না চিন্তা তৌদুনা অসুম্না হায়দোরক্ই ঃ -

ঈমা অপোকপীদো শোল্লরিনিদা !
আঃ ! ঈপন্থৌ পাবুং নিংথৌদো
মমীৎ উদ্রবা অহল্দা, ঈমা গান্ধারীদো
করম্বু হৌজিক লৈরিগবা শোংলবা বনদা ॥৫॥
মীশা চাবা শা-কৈনা থল্লবা
শোণ্ডলবা উমংগী মনুংদা,
মচা-মশূ লৈজদ্রবা অহল্ অনীদো
করম্বু হৌজিক্ লৈরগবা শোণ্ডলবা উমংনুংদা ॥৬॥

মচা-মশূ, মরুপ্-মপাং, শাগে-নাতে, লোইনা হাৎপিদ্রবা লাইবক থীরবী পৃকচেল চাউবী ঈমা গান্ধারীদো অহল্ ওইরবা মমীৎ উদ্রবা, মপুরোইবগী মতুং করম্না ইন্দুনা লৈরিগবা ! ॥৭॥ অসুম্না খঙ্গরুবদা মখোয়বু উনিংবনা মতাম তৌরে । বনদা চত্তুনা উরুরগে হায়না পুক্নীংদা চপ্ য়ুংনা খন্খ্রে ॥৮॥ অদুম খল্লিঙৈ সহদেবনা চণ্ডশিল্লক্তুনা অসুম্না হায়রে ঃ- ঐনা অসুম য়েংবদা য়াম্নুং বন লেণ্ডলুগে হায়না খনবিরমলমানে ! য়াম্না ফরবনি ॥৯॥ য়াম্নুং মহারাজ ! ঐ, য়াম্নুংদা হংগৎপা ওম্দদুনা নহালমখৈ লৈজরম্বনি , অদুবু গুসিদি লাইবক ফবনা তাঞ্জাদু গুসি ফংজরে ॥১০॥ য়াম্নুংগী থৌগল তৌদুনা ঐনা ঈমা কুন্তীগী দর্শন ফংলুরগনি । হৌজিক্ ভৌরবা শম্লাং পোক্শিংদো জটা পুদুনা লৈররিনি । তপস্বিনী ওইরবী অদুনা কৌবী-শীংনাং মরক্তা মশা মৃউ হোগাই থিনগাইদুনা য়াওন-য়াতাদুনা লৈরিনি ॥১১॥ মতম্ অদুদা ফুরা-দলাল মনুংদা মোন্দুম-মতেক্ মথক্তা, সনা-লূপা মরক্তা য়াওন-য়াতানা লৈরম্বী ঈমা কুন্তী দেবীনা বনদা ব্রানা মতম্ লেম্বী মহাকপু করম্বা মতম্দা উজগদগে ?॥১২॥ ভরতশ্রেষ্ঠ ! য়াম্নুং ! তাইবং মীগী পুন্সিগী গতি হায়বসে খুদক্ খুদক্তা হোংঙি, অদুনা অনিত্য হায়নরিবনি । অসিগুম্বা অনিত্য সংসারদা মতম্গী খোণ্ডলে মতুংইন্না রাজকুমারী ঈমা কুন্তীনা বনদা অব্রাবা খাণ্ডলি ॥১৩॥ সহদেবনা অসুম্না হায়রক্পসি তাবদা নুপীরক্তা অথোইবী দ্রৌপদীনা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রক্ই ঃ- ॥১৪॥ মহারাজ ! ঈনেম ঈবেম্মা তপস্বিনীগী দর্শণদু ঐসু ফংজনিংই । হৌজিক্ ফাওবা হিংদুনা লৈরম্খিদ্রা ? হৌজিক্ ফাওবা লৈবিরমদুনা দর্শন ফংহনবিরবদি ওম্থোক্লা নুঙাইজরগনি ॥১৫॥ নিংথৌরেল ! হংনিংবগী বুদ্ধিসে মতৌ অসুম্না ধর্মগী মায়গৈদা ওনশিন্দুনা লৈবা ওইসনু । নিংথৌ নহাক্কী পুক্নীং কৌবা ইন্দ্রিয়না ধর্মগী ব্রাখক্তা খন্দুনা লৈসনু । ঈনেমগী শক্ ফংহন্দুনা ঐখোয়বু নুঙাইহনবিয়ু ॥১৬॥ নিংথৌ ! অন্তঃপুর মীপুম্বা নহাক্কী থৌগল ওইনা চৎকদবনি শেম্ শাদুনা লৈরে হায়না খণ্ডবিয়ু । মখোয়সে কুন্তী, গান্ধারী, ঈকু নিংথৌগী দর্শন ফংজনিংলি ॥১৭॥ মহারাজ ! জনমেজয় !

দ্রৌপদীগী ৱাসি তাবদা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা সেনাপতি পুম্নমকপু কৌশিল্লগা অসুম্না হায়রক্‌ই ।।১৮।। নখোয় শগোল-শামু, রথ-দোলাইনচিংবা শাদোং পুম্না শেম-শাদুনা, নখোয়গা লান্মীশিং পুম্না চৎননবা হায়য়ু । ঐ, পাবুং ধৃতরাষ্ট্রগী মনাক্তা চৎকদৌরি ।।১৯।। অসিগী তুংদা নিংথৌনা অন্তঃপুরগী অধ্যক্ষ্যশিংদা য়াথং পীরক্‌ই ঃ - নখোয়না চৎকদৌরিবা, ঐখোয়গী তোঙাল তোঙালবা বাহন, দোলাই লেংজাউ লিশিং লিশিং শেম্‌ শাদুনা থম্মু ।।২০।। পুদবা য়াদ্রবা, পোৌচ্চে য়োন্বা, দুকান ফম্বা, মখুৎ-মশা হৈবা মী, কারীগর শিল্পী, শেল-থুম পায়বা, কোষাধ্যক্ষ পুম্না কুরুক্ষেত্রগী আশ্রমদা যাত্রা তৌরগনি ।।২১।। নগরসিগী মনুংদা কনা কনাগুম্বা চৎনিংবা লৈরবসু চৎপা য়াওবা য়াগনি । মখোয়না নুঙাইনা চৎননবা থৌরাংদু তৌ ।।২২।। রসোই থোংবা-থাক্‌পা হৈবশিং অদুগা থোং-থাক্লবগী মচাক্‌শিং লোইনা পুগদবনি ।।২৩।। ঐখোয় অসুম্না হয়েংমক্‌ কুরুক্ষেত্ররোমদা যাত্রা তৌগদৌরি হায়বসি ময়াম্‌দা লাউথোকউ । হায়রিবশিংসে থীন্দনা তৌ লম্বী-লম্বীদা টম্বুর খল-খন্দুনা থম্লবা ঙসিদগী শেম্‌- শারুরো ।।২৪।। জনমেজয় ! মতৌ অসুম্না মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা য়াথং পীরক্লবদা, থবকশিংদু লোয়না পাংথোক্‌খি । নোঙাল্লক্‌পদা নগরগী মী পুম্না, নুপী-অঙাং, অহল-লমন্‌ পুম্না মাঙ থারদুনা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরসি নগরদগী যাত্রা তৌখি ।।২৫।। পুরিবা মী পুম্না থোঙ্গাল-থোঙ্গালদা লেপ্তুনা য়েংনখি । চৎনিং চৎনিংবা মীশিংসু খোঙচৎ অদুদা য়াওখি ।।২৬।।

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং.চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিক পর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা যুধিষ্ঠির যাত্রাগী কুম্নিথোইশুবা অথ্যায় লোইরে ।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## ত্রয়োবিংশোঽধ্যায়ঃ

### (পাণ্ডবশিংনা নগরবাসীশিংগা কুরুক্ষেত্র তীর্থ যাত্রা তৌরক্পা)

### কুন্থুমদোইশুবা অধ্যায়ঃ

বৈশম্পায়ন উবাচ

আজ্ঞাপায়ামাস ততঃ সেনাং ভরতসত্তমঃ ।
অর্জুনপ্রমুখৈর্গুপ্তাং লোকপালোপমৈর্নবৈঃ ॥১॥
যোগো যোগ ইতি প্রীত্যা ততঃ শব্দোমহানভূৎ ।
ক্রোশতাং সাদিনাং তত্রযুজ্যতাং যুজ্যতামিতি ॥২॥
কেচেৎ য়ানৈর্নরা জগ্মুঃ কেচিদশ্বৈর্মহাজবৈঃ ।
কাঞ্চনৈশ্চ রথৈঃ কেচিজ্জ্বলিতজ্বলনোপমৈঃ ॥৩॥
গজেন্দ্রৈশ্চ তথৈবান্যে কেচিদুষ্ট্রৈর্নরাধিপ ।
পদাতিনস্তথৈবান্যে নখরপ্রাসযোধিনঃ ॥৪॥
পৌবজানপদাশ্চৈব যানৈর্বহুর্বিধৈস্তথা ।
অন্বয়ুঃ কুরুরাজানং ধৃতরাষ্ট্রং দিদৃষবঃ ॥৫॥
স চাপি রাজবচনাদাচার্য্যো গৌতমঃকৃপঃ ।
সেনামাদায় সেনানীঃ প্রযযাবাশ্রমং প্রতি ॥৬॥
ততো দ্বিজৈঃ পরিবৃতঃ কুরুরাজো যুধিষ্ঠিরঃ ।
সংস্তূয়মানো বহুভিঃ সুতমাগধবন্দিভিঃ ॥৭॥
পাণ্ডুরেনাতপত্রেন ধ্রিয়মানেন মূর্ধনি ।
রথানীকেন মহতা নির্জগাম কুরুদ্বহঃ ॥৮॥
গজৈশ্চাচলসংকাশৈভীমকর্মা বৃকোদরঃ ।
সজ্জয়ন্ত্রায়ুধোপেতৈঃ প্রযযৌ পবনাত্মজঃ ॥৯॥
মাদ্রীপুত্রাবপিতথা হয়ারোহৌ সুসংবতৌ ।
জগ্মতুঃ শীঘ্রগমনৌ সংনদ্ধকবচধ্বজৌ ॥১০॥
অর্জুনশ্চ মহাতেজা রথেনাদিত্যবর্চসা ।
বশী শ্বৈতৈর্হয়ৈর্যুক্তৈর্দিব্যেনাম্বনুগমন্নৃপম্ ॥১১॥
দ্রৌপদীপ্রমুখাশ্চাপিস্ত্রীসংঘাঃ শিবিকায়ুতাঃ ।
স্ত্র্যধ্যক্ষগুপ্তাঃ প্রযযুর্বিমৃজন্তোঽমিতং বসু ॥১২॥
সংমৃদ্ধরথহস্ত্যশ্বং বেনুবাদানুনাদিতম্ ।

শুশুভে পাণ্ডবং সৈন্যং তৎতদা ভরতর্ষভ ॥১৩॥
নদীতীরেষু রম্যেষু সরঃসুস বিশাম্পতে।
বাসান্ কৃত্বা ক্রমেনাথ জগ্মুস্তে কুরুপুঙ্গবাঃ ॥১৪॥
যুযুৎসুশ্চ মহাতেজা ধৌম্যশ্চৈব পুরোহিতঃ।
যুধিষ্ঠিরস্য বচনাৎ পুরগুপ্তিং প্রচক্রতঃ ॥১৫॥
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা কুরুক্ষেত্রমবাতরৎ।
ক্রমেনোত্তীর্য্য যমুনাং নদীং পরমপাবনীম্ ॥১৬॥
স দদর্শাশ্রমং দূরাৎ রাজর্ষেস্তস্য ধীমতঃ।
শতযূপস্য কৌরব্য ধৃতরাষ্ট্রস্য চৈব হ ॥১৭॥
ততঃ প্রমুদিতঃ সর্বো জনস্তৎবনমঞ্জসা।
বিবেশ সুমহানাদৈরাপূর্য্য ভরতর্ষভ ॥১৮॥

**ইতি শ্রী মহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি ধৃতরাষ্ট্রাশ্রমগমনে ত্রয়োবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥**

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ নিংথৌ। জনমেজয়। অদুগী তুংদা, ভরতবংশগী লৈতেং ওইবা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা অমমম্না লোকপাল (মাযৈগে ঙাকপা লাই-দিকপাল) মতৌগুম্বা অর্জুননচিংবা পাণ্ডব শিংনা অদুগা অকম্বাশিংনা লার্ম্মীশিংদুদা চৎনবা থৌরাং তৌনবা অসুম্না হাযরক্ই ॥১॥ চৎলো, চৎসি যাত্রা তৌরো। যাথং অসি তারদা, শগোল তোংবা লাম্মীশিংনা লাউব লাউবদুনা মযামদা খংহল্লক্ই - নংগী নংগী শাদোং থক্তা তোংখৎলো তোংখৎলো তোংখৎলো। অসুম্না লাম্দরক্পা খোঞ্জেলনা মাযগে পূম্বা পূমনিন্ নিনাখ ॥২॥ কনা কনাগুম্বনা দোলায থক্তা, কনা কনাগুম্বনা শগোল শামু থক্ত. কনা কনাগুম্বনা মৈগী নুমিৎকী মঙালগুম্না লংলবা রথ মথক্তা তোংখত্তুনা যাত্রা তৌরকই ॥৩॥ নিংথৌ। জনমেজয়। শামুথক্তা, উট মথক্তা তোংখত্তুনা থাঙ ত নচিংবা খুৎলাযগা লোযননা অদুগা রথ পদাতি ওইনা খোঙনা চৎপা হৌরক্লে ॥৪॥ নগর গ্রামগী মীপুম্নমক ধৃতরাষ্ট্ররু উানংবনা তোঙা তোঙাম্বা বাহন (শাদোং)দা তোংদুনা করবাজা যুধিষ্ঠিরগী ... ইন্নরক্ই ॥৫॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগী যাথংদগী সেনাপতি কৃপাচার্যনা মহাক্কী লাম্মীশিংদু পদুনা আশ্রম তাম্না লাকাখ ॥৬॥ অদুগা ব্রাহ্মণশিংনা পূম্কোয কোযনা যুধিষ্ঠির অদু সূত, মাগধ, বন্দী, ভাটচারণশিংগী মচান্দগী শরুক লাউথোকপা লাম লৈথোম্বগী শৈশক্শিংদু তাবতাবদুনা, অদুগা কোকথক্তা ঙৌরবা ছত্র (পে) খন্দনা কনবোমদা ... তৌখি ॥৭ ৮॥ অকিবগী মশক্ পবনা কল্লবা ভীমনা চীংদুম চীংদুমক চাঙবরা শামুশিংগী সেনা ... লোয়ননা চৎলি। শামুশিং অদুগী মথক্তা তোঙনা তোঙাম্বা খুৎশু খুলায মযাম শাক পীদ্ ... হাপ্লি ॥৯॥ মাদ্রী পুত্র সহদেব নকুল অনীনা শগোল থক্তা আশ্রমবোম্দা থৌরকখি। মশাদা কবচ (লান ফুরিৎ) না অদুগা শগোল মথক্তা ফজ ফজরবা ফিবাল মচাশিংনা লৈতেং ওইনা চৎখ ॥১০॥ মহাতেজা

কল্লবা অর্জুন না ভৌরোক্ ভৌবা শগোলনা চিংবা দিব্যরথ মথক্তা তোংদুনা যুধিষ্ঠির তুংদা থৌগল্ তৌদুনা চৎলি ॥১১॥ বংশী, মুরুলী বীণানচিংবগী মখোল্না পুংখোল্শিংগী মখোল্গা লোয়ননা পাণ্ডব শিংগী লাম্মী মপৈ অদুগী থোইদোক্লা নীংথিজবা হায়বদু ওইখি ॥১২-১৩॥ নিংথৌ ! জনমেজয় ! কুরুশ্রেষ্ঠ নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা ময়াম্ অদু পাকচাউরবা পুখ্রী মপাল্ মপালদা ডম্বুর খল্ খন্দুনা লৈহন্খি, পোখাহনখি । অদুগা আশ্রম তান্না চৎথখি ॥১৪॥ মহাতেজ কল্লবা মহারথি যুযুৎসুগা রাজপুরোহিত ধোম্যাচার্য্য গা অনিনা যুধিষ্ঠিবগী য়াথং মতুংইন্না হস্তিনাপুর ঙাক্ শেন্দুনা লৈহৌই ॥১৫॥ মতৌ অসুম্না নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা অসুম্ অসুম্ লাক্পসিনা যমুনা পাব তৌদুনা কুরুক্ষেত্রদা থুংলরে ॥১৬॥ কুরুনন্দন ! জনমেজয় ! যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না য়েংখিবদা আ লাপ্তুক্লা লৈবা নিংথৌ ধৃতবাষ্ট্র অদুগা রাজর্ষি শতযুপ অনিগী আশ্রমদু উরে ॥১৭॥ ভারতবংশগী লৈতেং ওইবা নিংথৌ জনমেজয ! আশ্রমদু লাপ্তুক্লা উবদুদা মী পুম্নমক্ক হরাউনখি । নুংঙাইবগী জয়কার ধ্বনি তৌর তৌরদুনা আশ্রম অদু তান্না চঙ্শিন্নখি ॥১৮॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্রীব্যাসনা শ্লোকলিশিং চামনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রামিক পর্বদা আশ্রমবাস পর্বদা ধৃতরাষ্ট্রশ্রমগমন গী কুন্হমদোইশুবা আধ্যায় লোয়রে ।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## চতর্বিংশোঽধ্যায়ঃ

(পাণ্ডবশিংন-পুরবাসীশিংনা কুন্তী, গান্ধারী তপস্বী ধৃতবাষ্ট্র গী দর্শন ফংবা)

### কুনমরিশুবা আধ্যায়

বৈশাম্পায়ন উবাচ

ততস্তে পাণ্ডবা দূরাদবতীর্য্য পদাতয়ঃ ।
অভিজগ্মুনরপতেরাশ্রমংবিনয়ানতাঃ ॥১॥
স চ যোধজনঃ সর্ব্বো যেচ বাষ্ট্রনিবাসিনঃ ।
স্ত্রিয়শ্চ কুরুমুখ্যানাং পদ্ভিরেবান্বযুস্তদা ॥২॥
আশ্রমং তে ততো জগ্মুর্ধৃতরাষ্ট্রস্য পাণ্ডবাঃ ।
শূণ্যং মৃগগনাকীর্ণং কন্দলী বনশোভিতম্ ॥৩॥
ততস্তত্র সমাজগ্মুপসা নিযতব্রতাঃ ।
পাণ্ডবানাগতান্ দ্রষ্টুং কৌতুহলসমন্বিতাঃ ॥৪॥
তানপৃচ্ছৎ ততোরাজাক্বাসৌ কৌরববংশভৃৎ ।
পিতা জ্যেষ্ঠ গতোঽস্মাকমিতি বাষ্পরিপ্লুতঃ ॥৫॥
তে তমুচুস্ততো বাক্যং যমুনামবগাহিতুম্ ।
পুষ্পানা মুদকুম্ভস্য চার্থে গত ইতি প্রভো ॥৬॥
তৈরাখ্যাতেন মার্গেণ ততস্তে জগ্মুরঞ্জসা ।
দদৃশুশ্চাবিদূরে তান্ সর্বানর্থ পদাতয়ঃ ॥৭॥
ততস্তে সত্বরং জগ্মুঃ পিতুদর্শন কাঙ্ক্ষিণঃ ।
সহদেবস্তু বেগেন প্রাধাবৎ যত্র সা পৃথা ॥৮॥
সুস্বরং রুরুদে ধীমান্ মাতুঃ পাদাবুপস্পৃশন্ ।
সা চ বাষ্পাকুলমুখী দদর্শ দয়িতং সুতম্ ॥৯॥
বাহুভ্যাং সম্পরিষ্বজ্য সমুন্নাস্য চ পুত্রকম্ ।
গান্ধার্য্যাঃ কথয়ামাস মহাদেবসুপস্থিতম্ ॥১০॥
অনন্তবংচ রাজানং ভীমসেনমথার্জুনম্ ।
নকুলং চ পৃথা দৃষ্টা ত্বরমানোপচক্রমে ॥১১॥
সা হ্যগ্রে গচ্ছতি তয়োর্দম্পত্যোর্হতপুত্রয়োঃ ।
কর্ষন্তী তৌ ততস্তে তাং দৃষ্ট্বাসংন্যপতন্ ভুবি ॥১২॥

রাজা তান্ স্বরযোগেন স্পর্শেন চ মহামনাঃ ।
প্রত্যাভিজ্ঞায় মেধাবী সমাশ্বাসয়ত প্রভুঃ ॥১৩॥
ততস্তে বাষ্পমুৎসৃজ্য গান্ধারীসহিতং নৃপম্ ।
উপতস্থুর্মহাত্মনো মাতরং চ যথাবিধি ॥১৪॥
সর্বেষাং তোয়কলশাঞ্জগৃহুস্তে স্বয়ংতদা ।
পাণ্ডবা লব্ধসংজ্ঞাস্তে মাত্রা চাশ্বাসিতাঃ পুনঃ ॥১৫॥
তথা নার্য্যো নৃসিংহানাং সোঽবরোধজনস্তদা ।
পৌরজানপদাশ্চৈব দদৃশুস্তং জনাধিপম্ ॥১৬॥
নিবেদয়ামাস তদা জনং তন্নাম গোত্রতঃ ।
যুধিষ্ঠিরো নরপতি স চৈনং প্রত্যপূজয়ৎ ॥১৭॥
স তৈঃ পরিবৃতো মেনে হর্ষবাষ্পবিলেক্ষণঃ ।
বাজাঽত্মানং গৃহগতং পুরেব গজসাহ্বয়ে ॥১৮॥
অভিবাদিতো বধূভিশ্চ কৃষ্ণাদ্যাভিঃ স পার্থিবঃ ।
গান্ধার্য্যা সহিতো ধীমান্ কুন্ত্যা চ প্রত্যনন্দত ॥১৯॥
ততশ্চাশ্রমমগচ্ছৎ সিদ্ধচারণ সেবিতম্ ।
দিদৃক্ষুভিঃসমাকীর্ণং নভস্তারগণৈরিব ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভরতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি ধৃতরাষ্ট্রসমাগমে চতুর্বিংশোঽধ্যায়ঃ ॥

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! অদুগী তুংদা পাণ্ডব পুম্নমক মাগী মাগী বাহনশিংদুদগী কুম্থৈ । য়াম্না নোল্লক্লা ধৃতরাষ্ট্রগী আশ্রম অদু তান্না লাক্ই ॥১॥ অদুদগীদি নগরদগী হেক্ লাক্লিবা নিপানুপী পুম্নমক্ মাগী মাগী বাহন শাদোং রথানচিংবদগী কুম্থদুনা মখোঙনা ধৃতরাষ্ট্রগী আশ্রমদু ফাওবা লাক্খি ॥২॥ ধৃতরাষ্ট্রগী আশ্রমদু উন্ ব্রাইমুক্ চিক্লম্মী । কনা অমত্ত লৈরমদে । শজীশিং খরা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্মী । সজীগী বন অদুনা আশ্রমগী ফজবদু হেঙ্গৎখি । পাণ্ডবশিংনা আশ্রম অদুদা থুংলরবদু উবদা নিয়ম বিধি পুম্বা পালন্ তৌদুনা লৈরিবা তপস্বীশিংদুনা য়াম্না হরাউনা পাণ্ডবশিংদুবু উনগদবগী মথং মথং লাক্খি ॥৩-৪॥ মতম অদুদা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা ময়ামদুদা খুরুমদুনা পি তরং তরং চেন্না অসুম্না হংঙক্ইঃ- মুনি ঋষি পুম্নমক ! কৌরব শাগেগী মকোক্, কৌরববংশগী লৈতেং ঐগী পাবুংহল্ অদু কদোম্দা লৈবগে ? কদায়দা চৎখ্রবগে ? ॥৫॥ মদু তাবদা ময়ামদুনা হায়রক্ইঃ- যমুনাদা স্নান তৌনবা, লৈ-শু হেক্লবা অদুগা যমুনাদগী ঈশিং শোক্উনবা চৎখি ॥৬॥ মাদু তাবদা পাণ্ডবশিংদু যমুনা মপান্ তান্না লাক্ই । খরা চৎলগা মীয়াম্না স্নান তৌদুনা মথং মথং হল্লক্লবদু লাপ্তক্লা উই ॥৭॥ পাণ্ডবশিংনা মপাবুং অহল্বু উনিংবনা যমুনা ঘাট তান্না চৎখি । ধৃতরাষ্ট্রনা আ লাক্পদু উবদা

সহদেবনা প্রপ্রপ্ চেনশিনখিদুনা তুংহন্ননা লাক্লিবী মমা কুন্তীগী মনাক্তা চেনশিনখিদুনা কুন্তীগী চরণ কোন্দুনা হীক্লা হীক্লা কপ্‌খি ॥৮॥ মচা সহদেবনা লাক্কুনা খুন্নব্রবদু, উবদা কুন্তী মীৎলুদগী পিরাং মরী-মরী শিন্থুখি। মপান্নোম্ অনী তিংথোক্তুনা মচাবু কোন্‌খৎলি। সহদেববু কোন্না-কোন্না গান্ধারী রোমদা য়েংদুনা অসুম্না হায়রক্‌ই ঃ- ঈচে ইবেম্মা ! সহদেবসে দর্শন-সেবানচিংবা তৌজগে লাক্লিয়ে। অসুম্না হায়নরিঙৈ মতম্ অদুদা নিংথৌ যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জুন, নকুল মথং-মথং চংশিল্লকপদু উবদা কুন্তীনা মখোয়রোমদা প্রপ্রপ্ চেনশিন্‌খি ॥৯-১১॥ কুন্তীনা চংশিন্দুনা মচা লৈজদ্রবা-লৈজদ্রবী অহল্ অনীবু শমদুনা পুরক্‌ই। পাণ্ডবশিংনা অনীবু উবদা চরণ কোন্দুনা কপ্তুনা লৈমায়থক্তা তুখি ॥১২॥ মমীৎ উদ্রবা নিংথৌনা খোঞ্জেল তাবদা পাণ্ডবশিংনি খংদুনা ময়াম্‌দুবু কোন্‌খৎলি। ৱানু কপ্‌কনু হায়না নিংথিবা ৱাহৈনা থেম্‌জিন্‌বিরক্‌ই ॥১৩॥ ফীজিনা মপি তৈথোক্কুনা পাণ্ডবশিংনা ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী, কুন্তীবু মথংশিংনা মখোঙ্ শোক্ক' খুকম্‌খি ॥১৪॥ অদুগী তুংদা মমা কুন্তীগী মফমদগী নিংথিজনা থেমজিন্বা ৱাহৈনা পাণ্ডবশিংবু জ্ঞান তাহন্‌খি। মখোয়না যমুনাদগী ঈশিং থন্না পুবক্‌পা চফুশিং অদু মখুৎ মখুৎনা ওক্কুনা থাংথৈ ॥১৫॥ অদুদগী পাণ্ডবশিংগী লোযনবীশিং অদুনা ফিরুক খুন্ন-খুন্নদুনা অহল্ ওইববা তপস্বী নিংথৌগী দর্শন তৌখি ॥১৬॥ অদগী তুংদা যুধিষ্টিবনা লাক্লিবশিংদুগী মামিং-মপা, গোত্র পল্ল-পল্লদুনা নিংথৌদা পবিচয পী পীদুনা মাসু লাক্‌চবি-মাসু লাক্‌চরি হাযনা তাকখি। ময়াম্ অদুনা মথং মথং, নুংশি-নুঙ্ঙোম্না ৱাংহৈনা ধৃতবাষ্ট্রদা চং-চংদুনা খুকম্‌খি ॥১৭॥ মযাম্না ঈকোয় কোযশিল্লক্কুনা খুবম্নবদুদা ধৃতবাষ্ট্রসি নুংঙাইখিবনা হাবাওবগী পীবাং মবী মবী মিংৎলুদগী শিন্থুখি। অদুগৈ হস্তিনাপুবদা লোৰৈদা মযাম্না সেনা পঞ্চ তৌশিনদু নিংশিংল্লক্কুনা হস্তিনাপুবদা অমক্ লাক্কপ্রা হাযনা থনখি ॥১৮॥ অদুগী তুংদা দ্রৌপদী... মমৈশিং, কুলবধূশিংনা গান্ধাবী কুন্তীগা লোযননা ফমদুনা লৈবা তপস্বী ধৃতবাষ্ট্রদা চঙ চংদুনা খুবম্‌খি। ধৃতবাষ্টনা মীপুম খুদিংদা মকোক নাম্ব নাম্বিদুনা আশীর্বাদ পীদুনা মযাম্বু লোযনা পেলতনখি ॥১৯॥ অদুগী তুংদা সিদ্ধ চাবণশিংনা লেবা তৌবনা আশ্রম্ তম্না লাংখি মতম্ অদুদা আশ্রম্ অদু থৱাযামচাকশিংনা তপ্তপ্ তবেংনা নীংথিবা নোংমদোন্ মকোযগুম্না থোইনা ফজখি ॥২০॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক্ লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিক পর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা যুধিষ্ঠির ধৃতরাষ্ট্র সমাগমগী কুনমরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চবিংশোধ্যায়ঃ

(ঋষিশিংদা সঞ্জয়না পাণ্ডবশিং অদুগা মখোয়গী লোয়নবীশিংগী অমমম্তা ওইনা পরিচয় পীরক্পা)

## কুন্মঙাশুবা অধ্যায়ঃ

বৈশম্পায়ন উবাচ

স তৈঃ সহ নরব্যাঘ্রৈর্ভ্রাতৃভির্ভরতর্ষভ ।
রাজারুচিরপদ্মাক্ষৈরা সাংচক্রে তদাশ্রমে ॥১॥
তাপসৈশ্চ মহাভাগৈর্নানাদেশসমাগতৈঃ ।
দ্রষ্টুং কুরুপতেঃ পুত্রান্ পাণ্ডবান্ পৃথুবক্ষমঃ ॥২॥
তেঽব্রুবঞ্ জ্ঞাতুমিচ্ছামঃ কতমোঽত্র যুধিষ্ঠির ।
ভীমার্জুনৌ যমৌ চৈব দ্রৌপদী চ য়শস্বিনী ॥৩॥
তানাচখ্যৌ তদা সূতঃ সর্বাংস্তানভিনামতঃ ।
সংজযো দ্রৌপদীং চৈব সর্বাশ্চান্যাঃ কুলস্ত্রিয়ঃ ॥৪॥

সঞ্জয় উবাচ

যত্রেষ জাম্বূনদশুদ্ধগৌরস্তনুর্মহাসিংহ ইবপ্রবৃদ্ধঃ ।
প্রচণ্ডঘোণঃ প্রথু দীর্ঘনেত্রস্তাম্রায়তাক্ষঃ কুরুরাজ এষঃ ॥৫॥
অয়ং পুনর্মত্তগজেন্দ্রগামী প্রতপ্তচামীকর শুদ্ধগৌরঃ ।
পৃথ্বায়তাংসঃ পৃথদীর্ঘবাহুর্বৃকোদর পশ্যত পশ্যতেমম্ ॥৬॥
যস্ত্বেষ পার্শ্বেঽস্যকহাধনুষ্মান্ শ্যামো যুবাবারণযূথপাভঃ ।
সিংহোন্নতাংসো গজখেলগামী পদ্মায়ত্তাক্ষোঽর্জুন এষ বীরঃ ॥৭॥
কুন্তীসমীপে পুরুষোত্তমৌ তু যমাবিমৌ বিষ্ণুমহেন্দ্র কল্পৌ ।
মনুষ্যলোকেসকলেসমোঽস্তিযযোর্ন রূপেন বলেন শীলে ॥৮॥
ইয়ংপুনঃ পদ্মদলায়তাক্ষী মধ্যংবয়ঃ কিংচিদিসপৃশন্তী ।
নীলোৎপলাভা সুবদেবতেব কৃষ্ণাস্থিতামূর্ত্তিমতীব লক্ষ্মীঃ ॥৯॥
অস্যাস্তু পার্শ্বেকনকোত্তমাভা য়ৈষা প্রভা মূর্ত্তিমতীব সৌমী ।
মধ্যে স্থিতাসা ভাগনীদ্বিজাগ্র্যাশ্চক্রায়ুধস্যাপ্রতিমস্য তম্য ॥১০॥
ইয়ংচ জাম্বূনদশুদ্ধ গৌরী পার্থস্য ভার্য্যা ভুজগেন্দ্রকন্যা ।
চিত্রাঙ্গদা চৈবনগেন্দ্রকন্যা যৈষা সর্বনাদ্রমধক পুষ্পৈঃ ॥১১॥
ইয়ংচ রাজ্ঞো মগধাধিপস্য সুতা জরসিন্ধ ইতি শ্রুতস্য ।
যবীযসো মাদ্রবতী সুতস্য ভার্য্যা মতাচম্পদামগোরী ॥১৩॥

ইন্দীবরশ্যামতনুঃ স্থিতাতুযৈষাপরাসন্নমহিতলে চ।
ভার্য্যামতা মাদ্রবতীসুতস্য জ্যেষ্ঠস্য মেয়ং কমলায়তাক্ষী ॥১৪॥
ইয়ংতু নিষ্টপ্তসুবর্ণগৌরী রাজ্ঞোবিরাটস্য সুতাসুপুত্রা।
ভার্য্যাভিমন্যোর্নিহতোবণে যোদ্রোণাদিভিঅস্তরথোরথস্তৈঃ ॥১৫॥
এতাস্তু সীমন্তশিবোরু থ যাঃ শুক্লোত্তবীয়া নববাজ পত্ন্যঃ।
বাজ্ঞোঽস্য বৃদ্ধস্য পরং শতাখ্যাঃ স্নুষা নৃবীবাহতপুত্রনাথাঃ ॥১৬॥
এতা যথামুখ্যমুদাহৃতাবো ব্রাহ্মণ্যভাবাদৃজুবুদ্ধিসত্ত্বাঃ।
সর্বাঃ ভবদ্ভিঃ পরিপৃচ্ছ্যমানা নবেন্দ্রপত্ন্যঃ সুবিশুদ্ধসত্ত্বাঃ ॥১৭॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

এবং স বাজা কুরুবৃদ্ধবর্য্যঃ সমাগতস্তৈর্নরদেব পুত্রৈঃ।
পপ্রচ্ছ সর্বং কুশলং তদানীং গতেষু সর্বেষ্বথ তাপসেষু ॥১৮॥
যোধেষু বাপ্যাশ্রমমণ্ডলংতংমুক্ত্বা নিবিষ্টেষু বিমুচ্যপত্রম্।
স্ত্রীবৃদ্ধবালে চ সুমংনিবিষ্টে যথাহতস্তান্ কুশলান্য পৃচ্ছৎ ॥১৯॥

**ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি যুধিষ্ঠিরাদিকথনে পঞ্চবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥**

-০-

বৈশম্পায়ন না হায় - নিংথৌ ! জনমেজয় ! থম্বাল মীত্তা তাববা যুধিষ্ঠিরনচিংবা নিপা অথোইবা পাণ্ডবাশিংগা লোয়ননা ধৃতবাষ্ট্রনা আশ্রমদা ঙানথোইদুনা লৈরিঙে মতম্সিদা দেশ-দেশদগী লাকপা তপস্বীশিংনা কুরুবাজ পাণ্ডুগী মচাশিংবু উনগদবগী ধৃতবাষ্ট্রগী আশ্রমদুদা লাক্খি ॥১-২॥ মখোযনা অসুম্না হংঙক্ই ঃ- লাক্লিবাশিংসিগী মনুংদা মহাবাজ যুধিষ্ঠিবনা কদায়নো, ভীমসেন, অর্জুন, নকুল, সহদেব হায়বদুনা কদায় কদায়নো ? মীংচৎ চাউবী দ্রৌপদী হায়বীদুনা কদায়নো ? ॥৩॥ অসুম্ হায়না মচা তানা হংঙকপাস তাবদা সঞ্জয়না মযামদুগী অমমম্তা ওইনা পবিচয় পীখি ॥৪॥ সঞ্জয়না হায়বক্ই ঃ- শেংলবা, ফুদোংলবা সনাগী মচু পুবা, মওংদা নোংশাগী মতৌগুম্বা, নাতোল্ তুম্লক তৌবা, মীত্তা কোইবাওনবা, মীৎনা ঙাংলৈনবা থম্বাল লৈনা মাম্বা নিপা অথোইবা অসিনা কুরুবাজ ধর্মবাজ যুধিষ্ঠিব হায়বদুনি ॥৫॥ মযায় কাববা শামুগী শাজৎ মাম্বা, ফুদোংলবা সনাগী কুচু মাম্বা, মবেংবান্-খবাক্ পাক্ চাউবা, মপাম্বোম্ চাউববা অনীনা পুম্নুম্ তাবা নিপাসিনা মপা লৈবনা কল্লবা ভীমসেন হায়বদুনি। যেংবিহৌ, মীৎ থীৎনা যেংবিহৌ ॥৬॥ মাগী নাকলদা ফমলিবসিনা মহাধনুর্ধবী, গাণ্ডীবধারী, শংবান্নবা কুচু পূবা, শাওংশাদা নোংশাগী মতৌগুম্বা মখবাক ফম্বা শামু মবক্তা শামু মপে পুবা চৎপদা ময়ায় কাবা শামু খোংচৎ মাম্বা, থম্বাল মীত্তা তাবা মহাবীব অর্জুন হায়বদুনি ॥৭॥ কুন্তীগী মনাক্তা ফমলিবা অনীসিনা নোংমতদা ফাইবোক্ ওইনা পোক্মিন্নবা নকুল সহদেব হায়বা মচিন

মনাওদুনি। অনীমক্ মশক্ মতৌ পাজলদা বিষ্ণু-ইন্দ্রিয় অনীগী শায়োন্‌গুম্বনি। মশক্-মতৌদা, লম্‌চৎ ব্যবহারদা, মরিল্-মথৌনাদা, অনীসিগা মান্নবা পঙনা লৈরম্লোই ॥৮॥ মীয়ায় হায়ফেৎ চল্লবী অশংবা থম্বাল কুচু মাম্বী, লক্ষ্মীমক্কি শায়োন মাম্বী দ্রুপদ রাজকুমারী হস্তিনাপুরগী মহারাণী দ্রৌপদী হায়বদুনি ॥৯॥ ঋষি-মুনি ব্রাহ্মণ অথোইবশিং! মহাক্কী নাক্তা ফল্লিবসিনা, কুচু-কুমেন্ ফজরবী, থাজ মায়থোং মাম্বী, নুপীরক্তা অথোয়বী ভগবান সুদর্শনচক্রধারী শ্রীকৃষ্ণগী মচল্ সুভদ্রা কৌবীদুনি ॥১০॥ খোংদগী ফুক্‌পদা ঙায়রিবা জাম্বুনদ সনাগী কুচু পুবী অসিনা নাগরাজকন্যা উলূপী হায়বীদুনি। মাগী নাকল্‌দা ফমলিবী লৈহাও-লৈরেল্ কুচু মাম্বীসিনা রাজকুমারী চিত্রাঙ্গদা হায়বীদুনি। অনীসি অর্জুনগী লোয়নবীনি ॥১১॥ অশংবা থরো লৈরাং কুচু পুবী অসিনা ভীমসেনগী লোয়নবীনি। মখোয়শিংসে মহারথী কল্লবা নিংথৌ মচা নুপী মক্তনি। মখোয়বু পোক্‌পা অকর্ম্মশিংদু ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মক্‌পু শয়েং-পাম্বোম্ ঙান্নগে হায়না শীংনখিবা মক্তনি ॥১২॥ অদুগা মখোয়সিগী মরক্তা লৈবাং লৈহাও কুচু মাম্বী, ঙৌকনবীসিনা মমিং চৎলবা মগধরাজা জরাসন্ধগী মচানুপী, সহদেবগী লোযনবীনি ॥১৩॥ মহাক্কী মনাক্তা ফল্লিবী অশংবা থম্বাল লৈরাং কুচু মাম্বী, থম্বাল লৈনা মীত্তা তাবীসিনা সহদেবগী ময়াম্বা নকুলগী লোয়নবীনি ॥১৪॥ মখোয়সিগী মরক্তা থোম্‌থিন্ ঙাম্বী, মথোল্ কারক্‌পী, মতম্বাক্তা মচা পম্বী নীংথিবীসিনা নিংথৌ বিরাটগী মচানুপী উত্তরা হায়বীদুনি। মহাভারতকী লাঞ্জাওদা দ্রোণনচিংবা রথীশিং তরেৎনা কোয়শীন্দুনা পদাতি ওইনা লৈবা মাবু অন্যায়যুদ্ধদা হাৎখিবা, অর্জুনগী মচা অভীমন্যু হাযবদুগী লোয়নবীনি ॥১৫॥ অসি নত্তবা অঙৌবা ফিজোল শেৎপী, মরায়বক্তা সিন্দুব নম্‌দবী, ফীকক্ খুমদুনা লৈবিবীশিংসিনা দুর্যোধনচিংবা মচিন-মন্নাওশিংগী লোযনবী বিধবা ঙাক্তনি। মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রগী মমৌশিং মক্তনি। মখোয়গী মপুবোইবাশিংদি মহাভারতকী লাঞ্জাওদা লোযনা হাৎখ্রবনি-শিখ্রবনি ॥১৬॥ ব্রাহ্মণত্ববু ফংদুনা মহর্ষি অমমগুম্না লৈবিবিবা বাজর্ষীশং! ময়াম্না, লাক্লবা শিংসিগী পবিচয় হংবিখিবদা ঐনা শম্ন শম্না খুমজরবনি। মখোয়শিংসে পূক্‌চেল্ চাউববী বাজপত্নী মক্তনি ॥১৭॥ মতৌ অসুম্না সঞ্জযগী মচিন্দগী পবিচয়শিং ফংবদা নুঙাইবদুনা মাগী মাগী আশ্রমদা হন্নখি। মখোযনা চৎনখ্রবাতুংদা ধৃতবাষ্ট্রনা পাণ্ডবশিংদা কুশল সমাচার পূম্বা হংনখন্নখি ॥১৮॥ পাণ্ডবশিংগা লোয়নরক্‌পা সেনা-সেনাপতিশিংদুনা মাগী মাগী শাগোল-শামুনচিংবা পূম্বা থাদোক্কুনা পোত্থাহন্‌খি। ড়ম্বুব খল্ল-খল্লদুনা লৈনখি, পোত্থানখি ॥১৯॥

**মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিকপর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা যুধিষ্ঠিরাদিকথন গী কুন্‌মঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## ষট্‌বিংশোঽধ্যায়ঃ

(ধৃতরাষ্ট্রগা পাণ্ডবশিংগা ব্বারি ঙৈহাক্ শান্নবা বিদুরগী আত্মানা যুধিষ্ঠিরগী হক্‌চাংদা চঙখিবা)

**কুন্থরকপুবা অধ্যায়ঃ**

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ

যুধিষ্ঠির মহাবাহো কচ্চিৎ ত্বংকুশলী হ্যমি ।
মহিতো ভ্রাতৃভিঃ সর্বৈঃ পৌরজানপদৈস্তথা ॥১॥
যেচ ত্বামনুজীবন্তি কচ্চিত্তেঽপিনিরাময়াঃ ।
সচিবা ভৃত্যবর্গাশ্চ গুরবশ্চৈব তে নৃপ ॥২॥
কচ্চিৎ তেঽপি নিরাতকঙ্কা বসন্তি বিষয়ে তব ।
কচ্চিৎ বর্ত্তসি পৌরাণীং বৃত্তিং রাজর্ষি সেবিতাম্ ॥৩॥
কচ্চিন্ন্যায়ননুচ্ছিদ্য কোশস্তেঽভিপ্রপূর্য্যস্তে ।
অরিমধ্যস্থমিত্রেষু বর্ত্তসে চানুরূপতঃ ॥৪॥
বিপ্রক্ষ্মণানগ্রহারৈর্বা যথাবদনুপশ্যাসি ।
কচ্চিৎ তে পরিতুষ্যন্তি শীলেন ভরতর্ষভ ॥৫॥
শত্রবোঽপি কুতঃ পৌরা ভৃত্যাবাস্বজনোঽপিবা ।
কচ্চিৎ পালেন যজসি রাজেন্দ্র শ্রদ্ধাবান্ পিতৃদেবতাঃ ॥৬॥
অতিথীনন্নপানেন কচ্চিদর্চাসি ভারত ।
কচ্চিন্নয়পথে বিপ্রাঃ স্বকর্মনিরতাস্তব ॥৭॥
ক্ষত্রিয়া বৈশ্যবর্গ বা শূদ্র বাপি কুটুম্বিনঃ ।
কচ্চিৎস্ত্রীবালবৃদ্ধং তেনশোচতিন যাচতে ॥৮॥
জাময়ঃ পূজিতাঃ কচ্চিৎ তব গেহে নবর্ষভ ।
কচ্চিৎ বাজর্ষিবংশোঽয়ং ত্বামাসাদ্য মহীপতিম্ ॥৯॥
যথো চিতং মহারাজ যশসা নাবসদিতি ।

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যেবং বাদিনং তং স ন্যায়বিৎ প্রত্যভাষত ॥১০॥
কুশলপ্রশ্নসংযুক্তং কুশলো বাক্য কর্মাণি.।

যুধিষ্ঠির উবাচ

কচ্চিৎ তে বর্ধতে রাজংস্তপো দমশমৌ চতে ॥১১॥
অপি জননী চেয়ং শুশ্রুষুর্বিগতক্লমা ।

অথাস্যাঃ সফলোরাজন্ বনবাসো ভবিষ্যতি ।।১২।।
ইয়ংচ মাতা জ্যেষ্ঠামে শীতবাতাধ্ব কর্শিতা ।
ঘোরেণ তপসা যুক্তা দেবী কচ্চিন্নশোচতি ।।১৩।।
হতান্ পুত্রান্ মহাবীর্যান্ ক্ষত্রধর্মপরায়ণান্ ।
নাপধ্যায়তি বা কচ্চিদস্মান্ পাপকৃতঃ সদা ।।১৪।।
ক্ব চাসৌ বিদুরো রাজন্ নেমং পশ্যামহেবয়ম্ ।
সঞ্জয়ঃ কুশলী চায়ং কচ্চিন্নু তপসিস্থিরঃ ।।১৫।।

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্তঃ প্রত্যুবাচেদং ধৃতরাষ্ট্রো জনাধিপম্ ।
কুশলীবিদুরঃ পুত্রতপো ঘোরংসমাশ্রিতঃ ।।১৬।।
বায়ুভক্ষো নিরাহারঃ কৃশো ধমনিসন্ততঃ ।
কদাচিৎ দৃশ্যতে বিপ্রৈঃ শূন্যেঽস্মিন্কাননেকচিৎ ।।১৭।।
ইত্যেবং ব্রুবতস্তস্য জটী বীটামুখঃ কৃশঃ ।
দিগ্বাসা মলদিগ্ধাঙ্গো বনরেণুসমুক্ষিতঃ ।।১৮।।
দূরাদালক্ষিতঃ ক্ষত্তা তত্রখ্যাতো মহীপতেঃ ।
নিবর্তমানঃ সহসারাজন্ দৃষ্টাঽশ্রমংপ্রতি ।।১৯।।
তমন্বধাবন্নৃপতিরেক এব যুধিষ্ঠিরঃ ।
প্রবিশন্তং বনং ঘোরং লক্ষ্যালক্ষ্যং ক্বচিৎ ক্বচিৎ ।।২০।।
ভোভোবিদুর রাজাহং দয়িতস্তে যুধিষ্ঠিরঃ ।
ইতি ব্রুবন্নরপতিস্তং যত্নাদভ্যধাবত ।।২১।।
ততো বিবিক্ত একান্তে তস্থৌ বুদ্ধিমতাংবরঃ ।
বিদুরো বৃক্ষমাশ্রিত্য কচ্চিত্তত্র বনানুরো ।।২২।।
তংরাজাক্ষীনভূয়িষ্ঠমাকৃতি মাত্রসুচিতম্ ।
অভিযজ্ঞে মহাবুদ্ধিং মহাবুদ্ধির্যুধিষ্ঠিরঃ ।।২৩।।
যুধিষ্ঠিরো হেমস্মীতি বাক্যমুক্তাগ্রতঃ স্থিতঃ ।
বিদুরস্য শ্রবেরাজা তং চ প্রত্যভ্য পূজযৎ ।।২৪।।
ততঃ সোঽনিমিষো ভূবা রাজানংতমুদৈক্ষত ।
সংযোজ্য বিদুরস্তস্মিন্ন দৃষ্টিং দৃষ্ট্যাসমাহিতঃ ।।২৫।।
বিবেশ বিদুরো ধীমান্ গাত্রৈর্গাত্রানি চৈব হ ।
প্রাণান্ প্রাণেষুচ দধদিন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়েষু চ ।।২৬।।
স যোগবলমাস্থায় বিবেশ নৃপতেস্তনুম্ ।
বিদুরো ধর্মরাজস্য তেজসা প্রজ্বলন্নিব ।।২৭।।
বিদুরস্য শরীরংতু তথৈব স্তব্ধলোচনম্ ।

বৃক্ষাশ্রিতং তদা রাজা দদর্শগতচেতনম্ ।।২৮।।
বলবন্তং তথাঽঽত্মানং মেনে বহুগুণং তদা ।
ধর্মরোজো মহাতেজাস্তচ্চ সস্মার পাণ্ডবঃ ।।২৯।।
পৌরানমাত্মনঃ সর্বং বিদ্যবান্ স বিশম্পতে ।
যোগধর্মং মহাতেজা ব্যাসেন কথিতংযথা ।।৩০।।
ধর্মরাজস্য ত্রত্রব সংচস্কারয়িষুস্তদা ।
দগ্ধুকামোঽভবৎ বিদ্বান থ বাগভ্য ভাষত ।।৩১।।
ভোভোবাজন্ন দগ্ধব্যমেতৎ বিদুরসংজ্ঞকম্ ।
কলেবরমিহৈবং তে ধর্ম ত্রব মনাতনঃ ।।৩২।।
লোকাঃ মান্তানিকা নাম ভবিষ্যন্ত্যস্য ভারত ।
যতিধর্মমবাপ্তোঽসৌ নৈব শোচ্যঃ পরংতপ ।।৩৩।।
ইত্যুক্তো ধর্মরাজঃ স বিনিবৃত্য ততঃ পুনঃ ।
রাজ্ঞো বৈচিত্রবীর্য্যস্য তৎ সর্বং প্রত্যবেদযৎ ।।৩৪।।
ততঃস বাজা দ্যুতিমান্ স চ সর্বো জনস্তদা ।
ভীমসেনাদয়শ্চৈ পরং বিস্ময়মাগতাঃ ।।৩৫।।
তচ্ছ্রুত্বা প্রতিমান্ রাজা ভূত্বা ধর্মজমব্রবীৎ ।
আপো মূলং ফলং চৈব মমেদং প্রতিগৃহ্যতাম ।।৩৬।।
যদথোহি নরোরাজং স্তদর্থোঽস্যাতিথি স্মৃতঃ ।
ইত্যুক্তঃ স তথেত্যেবং প্রাহধর্মাত্মজোনৃপম্ ।।৩৭।।
ফলং মূলং চ বুভুজে রাজ্ঞাদত্তং মহানুজঃ ।
ততস্তে বৃক্ষ মূলেষু কৃতবাস বাসপাবগ্রহাঃ ।
রাত্রিমবসন্ সর্বে ফলমূল জলাশনাঃ ।।৩৮।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যমাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি বিদুরনির্যাণে ষট্‌বিংশোঽধ্যায়ঃ ।।

-ঃ-

ধৃতরাষ্ট্রনা হংগ্‌ই ।- অকম্বা ! যুধিষ্ঠির ! নগর-গ্রাম পুম্নমক্কী প্রজাশিং অদুগা ননাওশিংগা লোয়ননা নুংঙাইনা লৈমিন্নবিদনকো ? ।।১।। নিংথৌ ! নহাক্কী আশ্রয়দা জীবিকা ফংজবব গুরুজোনশিং, মন্ত্রীশিং, প্রজাশিং, ননাই-নশন্‌শিংদু নাদ-য়েক্তনা নুংঙাইনা লৈরিদনকো ? ।।২।। অদুগা নিংথৌ নহাক্কু নংগী রাজ্যদা য়েক্কবশিং লৈতনা অকি-অখং লৈতনা পাল্লিদনকো ? মমাংগী নবুধৌ বাজর্ষিশিংনা চৎলম্ব লম্বীদু লীক্রম্ কায়দনা, বাজনীতি কায়দনা বাজশাসন তৌরিকো ? ।।৩।। নিংথৌ নহাক্কী লন্‌গৈ-পুক্কৈদো ধর্ম কায়দনা ফংবা লল্ থুম্ সনা-লুপাতনা চোন্না পানা লৈরিকো ? ।।৪।। ভবতবংশগী অথোইবা ! ব্রাহ্মণ

প্রজা।।পংধা মতাক্‌চাবা ভূমদান তৌদুনা মখোয়দা নুংশামন্নবগী, মীচঙ-মাখা নাইদবগী মীৎয়েংনা য়েবিরিকো ? নহাক্কী লম্‌চং ব্যবহারদা লৈরিবা মরূব-মপাং, শাগৈ-নাইতৈশিং ত নত্তনা য়েক্লবা ফাওবা মকোক্‌ হাইগৎহন্দনা ঈপেন্ত পেন্দুনা লৈরিকো ? নিয়মবিধি কায়দনা দেবতাশিং পিতৃলোকী মীশিংবু যাগযজ্ঞ-শ্রাদ্ধ তর্পণনচিংবনা পেলহন্দুনা থম্রিকো ?।।৬।। ভারত ! নুমীৎ খুদিংগী অন্নজল মতীক্‌ চানা কত্তুনা অতিথিশিংবু লেম্না অমত্ত হলহনবিদেদনা ? নহাক্কী রাজ্যদা লৈবা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্রশিং ফাওবা নংগী ন্যায়মার্গদা লৈদুনা মাগী মাগী অপাম্বপা মথৌ চপ্‌ চপ্‌ চানা তৌদুনা লৈনরিদনা ? ।।৭।। নিপা অখোইবা ! নহাক্কী রাজ্যদা নুপী-অঙাং, অহল্‌-লমন্‌ প্রজা পুম্না নিংবা থুংনা করিগুম্না বিষয়দা অৱাবা অমত্তা ফংদনা লৈরিকো ? কনাগুম্না অমত্তনা চানিঙাই লৈত্তদুনা মীঙোন্দা হারৌ-হারৌ চত্তুনা ভিক্ষা নিবনচিংবা তৌদেকো ? নংগী অন্তঃ পুরদা ঈমুংদা লৈবা নুপী-অঙাং, নচা-নশু, নিঙোল-মৌপিং খুদিংমক্‌পু লুনা, চেংনা চান্না থম্বীরিদনকো ? ।।৮।। মহারাজ ! নবুখৌ রাজর্ষিশিংগী মত্তুবা বংশসে নংগুম্না নিংথৌ অমা ফংজদুনা হান্নগী মতৌগুম্না মানমর্য্যাদা-প্রতিষ্ঠা ফংদুনা লৈরিকো ? করিগুম্না বিষয়দা মায়থিবা মিংচং থিবাককদি লৈত্তেকো ? ।।৯।। বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! ধৃতরাষ্ট্রনা অসুম্না কুশলসমচার হংলক্‌পসিদা যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না হায়রক্‌ই ঃ- ।।১১০।। নিংথৌ ! পাবুং ! হংবিরিবা খুদিংমুক্কু অমত্ত কায়দনা তৌজরি । পাবুং নিংথৌ নহাক্কী ধ্যানতপস্যাদা, ইন্দ্রিয়সংযমদা, পূক্লিংবু লাক্‌শিন্‌ ফাজিন্নদা, নোংম-নোংমগী চাওখৎলক্‌পা হায়বদু ওইবিরিকো ? নিংথৌ নংগী নপায়গোন্দা সেবাদা লৈজরিবী ঈমা কুন্তীনা নহাক্কী সেবা-পূজাদনা মপুক্লিং হম্বা তম্বা বাবাককাদি লৈত্তেদনা ? মানা তৌরিবা তপস্যাসি কায়দনা মহৈ য়ান্নবা তৌরিকো ? ।।১১-১২।। ঈমাবোক্‌ সতী গান্ধারী কৌবিসি নোংজু-নোংশা মরক্তা, বনগী লম্বী চংপদা য়াম্না চোক্‌থরবি, ময়াং কংলবী অমা ওইনা ওইনা তপস্যা পূক্লিং চঙ্‌দুনা লৈরি । অসুম্‌ ওইবী ঈমাসিনা ক্ষত্রিয় ধর্মগী লিক্লম্‌ কায়দনা চংখিবা, কল্লবা মচাশিংবু নীংশিংলত্তুনা তপস্যা তৌরিঙৈদা অৱাবা-অনুতাপনচিংবা ককাদি লাক্লিরোই ? মাগী মাঙনবা তৌখিবা পাপী ঐখোয়বু নিন্দা শাপনচিংবা ককাদি তৌবিখিদ্রিকো ? ।।১৩-১৪।। পাম্বুং ! নিংথৌ ! সঞ্জয়সু মাগী তপস্যাদা পূক্লিং চঙ্‌না লৈরিনি ? অদুগা খুড়াঈবুংঙো বিদুরদি উদে ।।১৫।। বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ জনমেজয় ! যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না হংলক্‌পসিদা ধৃতরাষ্ট্রনা হায়রক্‌ই ঃ- ঈবুংঙো ! বিদুরদো য়াম্না নিংথিনা তপস্যা তৌইদুনা লৈরি ।।১৬।। করিমত চাদে-থক্তে । নুংশিৎ ত চা চাদুনাপ্রণায়াম তৌদুনতা লৈবনা ময়াং য়াম্না কংলে । শরথত্তা ঊনশাত্তনা কূপ্‌স্রে । য়েংবদা শক-ঙাকা মপৈ কংকাল্‌ অমগুম্না লৈস্রে । বন অসিগী থা-মীচিক্‌ মীরাওখোল্‌ তাদনা মফম্‌ অমদা তপস্যা তৌদুনা লৈরি ।।১৬।। ব্রাহ্মণশিংনা দর্শন তৌরুগে চংখিবদা নোংমনা উবা ফংই, নোংমনা মশক্‌ উদে । অমুত্ত উই- অমুত্ত মশক্‌ শুকউ উদে । অঙক্‌পা যোগ সাধনা তৌদুনা লৈরি ।।১৭।। অসুম্না ধৃতরাষ্ট্রনা হায়রক্‌পা সি তাবদা যুধিষ্ঠিরসি পূমঙক্‌ ঙকখি । অসুম্না রারী শান্নরিঙৈ মতম্‌দুমক্তদা বিদুর অসি আ - লাগুক্রা মচিন্দা নূং-লৈতুম্‌ মচেং অমা চীকুনা ঊনশাত্তনা কুপ্ন শরু মপৈ কংকাল্‌ অমগুম্না মায়ঙৈনা ফিজেংনদুনা লৈবদু যুধিষ্ঠিরনা হেক্‌ উই । ঊনশাত্তনা কূপ্নবা হক্‌চাং অদুবু উফুল্‌-বাইফুন্না পূমতৈ তৈ, বনদা পাইরিবা উফুল্‌-বাইফুল্‌ মরীকশিংদুনা স্নান তৌরি । ধৃতরাষ্ট্রনা যুধিষ্ঠির লাক্‌ই হায়না পাউ থাদুনা বত্তত্তুই । বিদুরনা মায় ওন্দুনা মাগী আশ্রমদা হজিন্‌খি ।।১৮-১৯।। মাদু উবদা যুধিষ্ঠিরনা প্রপ্‌ প্রপ্‌

চেন্‌শিন্‌খি। অদুবু অমুক্‌ উই, অমুক্সু উদে। অমুক্‌ উমবগুম্‌ তৌই। অমুক্সু খঙমাং মাঙ্‌খি। শুক্রবা মীচিক্‌ মীরাওখোল্‌ তাদ্রবা বনগী মনুংদা লৈবা মাগী আশ্রমদা চঙ্‌খিবগুম্‌ তৌই। মতম্‌ অদুদা যুধিষ্ঠিরনা প্রপ্‌ প্রপ্‌ চেন্‌শিন্দুনা - বিদুরজী! খুড়াঙীবুঙো! নংনা য়াম্না নুংশিরম্বা যুধিষ্ঠির হায়বদো দর্শন তৌগে হায়দুনা লাক্‌চরি। অসুম্না যুধিষ্ঠিরনা খুৎ লোম্ননা হায়রুই ॥২০-২১॥ মহাজ্ঞানী বিদুর অসি মহাক্কী আশ্রমদা চৎখিদুনা উ পাম্বী অমদা ঙাদুনা তুমিন্না লৈখি ॥২২॥ য়েংবদা হায়নিঙাই লৈতনা কংলবনি। শরা মঁপে অমা লেপ্তুনা উদা ঙাদুনা থম্বা শরা পোল্‌ অমগুম্না উই। ঐ শিদ্রি হায়বগী ঈঙ্গিৎ অদু যুধিষ্ঠিরদা পীরক্‌ই। অদুদগীদি অসিবু বিদুর ওইরিদ্রা-নত্ত্রা হায়না চিংনরম্বদু কোক্‌খ্রে। বিদুর হায়বা খংলে ॥২৩॥ অদুদগীদি উদা ঙাদুনা লৈরিবা দেহ্‌ (হক্‌চাং) অদুদা খুৎ লোম্নদুনা যুধিষ্ঠিরনা, " ঐ, যুধিষ্ঠিরনি " হায়না হায়রুই। হায়রুরিবসিসু বিদুরনা তাবা ফংবা অদুফাওবতগী ওইনা যুধিষ্ঠিরনা হায়রুবনি। যুধিষ্ঠিরনা নোল্লুক্লা খুরুম্মী, লাপ্তুক্লা সেবা-পূজা তৌই ॥২৪॥ বিদুর অসি মীৎ কুপ্তুনা যুধিষ্ঠিরদা তুমিন্না চপ্‌ লেপ্তুনা য়েংই। ব্রা করিমত্ত ঙাংদে। বিদুরগী দৃষ্টিগী মীৎয়েং, যুধিষ্ঠিরগী দৃষ্টিগা মীৎয়েং অনীসি মশা অমত ওইনা তিন্নখি ॥২৫॥ যোগসিদ্ধ বিদুরনা মাগী মশা (হক্‌চাং) দুবু যুধিষ্ঠিরগী হক্‌চাংদা, মশাগী প্রাণবায়ুবু যুধিষ্ঠিরগী প্রাণ বায়ুদা, মীৎ-না, নাকোংনচিংববু যুধিষ্ঠিরগী মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগা একাকার ওইহন্‌খি। যুধিষ্ঠিরনা মানা হোল্লিবা নুংশাশোর অদু বিদুরগী নুংশাশোরনি হায়না খঙ্‌লে। অঙকপনি ॥২৬॥ মতম্‌ অদুদা বিদুরসি মশেক্‌ মঙাক্তনা পূম্‌থল্‌ থন্‌খি। মহাক্না (বিদুরগী দেহ্‌ মনুংদা জীব-জীবাত্মা না) হক্‌চাং অদু থাদোক্লম্‌দুনা যুধিষ্ঠিরগী হক্‌চাংনুংদা চঙ্‌খিদুনা যুধিষ্ঠিরগী দেহনুংদা লৈবা আত্মাগা তিন্নখি-একাকার ওইখি। অদুগা হক্‌চাং অদুদি উপাম্বীদুদা ঙাদুনা অদুম্‌ লৈ ॥২৭॥ অদুগা নুংশাশোর হোম্বদি পূমলেপ্‌ লেপ্‌খ্রে। মীৎ অনীদু কুপ্তুনা অদুম্‌ লৈখ্রে। চেতনা য়াওদ্রে। অশিবা হায়বদু ওইরে ॥২৮॥ অঙকপা বিদুরগী যোগবল (যোগশক্তি)নি। বিদুরগী হক্‌চাংদা লৈবম্বা আত্মানা যুধিষ্ঠিরগী আত্মাগা অমত্ত ওইনা হেক্‌ তিন্নখিবদুদা মমাংঙৈগী হেক্‌ থৌদোক্‌ মখৈ লোইনা নিংশিংখি। ঐগা বিদুবগা অনীসি ধর্ম কৌবা ঈপা অমত্তগী মচানি। বিদুরসু ধর্মরাজগী মচানি, ঐসু ধর্মরাজনি ......... অসিনচিংবা আধ্যাত্মিক্‌ জ্ঞানসি যুধিষ্ঠিরগী মশাদা লাক্‌খি। অসিত নত্তে। বিদুরগী লৈরম্বা যোগবল, আধ্যাত্মিক্‌ জ্ঞান পূম্বা যুধিষ্ঠিরগী থম্মোয়দা ফাওখ্রে ॥২৯-৩০॥ অদুদগী বিদ্বান্‌ পণ্ডিত ওইরবা যুধিষ্ঠিরনা বিদুরগী থরায় য়াওদ্রবা হক্‌চাংদু সংস্কার তৌগে হায়না খল্লক্‌ই। মতমদুমক্তদা আকাশবাণী অমা লাক্‌খি ঃ- "নিংথৌ! বিদুরগী হক্‌চাংদু সংস্কার তৌবা (মৈ থাদোক্‌পা) চুমদে, তৌগনু। মহাক্‌ শম্পূর্ণ সন্ন্যাসী অমা ওইনা শিখ্রবনি। অসিগুম্বা মহা সন্ন্যাসীগী হক্‌চাংদি মৈ থাদোক্‌পা চুমদে। হায়রিবসি সনাতন ধর্মনি। মপান্‌গী হক্‌চাং (লৈপাক্‌) অসিনা লৈপাক্তা অদুম্‌ তিন্নজখিনি! বিদুর অদু সান্তানিক্‌ কৌবা লোক্‌ ফংগনি, ফংখ্রে। অদুনা মাগীদমক্‌ কারিসু ব্রাফম্‌ থোক্তে "॥৩১-৩৩॥ অসুম্না লাউথরক্‌পা আকাশবাণী অদু তাবদা যুধিষ্ঠির অসি তুমিন্না হন্‌খি। থোক্‌খিবা থৌদোক্‌ পূম্বদি অমত ব্রাত্তনা ধৃতরাষ্ট্রদা তম্‌খি ॥৩৪॥ বিদুরগী দেহ্‌ থাদোক্‌পা মথাদোক্‌, শিখিবা - মাসিগী থৌদোক্‌ অসি তাবদা ধৃতরাষ্ট্র, ভীমনচিংবা লৈরিবদু পূমঙক্‌ ঙক্‌খি। ঙাইহাক্‌ লৈরগা ধৃতরাষ্ট্রনা যুধিষ্ঠিরদা হায় ঃ- নহাক্‌ উঁহে-ব্রাঁহেসি খরা চারো। জলপান্‌ তৌ ॥৩৫-৩৬॥ নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! তৌরিবসি পীজরিবসি অতিথি সৎকারনি। অতিথি সেবা নি। ঐনা তৌরিবসে শাস্ত্রগী নিয়মনি

- য়াথংনে। ধৃতরাষ্ট্রনা অসুম্না হায়রক্পাস ভাবদ যুধিষ্ঠিরনা, "য়াম্না ফাবে" হায়রগা উহৈ-বহৈশিংদু ভীমনচিংবা মনাওশিংদুগা চামিন্নখি। অদুগী উথাদা আসন থারণা অহিং অদু বনদা লেন্খি ॥৩৭-৩৮॥

**মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমিকপর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা "বিদুরনির্বাণ" গী কুন্তরুকতবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-০-

## সপ্তবিংশোঽধ্যায়ঃ

**(যুধিষ্ঠিরনা ঋষিশিংগা লোয়ননা আশ্রম ময়াম্ মথং মথং য়েংবা। ঈশিং চক্ষু য়েন্বা। হস্তিনাপুরক্তুনা ধৃতরাষ্ট্রগী নাক্তা ফন্নবা। ব্যাসাশ্রম তান্না চৎপা )**

**কুনতরেৎশুবা অধ্যায়ঃ**

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততস্তু রাজন্নেতেষামাশ্রমে পুণ্য কর্মণাম্।
শিবা নক্ষত্রসম্পন্না সাব্যতীয়ায়শর্বরী ॥১॥
ততস্তত্র কথাশ্চাসংস্তেষাং ধর্মার্থলক্ষণাঃ।
বিচিত্রপদসংচারা নানাশ্রুতিভিরন্বিতাঃ ॥২॥
পাণ্ডবাস্ত্বভিতো মাতুর্ধরন্যাং সুষুপুস্তদা।
উৎসৃজ্য তু মহার্হাণি শয়নানি নরাধিপ ॥৩॥
যদাহারোঽভবৎরাজা ধৃতরাষ্ট্রো মহামনাঃ।
তদাহারা নৃবীরাস্তে ন্যবসংস্তাং নিশাং তদা ॥৪॥
ব্যতীতায়াং শর্বর্য্যাং কৃতপৌর্বাহ্লিকক্রিয়ঃ।
ভ্রাতৃভিঃ মহিতোরাজা দদর্শাশ্রমমণ্ডলম্ ॥৫॥
সান্তঃপুর পরীবারঃ সভৃত্যঃ সপুরোহিতঃ।
যথা মুখং যথোদ্দেশং ধৃতরাষ্ট্রাভ্যানুজ্ঞয়া ॥৬॥
দদর্শ তত্র বেদীশ্চ সংপ্রজ্বলিতপাবকাঃ।
কতাভিষেকৈর্মুনিভির্হুতাগ্নিভিরুপাস্থতাঃ ॥৭॥
বানেয়পুষ্পনিকরৈরাজ্যধূমোদ্গমৈ রপি।
ব্রহ্মেণ বপুষা যুক্তা মুনিগনর্স্য তাঃ ॥৮॥
মৃগযুথৈরনুদ্বিগ্নৈস্তত্র তত্র মমলাশ্রিতৈঃ।
অশঙ্কিতৈঃ পাক্ষগণৈঃ প্রগীতৈরিব চ প্রভো ॥৯॥
কেকাভির্নীলকন্ঠানাং দাত্যূহানাং চ কূজিতৈঃ।
কোকিলানাং কুহুরবৈঃ মুখৈঃ শ্রুতিমনো হবৈঃ ॥১০॥
প্রাধীতদ্বিজঘোষৈশ্চ ক্কচিৎ ক্কচিদলং কৃতৈম্।
ফলমূল সমাহার্রৈমহদ্ভিশ্চোপশোভিতম্ ॥১১॥
ততঃ স বাজা প্রদদৌ তাপসর্থমুপাহৃতান্।
কলশান্ কাঞ্চনান্ রাজংস্তহো বৌদম্বরানপি ॥১২॥
অজিনানি প্রবেনীশ্চ স্রক্ স্রুবং চ মহীপতিঃ।

কমণ্ডলূংশ্চ স্থালীশ্চ পিঠরাণি চ ভারত ॥১৩॥
ভাজনানি চ লৌহানি পাত্রীশ্চ বিবিধা নৃপ।
যৎ যদিতি যাবচ্চ যচ্চান্যদপি ভাজনম্ ॥১৪॥
এবং স রাজা ধর্মাত্মা পরিতাশ্রমমণ্ডলম্।
বসু বিশ্রাণ্য তৎসর্বং পুনরায়ান্মহীপতিঃ ॥১৫॥
কৃতাহ্নিকং চ রাজানং ধৃতরাষ্ট্রং মহীপতিম্।
দদর্শাসীনমব্যগ্রং গান্ধারীসহিতংতদা ॥১৬॥
মাতরং চাবিদূরস্থাং শিষ্যবৎ প্রণতাং স্থিতাম্।
কুন্তীং দদর্শ ধর্মাত্মাশিষ্টাচারসমন্বিতাম্ ॥১৭॥
স তমভ্যর্চ্য রাজানং নাম সংশ্রাব্য চাত্মনঃ।
নিষীদেত্যভ্যনুজ্ঞাতো বৃস্যামুপরিবেশহ ॥১৮॥
ভীমসেনাদয়শ্চৈব পাণ্ডবা ভরতর্ষভ।
অভিবাদ্যোপসংগৃহ্য নিষেদুঃ পার্থিবা জ্ঞয়া ॥১৯॥
স পরিবৃতোরাজা শুশুভেঽতীব কৌরবঃ।
বিভ্রৎব্রাহ্মীংশ্রিয়ং দীপ্তাং দেবৈরিব বৃহস্পতিঃ ॥২০॥
তথা তেষূপরিষ্টেষুসমাজগ্মুমর্হষয়ঃ।
শতযূপভৃতয়ঃ কুরুক্ষেত্রনিবাসিনঃ ॥২১॥
ব্যাসশ্চ ভগবান্ বিপ্রো দেবর্ষিগণসেবিতঃ।
বৃতঃ শিষ্যৈর্মহাতেজা দর্শয়ামাস পার্থিবম্ ॥২২॥
ততঃ স রাজা কৌরব্যঃ কুন্তীপুত্রশ্চ বীর্য্যবান্।
ভীমসেনাদয়শ্চৈব প্রত্যুত্থায়াভ্যবাদমন্ ॥২৩॥
সমাগতস্ততো ব্যাসঃ শতযূপাদিভিবৃতঃ।
ধৃতরাষ্ট্রং মহীপাল মাস্যমিত্য ভাষত ॥২৪॥
বরং তু বিষ্টরং কৌশ্যাং কৃতাজিনকুশোত্তরম্।
প্রতিপেদেস্তদা ব্যাসস্তদর্থমুপকল্পিতম্ ॥২৫॥
তে চ সর্বে দ্বিজশ্রেষ্ঠা বিষ্টরেষু সমন্ততঃ।
দ্বৈপায়নাভ্যনুজ্ঞাতা নিষেদুর্বিপুলৌজসাঃ ॥২৬॥

**ইতি শ্রীমহাভারতে সতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বয়াসিক্যমাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি ব্যাসাশ্রমগমনে সপ্তবিংশোঽধ্যায়ঃ**

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- জনমেজয় ! অসিগী তুংদা আশ্রম অদুদা লৈবিবা পুণ্যগী মশক ওইববা মীশিংগী শক্তমদা নক্ষত্রগী পবেংগুম্না নিংথিববা মঙ্গলগী মশক ওইরবা অহিং অদু লেনখ্রে ॥১॥ মতম অদুদা তিল্লিবা মীশিং অদুগী মবক্তা অঙকপা পদশিং অমদি মখল-মখা কয়াগী শ্রুতিশিংনা তিন্বা ধর্ম অমসুং ধর্মগী অর্থগা মবি লৈনবা হিবমদা ব্রা কযা নৈনখি ॥২॥ হে নিংথৌ ! জনমেজয ! পাণ্ডবশিংনা মখোয়-মখোযগী মমল য়াম্লবা হিপ্‌ফম্-পোত্থাফম্বু থাদোক্লমদুনা লৈমায়থক্তা হিপ্লিবী অপোক্পী মমাগী অকোযবদা হিপথনখি ॥৩॥ পুকচেল চাওববা নিংথৌ অথোইবা ধৃতরাষ্ট্রনা চিঞ্জাক্ অদু চাখিবা - অচা-অথক্ পুম্না মী অথোইবা পাণ্ডবশিংনসু মানা চাখিবগী লেমহৌবশিংদু অহিং অদুদা চাখি ॥৪॥ অহিং অদু লেল্লবদা অযুক্কী হৌনবী নৈত্বিক্ (নুমিৎ খুদিংগী ওইবা) কযা (থবক) লোইবগা যুধিষ্ঠিবনা ধৃতরাষ্ট্রদগী যাথং লৌবগা মনাওশিং অমদি কোনুং মনুংগী নুপীশিং, সেবকশিং অমসুং পুবোহিতশিংগা লোয়ননা য়াম্না নুংঙাইনা তোঙান্ তোঙান্‌বা মফমশিংদা কোইনা চত্তুনা মুনির্শিংগী আশ্রমশিংবু য়েংখি ॥৫-৬॥ মফমশিং অদুদা আশ্রমশিংগী ওইবা যজ্ঞগী বেদি কয়াবু শেমখি, যজ্ঞ কুণ্ড অদুদা অগ্নিদেবনা মকা লাম্না চাক্‌খৎলক্‌খিবদু মখোয় ময়াম্না উখি। মুনিশিংনা স্নান তৌবগা যজ্ঞ বেদিশিংগী নাক্তা ফম্লৈ অমসুং মৈদা হোম কৎখি। বনগী লৈশিংনা অমদি ঘিনা হোম তৌবদগী কাখৎলক্লিবা মৈখুনা যজ্ঞ বেদিশিংগী ফজবা মগুণ অদু অমুক্‌সু হেন্‌গৎহন্‌খি। মফম্ অদুদা ভক্তনা হোম্ পীবনা বেদিশিং অদু বেদগী মশক্ ওইববা হক্‌চাং কযানা তিনবগুম উখিবম্মী। মুনিশিংগী কাংলুপ্না মতম্ খুদিংদা মখোযগা লোযনদুনা লৈবগুম্না উখি ॥৭ ৮॥ নিংথৌ ! আশ্রমশিং অদুগী মফম্ মফম্ খুদিংদা শজিশিংনা মনিং তম্না লৈর্জাব। উচেক কযা কযানা চিংনবা লৈতনা অব্রাংবা খোঞ্জেলদ' নুংশি নুংশিনা খোংজবি ॥৯॥ ব্রাহোংশিংগী নুংশিববা খোম্বাং, নোংগৌবীশিংগী নুংশিববা খোঞ্জেল নাকোং অমদি পুক্লিংবু শুমহৎলম্মী। কবি কাবগুম্বা মতম্‌দনা নৈনবা কল্লবা ব্রাহ্মণশিংগী বেদগী মন্ত্রশিংগী চীং লেম্লবা খোঞ্জেলনা নিল্লম্মী। পুন্নমক অসিনা আশ্রমশিং অদুগী নিংথিবা শক্লে অদু অমুকসু হেনগৎহনখি। অসুম্না আশ্রম অদুদা উঁহে ব্রাঁহে চাদুনা মপুন্সি লেনবা মহাপুরুষশিংতনা লৈবা ওইখি ॥১০ ১১॥ হে নিংথৌ ! জনমেজয ! মতম্ অদুদা মহাবাজ যুধিষ্টিবনা তপস্বীশিংগীদমক সনাগী অমসুং কাবিগী পাত্র, শজি মউল (অমুবা) গী ওইববা ফৈজুপ্, স্রুক, স্রবা (যজ্ঞগী হুমজৈ), কমণ্ডলু (যুবী খুজাই), পাত্র, মখল্ কযাগী যোংকী অতোপ্পা পাত্রশিং কযা কযা যেহোক্‌লম্মী। মানা মনা পাম্বা মখল কযাগী পাত্রশিং অদু তপস্বীশিং অদুদা যেহোক্‌লম্মী। অসিদা নত্তনা দবকাব ওইবা মখল মখা কযাগী পাত্রশিংস মযাম অদদা পীখিবম্মী ॥১২-১৪॥ মতৌ অসুম্না ধর্মগী মশক ওইববা নিংথৌ পৃথিবীপতি যুধিষ্টিবনা আশ্রমশিংদা কোইনা কোইনা চত্তুনা লন-থুম্ যেল্লম্লবা তুংদা ধৃতরাষ্ট্রগী নাক্তা হনখিবম্মী ॥১৫॥ মফম অদুদা মহাবাজ ধৃতরাষ্ট্রনা নিত্যকর্ম লোইবগা গান্ধারীগা লোযননা চীং-লেম্না ফম্মীন্নবদু ধর্মবাজ যুধিষ্টিবনা উখি। মফম অদুদগী খবা হন্দোক্লগা হৌনবী খংবী চৎনলোন ঙাকপী মাতা কুন্তিনা শিষ্য অমগী মতৌগুম নোল্লুক্না লেপ্‌লি ॥১৬ ১৭॥ যুধিষ্ঠিবনা মশাগী মিং তাক্লগা ধৃতরাষ্ট্রবু খুকমজবগা পুজা কৎচখি অদুগা ফম্মু হাযবগী য়াথং ফংলবা তুংদা মহাক্লা কুশগী আশনথক্তা ফমথখি ॥১৮॥ নিংথৌ ! ভবত শাগেগী অথোইবা ! জনমেজয় ! ভীমসেনর্নাচিংবা পাণ্ডবশিংসু নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী চবণ শোক্লা খুকমজবগা মাগী য়াথং মতুংইন্না ফমথনখি ॥১৯॥ মখোয মচিন মনাও মঙানা কোইশিল্লবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র অসি ব্রহ্মতেজনা থল্লবা বৃহস্পতিবু লাই ময়াম্না কোইশিনবগুম নিংথিনা মকা লাংলম্মী ॥২০॥ অসুম্না মখোয়না হেক ফমথনবগা লোয়ননা কুরুক্ষেত্রদা লৈবা শতযুপর্নাচিংবা ঋষি মুনিশিং মফম অদুদা য়ৌবকখি। দেবর্ষি কয়ানা থৌজাম্বা মঙাল য়াম্না লৈববা তেজ কল্লবা ব্রাহ্মণ অথোইবা

ভগবান্ শ্রীব্যাসনসু শিষ্যশিংগা লোয়ননা লাক্লগা নিংথৌগী দর্শন ফংখি ॥২২॥ মতম অদুদা কুরুবংশগী নিংথৌ অথোইবা ধৃতরাষ্ট্রনা পরাক্রমী ওইরবী কুন্তিগী মচা যুধিষ্ঠির অমদি ভীমসেন্নচিংবা ময়াম্না হৌগৎতুনা মহর্ষিশিংবু স্বাগৎ প্রণাম তৌখি ॥২৩॥ মসিগী তুংদা শতযুপনচিংবা অমসুং নৌনা লেংশিল্লকলিবা মহর্ষি শ্রীব্যাসনা নিংথৌ মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র অমসুং ময়ামদা ফম্নবগী য়াথং পীবিখি ॥২৪॥ অসিগী তুংদা মুনিবর ব্যাসদেব মশামক্ ফজরবা কুশগী অমসুং অমুবা শজিগী মউন্না কুপ্লবা মাগীদমক্তা থাগ্রবা আসনথক্তা ফমথখি ॥২৫॥ অসিগী তুংদা ব্যাসগী য়াথং মতুংইন্না মগুণ লৈরবা অতোপ্পা ব্রাহ্মণশিংসু মাইগী মরিমক্তা থাগ্রবা ফিদাথক্শিংদা ফমথনখি ॥২৫॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিকপর্বগী আশ্রমবাসপর্বদা ব্যাসাশ্রমগমনগী মতাংদা কুন্থরেংশুবা অধ্যায় লোয়রে ॥**

-০-

# মনিপুরী মহাভারত

## অষ্টাবিংশোঽধ্যায়ঃ

(মহর্ষি ব্যাসনা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী অৱা নুংঙাই হংবা; অদুগা বিদুর অমসুং যুধিষ্ঠিরগী ধর্মগী গুণগী মরমদা নৈনবা অমসুং তাকপা)

## কুন্নিপালগুবা অধ্যায়ঃ

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততঃ সমুপবিষ্টেষু পাণ্ডবেষ মহাত্মসু।
ব্যাসঃ সত্যবতীপুত্র ইদং বচনমব্রবীত্ ॥১॥
ধৃতরাষ্ট্র মহাবাহো কচ্চিত্ তে বর্ধতে তপঃ।
কচ্চিন্মনস্তে প্রীণাতি বনবাসে নরাধিপ ॥২॥
কচ্চিদ্ধৃদি ন তে শোকো রাজন্ পুত্রবিনাশজঃ
কচ্চিজ্জ্ঞানানি সর্বাণি সুপ্রসন্নানি তেঽনঘ ॥৩॥
কচ্চিদ্ বুদ্ধিং দৃঢাং কৃত্বা চরস্যারণ্যকং বিধিম্।
কচ্চিদ্ বধুশ্চ গান্ধারী ন শোকেনাভিভয়তে ॥৪॥
মহাপ্রগ্যা বুদ্ধিমতী দেবী ধর্মার্থদর্শিনী।
আগমাপায়ত্ত্বজ্ঞা কচ্চিদেষা ন শোচতি ॥৫॥
কচ্চিত্ কুন্তী চ বাজংত্বাং শুশ্রুষত্যনহম্ কৃতা।
যা পবিত্যজ্য স্বম্ পুত্রং গুরুশুশ্রূষণে রতা ॥৬॥
কচ্চিদ্ ধর্মসুতো রাজা ত্বয়া প্রত্যভিনন্দিতঃ।
ভীমার্জুনয়মাশ্চৈব কচ্চিদেতেঽপি সান্ত্বিতাঃ ॥৭॥
কচ্চিন্নন্দসি দৃষ্টৈতান্ কচ্চিত্ তে নির্মলং মনঃ।
কচ্চিচ্চ শুদ্ধভাবোঽসি জাতজ্ঞানো নরাধিপ ॥৮॥
এতদ্ধি ত্রিতয়ং শ্রেষ্ঠং সর্বভূতেষু ভারত।
নির্বৈরতা মহারাজ সত্যমক্রোধ এব চ ॥৯॥
কচ্চিত্ তে ন চ মোহোঽস্তি বনবাসেন ভারত।
স্ববশে বন্যমন্নং বা উপবাসোঽপি বা ভবেত্ ॥১০॥
বিদিতং চাপি রাজেন্দ্র বিদুরস্য মহাত্মনঃ।
গমনং বিধিনাঽনেনধর্মস্য সুমহাত্মন ঃ ॥১১॥
মাণ্ডব্যশাপাদ্ধি স বৈ ধর্মো বিদুবতাং গতঃ।
মহাবুদ্ধির্মহায়োগী মহাত্মা সুমহামনাঃ ॥১২॥

বৃহস্পতির্বা দেবেষু শুক্রো বাপ্যসুরেষু চ।
ন তথা বুদ্ধিসম্পন্নো য়থা স পুরুষর্ষভঃ ॥১৩॥
তপোবলব্যয়ং কৃত্বা সুচিরাত্ সভৃতং তদা।
মাণ্ডব্যেনর্ষিণা ধর্মো হ্যভিভূতঃ সনাতনঃ ॥১৪॥
নিয়োগাদ্ ব্রহ্মণংঃ পূর্বং ময়া স্বেন বলেন চ।
বৈচিত্রবীর্য়কে ক্ষেত্রে জাতঃ স সুমহামতি ঃ ॥১৫॥
ভ্রাতা তব মহারাজ দেবদেবঃ সনাতনঃ।
ধারণাত্মনসা ধ্যানাদ্যয়ং ধর্মং কবয়ো বিদুঃ ॥১৬॥
সত্যেন সংবর্ধয়তি য়ো দমেন শমেন চ।
অহিসয়া চ দানেন তপ্যমানঃ সনাতন ঃ ॥১৭॥
য়েন য়োগবলাজ্জাতঃ কুরুরাজো যুধিষ্ঠিরঃ।
ধর্ম ইত্যেষ নৃপতে প্রাজ্ঞেনামিতবুদ্ধিনা ॥১৮॥
য়থা বহ্নির্য়থা বায়ুর্য়থাঽঽপঃ পৃথিবী য়থা।
য়থাঽঽকাশং তথা ধম ইহ চামুত্র চ স্থিতঃ ॥১৯॥
সর্বগশ্চৈব রাজেন্দ্রসর্বং ব্যাপ্য চরাচরম্।
দৃশ্যতে দেবদৈবৈঃ স সিদ্ধৈর্নির্মুক্তকল্মষৈঃ ॥২০॥
য়ো হি ধর্মঃ স বিদুরো বিদুরোয়ঃ স পাণ্ডবঃ।
স এষ রাজন্ দৃস্যন্তে পাণ্ডবঃ প্রেব্যবত্ স্থিতঃ ॥২১॥
প্রবিষ্টঃ স মহাত্মানং ভ্রাতা তে বুদ্ধিসত্তমঃ।
দৃষ্টা মহাত্মা কৌন্তেয়ং মহায়োগবলান্বিতঃ ॥২২॥
ত্বাং চাপি শ্রেয়সা য়োক্ষ্যে ন চিরাদ্ ভরতর্ষভ।
সংশয়চ্ছেদনার্থায প্রাপ্তং মাং বিদ্ধি পুত্রক ॥২৩॥
ন কৃতং য়ৈ পুরা কৈশ্চিত্ কর্ম লোকে মহর্ষিভিঃ।
আশ্চর্য়ভুতং তপসঃ ফলং তদ্ দর্শয়ামি বঃ ॥২৪॥
কিমিচ্ছসি মহীপাল মত্তঃ প্রাপ্তুমভীপ্সিতম্।
দৃষ্টুং স্প্রষ্টুমথ শ্রোতুং তত্কর্তাঽস্মি ত্ধানঘ ॥২৫॥

**ইতি শ্রীমহাভারতে আশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি ব্যাসবাক্যে অষ্টাবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥**

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! মহাত্মা ওইৰবা পাণ্ডবশিংনা ফম্‌থনরক্লবা তুংদা সত্যবতীনন্দন -ব্যাসনা হংগ্তি ঃ-॥১॥ মহাবাহু ধৃতরাষ্ট্র ! নহাক্কী তপস্যাসিদা থোইদোক্‌পা অকায়বা ককাদি লৈতেকো ? তপস্যাদা পূক্লিং চঙ্‌দুনা লৈরিদনা ? ॥২॥ নিংথৌ তপস্যাসি তৌরিঙৈদা নচাশিংবু লোয়না হাংখিবা, শিখিবগী অৱাবা-নুঙাইবা, অশাউবা(কামক্রোধ-অনুতাপ্‌) নচিংবা কাদি মরক্‌ মরক্তা লাক্‌খিদেদনাকো ? নংগী পূক্লীং ইন্দ্রিয়া পূম্বা পূম্‌শেং শেংনা অমক্‌পা অমফাওবা য়াওদনা লৈরিনিকো ? ॥৩॥ বুদ্ধি পূক্লীং অনীমক্‌পু কন্না ফাজিন্দুনা বনবাসগী অৱাবা অমতা ফাওদেদনা ? নিংথৌ ! নহাক্কী লোয়নবী গান্ধারীসিগী থম্মোয়দা নোংমা ফাদোক্‌ অৱাবা-অশাউবগী মনিন্‌ অমতা ফাওবা ফাওদ্রিকো ? ॥৪॥ গান্ধারী কৌবীসে য়াম্না বুদ্ধি লৈবী, জ্ঞানবতী ওইৰী নুপী অমনি। সংসারদা পোক্‌পা শিবা তত্ত্ববু, অদুগা তাইবং মীওইবা মপোক্কী উদ্দেশ্য অমনি তত্ত্ববু মুন্না খঙ্‌বী নুপী অমনি। মাঙোন্দা করিগুম্বা নুঙাইতবা অমত লৈরম্মোই খল্লি ॥৫॥ নিংথৌ ! মচাশিংবু অদুগা মচা-মশূনা ফংবা সুখসম্পতিবু খোঙ্গাওনদুনা-থাদোক্লম্‌দুনা গুরুজনগী তগিথিগী সেবাদা পূক্লীং চঙদুনা লৈরিকো ? ॥৬॥ লাক্লিবা যুধিষ্ঠিরনচিংবা নচাশিংবু স্বাগত তৌদুনা নুঙাইনা লৈহল্লিকো ? ভীম, অর্জুন, নকুল, সহদেববু চাং চপ্‌ চপ্‌ মান্ননা নুংশিবিরিদনা ? ॥৭॥ নিংথৌ, মখোয়সিবু উরগা নহাক্‌ ঈপেন্ত-পেন্দুনা নুঙাইরিনিনা ? মখোয়দা শাওরম্বা পূম্বা উফুল পাইবগুম্‌ পাইথোক্‌খ্রিনিদনা ? পূক্লিংগী অমক্‌পা, অমোৎপা খোশ্‌ পূম্বা তপস্যাগী তাপ্‌ (মৈশা) না লোইনা চাক্‌খ্ররিনিনা ? ॥৮॥ মহারাজ ! ভরতনন্দ ! কনাগুম্বা অমত্তগী মফম্‌দা বৈরভাব্‌ থম্‌দবা সত্যবাদ (অচুম্বা তৌবা ঙাঙ্‌বা) অশাউববু থাদোক্‌পা হায়বা গুণশক্তি অহুম্‌সে প্রাণী পূম্নমক্তা অদুগা বিশেষ ওইনা তাইবং মীগী খ্বাইদগী হেন্বা গুণনিদো ॥৯॥ ভারত ! বনদা হৌবা-পাম্বা মহৈ-মরোং নংগী নখা পোন্না, মখোয়গী হাউবা হাউতবা নঙোন্দা করিমত্ত নুঙাইবা পোম্বা ঙম্‌দেদনা ? বনবাস-উপবাসনা নংগী তপস্যাদা অকায়বা-নীঙ্‌হন্নবককাদি নঙোন্দা পোক্‌হন্দ্রিদনেকো ? ॥১০॥ রাজেন্দ্র ! মহাত্মা বিদুর হায়বদো, থাঙ্গৈশেংবা ধর্মগী মূর্তিনি। ধর্ম কৌবা লাইনা শায়োন্‌ তৌদুনা পোক্লবনি। মতাক্লা ভৌতিক্‌ দেহসি ঈরাই লায়না থাদোক্লন্নবা চৎখ্রিবা খোঙ্‌চৎ অদু খঙ্‌লরিনি, তারিরিনি ॥১১॥ ধর্মরাজ (যমরাজ) না মাণ্ডব্য ঋষিগী শাপনা বিদুব কৌদুনা পোক্লবনি। য়াম্না বুদ্ধি লৈবা, যোগী, মহাত্মা, অদুগা মহাজ্ঞানি ওইখিবনি ॥১২॥ দেবতাশিংগী মনুংদা বৃহস্পতী, অসুরগী গুরু শুক্রচার্য্যমক্সু বিদুরগুম্না বুদ্ধিমান্‌ ওইখিদবনি। অদুগুম্বা মহাপুরুষ অদু বিদুরনা ওইখিনি ॥১৩॥ মাণ্ডব্য ঋষিনা মতম্‌ কুইনা তপস্যাগী শক্তিনা সনাতন ধর্মগী ধর্মদেবতামক্‌পু মায়থিবা পীখিবনি॥১৪॥ মমাঙ্‌ঙৈদা ঐনা ব্রহ্মাশক্তিগী য়াথংদগী তপস্যাগী পান্বৈনা বিচিত্রবীর্য্যগী ক্ষেত্রদা (ভার্য্যাদা) বুদ্ধিমান্‌ বিদুরবু ঈচা ওইনা পোক্‌খিবনি ॥১৫॥ মহারাজ ! নংগী ননাও ওইনা পোক্‌খিবা দেবতামক্কী দেবতা ওইবা সনাতন ধর্ম হায়বদু ওইখিবনি। পূক্লীং কৌবা ইন্দ্রিয়ানা ধর্মগী ধারনবু ধ্যানবু (ধারনা-ধ্যানবু) তৌখিবনি। অদুগীদমক্তা বিদ্ধান পুরুষ ওইবশিংনা মহাক্‌পু ধর্ম হায়না কৌনবনি-খঙ্‌নবনি ॥১৬॥ সত্য, ইন্দ্রিয়াসংযম, মনোনিগ্রহ (পূক্লীংবু ফাজিন্বা) অহিংসা, দান - মখোয়সিবু সেবন তৌদুনা জগৎকী চাউখৎনবগী মশক্‌ ওইবা সনাতন ধর্ম হায়বসে বিদুরদগী তোঙান্দবনি ॥১৭॥ অদুগুম্বা শক্তিমান্‌ ধর্ম কৌবা মহাক্লা যোগশক্তিনা কুরুরাজ যুধিষ্ঠিরবু কুন্তীগী মচা ওইনা পোক্‌খিবনি ॥১৮॥ অগ্নি, বায়ু, জল, পৃথ্বী আকাশ মঙাসিনা ইহলোক পরলোক অনীমক্তা লৈবগুম্না ধর্ম হায়বদুসু লোক অনীমক্তা শীন্থুংনা লৈবনি ॥১৯॥ রাজেন্দ্র ! ধর্মগী গতিসে (খোঙ্‌চৎ) মফম্‌ মতম্‌ পুম্বদা শীন্থুংনা লৈবনি। অচচ্চত্তা, অউ-উদবা জগৎপুম্বদা শীন্থুংনা লৈবনি। অদুগুম্বা ধর্মনা পাপ্‌ পুম্নমক্‌পু চাম্‌থোক্‌খ্রবা মী মহাক্‌ অদুতনা দেবতাশিংগী দেবতা ওইবা ধর্মবু সন্ধাৎকার

তৌবনি। মূর্তি নাইনা উবনি ॥২০॥ মূর্ত্তিনা ইবা ধর্ম-ধর্ম হায়নরিবদো বিদুরনা ওইখিবনি। অদুনা বিদুরনা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরদা একাকার ওইনা তিন্‌খিবনি। অদুগুম্বা ধর্মনা মূর্ত্তিনাইনা যুধিষ্ঠির কৌদুনা নংগী সেবক্ অমগুম্মা মখুৎ লোন্নদুনা লেপ্লি ॥২১॥ চাউরবা যোগশক্তিনা তিল্লবা, বুদ্ধিমান্‌শিংদগসি বুদ্ধিমান ওইরবা, মনাও ওইনা বিদুরনা যোগশক্তিনা যুধিষ্ঠিরগী হক্‌চাংনুংদা চঙ্খ্রবনি ॥২২॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা ! নাহক্‌পুসু ঐনা মহামঙ্গলগী মশক্ ওইরবা লোকতা থাগনি। ঐনা লাক্লিবসে নহাক্কী চিংনবপুম্বা কোক্‌হন্নবা লাক্‌পনি ॥২৩॥ মমাংঙৈদা ঋষিশিংনা অমুক্তা তৌখিদ্রিবা, তৌবা ঙম্‌খিদবদো, ঐ ঙসি নঙোন্দা তৌগে, উৎকে। তপস্যাগী অঙক্‌পা বল (শক্তি) দো উৎকে ॥২৪॥ পাপকী শরুক্ চাম্‌থোক্‌খ্রবা নিংথৌ ! হায়য়ু, নহাক্ হৌজিক্ করি পাম্মি ? মাদুবু উনিংবা, তানীংবা, শোক্লীংবা লৈরগসু, নংগী নীংবা থুংহন্‌গে ॥২৫॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমিকপর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা ব্যাস বাক্যগী কুন্নিপাল্‌শুবা আধ্যায় লোইরে ॥**

-০-

# মনিপুরী মহাভারত

## ঐকোনত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

(ধৃতরাষ্ট্রনা নোংগাখিবা। বন্ধবান্ধবশিংনা হ্রাবা। শিগ্রবা মচাশিংগী গান্ধারী কুন্তীদা উহৃবা)

## কুন্যাপল্ শুবা অধ্যায়ঃ

জনমেজয় উবাচ

বনবাসং গতে বিপ্র ধৃতরাষ্ট্রে মহীপতৌ।
সভার্য্যে নৃপশার্দূলে বধ্বা কুন্ত্যা সমন্বিতে ॥১॥
বিদুরে চাপি সংসিদ্ধে ধর্মরাজং ব্যপাশ্রিতে।
বসৎসু পাণ্ডুপুত্রেষু সর্বেষ্বাশ্রমমণ্ডলে ॥২॥
যৎতদাশ্চর্য্যমিতিবৈ করিষ্যামীত্যুবাচহ।
ব্যাসঃ পরমতেজস্বী মহর্ষিস্তৎ বদস্বমে ॥৩॥
বনবাসে চ কৌরব্যঃ কিয়ন্তং কালমচ্যুতঃ।
যুধিষ্ঠিরো নরপতির্ন্যবসৎ সজনস্তদা ॥৪॥
কিমাহারাশ্চ তে তত্র সসৈন্যা নৎবসনপ্রভো।
সান্তঃ পুরা মহাত্মান ইতি ইতিতৎব্রূহিমেঽনঘ ॥৫॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

তেঽনুজ্ঞাতাস্তদা রাজন্ কুরুরাজেন পাণ্ডবাঃ।
বিবিধান্যন্নপানানি বিশ্রাম্যানুভবন্তি তে ॥৬॥
মাসমেকং বিজহ্রুস্তে সসৈন্যান্তঃ পুরা বনে।
অথ তত্রাগমৎ ব্যাসো যথোক্তং তে ময়ানঘ ॥৭॥
তথা চ তেষাংসর্বেষাং কথাভির্নৃপসংনিধৌ।
ব্যাসমন্বাস্যতাং রাজন্নাজগ্মুর্মুনয়ো পরে ॥৮॥
নারদঃ পর্বতশ্চৈব দেবলশ্চ মহাতপাঃ।
বিশ্বাবসুস্তুম্বুরুশ্চচিত্রসেনশ্চ ভারত ॥৯॥
তেষামপি পূজাং চক্রে মহাতপাঃ।
ধৃতরাষ্ট্রাভ্যনুজ্ঞাতঃ কুরুরাজো যুধিষ্ঠির ঃ ॥১০॥
নিষেদুস্তে ততঃ সর্বে পূজাং প্রাপ্য যুধিষ্ঠিরাৎ।
আসনেষু চ পুণ্যেষু বর্হিনেষু বরেষু চ ॥১১॥
তেষূ তত্রোপবিষ্টেষু সতুরাজা মহীমতিঃ।
পাণ্ডুপুত্রৈঃ পরিবৃতো নিষসাদ কুরুদ্বহ ॥১২॥

গান্ধারী চৈব কুন্তী চ দ্রৌপদী সাত্বতী তথা ।
স্ত্রিয়শ্চান্যাস্তথান্যাভিঃ সহোপবিবিশুসুতঃ ॥১৩॥
তেষাং তত্র কথা দিব্যা ধর্মিষ্ঠাশ্চাভবন্ নৃপ ।
ঋষীণাং চ পুরাণানাং দেবাসুর বিমিশ্রিতাঃ ॥১৪॥
ততঃ কথান্তে ব্যাসস্তং প্রজ্ঞাক্ষুষমীশ্বরম্ ।
প্রোবাচ বদতাং শ্রেষ্ঠঃ পুনরেবসতৎবচঃ ১৫॥
প্রীয়মানো মহাতেজাঃ সর্ববেদবিদাং ববঃ ।
বিদিতং মম রাজেন্দ্র যৎতে হৃদি বিবক্ষিতম্ ॥১৬॥
দহ্যমানস্য শোকেন তব পুত্রকৃতেন বৈ ।
গান্ধার্য্যাশ্চৈব যৎ দুঃখং পুত্রবিনাশজম্ ॥১৭॥
সুভদ্রা কৃষ্ণ ভাগিনী তচ্চাপি বিদিতং মম ।
শ্রুত্বা সমাগমমিমং সর্বেষাং বস্তুতোনপ ॥১৯॥
সংশয়চ্ছেদনার্থায় প্রাপ্তঃ কৌরবনন্দন ।
ইমে দেবগন্ধর্বাঃ সর্বে চেমে মহর্ষয়ঃ ॥২০॥
পশ্যন্তু তপসো বীর্য্যমদ্যমেচিরসম্ভৃতম্ ।
তদুচ্যতাম্ মহাপ্রাজ্ঞ কং কামং প্রদদামি তে ॥২১॥
প্রবনোঽস্মি বরংদাতুং পশ্য মেতপসঃ ফলম্ ।
এবমুক্তঃ স রাজেন্দ্রো ব্যাসেনামিত বুদ্ধিনা ॥২২॥
মুহূর্ত্তামিব সংচিন্ত্য বচনাযোপচক্রমে ।
ধনোঽস্ম্যানুগৃহীতশ্চ সফলং জীবিতং চমে ॥২৩॥
যস্মে সমাগামোঽদ্যেহ ভবদ্ভিঃ সহসাধুভিঃ ।
অদ্য চাপ্যবগচ্ছামি গতিমিষ্ঠমিহাত্মনঃ ॥২৪॥
ব্রহ্মার্কল্পৈর্ভবদ্ভির্যৎ সমেহোঽহংতপোধনাঃ ।
দর্শনাদেব ভবতাং পূতোহেংনাত্রসংশয়ঃ ॥২৫॥
বিদ্যতে ন ভয়ং চাপি পরলোকান্মমানঘাঃ ।
কিং তু তস্য সুদুর্বুদ্ধের্মন্দস্যাপনয়ৈর্ভৃশম্ ॥২৬॥
দূয়তে মেমনোনিত্যং স্মরতঃ পুত্রগৃদ্ধিনঃ ।
অপাপাঃ পাণ্ডবাযেন নিকৃতাঃ পাপবুদ্ধিনা ॥২৭॥
ঘাতিতা পৃথিবী যেন সহয়া সনরদ্বিপাঃ ।
রাজানশ্চ মহাত্মনো নানাজনপদেশ্বরাঃ ॥২৮॥
আগম্য মম পুত্রার্থে সর্বে মৃত্যুবশংগতাঃ ।
যেতে পিতৃংশ্চ দারাংশ্চ প্রাণাংশ্চ মনসঃ প্রিয়ান্ ॥২৯॥

পরিত্যজ্য গতাঃ শূরাঃ প্রেতরাজনিবেশনম্ ।
কানু তেষাং গতির্বহ্মন্ মিত্রার্থে যে হতামৃধে ।।৩০।।
তথৈব পুত্রপৌত্রাণাং মমষে নিহতা যুদ্ধে ।
দূযতে মে মনোঽভীক্ষ্ণং ঘাতয়িত্বা মহাবলম্ ।।৩১।।
ভীষ্মং শান্তনবং বৃদ্ধং দ্রোণং চ দ্বিজসত্তমম্ ।
মম পুত্রেণ মূঢ়েন পাপেনাকৃতবুদ্ধিনা ।।৩২।।
ক্ষয়ং নীতং কুলং দীপ্তং পৃথিবীরাজ্যমিচ্ছতা ।
এতৎ সর্বমনুস্মৃত্য দহ্যমানো দিবানিশম্ ।।৩৩।।
ন শান্তি মধিগচ্ছামি দুঃখশোক সমাহতঃ ।
ইতি মেচিন্তয়ানস্য পিতঃ শান্তির্নবিদ্যতে ।।৩৪।।

বৈশম্পায়ন উবাচ

তচ্ছ্রুত্বা বিবিধং তস্য রাজর্ষে পরিদেবিতম্ ।
পুনর্নবীকৃতঃ শোকো গান্ধার্য্যা জনমেজয় ।।৩৫।।
কুন্ত্যা দ্রুপদপুত্র্যাশ্চ সুভদ্রায়াস্তথৈব ।
তাসাং চ বরনারিণাং বধূনাং কৌরবস্যহ ।।৩৬।।
পুত্রশোকসমাবিষ্টা গান্ধারী ত্বিদমব্রবীৎ ।
শ্বশুরং বদ্ধনয়না দেবী প্রাঞ্জলিরুত্থিতা ।।৩৭।।
ষোড়শেমানি বর্ষানি গতানি মুনিপুঙ্গব ।
অস্য রাজ্ঞো হতান্ পুত্রাঞ্শোচতোনশমো বিভো ।।৩৮।।
পুত্রশোকসমাবিষ্টো নিঃশ্বসন্ হ্যেষ ভূমিপঃ ।
ন শেতে বসতীঃ সর্বা ধৃতরাষ্ট্রো মহামুনে ।।৩৯।।
লোকানন্যান্ সমর্থোঽসি স্রষ্টুং সর্বাংস্ত পোবলাৎ ।
কিমু লোকান্তরগতান্ রাজ্ঞো দর্শয়িতুং সুতান্ ।।৪০।।
ইয়ং চ দ্রৌপদী কৃষ্ণা হতজ্ঞাতিসুতা ভৃশম্ ।
শোচত্যতীব সর্বাসাং স্নুষানাং দয়িতা স্নুষা ।।৪১।।
তথা কৃষ্ণস্য ভগিনী সুভদ্রা ভদ্রভাষিনী ।
সৌভদ্রবধসংতপ্তা ভৃশং শোচতি ভাবিনী ।।৪২।।
ইয়ং চ ভূরিশ্রবসো ভার্য্যা পরমসম্মতা ।
ভর্তৃব্যসন শোকার্ত্তা ভৃশং শোচতি ভাবিণী ।।৪৩।।
যস্যাস্তু শ্বশুরো ধীমান বাহ্লিকঃ স কুরূদ্বহঃ ।
নিহতঃ সোমদত্তশ্চ পিত্রা সহ মহারণে ।।৪৪।।

শ্রীমতোঽস্য মহাবুদ্ধেঃ সংগ্রামেষ্বপলায়িনঃ ।
পুত্রস্যাতে পুত্রশতং নিহতং যৎ রণাজিরে ॥৪৫॥
তস্য ভার্য্যাশতমিদং দুঃখশোকসমাহতম্ ।
পুনঃ পুনর্বর্ধযানং শোকং রাজ্ঞো মমৈব চ ॥৪৬॥
তেনারম্ভেন মহাগমামুপান্তে মহামুনে ।
যে চ শূরা মহাত্মনঃ শ্বশুরা মে মহারথাঃ ॥৪৭॥
সোমদত্তপ্রভৃতয়ঃ কানু তেষাং গতিঃ প্রভো ।
তবপ্রসাদাৎ ভগবন্ বিশোকোঽয়ং মহীপতিঃ ॥৪৮॥
যথাস্যাৎ ভবিতা কাহং কুন্তী চেয়ং বধূস্তব ।
ইত্যুবত্যাং গান্ধার্য্যাং কুন্তী ব্রতকৃশাননা ॥৪৯॥
প্রচ্ছন্নজাতং পুত্রংতং সম্মারাদিত্যমংনিভম্ ।
তামৃষির্বরদো ব্যসো দূরশ্রবণদর্শনঃ ॥৫০॥
অপশ্যাং দুঃখিতাং দেবীং মাতরং সব্যমাচিনঃ ।
তামুবাচ ততোব্যাসো যৎতে কার্য্যাংবিবক্ষিতম্ ॥৫১॥
তৎ ব্রূহি ত্বং মহাভাগে যৎতে মনসি বর্ত্ততে।
শ্বশুরায় ততঃ কুন্তী প্রণম্য শিরসা তদা ॥৫২॥
উবাচ বাক্যং সব্রীড়া বিবৃণ্বানা পুরাতনম্ ॥৫৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসিক পর্বনি ধৃতরাষ্ট্রাদিকৃতপ্রার্থনে একোনবিংশোঽধ্যায়ঃ

-ঃ-

জনমেজয়না হংঙি ঃ- ব্রাহ্মণ ! বৈশম্পায়ন ! ধর্মপত্নী গান্ধারীগা মনাওনুপী কুন্তীগা লোয়ননা নিংথৌইবা ধৃতবাষ্ট্রনা বনবাসগীদমক্ চংখ্রবদা বিদুরনা যুধিষ্ঠিরগী হক্নুংদা চঙ্দুনা সিদ্ধি ফংদুনা নোংগাখ্রবদা, পাণ্ডবশিংসু বনবাস তৌদুনা লৈখ্রবদা, অসিগুম্বা মতম্দা মহাতেজস্বী ব্যাসনা, "ঐ অঙকপা থবক্ (ঘটনা) অমা তৌগে" , অসুম্না হায়খিবদু, কবি অঙকপা থবক্ তৌখিবগে ? মাদু তাজনীঙ্ঙি ॥১ ৩॥ মশাগী মানমর্যাদা (ইজ্জৎ)গী লম্বীদগী খুবৈ নাম নহোক্কন্দবা, কুরুরাজ যুধিষ্ঠিবনা কয়া কুইনা বনদা লৈবম্বগে ? ॥৪॥ পাপ্কী শরুক্ য়াওদ্রবা ব্রাহ্মণ ! বৈশম্পাযন ! অদুক্ য়াম্বা যুধিষ্ঠিরগা লোইনরক্পা লাম্নীশিং, নুপী নহাশিং অদু, অদুগা পাণ্ডব যুধিষ্ঠিব অদুমক্ করি-কবি চাদুনা লৈখিবগে ? ॥৫॥ বৈশম্পায়ননা হায ঃ- নিংথৌ ! কুরুরাজ ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডবশিংদা বনগী মখল্-মখা অয়াম্বা উঁহে-ৱাঁহে তা চাদুনা বনসিদা লৈবিবমখৈ মতম্ লেল্লু । অদুগা লৈত্রগা, ঙম্দ্রগা নখোয়না পূরক্পা অচা-অথক্ ময়াম্দু পূথোক্তুনা ময়াম্ চামিন্নৌ - য়াগনি হায়খি। অদুনা বনদা লৈরিঁঙৈদা অথুম্ অহাওশিংদু চাদুনা মতম্ লেন্খি ॥৬॥ নুপী-নহাশিং, লাম্নীশিংদুনা থা অমা চূপ্পা বনদা লৈরম্মী। অসুম্না লৈরিঁঙৈ মতম্দা, নোংমা বেদব্যাসসি বন অদুদা লাক্খি ॥৭॥ নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী

নাক্তা ব্যাসজীসি ফম্মি। অমগমগ কুশল সমাচাব হংনৈ। ঙহাক্ লৈবগা মুনিশিং, মহর্ষি মযাম্ মথং মথং লাক্লখি ॥৮॥ নিংথৌ ! ভাবত ! জনমেজয় ! লাক্লিবশিংদুগী মনুংদা, নাবদ, পর্বত্ত, মহাতপস্বী দেবল, বিশ্বাবসু, তুম্বুরু, অদুগা চিত্রসেন নচিংবা গন্ধর্বশিংসিসু য়াওখি ॥৯॥ ধৃতবাষ্ট্রগী য়াথংদগী যুধিষ্ঠিরনা লাক্লিবশিংদু মীপূম্ খুদিংগী সেবা-পূজা নিংথিনা কংখি ॥১০॥ যুধিষ্ঠিবগী মফমদগী স্বাগত-সংকাব পূজাদু ফংলবতুংদা পুম্নমক্ অদু য়াহোং মঁমে-মতুতনা শাবা আসন্, কুশামননচিংবগী মথক্তা নিঙ্থিনা ফম্থনখি ॥১১॥ কুরুশ্রেষ্ঠ ! জনমেজয় ! মযাম্না ফম্থনগ্রবা তুংদা পাণ্ডবশিংনা ঈকোয়-কোয়শিন্না বুদ্ধিমান্ নিংথৌ ধৃতবাষ্ট্রসি ফম্থখি ॥১২॥ গান্ধাবী, কুন্তী, দ্রৌপদী, সুভদ্রা, অদুগা নিংথিজববীশিংদুসু অমগমগ মনাক্ নক্লনা ফম্থনখি ॥১৩॥ নিংথৌ ! জনমেজয় ! মতম্ অদুদা ধর্মগা মবী লৈনবা য়াবী শীংবুল তোঙান্ তোঙান্না শান্নখি। মমাংঙৈগী ঋষিশিংগী, দৈত্যদানবশিংগী মবম্ লৈনবা য়াবী শীংবুল ঙহাক্ লীনখি তানখি ॥১৪॥ অসুম্ হায়না ঙহাক্ য়াবী-য়াতাই শান্নবা লোইববা তুংদা ঙাঙ্বা শকপদা মপা লৈত্রবা বেদব্যাসনা ধৃতবাষ্ট্রলোম্দা ওন্শিন্দুনা অসুম্না হায়বক্ই ঃ-॥১৫॥ নিংথৌ ! নহাক্না হায়নিংবা, তানিংবা বিষয়শিংদো ঐ লোইনা খংঙি। নহাকসে নুমিৎচুপ্না লান্দা শিগ্রবা হাৎগ্রবা নচা-নশূশিংদুবু নিংশিংঙুবদা অয়াবা। নেঙম্দবগী মৈচাক্ অদুনা নংগী থম্মোযদা চাক্তুনা লৈবি ॥১৬॥ মহাবাজ ! গান্ধাবী, কুন্তী, দ্রৌপদীগী থম্মোযদসু মচা-মশূশিং শিখিবগী অয়াবা মৈচাক্তু হৌজিক্ ফাওনা চাক্লি হাযবসি ঐ খংঙি ॥১৭॥ শ্রীকৃষ্ণগী মচল্ ঈবেম্মা সুভদ্রাগী থম্মোযদা নুংশিববা মচা অভিমন্যু শিখিবগী মৈচাক্তু চাক্তুনা লৈবি। মাদুসু ঐ খংঙি ॥১৮॥ কৌববনন্দন ! নিংথৌ ! নখোয মযামদগী পূক্লীংদা নুঙাইতবা চিংনবিবশিং কোক্হল্লগে হাযবগীদমক্ ঐ মফম্ অসিদা লাক্পনি ॥১৯॥ ঋষি-মহর্ষি, দেবতাশিং গন্ধর্বশিংনা ঐগী তপস্যাগী শক্তি অসিসু যেংবিযু ॥২০॥ অশিংবা নিংথৌ ধৃতবাষ্ট্র ! হাযযু, করি পাম্বগে ? করি উনিং খঙনিংবা লৈবগে ? নংনা পাম্বদুতা হাযু। ঙসি, ঐ নখোযনা পাম্বদু শোযদনা পীবমগে। তপস্যা হাগবসিগী শক্তিসি অসুক্কী মতিক্ কনলোযে হায়বদুসু উহৌ ॥২১॥ ঙম্খৈ নাইদ্রবা বিজ্ঞান-জ্ঞানগী শক্তিবু পূববা মহর্ষি পাসর্কা র্যাস তাবদা ধৃতবাষ্ট্রনা তুমিন্না বিচাব তৌনগা অসুম্না ব্যাসদা হাযবক্ই ॥২২॥ ভগবন্ ! ঐ ঙসি ঈশামক্ ধন্যান। পোক্পগী মহৈ যাল্লে। ঙসি ঐগী আশ্রমসিদা, অমুক্ত উগে ফংঙদ্রে নাইদবা মহাত্মাশিংনা লাকপসি ঐ পোকপগী মহৈ যাল্লে হাযবা যাই ॥২৩॥ তপোধন পুম্নমক ! মহাত্মাশিংগী সৎসঙ্গ ফংজবাসিনা নিংবা পূন্না থুংলে হাযবা যাবে ॥২৪॥ মযামগী দর্শন ফংজবাসিনাক্তুনা ঐ পুমশেংশংখ্র পাপ পুম্বা কোক্ংখ্রে হাযনা লৌজবে। পাপকী শক্লক্ মবীক্ অমফাওবা যাওদ্রবা মহর্ষি পুম্নমক ! মযামগী দর্শন ফংজবসিদা ঐ পবলোকতা অয়াবা তার্কনি হাযবগী অবাবা অকিবা চরিমত্ত লৈত্রে ॥২৫॥ অদনু, মহাসংয়বা, মবুক্চেল্ ফংত্রবা, মবুদ্ধি থেল্লবা দুর্যোধনগী মবান্দগী মহাক্ যাওনা ঈচাশিং চাম্না লোইনা সান্দা শিগ্রে হাৎখ্রে। মাযাদা লৃপ্তুনা মচাশিংদা কা-হেন্না আসক্তি থমগিবদুনা কাউবা ঙম্দ্রবা ঈচাশিংদুবু কাংলবগী অবাবদুদি কোক্ঙমদনা লৈখ্রে ॥২৬॥ পাপকর্ম তৌননবগী য়াখত্ত খন্দুনা লৌখবা দুর্যোধন মনা মনাল্ লৈজদ্রবা পাণ্ডবশিংবু ওৎপি নৈবিখিবদুগী মহৈনা শাগোল্ শমু মপৈ কযা, অকল্পা কয়া তুম্না মাংহন্খ্রে ॥২৭॥ মাগী সঙ্গদগী লৈপাক্ লৈপাক্কী কল্লবা নিংথৌ কয়া কয়া মথয়ায থাখ্রে ॥২৮॥ অকল্পাশিংদুনা মমা মপা, মচীন-মনাও, শাগৈ-নাতৈ, মবল্-মথুম্, ফুবা-দলান মপৈ থাদোক্লল্লগা যমপুবদা চংনখ্রে ॥২৯॥ ব্রাহ্মণ ! মশা লাঙপ্রবসু মবাপ্কীদমক্তনি হাযনা লান্ফম্দা থয়ায থাগ্রবশিংদুনা কবম্না লোকতা, কবম্না গতি ফংদুনা লৈত্রবগে ? অদুগা ঐগী ঈচাশিংদুনা ক্ষত্রিয়ধর্মগী মতুংইন্না মথয়ায থাবল্লগা কবম্না লোকতা কবি গতি

(ধাম) ফংদুনা লৈনব্রিদগে ? ।।৩০।। মহাবলী মহাপরাক্রমী ভীষ্মবু অদুগা ব্রাহ্মণ অথোইবা দ্রোণচার্য্যাবু হাত্তোকহন্‌খিবা অদুগী অনুতাপকী মৈনা ঐগী থম্মোয়বু হৌজিক্ চাক্‌থেক্লি ।।৩১।। থম্মোয় শেংদ্রবা পাপ কর্মত তৌরবা পাপী দুর্য্যোধনদুনা ভূমণ্ডলগী রাজ্য-সিংহাসন পাম্বদগী, মশেক্-মণ্ডাল্ কল্লবা কুরুবংশবু সর্বনাশ শানা মাঙ্‌হল্লম্লে ।।৩২।। পূমনমক্ অসি মথং-মথং অসুম্ নিংশিংলুবদা অহিং-নুংথিলদা ঐগী থম্মোয় অসি হায়নিঙাই লৈতনা চাক্‌লি। অসিগুম্বা অৱাবশিনা ঐগী থম্মোয়দা, পূক্লিংদা শান্তি করিমত লৈতে। পিতাজী! মহাজ্ঞানি! হায়রিবা দুঃখ অনুতাপকী ঈথক্-ঈপোম্‌শিংসিনা ঐগী থম্মোয় ঈপাক্তা তংতনা হৌরি ।।৩৩-৩৪।। বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! রাজর্ষি ধৃতরাষ্ট্রনা অসুম্না মথং-মথং নিংশিংলক্লুনা বিলাপ্ তৌরকপসিদা গান্ধারীসি ঙরাংতা থোক্‌খিবা যৌদোক্ অমগুম্না অৱাবশিংদু ইনৌ নৌনা ময়োল্ চোংখৎলক্লে ।।৩৫।। কুন্তী, দ্রৌপদী, অদুগা কুরুরাজগী মচা-মমৌশিংদুসু ইনৌ নৌনা অমুক্ অৱাবগী ঈপাক্তা লূপ্‌খি ।।৩৬।। মমীংতা পত্রী য়েচিন্দুনা মমীং উদনা লৈবী গান্ধারীনা মকুবোক্ মহর্ষি বেদব্যাসদা ওনশিন্দুনা মখুং লোন্নদুনা, মচাশিং কায়নবগী ৱাবনা তনিক্ তনিক্‌পা খোঙ্গোক্লা অসুম্না হায়রক্‌ই ঃ- ।।৩৭।। মুনিবর ! প্রভু ! নিংথৌ ওইরবসিনা মচা কায়নবগী অৱাবা খাঙ্‌লক্লিবসে চহী তরাতরুক্ শুরক্লে। অদুবু অৱাবদু কাওবা ঙম্‌দনা লৈরি। মপূক্‌নিংদা শান্তি লৈতে ।।৩৮।। মহামুনি ! মহাজ্ঞানী ! নিংথৌ অহল্‌সে নুংশাশোর শাংনা হোন্দুনা অমুক্ত থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা অহিং চুপ্পা মীশেঙ্ খাংদুনা তূম্বা য়াদদুনা লৈরি ।।৩৯।। মুনিবর ! নহাক্তি তপস্যাগী শক্তিনা লোক পূম্নমক্‌সিদগী তোঙান্বা লোক অমগী দৃষ্টি তৌব ফাওবা ঙম্‌বিগনি। অতোপ্পা লোক (পরলোক) তা চংখ্রবা ঈচাশিংদুগা অমুক্তং উনহন্বসি মুনিদেবদদি থোইদোক্লা লূবা থবক্ অমা ওইনা থোক্লোই। পরলোকতা লৈখিবশিংগা ইহলোকতা লৈরিবশিংগা শক্না-শক্না উনহন্বসি মুনিগুম্বগী মফম্‌দদি কয়ামুক্ লুগদগে ? ।।৪০।। দ্রুপদরাজকুমারী অসি ঈমৌশিংসিদগী খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজবী অমনি। অসুম্ ওইবী, নুংশিজরবী ঈমৌ দ্রৌপদীসু মবুং-মৌপ্‌ৱা, মচাময়াম্ হাৎপিখিবদগী অৱাবগী ঈপাক্তা লূপ্তুনা লৈরি ।।৪১।। মঙ্গল ওইবগী ৱাত ঙাঙ্‌বী, মচিন-মখা তনৌবী, শ্রীকৃষ্ণগী মচন্ নুপী সুভদ্রা অসিসু মচা কল্লবা পাখং মচা মথোক্ কারক্‌পদা ঙাইরিবা অভিমন্যু কৌবদুবু হাৎপিখিবগী অৱাবা ঈপাক্তা লূপ্তুনা লৈরি ।।৪২।। ভূরিশ্রবাগী লোয়নবী অসিসু মাগী মপুরোইববু হাৎপিখিবগী ৱাবনা চিন্বান্ থ্রক্ থ্রক্ কংনা অৱাবগী ঈপাক্তা লূপ্তুনা লৈরি। মহাক্কী বুদ্ধিমান্ ওইরবা মকুবোক্, কুরুশাগেগী অথোইবা বহ্লিকসু লান্দা হাৎপিখ্রবনি। ভূরিশ্রবাগী মপা সোমদত্তহায়বদুসু মপাগা লোয়ননা হাৎখ্রবনি। মখোয়দু অকন্বশিংগী বীর গতিদা চৎনখ্রে ।।৪৩-৪৪।। মহর্ষি নহাক্কী নচা লান্ফম্‌দা মমায় ওল্লগা চেন্বা হৈতবা নিংথৌসিগী মচা চামা লোয়না শিখ্রে। শিখ্রবশিংদুগী লোয়নবী মমৌশিংসিসু য়েংবীয়ু, মপি তরং তরং চেন্থনা মরু লূক্‌থদুনা ফম্‌লি। মখোয়শিংসিগী অৱাবনা ঐগী অদুগা অহল্ ওইরবা নিংথৌসিগী অৱাবগী মাত্রাবু অমুক্ হেন্সংহল্লি। য়েংবিয়ু মহর্ষি ! মখোয় পূম্নমক্‌সিনা ঐগী অকোয়বদা তুমিন্ তুমিন্ ফম্‌দুনা মপি তরং তরং চেন্না লৈরিবসে ।।৪৫-৪৬।। প্রভু ! মহাজ্ঞানী ! ঐগী ঈকু কল্লবা মহারথি সোমদত্তনচিংবনা লৈখ্রিবা- ফংখ্রিবা লোক অসি কদৱাইদনো অদুগা করি গতি ধামনো ! ।।৪৭।। ভগবন্ ! নহাক্কী কৃপাদগী ঐ অমদি নমৌ কুন্তীগী অদুগা লৈরিবশিংসিগী করম্ তৌরগা উজরগা চিংনবা অৱাবসে কোক্লবদু অমত শিন্‌বিয়ু ।।৪৮।। গান্ধারীনা অসুম্না হায়রক্‌পসিদা কুন্তীনা মমাংঙৈদা কন্যা অবস্থাদা লোন্ন-থুপ্পা পোক্‌খিবা, সূর্য্যদেবগী মশেক্ মঙাল পুরবা মচা কর্ণবু

নিংশিংঙক্‌ই ।।৪৯।। আ কদায় কদায় ফাওবা উশিন্বা ঙম্বা, ভূত-বর্ত্তমান-ভবিষ্যৎ উবা ব্যাসনা কুন্তীগী হায়দোক্‌পা ঙম্‌দবা অৱাবদুবু তরং-তরংনা উখি ।।৫০।। ভগবান্‌ (শক্তিমান্‌) ব্যাসনা কুন্তীদা হায়খি ঃ- লাইবক্‌ ফবী! নংগী পুক্লিংদা লৈরিবদো হায়দোরক্‌উ। করি পাম্মী ? ।।৫১।। মাদু তাবদা কুন্তীনা মরু লূক্‌থদুনা মকুবোক্‌ মহর্ষি ব্যাসবু খুরুম্‌খি। ঈকায়-ঈকায়না আ মমাঙৈগী অথূপ্না অরোম্বা থৌদোক্তু তম্‌খি ।।৫২-৫৩।।

**মফম্‌ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিক পর্বদা আশ্রমবাস পর্বদা ধৃতরাষ্ট্রাদিকৃতপ্রার্থনাদা কুন্‌মাপল্‌ঙবা অধ্যায় লোইরে ।।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

(কুন্তীনা লোন্না পোক্‌খিবা কর্ণগী মপোক্ তন্বা। ব্যাসনা কুন্তীবু থেম্‌জিন্‌বিবক্‌পা)

## কুল্লাশুবা অধ্যায়ঃ

কুন্ত্যুবাচ

ভগবন্ শ্বশুরোমেঽসি দৈবতস্যাপি দৈবতম্।
স মে দেবাতিদেবস্ত্বং শৃণুসত্যাংগিরং মম ॥১॥
তপস্বী কোপনো বিপ্রো দুর্বাসা নাম মেপিতুঃ।
ভিভক্ষামুপাগতো ভোক্তুং তমহং পর্য্যতোষয়ম্ ॥২॥
শৌচেন ত্বাগমস্ত্যাগৈঃ শুদ্ধেন মনসা তথা।
কোপস্থানেষ্বপিমহৎস্বকুপান্ন কদাচন ॥৩॥
স প্রীতো বরদো মেঽভূৎ কৃতকৃত্যো মহামুনিঃ।
অবশ্যাং তে গৃহীতব্যমিতি মাং সোঽব্রবীৎ বচঃ ॥৪॥
ততঃ শাপভযাৎ বিপ্রমবোচং পুণরেব তম্ঃ।
এবমস্ত্বিতি চ প্রাহ পুনরেব স মে দ্বিজঃ ॥৫॥
ধর্মস্য জননীভদ্রে ভবিত্রী ত্বং শুভাননে।
বশে স্থাস্যন্তি তে দেবা যাংস্ত্বমাবাহযিষ্যাস ॥৬॥
ইত্যুক্ত্বান্তর্হিতো বিপ্রযুতোঽহং বিস্মিতাভবম্।
ন চ সর্বাস্ববস্থাসু স্মৃতির্মে বিপ্রনশ্যতী ॥৭॥
অথ হর্ম্যতলস্থাহং রবিমুদ্যন্তমক্ষিতী।
সংস্মৃত্য তদৃষেৰ্বাক্যং স্পৃহয়ন্তী দিবানিশম্ ॥৮॥
স্থিতাহং বালভাবেন তত্র দোষমবুদ্ধ্যতী।
অথ দেবঃ সহস্রাংশুর্মৎসমীপগতোঽভবৎ ॥৯॥
দ্বিধা কৃত্বাঽঽত্মনো দেহং ভূমৌচগগনেঽপি চ।
ততাপ লোকেন দ্বিতী যেনাগমৎস মাম্ ॥১০॥
স মামুবাচ বেপন্তীং বরংমত্তোবৃণীষ্ব হ।
গম্যতামীতি তং চাহং প্রণম্যশিবসাবদম্ ॥১১॥
স মামুবাচ তিগ্মাংশুবৃথাহ্বানংন শুভম্।
ধক্ষ্যামি ত্বাংচ বিপ্রংচ যেনদত্তো বরস্তব ॥১২॥
তমহংবক্ষতী বিপ্রং শাপাদনপকারিণম্।

পুত্রো মে ত্বৎসমো দেবভবেদিতি ততোঽব্রবম্ ॥১৩॥
ততো মাং তেজসা বিশ্যমোহয়িত্বা চ ভানুমান্।
উবাচ ভবিতা পুত্রস্তবেত্যভ্যগমৎ দিবম্ ॥১৪॥
ততোঽহমন্তর্ভবনে পিতুর্বৃতান্তবক্ষিনী।
গূঢোৎপন্নং সুতং বালাং জলে কর্ণমবাসৃজম্ ॥১৫॥
নূনং তস্যৈব দেবস্য প্রসাদাৎ পুনরেব তু।
কন্যাহমভবং বিপ্র যথা প্রহ স মামৃষিঃ ॥১৬॥
ম ময়া মূঢ়য়া পুত্রোজ্ঞায়মানোঽপ্যপেক্ষিতঃ।
তন্মাং দহতি বিপ্রর্ষে যথা সুবিদিতং তব ॥১৭॥
যদি পাপমপাপং বা তবৈতৎ বিকৃতং ময়া।
তন্মে দহন্তং ভগবন্ ব্যপনেতুং ত্বমর্হসি ॥১৮॥
যচ্চাসা বাজ্ঞো বিদিতং হৃদিস্থং ভবতোঽনঘ।
তং চায়ং লভতাং কামমদ্যৈব মুনিসত্তম ॥১৯॥
ইত্যুক্তঃ প্রত্যুবাচেদং ব্যাসো বেদবিদাং বরঃ।
সাধুসর্বমিদং ভাব্যমেবমেতৎ যথাঽত্থ মাম্ ॥২০॥
অপরাধশ্চ তেনাস্তি কন্যাভাবংগতা হ্যসি।
দেবাশ্চৈশ্বর্য্যবন্তো বৈশরীবান্যাবিশন্তি বৈ ॥২১॥
সন্তি দেবনিকায়াশ্চ সংকল্পাজ্জনয়ন্তি যে।
বাচা দৃষ্ট্যা তথা স্পর্শাৎসংঘর্ষেনেতি পঞ্চধা ॥২২॥
মনুষ্যধর্মো দৈবেন ধর্মেন হি ন দুষ্যতি।
ইতি কুন্তি বিজানীহি ব্যতু তে মান সোজ্বরঃ॥২৩
সর্বং বলবতাং পথ্যং সর্বং বলবতাং শুচি।
সর্বং বলবতাং ধর্মঃ সর্বং বলবতাং স্বকম্ ॥২৪॥

ইতি শ্রীমহাভাবতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি ব্যাসকুন্তীসংবাদে ত্রিংশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥

-ঃ-

কুন্তীনা হায ঃ- ভগবন্! নহাক্সে ঐগী শ্বশুবনি (ঈকুনি) গুরুনি। ঐঙোন্দদি দেবতাশিংগীসু দেবতানি। দেবতা পুন্নমক্তগী হেস্বা দেবতানি, নঙোন্দা অচেৎ-অকোম্ লোৎনিঙায কবিমতা লৈতে। অদুবু খব তম্থোক্চগে তাবিয়ু ॥১॥ ঐনা অঙাং নুপীমচা (কন্যা) অমা ওইর্বিঙেদা, শাউগল্লবা ঐগী ঈপা কুন্তিভোজগী অতিথি অমা ওইনা খবদং চারুগে হায়বগী মওংদা লাক্খি। মাদুদা ঐনা দুর্বাসাগী সেবা-পূজা তৌখি। ঐনা তৌজবা সেবাদা করিমত্তা শাউবা ওর্মখিদে। মাদুদা মহাক্না য়াম্না পেন্নবিখি ॥২॥ ঐনা অশেং-অমাং য়াম্না খঙ্না

চোক্শিন্না, কদায়দা শাউখিগদগে হায়না সেবা তৌখি। শাউননবা মীনা অশোয়বা তাঞ্জাদা অমা ফাওবা পিখিদে। থম্মোয় শেংবা দেবা তৌখি। শাউননবা মীনা ওম্মোইদবা কয়াসু ঐঙোন্দা পাউখোল পীবদু ঐনা থোক্ থোক্ পাঙ্থোক্খি। শাউফম্ অমতা পীখিদে ॥৩॥ মাদুনা মহাক্না নংনা অপাম্বা বর নিয়ু হায়বিখি। নংনা হেক্ নিবা বরদো পীফম্ থোক্ই। হায়য়ু করি পাম্মী ? অসুম্না হায়খি ॥৪॥ মাগী ৱাদু তাবদা ঐনা হায়খি - হায়বিরিবদুদা অদুম্ ওক্চরে। আ পেন্বিরিবদুতনি ঐনা পাম্জবা হায়ববু। ঐগী ৱাদু তাবদা মহাক্না হায়বিখি - নহাক্ ধর্ম হায়বদুগী মমামক্ ওইগনি। নহাক্না হেক্ কৌনিংবা অবাহন কৌনিংবা দেবতাদো নংগী নখা পোন্দুনা নংগী ননাক্তা লাক্পা ওইসনু হায়না বর পীখি ॥৫-৬॥ মাদু হায়রম্লগা দুর্বাসা অসি খংমাং মাঙ্খি। অন্তর্ধান ওইখি। ঐ ঈঙক্ ঙক্লুনা লৈরৌই। অদুগা মহাক্না হায়রম্বদুমদি ঐনা কাউবা লৈখিদে ॥৭॥ নোংমা ঐনা য়ুম্থক্তা দলাল্ মথক্তা ফম্দুনা লৈরিঙে, নুমিৎ (সূর্য্যদেব) অসি মশেক্ মঙালগা লোয়ননা হেক্ হাইদোরক্ই-থোক্লক্ই। মতম্ অদুদা ঐনা দুর্বাসানা হায়বম্বদু নীংশিংঙক্লুনা সূর্য্যদেববু পাম্খি। কৌগে হায়না নীংখি ॥৮॥ অঙাং ওইবনা করি থোক্লগদগে হায়বদু খল্হৌদ্রে। য়েংদুম্ য়েংগে সূর্য্যদেববু আবাহন তৌখি ॥৯॥ মতম্ অদুদা সূর্য্যদেবসি মহাক্কী মশাবু অনী থোক্না খায়দোক্লগা শরূক্ তংখাই অমনা নোংমদোন্থক্তা লৈহল্লম্লগা, তংখাই অমনা মুর্তি নাইনা ঐগী নাক্তা চপ্ লেপ্লৈ ॥১০॥ মাদু উবদা ঐ কিবনা থক্ থক্ নীক্খি। সূর্য্যদেবনা ঐঙোন্দা কবি পাম্মি হায়না হাযখি। মাদুদা ঐনা হায়ফম্ খঙ্দদুনা ঐনা করিমত্ত পাম্জদে-লেঙবিয়ো হাযখি ॥১১॥ মাদু তাবদা সূর্য্যদেবনা ঐঙোন্দা অসুম্না হাযখি ঃ- ঐবু কৌববদি অরেম্বদা খক্ মাঙ্বা য়ারোই। নং কবিগুম্বা অমা ঐঙোন্দা নিবা তায। নৎত্রবদি নহাক্পুসু অদুগা কৌননবগী বর পীরম্বা মহাক্পুসু খুদক্তা চাক্থেক্লুনা ভস্ম ওইহনগনি ॥১২॥ মাদু তাবদা ঐনা দুর্বাসাবু কন্নিংবনা অসুম্না হেক্ হায়দোক্খি ঃ- " নহাক্না মান্নবা ঈচা অমা ফংজগে "। মাদু তাবদা সূর্যাদেবনা তেজ (মঙাল্) অমা ওইনা ঐগী হক্চাংনুংদা হেক্ চঙ্খি। নহাক্ ঐগা চপ্ মান্নবা তেঙ অমা পোক্কনি। অসুম্না হাযবম্লগা সূর্য্যদেব আকাশ চংখি - পাইখৎখি ॥১৩-১৪॥ মাদুগী নুমিত্তগী থৌদোক্ অসি ঐগী ঈপাদা তম্থোক্খিদে। ঐগী কাদগী হেন্দোক্তনা লৈখি। অঙাং অমা পোক্খিবদু ঐনা লোন্না ঈশিংদা (তুবেন্দা) শিদনবা তাওথহন্খি। অঙাংদু অতৈ কনাসু নত্তে। ঐগী ঈচা, নুমিৎকী তেজনা পোকপা কর্ণনি। মহর্ষি! ব্রাহ্মণ! তুংদা ঐসি সূর্য্যদেবগী কৃপাদগী কন্যা ওইবগী অবস্থাদু ঈকায় কাযদনা ফংখি। মহর্ষিনা হাযখিবদু চপ্ চানা থোক্খি ॥১৬॥ ব্রহ্মর্ষি! পঙ্লবী নুপী মচা ঐনা ঈচানি হাযনা খঙ্হল্লবদু ফা ওবদা কর্ণ মশামক্না থ ওইনা তাখিদে। ওহ্নোক্না শাথিনা লান্খিবগী অনুতাপ্কী মৈনা থাম্মোয়দা চাক্লি। হায়রিবর্সি থৌদোক্ অসি এব্রহ্মর্ষিদি অন্তর্যামী অমা ওইবনা উবি-খংবিরিনি ॥১৭॥ ভগবন্ ! তৌগ্রিবা থবক্ অসে পাপলা-পূণ্যরা খঙ্দে। হাযদোক্তনা থম্লবসু ব্রহ্মর্ষিসিদি অদুম্ খঙ্গদবা মরৈরে হায়দুনা তম্থোক্চরবর্সিনি। ঐগী অৱাবসে অমুক্তা কোক্হম্বিবম্মু ॥১৮॥ পাপকী শবাক্ য়াওদ্রবা মুনিশ্রেষ্ঠ ! অহল্ ওইববা নিংথৌ অসিগী থম্মোয়দা করি অপাম্বা লৈবিগদগে হায়বদুসু অদুম্ মখঙ্বিরবিনি। নিংথৌসিগী মপৃক্লীং থুংননবা তৌবিবম্মু ॥১৯॥ কুন্তীনা অসুম্না হাযবক্পসিদা বেদবেত্তাশিংগী অথোইবা মহর্ষি ব্যাসনা হায় ঃ- ঈবেম্মা ! নংনা হায়গ্রিবশিংসে হান্নদগী থোক্কদবনি, দৈবনা য়াক্তুনা থমগ্রবনি। থোক্তবা ঈযা য়াদ্রবা অমা ওইনা লৈগ্রবনি ॥২০॥ নংগী নরাল্ দোষ-পাপ্ করিমত্ত লৈতে। থোক্ত্রিবা থৌদোক্ অদুগী মতমদা নংদি করিসু খংজদবী নুপীমচা অমা ওইনা লৈখিবনি। দেবতাশিংসে *অনিসা-লঘিসা* নচিংবা অষ্ট সিদ্ধিনা ঐশ্বর্য্য তিম্বা ঙাক্তনি। অদুনা অতোপ্পগী হক্নুংদসু

চঙ্বা হেক্তা ওন্বনি ।।২১।। সংকল্পদগী, বচন (ৱাহৈ-বব) দগী দৃষ্টি (য়েংশিন্বা) গী, হক্চাংদা শোক্খিবা হায়রিবা মঙা অসিগী মনুংদা অমদগী মচা পোক্হন্বা ওন্বনি-পোক্হন্বনি ।।২২।। কুন্তী ! দেবধর্মনা মানবধর্মবু দোষ লৈহনদে। লৈহন্বসু ওমদে। মাসি মুন্না খংজিন্দুনা থম্মু। অদুনা মানসিক্ চিন্তা অসি খক্ তৌফম্ থোক্কে ।।২৩।। বলবান্- শক্তিমান্ ওইবশিংগীদি হেক্ তৌবিবমখৈ অচুম্বা- কান্নবমক্ত ওইবনি। বলবান্শিংগীদি থবক্ পুম্বা পবিত্রমক্তনি। বলবান্ ওইবা, তেজস্বী ওইবনা তৌবিবা পুম্বা ধর্মগী ধর্ম মক্তনি। মানা তৌবিবাপুম্বা থবক্ পুম্বা মা মশাগী ওাক্তনি ।।২৪।।

টীকা ঃ- হায়রিবসিগী তত্ত্বদি ঃ- মৈ হায়বসিগী চাক্পা হায়বদুনা মাগী ধর্মনি। থী-মুং,অমাং - অশোয় চাক্রিবা অগ্নিনা যজ্ঞগী হোম্গী হোমাগ্নি সু অদুম্ মওইরুই। পাপ-পুণ্য অশেং-অমাং হায়দুনা লৈখ্রিবসি অগ্নিমক্ কুম্না তেজস্বী ওইবা ওমদনা মীচম্ তাইবং মীগী মফমৃতদনি। অদুনা দেবধর্ম হায়বা অমা, মানবধর্ম হায়বা অমা অনী থোক্লা লৈ-অসিনি। (কালাচাঁদ)

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
আশ্রমবাসিকপর্বদা আশ্রমবাস পর্বদা কুল্লাশুবা অধ্যায় লোইরে ।।

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## একত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

(ধৃতরাষ্ট্রনচিংবগী পূর্বজন্মগী ৱাবী ব্যাসনা লিবা। ময়াম্না গোমুখী গঙ্গা তান্না চৎপা)

## কুল্লামাথোইশুবা অধ্যায়

ব্যাস উবাচ

ভদ্রে দ্রক্ষ্যসি গান্ধারি পুত্রান্ ভ্রাতৃন্সখীংস্তথা।
বধূশ্চ পতিভিঃ সার্ধং নিশিসুপ্তোত্থিতা ইব ॥১॥
কর্ণং দ্রক্ষ্যতি কুন্তী চ সৌভদ্রং চাপি যাদবী।
দ্রৌপদী পঞ্চ পুত্রাংশ্চ পিতৃন্ ভ্রাতৃংস্তথৈব চ ॥২॥
পূর্বমেবৈষ হৃদযে ব্যবসাযোঽভবন্মম্।
যদাস্মি চোদিতো রাজ্ঞা ভবত্যা পৃথযৈব চ ॥৩॥
ন তে শোচ্যা মহাত্মনঃ সর্ব এব নরর্ষভাঃ।
ক্ষত্রধর্মপরাঃ সন্তস্তথা হি নিধনং গতাঃ ॥৪॥
ভবিতব্য মবশ্যং তৎ সুরকার্য্যমনিন্দিতে।
অবতেরুস্ততঃ সর্বে দেবভাগা মহীতলম্ ॥৫॥
গন্ধর্বাপ্সরসশ্চৈব পিশাচা গুহ্যরাক্ষসাঃ।
তথা পূণ্যজনাশ্চৈব সিদ্ধা দেবর্ষযোঽপি চ ॥৬॥
দেবাশ্চ দানবাশ্চৈব তথা দেবর্ষযোঽমলাঃ।
ত ত্রতে নিধনং প্রাপ্তাঃ কুরুক্ষেত্রে রণাজিরে ॥৭॥
গন্ধর্বরাজো যো ধীমান্ ধৃতরাষ্ট্র ইতি শ্রুতেঃ।
স এব মানুষে লোকে ধৃতরাষ্ট্রঃ পতিস্তব ॥৮॥
পাণ্ডুং মরুদ্গণাৎ বিদ্ধি বিশিষ্টতমমচ্যুতম্।
ধর্মস্যাংসোঽভবৎ ক্ষত্তা রাজাচৈব যুধিষ্ঠিরঃ ॥৯॥
কলিং দুর্য্যোধনং বিদ্ধি শকুনিং দ্বাপরং তথা।
দুঃশাসনাদীন্ বিদ্ধি ত্বং রাক্ষসাঞ্ শুভদর্শনে ॥১০॥
মরুৎগণাৎ ভীমসেনং বলবন্তমরিন্দমম্।
বিদ্ধি ত্বং তু নরমৃষিমিমং পার্থং ধনঞ্জযম্ ॥১১॥
নারায়ণং হৃষীকেশমশ্বিনো যমজৌ তথা।
সঃ স বৈরার্থমুৎভূতঃ সংঘর্ষননস্তথা ॥১২॥
যশ্চ পাণ্ডবদাযাদো হতঃ ষড়্ভির্মহারথৈঃ।

স সোম ইহ সৌভদ্রো যোগা দেবাভবৎ দ্বিধা ।।১৩।।
দ্বিধা কৃত্বাহত্মনো দেহমাদিত্যংতপতাংবরম্ ।
লোকাংশ্চ তাপয়ানং বৈবিদ্ধি কর্ণং চ শোভনে ।।১৪।।
দ্রৌপদ্যা সহসম্ভূতং ধৃতষ্টদ্যুম্নং চ পাবকাৎ ।
অগ্নের্ভাগংশুভং বিদ্ধি বাক্ষসংতু শিখণ্ডিনম্ ।।১৫।।
দ্রোণং বৃহস্পতের্ভাগং বিদ্ধি দ্রৌণং চ কদ্রজম্ ।
ভীষ্মং চ বিদ্ধি গাঙ্গেযং বসুং মানুষতাং গতম্ ।।১৬।।
এবমেতে মহাপ্রজ্ঞে দেবা মানুষ্যমেত্য হি ।
ততঃ পুণর্গতাঃ স্বর্গং কৃতে কর্মনি শোভনে ।।১৭।।
যচ্চবৈ হৃদি সর্বেষাং দুঃখমেতচ্চিবং স্থিতম্ ।
তদদ্য ব্যপনেষ্যামি পবলোককৃতাৎ ভযাৎ ।।১৮।।
সর্বে ভবন্তো গচ্ছন্তু নদীঃ ভাগীবথীং প্রতি ।
তত্র দ্রক্ষ্যথ তান্সর্বান্ সে হতাস্তত্র সংযুগে ।।১৯।।

বৈশম্পাযন উবাচ

ইতি ব্যাসস্য বচনং শ্রুত্বা সর্বো জনস্তদা ।
মহতা সিংহনাদেন গঙ্গামভিমুকোযযৌ ।।২০।।
ধৃতবাষ্ট্রশ্চ মামাত্যঃ প্রযযৌ সহপাণ্ডবৈঃ ।
সহিতো মুনিশাদূলৈর্গন্ধর্বৈশ্চ সমাগতৈঃ ।।২১।।
ততো সমাসাদ্য ক্রমেণ স জনার্নদঃ ।
নিবাসমকবোৎ সর্বো যথাপ্রীতি যথাসুখম ।।২২।।
বাজাচ পাণ্ডবৈঃ সাধমিষ্টে দেশে মহানুগঃ ।
নিবাসমকবোৎ ধামান্ সস্ত্রীবৃদ্ধপুবঃসবঃ ।।২৩।।
জগাম তদহশ্চাপি তেষাং বর্ষশতং যথা ।
নিশাং প্রতীক্ষমানানাং দিদৃক্ষূণাং মৃতান্ নৃপান্ ।।২৪।।
অথ পুণ্যং গিবিববমস্তমভ্যাগমৎ ববিঃ ।
ততঃ কৃতাভিষেকাস্তে নৈশং কর্ম সমাচবন্ ।।২৫।।

**ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি পুত্রদর্শনপর্বনি গঙ্গাতীরগমনে একত্রিংশোহধ্যায়ঃ ।।**

-ঃ

ব্যাসনা হায় ঃ- ঈবেম্মা ! গান্ধারী ! ঙসি অহিং, নখোয়গী নচানশূ নচীন্নাও, মরূপ্-মপাং পুম্নমক্ উগনি। নংগী নমৌশিংনা মপুরোইবশিংবু তূম্মুবদগী মীকপ্ থোরক্কুনা হৌরক্পগুম্ নখোয়দা মশক্ উহল্লক্কনি ।।১।। কুন্তীনা কর্ণবু, সুভদ্রানা অভীমন্যুবু, দ্রৌপদীনা মচানিপা মঙাবু, পিতা (দ্রুপদ)বু মচীন্ মৌপবাশিংবু উবা ফংগনি ।।২।। নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা, গান্ধারী নহাক্না অদুগা কুন্তীনা, হায়রিবসিগীদমক্তা ঐঙোন্দা ইন্শিন্খিবনি। মসি হান্না নখোয়না হায়দ্রিদো তৌগদবগী লৈরবনি ।।৩।। নখোয়না ক্ষত্রিয় ধর্মদা পরায়ন ওইরবা, ধর্মদুগী মতুং ইন্না, বীরলোক বীরগতিবু ফংগ্রবা মহাত্মাশিং, মীথোই মীহেন্বা অকম্বাশিংদুগীদমক্তা চিন্তা তৌবা হৌনদে ।।৪।। সতী সাধ্বী দেবী গান্ধারী ! দেবতাশিংনা মর্ত্যলোককী মথৌদো পাঙ্থোক্কদবনি দেবতাশিংনা তাইবং মী ওইনা শায়োন্ পুদুনা পৃথ্বী থক্তা অবতার তৌখিবনি। কুম্থরক্খিবনি ।।৫।। গন্ধর্ব, অপ্সরা, পিশাচ গুহ্যক, রাক্ষস, পুণ্যজন, সিদ্ধ, দেবর্ষি, দেবতা, দৈত্যদানব অদুগা মক্রুবা দেবর্ষিশিংনা মর্ত্যলোকতা কুম্থবক্কুনা কুরুক্ষেত্র দা তাইবং মী হক্চাং থাদোক্লম্দুনা মাগী মাগী মফম্দা চচখিবনি ।।৬-৭।। গর্ন্ধবলোককী বুদ্ধিমান্ গর্ন্ধবরাজ ধৃতরাষ্ট্র কৌবা গর্ন্ধবরাজদুমক্না ধৃতরাষ্ট্র অদুম্ কৌদুনা মর্ত্যলোকতা লাক্খিবনি ।।৮।। মশাগী মান ঙাক্খিবা পাণ্ডুবু ঙাক্কুনা মরুৎদেবতাশিংগী মকোক্ মরুৎদেবতাদুনি হায়না খঙ্গু। বিদুরবু ধর্মরাজ (যমরাজ)গী অংশ অমনি হায়বা খঙগু। নিংথৌ যুধিষ্ঠিববুসিনা ধর্মদেবতাদুগী অংশ অমনি হায়না খঙ্গু ।।৯।। দুর্য্যোধনবু কলিযুগ হায়বদুনা মশক্ নাইনা লাক্খিবনি হায়না খঙ্গু। শকুনিবুনা দ্বাপুরযুগ না তাইবং মীশক্ পূদুনা লাক্খিবনি। ঈবেম্মা ! গান্ধারী ! দুঃশাসননচিংবা মচাশিংদুবু রাক্ষসশিংনা তাইবং মীশক্ লৌ লৌদুনা নচা ওইনা পোক্লমবনি হায়না খঙ্গু ।।১০।। শক্রুশিংবু নৈহৎপা ঙম্বা মহাবীর ভীমসেনবু মরুৎদেবতাশিংগী পুল্লপ্ পুম্বা শক্তিনি হায়না খঙ্গু। অদুনা লোক অসিদসু মরুৎ (নুংশিৎ) কী মচা হায়না অদুম্ খঙনহায়নরিবসিনি। কুন্তীগী মচা অর্জুন ধনঞ্জয়সিবুনা নর কৌবা ঋষিদুনি হায়না খঙ্গু ।।১১।। ভগবান্শ্রীকৃষ্ণবুনা ণরায়ন হায়বা ঋষিদুনি হায়না খঙ্গু। নকুল সহদেব অনীবুনা ফাইবোক্ অশ্বিনী কুমার হায়বা দেবতা অনীদুনি হায়না খঙ্গু। ঈবেম্মা ! মঙ্গলগী মশক্ ওইরবী ! মখোয়সিনা বৈরভাব হায়বদুবু হেঙ্গৎহন্নবগীদমক্তা কৌবব-পাণ্ডবশিংগী বৈর ভাবপু হেঙ্গৎহন্নবগীদমক্তা লাক্খিবনি। কর্ণদুবুনা সূর্য্যদেবতানা তাইবং মীশক্ লৌদুনা কুন্তীগী মচা শাদুনা লৈরম্বনি। মহারথী তরুক্না অমমম্না লাক্লবা ঙমদবা সুভদ্রাগী মচাবু মখোয় তরুক্ চংদুনা হাৎখিবা অভিমন্যুবু চন্দ্রদেবতানা তাইবং মীশক লৌদুনা পোক্খিবনি। ইন্দ্রনা যোগবলনা মশাবু অনী থোক্না খাইদোক্লগা শরুক্ অমনা চন্দ্রলোকতা, শরুক্ অমনা মর্ত্যলোকতা লাক্খিবনি ।।১২-১৩।। নীংথিবী ! গান্ধারী ! জগৎতা মৈশাপীবা ঙম্বা সূর্য্যদেবনা মশাবু অনী থোক্না খায়দোক্লগা শরুক্ অমনা নোংমদোন্থক্তা কায়দনা লৈহল্লৌরগা অমনা কর্ণ কৌদুনা কুন্তীগী মচা ওইনা পোক্পিরম্বনি হায়না খঙ্গু ।।১৪।। অদুনা নহাক্না খঙ্গদবনি মদুদি, দ্রৌপদীগা লোয়ননা যজ্ঞাগ্নিদগী পোক্খিবা ধৃষ্টদ্যুম্নদুনা অগ্নিগী অংশ অমনি। শিখণ্ডী হায়বদু রাক্ষস অমনা অবতার তৌদুনা (মর্ত্যলোক্তা কুম্থরক্কুনা) পোক্খিবনি ।।১৫।। দ্রোণচার্য্যবুনা বৃহস্পতিগী অদুগা অশ্বথামাবুনা রুদ্রগী অবতারনি হায়না খঙ্গু ।।১৬।। অশিংবী ! নীংথিজবী ঃ মতৌসুম্না দেবতা, রাক্ষস গর্ন্ধবশিং তাইবং মীশক্ লৌদুনা পোক্লগা মথৌ তৌরম্ তৌরম্লগা মাগী মাগী লৈফম্ স্বর্গদা চৎনখিবনি ।।১৭।। নখোয়গী থম্মোয়দা পরলোককী অকিবা চিংনবা অমমম্ লৈবিবদো ঐ কোক্হন্গে, নমিৎনা উহন্গে ।।১৮।। লাউ, চৎসি গঙ্গা তান্না। উহন্গে মর্ত্যলোক্তা কুরুক্ষেত্রগী লাঞ্জাওদা তাইবং মীগী হক্চাং থাদোক্লম্বা

য়েংহৌরোলাউ ॥১৯॥ বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! মহর্ষি ব্যাসকী য়াদু তাবদা ময়ামদু নুঙাইবনা সিংহনাদ লাউবা লাউবদুনা গঙ্গা মপান্ তান্না চংখি ॥২০॥ নিংথৌ ধৃতবাষ্ট্রনা মন্ত্রীশিংগা লোযননা অদুগা পাণ্ডবশিংনা অদুগা মফম্ অদুদা লাক্পা গর্ন্ধবশিংনা গঙ্গা মপাল্দা থুংলবে ॥২১॥ মানা মানা ফম্না লৈবা নুঙাইগদবা মফম্ য়েংদুনা ফম্থখি ॥২২॥ বুদ্ধিমান্ রাজা ধৃতরাষ্ট্রসু নুপীশিং, অহল্লমন্ শিংনা মাঙ থানা অদুগা পাণ্ডবশিংসু সেবক্সখাশিংগা লোযননা লাক্তুনা ফম্নিং ফম্লিংবা মফম্দা পোত্থানখি ॥২৩॥ শিগ্রবা নিংথৌশিং উনিং-য়েংনিংবনা মমীৎ কুপ্তুনা ঙাইদুনা লৈনখি। মখোয়না ঙাইখিবা নুমিৎ-নোংমদু উনিংবনা মখোযদা চপ্তী চামা চুপ্পা ঙাইবগুম্খ্রে। উনিংবনা হম্ হম্ লাউখি। অসুম্না ঙাইবক্পদুনা সায়ংকাল য়ৌবক্লে। নুমিৎ মযুম্ চঙ্খ্রে। ময়ামদু সায়ং কালগী স্নান ধ্যান তৌবগা লাঙতক্লনা নোংঙাম্বা ঙাইদুনা ঙাইঙম্শীংঙম্দনা লৈনখি ॥২৪ ২৫॥

**মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিকপর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা পুত্রদর্শনপর্বদা কুল্লামথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## দ্বাত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

(ব্যাসগী তপস্যাশক্তিনা কুরুক্ষেত্রদা শিখিবা কৌবব, পাণ্ডব পক্ষগী অকন্বশিংনা গঙ্গাগী ঈনুংদগী থোবক্পা)

## কুন্থুনিথোইশুবা অধ্যায়ঃ

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততো নিশাযাং প্রাপ্তাযাং কৃতসায়াহ্নিকক্রিযাঃ।
ব্যাসমভাগমন্ সর্বে যে তত্রসন্ মমগতাঃ ॥১॥
ধৃতবাষ্ট্রস্তু ধর্ঢাত্মা পাণ্ডবৈঃ সহিতস্তদা।
শুচিবে কর্মনা সা ধর্ম্মিষিভিস্তৈকুপাবিশৎ ॥২॥
গান্ধার্য্য সহ নার্য্যাস্তু সহিতাঃ সমুপাবিশন্।
পৌবজানপদশ্চাপি জমঃ সর্বো যথাবয়ঃ ॥৩॥
ততো ব্যাসো মহাতেজাঃ পুণ্যংভাবথজিলম্।
অবগাহ্যজুহাবাথসর্বান্ লোকান্ মহামুনিঃ ॥৪॥
পাণ্ডবানাংচযে যোধাঃ কৌববাণাং সর্বশঃ।
বাজানশ্চ মহাভাগা নানাদেশনিবাসিনঃ ॥৫॥
ততঃ সুতুমুলঃ শব্দো জলান্তে জনমেজয়।
প্রাদুবাসীৎ যথাপূর্বং কুরুপাণ্ডবসেনযোঃ ॥৬॥
ততস্তে পার্থিবাঃ সর্বে ভীষ্মদ্রোণপুবোগমাঃ।
সসৈন্যাঃ সলিলাৎ তস্মাৎমমুত্তস্থুঃ সহস্রশঃ ॥৭॥
বিবাটদ্রুপদৌ চৈব সহপুত্রৌ সসৈনকৌ।
দ্রৌপদেযাশ্চ সৌভদ্রো বাক্ষসশ্চ ঘটোৎকচঃ ॥৮॥
কর্ণদুর্যোধনৌ চৈব শকুনিশ্চ মহাবথঃ।
দুঃশাসনাদযশ্চৈব ধৃতবাষ্ট্রা মহাবলাঃ ॥৯॥
জবাসন্ধিঃভগদত্তো জলসন্ধশ্চ বীর্য্যবান্।
ভূবিশ্রবাঃ শলঃ শল্যো বৃষসেনশ্চসানুজঃ ॥১০॥
লক্ষমনো বাচপুত্রশ্চ ধৃষ্টদ্যুম্নস্য চাত্মজাঃ।
শিখণ্ডিপুত্রাঃ সর্বে চ ধৃষ্টকেতুশ্চ মনুজঃ ॥১১॥
অচলো বষকশ্চৈব বাক্ষসশ্চাপ্যলাবৃধঃ।

বাহ্লিকঃ সোমদত্তশ্চ চেকিতানশ্চ পার্থিবঃ ॥১২॥
এতেচান্যে চ বহবো বহুত্বাৎ যেন কীৰ্ত্তিতাঃ ।
সর্বেভাসুব দেহান্তে সসুত্তর্স্থ লাত্ততঃ ॥১৩॥
যস্য বীবস্য যো বেষোযো ধ্বজো যচ্চবাহনম্ ।
তেন তেন ব্যদৃশ্যন্ত সমুপেতা নবাধিপাঃ ॥১৪॥
দিব্যাম্ববধবাঃ সর্বে ভ্রাজিষ্ণু কুণ্ডলাঃ ।
নির্বৈবা নিবহংকাবা বিগত ক্রোধমৎসবাঃ ॥১৫॥
গন্ধর্বৈকপগীয়ন্তঃ স্তূযমানাশ্চ বন্দিভিঃ ।
দিব্যমালাম্ববধবা বৃতশ্চাপ্সবমাং গনৈঃ ॥১৬॥
ধৃতবাষ্ট্রস্য চ তদা দিব্যং চক্ষুর্নবাধিপা ।
মুনিঃ সত্যবতী পুত্রঃ প্রীতঃ প্রাদাৎতপোবলাৎ ॥১৭॥
দিব্যজ্ঞানবল্যেপেতা গান্ধাবী চ যশস্বিনী ।
দদর্শ পুত্রাংস্তান্ সর্বান্ যে চান্যেপি মৃধেহতাঃ ॥১৮॥
তদদ্ভুতমচিন্ত্যং চ সুমহাল্লোকহর্ষনম্ ।
বিস্মিতি সজনঃ সর্বো দদশানিমেক্ষনাঃ ॥১৯॥
তদুৎ মবমহোদগ্রং হৃষ্টনাবীনবাকুলম্ ।
আশ্চর্য্যভতং দদৃশে চিত্রং পটগতং যথা ॥২০॥
ধৃতবাষ্ট্রস্তু তান্ সর্বান্ পশ্যন্ দিব্যেন চক্ষুষা ।
মমুদে ভবতশ্রেষ্ঠ প্রসাদাৎ তস্যৎ বৈ মুনেঃ ॥২১॥

**ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি ভীষ্মাদিদর্শনে দ্বাত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥**

-ঃ-

বৈশম্প যননা হায় : নিংথৌ ! জনমেজয ! অহং ওইবক্কদবগী সাযংকাল লাক্লেবদা মীযাম্ অদু সাযংকালগী নিত্য কর্ম, সন্ধ্যা উপাসনানচিংবা লোইববা তুংদা ব্যাসগী নাক্তা লাকখি ॥১॥ ধৃতবাষ্ট্রসু পাণ্ডবাশংগা লোযনন পক্লাশেংনা শাশ্বশ, মযাম্ পুযদুনা ব্যাসকী নাক্তা ফম্লৈ । কুরুবংশগী নুপী নত্তা, মৌ মযাম্বা গান্ধাবীগী নাক্তো ফমখি । অযোধ্যা নগর শ্রমাশংদগী লাকপা মযাম অদসু মফম চানা চানা ফম্দুনা লৈনখি ॥২ ৩। অদুগী তুংদা বাসাব ভাগীবথী গঙ্গাগা তোইবে অমদা কুমথদুনা লান্দা তাইবং হকচাং থাদোক্লমদুনা নোঙ্গাত্রবা কৌবব পাণ্ডবগী লাম্মীশিং অদুব মন্ত্রনা আবাহন তৌখ । কৌর্থখি ॥৪॥ পাণ্ডবাশংগী পক্ষদা অদুগা দুর্যোধনগী পক্ষদা লেপ্পুনা লাম্লেংনবম্মশংদ্ সাইনা কৌথখি ॥৫॥ জনমেজয ! ওহাক লৈবগা, অদুইগী লাম্ফমদা লাউর্নাশিবা খাম্লাক্লিদুগা চপ্ মান্নবা লাউথোবকপা অাকবগী মশক ওইব, থোল্লা উ অমা ঈশং মনুংদগী লাউথোবকখি ॥৬। অদুদগী ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা অকম্বশংদ্ লাম্মী মযামগা লোযননা ঈশিং মনুংদগী মথং মথং চোংথোক্লবকই ॥৭॥ মচা-মশাশং অদুগা লাম্মীশিংগা লোযননা বিবাট দ্রুপদ অনাসি ঈশং মনংদগী চাং থোকই । দ্রৌপদী মচা মতু অদগা

সুভদ্রাগী মচা অভিমন্যুসু ঈশিং মনুংদুদগী চোংথোরক্‌খি ।।৮।। কর্ণ, দুর্য্যোধন, মহারথী শকুনি, ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিং, দুঃশাসননচিংবা, জরাসন্ধগী মচা সহদেব, ভগদত্ত, কল্লবা জলসন্ধ, ভূরিশ্রবা, শল, শল্য, মনাওশিংগা লোয়ননা বৃষসেন, রাজকুমার লক্ষ্মণ, ধৃষ্টদ্যুম্নগী মচা, শিখণ্ডীগী মচাশিং, মনাওশিংগা লোয়ননা ধৃষ্টকেতু, অচল, বৃষক, রাক্ষস অলায়ুধ, নিংথৌ বাহ্লিক, সোমদত্ত , অদুগা চেকিতান অদুগা অসি নত্তবা অতোপ্- অতেপ্পা ক্ষত্রিয়শিংসি অদুগা য়াম্মনখিবদগী মমিং মথা খণ্ডদ্রবা অকন্‌বাশিংদু মশা-মউ পুন্নং লংনা, ফিজেৎ-লৈতেং নীংথিনা শেৎ-চাদুনা ঈশিং মনুংদগী থোরক্‌খি ।।৯-১৩।। অদুগৈ, লান্‌ফম্‌দা শেৎ-চাখিবা ফীজোল্, খুৎশু-খুৎলায় অদু মপোপ্ ঈকায় কায়দনা থোরক্তুনা ময়াম্‌দা উহন্‌খি। অমমম্‌না মথবক্তা কবচগা লোয়ননা সনরীক্ পরেং মনাকোংদা মণি-মুক্তা হৎলবা কুণ্ডল-নাইন্ নচংবা লৈতেংনা নীংথিজে। অদুগৈ লাল্‌ফম্‌দা চৈনখিবা লাউনখিবা, শাউনখিবা পূম্বদু অমত্ত তৌনদনা লৈখিদে।।১৪-১৫।। গন্ধর্ব, অপ্সরাশিংনা, বন্দী ভাটকবিশিংনা, পূং -শেল যন্ত্রগা লোয়ননা মখোয়গী স্তুতিগান তৌনখি ।।১৬।। নিংথৌ! জনমেজয়! মতম্ অদুদা, সত্যবতী নন্দন ব্যাসনা পেন্‌বিনুংশিবিদুনা, ময়াম্‌দুবু উননবা-য়েংননবা ধৃতরাষ্ট্রদা দিব্যদৃষ্টি পীবিখি ।।১৭।। মিংচৎ চাউবী গান্ধারীসু মশাদা দিব্যজ্ঞানগী মঙাল্ ফাউখি। লান্দা শিখিবা মচা-মশূ, শাগৈ-নাতৈ পূম্বা মপোপ্ ঈকায় কায়দনা উখি ।।১৮।। মফম্ অদুদা মী পূম্নমক্তু অঙকপা ফংনা, মমীৎ- মনা কৃপ্তুনা, অদুম্ ওইবা, অঙকপা ওইথোক্তবা, খন্‌ফম্ থোক্তবা, য়েংবদা তুজুংনিঙাই ওইরবা দৃশ্য অদু উখি ।।১৯।। নুংঙাইমন্‌খিবনা ঈপা পাখৎলবা, নিপা-নুপী পূম্নমক্ অদুনা অঙকপা নেত্রোৎসব (মীৎকী কুম্মৈ) অদুবু, চেদা-ফিদা য়েক্‌পা পটচিত্র অমগুম্না উখি ।।২০।। ভরতশ্রেষ্ঠ! নিংথৌ! জনমেজয়! মুনিবর, মহর্ষি ব্যাসগী থৌজান্দগী মমীৎ উদবা ধৃতরাষ্ট্রনা দিব্যদৃষ্টি ফংদুনা, পোক্‌পদগী মশক্ উবা ফংত্তুদ্রবা মচা-মশূশিংবু উবদুনা মপুক্লীংদা হরাউ নুংঙাইবা পোক্‌খি ।।২১।।

**মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিকপর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা ভীষ্মাদিদর্শন (ভীষ্মনচিংববু উবগী) মতাংদা কুন্থানিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ।।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## ত্রয়স্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

(পবলোকতগী লাক্লেমবা মযাম্‌দুনা মাঙথোক্‌খিবা। ব্যাসকী যাথংনা মযামদনা গঙ্গাদা মকোক্‌ মনা লপ্পা স্নান তৌনখিবা। নুপী বিধবাশিংদুনা পতিলোকতা কাখিবা। পর্ব অসি শ্রবন তৌবগী মহিমা-কান্নবা)

## কুন্থাহুম্‌দোইশুবা অধ্যায়ঃ

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততস্তে পুরুষশ্রেষ্ঠাঃ সমাজগ্মুঃ পবস্পবম্‌।
বিগতক্রোধমাৎসর্য্যাঃ সর্বে বিগতকল্মষাঃ ॥১॥
বিধিং পবম মাস্থায ব্রহ্মর্ষি বিহিতং শুভম্‌।
সংহৃষ্টমনসঃ সর্বে দেবলোক ইবামবাঃ ॥২॥
পুত্রঃ পিত্রা চ মাত্রা চ ভার্য্যাশ্চ পতিভিঃ সহ।
ভ্রাত্রা ভ্রাতা সখাচৈব সখ্যাবাজন্‌ সমাগতা ॥৩॥
পাণ্ডবস্তু মহেষ্বাসং কর্ণং সৌভদ্রমেব চ।
সম্প্রহর্ষাৎ সমাজগ্মুর্দ্রৌপদেযাশ্চ সর্বশঃ ॥৪॥
ততস্তে প্রীযমানা বৈ কর্ণেন সহ পাণ্ডবাঃ।
সমেতা পৃথিবীপাল সৌহৃদ্যে চ স্থিতাভবন ॥৫॥
পবস্পবং সমাগম্য যোধাস্তে ভবতর্ষভ।
মুনেঃপ্রসাদাৎ তে হ্যেবং ক্ষাত্রযানষ্টমন্যবঃ ॥৬॥
অসৌহৃদং পবিত্যজ্য সৌহৃদে পর্য্যবস্থিতাঃ।
এবং সমাগতাঃ সর্বে গুরুভির্বান্ধবৈঃ সহ ॥৭॥
পুত্রৈশ্চ পুরুষব্যাঘ্রা কুরবোঽন্যেচপার্থিবাঃ।
তাং বাত্রিমখিলামেবং বিহৃত্য প্রীতমানসাঃ ॥৮॥
মেনিবে পবিতোষেণ নৃপাঃ স্বর্গসদো যথা।
নাত্র শোকো ভযং ত্রাসো নাবতির্নাযশোঽভবৎ ॥৯॥
পবস্পবং সমাগম্য যোধানাং ভবতর্ষভ।
সমাগতাস্তাঃ পিতৃভির্ভ্রাতৃভিঃ পতিভিঃ সুতৈঃ ॥১০॥
মুদং পবমিকাং প্রাপ্য নার্য্যো দুঃখমথাত্যজন্‌।
একাং বাত্রিং বিহৃত্যৈব তে বীবাস্তাশ্চ যোষিতঃ ॥১১॥
আমন্ত্র্যান্যোন্যমাশ্লিষ্য ততো জগ্মুর্যথাগতম্‌।
ততো বিসর্জযামাস লোকাংস্তান মুনিপুঙ্গব ॥১২॥

ক্ষনেনান্তর্হিতাশ্চৈব প্রেক্ষ্য তামেব তেঽভবন্ ।
অবগাহ্য মহত্মানঃ পুণ্যাং ভাগীরথীং নদীম্ ॥১৩॥
সরথাঃ সধ্বজাশ্চৈব স্বানি বেশ্মানি ভেজিরে ।
দেবলোকং যযুঃ কেচিৎ ব্রহ্মসদস্তথা ॥১৪॥
কেচিচ্চ বারুণং লোকং কেচিৎ কৌবেরমাপ্নুবন্ ।
ততো বৈবস্বতং লোকং কেচিচ্চৈবাপ্নুবন্নৃপাঃ ॥১৫॥
রাক্ষসানাং পিশাচানাং কেচিচ্চাপ্যুত্তরান্ কুরূন্ ।
বিচিত্রগতয়ঃ সর্বে যানবাপ্যামরৈঃ সহ ॥১৬॥
আজগ্মুস্তে মহাত্মনঃ সবাহাঃ সপদানুগাঃ ।
গতেষু তেষু সর্বেষু সলিলস্থো মহামুনিঃ ॥১৭॥
ধর্মশীলো মহাতেজাঃ কুরুনদংহিতকৃৎ তথা ।
ততঃ প্রোবাচ তাঃ সর্বাঃ ক্ষত্রিয়া বিহতেশ্বরাঃ ॥১৮॥
যা যাঃ পতিকৃতান্ লোকনিচ্ছন্তি পরমস্ত্রিয়ঃ ।
তাজহ্নবা জলং ক্ষিপ্রমবগাহন্ত্ব তন্দ্রিতাঃ ॥১৯॥
ততস্তস্য বচঃ শ্রুত্বা শ্রদ্দধানা বরাঙ্গনাঃ ।
শ্বশুরং সমনুজ্ঞাপ্য বিবিশুর্জাহ্নবী জলম্ ॥২০॥
বিমুক্তা মানুষৈর্দেহৈস্ততা ভর্তৃভিঃ সহ ।
সমাজগ্মুস্তদা সাধ্ব্যঃ সর্বা এব বিশাম্পতে ॥২১॥
এবং ক্রমেণ সর্বাস্তা শীলবত্যঃ পতিব্রতাঃ ।
প্রবিশ্য ক্ষত্রিয়া মুক্তা জগ্মুর্ভর্তৃসলোকগম্ ॥২২॥
দিব্যরূপসমাযুক্তা দিব্যাভরন ভূষিতাঃ ।
দিব্যমালাম্বরধরা যথাঽসাং পতরস্তথা ॥২৩॥
তাঃ শীলগুণসম্পন্না বিমানস্থা গতক্লমাঃ ।
সর্বাঃ সর্বগুণো পেতাঃ স্বস্থানং প্রতিপেদিরে ॥২৪॥
যস্য যস্যাতু যঃ কামস্তস্মিত্র কালে বভূবহ ।
তং তং বিসৃষ্টবান্ ব্যাসো বরদো ধর্মবৎসলঃ ॥২৫॥
তচ্ছ্রুত্বা নরদেবানাং পুনরাগমনং নরাঃ ।
জহৃষুর্মুদিতাশ্চাসন্ নানাদেশাগতা অপি ॥২৬॥
প্রিয়ৈঃ সমাগমং তেষাং যঃ সম্যক্ শৃণযান্নরঃ ।
প্রিয়াণি লভতে নিত্যামহ চ প্রেত্য চৈবমঃ ॥২৭॥
ইষ্টবান্ধবসংযোগমনায়াসমনাময়ম্ ।
যশ্চৈতচ্ছ্রাবয়েৎ বিদ্বান্ বিদুষো ধর্মাবিত্তমঃ ॥২৮॥

স যশঃ প্রাপ্নুযাল্লোকো পবত্র চ শুভাং গতিম্।
স্বাধ্যায় যুক্তা মনুজস্ত পোযুক্তাশ্চ ভাবত ॥২৯॥
সাধ্বাচাবা দমোপেতা দাননির্ধৃতকল্মষাঃ।
ঋজবঃ শুচয়ঃ শান্তা হিংসনৃতবিবর্জিতাঃ ॥৩০॥
আস্তকাঃ শ্রদ্দধানাশ্চ ধৃতিমন্তশ্চমানবাঃ।
শ্রুত্বাংশ্চর্য্যামিদং পর্ব হ্যবাপ্সাস্তি পবাং গতিম্ ॥৩১॥

**ইতি শ্রী মহাভারতে শতসহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি স্বস্বপতিলোকগমনে ত্রয়স্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ**

-ঃ-

বৈশম্পাযননা হায ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয ঃ অশাউবা, যেংথিনবা, পাপকর্ম তৌবগী ব্রাখল লৈত্রবা শ্রেষ্ঠ পুরুষশিংদুনা ব্রহ্মর্ষিশিংনা শেমগ্রবা প্রণালিদুগী মতুং ইন্না অমগমগা লেঙ্গোন্নদুনা নুংশিনখি। মতম্ অদুদা দেবলোকতা লৈবা দেবতাশিংগী মতৌগুম্না মশামশাদা আধ্যাত্মিক জ্ঞান ফাওনখিদুনা হবাও নুঙাইখি ॥১-২॥ নিংথৌ ! মচানা মমা মপাগা, নুপীশিংনা মপ্-মপুবোইবশিংগা, মচীন-মনাওশিংনা মচীন-মনাওশিংগা, মরূপশিংনা মাগী মাগী মরূপশিংগা নুংশিননা তিন্নখি ॥৩॥ পাণ্ডবশিংনা মহা ধনুর্ধাবী কল্লবা কর্ণ, সুভদ্রাগী মচা অভিমন্যু, দ্রৌপদীগী মচামচাগা উনদুনা ওন্থোক্লা হাবট্ট নুঙাইনখি ॥৪॥ নিংথৌ ! জনমেজয ! অদুগী তুংদা পাণ্ডবশিংন মযাম্না কর্ণগা উন্নদুনা নুংশিনা ব্রাবী-ব্রাতই শানখি ॥৫॥ ভবতভূষন ! নিংথৌ ! জনমেজয ! অদুগী কুরুক্ষেত্রদা লাম্থেংনখিবা যোধা শিংদুনা অমগঅমগ নুংশিননা লেঙ্গোন্নখি। মতৌ অসুম্না ব্যাসমুনিগী কপাদগী মথাইগী শত্রুভাব বৈবভাব অদু কোক্লখিদুনা অমগমগা পুক্‌চেল শেংনা নুংশিনখি ॥৬॥ মতৌ অসুম্না পাণ্ডব পক্ষগী, কৌবব পক্ষগী অমগমগা যেক্নবা ওইদুনা শিংনবস্বদু তোক্‌খিদুনা মমাযমমায ওক্তিন্নদুনা নুংশি প্রেমগী ঈবা শিন্থনখি ॥৭॥ অহিংচুপ্পদ অমগমগা খুজেং পাযনদুনা লেংগোন্নদনা কোযমিন্নখি। মখোয পুম্বা স্বগদা লৈবা দেবতাশিংগী মতৌগুম্না থোইদোক্লা পেঙ্গবা নুঙাইজববু ফংখি ॥৮॥ ভবতশ্রেষ্ঠ ! নিংথৌ ! জনমেজয ! মখোয অমমগা থম্মোযদা অৱাবা অকিবা, অবাম্ খৌবাং, মিংচৎ, খবক্ তৌবগী ব্রাখল মবীক্ অমত্ত লৈনখিদে ॥৯॥ মফমদুদা লাক্লিবী নুপীশিংদুনা মাগী মাগী মপা, মখুডা, মরূপ-মপাং, উবদা তিন্নবদা ঙমখৈ লৈতনা হাযফম লৈতনা নুঙাইজখি ॥১০॥ অকম্বাশিংদুনা মাগী মাগী লোয়নবীশিংদুগা অহিংচুপ্পা আহাবাবহাব তৌদুনা নুঙাইমিন্নবম্রগা অমগমগা লেংগোন্‌মিন্নবম্রগা চৎখিবগী থৌবাং তৌনখি ॥১১॥ নোংমদোস্তকতগী কুমথবক্তুনা মশক্ উঙল্লম্বা অকম্বশিং বিদায তৌখি। মস্ত্রনা অমুক্ নোঙ্গাহনখি-বিদায পীখি। ভাগীবথ গঙ্গাদা মকোক্-মমীং মমায লপুনা ঈবাপ্পগা স্নান তৌবম্রগা অদুম্ মশক্ উখিদ্রে। মাগী মাগী বথন-ফিবান্নচিংবদুগা মাগী মাগী লোকতা চংখ্রে ॥১২-১৩॥ মখোয খবনা দেবলোক-ইন্দ্রলোকতা খবানা ব্রহ্মালোকতা, খবনা বরুণলোকতা অদুগা খবনা কুবেবলোকতা, খবনা সূর্য্যলোকতা-চন্দ্রলোকতা চংনখি ॥১৪-১৫॥ অদুগা অয়াম্বনা বাক্ষস পিশালোকতা চংনখি। খবনা উত্তবকুরুদা যৌনখি। অসুম্না তোঙাল তোঙাম্বা গতি ধামদা যৌনখি। অদুগা মহাত্মা পুক্‌চেল চাউবা দেবতাশিংনা মাগী মাগী বাহন-খোঙলোযশিংগা লোযননা শাক্রুদুনা মাগী মাগা হান্নগীমফম্ মফমদা

চৎনখি ॥১৬॥ মখোয় পুম্নমক অদুনা মশক্ উখিদ্রবতুংদা, কৌরবশিংগী কান্নবতা তৌববা, মহাতেজস্বী, ধর্মাত্মা মহামুনি ব্যাসনা গঙ্গাদা মথাঙ্ ফাওবা লূপ্নালূপ্না বিধবা ক্ষত্রানীশিংদুদা অসুম্না হায়বক্ই ঃ- দেবীশা ! নংগী নংগী পতিশিং-নপুবোইবশিংনা লৈখ্রিবা পতিলোক অদূদা য়ৌনিং চৎনিংবী মখে লাউ, নকোক্ননা নফিনবোল য়াওনা গঙ্গাদা ঈরুপ্না স্নান তৌ । ব্যাসকী ৱাদু তাবদা শ্রদ্ধা লৈবীশিংদুনা ধৃতরাষ্ট্রগী য়াথং লৌদুনা মকোক্ লূপ্না স্নান তৌখি ॥১৭ ২০॥ নিংথৌ ! জনমেজয ! স্নান তৌরগা কাখৎলক্পদা মর্ত্তলোককী তাইবং মীগী হক্চাং থাদোক্লম্দুনা দিব্যমূর্তি ফংদুনা মাগী মাগী পতি লোকতা নোংগাখি ॥২১॥ মতৌসুম্না পতিব্রা ওইরবী সতী ক্ষত্রিবানীশিংদু মাগী মাগী পতি নাক্ য়ৌনখি ॥২২॥ মখোয়দু মাগী মাগী মপুবোইবনা শেৎলি চারিবা নীংথিজরবা লৈতেং ফিজোল অদু শেত্তুনা মাগী মাগী মপুরোইবগী নাক্তা থুংনখি ॥২৩॥ সাধ্বী সতী, পতিব্রতা ওইববীশিংদুনা ফজফজরবা বিমানথক্তা তোংদুনা পতিলোকতা মর্ত্তালোককী সংসাবগী মায়াবন্ধন পূম্নমক্তগী মুক্ত ওইদুনা নোংগাখিবনি ॥২৪॥ ভগবান মহামুনি ব্যাসনা, মখোয়না মর্ত্ত্যলোকতা লৈবিঙৈদা পাম্জরম্বা নীংজবম্বা পূম্নমক্তু থুংদুনা নুংঙাইনা স্বর্গ লোকতা লৈনখি ॥২৫॥ লান্দা শিখিবশিং অদুনা অমুক্ লাক্তুনা উহৈল্লে হায়বদু তাবদা অতোপ্ অতোপ্পা দেশকী উহৌবা উহৌদবা মী পূম্নমক্কী থম্মোয়দা নুংঙাইবা পোক্খি ॥২৬॥ অসি গুম্বা কৌরব-পাণ্ডবগী লান্দ শিখিবশিংনা অমুক্ লাকপগী মতাং পর্ব অসিবু পূক্নিং চঙনা তাববদি ইহলোক পরলোক অনীমক্তা মানা মানা পাম্বা পূম্বা ফংঙি ॥২৭॥ অদুত নত্তে, য়াম্না লাণ্ডতক্লন ফংনিংবা ৱানা ফংগদববু ঈরাই লায়না ফংবা ঙম্মি । ধর্মখঙ্বা জ্ঞানীশিংনা তাং-প্রসঙ্গ অসিবু তাহল্লবদি ইহলোকতা লেঙদ্রবা মিংচৎ অদুগা পবলোকতা শুভগতি-ধামবু ফংঙি ॥২৮॥ ভাবত ! জনমেজয় ! অদুগুম্বা মী মহাক্ অদুনা স্বাধ্যায়দা পরায়ণ ওইবা (বেদ-শাস্ত্র নৈনবা তম্বদা পূক্নিং চঙবা) তপস্বী, সদাচাবী ওইবা, ইন্দ্রিয় খূদুম্ চম্বা, মীঙোন্দা পীথোক্পদা পাম্মুদবা, ঈচম্ চম্বা পূক্নিংদা লৌথুপ্ লৌকোই লৈতবা, হিংসা তৌদবা, অসত্যদগী লাপ্না লৈবা নাস্তিক ওইদবা শ্রদ্ধাবান ভক্তিমান ওইবা খাঙ্বা কম্বা মীশক্ অমা ওইনা আ অঙকপা মতাং অসিবু তাববদি উত্তম গতি ফংঙি । মহাক্কী আত্মানা হায়নীঙাই লৈত্রবা ধাম খুভমদা (দেহদা) চঙ্খি ॥২৯-৩১॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রী ব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিক পর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা কূন্থাহুম্দোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-()-

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুস্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

(শিগ্রবা মীনা অমুক্ লাক্ই হায়বসিবু চিংনবা থাজদবা জনমেজয়দা বৈশম্পায়ননা চিংনবদু কোক্হন্বা )

## কুম্ভামরিগুবা অধ্যায়

সৌতিরুবাচ

এতচ্ছুত্বা নৃপোবিদ্বান্ হৃষ্টোঽভূজ্জনমেজঃ।
পিতামহামহানাং সর্বেষাং গমনাগমনং তদা ॥১॥
অব্রবীচ্চমুদা যুক্তঃ পুনারগমনং প্রতি।
কথং নু ত্যক্ত দেহানাং পুনস্তদ্রূপদর্শনম্ ॥২॥
ইত্যুক্তঃ স দ্বিজশ্রেষ্ঠো ব্যাসশিষ্যঃ প্রতাপবান্।
প্রোবাচ বদতাংশ্রেষ্ঠস্তং নৃপং জনমেজয়ম্ ॥৩॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

অবিপ্রনাশঃ সর্বেষাং কর্মনামিতি নিশ্চয়ঃ।
কর্মজানি শরীরাণি তথৈবাকৃতয়োনপ ॥৪॥
মহাভূতানি নিত্যনি ভূতাধিপতিসংশ্রয়াৎ।
তেষাং চ নিত্যসংবাসো ন বিনাশো বিযুজ্যতাম্ ॥৫॥
অনায়াসকৃতংকর্ম সত্যঃ শ্রেষ্ঠঃ ফলাগমঃ।
আত্মা চৈভিঃ সমাযুক্তঃ সুখদুঃখমুপাশ্নুতে ॥৬॥
অবিনাশ্যস্তথাযুক্তঃ ক্ষেত্রজ্ঞ ইতি নিশ্চয়ঃ।
ভূতানামাত্মকো ভাবো যথা সৌন বিযুজ্যতে ॥৭॥
যাবন্নক্ষীয়তে কর্ম তাবৎ তস্যাস্বরূপতা।
ক্ষীনকর্মা নরোলেকে রূপান্যত্বং নিযচ্ছতি ॥৮॥
নানাভাবস্তথৈকত্বং শরীরং প্রাপ্য সংহতাঃ।
ভবন্তি তে তথানিত্যাঃ পৃথগ্‌ভাবং বিজানতাম্ ॥৯॥
অশ্বমেধেশ্রুতিশ্চেয়সংজ্ঞপনং প্রতি।
লোকান্তরগতা নিত্যং প্রাণানিত্যং শরীরিণাম্ ॥১০॥
অহং হিতং বদাম্যেতৎ প্রিয়ং চেৎ তব পার্থিব।
দেবযানা হি পন্থানঃ শ্রুতাস্তে যজ্ঞ সংস্তরে ॥১১॥

আহুতো যত্র যজ্ঞস্তে তত্র দেবা হিতাস্তব।
যদাসমন্বিতা দেবাঃ পশূনাং গমনেশ্বরাঃ ॥১২॥
গতিমন্তশ্চ তেনেষ্টা নান্যে নিত্যা ভবন্ত্যত।
নিত্যেঽস্মিন্ পঞ্চকে বর্গে নিত্যে চাত্মনি পূরুষঃ ॥১৩॥
অস্য নানাযোগং যঃ পশ্যতি বৃথামতিঃ।
বিযোগে শোচতেঽত্যর্থং স বাল ইতি মে মতিঃ ॥১৪॥
বিযোগে দোষদর্শী যঃ সংযোগেংস বিসর্জয়েৎ।
অসঙ্গে সঙ্গমো নাস্তি দুঃখং ভুবি বিযোগজম্ ॥১৫॥
পরাপরজ্ঞস্তু পরো নাভিমানাদুদীরতঃ।
অপরজ্ঞঃ পরাং বুদ্ধিং জ্ঞাত্বামোহাৎ বিমুচ্যতে ॥১৬॥
অদর্শনাদাপতিতঃ পুনশ্চাদর্শনং গতঃ।
নাহং তং বেদ্মি নাসৌ মাংন চ মৈঽস্তি বিরাগতা ॥১৭॥
যেন যেন শরীরেণ করোত্যয় মনীশ্বরঃ।
তেন তেন শরীরেণ তদবশ্যমুপাশ্নুতে।
মানসং মনষাঽপ্লোতি শরীরং চ শরীরবান্ ॥১৮॥

**ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাস পর্বনি বৈশম্পায়নবাক্যে চতুস্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥**

-ঃ-

সৌতিনা না হায় ঃ- মবুধৌশিংনা পরলোক-ইহলোক অনীমক্তা অকা অকুম্ তৌদুনা লৈরম্বগী মতাং অসি তাবদা নিংথৌ জনমেজয় অসি ওহোক্লা পেন্‌খি ॥১॥ পেন্দি পেল্লগা শিশ্রবশিংনা অমুক্ মপোপ্ ঈকায় কায়দনা অমুক্ লাক্‌ই হায়বগী মতাংদা মাগী মপূক্লিংদা চিংনবা (থাজদবা) অমদি অসুম্ পোকুনা লৈরে। থাদোক্লমলবা শরীর (হক্‌চাং) অসিবু অমুক্ পুদুনা লাক্‌ই হায়বসি য়াম্না চিংননিঙায় ওইবা রাফম্ অমনি ॥২॥ জনমেজয়গী পূক্লীংদা অসিগুম্বা চিংনবা অমা লৈরে খঙবা তাবদগী প্রতাপ চাউরবা ব্যাসশিষ্য বৈশম্পায়ননা চিংনবদু কোক্‌হনগে হায়বগী অসুম্না জনমেজয়দা হায়রক্‌ই ॥৩॥ নিংথৌ ! জনমেজয় ! তাইবং জীবনা মানা মানা তৌরিবা ভোগ তৌরম্‌দনা নৎত্রগা তৌবা লোইহ্রিবমখৈ হক্‌চাং কুয়োম্‌নুংদা লৈবা জীবসিদি মাঙবা থক্ লৈতে। মসি য়েৎফম্ লৈত্রবা সিদ্ধান্ত অমনি। অদুগা জীবাত্মানা লৈরিবা অসি অদুগা তোঙাল্ তোঙাম্বা মতৌ মতৌশিং অসি জীব মানা তৌরম্বা কর্মশিং অদুনা শাবা-শাখিবা মক্তনি ॥৪॥ শাখিবা হক্‌চাং মপৈ (মতুম্) অসিগী মচাক্তি, মৈ, ঈশিংনচিংবা পঞ্চ ভূত (ভূত মঙা) না ওই। লৈরিবা ভূত মঙাগী মপু মখোয়গী মথৌ গুণকর্ম তাক্‌পা ভূতশিংগী স্বামী মপু ভূতনাথ মহাক্কী আশ্রয় লৌদুনা মখোয় মঙামক্তা পুল্লপ্ পূম্বা হক্‌চাং (শরীর) অমগী অপেক্ষা (দরকার) হায়বা অমা লৈরিবসিমক্ নিত্যনি। অপেক্ষা (প্রয়োজন-দরকার) হায়বসিমক্ নিত্যনি। হায়বদি, মাঙবা থক্ লৈতে। পঞ্চ ভূতশিংদগী অনিত্য শরীরসিগা তিন্নদুনা লৈরিবা সংযোগ অসিদি নিত্যনি। সংযোগ অদুমক্ ঈকায় কায়দনা নিত্য ওইনা অদুমক্ লৈরগদবনি। অনিত্য দেহ (শরীর) না মাঙ্খবদা, মাঙ্খবসু

নিত্য ওইবা মহাভূতশিংগা ণ্ডহাক্ কায়নবা ওইবতনি। কায়নগ্রগা কায়নবগা পূর্মলৈ লৈত্রে-তুমগ্রে হায়বদি খক্ য়ারোই । বিযোগ ওইরগা ওইরবনিনা খায়নবশিংদু মূৎগ্রে-মাঙগ্রে হায়বসি খক্ য়াদে । কায়নরবদি কায়নরিবশিংদু মূৎখ্রনি হায়বসি করিগুম্বা ন্যায়শাস্ত্রনা প্রত্যক্ষ প্রমাণ পীবা ঙম্মোই। অনিত্যনা মাঙ্খ্রগা নিত্য ওইবা মাসু মাঙখ্রো হায়বসি খক্ য়ারোই। অনিত্য ওইবা হক্চাংসিগী নাশ ওইগ্রবসু নিত্য ওইবা মহাভূতগী ভূতনাথ(ভূতস্বামী) মহাক্তি মাঙবা খক্ য়ারোই ॥৫॥ কর্তৃত্ব অভিমান য়াওদনা হায়বদি, ঐনা শাবিবনি, ঐনা তৌরিবনি হায়বা অভিমান অদু য়াওদনা মশা মথন্তা লাক্চবা কর্মগী মঁহেদুদি সত্যনি, শ্রেষ্ঠনি, নিত্যনি। অদুগুম্বা সত্য কর্মগী সত্য ওইবা মঁহেদি মুক্তিনি। ঐনা তৌবনি, ঐনা শাবনি হায়না কর্তা ওইবগী অভিমান-কর্তৃত্বাভিমান অদু ঈয়াও য়াওদনা, ঈন্বা ব্রাদনা লাক্চবা মঁহে অসিদি সত্যনি, নিত্যনি। অদুগা কর্তৃত্বাভিমানগা লোয়ননা কন্না নোমদুনা তৌবা কর্মদুগী মঁহে নুঙাইবসু পী, অৱাবসু পী। অসিগুম্বা কর্মনা বন্ধন তৌদুনা জীবাত্মাসিনা সুখদুঃখ অনীমক্পু ভোগ তৌরি ॥৬॥ অসিগুম্বা কর্মতত্ত্ববু (শরীর ক্ষেত্রগী তত্ত্ববু) খঙবা ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা জীবদুদি কর্মশিংসিগা তিন্নদুনা লৈরবসু মহাক্তি অবিনাশীনি। মাগী মাঙবা লৈতে। ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা মীগী জীবদি ক্ষেত্রসিগা মশা অমত ওইমিন্নখি । অদুগুম্বা ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা জীবগা ক্ষেত্র ওইবা ( হক্চাং) সিগা তিন্ননা অদুম্ লৈমিন্নখিবনি, নিত্য ওইবসিগা তিন্নবা মহাকসু (হক্চাংসু) নিত্য ওই। ধর্ম তিন্নবনা থাদোক্লমদে ।জীবসিনা চৎখি-চৎখিবা মায়গৈ মফমদা হকচাংসিসু (ক্ষেত্রসিসু ) অদুম ইন্নরকই। থাদোক্লমদে। ॥৭॥ প্রারব্ধ কর্মগী ফল অদুগী ক্ষয় (মাঙবা) হেক ওইদ্রিমখৈ জীবগা হক্চাংগা (ক্ষেত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞগা) মশা অমত ওইদুনা লৈ। অসুম্ হায়না লৈমিন্নরক্পসিনা (প্রাবব্ধকর্মগী ফলদা চামিন্নরক্পসিনা) চাবা হেক্ লোইখিবদা জীবসি অতোপ্পা দেহদা চঙখি লৈখিদুনা অনৌবা দেহদুদা অমুক্ এক রূপতাবু লৌখি। মাসি দেহগা দেহী (জীব)গা অনীগী সালোক্যনি। মুক্তিদি নত্তে। মদুর্মদি, হক্চাংগা মাগা থাদোক্লদ্রি। হক্চাংসিদগী মুক্তি ওইবা ঙম্দ্রি ॥৮॥ পঞ্চভূত ইন্দ্রিয়শিংগী মঁপৈ ওইরবা তোঙাল তোঙাম্বা, ফংঙু ফংঙুরিবা হক্চাংদুগা জীবসিগা একাকার অদুম্ ওইমিন্নরুই। দেহসিগা লৈমিন্নরবসু জীব (আত্মা) ঐদি তোঙাম্বনি হায়না খঙলিবা যোগী (তিন্নরিবা-তিন্নরবসু তত্বা খঙনা তিন্নরিবা) অদুগী মফম্দা হেক্ লৈরিবা পদার্থ খুদিংমক্সি নিত্য আত্মাগী মূর্ত্তি (স্বরূপ) মক্তা ওই ॥৯॥ অশ্বমেধ যজ্ঞদা, শগোলদুবু হাৎপা (বলি তৌবা) মতম্দা "সূর্য্যং তে চক্ষুঃ বাতং প্রাণঃ" ( নংগী মীৎনা সূর্য্যদা, প্রাণবায়ুনা মহাবায়ুদা তিল্লুকো ) অসিনচিংবা মন্ত্রসি পাঠ তৌদুনা শগোল অদুবু তাহল্লি। আত্মাবু সূর্য্যলোক, বরুণ লোক য়ৌহন্খি। মসিনা উৎপদি করিনো হায়বদা, দেহধারীশিংগী (দেহীশিংগী) প্রাণবায়ুশিং, ইন্দ্রিয়াশিংসি অরেপ্পা মশক্ অমদা লোকান্তরদা (অতোপ্পা লোক অমদা) লেঙদনা লৈ হায়বা অসিনি। মথম্ অদুনা, পরলোকতা চৎগ্রবশিংনা মাগী হান্নগী মর্ত্যলোকতা পুবম্না দেহগী মওং মপোপ্ ঈকায় কায়দনা, ইহলোকতা অমুক্ লাক্ই, কূম্থরক্পদা ওইথোক্তবনি হায়বা য়াদে। চিংননিঙায়সু লৈতে ॥১০॥ নিংথৌ ! নংনা তাবদা নুঙাইগদবা লৈরবদি ঐ তত্বাগী ব্রা তমগে। যজ্ঞ হৌগৎলক্পা মতম্দা দেবযান মার্গ ব্রাদু তাররিগনি। তারম্না য়াই। মাদুনা নংগী মতিক্ অদুম্ চারে ॥১১॥ নহাক্লা যজ্ঞগা অনুষ্ঠান তৌবা হৌরক্পদা, দেবতাশিংগী শরুক্ তম্ব লাক্পা মতম্দা দেবতাশিংনা নহাক্কী হিতৈষী সুহৃৎ মক্তা ওইগ্রবনি। নংগী কান্নবা অফবতা খম্বা মরূপ হায়বদু অদুম্ ঊইগ্রবনি । অদুগুম্বা দেবতাশিংদুগা মিত্রভাবতা লৈমিন্নগ্রবদা, লোকন্তবদা জীববু য়ৌহন্খিবগী শক্তি লৈরবা দেবতাশিংনা, য়ৌহন্খিবনি ॥১২॥ অদুনা নিত্য ওইবা জীবসিনা দেবতাশিংবু আরাধনা তৌরগা লোকন্তরদা চৎখিবগী শক্তি অদুম্ ফংঙি । হায়রিবা তত্বসিগী মথক্তা দেবতাশিংগী যজ্ঞ

তৌদবাশিংদুগীদি লোকান্তরদা চংখিবগী শক্তি অদু ফংদে। মৈ-ঈশিংনচিংবা পাঞ্চভৌতিক বর্গ অসে নিত্যনি। খক্ মাঙ্দে। অদুগা পঞ্চভৌতিক দেহ্দা লৈরিব জীব (জীবাত্মা) অসিসু নিত্যনি। অসিগুম্বা অবস্থাসিদা, অসিগুম্বা তত্বসি ফংলবদা, দেহসিনা মাঙ্খ্রবদা উংওইনা মৈ থাদোক্খিবদুদা জীবসি চাক্ত্রবনি হায়রিবা নাস্তিকবাদী মত অদু অরেম্বনি। অর্থ য়াওদবনি। জ্ঞান লৈতবা অভাং নবাগী বানি ॥১৩-১৪॥ বিযোগ (কায়নবা)তা দোষ উরিবদো সংযোগ (তিন্নব)তসু দোষ হাপচিল্লবনি। করিগুম্বা অমত্তগা মরী থম্ন্ত্রবা আত্মাদা সংযোগ-বিযোগ (কায়নবা -তিন্নবা) করিমত লৈতে। সংযোগ-বিযোগ অনীমক্তা দোষ পীরিবদো বাবা-নুংঙাইবগী কল্প-লাউবা-নোক্পা মায়াগী লাংদা থুরবনি। মায়াগী লাংদা থুরবদি অৱাবা ফংবা হায়বদু মশানা তাবনি ॥১৫॥ ঐগী মাগী খায়রবদি, কায়নবা তিন্নবগী অসিনা ঐগী আত্মানি, অসিনা মাগী আত্মানি হায়বগুম্বনি। ঙাওরবনি, শুমহৎলবনি। অদুগুম্বা মহাক্না অহংকারনচিংবা লাংদগী মুক্ত ওইবা খক্ য়ারোই। মুক্তি ফংলোই। অসিনা ঐগী মসিনা মাগী হায়না অনী থোক্পগী বাখল্দগী বাংমা লান্থ্রবা মী মহাক্ অদুতনা অৱাব-নুংঙাইবা লাংদগী মুক্ত ওইগনি ॥১৬॥ অদুগুম্বা মুক্ত পুরুষ অদু অব্যক্ত ব্রহ্মদগী লাক্পনি। অব্যক্ত ব্রহ্মদা অমুক্ তিনখিগনি। ঐ মাবু খঙ্দে, মানসু ঐবু খঙ্দে। ঐনা (আত্মানা) বন্ধনদগী মুক্ত ওইরবদি মহাক্সু বন্ধনদসু মুক্ত ওইফম্ থোক্‌ই। আত্মাদি মশা অমত্তনিনা - মসি কৈদৌনা ওইদ্রিবনো হায়বা প্রশ্ন অমা লাক্রবদি - ঐনা কম্না নোম্রবদি মাসু কম্না নোম্ফম থোক্ই হায়বা লৌবা য়াদবা বাফম্ অমা লাক্ই। অদুনা অমনা য়াম্না নোম্দুনা তপস্যা তৌরগা লাক্পা বৈরাগ্য অদু তৌদবা অমদা লাক্পা খক্ য়ারোই ॥১৭॥ কর্মগী মখাপোল্লবা, পরাধীন ওইরবা জীবসিনা অদু অদুগুম্বা হক্চাংদা কর্মদুগী মহৈদ্রু লৈরি লৈরিবা হক্চাংদুগী মনুংদা খুদক্তা অদুম্ মফংঙি। মানসিক কর্মগী মহৈবু পুক্নিংদা (মনদা) শারীরিক কর্মগী মহৈবুনা শরীর অদুদা চঙলগা ফংবা হায়বসি কক্লীংঙাই লৈত্রবা সিদ্ধান্তনি ॥১৮॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিক পর্বদা, আশ্রমবাসপর্বদা বৈশম্পায়নবাক্যদা কুন্থামরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

(ব্যাসগী কৃপাদগী জনমেজয়না মপা পরীক্ষিৎকী দর্শন ফংবা)

## কুন্থ্রামঙাশুবা অধ্যায়ঃ

বৈশম্পায়ন উবাচ

অদৃষ্টা তুনৃপঃ পুত্রান্ দর্শনং প্রতিলব্ধবান্ ।
ঋষে প্রসাদাৎ পুত্রানাং স্বরূপানাং কুরূদ্বহ ।।১।।
স রাজারাজ ধর্মাংশ্চ ব্রহ্মোপনিষদং তথা ।
অবাপ্তবান্নবশ্রেষ্টো বুদ্ধিনিশ্চয়মেবচ ।।২।।
বিদুবশ্চ মহাপ্রাজ্ঞো যযৌসিদ্ধিং তপোবলাৎ ।
ধৃতরাষ্ট্রঃ সমাসদ্য ব্যাসংচৈব তপস্বিনম্ ।।৩।।

জনমেজয় উবাচ

মমাপি ববদো ব্যাসো দর্শয়েৎ পিতরং যদি ।
তদরূপবেষবযসং শ্রদ্দধ্যাং সর্বমেব তে ।।৪।।
প্রিযং মে স্যাৎ কৃতার্থশ্চ স্যামহং কৃতনিশ্চয়ঃ ।
প্রসাদাদৃষিমুখ্যস্য মম কামঃ সমৃধ্যতাম্ ।।৫।।

সৌতিরুবাচ

ইত্যুক্তবচনে তস্মিন্ নৃপেব্যাসঃ প্রতাপবান্ ।
প্রসাদমকবোৎ ধীমানানয়চ্চ পবীক্ষিতম্ ।।৬।।
ততস্তদ্রূপবয়সমাগতং নৃপতিংদিবঃ ।
শ্রীমন্তং পিতবং বাজা দদর্শ জনমেজয়ঃ ।।৭।।
শমীকংচ মহাত্মানং পুত্রংতংচাস্য শৃঙ্গিণম্ ।
অমাত্যাযেবভূবুশ্চ বাজন্তাংশ্চ দদর্শহ ।।৮।।
ততঃ সোঽবভৃথে বাজা মুদিতোজনমেজযঃ ।
পিতরং স্নাপযামাস স্বয়ং সস্ত্রৗ চ পার্থিবঃ ।।৯।।
(পরীক্ষিদপি তত্রৈশ বভূব চ তিবোহিতঃ ।)
স্নাত্বা সনৃপতির্বিপ্রমাস্তীকমিদমব্রবীৎ ।
যাবাবরকুলোৎপন্নং জরৎকারুসুতং তদা ।।১০।।

আস্তীক বিবিধাশ্চর্য্যো যজ্ঞোঽয়মিতি মেমতিঃ।
যদদ্যায়ং পিতা প্রাপ্তো মম শোকপ্রণাশনঃ ॥১১॥

আস্তীক উবাচ

ঋষির্দ্বৈপায়নো যত্র পুরাণস্তপসো নিধিঃ।
যজ্ঞে কুরুকুলশ্রেষ্ঠতস্যালোকাবুভৌ জিতৌ ॥১২॥
শ্রুতং বিচিত্রমাখ্যানং ত্বয়া পাণ্ডবনন্দন।
সর্পাশ্চ ভস্মসান্নীতা গতাশ্চ পদবীং পিতুঃ ॥১৩॥
কথংচিৎ তক্ষকো মুক্তঃ সত্যত্বাৎ তব পার্থিব।
ঋষয়ঃ পূজিতাঃ সর্বে গতির্দৃষ্টামহাত্মনঃ ॥১৪॥
প্রাপ্তঃ সুবিপুলো ধর্মঃ শ্রুত্বা পাপবিনাশনম্।
বিমুক্তো হৃদয়গ্রন্থিরুদারজনদর্শনাৎ ॥১৫॥
যে চ পক্ষধরা ধর্মে সৎদৃত্তরুচয়শ্চ যে।
য়ান্ দৃষ্ট্বা হীয়তে পাপং তেভ্যঃ কার্য্যা নমস্ক্রিয়া ॥১৬॥

সৌতিরুবাচ

এতচ্ছ্রুত্বা দ্বিজশ্রেষ্ঠাৎ স রাজা জনমেজয়ঃ।
পূজয়ামাস তমৃষিমনুমান্য পুনঃ পুনঃ ॥১৭॥
পপ্রচ্ছ তমৃষিং চাপি বৈশম্পায়ন মচ্যুতম্।
কথাবশোষং ধর্মজ্ঞো বনবাসস্য সত্তম ॥১৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি জনমেজয়স্বপিতৃদর্শনে পঞ্চত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! কুরুশ্রেষ্ঠ ! জনমেজয় ! হেক্ পোক্পদগী মচাশিংবু মমীংনা অমুক্তা উবা ফংখিদ্রবা ধৃতরাষ্ট্রনা ব্যাসকী কৃপাদগী মচাশিংবু উজবা ফংখি ॥১॥ অদুত নত্তনা নিপা অথোইবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা রাজধর্ম, ব্রহ্মবিদ্যা অদুগা বুদ্ধিগী তত্ত্বজ্ঞান পুম্বা ফংখি। মহাজ্ঞানী বিদুরনা মশাগী তপস্যাশক্তিনা সিদ্ধি ফংখি। অদুগা ধৃতরাষ্ট্রনা তপস্বী ব্যাসকী আশ্রয় লৌদুনা সিদ্ধি ফংখি ॥২-৩॥ জনমেজয়না হায় ঃ- ব্রাহ্মণ ! বৈশম্পায়ন ! ভগবান্ ব্যাসনা ঐবুসু চান্‌বিদুনা ঐগী ঈপা পরীক্ষিৎপু হায়গী মওং অদু ঈকায় কারদনা উজবা ফংহন্‌বিরবদি, ব্রাহ্মণ, লীবিরিবা, শিগ্রবা মীনা হল্লক্‌ই হায়বা মতাং অসি ঐ থাজবা ওম্‌জগনি। অদুত নত্তনা পোক্পগী মহৈসু য়াঞ্জরগনি। অদুম্ তৌরবদি ঐনা খাইদগী হেন্না পাম্‌জববু ফংবা হায়বদুমসু থোক্তনি। মরম্ অদুনা ভগবান্ ব্যাসকী কৃপাদগী ঈপা মশক্ উজবা ফংননবসে ব্রাহ্মণ নহাক্না অমুক্তা শিখিয়ু ॥৪-৫॥ সৌতিনা হায় ঃ- নিংথৌ জনমেজয় ! অসুম্না হায়বা ব্রাসি থগুদুনা মহর্ষি ব্যাসনা জনমেজয়গী

পিতা পরীক্ষিৎপু অবাহন তৌদুনা খুদক্তা উহন্‌খি ॥৬॥ স্বর্গ কাখিবা মওং, ফীবম্‌অদু ঈকায় কায়দনা কুম্‌থরক্‌পা মপাবুং পরীক্ষিৎকী দর্শন ফংখি ॥৭॥ পরীক্ষিৎকা লোয়ননা লাক্‌পা মহাত্মা শমীকবু অদুগা শমীকপী মচা শৃঙ্গী ঋষিবুসু উখি। অদুত নত্তনা পরীক্ষিৎকী মন্ত্রীশিং অদুবুসু জনমেজয়না উবা ফংখি ॥৮॥ অদুদগীদি নিংথৌ জনমেজয় অসি ওহ্মোক্লা পেন্‌খিদুনা সর্পযজ্ঞ লোইখগী অবভৃথস্নান তৌখি। মপা পরীক্ষিৎপুসু নিংথৌ মখুৎমক্তা স্নান তৌজখি। ওহাক্তং নীংবথুংহল্লগা পরীক্ষিৎ অসি অন্তর্ধান ওইখি। খংমাং মাঙ্‌খি ॥৯॥ যজ্ঞ লোইরদুনা স্নান তৌরবতুংদা জনমেজয়না যাবাবর শাগেদা পোক্‌পা জরৎকারুগী মচা আস্তীক মুনিদা অসুম্না হায়রক্‌ই ॥১০॥ মুনি! আস্তীকজী! ঐনা অসুম খন্নদা ঐনা তৌজরিবা যজ্ঞ অদুগা যজ্ঞমণ্ডপ মহা অঙকপা থৌদোকমক্তগী কেন্দ্র অমগুম্‌ম্রে। হৌজিক্তি ওহ্মোক্লা পেঞ্জরে। পরলোকতা লৈরবা ঈপাগী দর্শনসু ফংজরে। যজ্ঞ অসিদা ঙাইহাক্ য়াওবিরম্রে ॥১১॥ আস্তীকনা হায় ঃ- কুরুবংশগী অথোইবা! নিংথৌ! মী মহাক্ অদুগী যজ্ঞদা তপোধন ঋষি অহল্ ওইরবা দ্বৈপায়নব্যাসনা ফম্বিরম্বা মী অদু ইহ্‌লোক-পরলোক্ অনীমক্‌পু জয় তৌরবনি ॥১২॥ পাণ্ডবনন্দন! যজ্ঞ অসিদা মহাভরতকী শাংলবা ৱারীসু তারে। নংগী য়েক্লবা সর্প (লিল) পুম্নমকসু যজ্ঞাগ্নিদা ভস্ম ওইম্রে। মখোয়দুসু নহাক্কী পিতাগী পদবীদা য়ৌম্রে ॥১৩॥ নিংথৌ! নহাক্না সত্যপরায়ণ ওইবগী মহৈনা তক্ষক কৌবা সর্পরাজদুসু উচিন্ নাচিন্না হিংজহৌরে। ঋষি পুম্নমক্কী সেবা পূজা ফংলে। মহাত্মা ব্যাসনা যজ্ঞ ফম্বদা য়াওবিররে। নোংগাম্রবা নপাবুংগী দর্শনসু ফংহৌরে ॥১৪॥ পাপ্ পুম্নমক্কী কোক্লফম্ ওইরবা শাংলবা কথা (ৱারী) অসি তাদুনা চাউরবা ধর্ম অসিবু পাওথোক্লে। নিংথৌ নখোয়দা পুল্লম্বা কিশি পুম্নমক্তু থোক্‌ম্রে। ধর্মগী কথা তাবদা চিংনবা লাক্‌পদুসু প্রত্যক্ষ ওইনা উজদুনা পুম্‌কোক্ কোক্‌লে ॥১৫॥ ধর্মগী পক্ষপতী ওইবা, ধর্মগী মার্য়গেতদা লেপ্পা, ধর্মগী মীচঙ ওইবা, সদাচারবু ঙন্নিবা, মশক্ উবদা পাপ্ পুম্বা কোক্‌নিঙায় ওইরবা মহাত্মাশিংবু পূজা তৌগদবনি, ভক্তিগা লোয়ননা নমস্কার তৌগদবনি ॥১৬॥ সৌতিনা হায়ঃ- শৌনক! বিপ্রবর আস্তীকক্কী চীন্দগী ৱাসি তাবদা নিংথৌ জনমেজয়না ব্যাসকী পূজা-সেবাবু হন্না হন্না তৌখি ॥১৭॥ সাধু অথোইবা! অদুগী তুংদা জনমেজয়না বৈশম্পায়নদগী লেম্‌হৌরিবা মথাক্ মহাভারতকী কথা তানিংবনা অসুম্না অমুক্ হায়রক্‌ই ॥১৮॥

**মকম্ অসিদা শ্রীমহাভরতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিকপর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা জনমেজয় স্বপিতৃ দর্শনদা কুহ্লামঙাণ্ডবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-০-

## ষট্‌ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

(ব্যাসকী য়াথংনা ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডবশিংবু বিদায় তৌদুনা হল্‌হন্‌খিবা। পাণ্ডবশিংনা লাম্নীশিংগা হস্তিনাপুরদা হন্নখিবা)

## কুন্থ্রাতরুকশুবা অধ্যায়ঃ

জনমেজয় উবাচ

দৃষ্টা পুত্রাংস্তথা পৌত্রান্ সানুবন্ধান্ জনাধিপঃ।
ধৃতরাষ্ট্রঃ কিমকরোৎরাজা চৈব যুধিষ্ঠিরঃ ॥১॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

তৎদৃষ্টা মহদাশ্চর্য্যং পুত্রানাং দর্শনাংনৃপ।
বীতশোকঃ স রাজর্ষি পুনরাশ্রমমাগমৎ ॥২॥
ইতরস্তু জনঃ সর্বস্তে চৈব পরমর্ষয়ঃ।
প্রতিজগ্মুর্যথাকামং ধৃতরাষ্ট্রাভ্যনুজ্ঞয়া ॥৩॥
পাণ্ডবাস্তু মহাত্মানো লঘুভূয়িষ্ঠ সৈনিকাঃ।
পুনর্জগ্মুর্মহাত্মানাং সদারাস্তং মহীপতিম্ ॥৪॥
তত্রাশ্রমপদং ধীমান্ ব্রহ্মর্ষির্লোকপূজিতঃ।
মুনিঃ সত্যবতীপুত্রো ধৃতরাষ্ট্রমভাষত ॥৫॥
ধৃতরাষ্ট্র মহাবাহো শৃণু কৌরবনন্দন।
শ্রুতং তে জ্ঞানবৃদ্ধানামৃষীনাং পুণ্যকর্মনাম্ ॥৬॥
শ্রদ্ধাভিজনবৃদ্ধানাং বেদ বেদাঙ্গ বেদিনাম্।
ধর্মজ্ঞানাং পুরানানাং বদতাং বিবিধাঃ কথাঃ ॥৭॥
মাস্মশোকে মনঃ কার্ষীদিষ্টে নব্যথতে বুধঃ।
শ্রুতং দেবরহস্যংতে নারদাৎ দেবদর্শনাৎ ॥৮॥
গতান্তে ক্ষত্রধর্মেণ শস্ত্রপূতাং গতিং শুভাম্।
যথা দৃষ্টাস্ত্বয়া পুত্রাস্তথা যথাকামবিহারিণঃ ॥৯॥
যুধিষ্ঠিরঃ স্বয়ং ধীমান্ ভবন্তমনুরুধ্যতে।
মহিতো ভ্রাতৃভিঃসর্বৈঃ সদারসমুহৃজ্জনঃ ॥১০॥
বিসর্জয়ৈনং যাত্বেষ স্বরাজ্যমনুশাসতাম্।
মাসঃ সমধিকস্তেষামতীতো বসতাংবনে ॥১১॥

এতদ্ধি নিত্যং যত্নেন পদংরক্ষ্যং নরাধিপ।
বহুপ্রত্যর্থিকং হ্যেতৎ রাজ্যংনাম কুরূদ্বহ ॥১২॥
ইত্যুক্তঃ কৌরব রাজা ব্যাসেনাতুলতেজসা।
যুধিষ্ঠিরমথাহূয় বাগ্মী বচনমব্রবীৎ ॥১৩॥
অজাতশত্রো ভদ্রংতে শৃণুমে ভ্রাতৃভিঃ সহ।
ত্বৎপ্রসাদান্মহীপাল শোকোনাস্মান্ প্রবাধতে ॥১৪॥
রমে চাহং ত্বয়া পুত্র পুরেব গজসাহ্বয়ে।
নাথেনানুগতো বিদ্বন্ প্রিয়েষু পারিবর্ত্তিনা ॥১৫॥
প্রাপ্তং পুত্রফলং ত্বত্তঃ প্রীতির্মে পরমাত্বয়ি।
ন মন্যুমহাবাহো গম্যতাং পুত্র মা চিরম্ ॥১৬॥
ভবন্তং চেহ সম্প্রেক্ষ্য তপো মে পরিহীয়তে।
তপোযুক্তং শরীরং চ ত্বাং দৃষ্ট্বাধারিতং পুনঃ ॥১৭॥
মাতরৌ তেতথৈবেমে শীর্ণপর্নকৃতামনে।
মম তুল্যব্রতে পুত্রনচিরং বর্তয়িষ্যতঃ ॥১৮॥
দুর্যোধন প্রভৃতয়ো দৃষ্টা লোকান্তরং গতাঃ।
ব্যাসস্য তপসো বীর্যাৎ ভবতশ্চ সমাগমাৎ ॥১৯॥
প্রয়োজনং নির্বৃত্তং জীবিতস্য মমানঘ।
উগ্রং তপঃ সমস্থাস্যে ত্বমনু জ্ঞাতুমর্হষি ॥২০॥
ত্বয্যদ্য পিণ্ডঃ কীর্তিশ্চ কুলং চেদং প্রতিষ্ঠিতম্।
শ্বো বাদ্যবা মহাবাহো গম্যতাং পুত্রমাচিরম্ ॥২১॥
রাজনীতিঃ সুবহুশঃ শ্রুতা তে ভরতর্ষভ।
সংদেষ্টব্যাং নপশ্যামি কৃতং মে ভবতা বিভো ॥২২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্তবচনং তংতু নৃপো রাজানমব্রবীৎ।
ন মামর্হসি ধর্মজ্ঞ পরিত্যক্তু মনাগসম্ ॥২৩॥
কামং গচ্ছন্তু মে সর্বে ভ্রাতরোঽনুচরাস্তথা।
ভবন্তমহমান্বিষ্যে মাতরৌ চ যতব্রতঃ ॥২৪॥
তমুবাচাথ গান্ধারী মৈবং পুত্র শৃণুষ্ব চ।
ত্বয্যধীনং কুরুকুলঃ পিণ্ডশ্চ শ্বশুরস্য মে ॥২৫॥
গম্যতাং পুত্র পর্যাপ্তমেগবৎ পূজিতাবয়ম্।
রাজাযদাং তৎ কার্য্যং ত্বয়া পুত্র পিতুর্বচঃ ॥২৬॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্তঃ স গান্ধার্য্যা কুন্তীমিদমভাষত।
স্নেহবাষ্পাকুলে নেত্রে প্রমৃজ্যারুদতীংবচঃ ॥২৭॥
বিসর্জয়াতি মাং রাজা গান্ধারী চ যশস্বিনী।
ভবত্যাং বদ্ধচিত্তস্তু কথং যাস্যামি দুঃখিতঃ ॥২৮॥
ন চোৎসহে তপোবিঘ্নং কর্তুং তে ধর্মচারিণি।
তপসোঽপিরং নাস্তি তপসা বিন্দতেমহৎ ॥২৯॥
মমাপি নতরা রাজ্ঞি রাজ্যে বুদ্ধির্যথাপুরা।
তপস্যোবানুরক্তং মে মনঃ সর্বাত্মনা তথা ॥৩০॥
শূন্যেয়ং চ মহীকৃৎস্নান মেপ্রীতিকরী শুভে।
বান্ধবানঃ পরীক্ষিণাঃ বলং নোন যথাপুরা ॥৩১॥
পঞ্চালা সুভৃশং ক্ষীণাঃ কথামাত্রাবশেষিতাঃ।
ন তেষাং কুলকর্তারং কংচিৎ পশ্যাম্যহংশুভে ॥৩২॥
সর্বেহি ভস্মসান্নীতাস্তে দ্রোণেন বনাজিরে।
অবশিষ্টাশ্চ নিহতা দ্রোণপুত্রেন বৈনিশি ॥৩৩॥
চেদয়শ্চৈব মৎস্যাশ্চ দৃষ্টপূর্বাস্তথৈব নঃ।
কেবলং বৃষ্ণিচক্রং চ বাসুদেব পাবগ্রহাৎ ॥৩৪॥
যৎ দৃষ্টা স্থাতুমিচ্ছামি ধর্মার্থং নার্থহেততঃ।
শিবেন পশ্য নঃ সর্বান্ দুর্লভং তবদর্শনম্ ॥৩৫॥
অবিষহ্যং চ রাজহি তীব্রং চারপ্স্যতে তপঃ।
এতচ্ছ্রুত্বা মহাবাহুঃ সহদেবোযুধাং পতিঃ ॥৩৬॥
যুধিষ্ঠিরমুবাচেদং বাষ্পব্যাকুল লোচনঃ।
নোৎসহেঽহং পরিত্যক্তুং মাতরং ভারতর্ষভ ॥৩৭॥
প্রতিযাতু ভবান্ ক্ষিপ্রং তপস্তপ্স্যাম্যহংবিভো।
ইহৈব শোষয়িষ্যামি তপসেদং কলেবরম্ ॥৩৮॥
পাদশুশ্রুষণে রক্তো রাজ্ঞো মাত্রোস্তথানয়োঃ।
তমুবাচ ততঃ কুন্তী পরিষজ্য মহাভুজম্ ॥৩৯॥
গম্যতাং পুত্র মৈবং ত্বং বোচঃ কুরু বচোমম।
আগমাবঃ শিব্যঃ সন্তু স্বস্থা ভবত পুত্রকাঃ ॥৪০॥
উপরোধো ভবেদেবমস্মাকং তপসঃ কৃতে।
ত্বৎস্নেপাশবদ্ধা চ হীয়েয়ং তপসঃ পরাৎ ॥৪১॥
তস্মাৎ পুত্রক গচ্ছত্বং শিষ্টমলপং চ নঃ প্রভো।
এবং সংস্তম্ভিং বাক্যৈঃ কুন্ত্যাবহুবিধৈর্মনঃ ॥৪২।

মহদেবস্য রাজেন্দ্র রাজ্ঞশ্চৈব বিশেষতঃ ।
তে মাত্রা সমনুজ্ঞাতা রাজ্ঞা চ কুরুপুঙ্গবাঃ ॥৪৩॥
অভিবাদ্য কুরুশ্রেষ্ঠ মামন্ত্রয়িতুমারভন্ ।

যুধিষ্ঠির উবাচ

রাজ্যং প্রতিগমিষ্যামঃ শিবেন প্রতিনন্দিতাঃ ॥৪৪॥
অনুজ্ঞাতা ত্বয়া রাজন্ গমিষ্যামোবিকল্মষাঃ ।
এবমুক্তঃ স রাজর্ষি ধর্মরাজ্ঞা মহাত্মনা ॥৪৫॥
অনুজজ্ঞে স কৌরব্যমভিনন্দ্য যুধিষ্ঠিরম্ ।
ভীমংস বলিনাং শ্রেষ্ঠং মান্ত্বয়ামাস পার্থিবঃ ॥৪৬॥
স চাস্যসম্যগুমেধাবী প্রত্যপদ্যত বীর্য্যবান ।
অর্জুনং চ সমাশ্লিষ্য যমৌ চ পুরুষর্ষভৌ ॥৪৭॥
অনুজজ্ঞে স কৌরব্যং পরিষজ্যাভিনন্দন্যাচ ।
গান্ধার্য্যা চাভ্যনুজ্ঞাতাঃ কৃতপাদাভিবাদনাঃ ॥৪৮॥
জনন্যা সমুপাঘ্রাতাঃ পরিষক্তাশ্চ তে নৃপম্ ।
চক্রুঃ প্রদক্ষিণং সর্বে বৎসা ইব নিবারনে ॥৪৯॥
পুনঃ পুনর্নিরীক্ষন্তঃ প্রচক্রন্তে প্রদক্ষিণম্ ।
দ্রৌপদীমুখাশ্চৈব সর্বাঃ কৌরবযোষিতঃ ॥৫০॥
ন্যায়তঃ শ্বশুরে বৃত্তিং প্রযুজ্য প্রযযুস্ততঃ ।
শ্বশ্রূভ্যাং সমনুজ্ঞাতাঃ পরিষজ্যাভিনন্দিতাঃ ॥৫১॥
সংদিষ্টাশ্চেতি কর্ত্তব্যং প্রযযুর্ভর্তৃভিঃ সহ ।
ততঃ প্রজজ্ঞে নিনদঃ সূতানাং যুজ্যতামিতি ॥৫২॥
উষ্ট্রানাং ক্রোষতাং চাপি হয়ানাং হ্রেষতামপি ।
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা সদাবঃ সর্হসৈনিকঃ ।
নগরং হাস্তিনাপুরং পুনরাযাৎ সবান্ধবঃ ॥৫৩॥

**ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাস পর্বনি যুধিষ্ঠিরপ্রত্যাগমে ষট্‌ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥**

-ঃ-

জনমেজয়না হায় ঃ- ব্রাহ্মণ ! বৈশম্পায়ন ! ধৃতরাষ্ট্র অদুগা যুধিষ্ঠিরনা পরলোকতগী লাক্পা মচা-মশূ, শাগে-নাতৈশিংবু উরবা-উনরবতুংদা মথা করি তৌখিবগে ?॥১॥ বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! শিগ্রববু অমুক্ উবা ফংবদুদা রাল্লা গুক্পা খৌদোক্ অমা ওইখি। মাদু উবদা রাজর্ষি ধৃতরাষ্ট্র অবাবা চিংনরম্বা পূম্বা কোক্ল্রে । অদুদগী গঙ্গাদগী মাগী আশ্রমদা হঞ্জিন্খি ॥২॥ অতে অতোপ্পশিং মহর্ষিশিং অদুসু মাগী মাগী আশ্রমদা হল্লখি ॥৩॥ মহাত্মা পাণ্ডব যুধিষ্ঠিরসু খোঙলোয় পুম্নমক্কা লোয়ননা ধৃতরাষ্ট্রগী তুংইন্নখি ॥৪॥ মতম্

অদুগা, লোক্‌পুম্বনা পূজা তৌনরবা, মহাজ্ঞানী, সত্যবতীনন্দন ব্যাসনা মখোয়গী নাক্তা লাক্লুনা অসুম্না হায়খিঃ- ॥৫॥ কৌরবনন্দন ! মহাবাহু ধৃতরাষ্ট্র ! নহাক্না, শুদ্ধ অমদি অচৌবা শাগেদা পোক্‌পা, বেদবেদাঙ্গ লোইনা খঙ্‌লবা, জ্ঞানবৃদ্ধ ওইবা পুণ্যকর্ম ত তৌরবা ধর্মজ্ঞ ওইরবা মহর্ষিশিংগী মচীন্দগী জ্ঞাননা তিন্নবা ৱারী শীংবুল কয়া উরে, তারে। অদুনা হৌজিক্তি অৱাবা-নুংঙাইতবা-চিংনবাপুম্বা থাদোক্লো। মরম্‌দি প্রারব্ধ কর্মগী ফলনা অৱা-নুঙাই মথং মথং লাক্‌পদা বিজ্ঞান জ্ঞানীশিংনা ৱাবিদে ॥৬-৭॥ নহাক্না দেবদর্শী নারদ মুনিদগী দেবতাশিংগী অথুপ্পা শুভ কর্মপুম্বগী ৱারীশিংবু তন্নগা লোয়ননা তারবনি-উরবনি। ক্ষত্রিয় মচাপুম্বদো সনাতন ধর্মগী মতুং ইন্না ধর্মক্ষেত্রদা মশা পুম্বা খুৎলায়না শেংদোক্লুনা অফবা ফংঙমদ্রবা গতি-পদবী-থামদা চংনগ্রে ॥৮-৯॥ বুদ্ধিমান্‌ ওইরবা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিংগা, নুপী-নহাশিংগা লোয়ননা লাক্লুনা নহাকী সেবা তৌররে ॥১০॥ অদুনা হৌজিক্‌ মখোয়বু বিদায় তৌব্রো। রাজ্যশাসনদা মপুক্লীং চঙ্‌হন্‌ব্রো। মখোয়না নৈরক্লিবসে থা অমা ফারক্রে ॥১১॥ কুরুশ্রেষ্ঠ ! নিংথৌ ! নৈপাক অসিগী, রাজ্য অসিগী শক্রসে য়ামদ্রবনি। অদুনা চেক্‌শিন্না নৈপাক্‌ ঙাক্লুনবা চংহন্‌ব্রো ॥১২॥ হায়নিঙাই নৈতনা তেজ নৈরবা, মহাজ্ঞনী ব্যাসনা অসুম্না হায়রক্লবদা, ৱা ঙাক্তবা হৈরবা কুরুরাজ ধৃতরাষ্ট্রনা যুধিষ্ঠিরবু কৌহল্লদুনা অসুম্না হায়রক্‌ই ঃ- ॥১৩॥ য়েক্লবা নৈতবা ! য়েক্লবা অমত পোক্লিবা ! মঙ্গল ওইয়ু। ননাওশিংগা লোয়ননা ঐনা হায়রিবা ৱাসি মুন্না তাও। নিংথৌ ! নৈপাক্‌ মপু ! নিংথৌ নংগী কৃপাদগী নংনা ঐগী থম্মোয়দা অৱাবা-চিংনবপুম্বা লোয়না কোক্‌হল্লে॥১৪॥ ঈপাগী ঈবুংঙো ! নংগা লোয়ননা বন অসিদা নৈদুনা, হস্তিনাপুরদা নৈরিঙৈদা ফংখিবা নুংঙাইবা পুম্নমক্লু বন অসিদা ফংহল্লে। জ্ঞানী ! ধর্মবীর ! নংনা তৌবা সেবা ফংহন্দুনা মচা পোক্‌পগী কান্নবা মহৈদো ফংহল্লে। নঙোন্দা ঐগী প্রেম-নুংশিজবসে, পান্দম্‌ নৈত্রবনি। অকন্বা ! ঈপাগী ঈবুংঙো ! নংগী নফম্‌দা ঐগী অশাউবা মরিক্‌ অমত নৈতে। অদুনা, হল্লো নং কোনুংদা, অমুক্‌ থিঙ্গরগনু ॥১৫-১৬॥ নংগী নশক্‌ অসুম্‌ উদুনা তিন্নদুনা নৈরবদি ঐগী তপস্যাদা অকায়বা, পূক্লীং চোইবা-অমুকমুক্‌ লাক্কদৌরি। হক্‌চাংসে, ঐনা তপস্যাদা কখোকক্রে। অদুবু নংগী নৱাখোল তাবদা তপস্যাসি শেন্নবা য়াম্না ৱানা থোক্লি॥১৭॥ ঈবুংঙো ! নমা অনীসিসু ঐনা তৌরিবসিগুম্না উনা অকংবতা শায়দুনা মতম্‌ লেল্লি। ঐ কুইনা নৈগদবসু নত্তে ॥১৮॥ নংগা সৎসঙ্গ তৌবা, ব্যাসকী কৃপাদগী শিঙ্গবা ঈচা-ঈশূশিং উবদা, পুম্নমকসি ফংবদা ঐগী নিংবা পুম্বা থুংলে। পাপকী শরুক মরিক্‌ অমা ফাওবা য়াওদ্রবা ! ঐ অকন্বা তপস্যা তৌহৌরগে। নংগী অয়াবা পীরম্মু ॥১৯-২০॥ অকন্বা ! ঙসিগী পিতৃলোককী পিণ্ডদান, বংশ অসিগী লেংদবা মিংচৎ পুম্নমক্‌ নংগী দায়িত্বদা নখুত্তা নৈরবনি। ঙসিরা-হয়েংলা হন্‌খিনবা তৌরো। থীল্লগনু ॥২১॥ ভরতশ্রেষ্ঠ ! নৈপাকী মপু ! রাজনীতিগী মরম্‌দসু মখাক্‌ নৈতনা তাক্‌খ্রে। নঙোন্দা তাক্‌নিঙাই নৈতে। নংনা হেন্না খঙলবনি। নংনা ঐঙোন্দা তৌগদবা সিমতং ৱাংলি হায়বদু নৈত্রে। ।২২॥ বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! ধৃতরাষ্ট্রনা অসুম্না হায়রক্‌পসিদা যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না হায়রক্‌ই ঃ- ধর্মগী তত্ত্বপুম্বা খঙবিরবা পাবুং নিংথৌ ! ঐবু তাহোক্‌পিগনু। ঐদি করিমত লাঞ্জদবনি, ঈহোক্‌পিগনু ॥২৩॥ ঐগী ঈনাওশিংসে, চৎনিংবা মখে চৎপ্রসনু। অদুগা ঐদি বন অসিদা নিয়মব্রত পুম্নমক্‌ পালন তৌদুনা পাবুংগী অদুগা ঈমা অনীগী সেবা তৌদুনা নৈজহৌগে॥২৪॥ যুধিষ্ঠিরগী ৱাসি তাবদা গান্ধারীনা অসুম্না হায়রক্‌ই ঃ- ঈমাগী ঈবুংঙো অদুম্না হায়গনু। ঐনা হায়রিবসে মুন্না তাও। কুরু শাগেগী অফ-ফত্ত পুম্বসে নখুত্তা নৈরবনি। ঐগী ঈকুবোক্কী পিণ্ডদাননচিংবা নংগী নখুত্তনি। অদুনা নংনা নমা নপাগী তৌরিবা ভক্তি সেবা-পূজা সে তৌকম থোক্‌পদগী আ

হেন্দোক্লবনি। মমা-মপাদা তৌগদবমখৈ - কা হেন্দোক্লা তৌরবনি। অদুনা অহল্ নপাবুং নিংথৌসিনা হায়রিবসে তৌ। মপাগী য়াথং ইম্বা হায়বসি মচা ওইবা নহাক্কী চাউক্লবা ধর্ম অদুগা নথৌ অমনি ॥২৫-২৬॥ বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! গান্ধারীনা অসুম্না হায়রক্পসি তাবদা মপি তরং তরং চেন্দুনা যুধিষ্ঠিরনা মপিশিল্লরিবী কুন্তীদা অসুম্না হায়রক্ই ঃ- ঈমা ! পাবুং নিংথৌনা অদুগা ঈমা গান্ধারীনা ঐবু হন্থিনবা অরোইবা য়াথং পীবিরে। অদুবু, পুক্নীংদি ঈমাদা শেংতোক্-ফক্তোক্লবা য়াদবমখৈ ঈমাগী চরণদা নপুনা লৈরে। চংলো হায়দুনা য়াথংদি পীবিরে। পুক্নীংনা পুবা হক্চাংনি। পুক্নীংদুদি ঈমাদা নপ্শিন্দুনা লৈরি। ঐ করি উপায়না চংখিগনি। চংপা ওম্নি হায়বা উদ্রে। করম্ হায়না চংখিগনি ? ॥২৮॥ ধর্মচাবিণী ঈমা ! ঐ ঈমাগী তপস্যা ব্রতদা য়েখায়বা (বিঘ্ন) পীজররোই। তপস্যাদগী হেন্বা ধর্ম অদুগা শুভকর্মসি অমত লৈরম্দ্রে। নিষ্কাম ভাবতা তপস্যা তৌদুনা ব্রহ্ম-পরমাত্মাবু ফংঙি ॥২৯॥ ঈমা ! রানী ! ঐ হৌজিক্ রাজকর্মদা, লৈপাক্ শাসন তৌবা পামজদ্রে। ঐসু তপস্যা তৌদুনা পুন্সি লেন্খিবা পাম্লে ॥৩০॥ হৌজিক্ ঐঙোন্দা ঐগী মীত্তা পৃথিবী অসি ইহাঙ্ হাঙ্লে। করিমত য়াওদ্রে। অদুনা করিসু য়াওদ্রবা লৈপাক্ অসিনা ঐঙোন্দা কবিমত নুংঙাইহন্বা ঙম্নরোই। ঐগীনি হায়বা কনাসু কবিসু লৈত্রে। শাগে-নাতে, মরূপ-মপাং লোইনা তুমখ্রে -মাঙ্খ্রে ॥৩১॥ পাঞ্চালগী অঙম্-অথৌ, অকম্বা মখৈ মৃৎখ্রে। মশক্ উখিদ্রে। নামমাত্র মখোয়গী ব্বারী শীংবুলতা মঙায়হৌবে। শাগে-নাতে, বংশবু ঙাক্লনবা, শাগে-নাতেদুসু লৈত্রে। বংশসু মৃৎলবগুম্বনি। ঐনা হৌজিক ঙাক্ শেন্গদবসি কনাবুনো ? খরা হৈহৌগদবা বংশধর (পিবা) ওইগদবা ঈচা অঙাংদুসু অশ্বত্থামানা অহিং তুম্মিঙৈদা হাত্তোকপিখ্রে ॥৩৩॥ চেদি লৈপাক্কী, মৎস্যদেশগী ঐগী ঙাইশেলনি, শাগে-নাতেনি হাযদুনা লৈরম্বশিংদুনা অমত মশক্ উখিদ্রে, তুমখ্রে। হৌজিক্ খরা লৈহৌরিবা হায়ববু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ঙাকশেল্লিবা বৃষ্ণিবংশগী অকম্বশিং খরত মঙায়রে ॥৩৪॥ মখোয় খরসিতবু য়েংদুনা ধর্মকর্ম খব তৌদুনা লৈগদবা মঙায়বে। অদুসু ধর্মগীদমক্তনি, সনা-লুপা, লল্-থুম্গীদমক্ত নত্তে। পুন্সিগী শরুক্ খবদং লৈরিঙৈদা কৃপাগী দৃষ্টি থম্বিয়ু। নুংশিবা মীৎ য়েংদুনা লৈবিয়ু। গুরুজন নখোয়গী দর্শন অসে য়াম্না অতাংবনি। দর্শন অসিমক্ত কয়া কুইনা ফংজগনি ? অহল্ ওইববা পাবুং নিংথৌসি হৌজিক্ হান্নদগী হেন্না কম্বা তপস্যা তৌবা হৌখ্রে ॥৩৫॥ যুধিষ্ঠিবগী ব্বাসি তাবদা লাম্নী পূম্নমক্কী মকোক্, কল্লবা সহদেবনা মপি ত্রং ত্রং চেন্দুনা যুধিষ্ঠিবদা অসুম্না হারক্ইঃ-॥৩৬॥ ভরতশ্রেষ্ঠ ! য়াম্বুং ! ঐ ঈমাবু থাদোক্লমদুনা চংখিবা ওম্গনি হায়বা উদ্রে। য়াম্বুং ! লেংবিবো। ঐ বর্নসিদা তপস্যা তৌদুনা ঈমাগী সেবা তৌদুনা লৈজহৌরগে। তপস্যা তৌদুনা হক্চাংসি কংশিনহন্খ্রগে। শোল্লবা পাবুংহল্ নিংথৌগী ঈমা অনীগী সেবা তৌনা তৌনা তপস্যা তৌদুনা লৈজহৌরগে। মসিদগী হেন্বা ঐ করিমত পামজদ্রে ॥৩৭-৩৮॥ সহদেবনা হায়দোরক্পা ব্বাসি তাবদা কুন্তীনা মপান্বোম অনীনা কোন্শিন্দুনা অসুম্না হায়রক্ই ঃ- ঈমাগী ঈবুংঙো ! অতোম্বা ! অদুম্না খক্ হায়গনু। নমা ঐনা হায়বা ইল্লু। নয়াম্বুংগা লোয়ননা হন্খ্রো। মঙ্গল ওইয়ু, পুন্সিয়ু নাদ-য়েক্তনা পুন্সি তোলোইনা লৈয়ু ॥৩৯-৪০॥ নখোয়গা তিন্ননা লৈরবদি ঐখোয়গী তপস্যা অকায়বা বিঘ্ন অমা ওইরগনি। নখোয়গী নুংশি থৌরিনা পুন্খ্রবদি তপস্যাদা কায়রগনি। নখোয়গা লৈমিন্নরবসু ঐখোয়গী পুন্সিদি হয়েং-হংচিং খংদনা লৈরবনি ॥৪১॥ নিংথৌ ! জনমেজয়। মতৌ অসুম্না নীংখিজবা ব্বাহৈনা কুন্তীনা সহদেব অমদি যুধিষ্ঠিরগী পুক্নিংবু ঈংথহন্খি॥৪২॥ মাতা অমদি ধৃতরাষ্ট্রদগী চনিং তানা বিদায় য়াথং ফংলদুনা বিদায় লৌরম্দাইদা কুরুবংশগী থাউমৈ ধৃতরাষ্ট্রবু খুরুম্নগা চংলম্দাইদা যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না হায় ঃ- ॥৪৩॥ পাবুং মহারাজ ! পাবুংগী আশীর্বাদ ফংজদুনা, হরাউ হরাউনা ঐখোয়

হস্তিনাপুর কোনুং লোম্‌দা চচ্চত্রগে। য়াথং পীবিরো। য়াথংদুমক্তনা ঐখোয়গী হন্‌খিবদা মঙ্গল ওইগনি ।।৪৪।। মহাত্মা ধর্মরাজগী ৱাসি তাবদা রাজর্ষি ধৃতরাষ্ট্রনা অভিনন্দন তৌরগা চৎখিনবগী অরোইবা য়াথং পীখি ।।৪৫।। অসিগী তুংদা ধৃতরাষ্ট্রনা অক্রবশিংগী অথোইবা ভীমসেনদা শাউনুকো ঈপাদা, অসুম্না হায়না থেম্‌জিন্‌খি। ভীমনা মখুৎ লোন্নদুনা মপি শিঙ্গনা হায়বা পুম্নমক পূক্লিংদা স্বীকার তৌখি ।।৪৬।। অদুগী তুংদা ধৃতরাষ্ট্রনা অর্জুন অদুগা নকুল সহদেববু কোল্লগা অভিনন্দন তৌদুনা বিদায় তৌখি। অদুগী তুংদা পাণ্ডবশিংনা গান্ধারীদা চরণ শোক্লা খুরুম্লগা বিদায় লৌখি। কুন্তীনা মচাশিংগী কোক্‌ নাম্দুনা মনম্‌ নম্দুনা আশীর্বাদ পীখি। ষন্নাউনা মমাগী মখোম্‌বু হন্না হন্না থক্‌চখিগে তৌবদা লাক্কুনা চিংথোক্‌পিখিবদা ষন্নাউনা মমাগী অকোয়বদা কোইরে লৈদুনা লৈবদুগুম্না পাণ্ডবশিংনা মপাবুংগী মমা অনীগী পরিক্রমা তৌখি ।।৪৭-৪৮।। দ্রৌপদীনচিংবা কৌরববংশগী মৌ-নুপীশিংনা মকুবু ভৌখিনা, বিধি কায়দনা খুরম্‌খি। মনেম্বোক্‌ অনীনা মখোয়বু কোম্বীদুনা আশীর্বাদ পীদুনা চৎখিননবা য়াথং পীখি। মখোয়না তৌগদবা মথৌ শম্পংনা তাক্‌পিখি। অদুদগী মরু লূক্লা লূক্লা মপুরোইবশিংগী তুংইন্ননা চৎখি ।।৫০-৫১।। সারথিশিংনা রথ শেম শাউ, শগোল পান্‌শিল্লু হায়না অমগমগা তাক্লখি, লাউনখি। উটশিংনা শগোলশিংনা হারউনা খেক্লা খোংনখি। অসুম তৌদুনা পাণ্ডবশিংনা নুপী-নহা, খোংমী-লাম্নী, সেবক-সখাশিং লোয়ননা হস্তিনাপুর কোনুং পাংনা চৎনখি ।।৫২-৫৩।।

**মফম্‌ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিকপর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা পুত্রদর্শনপর্বদা যুধিষ্ঠিরপ্রত্যাগমনদা কুন্থাতরুক্তুবা অধ্যায় লোইরে ।।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## (নারদাগমনপর্ব)

## সপ্তত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

(ধৃতরাষ্ট্রনচিংবদু লম্মেনা চাক্‌খিবগী পাউদু নারদনা যুধিষ্ঠিরনচিংবদা তাহল্লবা)

### কুন্ত্রাতরেৎশুবাঅধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ

দ্বিবর্ষোপনিবৃত্তেষু পাণ্ডবেষু যদৃচ্ছয়া ।
দেবর্ষির্নারদো রাজন্নাজগাম যুধিষ্ঠিরম্ ॥১॥
তমভ্যর্চ্য মহাবাহুঃ কুরুরাজো যুধিষ্ঠিরঃ ।
আসীনং পরিবিশ্বস্তং প্রোবাচ বদতং বরঃ ॥২॥
চিরাৎতু নানুপশ্যামি ভগবন্তমুপস্থিতম্ ।
কচ্চিৎ কুশলং বিপ্র শুভং বাপ্রত্যুপস্থিতম্ ॥৩॥
কে দেশাঃ পরিদৃষ্টাস্তে কিং চ কার্য্যং করোমিতে ।
তৎ ব্রুহি দ্বিজমুখ্য ত্বং ত্বং হ্যস্মাকং পবাগতিঃ ॥৪॥

নারদ উবাচ

চিরদৃষ্টোঽসি মেত্যেবমাগতোঽহং তপোবনাৎ ।
পরিদৃষ্টানি তীর্থানি গঙ্গা চৈব ময়া নৃপ ॥৫॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

বদন্তি পুরুষা মেঽদ্য গঙ্গা তীরনিবাসিনঃ ।
ধৃতরাষ্ট্রং মহত্মানমাস্থিতং পরমং তপঃ ॥৬॥
অপি দৃষ্টস্ত্বয়া তত্র কুশলী স কুরূদ্বহঃ ।
গান্ধারী চ পৃথা চৈব সুতপুত্রশ্চ সংজয়ঃ ॥৭॥
কথং চ বর্ত্ততে চাদ্যপিতা মম স পার্থিবঃ ।
শ্রোতুমিচ্ছামি ভগবন্ যদি দৃষ্টস্ত্বয়া নৃপঃ ॥৮॥

নারদ উবাচ

স্থিবীভূয় মহারাজ শৃণু বৃত্তং যথাতথম্ !
যথা শ্রুতং চ দৃষ্টং চ ময়া তস্মিংস্তপোবনে ॥৯॥
বনবাস নিবৃত্তেষু ভবৎসু কুরুনন্দন ।
কুরুক্ষেত্রা পিতা তুভ্যংগঙ্গাদ্বারংযযৌ নপ ॥১০॥

গান্ধার্য্যাসহিতো ধীমান্ বধ্বা কুন্ত্যাসমন্বিতঃ ।
সংজয়েন চ সূতেন সাগ্নিহোত্রঃ সযাজকঃ ॥১১॥
আতস্থে স তপস্তীব্রং পিতা তব তপোধনঃ ।
বীটাং মুখে সমাধায় বায়ুভক্ষোঽভবন্মুনিঃ ॥১২॥
বনেস মুনিভিঃ সর্বৈঃ পূজ্যমানো মহাতপাঃ ।
ত্বগস্থিমাত্রশেষঃ স ষণ্মাসানভবন্নৃপঃ ॥১৩॥
গান্ধারী তু জলাহারো কুন্তী মা সোপবাসিনী ।
সংজয়ঃ ষষ্ঠভুক্তেন বর্ত্তয়ামাস ভারত ॥১৪॥
অগ্নীংস্তু যাজকাস্তত্র জুহুবুর্বিধিবৎ প্রভো ।
দৃশ্যাতোঽদৃশ্যর্তশ্চৈব বনে তস্মিন নৃপস্য বৈ ॥১৫॥
অনিকেতোঽথ রাজাস বভূব বনগোচরঃ ।
তেচাপি সহিতে দেব্যৌ সংজয়শ্চ তমন্বয়ুঃ ॥১৬॥
সংজয়ো নৃপতের্নেতা সমেষু বিষমেষু চ ।
গান্ধার্য্যাশ্চ পৃথা চৈব চক্ষুরাসীদ নিন্দিতা ॥১৭॥
ততঃ কদচিৎ গঙ্গায়াঃ কচ্ছেস নৃপসত্তমঃ ।
গঙ্গায়ামাপ্লুতো ধীমানাথশ্রমাভিমুখোঽভবৎ ॥১৮॥
অথ বায়ুঃ সমুদ্ভূতো দাবাগ্নিরভবন্মহান্ ।
দদাহ তৎ বনং সর্বং পরিগৃহ্য সমন্ততঃ ॥১৯॥
দহ্যৎসু মৃগযূথেষু দ্বিজিহ্বেসু সমন্ততঃ ।
বরাহানাং চ যূথেষু সংশ্রয়ৎসু জলাশয়ান্ ॥২০॥
সমাবিদ্ধে বনে তস্মিন্ প্রপ্তে ব্যাসন উত্তমে ।
নিরাহাতয়া রাজন্ মন্দপ্রাণ বিচেষ্টিতঃ ॥২১॥
অসমর্থোঽপসরণে সুকৃশে মাতরৌ চ তে ।
ততঃ মনৃপতির্দৃষ্ট্বা বহ্নিমায়ান্তমন্তিকাৎ ॥২২॥
ইদমাহ ততঃ সূতং সংজয়ং জয়তাংবরঃ ।
গচ্ছ সংজয় যত্রাগ্নির্নত্বাং দহতি কর্হিচিৎ ॥২৩॥
বয়মত্রাগ্নিযুক্তা গমিষ্যামঃ পরাংগতিম্ ।
তমুবাচ কিলোদ্বিগ্নঃ সংজয়ো বদতাং বরঃ ॥২৪॥
রাজন্ মৃত্যুরনিষ্টোঽয়ং ভবিতা তে বৃথাগ্নিনা ।
নচোপায়ং প্রপশ্যামি মোক্ষণে জাত বেদসঃ ॥২৫॥
যদত্রানন্তরং কার্য্যং তৎ ভবান্ বক্তুমর্হতি ।
ইত্যুক্তঃ সংজয়েনেদং পুনরাহ স পার্থিবঃ ॥২৬॥

নৈব মৃত্যুরনিষ্টো নো নিঃ সৃতানাং গৃহাৎস্বয়ম্ ।
জলমগ্নিস্তথা বায়ুরথবাপি বিকর্ষনম্ ॥২৭॥
তাপসানাং প্রশস্যন্তে গচ্ছ সংজয় মা চিরম্ ।
ইত্যুক্তা সংজয়ং রাজা সমাধায় মনস্তথা ॥২৮॥
প্রাঙ্মুখঃ সহগান্ধার্য্যা কুন্ত্যা চোপাবিশৎ তদা ।
সংজয়স্তং তথা দৃষ্ট্বা প্রদক্ষিনমথাকরোৎ ॥২৯॥
উবাচ চৈনং মেধাবী যুঙ্ক্ষ্বাত্মনমিতি প্রভো ।
ঋষিপুত্রো মনীষী স রাজা চক্রেঽস্য তৎবচঃ ॥৩০॥
সন্নিরুধ্যেন্দ্রিয়গ্রামমাসীৎ কাষ্ঠোপমস্তদা ।
গান্ধারী চ মহাভাগা জননী চ পৃথা তব ॥৩১॥
সংজয়স্তু মহামাত্রস্তস্মাৎ দাবাদসূচ্যত ।
দাবাগ্নিনা সমাযুক্তে স চ রাজা পিতা তব ॥৩২॥
গঙ্গাকূলেময়া দৃষ্টস্তাপসৈঃ পরিবারিতঃ ।
স তানামন্ত্র্য তেজস্বী নির্বেদ্যে তচ্চ সর্বশঃ ॥৩৩॥
প্রযযৌ সংজয়ো ধীমান্ হিমবন্তং মহীধরম্ ।
এবং স নিধনং প্রাপ্তঃ কুরুরাজো মহামনাঃ ॥৩৪॥
গান্ধারী চ পৃথাচৈব জনন্যৌ তে বিশাম্পতে ।
যদৃচ্ছয়ানুব্রজতা ময়া রাজ্ঞঃ কলেবরম্ ॥৩৫॥
তয়োশ্চ দেব্যোরুভয়োর্মযা দৃষ্টানি ভারত ।
ততস্তপোধনে তস্মিন্ সমাজগ্মুস্তপোধনাঃ ॥৩৬॥
শ্রুত্বা রাজস্তদা নিষ্ঠাংন ত্বশোচন্ গতীশ্চতে ।
তত্রাশ্রৌষমহং সর্বমেতৎ পুরুষসত্তম ॥৩৭॥
যথা চ নৃপতির্দগ্ধোদেব্যৌতে চেতি পাণ্ডব ।
ন শোচিতব্যং রাজেন্দ্র স্বতঃ স পৃথিবী পতিঃ ॥৩৮॥
প্রাপ্তবাননগ্নিসংযোগং গান্ধারী জননী চ তে ।

বৈশম্পায়ন উবাচ

এতচ্ছ্রুত্বা চ সর্বেষাং পাণ্ডবানাং মহাত্মনাম্ ॥৩৯॥
নির্বানং ধৃতরাষ্ট্রস্য শোকঃ সমভবন্মহান্ ।
অন্তঃ পুরানাং চ তদা মহানার্তস্বরোঽভবৎ ॥৪০॥
পৌরানাং চ মহারাজ শ্রুত্বা রাজস্তদা গতিম্ ।
অহোধিগিতি রাজাতুবিক্রুশ্য ভৃশদুঃখিতঃ ॥৪১॥

ঊর্ধ্বে বাহুঃ স্মরন্ মাতুঃ প্ররুরোদ যুধিষ্ঠিরঃ ।
ভীমসেন পুরোগাশ্চ ভ্রাতরঃ সর্ব এব তে ॥৪২॥
অন্তঃ পুরেষু চ তদা সুমহান্ রুদিতস্বনঃ ।
প্রদুরাসীন্মহারাজ পৃথাং শ্রুত্বা তথাগতাম্ ॥৪৩॥
তং চ বৃদ্ধং তথা দগ্ধং হৃতপুত্রং নরাধিপম্ ।
অন্বশোচন্ত তে সর্বে গান্ধারীং চ তপস্বীনীম্ ॥৪৪॥
তস্মিন্নুপরতে শব্দে মুহূর্তাদিব ভারত ।
নিগৃহ্য বাষ্পং ধৈর্যেণ ধর্মরাজোঽব্রবীদিদম্ ॥৪৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকেপর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি নারদাগমনপর্বনি ধৃতরাষ্ট্রাদিদাহে সপ্তত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ - নিংথৌ ! জনমেজয় ! পাণ্ডবশিংনা বনদগী হল্লকপসে চহী অনী শুরে । অদুগী তুংদা, নোংমা দেবর্ষি নারদ অসি তীর্থ অসুম্ কোয়রুবদগী লাইগী নোংদম্দগী হস্তিনাপুর রোমদা অসুম্ লাক্কুনা, যুধিষ্ঠিরগী নাক্ যৌরক্‌ই ॥১॥ কুরুরাজ ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা ফুক্ হৌগত্তুনা, মখুৎনা আসন্ থাদুনা ফম্থহল্লি । মতীক্ চানা সেবা পূজা তৌই । ওহাক্ ফম্দুনা, পোথারবা তুংদা যুধিষ্ঠিরনা নারদদা অসুম্না হায়রক্‌ই - হংওক্‌ই॥২॥ ভগবান্ ! দেবর্ষি ! দেবর্ষিগী দর্শন ফংদবা কুইরে । কুশল- মঙ্গল ওইবিরিদনা ॥৩॥ দেবর্ষি কদায়-কদায় যৌবিরুরবনো ? করম্ করম্বা তীর্থ-আশ্রমনচিংবা যৌরুবগে ? তাক্‌পিসি, করি সেবা তৌজৌ হায়বগে ? দেবর্ষিগুম্বগী দর্শন ফংজবসে লাইবক্ ফবনি । দেবর্ষিদি লোক পূজ্যমত্তা অবাধগতিনি । দর্শন ফংজবসিনা, ফংজবশিংগী পরম গতি - পরম ধাম হায়বদু অদুম্ মওইরবনি ॥৪॥ নারদনা হায় ঃ- নিংথৌ ! ধর্মরাজ ! মহারাজবু উমন্দবা কুইরে হায়দুনা অসোম্দা সুম হেক্তা লাক্‌পনি । তীর্থ তীর্থদা চৎলুরে, কোয়রুরে। তপোবন, আশ্রম কয়া কয়া যৌরুরে, গঙ্গাদ্বার যৌরুরে ॥৫॥ যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ- ভগবন্ ! দেবর্ষি ! গঙ্গা মপান্দা লৈবা তীর্থবাসিশিংনা মরক্ মরক্তা ঐঙোন্দা, মহাজ্ঞানী নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রদু অকন্বা তপস্যা তৌহৌরি হায়না হেক্ হেক্ তশ্মে ॥৬॥ দেবর্ষিদি উবি লাক্‌পিরমদেকো ? কুরুশ্রেষ্ঠ ধৃতরাষ্ট্রদু তপস্যা তৌদুনা কুশল ওইনা অনায়েক্ যাওদনা লৈহৌব্রা ? ॥৭॥ খঙদ্রে মুনিদেব ! ঐগী পাম্বুংহল নিংথৌদু কম্দৌরিগবা ? মুনি দেবনা অহল অদুবু উবিরক্লবদি, মাগী মব্রা মপাউ অদু তাজনিংঙি ॥৮॥ নারদনা হায় ঃ- নিংথৌ ! ঐনা তপোবন অদোমদা সুম্ লাক্‌পদা খর উরক্ তারক্‌পদু তম্‌গে । য়াম্না চনিঙ তানা পাখত্তনা তাও ॥৯॥ কুরুশাগেগী হরাউ-নুঙাইনবগী মশক্ ওইবা নখোয়না বন আশ্রমদুদগী হন্দ্রবা তুংদা, নহাক্কী নপাবুং অহল্ ধৃথরাষ্ট্রদু, গান্ধারী, কুন্তী, সূতসঞ্জয়, অগ্নিহোত্র পুরোহিৎগা লোয়ননা কুরুক্ষেত্রদগী, গঙ্গাদ্বার (হরীদ্বার) তান্না চৎখি॥১০-১১॥ মফম্ অদুদা চৎপ্রগা অকন্বা তপস্যা তৌখি । মচীন্দা নুংকুপ, নাশীশিংবী শায়দুনা, নুংশিং ত থক্কুনা মৌন ব্রত তৌদুনা লৈখি ॥১২॥ আশ্রম অদুদা লৈবা তপস্বীশিংনা য়াম্না সম্মান তৌদুনা লৈখি । মহাতপস্বী ধৃতরাষ্ট্রগী মশাদু শরূদা উনশাতনা কূপ্পা হায়বদু ওইব্রে । শরু মঁপে অমা খিন্দুনা লৈবা হায়বদু ত মওায়রে । অসুম্না হায়নীঙ্ঙায় লৈতনা অকন্বা তপস্যা তৌরক্‌পসি চহী তরাতরুক শুজিল্লক্লে ॥১৩॥ ভারত !

নিংথৌ ! গান্ধারীনা নোংমগী মচান্দা ঈশিং থরথরতং তাহল্লগা মতম্ লেন্খি । কুন্তীনা থা অমমম্গী মনুংদা চরা অমুক অমুক্তা চাদুনা লেন্খি । সঞ্জয়না নীনি-নীনিগী মনুংদা অমুমুক্তং চাদুনা একসন্ধ্যা তৌদুনা লৈখি ॥১৪॥ নিংথৌ ! ধৃতরাষ্ট্রদু অমুক্তু মশক উবা অমুক্তু মশক্ উদবগী তপস্যা শক্তিগী অবস্থাদা লৈখি । যজ্ঞ তৌবা ব্রাহ্মণশিংনা বিধিকায়দনা অগ্নিদা হোম তৌদুনা লৈখি ॥১৫। নিংথৌ অদুনা লৈবসি অরেপ্নম খওদে। নোংমনা অমদা , অদুসু উবগুম উদবগুম অসুম্না লৈখি । গান্ধারী কুন্তী অনীসু মাগী মতুং কোয়িন্ ইন্নদুনা লৈ । সঞ্জয়সু কোইখি থিদুনা ইন্নরম্মী ॥১৬॥ অকুং অতোঙ খওদনা হেক্ হেক্ চংলক্পদা সঞ্জয়না খুং পায়দুনা শম্মী। কুন্তীনা গান্ধারীবু কোন্দুনা-শমদুনা পুই । কুন্তীনা গান্ধারীগী মীৎ হায়বদু ওইখি ॥১৭॥ অদুগী তুংদা, নোংমদি, নৃপশ্রেষ্ঠ ধৃতরাষ্ট্রসি গঙ্গা তোয়রে অমদা ঈরম্পুনা স্নান তৌরগা মহাক্কী তান্ন লাকই ॥১৮॥ ওহাক্ লৈরগা মফম্ অদুদা নুংশিং কন্না শীল্লক্ই । বন আশ্রম অদোম্দা লম্মৈসু কন্না চাক্শিল্লক্ই । নিংথৌনা লৈরিবা বন-আশ্রমদুগী অকোয়বদা লম্মৈদু কন্ন চাক্শিন্খি ॥১৯॥ শজী শঙাই সঙ্গু সঙ্গু, লিল্ ময়াম্ খুদক্ খুদক্তা চাক্থেক্খি । লম্ওক্ ময়াম্না কাতু-কারল্ চেন্নরক্ই । ঈশিং তুংবা মফম্ - পুক্রি কোম থি থিদুনা চেন্নরক্ই ॥২০॥ নিংথৌ ! বন অদু তুম্না চাক্শিল্লক্রে। মফম্ অদুদা জীবপূন্না খুদোং থীবদা তারে। উপবাস তৌরক্পনা, প্রাণাশক্তি পীক্শিল্লক্পনা, নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র চেহ্নোক্লবগী শক্তি লৈত্রে । অহল্ ওইরবী কুন্তী, গান্ধারী অনীসু য়াম্না শোঙ্গিল্লক্লবনি । চেম্বা-লাক্পগী শক্তি লৈতে ॥২১॥ বিজয়ী পুরুষশিংগী মনুংদা অথোইবা ধৃতরাষ্ট্রনা মৈনা সুম্ চাক্শিল্লকপদুদা কবিমত মিপাইদনা থৌশাদনা সংজয়দা অসুম্না হায়রক্ই ঃ- ॥২২॥ সংঞ্জয় ! নহাক্ করিগুম্বা উপাই অমা তৌদুনা চেন্খ্রো । ফনদুম্ ফরে । পরমগতি ফংহৌরগে ॥২৩॥ মদু তাবদা বক্তাশিংগী মনুংদা অথোইবা সঞ্জয়না নিংথৌদা অসুম্না হায়রক্ই ঃ- নিংথৌ অচম্বা লম্মৈসিদা মৃত্যু ওইহন্বা চুম্দে । বাজর্ষি নহাক্কী হক্চাংগী দাহসংস্কারদি মন্ত্রগা লোয়ননা আহবনীয অগ্নিদা চাক্থোকহনখিবা হোম তৌখিবা চুম্মী । অদুবু হায়বিবা বিধিসিগী মতুংইন্না তৌননবগী মতম্ লৈত্রে, লম্মৈসিদি লাহোক্হৌননবগী উপায়সু লৈতে ॥২৪-২৫॥ অদুনদি, হৌজিক্ কবি তৌবাতাই। তাকপিয়ু, চান্বিয়ু। সঞ্জয়না অসুম্না হায়রক্লবদা নিংথৌনা হায়বক্ই ঃ॥২৬॥ সংঞ্জয় ! ঐখোয়দি গৃহস্থাশ্রম থাদোক্কুনা লাক্লবনি । অদুনা হক্চাংসিদি মৈদা সংস্কার তৌথেক্লম্বগী বিধিকায়রবসু মদুনা ঐখোয়দা কর্রিমত অমাঙবা লৈরোই । মৈ, ঈশিং, নুংশিৎতা সংযোগদা উপবাস তৌদুনা থরায় থাদোক্লম্বনি । তপস্বীশিংগী থাগৎনীঙায়নি - হায় । অদুনা নহাক্তি থুন-য়াংনা চেন্খ্রো । নথরায় কল্লু । থীল্লনু, চেল্লো ॥২৭॥ সঞ্জয়দা অসুম্না হায়রম্রগা ধৃতরাষ্ট্রনা পুক্কিংবু অনী লোওদনা ফাজিন্দুনা ভূমিন্না ধ্যান তৌদুনা খুকউ শেন্না পদ্মাসন্দা ফমদুনা লৈখি । গান্ধারী-কুন্তী অনীসু কবিমত মিপাইদনা ধ্যান তৌদুনা মমায় নোংপোক্ ওন্দুনা লেঙ্দনা লৈখি ॥২৮॥ অবস্থা অসি য়ৌরক্লবদা সঞ্জয়না ফবে মহারাজ ! রাজর্ষি ! অদু মঙায়রে। যোগসাধন কাযদনা তৌবিহৌ ॥২৯॥ মহর্ষি ব্যাসগী মচা ধৃতরাষ্ট্রনা সংঞ্জয়না হায়বদু য়াহৌই । ইন্দ্রিয় পুম্নমক্পু থিংদুনা প্রাণ অপানবচিংবা পঞ্চ বায়ুশিংবু তাশিন্ -খোমজিন্দুনা প্রাণায়াম্ তৌদুনা লৈখি ॥৩০॥ ওহাক্ লৈরগা দাবাগ্নিদুনা পাইশিলকুনা ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী, কুন্তীগী হক্চাংবু ভস্ম ওইহন্খি ॥৩১-৩২॥ সঞ্জয়দি লাশ্মৈ অদুদগী নাহোক্কুনা হিংখিদুনা অরাং পাংনা চেন্খিদুনা হিমালয় চিংথক্তা কাখি ॥৩৩॥ নিংথৌ! প্রজানাথ ! মতৌ অসুম্না নপাবুং ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী কুন্তী অহুমদুগী মৃত্যু ওইখি ॥৩৪॥ নিংথৌ ! হায়রিবা থৌদোক্ তাবত নত্তনা ঈমীৎনসু উখি ॥৩৫॥ ধৃতরাষ্ট্রগী মৃত্যু ওইখ্রে হায়বা পাউসি হেক্ তাবদা, তপোধন-তপস্বী অয়াম্না মফম্ অদুদা লাক্খি । অহুমমক্তা সংগতি ফংখিবদুদা তপস্বীশিংদু থোইদোক্না রানখিদে । অহুমমক্ পরমধাম

য়ৌগ্রে হায়বসিদা মখোয়গী থম্মোয়দা চিংনবা করিসু পোক্খিদে ॥৩৬॥ পুরুষ অখোইবা পাণ্ডব ! ঐনা উরুবা তারুবসি নঙোন্দা অশ্রবনি ॥৩৭॥ রাজেন্দ্র ! মহাক্সু রাজর্ষি, গান্ধারী, কুন্তীসু মীনা শেম্-শাদবা, মীং শেম্লবা অগ্নি মশানা আন তানা ভৌতিকশরীরবু সংস্কার তৌরম্বসিদা থোইদোক্লা বাগনু ॥৩৮॥

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র লোংগাগ্রে হায়বসি তাবদা, পাণ্ডবপুম্না, অন্তঃপুরগী নহাপুম্না ওমখৈ নৈতনা ঋাথি ॥৩৯॥ অন্তঃপুর মনুং অদু কপ্প লাওনরক্পগী খোঞ্জেলনা পুম্থন্ থন্খি। অতাবা মী পুম্না হাহাকার লাউনখি ॥৪০॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা মথবাক্ ফুদুনা - হাঃ ধিক্ ! ঐমুক্ তোম্বা সংসারদা লৈরিগদ্রা হায়না মশাবু ধিক্কার তৌদুনা মপান্বোম্ অনী থাংগজুনা ঈমা ! ঈমা ! হায়না খোঞ্জেল্ থোক্লা হীক্লা হীক্ল কপ্খি ॥৪১॥ ভীমনচিংপা মনাও মরিমক্ খোঞ্জেল্ থোক্লা কপ্খি। কুন্তীগী মৃত্যু ওইগ্রে হায়বসি হেক্ তাবদা অন্তঃপুরগী নুপীশিংনা মথবাক্ য়ৈ য়ৈদুনা তেংথা নাওইনা কপ্পখি ॥৪২-৪৩॥ মচা লৈজদ্রবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা, গান্ধারী, কুন্তীনা লম্মেনা চাক্লুনা শিথিবা পাউসি তাবদা মীয়াম্ কোম্লুং অম চেন্থপ্পরক্লুনা কপ্প লাউনখি ॥৪৪॥ ভারতনন্দন ! জনমেজয় ! কপ্পাউবাপুম্না তোক্ত্রবা তুংদা যুধিষ্ঠিরনা নারদদা অসুম্না হায়রক্ই ॥৪৬॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভরতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিক পর্বদা আশ্রমবাসপর্বদা নারদগমনপর্বদা ধৃতরাষ্ট্রদাহগী কৃন্নাতরেৎওবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## অষ্টত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

(নারদগী মচীন্দগী ঈচম্ চন্বা লৌকিক অগ্নি-লৈম্মেদা চাক্থিবা বিষয়সি নিংশিংলুবদা চিংননা য়ারক্পা কপ্পরক্পা)

## কুন্থানিপাল্‌শুবা অধ্যায়

যুধিষ্ঠির উবাচ

তথা মহাত্মনস্তস্য তপস্যুগ্রে চ বর্ত্ততঃ।
অনাথস্যেব নিধনং তিষ্ঠৎস্বাস্মাসু বন্ধুষু ॥১॥
দুর্বিজ্ঞেয়া গতির্ব্রহ্মণ পুরুষাণাং সতির্মম।
যত্র বৈচিত্রবীর্য্যেঽসৌ দগ্ধ এবং বনাগ্নিনা ॥২॥
যস্য পুত্রশতং শ্রীমদভবৎ বাহুশালিনঃ।
নাগাযুতবলো রাজা স দগ্ধোহি বনাগ্নিনা ॥৩॥
যং পুরা পর্য্যবীজন্ত তালবৃন্তৈ বরস্ত্রিয়ঃ।
তং গৃধ্রাঃ পার্য্যবীজন্ত দাবাগ্নি পরিকালিতম্ ॥৪॥
সূতমাগত সংঘৈশ্চ শয়ানোযঃ প্রবোধ্যতে।
ধরণ্যাংসনৃপঃ শেতে পাপস্য মম কর্মভিঃ ॥৫॥
ন চ শোচামি গন্ধারীং হতপুত্রাং যশস্বিনীম্।
পতিলোকমনুপ্রাপ্তাং তথা ভর্ত্তব্রতে স্থিতাম্ ॥৬॥
পৃথমেব চ শোচামি যাপুত্রৈশ্বর্য্য মৃদ্ধিমৎ।
উৎসৃজ্যাসুমহৎ দীপ্তং বনবাসমরোচয়ৎ ॥৭॥
ধিগ্‌রাজ্যমিদমস্মাকং ধিগ্বলং ধিক্ পরাক্রমম্।
ক্ষত্র ধর্মংচ ধিগ্ যস্মৃতা জীবামহেঽবয়ম্ ॥৮॥
সুসূক্ষ্মা কিল কালস্য গতির্দ্বিজবরোত্তম।
যৎসমুৎসৃজ্যরাজ্যংসা বনবাসরোচয়ৎ ॥৯॥
যুধিষ্ঠিরস্য জননী ভীমস্য বিজয়স্য চ।
অনাথবৎ কথং দগ্ধা ইতি মুহ্যামি চিন্তযন্ ॥১০॥
বৃথা সন্তর্পতো বহ্নিঃ খাণ্ডবেসব্যসাচিনা।
উপকারমজানন্ য কৃতঘ্ন ইতি মে মতিঃ ॥১১॥
যত্রাদহৎ সভগবান্ মাতরং সব্যসাচিনঃ।
কৃত্বা যো ব্রাহ্মণচ্ছদ্ম ভিক্ষার্থী সমুপাগতঃ ॥১২॥

ধিগগ্নিং ধিক্ চ পার্থস্য বিশ্রুতাং সত্যসংধতাম্ ।
ইদং কষ্টতরং চান্যং ভগবন্ প্রতিভাতিমে ॥১৩॥
বৃথাগ্নিনা সমাযোগো যদভূৎ পৃথিবীপতেঃ ।
তথা তপস্বিনস্তস্য রাজর্ষেঃ কৌরবস্য হ ॥১৪॥
কথং এবংবিধোমৃত্যুঃ প্রশাস্য পৃথিবীমিমাম্ ।
তিষ্ঠৎসু মন্ত্র পূতেষু তস্যাগ্নিষু মহাবনে ॥১৫॥
বৃথাগ্নিনা সমাযুক্তো নিষ্ঠাং প্রাপ্তঃ পিতামম ।
মন্যে পৃথা বেপমানা কৃশা ধমনিসংততা ॥১৬॥
হা তাত! ধর্মরাজেতি সমাক্রন্দন্মহাভয়ে ।
ভীম পর্য্যাপ্নুহি ভয়াদিতি চৈবাভিবাশতী ॥১৭॥
সমন্ততঃ পরিক্ষিপ্তা মাতাভূগ্নে দবাগ্নিনা ।
সহদেবঃ প্রিয়স্তস্যাঃ পুত্রেভ্যোঽধিকএবতু ॥১৮॥
ন চৈনাং মোক্ষয়ামাস বীরোমাদ্রবতি সুতঃ ।
তচ্ছ্রুত্বা রুরুদুঃ সর্বে সমালিঙ্গ্য পরস্পরম্ ॥১৯॥
পাণ্ডবাঃ পঞ্চ দুঃখার্ত্তা ভূতানীব যুগক্ষয়ে ।
তেষাং তু পুরুষেন্দ্রাণাং রুদতাং রুদিতস্বনঃ ॥২০॥
প্রসাদা ভোগসংরুদ্ধে অম্বরৌৎমীৎ স রোদসী ॥২১॥

**ইতি শ্রীমহাভারতে শতসহস্র্যাংসংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকে পর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি নারদাগমন পর্বনি যুধিষ্ঠিরবিলাপে অষ্টত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥**

-ঃ-

যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ- ভগবন্ ! বন্ধু বান্ধবনচিংবা অসুক্ য়াম্বা ঐখোয়না লৈনা লৈনা, অকন্বা তপস্যা তৌজরিবা পূক্চেল চাউরবা ধৃতরাষ্ট্রনা কনা কনাসু লৈজদ্রবা অমগুম্না শিথ্রিবসি তাবদা অসিদগী হেন্না ৱাবা নুংঙাইবসি করিনা অমুক্ ওইগদগে ? অৱাবগী মশক্নি ॥১॥ ব্রাহ্মণ ! দেবর্ষি ! ঐনা অসুম্ খল্লদা তাইবং মীওইবগী অরোইবা গতিসি পোলোইসি খল্লদা তাইবং মীওইবগী জ্ঞানগী ৱাংমদা লৈ মাল্লে । বিচিত্রবীর্য্যগী মচা ধৃতরাষ্ট্রগুম্বনা লম্মৈনা (দাবগ্নিনা) চাক্নুনা মৃত্যুদশা ফংখিবা অসি তাইবংগী ঐখোয়গী ৱাখল্লা লান্না ফংদে ॥২॥ ওহোক্লা কল্লবা নিংথৌদুগী মচা চামা লৈরম্মী । মশাগী শারীরিক শক্তিসু শামু লিশিং তরাগী পাঙ্গন্নি । অদুগুম্বা মহাক্লা দাবানলনা চাক্নুনা শিথিবসিদা হেন্না ৱাননীংঙায় চিংননীংঙায়সি করিনা ওইগদৌরিবনো ? ॥৩॥ মতম্ অমদা, নিংথিজরবী দাসী নুপীশিংনা মখুত্তা কাঙহাই-চামর, কোন্না হুমাই পায়দুনা থৌগল্ তৌথিবা, অদুগুম্বা মীশক্ অমবু বনগী লঙজাশিংনা মশা-মমৈনা চামরগুম হুমদুনা অরোইবা য়াহিপ্ ফংগ্রে ॥৪॥ মমল্ য়াম্রবা, মণি-মুক্তানা, মোন্দুম্ মোন্তেক্ মথক্তা য়াওল্ য়াতারম্বা মহাক্লা লম্মৈনা চাক্নুনা মৃত্যু ফংখিবসি কয়াদা অৱাবগী মচাক্নো ! চেপলম্দাই মতম্দা মগধভাট কবিশিংনা নাউশুম্ ঈশৈ শক্নুনা তুম্খুল তাহন্খিবা মহাক্লা পাপী ঐগী কর্মনা উমং লৈমায়থক্তা অরোইবা য়াহিপ্ তানগ্রে ॥৫॥ মচা লৈজদ্রবী গান্ধারীগীদমক্তদি ঐ অদুক্ য়াম্না

রাজদে। সতী অদুনা পতিব্রত্য ধর্মপালন তৌদুনা পতিলোকতা চৎব্রবনি ॥৬॥ ঐ য়াম্না রাবা নীঙম্দবদি ঈমা কুন্তীনি। মচা শ্বাই ঐখোয়গী সনা-লুপা রাজভোগপু খোঙ্গাওনরমদুনা বনবাসনা হেল্লি হায়দুনা চৎখি ॥৭॥ ঐনা ঐগী রাজ্যবু থিক্কার তৌরি। পাঙ্গল থৌনাবু হুন্না হুন্না থিকার তৌরি। ক্ষত্রিয় ধর্মবু থিক্কার তৌরি। ঐখোয়না হৌজিক্ হিংদুনা লৈরিবসি থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং শদূম অসি লৈমায় থক্তা তাদুনা লৈরবনি, হিংদুনা লৈবা নত্তে হায়না খল্লি ॥৮॥ ব্রাহ্মণ! দেবর্ষি! কাল কৌবা লাই মহাক্কী গতি খনফম্ থোক্তনা কৃপ্পা লৈরম্লে। অদুগুম্বা খঙ্ফম্ থোক্লবা কালগতিনা ঈঙ্খিনলক্পদগী ঈমা কুন্তীনা উকু-ৱাকু শেত্তুনা বনদা চৎহন্খি। কনা অমতনা খামহৌবা ঙমদে। কয়া কনব্রবা কালগী তৌইনশিন্নো! ॥৯॥ যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জুনগী মমানা কনাসু লৈজদ্রবী অমগুম্না বনগী মৈনা চাক্কুনা থৱায় থাখি। মসি খল্লুবদা ঈশূম শুমহৎপ্রে ॥১০॥ সব্যসাচী অর্জুনসিনা ইন্দ্রগী খণ্ডব বন্ চাকহন্দুনা শীজদুনা অগ্নিদেব মাবু পেলহন্খি। অদুগুম্বা তৌবিমল্ অনল (মৈ) না দাবানল ওইদুনা অর্জুনগী মমাবু চাক্থেক্খি। তৌবিমল খঙ্দবা হায়বসে দেবতাশিংদসু লৈমাল্লে খল্লি। তৌবিমল খঙ্দবা অগ্নিনা সিমদি অর্জুনগী মমানি হায়দুনা কন্বিরম্দে। কৃতঘ্ন ওইবা অকৃতজ্ঞ ওইবসি দেবতাশিংদনা খিৎ হেনব্রা খঞ্জে॥১১॥ অগ্নিদেব মহাক্কা ব্রাহ্মণ শাশিন্নদুনা অর্জুনদা ভিক্ষা নিখি। অগ্নি মাগী নীংবদু অর্জুননা থুংহন্খি। নম্থাক্ লৌনম্ তৌবা তৌবিমল্ খঙ্দবা হায়বসি দেবতাশিংদনবু খরা হেন্না লৈব্রা হায়না খঞ্জে। মাগী নীংবা থুংহন্খিবা অর্জুনগী মমাবু অগ্নিনা দবাগ্নি শাদুনা চাক্থেক্খি। অদুগুম্বা অগ্নিদেবতাবুসু ঐনা থিক্কার তৌরি। অদুনা অর্জুনগী দানধর্মবু ঐনা থিক্কার তৌরি ॥১২॥ ভগবান্! ব্রাহ্মণ! দেবর্ষি! অদুগুম্বা অর্জুনগী মমানা অগ্নিসংযোগ ফংগ্রিবসিদগী হেন্না বানিঙাই করিনা ওইগনি? ॥১৩॥ মতম্ অমদা, ভারবর্ষ পূম্বসি লৈঙাক্ খুঁজে পায়দুনা শাসন তৌরম্বা মহাক্কা বনদা তবস্বী ওইদুনা লৈখিবা মহাক্কা ফংখিবা মৃত্যু মফং অসি করম্ হায়না ফংখিবনো? ॥১৪॥ ইস! ওহোকপনি! অঙকপনি! বনদা মন্ত্র মন্ত্র কয়ানা পবিত্র ওইজব্রবা পাবুংহলবু অচম্বা লম্মৈনা চাক্কুনা থৱায় থাব্রবা! ॥১৫॥ চাদথক্তনা তপস্যা তৌখিবী শরুদা উনশাত্তনা কৃপ্প্রবী ঈমা কুন্তীনা মৈদগী চেহোক্পা ঙম্জদ্রবী ওইদুনা মৈনা চাক্খিবা! হাহাকার লাউদুনা তৌফম্ খঙ্দনা লৈরম্রিনিদকো! ॥১৬॥ ভীমসেন! অকম্বা! লাউ, ঈমাবু কল্লো লাউ! হায়দুনা লাউরম্লগা মৈনুংদা চোংশিন্খিরিনিদকো! ॥১৭॥ সহদেব! নহাক্পুদি ঐখোয় শ্বাইদগী হেন্না নুংশিজখিবনি। নংনা নমাবু কম্বা ঙমহৌদ্রবা? ॥১৮॥ অসুম হায়না যুধিষ্ঠিরনা কপ্লক্পসিদা পাণ্ডবশিংদু অমগমগা কোন্নদুনা হীক্লা হীক্লা কপ্মিন্নখি। প্রলয়গী পঞ্চভূতনা চাক্লক্পা পুন্শিন্নরকপদুগুম্বা পঞ্চপাণ্ডবশিংনা চেজেৎ কোন্শিন্নদুনা কপ্পখি ॥১৯॥ মখোয়গী কপ্পবগী পুল্লপ্ পূম্বা ধ্বনিনা আকাশ পাতাল্ লৈথক্ লৈখা পূম্থন্ থন্খি ॥২০-২১॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংনা চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিক পর্বদা আশ্রমবাস পর্বদা নারদাগমন পর্বদা যুধিষ্ঠিরবিলাপতা কৃপ্পানীপাল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥**

- ০ -

## একোনচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

(যুধিষ্ঠিরনা ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী, কুন্তীগী অস্থি (শরর) ময়ামদুবু সঞ্জয় তৌরগা (খোম্জিন্নরগা - অস্থিসঞ্চয় তৌরগা) গঙ্গাদা বিসর্জন তৌখিবা। মতুংদা শ্রাদ্ধকর্ম অনুষ্ঠান তৌবা)

### কুম্ভামাপলগুবা অধ্যায়

নারদ উবাচ

নসৌ বৃথাগ্নিনা দগ্ধো যথা তত্র শ্রুতং ময়া।
বৈচিত্র বীর্য্যো নৃপতিস্তং তে বক্ষ্যামিসুব্রত ॥১॥
বনং প্রবিশতানেন বায়ু ভক্ষেণ ধীমতা।
অগ্নয়ঃ কারয়িত্বেষ্টিমুৎসৃষ্টা ইতি নঃ শ্রুতম্ ॥২॥
য়াজকাস্তু ততস্তস্য তানগ্নী নির্জ্জনে বনে।
সমুৎসৃজ্য যথা কামং জগ্মুর্ভরতসত্তম ॥৩॥
সবিবৃদ্ধস্তদা বহ্নির্বনে তস্মিন্নভূৎ কিল।
তেন তৎ বনমাদীপ্ত মিতি তে তাপসাব্রুবন্ ॥৪॥
সরাজা জাহ্নবীতীরে যথা তে কথিতং ময়া।
তেনাগ্নিনা সমাযুক্তঃ স্বৈনৈব ভরতর্ষভ ॥৫॥
এবমাবেদয়ামাসুর্মুনয়স্তে মমানঘ।
যেতে ভাগীরথীতীরে ময়া দৃষ্টা যুধিষ্ঠির ॥৬॥
এবং স্বেনাগ্নিনা রাজা সমাযুক্তো মহীপতে।
মা সোচিথাস্তং নপতিং গতঃ স পরমাংগতিম্ ॥৭॥
গুরুশুশ্রূ যয়া চৈব জননী তে জনাধিপ।
প্রাপ্তা সুমহতীং সিদ্ধি মিতি মেনাত্র সংশয়ঃ ॥৮॥
কর্ত্তুমর্হসি রাজেন্দ্র তেষাং ত্বমুদকক্রিয়াম্।
ভ্রাতৃভিঃ সহিতঃ সর্বৈরেতদত্র বিধীয়তাম্ ॥৯॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততঃ স পৃথিবীপালঃ পাণ্ডবানাং ধুরন্ধরঃ।
নির্যযৌ সহসোদর্য্যঃ সদারশ্চ নরর্ষভঃ ॥১০॥
পৌরজানপদাশ্চৈব রাজভক্তি পুরস্কৃতাঃ।
গঙ্গাং প্রজগ্মুরভিতো বাসসৈকেন সংবৃতাঃ ॥১১॥
ততোঽবগাহ্য সলিলে সলিলে তে নরপুঙ্গবাঃ।
যুযুৎসুমগ্রতঃ কৃত্বা দদুস্তোয়ং মহাত্মনে ॥১২॥

গান্ধার্য্যাশ্চ পৃথায়াশ্চ বিধিনাম গোত্রতঃ।
শৌচং নির্বর্ত্তয়ন্তস্তে তত্রোষু নগরাংবহিঃ ॥১৩॥
প্রেষয়ামাস সনয়ান্ বিধিজ্ঞানাপ্ত কারিনঃ।
গঙ্গাদ্বারং নরশ্রেষ্ঠো যত্র দগ্ধোহভবন্নৃপঃ ॥১৪॥
তত্রৈব তেষাং কৃত্যানি গঙ্গাদ্বারেহম্বশাৎ তদা।
কর্ত্তব্যানীতি পুরুষান্ দত্ত দেয়াম্মহীপতিঃ ॥১৫॥
দ্বাদহেহহনিতেভ্যঃ স কৃতশৌচো নরাধিপঃ।
দদৌ শ্রাদ্ধানি বিধি বৎ দক্ষিনাবন্তি পাণ্ডবঃ ॥১৬॥
ধৃতরাষ্ট্রং সমুদ্দিশ্য দদৌ স পৃথিবী পতিঃ।
সুবর্ণং রজতং গাশ্চ শয্যাশ্চ সুমহাধনাঃ ॥১৭॥
গান্ধার্য্যাশ্চৈব তেজস্বী পৃথায়শ্চ পৃথক্ পৃথক্।
সংকীর্ত্ত্য নামানী রাজা দদৌ দানমনুত্তমম্ ॥১৮॥
যো যদিচ্ছতি যাবচ্চ তাবৎ সলভতে নরঃ।
শয়নং ভোজনং যানং মনিরত্নমথোধনম্ ॥১৯॥
যানমাচ্ছাদনং ভোগান্ দাসীশ্চ সমলং কৃতাঃ।
দদৌ রাজা সমুদ্দিশ্য তয়োর্মাত্রোর্মহীপতিঃ ॥২০॥
ততঃ পৃথিবীপালো দত্বা শ্রাদ্ধান্যানকশঃ।
প্রবিবেশ পুরং রাজা নগরং বারনাহ্বয়ম্ ॥২১॥
তে চাপি রাজবচনাৎ পুরুষা যে গতাভবন্।
সংকল্প্য তেষাং কুল্যানি পুনঃ প্রত্যাগমংস্ততঃ ॥২২॥
মাল্যৈর্গন্ধৈশ্চ বিবিধৈরর্চায়িত্বা য়থাবিধি।
কুল্যানি তেষাং সংযোজ্য তদাচখ্যুর্মহীপতিঃ ॥২৩॥
সমাশ্বাস্য তুরাজানং ধর্মাত্মানং যুধিষ্ঠিরম্।
নারদোহপ্যগমৎ রাজন্ পরমর্ষির্যথেপ্সিতম্ ॥২৪॥
এবং বর্ষান্যতীতানি ধৃতরাষ্ট্রস্য ধীমতঃ।
বনবাসে তথাত্রীনি নগরে দশপঞ্চ চ ॥২৫॥
হতপুত্রস্য সংগ্রামে দানানি দদতঃসদা।
জ্ঞাতিসম্বন্ধি মিত্রাণাং ভ্রাতৃনাং স্বজনস্য চ ॥২৬॥
যুধিষ্ঠিরস্তু নৃপতির্নাতি প্রীতমনাস্তদা।
ধারয়ামাস তৎ রাজ্যং নিহতজ্ঞাতি বান্ধবঃ ॥২৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্রমবাসিকেপর্বনি আশ্রমবাসপর্বনি নারদাগমনপর্বনি শ্রাদ্ধ দানে ঊনচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥

-ঃ-

নারদনা হায় ঃ- নিংথিবা ব্রতবু পালন্ তৌবা নিংথৌ ! বিচিত্রবীর্য্যরাজকুমার ধৃতরাষ্ট্রগী দাহ্ অদো অয়েম্বা কান্নদবা আগ্নিনা থোকহন্খিবা নত্তে। ঐনা উখিবা তাখিবা পূম্বদো তম্‌গে ॥১॥ ঐনা তাববু ঃ- নুংশিং (বায়ু) ত থক্লুনা - বায়ুভক্ষণ তৌদুনা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা মাগী বনদা আশ্রমদা চঙ্খিবা মতম্‌দুদা রাজপুরোহিতশিংনা যজ্ঞ তৌহন্দুনা অগ্নি অহুম্বু বিসর্জন তৌখি ॥২। ভরতশ্রেষ্ঠ ! যুধিষ্ঠির ! অদুগী তুংদা যজ্ঞগী অগ্নি অহুম্দু বনদা বিসর্গন তৌহনব্রগা যাজক ব্রাহ্মণশিংদু মাগী মাগী চংকদবা মফম্‌দা চংনখি ॥৩॥ মখোয়না হুন্দোক্খিবা মৈহুম্‌শিং অদুনা বনগী নাপী-শীংবীদা ব্লায়দুনা বন পুম্নমক্তু শীঙ্খুংনা চাক্খি হায়। মসি মফম্ অদুগী তপস্বীশিংনা ঐগোন্দা তম্‌খিবনি ॥৪॥ ভরতশ্রেষ্ঠ ! নিংথৌ ! ধৃতরাষ্ট্রনা, গুসাই ঐনা তম্‌খিবদু ঈকায় কায়নদনা মৈনা চাক্খিবা ফিবম্‌দু ঐনা উখি ॥৫॥ পাপকী শরুক্ লেশমাত্র য়াওদ্রবা নিংথৌ ! গঙ্গা মপান্দা লৈবা তপস্বীশিংদুনা অসুম্ হায়না ঐগোন্দা তম্‌খি ॥৬॥ পৃথিবীগী মপু ! নিংথৌ ! ধৃতরাষ্ট্রনা মশানা থাজবা যজ্ঞগী মৈনা চাক্খিবনি। করিসু ব্লাফম্ থোক্তে। মহাক্ পরমগতি পরমধামবু ফংখ্রবনি ॥৭॥ নিংথৌ ! নহাক্কী মাতা সতি কুন্তী দেবীসু গুরুজনগী সেবা-পূজাগী মঁহেনা সিদ্ধি ফংখ্রনি। মসিদা চিংনফম্ খক্ লৈত্রবনি ॥৮॥ রাজেন্দ্র ! ননাওশিংগা লোয়ননা মীশক্ অহুম্‌দুগী গঙ্গা জলাঞ্জলি কংলুফম্ থোক্‌ই। মতম্ অসিদা তৌগদবা অস্থিসঞ্চয় (শরু থোম্‌জিন্বা নচিংবা তৌরুফম্ থোক্‌ই ॥৯॥ বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! নারদগী ব্লাসি তাবদা পাণ্ডবশিংগী মকোক্, নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিং নুপীশিংগা লোয়ননা কোনুংদগী (নগরদগী) গঙ্গা তান্না চংকদবগী থোবক্‌ই। যাত্রা তৌবক্‌ই ॥১০॥ মহাক্কা লোয়ননা রাজভক্ত ওইববা নগববাসী - গ্রামবাসী প্রজাশিংসু চংখি। ফীজোল্ নাম ত শেত্তুনা ময়াম্‌দু গঙ্গা মপান্দা থুংখি ॥১১॥ মখোয়না গঙ্গাদা মকোক্-মনা য়াওনা স্নান্ তৌরগা যুযুৎসুনা মাঙ্ থাদুনা জলাঞ্জলি কংখি ॥১২॥ বিধি কায়দনা নাম গোত্র উচ্চারণ তৌদুনা অমমম্ ত ওইনা গান্ধারী, কুন্তীগী উদ্দেশ্যদা জলাঞ্জলি কংখি। অদুগী তুংদা হক্চাং শেংন্দোক্লুনা অশৌচবস্থা কোক্লবা তৌবগা নগরগী মপান্দা ( কোনুং চংদনা) লৈখি ॥১৩॥ অদুদগী নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা থব্লায় থাখিবা মফম অদু তান্না চংখি। বিধিবিধান কায়দনা শ্রাদ্ধকর্ম তৌননবা লাক্লিবা ময়াম্‌দুদা যুধিষ্ঠিরনা য়াথং পীখি। শ্রাদ্ধদা কংননবা দান-দক্ষিণাগী সামগ্রী (মচাক্) পূম্বা ব্লাত্ত-পাদনা তৌননবা শেম্-শাহন্খি ॥১৪-১৫॥ শৌচসপাদন (য়ুম শেংবা) গী দশাহ (শ্রাদ্ধ শোন্দ্রিঙে মমাঙদা তরানি চুপ্না তৌগদবা কর্ম) তৌহনব্রবা তুংদা, নুমিৎ তরানিথোইনি চম্বা নুমিংতা ধৃতরাষ্ট্রগী উদ্দেশ্য দা শ্রাদ্ধ কর্ম তৌখি। ব্রাহ্মণশিংদা মতিক্ চানা দান-দক্ষিণা তৌখি ॥১৬॥ তেজ লৈরবা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিবনা গান্ধারী, কুন্তী অনীগী উদ্দেশ্যদা তোঙাল্ তোঙান্না নাম-গোত্র য়াওনা সংকল্প তৌদুনা সনা-লুপা, শম্বী মমল য়াম্বা ফমুং-ফানুংবু দক্ষিণা হাপ্ হাপ্তুনা দান তৌখি ॥১৭-১৮॥ শ্রাদ্ধগী নুমিৎ অদুদা কনা কনানা করি করি পাম্বগে হায়বদু হংহংদুনা লাক্লিবাশিংদু মপূম্ খুদিং পেল্লহন্খি। নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা গান্ধারী, কুন্তীমমা অনীগী উদ্দেশ্যদা ফমুং, অহাও-অথুম্, অচাথক্ মখল মখল, মনি-মুক্তা, মওং মওংগী বাহন্ (রথ-দোলাই-শাগোল্‌শামু) দাবী (মীনাই নুপী) শিংগা লোয়ননা দান তৌখি ॥১৯-২০॥ অসুম্না শ্রাদ্ধ কর্ম পাওথোক্লমলগা হস্তিনাপুর কোনুংলোম্‌দা চংখি ॥২১॥ নিংথৌগী য়াথংদগী হুরদ্বার (গঙ্গাদ্বার-হরিদ্বার-প্রবাগ) দা থাখিবশিংদু ধৃথরাষ্ট্র-গান্ধারী-কুন্তী অহুম্‌গী শরুশিং অদু সংঞ্চয় তৌরগা (থোম্‌জিল্লুরগা) গঙ্গা মপাল্ তান্না পুরক্‌ই। পুষ্পমালা মখল্ মখলনা চন্দন খীক্ খীক্লুনা শরুশিং অদু কংখি। কংলবা তুংদা ভাগীরথী গঙ্গাগী ঈশিং ঈচেন্দা তাওথহন্খি। মখোয় অদুনা হস্তিনাপুর কোনুংদা লাক্লুনা নিংথৌদা তম্‌খি ॥২২-২৩॥ জনমেজয় ! অসি পূম্নমক্ লোইরবতুংদা নারদ মুনি অসি যুধিষ্ঠিরগী অবাবা পূম্বা নীংখিবা ব্লাহেনা কোক্‌হল্লব্রগা

চৎৰুদবা মায়ংগে মফম্‌দা হরিনাম শোল্ল শোল্লদুনা চৎখি ।।২৪।। মতৌ অসুম্না লান্দমদা শিখিবশিং-শাগেনাতে মন্নাপশিংদুগীদমক শ্রাদ্ধ তর্পন দান দক্ষিণা পুন্না পাঙ্থোক্লবতুংদা লাল্ লোইখিবা নুমিৎতুদগী পারগা চহী তরামঙা হস্তিনাপুরদা লৈরম্মি । অদুগা চহি অহুম্না বনদা তপস্যা তৌখি ।।২৫-২৬।। শিখি নাখিবশিং অদুবু অমুকমুক্ নীংশিংলুবদা নুংঙাইফম্ পোখাফম ঈখঙ্ খঙ্দনা রাজ্যশাসনগী ভারদি অদুম্ পুরম্মী ।।২৭।।

**মফম অসিদা শ্রীমহাভরতদা শ্লোকা লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্রমবাসিক পর্বদা আশ্রমবাস পর্বদা নারদাগমন পর্বদা শ্রাদ্ধদানগী কুন্নামাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ।।**

-০-

## ।। আশ্রমপর্ব সম্পূর্ণ ওইরে ।।

আশ্রমপর্বতদা শ্লোক ১১০৯ (লিশিং অমা চাম মাপল্) নি



নিধনং বাসুদেবস্য সমুদ্রস্যেব শোষণম্ ।
বীরা ন শ্রদ্দধুস্তস্য বিনাশংশার্ঙ্গধন্বনঃ ।।১০।।
মৌসলং তে সমাশ্রিত্য দুঃখ শোকসমন্বিতাঃ ।
বিষন্না হতসংকল্পাঃ পাণ্ডবাঃ সমুপাবিশন্ ।।১১।।

জনমেজয় উবাচ

কথং বিনষ্টা ভগবন্নন্ধকা বৃষ্ণিভিঃসহ ।
পশ্যতো বাসুদেবস্য বভ্রোরমিততেজসঃ ।।১২।।

বৈশম্পায়ন উবাচ

ষট্‌ত্রিংশেঽথ ততোরর্ষে বৃষ্ণীনামনয়োমহান্ ।
অন্যোঽন্যং মুসলৈস্তে তুনিজঘ্নুঃ কালচোদিতাঃ ।।১৩।।

জনমেজয় উবাচ

কেনানুশপ্তাস্তে বীরাঃ ক্ষয়ং বৃষ্ণ্যন্ধকা গতাঃ ।
ভোজাশ্চ দ্বিজ বর্য্য ত্বং বিস্তরেণ বদস্ব মে ।।১৪।।

বৈশম্পায়ন উবাচ

বিশ্বামিত্রং চ কণ্বংচ নারদং চ তপোধনম্ ।
সারণপ্রমুখা বীরাদদৃশুর্দ্বারকাংগতান্ ।।১৫।।
তে তান্ সাম্বং পুরস্কৃত্য ভূষয়িত্বাস্ত্রিয়ং যথা ।
অব্রুবন্নুপসংগম্য দৈবদণ্ডনিপীড়িতাঃ ।।১৬।।
ইয়ং স্ত্রী পুত্রকামস্য বভ্রোরমিততেজসঃ ।
ঋষয়ঃ সাধু জানীত কিমিয়ং জনয়িষ্যতি ।।১৭।।
ইত্যুক্তাস্তে তদা রাজন্ বিপ্রলম্ভপ্রধর্ষিতাঃ ।
প্রত্যব্রুবংস্তান্ মুনয়ো য়ৎ তচ্ছৃণু নরাধিপ ।।১৮।।
বৃষ্ণ্যন্ধক বিনাশায মুসলং ঘোরমায়সম্ ।
বাসুদেবস্য দয়াদঃ সাম্বোঽয়ং জনয়িষ্যতি ।।১৯।।
যেন য়ূয়ং  সুদুর্বৃত্তা নৃশংসাজাতমন্যবঃ ।
উচ্ছেত্তারঃ কুলং কৃৎস্নমৃতে রামজনার্দনৌ ।।২০।।
সমুদ্রং যাস্যতি শ্রীমাংস্ত্যক্ত্বা দেহং হলায়ুধঃ ।
জরা কৃষ্ণং মহাত্মানং শয়ানং ভুবিভেৎস্যতি ।।২১।।
ইত্যব্রুবন্ত তে রাজন্ প্রলব্ধাস্তৈর্দুবাত্মভিঃ ।
মুনয়ঃ ক্রোধরক্তাক্ষাঃ সমীক্ষ্যাথ পরস্পরম্ ।।২২।।

তথোক্তা মুনযস্তে তু ততঃ কেশবমভ্যযুঃ।
অথাব্রবীৎ তদা বৃষ্ণীঞ্শ্রুত্বৈব মধুসূদনঃ ॥২৩॥
অন্তজ্ঞো মাতমাংস্তস্য ভবিতব্যং তথেতি তান্।
এবমুক্তা হৃষীকেশঃ প্রবিবেশ পুরং তদা ॥২৪॥
কৃতান্তমন্যথা নৈচ্ছৎ কর্ত্তুং সজগতঃ প্রভুঃ।
শ্বোভূতেঽথ ততঃ সাম্বো মুসলং তদসূত বৈ ॥২৫॥
যেন বৃষ্ণ্যন্ধকুলে পুরুষাঃ ভস্মসাৎকৃতাঃ।
বৃষ্ণ্যন্ধকবিনাশায় কিংকবপ্রতিমং মহৎ ॥২৬॥
অসূত শাপজংঘোবং তচ্চ রাজ্ঞেন্যবেদয়ন্।
বিষন্নরূপস্তৎবাজা সূক্ষ্মং চূর্ণমকাবয়ৎ ॥২৭॥
তচ্চূর্ণং সাগবেচাপি প্রাক্ষিপন্ পুরুষা নৃপ।
অঘোষযংশ্চ নগবে বচনাদাহুকস্য তে ॥২৮॥
জনার্দনস্য বামস্যঃ বভ্রোশ্চৈব মহাত্মনঃ।
অদ্য প্রভৃতিসর্বেষু বৃষ্ণ্যন্ধককুলেষ্বিহ ॥২৯॥
সুবাসবো ন কর্ত্তব্যঃ সর্বৈর্নগববাসিভিঃ।
যশ্চ নোঽবিদিতং কুর্য্যাৎ পেযং কশ্চিন্নবঃ ক্বচিৎ ॥৩০॥
জীবন্ স শূলমাবোহেৎস্বযং কৃত্বা স্ববান্ধবঃ।
ততো বাজভযাৎ সর্বে নিযমংচক্রিবে তদা।
নবাঃ শাসন মাজ্ঞায বামস্যাক্লিষ্ট কর্মণঃ ॥৩১॥

**ইতি শ্রীমহাভাবতে শতসাহস্র্যাং সংহিতাযাং বৈযাসিক্যাং মৌসল পর্বনি প্রথমোঽধ্যাযঃ ॥**

ঃ

শ্রী নাবাযণবু, নবোত্তম ওইবা নব (ঋষি)বু, সবস্বতীবু অদুগা ব্যাসবু খুকম্জবগা জয (মহাভাবত, ...)
পাঠ তৌগদবনি। শ্রবণ কীর্ত্তন তৌগদবনি।

বৈশম্পাযননা হায ঃ- নিংথৌ! জনমেজয! মহাভাবত লাঞ্জাও লোইখিবসি চহী কুন্তকক শুজন্খ্রে। অদুনা কুন্তকক্ শুবা চহীনা হৌবকপা অদুরাইদা কৌববনন্দন যুধিষ্ঠিবনা অমঙ্গল ওইবা খুদম ঙাক্তা উখি ॥১॥ নোথাংনা, নোংমৈশিংজং তাবগী খ্রাক্ খ্রাক্ সাউনা খোংবগী খোঙ্গেলগা লোযননা কুপ্ফেৎ কাফেৎ তৌখি। লৈঙোই, নুংকূপ্ মবীক্শিংগা লোযননা অকন্বা নুংশিৎ আঁধী শাল্লকই। উচেক গ্রাযা মঁপে মপৈনা যেৎ লোইননা কোযবৈ লৈনখি পাইর্নাখ ॥২॥ অচৌ-অচৌবা তৃবেলশিংগী ঈচেন্না লৈঙোই মখাদা চণ্ডখিদুনা চেন্খি। আকাশদগী মৈতাল্ অশাবগী মপৈগা লোবকপা নোং মবীক্শিং মবক্তা শংগুাইশেন্না কাতু কাবল্ পাইখি ॥৩॥ নিংথৌ! জনমেজয! নুমিৎকী মপোগ অদু উধুল খ্রাইসল মপৈনা কুপাশগুম উাখ। নুমিৎ অসি মণ্ডাল ঈযাও যাওদনা থোবক্পগুম্ তৌখি। সূযামণ্ডল (নুমৎ মকোক)দা যেংখৎপা মতম্দা মকোক্ যাওদবা হক্চাং

ঙাক্তনা কোয়পাই পাইদুনা লৈবা উখি নুমিৎ থা অনীগী অকোয়বদু অকিবাগী মশক্ ওইবা মুর্ত্তিমক্তনা থন্না লৈবদু উনখি ।।৪।। নুমিৎ-থা অনীগী মপাল্ অকোয়বদু মচু অহুম্ থোক্লা লৈবা পুবা ওইনা উখি। অহান্বা মপাল্ অকোয়বদু মুশিন্ মুবা মচু পুবনা কুইনা য়েংখৎলুদনা লৈবা ঙম্খিদে। মথংনা উংকী মচু পুই। মনুং চন্বা অকোয়বা শকক্লা ঙাঙৈলনবা মচু পুই। অদুনা মচু অহুম্ পুখি ।।৫।। নিংথৌ! জনমেজয! অসি নত্তবা অতৈ, উংপাংকী খুদম ঙাক্তা লাক্খি। উবদা অকিবা, মিপাইবা পোক্হন্বা খুদম্ ঙাক্তনি ।।৬।। অসুম্ তৌনা লৈবক্পসিগী নুমিৎ খবনিগী মতুংদা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা কবি পাউ অমা তাখিবগে হায়বদা য়োত্তুম্ অমনা মবম্ ওইদুনা অমগমগা যূনশুনবক্পদগী বৃষ্ণিবংশগী মীপুম্বা লোইনা শিঙ্খ্রে হায়বা পাউ তাখি। শ্রী কৃষ্ণগা হলধর বলদেবগা অনীসি নত্তনা অতৈদি লোইনা তুমখ্রে হায়বসি তাখি। পাউ অসি হেক্ তাবদা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা মনাও মবি কৌশিল্লগা - " ঐখোয় হৌজিক কবি তৌবা তাই ? " হায়না হংখি ।।৭-৮।। ব্রাহ্মণশিংগী শাপনা মবম্ ওইদুনা বৃষ্ণিবংশগী মীপম্বা মৃংখ্রে হায়বসি তাবদা পাণ্ডবশিংগী থম্মোয়দা অৱাবা-নুঙাইতবা অম পোক্খি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মৃত্যু হায়বসিদি সমুদ্রনা লোইনা চুপ্শিন্দুনা কংখ্রে হায়বগুম্বনি। ওইথোক্তবনি। অদুনা তাবিবা পাউসি মপুং ফানা অদুক্ যাম্না তাজখিদে ।।৯-১০।। যোত্তুম্ অমগী হাক্তক্তগী থোক্খিবা থৌদোক্নি হায়বদুদা পাণ্ডবশিংগী থম্মোযদা খাঙম্দবা চৈনা অমা ফাওখি। মখোয় অৱাবগী ঈপাক্তা লূপ্খি, মাযথোং লাংশিন্খি। আশা পুম্বা কাযববা ওইনা লৈনখ্রে ।।১১।। জনমেজয না হংখি ঃ ভগবান্ ! ব্রাহ্মণ ! ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ লৈনা লৈনা বৃষ্ণিতবংশগা লোয়ননা অন্ধক ভোজবংশগা মহাবথী ক্ষাত্রিয়শিংনা কবি কবম্না মৃংখ্রবনো ? ।।১২।। বৈশম্পায়ননা হায !- নিংথৌ ! জনমেজয ! মহাভাবত লাঞ্জাওগী মতুং চহী কুন্তকশুবকপা অদুৱাইদ বৃষ্ণিতবংশগী মী পুম্নমক্কী মনুংদা মহা অন্যায ওইবা চুমদবা খৎনচৈনবা ফুনবগী থৌদোক অমা লাকখ্রে মতম কৌবা মহাক্লা ঈধ্বিল্লক্পদগী যোচ্ছে যোশুক্লা অমগমগা থানবক্পা থিনবকপদগা শিংখ ।।১৩। জনমেজযনা হংখি ঃ বিপ্রবব ! ব্রাহ্মণ ! শ্রীকৃষ্ণগী মবি মভামক্ত ওইবা বৃষ্ণি, অন্ধক, ভোজবংশগী অকর্ম্মশিংনা কনাগী শাপ তৌখিবনো ? শেংনা মবিক চুম্না অমুক্তা লীবক্; ।।১৪।। বৈশম্পায়ননা হায ঃ নিংথৌ ! নোংমা, মহর্ষি বিশ্বামিত্র, কন্ব, তপোধন নাবদ, মখোয়সি দ্বাবকাদা লাক্খি। লাইনা অসুম্ থোকউ তমাখবনা, সাবণাচংবা দ্বাবকাগী পাম্খংশিংনা সাম্ব ব নুপী শাহন্দুনা, নুপীগী ফিজেৎ শেংহন্দুনা, মবুক্তা যোত্তুম পুতল্লগা গর্ভবতী ওইবী মমা শাহল্লগা মুনিশিংদুবু লঙ্ঙনগে হায়দুনা লাক্খি। মুনিশংদুদা মখোয়না অসুম্না হাযবকই ।।১৫-১৬।। মহর্ষিশিং পূম্নমক্ ! মবৃক্ কংলবী নুপীসে কল্লব বভ্রুগী লোয়নবীনি। বভ্রুনা মচানিপা অমা যংনিংঙি। ঋষিশিংদি তুংগী বা পূম্বা খঙবিববা ঙাক্তনি। অদুনা হাযবিযু নুপীমচাসিনা পোক্কদৌবিবাসি কবিনো ? নুপাবা নুপাবা ? ।।১৭।। নিংথৌ ! অসুমনা যাদবংশগী যাদবশিংদুনা লঙ্ঙনগদবগী তৌবনি হাযবসি খঙদুনা ঋষিশিংদুনা শাউবক্পা বাশিং অদু তাও ।।১৮।। মী উশিত্তবা, মুনিঋষিবু থৌওই উশিত্তবদুদা মমীৎতা ঈ কাদুনা শাউদুনা ঋষিশিংদুনা অমম্ হায়বক্ই ! হায় ! ফৎত্রবা শা! যাদব মচাশা ! কৃষ্ণগী মচা-মশুনি হাযদুনা নাপল্ তৌবশা! কৃষ্ণগী মচানুপী শাশিন্নবিবা সাম্বসে যোত্তুম অমা পোক্কনি। য়োত্তুমদুনা বৃষ্ণি-অন্ধ-যদুবংশপুম্ব হাৎপা ওইবসনু। বলবাম্ কৃষ্ণ অনীসি নৎতনা যোত্তুম্দুনা নখোয়গী বংশপুম্বা হাৎলগানি। শ্রীকৃষ্ণবুসু লৈমাযথক্তা চেপ্লিঙৈদা জবা কৌবা ব্যাধ অমনা তেন্না খোঙদা থাবখিনি ।।১৯-২২।। অসুম্না ঋষিশিংদুনা শাপ্ তৌবল্লগা ঋষিশংদু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্তনা থোক্খিবা থৌদোক্ পুম্বা অমত ৱাত্তনা তমখি। ৱাদু তাবদা বৃষ্ণিশিংদা শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না হায়খি ।।২৩।। " ঋষিশিংনা তৌখিবা শাপ, হাযখিবা ৱাশিংদো শোয়দনা

# মণিপুরী মহাভারত

## মৌসলপর্ব

### দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ।

দ্বোরকাদা অকিবা থৌদোক্ থোক্পা। শ্রীকৃষ্ণনা যদুশিংদা তীর্থ চৎনবা য়াথং পীবা।)

### অনীশুবা অধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ
এবং প্রযতমানানাং বৃষ্ণীনামন্ধকৈঃ সহ।
কালো গৃহাণিসর্বেষাং পরিচক্রাম নিত্যশঃ ॥১॥
করালো বিকটো মণ্ডঃ পুরুষঃ কৃষ্ণপিঙ্গলঃ।
গৃহাণ্যাবেক্ষ্য বৃষ্ণীনাং নাদৃশ্যত ক্বচিৎ ক্বচিৎ ॥২॥
তমঘ্নন্ত মহেষ্বাসাঃ শরৈঃ শতসহস্রশঃ।
ন চাশক্যত বেদ্ধুংসসর্বভূতাত্যয়স্তদা ॥৩॥
উৎপেদিবে মহাবাতা দারুণাশ্চ দিনে দিনে।
বৃষ্ণ্যন্ধকবিনাশায় বহবো লোমহর্ষণাঃ ॥৪॥
বিবৃদ্ধমূষিকা রথ্যা বিভিন্নমনিকাস্তথা।
কেশান্ নখাশ্চ সুপ্তানামদ্যন্তে মূষিকৈর্নিশি ॥৫॥
চীচীকূচীতি বাশন্তি সারিকা বৃষ্ণিতবেশ্মসু।
নোপশাম্যতি শব্দশ্চস দিবাবাত্রমেবহি ॥৬॥
অম্বকুর্বন্নুলূকানাং সারসা বিরুতং তথা।
অজাঃ শিবানাং বিরুতমম্বকুর্বত ভারত ॥৭॥
পাণ্ডুরা রক্তপাদাশ্চ বিহগাঃ কালচোদিতাঃ।
বৃষ্ণ্যন্ধকানাং গেহেষু কপোতা ব্যচবংস্তদা ॥৮॥
ব্যজায়ন্ত খরা গোষু করভাঽশ্বতবীষু চ।
শুনীম্বপী বিবালাশ্চ মূষিকা নকুলীষু চ ॥৯॥
নাপত্রপন্ত পাপানি কুর্বন্তো বৃষ্ণয়স্তদা।
প্রাদ্বিষন্ ব্রাহ্মণাংশ্চাপি পিতৃন্ দেবাংস্তথৈব চ ॥১০॥
গুরূংশ্চাপ্যবমনন্ত ন তু রামজনার্দনৌ।
পত্ন্যঃ পতীনুচ্চরন্ত পত্নীশ্চপতয়স্তথা ॥১১॥
বিভাবসুঃ প্রজ্বলিতো বামং বিপরিবর্ত্ততে।
নীল লোহিতমঞ্জিষ্ঠা বিসৃজন্নর্চিষঃ পৃথক্ ॥১২॥

উদয়াস্তমনে নিত্যং পুর্য্যাং তস্যাং দিবাকরঃ।
ব্যদৃশ্যতা সকৃৎ পুম্ভিঃ কবন্ধৈঃ পরিবারিতঃ ॥১৩॥
মহানসেষু সিদ্ধেষু সংস্কৃতেঽতীব ভারত।
আহার্য্যমাণে কৃময়ো ব্যদৃশ্যন্ত সহস্রশঃ ॥১৪॥
পুণ্যাহে বাচমানে তু জপৎসু চ মহাত্মসু।
অভিধাবন্তঃ শ্রুয়ন্তে ন চাদৃশ্যত কশ্চন ॥১৫॥
পরস্পরং চ নক্ষত্রং হন্যমানং পুনঃ পুনঃ।
গ্রহৈরপশ্যন্ সর্বেতে নাত্মনস্তু কথংচন ॥১৬॥
নদন্তং পাঞ্চ জন্যং চ বৃষ্ণ্যন্ধকনিবেশনে।
সমন্তাৎ পর্য্যবাশন্তরাসভা দারুণস্বরাঃ ॥১৭॥
এবং পশ্যান্ হৃষীকেশঃ সম্প্রাপ্তং কালপর্য্যযম্।
ত্রয়োদশ্যমমাবাস্যাং তান দৃষ্টা প্রাব্রবীদিদম্ ॥১৮॥
চতুর্দশী পঞ্চদশী কৃতেয়ং রাহুণা পুনঃ।
প্রাপ্তে বৈভারতে যুদ্ধে প্রাপ্তা চাদ্য ক্ষয়ায়নঃ ॥১৯॥
বিমৃশন্নেব কালং তং পরিচিন্ত্য জনার্দনঃ।
মেনে প্রাপ্তং স ষট্‌ত্রিংশং বর্ষং বৈ কেশিসূদনঃ ॥২০॥
পুত্রশোকাভিসংতপ্তা গান্ধারী হতবান্ধবা।
যদন্‌ব্যা জহারার্ত্তা তদিদং সমুপাগমৎ ॥২১॥
ইদং চ তদনুপ্রাপ্তমব্রবীৎ যৎ যুধিষ্ঠিরঃ।
পুরা ব্যূঢ়েষনীকেষু দৃষ্টোৎপাতান্ সুদারুণান ॥২২॥
ইত্যুক্ত্বা বাসুদেবস্তু চিকীর্ষুঃ সত্যমেবতৎ।
আজ্ঞাপয়ামাস তদা তীর্থ যাত্রামরিন্দমঃ ॥২৩॥
অঘোষয়ন্ত পুরুষাস্তত্র কেশবশাসনাৎ।
তীর্থযাত্রা সমুদ্রে বঃ কার্য্যেতি পুরুষর্ষভাঃ ॥২৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং মৌসলপর্বনি উৎপাতদর্শনে দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! বৃষ্ণিবংশ অমসুং অন্ধক বংশগী মী পুম্নমক্না মখোয়গী মথক্তা লাক্কদবা-তাবক্কদবা দুর্দশা মযামদু কচোক্লবা না লৌরক্খিনবা কনা লৌরখি। অদুগুম নোংমা নোংমগী ফজবা খুদম্শিংদু মথং মথং লাকপা উনখি ॥১॥ লোকশিংবা অমঙ্গলগী খুদম্শিংদু অকিনবা মশক্ । মশক্ অকিবা পোকপা, ফিজেৎ অকিবগী মশক্ ওইবা, হক্চাংগী কুচু মচুনা অমুবগা-নাপুনগা মবাং মবাংগা, মক কোকপা,

ৱাং চাউরবা মুর্ত্তিনা বৃষ্ণিতবংশগী ঈমুংদা চঙ্গুক্তুনা হেক্ হেক্ উইল্লে, অমুক্সু হেক্ হেক্ মাঙথোক্খি ॥২॥ মাদু উববা অকম্বা ধনুর্ধারীশিংনা থৌববা তেল লিশিং লখা কাপ্শিন্দুনা তাম্লে। অদুবু তেলশিংদুগী মনুংদা তেল অমতনা উবিবা মুর্ত্তি অদুদা থাবা-পাম্বা ঙম্দে ॥৩॥ মবক মরক্তা মীৎমায় পাওবা যাদবা অাঁথী নুংশিংনা শিল্লক্ই। হকচাংদা য়ৈবদা তুজুংবা পোক্ই। তৌবিবা মতৌ অদুনা বৃষ্ণিতশিংগী সর্বনাশ ওইবগী খুদম্ পীখি ॥৪॥ মবক্ মবক্তা উচি মপৈনা লমজাও সড়ক্ (সোরোক্) তা চেম্পোবক্তুনা লৈবকপদুনা চৎফম খোঙথাফম্ লৈখিদে। অহিংদা উচিশিংদুনা পুখম্ তেঙ্গোৎ ময়াম্ চিক্থক্তুনা মখুল হোহল্লি। অহিং তুম্লিঁঙেদা কোক্ শম্ লাক্তুনা চিকথংলৈ। খুজীল্ খুযা-পাম্বোম্, খোঙ চীকলৈ, ঈ থোক্পমখৈ চিকথংলৈ। খুজীল্ ককাদু চীক্ চী ক্তুনা মচেৎশিং অদু ময়াদা কোক্ কোক্ শায চাই ॥৫॥ বৃষ্ণিতবংশগী মীশিংগী ঈমুংদা-মপান্দা অক্লাদা লৈবিবা যাল্লবা তেনৱাশিংনা শেন্দাংদৌনা চেক্ চেক্ খোংখি ॥৬॥ ঙানু-কাংঙশিংনা মকু গুম্মা, উবোক্লা লাঙ্জা-ক্লাক্গুম্মা খোংঙি ॥৭॥ শক্তি চাউরবা কাল (মতম্) কৌবা লাই মহাক্লা ঈঙ্খিল্লক্তুনা বৃষ্ণিঅন্ধবংশগী মীশিংগী ঈমুংদা মশামখৈ ঙৌবোক্ ঙৌবা, মখোঙনা ঈদৌনা ঙাংশং ঙাঙবা খুনু লমখুনুশিংনা পাইশিল্লক্তুনা হংগৎ হন্দা চৎলৈ ॥৮॥ শম্বীশিংগী মবুক্তগী লিল্ মচা পোক্ই। খচ্চবীশিংনা শামুমচা পোকখি। হুর্ইশিংনা হৌদোঙ মচা পোক্খি ॥৯॥ বৃষ্ণিঅন্ধকবংশগী মীশিংনা অয়ুক নুংথিন্দা ঈকায শঙ্গোয হাঙদনা পাপকী কর্ম তৌখি। মশাদা ঈকাইবা হংগোইবা কবিমত লৈখিদে। মামাঙ পোমাং খঙদনা ওম্বোক ওম্বোক্পা, তৌহৈদবা থবক তৌনখি। ব্রাহ্মণনি হায়দুনা লৌবিবশিংদুনা দেবতাশিংবু পিতৃলোকপু নিন্দা তৌদুনা চৈ থাংবা যাওবাক্লে ॥১০॥ অসিত নত্তনা মাগী মাগী মমা মপা গুরুজন্দা অপমান তৌবা যু চৈবা যাওবক্লি ॥১১॥ ঈমুংদা ফুঙ্গাদা হৌববা মৈনা মৈবিদু ওষ্ট ওইননা চাক্ই। যেৎলোম্দা চাক্লনবা কাল্লযাওনদা চাক্ট যাদে। চাক্লবসু মৌবিশিংদু অসুম্মা ঈশং শংনা অমুক্লা ঙাংশং ঙাঙনা ওযবোম্তদা লৈশিন্দুনা চাক্ই ॥১২॥ দ্বারকা নগরগী মীশিংনা মাগী মাগী মযুম্দা, নুমিৎ থোবক্পা-নুমিৎ তাবক্পা মতম্দা, মকোক যাওদনা মকোক কক্খ্রবা হকচাং ঙাক্তনা চৎলবা, চণ্ডশিল্লবদু হেক্ হেক্ উখি ॥১৩॥ চাক্থোংশঙ্দা চাখুম্দা থম্লিবা যেক্লাংদু চাগে হাযদুনা হেক্ ফমথকবদা তীল্-কাঙ্, তুমাংশিংনা অচাপোৎশিংদুদা পাইশিল্লবই, চাবে ॥১৪॥ পুণ্যাহবাচন স্বস্তিবাচন তৌদুনা ধর্মকর্ম তৌবিঁঙেদা মী ময়াম গ্রুং গ্রুং চেনশিল্লক্পা ওইনা তৌই। মশক্তি অমত উদে ॥১৫॥ নোংমদোম্বক্তা গ্রহ নক্ষত্র তাবাশিংনা অমগমগা থেংজিন ৱাইশন্নবসি হেক হেক্ উই ॥১৬॥ কবি কবিগুম্বা মতম্দা ভগবান্ শ্রী কৃষ্ণনা পাঞ্চজন্য মোইবুং হেক খোংলক্পদা বৃষ্ণি-অন্ধকাশংগী যুমশিংগী অকোযবদা লোলা গধাশিংনা খোঞ্জেল্ য়াক্লা অৱায় অখুম তৌবগুম হেক হেক্ খোংঙি ॥১৭॥ মতম (কাল) কৌবা মহাক্লা শিল্লক্পা মথক্ মখা থোক্ থোক্ ওম্বা উংপাৎশিংসিবু উবদা, অদুগা ত্রয়োদশীগা অমাবাস্যাগা অনাগী সংযোগ ওইবদু উবদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মযাম্দা অসুম্মা হাযবক্ই ॥১৮॥ অকপ্পশা। মতম্ অসি বাহুনা চতুর্দশীবু অমবাস্যা ওইহল্লে। মহাভারত যুদ্ধগী মতম্দা থোক্খিবা গ্রহশিংগী সংযোগ অদু হৌজিক্ থোক্লবে। ঐখোযপুম্বা মাঙ্খিনবা খুদম্ অদু তৌবক্লি ॥১৯॥ মতম্গী অর্মাদ প্রকৃতিগী খোঙ্চৎনা তৌবক্লিবা মতৌ অদু উবদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা তুমিন্না অসুম্ বিচাব তৌবক্ই। - হৌজিক্, মহাভারতকী লাঞ্জাও লোইখিবা নুমিত্তগী ঙসি ফাওবদা কুন্তককশুবা চহী চথবক্লে ॥২০॥ অসুম্মা ওহাক্ বিচাব তৌবগা মুন্ন খল্লগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্মা মযাম্দা হায়বক্ই ঃ- অদুঙৈ, গান্ধারীনা মচা-মশূ সোযনা শিখিবা-হাংখিবদুগী ৱাবনা, কৃষ্ণ ঐনা তৌবিবা শীল্লিবা ঙাক্তনি হায়দুনা ঐঙোন্দা দাহী তৌদুনা (দায়িত্বা পূম্বা পীশিন্দুনা) নংগী

শাগৈ-নাতৈ পূম্বসু অসুম্মা তুম্বা ওইসনু ঐঙোন্দা শাপ্ তৌখি। তৌখিবা শাপ্ অদুগী মহৈ অদু লাক্রমাল্লে ।।২১।। অদুঙৈ কুরুক্ষেত্র লান্‌জাওদা, লান্থম্‌দা, কৌরব-পাণ্ডব কী লাগ্নীশিংনা মাগী মাগী বূহ্য (বেহ্) শানদুনা মুখামুখি লেপ্পরক্‌পা মতম্‌দা, অসি গুম্বা উৎপাত ময়াম্ন লান্থম্‌দা উখিবা যুধিষ্ঠিরনা হায়খিবদুগী চপ্ মান্ননা ঙসি ঐনা উরে ।।২২।। অসুম্মা ময়াম্‌দা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা সতী গান্ধারীগী শাপ্ অদুবু মহৈ য়াল্‌হল্লুরগে হায়না খন্দুনা যাদুবংশী পূম্বা তীর্থ যাত্রা তৌনবগী য়াথং পীখি ।।২৩।। দ্বারকানাথ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংদগী বাজপুরুষশিংনা মীয়াম্‌দা অসুম্মা লাউথোক্‌খি ঃ- নিপা অথোইবা, অকম্বা যাদব পূম্নমক্ ! সমুদ্রদা (ঈশিংদা) তীর্থ যাত্রা তৌবা তাবে ! হায়বদি ঐখোয়পূম্না প্রভাস তীর্থদা চৎপা তাবে । চৎননবা থৌরাং তৌ ।।২৭।।

**মফম্ অসিদা শ্রী মহাভারতদা শ্লোকশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা মৌসল পর্বদা উৎপাতদর্শন দা অনীশুবা অধ্যায় লোইরে ।।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## মৌসলপর্ব

### তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ

(কৃতবর্মানচিংবা পুম্বা অমগমগা হাৎনরক্পা)

### অহুমশুবা অধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ

কালী স্ত্রী পাণ্ডুবৈর্দন্তৈঃ প্রবিশ্য হসতী নিশি ।
স্ত্রিয়ঃ স্বপ্নেষু মুষ্ণন্তী দ্বারকাং পরিধাবতি ॥১॥
অগ্নিহোত্রনিকেতেষু বাস্তুমধ্যেষু বেশ্মসু ।
বৃষ্ণ্যন্ধকান খাদন্ত স্বপ্নে গৃধা ভয়ানকাঃ ॥২॥
অলংকারাশ্চ ছত্রংচ ধ্বজাশ্চ কবচানি চ ।
হ্রিয়মানান্যদৃশ্যন্ত রক্ষোভিঃ সুভ যানকৈঃ ॥৩॥
তচ্চাগ্নিদত্তং কৃষ্ণস্য বজ্রনাভময়োময়ম্ ।
দিবমাচক্রমে চক্রং বৃষ্ণিণাং পশ্যতাং তদা ॥৪॥
যুক্তং রথংদিব্যমাদিত্যবর্ণং হয়া হবন্ পশ্যতোদারুকস্য ।
তে সাগরস্যোপরিষ্টা দবর্তন্ মনোজ বাশ্চতুরো বাজিমুখ্যাঃ ॥৫॥
তালঃ সুপর্ণশ্চ মহাধ্বজৌ তৌ সুপূজিতৌ রামজনার্দনাভ্যাম্ ।
উচ্চৈর্জহ্রুরপ্সরসো দিবানিশং যাবচ্চোচুর্গম্যতাং তীর্থযাত্রাম্ ॥৬॥
ততো জিগমিষন্তস্তে বৃষ্ণ্যন্ধকমহারথাঃ ।
সান্তঃপুরাস্তদা তীর্থযাত্রা মৈচ্ছন্ নরষর্ভাঃ ॥৭॥
ততো ভোজ্যং চ ভক্ষ্যংচ পেয়ং চান্ধকবৃষ্ণয়ঃ ।
বহুনানাবিধং চক্রর্মদ্যং মাংসমনেক ধাঃ ॥৮॥
ততঃ সৈনিক বর্গাশ্চ নির্যযুর্নগরাৎবহিঃ ।
যানৈর্বশ্বৈর্গজৈশ্চৈব শ্রীমন্তস্তিগ্মতেজসঃ ॥৯॥
ততঃ প্রভাতে ন্যবসন্ যথোদ্দিষ্টং যথাগৃহম্ ।
প্রভূতভক্ষ্যপেয়াস্তে সদারা যাদবস্তদা ॥১০॥
নিবিষ্টাংস্তান্ নিশম্যাথ সমুদ্রান্তে সযোগবিৎ ।
জগামামন্ত্র্য তান্ বীরানুদ্ধবোঽর্থ বিশারদঃ ॥১১॥
তং প্রস্থিতং মহাত্মনমভিবাদ্য কৃতাঞ্জলিম্ ।
জানন্ বিনাশং বৃষ্ণীনাং নৈচ্ছৎ বারয়িতুং হরিষু ॥১২॥

ততঃ কালপরীতাস্তে বৃষ্ণ্যন্ধক মহারথাঃ।
অপশ্যন্নুদ্ধবং যান্তং তেজসাঽবৃত্য রোদসী ॥১৩॥
ব্রাহ্মণার্থেষুযৎ সিদ্ধমন্নং তেষাং মহাত্মনাম্।
তৎ বানরেভ্যঃ প্রদদুঃ সুরাগন্ধসমন্বিতম্ ॥১৪॥
ততস্তূর্য্যশতাকীর্ণং নটনর্তক সংকুলম্।
অবর্ত্তত মহাপানং প্রভাসে তিগ্মতেজযাম্ ॥১৫॥
কৃষ্ণস্য মন্নিধৌ রামঃ সহিতঃ কৃতবর্মণা।
অপিবৎ যুযুধানশ্চ গদো বভ্রুস্তথৈব চ ॥১৬॥
ততঃ পরিষদো মধ্যে যুযুধানো মদোৎ কটঃ।
অব্রবীৎ কৃতবর্মাণমবহাস্যাবমন্য চ ॥১৭॥
কঃ ক্ষত্রিয়োঽহন্যমানঃ সুপ্তান্ হন্যান্মৃতানিব।
তন্ন মৃষ্যন্তি হার্দিক্য যাদবা যৎ ত্বয়া কৃতম্ ॥১৮॥
ইত্যুক্তে যুযুধানেন পূজযামাস তদ্ব চঃ।
প্রদ্যুম্নো রথিনাং শ্রেষ্ঠো হার্দিক্যমবমন্য চ ॥১৯॥
ততঃ পরমসংক্রুদ্ধঃ কৃতবর্মাতমব্রবীৎ।
নির্দিশন্নিব সাবজ্ঞং তদা সব্যেন পাণিনা ॥২০॥
ভূরিশ্রবাশ্ছিন্নবাহুর্যুদ্ধে প্রায়গতস্ত্বয়া।
বধেন সুনৃশংসেন কথং বীরেণ পাতিতঃ ॥২১॥
ইতিতস্য বচঃ শ্রুত্বা কেশবঃ পরবীরহা।
তির্য্যক্সরোষয়া দৃষ্ট্যাযঃ বীক্ষাংচক্রে স মন্যুমান্ ॥২২॥
মণিঃ স্যমন্তকশ্চৈব যঃ স সত্রাজিতোঽভবৎ।
তাংকথাং শ্রাবয়ামাস সাত্যকি মধুসূদনম্ ॥২৩॥
তচ্ছ্রুত্বা কেশবস্যাঙ্কমগমৎ রুদতীতদা।
সত্যভামা প্রকুপিতা কোপয়ন্তি জনার্দনম্ ॥২৪॥
তত উত্থায় সক্রোধঃ সাত্যকির্বাক্যমব্রবীৎ।
পঞ্চানাং দ্রৌপদেয়ানাং ধৃষ্টদ্যুম্নশিখণ্ডিনোঃ ॥২৫॥
এষগচ্ছামি পদবীং সত্যেন চ তথা শপে।
সৌপ্তিকে যে চ নিহতাঃসুপ্তাযেন দুরাত্মনা ॥২৬॥
দ্রোণপুত্রসহায়েন পাপেন কৃতবর্মণা।
সমাপ্ত মাযুবস্যাদ্য যশশ্চৈব সুমধ্যমে ॥২৭॥
ইত্যেবমুক্ত্বা খড়্গেন কেশবস্য সমীপতঃ।
অভিদ্রুত্য শিরঃ ক্রুদ্ধশ্ছিচ্ছেদ কৃতবর্মণঃ ॥২৮॥

তথান্যানপি নিঘ্নন্তং যুযুধানং সমন্ততঃ।
অভ্যধাবদ্ধৃষীকেশো বিনিবাযিতুং তদা ॥২৯॥
একীভূতাস্ততঃ সর্বেকালপর্য্যাযচোদিতাঃ।
ভোজান্ধকা মহারাজ শৈনেয়ং পর্য্যবারয়ন্ ॥৩০॥
তান্ দৃষ্ট্বা পততস্তূর্ণমভিক্রুদ্ধাঞ্জনার্দনঃ।
ন চুক্রোধমহাতেজ জানন্ কালস্য পর্য্যয়ম্ ॥৩১॥
তে তু পানমদাবিষ্টাশ্চোদিতাঃ কালধর্মনা।
যুযুধানমথাভ্যঘ্নন্নুচ্ছিষ্টৈর্ভাজনৈস্তথা ॥৩২॥
হন্যমনে তু শৈনেয়ে ক্রুদ্ধে রুক্মিনি নন্দনঃ।
তদনন্তরমাগচ্ছন্মোক্ষয়িষ্যন শিনেঃ সুতম্ ॥৩৩॥
স ভোজৈঃ সহসংযুক্তঃ সাত্যকিশ্চান্ধকৈঃ সহ।
ব্যয়চ্ছ মানৌ তৌবীরৌবাহুদ্রবিণশালিনৌ ॥৩৪॥
বহুত্বান্নিহতৌ তত্র উভৌ কৃষ্ণস্য পশ্যতঃ।
হতংদৃষ্ট্বা চ শৈনেয়ং পুত্রং চ যদুনন্দনঃ ॥৩৫॥
এরকানাং ততো মুষ্টিং কোপাজ্জগ্রাহ কেশবঃ।
তদভূম্মুসলং ঘোবং বজ্রকল্পময়োময়ম্ ॥৩৬॥
জঘান কৃষ্ণস্তাংস্তেন যেযে প্রমুখতোঽভবন্।
ততোঽন্দকাশ্চ ভোজাশ্চ শৈনেয়া বৃষ্ণয়স্তথা ॥৩৭॥
জঘ্নুরন্যোঽন্যা মাক্রন্দে মুসলৈঃ কাল চোচিতাঃ।
যস্তেষামেবকং কাশ্চজ্জগ্রাহ কুপিতো নৃপ ॥৩৮॥
বজ্রভূতেবসা রাজন্নদৃশ্যন্তদা বিভো।
তৃণং চ মুসলীভূতমপি তত্র ব্যদৃশ্যত ॥৩৯॥
ব্রহ্মদণ্ড কৃতং সর্বমিতি তৎ বিদ্ধি পার্থিব।
অবিধ্যান্ বিধ্যতে রাজন্ প্রক্ষিপন্তি স্ম যৎ তৃণম্ ॥৪০॥
তৎ বজ্রভূতং মুসলং ব্যদৃশ্যত তদা দৃঢ়ম্।
অবধীৎ পিতবং পুত্রঃ পিতা চ পুত্রং চ ভারত ॥৪১॥
মত্তাঃ পরিপতন্তি স্ম যোধয়ন্তঃ পরস্পরম্।
পতঙ্গা ইব চাগ্নৌ তে নিপেতুঃ কুকুরান্ধকাঃ ॥৪২॥
নাসীৎ পলায়নে বুদ্ধির্বধ্যমানস্য কস্যচিৎ।
তন্নাপশ্যন্মহাবাহুর্জানন্ কালস্যপর্য্যযম্ ॥৪৩॥
মুসলং সমবষ্টভ্য তস্থৌ স মধুসূদনঃ।
সাম্বং চ নিহতং দৃষ্ট্বা চারুদেষ্ণং চ মাধবঃ ॥৪৪॥

প্রদ্যুম্নং চানিরুদ্ধং চ ততশ্চক্রোধ ভারত।
গদং চ বীক্ষ্য শয়ানং চ ভৃশং কোপসমন্বিতঃ ॥৪৫॥
স নিঃ শেষং তদা চক্রে শার্ঙ্গচক্রগদাধরঃ।
তন্নিঘ্নন্তং মহাতেজা বভ্রুঃ পরপুরঞ্জয়ঃ ॥৪৬॥
দারুকশ্চৈব দাশার্হমূচতুর্যন্নিবোধতৎ।
ভগবন্ নিহতাঃ সর্বে ত্বয়া ভূয়িষ্ঠশোনরাঃ।
রামস্য পদমন্বিচ্ছ তত্র গচ্ছাম যত্র সঃ ॥৪৭॥

**ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং মৌসলপর্বনি কৃতবর্মাদীনাং পরস্পরহননে তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥**

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ মহারাজ! জনমেজয়! নোংমা দ্বারকাগী মীশিংনা অহিং তুম্বদা মখোয়গী মঙ্গদা চপ্ মান্নবা কবি উনখিবগে হায়বদা, কুচ্ কুশিন মুবী, ভৌরোক্ ভৌববা মযা পরেং থিন্দোক্লুনা নোক্লুনা উহন্বী নুপী অমনা নোক্ নোক্লুনা ঈমুংদা চঙ্ঙর্কখি। অসুম্না চংঙক্লগা ফজরবী নুপীশিংদুগী হক্চাং কযাংতু, মঙ্গলগী খুদম্ খুৎ খোঙগী মমশিংদু থিন্গাই হোগায়দুনা মশক্ থীহল্লম্মি। অসুম্না তৌরম্লগা দ্বারকা লম্বী থোং পৃম্নদা কোয়চেল্দুনা মফম খুদিং পৃমযৌ যৌনা চেল্লম্মি ॥১॥ হোম তৌননবা, অগ্নিহোত্রগী শঙনুংদা থম্লিবা যাগযজ্ঞগী থম্লিবা অশেংবা পোচৈর্চাশিংদু অকিবা ফংলবা লাওজাশিংনা পাইশিল্লক্লুনা চারে। বৃষ্ণিগী অন্ধকগী, ভোজবংশগী মীশিংদুগী মখুৎ মখোঙ চিংথক্লুনা চাখি। মায়সু চপ্ মান্ননা মাগী মাগী মঙ্গদা চপ মান্ননা উনাখবনি ॥২॥ অদুদগী ওহাক্ লৈবগা অকিবগী মশক্ পুববা হিংচাবা অমনা মখোযগী মনুংদা মপান্দা থম্লিবা বথগী ফিবাল, ছত্র, য়োৎকী লাম্ফুরিংশিংদু তুমিন্ন লাক্লুনা পুখি চেন্খি ॥৩॥ মাগী নাভী (খোযদৌ)দা বজ্রনা থূপ্লুনা লেঙদনা লৈবা, অদু, য়োন্তুনা শাবা, অদুগুম্বা বজ্র পুবা, বজ্রনাভ বিষ্ণুগী চক্র অদুদি অগ্নিদেবনা কৎখিবনি। অদুগুম্বা চক্রনা অদুবৃষ্ণিতবংশগী মীশিংগী মমাঙমক্তদা নোংমদোনথক্তা পাইখৎখি ॥৪॥ ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী সূর্য্যগী মশেক্ মঙাল্ পুরবা দিব্য রথ অদু দারুক সারথিগী মাঙমক্তদা নোংমদোনথক্তা পাইখৎখ্রে, অদুগা রথগী শগোল মরিদুনা সমুদ্রগী ঈমায়থক্তা অদুম্ চেনখ্রে ॥৫॥ রামকৃষ্ণ অনীগী মকোক্-ব ক্লুনা খকপ্লা, সেবা পূজা তৌবা, গরুড়গী মুত্তি য়েক্পা গরুধ্বজ-ফিবাল্ অদুবু অপ্সরাশিংনা নোংমদোলথক্তা পংনা পুখৎখ্রে। হায়রিবা ঘট্না উৎপাত ময়ামসি মঙওই হা ওই অসুম উশিল্লকপদুনা দ্বারকা মীযাম্না - চংলো চংগি তীর্থদা - করিনো অমা থোক্লদৌবে হায়নরক্লে ॥৬॥ পুরুষবৃষ্ণিত অদুগা অন্ধকগী মহারথিশিংদু মাগী মাগী পারিবার পূম্বগা লোয়ননা তীর্থযাত্রাগীদমক্ শেম্ শাখ্রে। দ্বারকা থাদোক্লুনা চৎখ্রসি হায়না লেপ্লখ্রে ॥৭॥ ফিরোল্, অচাথক্ পূম্না থোং থাক্লুনা শেম শাদুনা থম্মখি ॥৮॥ দ্বারকাগী ফিজেৎ লৈতেংনা নীংথিজববা অকম্বাশিং অদু মাগী মাগী খোঙবু লাম্নীশিংগী লোযননা শগোলথক্তা, শামুথক্তা, রথদা, দোলাইদা তেংদুনা দ্বারকা নগরদগী থোক্খি ॥৯॥ মাগী মাগী মচা-মশূ নুপীশিংগা লোয়ননা লাব্পা যদুবংশগী মীযামদু

প্রভাসতীর্থদা য়ৌরকুনা, মাগী মাগী লৈফম্ শেম্দুনা লৈনখি । অচাথক্ অথুম্ অহাউ ৱাত্ত পাদনা পুনরক্খি ॥১০॥ মতম্ অসিদা, পরমার্থদৃষ্টি লৈরবা, মহাজ্ঞানী ব্রহ্মবেত্তা উদ্ধবসু ময়ুম্দগী যাত্রা তৌখি ॥১১॥ চৎলম্দাইদা শ্রীকৃষ্ণদগী বিদায় লৌদুনা চৎকে তৌরক্পা উদ্ধববু শ্রীকৃষ্ণনা খাম্খিদে । মরম্দি বৃষ্ণি-যদুবংশগী ধ্বংশ ওইরগদবদু অন্তর্যামী শ্রীকৃষ্ণনা হান্না খঙ্লবনি ॥১২॥ উদ্ধবনা মাগী ব্রহ্মতেজনা, যোগশক্তিনা নোংমদোনথক্তা চৎখিবদু কালচক্রনা কোয়শিন্দুনা লৈরবা ওসি হয়েং খঙ্দ্রবা বৃষ্ণি-অন্ধক-যদুবংশগী মীশিংনা উখি ॥১৩॥ ব্রাহ্মণশিংনা পীজনবা অন্নদান তৌনবা থম্বা অচাথক্শিংদুদা কাল হায়দনু মদিরা-সুরা (যু) ঙাক্তা য়ান্শিন্খিবদুনা, মদিরাগন্ধ (যুনম) না নমথিরবা পোচৈশিংদু ব্রাহ্মণশিংদুদা অমত পীজদনা লংথোক্কুনা য়োংশিংদা পীজখি ॥১৪॥ অদুগী তুংদা য়ৈরক্পা ফুরক্পা পুংশেল যন্ত্রশিংগী তোঙাল্ তোঙাম্বা খোহোক্শিংগা লোয়ননা ময়ায় কারবী জগোই শাবীশিংনা চোং ফল্লদুনা জগোই শাখি । যাদব পাখংশিং অদুনা সুরাপান মদিরাপান তৌদুনা ময়ায় কানদুনা চোংফন্দুনা অমগমগ থেংগাইনদুনা জগোই শাখি ॥১৫॥ শ্রীকৃষ্ণগী মাঙ্ মক্তদা কৃতবর্মাগা লোয়ননা বলরামনা, শিনিবংশগী সাত্যকিনা, গদনা অদুগা বভ্রু না সুরাপান তৌখি । সুরাপান কা হেন্না তৌখিদুনা সাত্যকিসি হারং তুরং তৌদুনা মহা মত্ত ওইখ্রে ॥১৬॥ যাদবশিংগী অসুম্না লৈরিবা যাদব সভা অদুদা সাত্যকিনা কৃতবর্মাদা করেম্নমা নোক্পা ওইনা অপমান - উপহাস তৌদুনা অসুম্না হায়রক্ই ঃ- ॥১৭॥ হায় ! হার্দিক্য নং নত্তবা, অকম্বা ক্ষত্রিয় কনানা, অশিবগী পাওখক্ ওইদুনা তূমদুনা লৈরিবশিংবু থাঙ্না কক্কুনা হাংকদগে ? নংগী নরাল্, নংনা তৌখিবা হিংসাদো, হৌজিক্ যদুবংশগী যাদুশিংনা খঙ্দুনা, য়েংদুনা নরাল্ ঙাক্পিরোই ॥১৮॥ সাত্যকিনা অসুম্না হায়দোরক্পসি তাবদা, রথি অথোইবা অকম্বা প্রদ্যুম্ননা সাত্যকিবু থাগৎখি । চুম্মী, ক্ষমা তৌফম্ থোক্তে হায়না প্রদ্যুম্ননা হায়খি ॥১৯॥ সাত্যকি-প্রদ্যুম্নগী ৱাদু তাবদা কৃতবর্মা অসি শাউমনখিবনা মখুৎ ওইগী খুদোম্নীনা - "হৈ ! নংবুদি তুমিৎ ওইনা উই !" অসুম্ হায়দুনা ৱাতমখি । অদুগা অসুম্না হায়রক্ই ॥২০॥ "হে ! পাপী! শিনিবংশবু চেহ্নবা ! শিজরগে হায়দুনা লাল্ফম্দা ফম্দুনা লৈজরবা ভূরিশ্রবগী ওয়থংবা পাম্বোম্বু কক্খিবা ! খুৎলায় পায়দবা মীবু হাৎপা, হিংসা তৌবা পাপী ! সাত্যকি ! শবীনা মমা লঙনবা ! ঈকায়বা খঙ্দবা ! পাপী নংনা ঐঙোন্দা অসুম্না হায়রিবা করিগীনো ?" ॥২১॥ কৃতবর্মানা হায়বসি হেক্ তাবদা শত্রু পূম্ববু হাৎঙম্বা শ্রীকৃষ্ণসি মৈ থোক্না শাউরক্ই । শ্রীকৃষ্ণনা খারবা মীয়েংনা কৃতবর্মালোম্দা মীৎ-ঈ কানা য়েংখি ॥২২॥ মতম্ অদুদা, সাত্যকিনা অদুঙৈগী সত্রাজিৎকী স্যমন্তক মণি হুরান্বগী থৌদোক্ শ্রীকৃষ্ণদা মণি হুরান্বগী বদনাম্ তৌখিবগী থোইদোকপা ৱারীদু ময়াম্ মমাঙ্দা হায়দোরক্ই । (মণি পাম্বনা কৃতবর্মানা সত্রাজিৎপু হাৎখিবগী ৱারীদু ময়াম্দা তাহর্নখি ) ॥২৩॥ মনুংদা তৌনখিবদু হৌজিক্তা সত্রাজিৎগী মচানুপী সত্যভমানসু এঃ ! অদুরা ! হায়দুনা মৈ থোক্না শাউরক্ই । শ্রীকৃষ্ণনা হোচ্চিন্দুনা কপ্প কপ্পদুনা কৃষ্ণবু কোনখি । মাদুনা শ্রীকৃষ্ণগী অশাউবগী মাত্রাবু অমুক্ হেঙ্গৎহন্খি ॥২৪॥ মৈ থোক্না শাউরবা সাত্যকিনা অসুম্না হায়রক্ই ঃ- নীংথিবী ! সত্যভামা ! য়েংঙু ! দ্রৌপদীগী মচা মঙাবু তুম্লিঙৈদা হাৎখিবা পাপী অসিদা মাদুগী লমন্ খুমগে । পাপীসিনা দ্রোণগী মচা আশ্বথমাগা লৌতুননা মীবু অহিং তুম্মিঙৈদা হাৎপা পাপী অসিগী পূন্সি ওসি লোইশিনবিরগে ॥২৫-২৭॥ অসুম্না হায়রগা শাউরবা সাত্যকিনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লৈবা থাংশাং অদু পায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী মাঙ্দা কৃতবর্মাগী মণক্ কক্খি ॥২৮॥ অদুত নত্তনা কৃতবর্মাগী মীচঙ্ মখৈ থি থিদুনা হাৎখি । সাত্যকিবু থাম্গদবগী শ্রীকৃষ্ণ চেন্শিল্লক্ই ॥২৯॥ মহারাজ ! জনমেজয় ! কাল কৌবা

দেবতানা ঈষ্ছিল্লক্পদগী ভোজ অন্ধককী অকম্বশিংনা সাত্যকিবু কোইশিন্দুনা থম্খি ॥৩০॥ মাদু উবদা, মহাতেজস্বী, শ্রীকৃষ্ণসু কালগী গতিবু মুন্না খণ্ডদুনা শাউখিদে ॥৩১॥ মখোয়পুম্বদু সুরাপান তৌদুনা মত্ত ওইনরক্পা ঙাক্তনি। অচুম-অরাল্ য়েংদ্রবা ঙাক্তনি হায়বসি শ্রীকৃষ্ণ খণ্ডি। অদুদগীদি মখোয়দু অমগমগা কনাগী অফং অফংবা পুখম্না খুজাইনা পায়খৎনদুনা সাত্যকিদা থাজিন্খি ॥৩২॥ সাত্যকিবু অসুম্না তৌবিবা উবদা মৈ থোক্লা শাউরবা রুক্মিনীনন্দন প্রদ্যুম্ন সাত্যকিবু কন্গেহায়দুনা ময়াম্ মরক্ অদুদা চোংশিনখি। প্রদ্যুম্ননা ভোজশিংগা সাত্যকিনা অন্ধকশিংগা মায়োক্লখি। সাত্যকি- প্রদ্যুম্ন অকম্বা অনীসি বিরোধীশিংদুগা কন্না থেংনখি ॥৩৩-৩৪॥ অদুবু সাত্যকি-প্রদ্যুম্ন অনীগী পক্ষদগী বিবোধিশিংগী মশিংনা য়াম্না হেন্খ্রে। অদুনা অনীসি খর থেংনরম্লগা বিরোধিশিংগী মখুত্তা শ্রীকৃষ্ণগী মাঙমক্তা মথৎরায় থাখ্রে। অসিবু উরগা-উরবসু শ্রীকৃষ্ণনা থোইনা শাউখিদে। শীংনা খুদাপ্ অমা ফোয়বগা মখোয়দা লংশিন্খি। শীংনাং মচৈ অমমম্না বজ্র অমমম্ ওইদুনা মখোয়দু তুম্না হাৎখি ॥৩৫-৩৬॥ মতম্ অসিদা কালগী গতিনা ঈন্শিল্লক্লনা অন্ধক, ভোজ, শিনি, অদুগা বৃষ্ণি বংশগী মীশিংদু অমগমগা মুসল (য়োৎকী গদা, য়োচৈ) শিং পায়খৎনদুনা ফুজিন্নখি ॥৩৭॥ মুসলশিংদু লোইথোক্লখ্রবা তুংদা, শীংনাং পাম্বীশিংদু থেক থেক্লনা লংশন্নখি-য়ৈনখি। শীংনাং মচৈ অমমম্না বজ্র অমমম্ ওইখি ॥৩৮॥ নিংথৌ! জনমেজয়! শীংনাংদি লায়রদুনা, নাপী মনা অমতনসু মখোয়গী বজ্রগী মশক্ ওইখি। মসি ব্রহ্মশাপ ফংখিবদগীনি। থক্ চিংননু ॥৩৯॥ অদুনা শীংনাং পাম্বী লোইনা ফুক্ ফুক্লনা লংশিন্নরক্পদসু মখোয়দা মুসল অমমগুম ওইনা থোক্খি। মুসলশিং অসি মমাঙৈ মুনিশিংবু লঙনগে হায়দুনা সাম্বনা মবুঙা ফুম্খিবদুগী মচেৎ মকুপ্শিং অদুনা শীংনাং পাম্বী অমমম্ ওইনা সমুদ্র মপান্দা হৌখিবনি ॥৪০॥ ভরত নন্দন! নিংথৌ! জনমেজয় ! অদুগুম্না মুসলশিং (নাপী- শীংনাং) অদু পায়খৎনদুনা মপানা মচাবু, অদুগা মচানা মপাবু হাৎনখি। তৃমিং কাঙ-মৈবাম্বী মপৈ মপৈনা মৈনুংদা পাইশিন্নগুম্ অদুগুম্না কুকুর বংশ, অন্ধক বংশগী মীশিংদু অমনা অমগী মনাক্তা পাইশিন্-ফুজিন্নখি ॥৪১-৪২॥ পাইশিন্নরিবা-ফুজিন্নরিবশিংদুগী পুক্লিংদা চেহ্লোক্খিনবগী রাখল অসি কবিমত পোক্লখিদে। মতম্ কৌবা লাইগী খোংচৎ (কালপারিবর্তন) পু খঙনা শ্রীকৃষ্ণনা, মখোয়না তৌনারিবদু মুসলনা ওইখিবা শীংনাং পাম্বীশিংদুদা ঙারদুনা লেপ্লুনা অসুম্ য়েংদুনা লৈখি ॥৪৩॥ ভারত! নিংথৌ! জনমেজয়! শ্রীকৃষ্ণসু মচা সাম্ব, চারুদেষ্ণ, প্রদ্যুম্নবু অদুগা মশূ অনিরুদ্ধবু হাৎ শিখিবদুদা মৌব থোক্লা শাউখি ॥৪৪॥ মনাওনিপা অতোম্বা গদ না লান্ফম্ লৈমায়থক্তা তুমিন্না তাদুনা লৈবদু উবদা মৈ থোক্লা শাউদুনা, শার্ঙ্গধনুর্ধাবী, চক্রধারী, গদাধর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা লৈহৌরিবা যাদবশিংদু লোইনা সংহার তৌখি॥৪৫॥ য়েক্লববু তুম্না হাৎঙম্বা বভ্রনা অদুগা দারুকগা অনীনা যাদবশিংবু তুম্না হাৎখ্রবা শ্রীকৃষ্ণদা অসুম্না হায়রক্ই ঃ- ॥৪৬॥ ভগবান্! হৌজিক্ তুম্না হাৎখ্রে। হৌজিক বলরামজী কদোম্দা লেঙ্খ্রবনো খঙহৌদে। অদুনা ঐখোয় অনী থৌগল তৌজগে, বলদেবজী থিবিরু ॥৪৭॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা মৌসলপর্বদা কৃতবর্মানশিংগী সংহারপর্বদা অহুমশুবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-o

# মণিপুরী মহাভারত

## মৌসলপর্ব

## চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

(দারুকনা হস্তিনাপুরদা চংখিদুনা থৌদোক্ পৃন্না তম্মুবা। বভ্রুগী মৃত্যু। শ্রীবলরাম শ্রীকৃষ্ণ অনীগী পরমধামগতি।)

### মরিশুবা অধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ
ততো যযুর্দারুকঃ কেশবশ্চ, বভ্রুশ্চ রামস্য পদং পতন্তঃ।
অথাপশ্যন্ রামমনন্তবীর্য্যং বৃক্ষেস্থিতং চিন্তয়ানং বিবিক্তে ॥১॥
ততঃ সমাসাদ্য মহানু ভাবং, কৃষ্ণস্তদা দারুকমন্বশাসৎ।
গত্বা কুরূন্ সর্বমিমং মহান্তং শংসস্ববধং যদূনাম্ ॥২॥
ততোঽর্জুনঃ ক্ষিপ্রমিহোপযাতু শ্রুত্বা মৃতান্ যাদবান্ ব্রহ্মশাপাৎ।
ইত্যেবমুক্তঃ স যযৌ রথেন, কুরূংস্তদা দারুকোনষ্টচেতাঃ ॥৩॥
ততো গতে দারুকে কেশবোঽথ দৃষ্ট্বান্তিকেবভ্রুমুবাচ বাচ্যম্।
স্ত্রিয়ো ভবান্ রক্ষিতুংযাতু শীঘ্রং নৈতাহ হিংস্যুর্দস্যবো বিত্তলোভাৎ ॥৪॥
স প্রস্থিতঃ কেশবেনানুশিষ্টো মদাতুবো জ্ঞাতিবধার্দিতশ্চ।
তং বিশ্রান্তং সংনিধৌ কেশবস্য দুরন্তংমেকং সহসৈবা বভ্রুম্ ॥৫॥
ব্রহ্মানুশপ্তমবধীন্মহৎ বৈ কূটে যুক্তং মুসলং লুব্ধকম্য।
ততোদৃষ্টা নিহতং ব্রভ্রুমাহ কৃষ্ণোঽগ্রজং ভ্রাতরমুগ্রতেজাঃ ॥৬॥
ইহৈব ত্বং মাং প্রতিক্ষস্ববাম সাবৎস্ত্রিয়ো জ্ঞাতিবশাঃ করোমি।
ততঃ পুরীং দ্বারবতিং প্রবিশ্য জনার্দনঃ পিতরং প্রাহবাক্যম্ ॥৭॥
স্ত্রিয়ো ভবান্ বক্ষতু নঃ সমগ্রা ধনঞ্জয়স্যাগমনং প্রতীক্ষন্।
রামোবনান্তে প্রতিপালয়ন্মামান্তেদ্যাহং তেন সমগমিষ্যে ॥৮॥
দৃষ্টং ময়েদং নিধনং যদূনা রাজ্ঞাং চ পূর্বং কুরুপুঙ্গবানাম্।
নাহং বিনা যদুভির্যাদবানাং পুরীমিমাশকংদ্রষ্টুমদ্য ॥৯॥
তপশ্চরিষ্যামি নিবোধ তম্মে রামেণ সার্ধং বনমভ্যুপেত্য।
ইতীদমুক্ত্বা শিরমাচ পদৌ সংস্পৃশ্য কৃষ্ণস্তুরিতো জগাম ॥১০॥

ততো মহান্ নিনদঃ প্রাদুরাসীৎ সস্ত্রীকুমারস্য পুবস্যতস্য ।
অথাব্রবীৎ কেশবঃ সংনিবর্ত্য শব্দং শ্রুত্বা যোষিতাং ক্রোশতীনাম্ ।।১১।।
পুরীমিমামেষ্যতি সব্যসাচী স বোদুঃ খাগ্নোচয়িত্বা নরাগ্র্যঃ ।
ততো গত্বা কেশবস্তং দদর্শ রামং বনেস্থিতমেকং বিবিক্তে ।।১২।।
অথাপশ্যৎ যোগযুক্তস্য তস্য নাগং মুখান্নিশ্চরন্তং মহান্তম্ ।
শ্বেতং যযৌ স ততঃ প্রেক্ষ্যমাণো মহার্ণবো যেনমহানুভাবঃ ।।১৩।।
সহস্রশীর্ষঃ পর্বতাভোগবর্ষ্মা রক্তাননঃ স্বাং তনুংতাং বিমুচ্য ।
সম্যক্ চ তং সাগরঃ প্রত্যগৃহ্ণন্নাগা দিব্যাঃ সরিতশ্চৈব পুণ্যাঃ ।।১৪।।
ককোর্টকৌবাসুকিস্তক্ষকশ্চ পৃথুশ্রবা অরুণঃ কুঞ্জরশ্চ ।
মিশ্রীশঙ্খঃ কুমুদঃ পুণ্ডরীকস্তথানাগো ধৃতরাষ্ট্রো মহাত্মা ।।১৫।।
হ্লাদঃ ক্রাথঃশিতিকণ্ঠোগ্রতেজা স্তথানাগৌ চক্রমন্দাতিষণ্ডৌ ।
নাগশ্রেষ্ঠো দুর্মুখশ্চাম্ববীষঃ স্বয়ং রাজা বরুণশ্চাপি রাজন্ ।।১৬।।
প্রত্যুদগম্য স্বাগ তেনাভ্যনন্দং স্তেঽপূজয়ংশ্চার্ঘ্য পাদ্যক্রিয়াভিঃ ।
ততো ভ্রাতরি বাসুদেবো জানন্ সর্বা গতয়ো দিব্যদৃষ্টিঃ ।।১৭।।
বনে শূন্যে বিচরংশ্চিন্তযানো ভূমৌ সংবিবেশাগ্র্যতেজাঃ ।
সর্বং তেন প্রাক্তদা বিত্তমাষীৎ গান্ধার্য্যা যৎ বাক্যমুক্তঃ সপূর্বম্ ।।১৮।।
দুর্বাসসা পায়সোচ্ছিষ্টলিপ্তে যচ্চাপ্যুক্তং তচ্চসস্মাব বাক্যম্ ।
সচিন্তয়ন্নন্ধক বৃষ্ণিনাশং কুরুক্ষয়ং চিব মহানুভাবঃ ।।১৯।।
মেনে ততঃ সংক্রমণস্য কালং ততশ্চকারেন্দ্রিয়সংনিরোধম্ ।
তথা চ লোকত্রয়পালনার্থামাত্রেয়বাক্য পরিপালনায় ।।২০।।
দেবোঽপিসন্ দেহবিমোক্ষহেতোর্ণিমত্তমৈচ্ছৎ সকলার্থ তত্ত্ববিৎ ।
স সংনিরুদ্ধেন্দ্রিয় বাঙ্‌মনাস্তু শিশ্যেমহা যোগমুপেত্য কৃষ্ণঃ ।।২১।।
জরাঽথতং দেশমুপাজগাম লুব্ধস্তদানীং মৃগলিপ্সুরুগ্রেঃ ।
স কেশবং যোযুক্তাংশরানং মৃগাসক্তো লব্ধকঃ সায়কেন ।।২২।।
জরাবিধ্যৎ পাদতলেত্বরাবাংস্তং চাভিতস্তজ্জিঘৃক্ষুর্জগাম ।
অথাপুরুষং যোগযুক্তং পীতাম্বরং লুব্ধকোঽনেকবাহুম্ ।।২৩।।
মত্বাংত্মানং ত্বপরাদ্ধং ত্বপরাদ্ধং স তস্য ।
পাদৌ জরা জগৃহে শংকিতাত্মা । আশ্বাসয়ংস্তং মহাত্মা তদানীং
গচ্ছন্নুর্ধ্বং রোদসী ব্যাপ্য লক্ষ্ম্যা ।।২৪।।
দিবং প্রাপ্তং বাসবোঽথশ্বিনৌ চ রুদ্রাদিত্যা বসবশ্চাথ বিশ্বে ।
প্রত্যুদ্যযুর্মুনয়শ্চাপি সিদ্ধা গান্ধর্ব মুখ্যাশ্চ সহাপ্সরোভিঃ ।।২৫।।

ততো রাজন্ ভগবানুগ্রতেজা নারায়ণঃ প্রভাবশ্চাব্যয়শ্চ।
যোগাচার্য্যো রোদসী ব্যাপ্য লক্ষ্ম্যা স্থানং প্রাপ স্বং মহাত্মা প্রমেয়ম্ ॥২৬॥
ততো দেবৈর্ঋষিভিশ্চাপি কৃষ্ণঃ সমাগতশ্চারণৈশ্চৈব রাজন্।
গন্ধর্বাগ্র্যৈরপ্সরোভির্বরাভিঃ সিদ্ধৈঃ সাধ্যৈশ্চানতৈঃ পূজ্যমানঃ ॥২৭॥
তং বৈ দেবাঃ প্রত্যনন্দন্ত রাজন্ মুনিশ্রেষ্ঠা বাগ্‌ভিরানর্চুরীশম্।
তং গন্ধর্বাশ্চাপি তস্থুঃ স্তুবন্তঃ প্রীত্যা চৈনং পুরুহূতোঽভ্যনন্দৎ ॥২৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং মৌসলপর্বনি শ্রীকৃষ্ণস্বলোকগমনে চতুর্থোঽধ্যায়ঃ ॥

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! অদুগী তুংদা, দারুক, বভ্রু, অদুগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অহম্ অসি বালরামগী খোঙ্গুল লীদুনা, খোংদাফম, পদাচিহ্ন য়েং য়েংদুনা চৎখি। খর চৎলগা, চাংদমনিঙাই লৈতনা কল্লবা বলরামজীসি উ অমগী উখাদা তৃমিন্না ধ্যান তৌদুনা ফমদুনা লৈবদু উখি। অচীক্পা মফম অদুদা পদ্মাসনদা ফমদুনা ধ্যানমগ্ন ওইদুনা লৈবদু অহম্দুনা উখি ॥১॥ শ্রীকৃষ্ণনা দারুকদা অসুম্না হায়খি ঃ- দারুক ! নহাক্ য়াম্না থুনা যাংনা কুরুদেশগী রাজধানী হস্তিনাপুর তান্না চৎখিদুনা, যাদুবংশগী যাদবশিংনা মৃত্যুদশা ফংদুনা চৎনখিবা পাউ অসে অর্জুনদা তাহল্লু ॥২॥ ব্রাহ্মণশিংগী শাপনা যদুবংশনা মুংখিবগী পাউ তাহল্লবগা অর্জুনবু থুনা য়াংনা দ্বারকা লাক্লবা হায়রু। শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং অসি ফংবদা দারুক রথ মথক্তা তোংখল্লুনা হস্তিনাপুর তান্না চৎখি। দারুকসু ওহোক্লা নুঙাইতনা, জ্ঞান ইতা তাদবগুম্না চৎখি ॥৩॥ দারুকনা অসুম্না চৎপ্রবা তুং অসিদা বভ্রুদা অসুম্না হায়কই ঃ- বভ্রু ! দ্বারকাদা লৈহৌরবা নুপীশিংদুবু ঙাক্শেন্নবা দ্বারকদা চৎপিয়ু। ডাকুশিংনা অত্যাচার তৌদুনা লাল্ পান্বদগী অঙাং নুপীশিংদু হাংপিখিদনবা খুকুউ কন্না শেম্বীয়ু ॥৪॥ শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং অসি ফংবদা বভ্রু অসি দ্বারকা দা চৎখি। মহাক্ মশামকসু মদিরা পান (সুরাপান) তৌরুবগী মত্ত ওইদুনা চংখিবনি। অদুগা শাংগে-নাতৈ, মরূপ-মপাং লোইনা তুম্না শিখিবগী ব্রাবনা চীম্বান্ ব্রক্ ব্রক্ ব্রক্ কংনা চৎখি। খরা চৎলগা গুহাক্ পোথারিঙৈদা ব্রহ্ম শাপকী প্রভাবনা, কনাগুম্বা ব্যাধ (শাদাম্বা) অমনা তেঞ্জিন্দা মুসল মচেৎ অতূম্না অমা পান্শিন্দুনা হাপ্চিন্দুনা কাপ্লক্পদা মাদু পান্দুনা বভ্রু অদু খুদক্তা মথ্রায় থাখি। অশোম্দা শ্রীকৃষ্ণনা চংশিন্দুনা ময়াম্বুং বলরামদা অসুম্না হায়খি ঃ- ॥৫-৬॥ য়াম্বুং ! বলদেবজী ! অসিদা গুহাক্ পোথাদুনা ঐনা লাকত্রিফাওবা ঙাইবিরম্মু। ঐ দ্বারকাদা লৈহৌরিবা নুপী-অঙাংশিংদু অমুক্তা য়েংজরুখিগে। অসি হায়রম্লগা দ্বারকা তান্না চৎখিদুনা পিতা বসুদেবদা অসুম্না পাউদম্খি ঃ- ॥৭॥ পাবুং ! অর্জুন লাকনি। মাদু ঙাইদুনা লৈবিরম্মু। নুপী-অঙাংপুম্বা মহাক্লা ঙাক্শেল্লগনি। য়াম্বুং বলদেবদু ঐবু বনদা ঙাইদুনা লৈহৌরি। অমুক্তা উনহৌরুগে ॥৮॥ যদুবংশগী অকম্বা পূম্নমক্না তুম্না মাংখিবদু ঐ ঈমিংমক্না উজরুরুবনি। ঐগী ঈমাঙমক্তদা থোক্খিবা থৌদোক্তি। মমাঙৈদা কুরুক্ষেত্রগী লাল্ফমদা কুরুবংশনা মুংখিবা-হাংনখিবসু উরে। বৃষ্ণিবংশনা মুংখিবসু ঈমিংনা উজরক্লে। অদুগা যাদবশিং অকম্বশিংদুগী সহায়তা (মতেং) লৌদনা ঈশ্বরনা দ্বারকাবু ঙাক্-শেন্বা য়াম্না ব্রানা

থোক্কনি ।।৯।। ঐনা হৌজিক্ তৌগে খল্লিবসি তাবিয়ু । বনদা চংখিদুনা য়াম্নুং বলদেবগা তপস্যা তৌমিন্নরক্‌খিগে। অসি হায়রম্লগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসি বাসুদেবদা চরণ শোক্লা খুরুম্লগা য়াঙনা বনলোম্‌দা চংল্রে ।।১০।। যাদুবংশগী বৃষ্ণিবংশগী পুম্নমক মুংখিবা-শিখিবগী পাউ অসি মথং মথং তানরক্‌পদা দ্বারকা নগরদুগী নুপী-অঙাং পুম্নমক কপ্পা-লাউনরক্‌পগী খোঞ্জেন্না পূম্‌নিন্ নিখি। খোঞ্জেশিংদু তাবদা শ্রীকৃষ্ণসি খোং থাংবা য়াদদুনা অমুক হঞ্জিল্লক্তুনা মখোয়বু অসুম্ হায়না থেম্‌জিন্‌খি ।।১১।। নখোয় করিমত ল্বাগনু । হস্তিনাপুরদগী অর্জুন লাক্কনি। নখোয়বু ঙাক্‌শেল্লনি। তৌগদবা থবক্ পূম্বা মঙোন্দা খঙ্‌হন্‌থ্রবনি। ল্বাহৈ অমনীসি হায়রম্লগা শ্রীকৃষ্ণসি থুনা য়াঙ্‌না লেঙখি। বনদা ধ্যান তৌদুনা লৈবা বলদেবসু দর্শন তৌখি ।।১২।। শ্রীবলদেবজী অসি তৃমিন্ন মীৎ অনী উশিন্দুনা ধ্যান তৌদুনা লৈরম্মী। চাউর-শাংলবা, ঙৌরোক্ ঙৌবা লিল্ অমা বলদেবগী চিন্দগী-য়ানুংদগী মরী মরী থোরক্তুনা সমুদ্র পাঙনা চংখিবদু শ্রীকৃষ্ণনা ঈঙক্ ঙক্লা উখি। তৃমিন্না য়েংদুনা লৈখি ।।১৩।। সংকর্ষণ বলদেবনা হান্না হক্‌চাংবু থাদোক্তুনা, হৌজিক্ ওইরিবা নাগরূপ (লিল্ মওং) অসিদা পোক্‌খিবনি। নাগ (লিল্) অনি মকোক্ মতোক্ লিশিং অমা পাল্লি। মহাক্কী মশাদু চীংলাইগুম চাউ শাংঙি। বলদেবগী চিন্দগী সমুদ্রগা ঈশম্ াম্নরবনি । তোরক্‌লিবখৈ লোইবা খম্বা লৈখিদে । সমুদ্রনা মূর্তি নাইনা চোংথোরক্তুনা অনন্তশেষনাগমক্লি হায়না খঙদুনা স্বাগত তৌখি । পূজা তৌখি ।।১৪।। নিংথৌ ! জনমেজয় ! কর্কোটক, বাসুকি.তক্ষক, পৃথশ্রবা, অরুণ, কুঞ্জর, মিশ্রী, শঙ্খ, কুমুদ, পুণ্ডরীক, মহামনা, ধৃতরাষ্ট্র কৌবা নাগ, হ্রাদ, ক্রাথ, শিতিকন্ঠ, উগ্রতেজা. চক্রমন্দ, অতিষণ্ড, নাগ অথোইবা দুর্মুখ, অম্বরীষ নাগশিংসিনা অদুগা বরুণদেবতা মশামক্লা অনন্তশেষ অদগী স্বাগৎ তৌখি ।।১৫-১৬।। হায়রিবা নাগলোকশিংসিনা বলদেবজীগী য়ানুংদগী থোকখিবা অনন্তশেষবু পূজাদ্রব্য-সামগ্রী মখল মখল্লা পূজা তৌখি। বলবামনা পরমধাম্‌দা লেঙখিবদু উবদা, তুংগী ল্বা থৌদোক্ পূম্বা হান্না উর-খঙ্‌লবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ঐনা কম্‌দৌবা, করি করি ল্বাংলি তৌদব অসুম্না বিচার তৌদুনা বনদা কোংচৎ চত্লনা লৈখি। মমাঙেদা থোক্‌খিবা থৌদোক্ পূম্বা নীংশিংগুকই ।। ১৭-১৮।। ক্ষীরগী লুখাক্‌পু হকচাংদা তৌশিন্‌খিবা মতম্‌দা দুর্বাসানা হায়খিবা ল্বাদুসু নীংশিংখি । গুহাক লৈবগা ঈকোন কোন্না থোকখিবা অন্ধক. বৃষ্ণি, কুরুবংশগী বিনাশশিংদু নীংশিংতুবদা পূক্লিং ঈন্দ্রয়পূম্নবু লাকশিন্দুনা মহানুভব ওইরবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা গুহাক্তং চিন্তা তৌদুনা লৈখি ।।১৯।। লোক অহুমগী রক্ষা, দুর্বাসাগী বচন পাঙথোকপিরম্‌গে হায়বগী অদুগা পরমধামদা চংখিনবগী মতম্‌দু য়ৌরক্লে হায়না খঙদুনা ঈন্দ্রয়পূম্না সংযম তৌদুনা ধ্যান তৌদুনা লৈখি ।।২০।। জনমেজয় ! ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ হায়বসে ভূত-বর্ত্তমান-ভবিষ্যৎ কী থোয়দোক্‌পা তত্ব পূম্নমক্ খঙ্‌লবা অবিনাশী (অমাঙ অতা লৈত্রবা) দেবতানি । অদুবু ওইনং হকচাংবু নিমিত্তকারণ অমা য়াওদনা থাদোক্লিংদবনা, কনাদা, করিদা নিমিত্ত কারণ ওইনা থম্‌সিগে হায়বসি কূপ্পা বিচার তৌদুনা ধ্যান তৌদুনা চিত্তবৃত্তিপূম্বা নিরোধ তৌদুনা যোগসাধন ওইনা লৈমায়থক্তা চেপ্‌খি । ।।২১।। অসুম্ হায়না লৈরিঙৈদা জরা কৌবা. অকিবগী মশক্ ফংলবা ব্যাধ (শদাম্বা) অমা শজী তাম্বা লাক্‌পদা, ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা চেপ্‌লিবা বন অদোম্‌দা হেক্ লাক্‌ই। শজীগী ল্বাখন্দা তৌদুনা লাক্‌পা শাদাম্বদুনা শ্রীকৃষ্ণবু শজীমক্ ওইরবোই নীংদুনা কাপ্‌শিল্লক্‌পা তেল অদুনা ঙাংঙাংনবা চরণ খুয়াদা পান্‌খি । পানস্লে হায়না খন্দুনা শজীদু ফারুগে হায়না চেল্‌শিল্লপদা চতুর্ভুজ ওইবা শঙ্খচক্রগদাপদ্ম ধারী, পীতাম্বর, শ্রীনারায়ণ (শ্রীকৃষ্ণ) মূর্ত্তিবু উখি। ব্যাধ অদুনা শ্রীভগবান্‌গী মফম্‌দা শাথিনা লান্‌খিবদুদা কিবনা থক্ থক্ নীক্তুনা শ্রীভগবান্‌গী চরণ অনীদা

তুদুনা হীক্লা হীক্লা কপ্‌খি। শ্রীভগবাননা ব্যাধবু থেম্‌জিন্‌খি। অদুগী তুংদা, শ্রীকৃষ্ণ অসি মশেক্‌ মঙান্‌না মায়ংগে পূম্বা, আকাশগীমফম্‌ পূম্বা পূমঙাল্‌ ঙান্‌না নিজধাম-পরমধামদা লেঙখি ॥২৪॥ অন্তরিক্ষদা য়ৌখিবা মতম্‌দা, ইন্দ্র, অশ্বিনীকুমাব, রুদ্র, আদিত্য, বসুদেবতাশিং, বিশ্বেদেব, মুনি, সিদ্ধ-সাধ্য, অদুগা অপ্সরাশিংগা লোয়নবা গন্ধর্বশিংনা চঙ্‌শিল্লক্কুনা ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণবু স্বাগত তৌখি ॥২৫॥ নিংথৌ ! জনমেজয় ! গন্ধর্বশিং অপ্সরাশিংনা পূংশেন-যন্ত্রগী মখোল্লা, সিদ্ধ সাধ্যশিং হবাউনা পূজা তৌগ্রবা তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মহর্ষি-দেবতাশিংগা উন্নখি ॥২৭॥ নিংথৌ ! জনমেজয় ! দেবতা পূম্নমক্না ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণগী অভিনন্দন তৌখি। তরাম্‌ তরাম্না ওক্কুনা লৈশি লৈথোন্‌খি। দেবতাশিং পূম্নমক্কী নিংথৌ ইন্দ্রনা খুরুম্‌দুনা ওক্‌খি।

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা মৌসল পর্বদা শ্রীকৃষ্ণস্বলোকাসনগী মরিশুবা অধ্যায় লোইরে।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## মৌসলপর্ব

### পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ

(অর্জুন না দ্বারকাদা লাক্‌পা। শ্রীকৃষ্ণগী লোয়নবীশিংগী দশা উবদা ৰাবা)

**মঙাশুবা অধ্যায়**

বৈশম্পায়ন উবাচ

দারুকোঽপি কুরূন্‌গত্বা দৃষ্টাপার্থান্ মহারথান্।
আচষ্ট মৌসলে বৃষ্ণীনন্যোন্যেনোবসংহৃতান্ ॥১॥
শ্রুত্বা বিনষ্টান্ বার্ষ্ণেয়ান সভোজান্ধক কৌকুরান্।
পাণ্ডবাঃ শোকসংতপ্তা বিত্রস্তমনসোঽভবন ॥২॥
ততোঽর্জুনস্তানামন্ত্র্য কেশবস্য প্রিয়ঃ সখা।
প্রযযৌ মাতুলং দ্রষ্টুং নেদমস্তীতি চাব্রবীৎ ॥৩॥
স বৃষ্ণিনিলয়ং গত্বা দারুকেন সহ প্রভো।
দদর্শ দ্বারকাং বীরো মৃতনাথামিব স্ত্রিয়ম্ ॥৪॥
যাঃ স্ম তালোকনাথেন নাথবত্যঃ পুরাভবন্।
তাস্ত্বনাথাস্তদা নাথং পার্থং দৃষ্ট্বা বিচুক্রুশুঃ ॥৫॥
ষোড়শস্ত্রীসহস্রাণি বাসুদেবপরিগ্রহঃ।
তাসামীসীন্মহান্ নাদৌ দৃষ্ট্বৈবার্জুনমাগতম্ ॥৬॥
তাস্তু দৃষ্ট্বৈব কৌরব্য বাষ্পেণাপিহিতেক্ষণঃ ॥৭॥
সতাং বৃষ্ণ্যন্ধকজলাং হয়মীনাং রথোড়ুপাম্।
বাদিত্ররথঘোষৌঘাং বেশ্মতীর্থমহাহ্রদাম্ ॥৮॥
রত্নশৈবলসংঘাতাং বজ্রপ্রাকারমালিনীম্।
রথ্যাস্রোতোজলাবতাং চত্বরস্তিমিতহ্রদাম্ ॥৯॥
রামকৃষ্ণমহাগ্রহাং দ্বরকাং সরিতং তদা।
কালপাশগ্রহাং ভীমাং নদীং বৈতরনীমিব ॥১০॥
দদর্শ বাসবির্ধীমান্ বিহিনাং বৃষ্ণিপুঙ্গবৈঃ।
গতশ্রিয়ং নিরানন্দাং পদ্মিনীং শিশিরে যথা ॥১১॥
তাং দৃষ্ট্বা দ্বারকাং পার্থস্তাশ্চ কৃষ্ণস্য যোষিতঃ।
সস্বনং বাষ্পমুৎসৃজ্য নিপপাত মহীতলে ॥১২॥

সাত্রাজিতী ততঃ সত্যা রুক্মিণী চ বিশাম্পতে।
অভিপত্য প্ররুরুদুঃ পরিবার্য্য ধনঞ্জয়ম্ ॥১৩॥
ততস্তং কাঞ্চনে পীঠেসমুখাপ্যোপকেশ্য চ।
অব্রুবন্ত্যো মহাত্মানং পরিবার্য্যোপতস্থিরে ॥১৪॥
ততঃ সংস্তুয় গেবিন্দং কথয়িত্বা চ পাণ্ডবঃ।
আশ্বাস্য তাঃ স্ত্রিয়শ্চাপি মাতুলং দ্রষ্টুমভাগাৎ ॥১৫॥

**ইতি শ্রীমহাভবতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং মৌসলপর্বনি অর্জুনাগমনে পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ ॥**

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! দারুকনা হস্তিনাপুরদা চৎখিদুনা পাণ্ডবশিংগা উনখি। বৃষ্ণি-ভোজ-যদু-অন্ধক বংশগী অকন্বা পূন্বা অমগমগা হাৎনদুনা লোইনা শিখ্রে হায়বা পাউসি তম্‌খি ॥১॥ বৃষ্ণি-ভোজ-অন্ধক-কুকুর বংশগী মী পূন্বা লৈখিদ্রে পাউসি তাবদা পাণ্ডবশিংদু অন্নাবগী ঈপাক্তক লূপ্‌খি। মখোযগী পূক্লিংদা চিংনবা-অকিবা অমসু পোক্‌খি ॥২॥ অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবা মরূপ অর্জুননা মচীন মনাওশিংদা হায়বম্‌দুনা অদুগা মাম বাসুদেব উনকগে হায়না চৎখি। পুবক্লিবা পাউসি অচুম্বা মক্লা হায়বদু খণ্ডদেক্লগে হায়না দ্বারকা তান্না চৎখি ॥৩॥ নিংথৌ ! জনমেজয় ! দারুকগা লোয়ননা চৎখিদুনা, দ্বারকা নগর অদুবু বিধবাস্ত্রী (লুখ্রাবী) অমগুম্না লৈবদু উখি ॥৪॥ মমাঙৈদা লোকনাথ শ্রীকৃষ্ণবু নাথ ওইনা ফংজরবী লোয়নবী লিশিং তরুক্লা দ্বারকাবু ঙাক্‌শেল্লুগে হায়বগী মওংদা লাক্‌পা অর্জুনবু হেক্ উবদা, মযামদু খোঞ্জেল্ হেন্না তেংগা নাওইনা কপ্‌খি ॥৫॥ অর্জুননা লাক্‌পদু উবদা হান্নগী রাবগী মথক্তা অমুক্ হেন্না রানাখ। মখোয়গী মতৌদু উবদা অর্জুনসি মপি ত্রং ত্রং চেন্‌খি। কৃষ্ণ লৈত্রবদা অনাথ ওইরবীশিং অর্জুননা কুইনা য়েংদুনা লৈবা ঙম্‌খিদে ॥৬-৭॥ দ্বারকাপুরী হায়বসি অহান্নদা তুরেল্ অমগুম্ লৈবম্বনি। বৃষ্ণি-অন্ধকবংশগী অকন্বাশিংনা কল্লবা ঈচেল ওইনা চেল্লম্বী তুরেল্ ওইবম্বনি। শাগোল শামু মপৈনা কুম্ভীরচিংবা ঙাগী মতৌ ওইনা ওইবম্বী তুরেলনি। রথবাহনশিংনা হিংগুম্না মথক্তা তাউবম্বী তুরেন্নি। পুংশেল-যন্ত্রশিংগী মখোন্না ঈপোম্ ঈচেন্‌গী মখোল্ ওইনা লৈবম্বী তুরেন্নি। প্রজাশিংগী যুম পূন্নমক্লা ঘাট-তোঁবৈ অমমগুম্না লৈবম্বী তুরেন্নি। তুংদুনা লৈবা মণি-মুক্তা, শাংলবা মরকত মণি মপৈনা ঈশং-চবাং-কঙ্ ওইনা তাউখক্লুনা লৈবন্নী তুরেন্নি। বজ্রগী মতৌগুম্বা (ব্রজমণি) শিতনা সীড়ি চন্দুনা চাবা ঘাট-হিদেন্তাযম্ ঙাক্তা ওইদুনা লৈবন্নী তুরোন্নি। সড়ক গলী মীনা চঙ্‌বা ঈকপ্পদা কিন্নফম্ ওইবা কুম্ভির অনীগী মতৌগুম্না ঈনুংদা লৈবম্বী তুরেন্নি। অদুবু হার্যাবিরশিংসি অমত লৈখিদ্রবদা দ্বারকা কৌবা তুরেল্‌সি যমপুরগী বৈতরনী তুরেল্ মশক্ ওইখ্রে। লীক্লা তাবা ঋতুগী মতম্‌দা শাৎপা থবো-থম্বালশিংগী লৈ-মনানা মক্‌শিন্না তাউথরবী তুরেন্নী মশক্ ওইখ্রে। ঈচেল্ লেপ্‌প্ররবী কংশিনখ্রবী তুরেন্নী দৃশ্যবু উবদুগুম্না দ্বারকাগী তুরেন্নু উবদা আশা-খৌবাংবা পূম্বগী মৈচাক্‌পু পুদুনা য়েংদুনা লৈবা ঙম্‌খিদ্রে ॥৮-১১॥ দ্বারকাগী ওইরম্লিবা অবস্থাবু অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী নীংখিজরবী লোয়নবীশিংদুগী মতৌবু উবগা

অর্জুন অসি হীক্লা হীক্লা কপ্পুনা লৈমায়থক্তা জ্ঞান তাদনা তুথখি ॥১২॥ অর্জুনগী মতৌদু উবদা সত্যভামা-রুক্মিণীনচিংবা শ্রীকৃষ্ণগী লেয়নবীশিংনা অর্জুনগী অকোয়বদা ফম্দুনা মথবাক্ ফুদুনা কপ্লখি ॥১৩॥ মখোয় ময়াম্না কোন্খত্তুনা নীংথিজরবা মোল্লবা আসন (চৌকী) থক্তা ফম্হন্খি। ৱাগী মচেৎ অমত ঙাঙ্নখিদে। তৃমিন্ তৃমিন ফম্দুনা লৈনখি ॥১৪॥ জ্ঞান খর তারক্লবা তুংদা অর্জুননা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী স্তুতিগান তৌখি। ঙহাক্তং অৱাবা ফোঙ্দোক্লরবা তুংদা অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী ঈবেম্মশিংদুবু থেম্জিল্লম্লগা মাগী মামা বাসুদেব উন্নরুগে হায়দুনা চংখি ॥১৫॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা মৌসল পর্বদা অর্জুনাগমনগী মঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## মৌসলপর্ব

### ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ

(দ্বারকাদা বসুদেবগা অর্জুনগা - ভাণ্ডনখিবা মতাং)

### তরুকশুবা অধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ
তংশয়ানং মহাত্মানং বীরমানকদুন্দুভিম্ ।
পুত্রশোকেন সংসপ্তং দদর্শ কুরুপুঙ্গবঃ ॥১॥
তস্যাশ্রুপরিপুর্ণাক্ষো ব্যূঢ়োরস্কো মহাভুজঃ ।
আর্তস্যার্ততরঃ পার্থঃ পাদৌ জগ্রাহ ভারত ॥২॥
তস্য মূর্ধানমাঘ্রাতুমিয়েষান কদুন্দুভিঃ ।
স্বস্রীয়স্য মহাবাহুর্ন শশাক স শত্রুহন্ ॥৩॥
সমালিঙ্গ্যার্জুনং বৃদ্ধঃ স ভুজাভ্যাং মহাভুজঃ ।
রুদন্ পুত্রান্ স্মরন্ সর্বান বিললাপ সুবিহ্বলঃ ॥৪॥
ভ্রাতৃন্ পুতাংশ্চ পৌত্রাংশ্চ দ্রোহিত্রান সসখীনপি ।
বাসুদেব উবাচ
যৈর্জিতা ভূমিপালাশ্চ দৈত্যাশ্চশতশোঽর্জুন ॥৫॥
তান দৃষ্ট্বা নেহপশ্যামি জীবাম্যর্জুন দুর্মরঃ ।
যৌ তাবর্জুন শিষ্যৌ তে প্রিয়ৌ বহুমতৌ সদা ॥৬॥
তয়োরপনয়াৎ পার্থ বৃষ্ণয়ো নিধনং গতাঃ ।
যৌ তৌ বৃষ্ণিপ্রবীরাণাং দ্বাবেবাতিরথৌ মতৌ ॥৭॥
প্রদ্যুম্নো যুযুধানশ্চ কথয়ন্ কৎথসে চ যৌ ।
তৌ সদা কুরুশার্দূল কৃষ্ণস্য প্রিয়ভাজনৌ ॥৮॥
তাবুভৌ বৃষ্ণিনাশস্য সুখমাস্তাং ধনঞ্জয় ।
ন তু গর্হামি শৈনেয়ং হার্দিক্যং চাহমর্জুন ॥৯॥
অক্রূরং রৌক্মিণেয়ং চ শাপো হ্যেবাত্র কারণম্ ।
কেশিনং যত্তু কংসং চ বিক্রম্য জগতঃ প্রভুঃ ॥১০॥
বিদেহাবকরোৎ পার্থ চৈদ্যং চ বলগর্বিতম্ ।
নৈষাদিমেকলব্যং চ চক্রে কালিঙ্গমাগধান্ ॥১১॥

গান্ধাবান্ কাশিবাজং চ মরুভূমৌ চ পার্থিবান্ ।
প্রাচ্যাংশ্চ দাক্ষিণাত্যাংশ্চ পার্বতী যাংস্তথা নৃপান্ ॥১২॥
সোঽভ্যুপোক্ষিতবানে তমনয়াম্মধুসূদনঃ ।
ত্বংহিতংনাবর্দশ্চৈ মুনয়শ্চ সনাতনম্ ॥১৩॥
গোবিন্দমনঘং দেবমভিনীধবমচ্যুতম্ ।
প্রত্যপাশ্যচ্চ স বিভূর্জ্ঞাতিক্ষয়মধোক্ষজঃ ॥১৪॥
সমুপেক্ষিতবান্ নিত্যং স্বয়ং স মম পুত্রকঃ ।
গান্ধার্য্যা বচনং যৎ তদৃষীণাং পবন্তপ ॥১৫॥
তন্ননমন্যথা কর্ত্তুং নৈচ্ছৎ জগতঃ প্রভুঃ ।
প্রত্যক্ষং ভবতশ্চাপি ত্বপোত্রঃ পবংতপ ॥১৬॥
অশ্বত্থামা হতশ্চাপি জীবিন্তস্য তেজসা ।
ইমাংস্তু নৈচ্ছৎ স্বাঞ্জ্ঞাতীন্ বক্ষিতুং চ সখাতব ॥১৭॥
ততঃ পুত্রাংশ্চ পৌত্রাংশ্চ ভ্রাতৃনথ সখীংস্তথা ।
শযানান্ নিহতানত দৃষ্ট্বা ততো মামব্রবীদিদম্ ॥১৮॥
সম্প্রাপ্তোঽদ্যাযমস্যান্তঃ কুলস্য পুরুষর্ষভ ।
আগমিষ্যতি বীভৎসুবিসাং দ্বাববতীং পুবীম্ ॥১৯॥
আখ্যেযং তস্যযৎবৃত্তং বৃষ্ণীনাং বৈশসংমহৎ ।
সতু শ্রুত্বা মহাতেজা যদূনাং নিধনং প্রভো ॥২০॥
আগন্তা ক্ষিপ্রমেবেহ ন মেঽত্রাস্তি বিচাবনা ।
যোঽহং তমর্জুনং বিদ্ধি যোঽর্জুনঃ সোঽহমেবতু ॥২১॥
যৎ ব্রুযাৎ তৎ তথা কার্য্যমিতি বুদ্ধ্যস্ব মাধব ।
স স্ত্রীষু প্রাপ্ত কালাসু পাণ্ডবো বালকেষু চ ॥২২॥
প্রতিপৎস্যতি বীভৎসুর্ভবতশ্চৌধর্বদেহিকতম্ ।
ইমাং চ নগবীং সদ্যঃ প্রতিযাতে ধনঞ্জযে ॥২৩॥
প্রাকাবট্টালকোপেতাং সমুদ্রঃ প্লাবযিষ্যতি ।
অহং দেশেতু কস্মিংশ্চিৎ পুণ্যে নিযমমাস্থিতঃ ॥২৪॥
কালংকাঙ্ক্ষে সদ্য ত্রব বামেণসহ ধীমতা ।
এবমুক্ত্বা হৃষীকেশো ময়াচিন্ত্যপবাক্রমঃ ॥২৫॥
হিত্বা মাং বালকৈঃ সার্ধং দিশং কামপ্যগাৎ প্রভুঃ ।
সোঽহং চ মহাত্মানৌ চিন্তযন ভ্রাতবৌ তব ॥২৬॥
ঘোবংজ্ঞাতিবধং চৈব ন ভজ্ঞে শোককর্শিতঃ ।
ন ভোক্ষ্যে ন চ জীবিষ্যে দিষ্ট্যা প্রাপ্তোঽসি পাণ্ডব ॥২৭॥

যদুক্তং পার্থ কৃষ্ণেন তৎ সর্বমখিলং কুরু।
এতৎতে পার্থ রাজ্যং চ স্ত্রিয়ো রত্নানি চৈবহি।
ইষ্টান্ প্রাণানহং হীমাংস্ত্যক্ষ্যামি রিপুসূদন ॥২৮॥

ইতি শ্রমহাভারতে শতসাহস্যাং সংহিতিয়াং বৈয়াসিক্যাং মৌসলপর্বনি অর্জুনবসুদেব সংবাদে ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ ॥

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ- নিংথৌ! কুরুশাগেগী অথোইবা, মাগী মামা বাসুসেবগী য়ুম্‌দা থুংখিদুনা করি উখিবগে হায়ববু ঃ - মহাত্মা বসুদেবসি মচা কায়নবগী ৱাবনা লৈমায়থক্তা তাদুনা জ্ঞান তাদনা লৈরম্মী ॥১॥ ভরতনন্দন ! নিংথৌ ! জনমেজয় ! মপান্নোম্ চাউরবা, মথবাক্ কল্লবা অর্জুন অসি মামনা তৌরম্লিবা মতৌদু উবদা ওহোক্লা ৱাখি। অর্জুননা মপি ত্রং ত্রং চেন্না বাসুদেববু কোন্‌খৎখি ॥২॥ য়েক্লবা ওন্বা নিংথৌ ! জনমেজয়! মহাবহু অহল ওইরবা আনকদুন্দুভি (বাসুদেব)না মন্ধাক্ অর্জুনগী কোমক্তা নান্দুনা মনম্ নম্মিংবনি। অদুবু শোন্‌খিবনা ঙম্‌খিদে ॥৩॥ অহল্ ওইরবা মতম্ অমদা কল্লবা বসুদেবনা, মপান্নোম্ অনী তপ্না শোল্লিমাল্লি তিংথোক্তুনা অর্জুনগী মথবাক্তা কোল্লি। অর্জুনবু হেক্ কোম্বদা শিখিবা মচামশৃশিং লোইনা নীংশিংলক্তুনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্‌থোরক্‌ই। মচীন-মনাও, মচা-মশূশিংনা হায়রম্বা, ঙাঙম্ব-শক্লম্বা, তৌবম্বা থবক্ মযামদু অসুম্‌সুম্ নীংশিংলক্তুনা কপ্‌খি ॥৪॥ কপ্না কপ্না মপি ত্রং ত্রং চেন্না বসুদেবনা অর্জুনদা অসুম্না হায়রক্‌ই ঃ- অর্জুন ! অকম্বা দৈত্যদানব কয়া কয়াবু হাৎখিবা, কল্লবা নিংথৌ কয়া কয়াবু মায়থিবা পীখিবা ঈচাদো উদ্রে। অদুবু প্রাণ বায়ুসে হৌজিক্ ফাওবা হক্‌চাংদগী মপান্ থোক্‌খিদ্রি। ঐনা সুম্ খম্বদা শিবা (মৃত্যু) হাযবদো ঐগী লাইবক্তা তম্মদ্রমলল্লে ॥৫॥ অর্জুন ! নংগীদি শিষ্য ওইবা, সাতাকি-প্রদ্যুম্ন অনীগী অন্যায়যুদ্ধদগী বৃষ্ণিবংশগী পূম্নমক্ লোইনা শিখ্রে ॥৬॥ কুরুশ্রেষ্ঠ ! ধনঞ্জয় ! বৃষ্ণিবংশগী কল্লবশিংগী অতিবর্থীনি হায়না ময়াম্না খঙনখ্রবা অর্জুন ! নশামক্সু থাগৎপিখ্রবা, শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিনফম্ ওইরবা, প্রদ্যুম্ন-সাত্যকি অদুনা বৃষ্ণিবংশী পূম্না মূৎননবগী মবম্ ওইখ্রে ॥৭-৮॥ অদুগা, অর্জুন ! বিষয়-থৌদোক্ অসিদা, সাত্যকি, কৃতবর্মা, অক্রুব অদুগা প্রদ্যুম্নবু নিন্দাদি তৌনিংদে। মরম্দি থোক্‌খ্রিবা থৌদোক্ অসে, ঋষিব্রাহ্মণশিংগী শাপতগী থোক্‌খিবনি। অদুনা থৌদোক্ অসিগী প্রধান ওইবা নিমিত্তকারণদি ব্রহ্মশাপ নি ॥৯॥ কুন্তীনন্দন ! ঈচা ওইনা লৈবম্বা, জগদীশ্বর অদুনা কেশী, কংশবু মায়াদেহগী বন্ধনদগী মুক্তী ওইহন্‌বিখিবা, কল্লি হায়দুনা নাপল্ তৌবম্বা চেদিরাজ শিশুপালবু নিষাদগী মচা একলব্যবু কলিঙ্গরাজাবু মগধনিবাসী ক্ষত্রিয়শিংবু গান্ধার, কাশীরাজ, অদুগা মরুভুমিগী কল্লবা নিংথৌশিংবু, পার্বতীয় অকম্বশিংবু যমালয়দা থাখিবা অদুগুম্বা মধুসূদন শ্রীকৃষ্ণনা, মুনিঋষিশিংবু লঙ্ঙনরুবা অঙাং খরবু মৃত্যুগী নিমিত্ত কারণ-পাউথোংফম ওইহন্‌খিবদু, মহাক্লা থোকহল্লোই, ওইহল্লোই হায়ববদি অদুম্ মংঙমখিবনি। অদুবু থোইনা থৌশাখিদে। ব্রহ্মশাপকী প্রভাব-মর্য্যাদা ঙাক্‌পিবনা মাগী মথৌ ওইহন্‌খি ॥১০-১২॥ অর্জুন ! নং নশামক্লা দেবর্ষি নারদনা, অদুগা মহর্ষিশিংনা শ্রীকৃষ্ণদবু পাপ্‌কী মরিক্ অমতনা চঙম্‌দবা, সনাতন,অচ্যুত পরমেশ্বরমক্কি হায়রিবনি। অদুবু অদুগুম্না সবর্ব্যাপী, অধোক্ষজ,

অদুনা ইহলোককী মাগী শাগৈ-নাতৈনা মুৎখিবদো, হাৎনখিবদো, অদুম য়েংদুনা, ভাবক্ ওইদুনা লৈখি ।।১৩-১৪।। পরংতপ ! অর্জুন নাহক্কী নশূ পরীক্ষিৎ অসি অশ্বত্থামাগী ব্রহ্মাস্ত্রনা থারক্খিবদগী মমাগী গর্ভদগী শিনা তাবক্খিবনি । অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা হিংগৎহন্‌খিবনিদো । নখোয়না উখিবদুনি । কনাগী ব্রহ্মশাপ, ব্রহ্মাস্ত্রনা মাঙোন্দা কবিসু তৌবা ঙম্‌খিদে । ব্রহ্মাস্ত্রগী মমায় ঙাক্‌পিখিদে । অদুগুম্না ব্রহ্মশাপকী মমায় ঙাক্‌পিদদুনা মাগী শাগৈ-নাতৈবু, মশূবু কন্‌বিবা ময়াবম্বনি । অর্জুন য়েংঙু ।।১৫-১৬।। নংগী চানজববা সখা-ফালগুনসখা কৃষ্ণনা মাগী মচা মশূশিংবু কন্‌বিবম্‌দে । কন্‌বিগে খন্‌খিদে । মযাম্না অসুম্না শিনখ্রবতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ঐঙোন্দা লাক্তুনা হাযবম্বদো তাও ।। ১৭-১৮।। নিপা অথোইবা পিতাজী ! ঙসি, ঐখোযগী শাগৈ-নাতৈ ঈচা-ঈশূ লোইনা তুমখ্রে । হস্তিনাপুবদগী অর্জুন লাক্কনি । মহাক্ লাক্লগা মাঙোন্দা থৌদোক্ পূম্বা তম্‌বিযু তাহন্‌বিযু ।।১৯।। অদুগা পিতাজী ! পাউ অসি অর্জুননা তাবম্বসু যাই । অদুগুম্বা মহাতেজস্বী অর্জুন কুন্তীকুমাবনা পাউ অসি হেক্ তাবদা চেল্লকনি । মসিগী মবম্‌দা ঐনা লোইনা কৃপ্না হাযজববোই ।।২০।। লাক্লিবা অর্জুনদো ঐনি হাযবা অদুম খঙ্‌বিযু । অদুগা শ্রীকৃষ্ণ ঐবুসু অর্জুননি হায়না খঙ্‌বিযু । সোঽহম হাযবদু কাডউবিনু । অর্জুননা ঐ ওইদুনা হাযববদো ঐনা হায়বনি হায়না অদুম্ লৌবিযু । মসি কাওগনু ।।২১।। নূপী নমৌশিংগী অঙাং উন্নবা মতম্ লাক্লবসু পোক্লিবা অঙাংশিংদুবু অর্জুন না (ঐনা) য়াম্না কুপ্না শেন্নগনি । মহাক্না পিতাজীগী সংস্কাব শ্রাদ্ধনচিংবা মবাইনা তৌজগনি । মাদু ঐ (কৃষ্ণ) না তৌবনি হাযনা খঙ্‌বিযু ।।২২।। অর্জুননা (ঐনা) চৎখ্রবা তুংদা, ফুবাদলাননচিংবগা লোযনা দ্বাবকা অসে লোয়না সমুদ্রদা লূপখ্রগনি ।।২৩।। অদুগা ঐ (কৃষ্ণ)দি শেংলবা মফম্ অমদা ধ্যান তৌদুনা বলদেবজীনা লৈবা মফম্‌দুদা তপস্যা তৌজকবগে, অবোইবা মতম ওইজকবগে ।।২৪।। পুম্নমকসি অর্জুনদা শিন্নবম্লগা কবম্বা মফম্‌দনো হাযবা ৩ক্লেম্‌দনা শ্রীকৃষ্ণদো অদুম্ চৎখ্রে ।।২৫।। অসুম্না হাযবম্বা নুমিৎ অদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবা নংগী ভ্রাতা অনী বামকৃষ্ণ অনীবু অদুগা মযাম অদুনা মূৎখবদুবু খন্দুনা ব্রানা প্রোক্ প্রোক্ চানা নং লাক্‌পা ঙাইদুনা লৈবম্রিবনি । ঐ কবিমত চাদে থক্তে । চাসু চাববোই । অদুগা অর্জুন ! ঐসু ঐগী জীবন লোইশিনখ্রগে । পাণ্ডবনন্দন ! অর্জুন নংনা লাক্লিবসে ঐগী লাইবক্ ফর্বনি ।।২৬-২৭।। পার্থ ! অর্জুন ! শ্রীকৃষ্ণনা হায়বম্বাশিংদো, নংনা অমত ব্রাত্তনা তৌকো । অদুনা শক্রুসূদন ! ঐ কবি গুম্বা বিষয অমতগী চিন্তা তৌদনা প্রাণবাযুসে থাদোক্‌খ্রগে ।।২৮।।

**মফম অসিদা শ্রীমহাভাবতদা শ্লোকা লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা মৌসলপর্বদা অর্জুনবসুদেবসংবাদদা তককগুবা অধ্যায লোইবে ।।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## মৌসলপর্ব

### সপ্তমোঽধ্যায়ঃ

(বসুদেবগী, মৌসলযুদ্ধদা শিথ্রবশিংগী অন্ত্যেষ্টিক্রিয়া। অর্জুননা দ্বারকাবাশীশিংবু পুরক্পা। সমুদ্রদা দ্বারকানা লূপ্খিবা। লম্বীদা ডাকুশিংগা অর্জুনগা থেংনবা। লেম্হৌবা মীশিংদু পুরক্পা। হস্তিনাপুরদা খুন্দাহন্খিবা মতাং।)

### তরেৎশুবা অধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ

এবমুক্তঃ স বীভৎসু র্মাতুলস্য পরন্তপ।
দুর্মনা দীনবদনো বসুদেবমুবাচ হ ॥১॥
নাহং বৃষ্ণিপ্রবীরেণ বন্ধুভির্শ্চৈব মাতুল।
বিহীনাং পৃথিবীং দ্রষ্টুং শক্যামীহ কথং চন ॥২॥
রাজা চ ভীমসেনশ্চ সহদেবশ্চ পাণ্ডবঃ।
নকুলো যাজ্ঞসেনীচ ষডেকমনেসো বয়ম্ ॥৩॥
বাজ্ঞঃ সংক্রমণে চাপি কালোঽয়ং বর্ততে ধ্রুবম্।
তমিমং বিদ্ধি সম্প্রাপ্তং কালং কালবিদাংবব ॥৪॥
সর্বথা বৃষ্ণিদারাস্তু বালংবৃদ্ধং তথৈব চ।
নয়িষ্যে পবিগৃহ্যাহমিন্দ্র প্রস্থমরিংদম ॥৫॥
ইত্যুক্তা দারুকমিদং বাক্যমাহ ধনঞ্জয়ঃ।
অমাত্যান্ বৃষ্ণি বীরাণাং দ্রষ্টুমিচ্ছামি মা চিবম্ ॥৬॥
ইত্যেবমুক্তা বচনং সধর্মাং যাদবীং সভাম।
প্রবিবেশার্জনঃ শূরঃ শোচমানো মহাবথান্ ॥৭॥
তমাসনগতং তত্র সর্বাঃ প্রকৃতয়স্তথা।
ব্রাহ্মণা নৈগমাস্তত্র পবিবার্য্যোপতাস্থিরে ॥৮॥
তান্ দীনমনসঃ সর্বান্ বিমূঢ়ান্গতচেতসঃ।
উবাচেদং বচঃ কালে পার্থো দীনতরস্তথা ॥৯॥
শক্রপ্রস্থমহং নেষ্যে বৃষ্ণ্যন্ধকজনং স্বরম্।
সদং নগরং সর্বং সমুদ্রঃ প্লাবয়িষ্যতি ॥১০॥

সজ্জীকুরুত যানানি রত্নানি বিবিধানিচ।
বজ্রোঽয়ং ভবতাং রাজা শক্রপস্থে ভাবিষ্যতি ॥১১॥
সপ্তমে দিবসে চৈব রবৌ বিমল উদগতে।
বহির্বৎস্যামহে সর্বে সজ্জীভবত মাচিরম্ ॥১২॥
ইত্যুক্তারস্তেন তে সর্বে পার্থেনাক্লিষ্টকর্মনা।
সজ্জমাশু ততশ্চক্রুঃ স্বসিদ্ধ্যর্থং সমুৎসুকাঃ ॥১৩॥
তাং রাত্রিমবসৎ পার্থঃ কেশবস্য নিবেশনে।
মহতা শোকমোহেন সহসা ভিপরিপ্লুতঃ ॥১৪॥
শ্বোভূতেঽথ ততঃ শৌরির্বসুদেবঃ প্রতাপবান্।
যুক্ত্বাঽত্মানং মহাতেজা জগাম গতিমুত্তমাম্ ॥১৬॥
প্রকীর্ণমূর্ধজাঃ সর্বা বিমুক্তাভরণস্রজঃ।
উরাংসি পানিভির্ঘ্নন্ত্যো ব্যলপন্ করুণংস্ত্রিয়মঃ ॥১৭॥
তং দেবকী চ ভদ্রা চ রোহিণী মদিরা তথা।
অন্বারোহন্ত চ তদা ভর্তরাং যোষিতাং বরাঃ ॥১৮॥
ততঃ শৌরিং নৃযুক্তেন বহুসুল্যেন ভারত।
যানেন মহতা পার্থো বহির্নিষ্ক্রা ময়ংতদা ॥১৯॥
তমন্বযুস্তত্র তত্র দুঃ খশোকসমন্বিতাঃ।
দ্বারকাবসিনঃসর্বে পৌরজানপদা হিতাং ॥২০॥
তস্যাশ্বমেধিকং ছত্রং দীপ্যমানাশ্চ পাবকাঃ।
পুরস্তাৎ তস্য যানস্য যাজকাশ্চ ততো যযুঃ ॥২১॥
অনুজগ্মুশ্চ তংবীরং দেব্যস্ত বৈ স্বলংকৃতাঃ।
স্ত্রীসহস্রৈঃ পরিবৃত্তা বধুভিশ্চ সহস্রশঃ ॥২২॥
যস্তু দেশঃ প্রিয়স্তস্য জীবতোঽভূন্মহাত্মনঃ।
তত্রৈনমুপসংকল্প্য পিতৃমেধং প্রচক্রিরে ॥২৩।
তং চিতাগ্নিগতং বীরং শূরপুত্রং বরাঙ্গনাঃ।
ততোঽন্বারুরুহুঃ পত্ন্যশ্চতস্রঃ পতিলোকগাঃ ॥২৪॥
তং বৈ চতসৃভিঃ স্ত্রীভিরন্বিতং পাণ্ডুনন্দনঃ।
অদাহয়চ্চন্দনৈশ্চ গন্ধৈরুচ্চাবচৈরপি ॥২৫॥
ততঃ প্রদুরভূচ্ছব্দঃ সমিদ্ধস্য বিভাবসোঃ।
সামগানাং চ নির্ঘোষো নরাণাং রুদতামপি ॥২৬॥
ততো বজ্রপ্রধানাস্তে কৃষ্ণ্যন্ধককুমারকাঃ।
সর্বে চৈবোদকং চক্রুঃ স্ত্রিয়শ্চৈব মহাত্মনঃ ॥২৭॥

অনুপ্রবর্ত্তং ধর্ম্মং কারয়িত্বা স ফাল্গুনঃ ।
জগাম বৃষ্ণয়ো যত্র বিনষ্টা ভরতর্ষভ ॥২৮॥
স তান্ দৃষ্ট্বা নিপতিতান্ কদনে ভৃশদুঃখি ।
বভূবাতীব কৌরব্য প্রাপ্তকালং চকারহ ॥২৯॥
যথা প্রধানর্তশ্চৈব চক্রে সর্বাস্তথা ক্রিয়াঃ ।
যে হতা ব্রহ্মশাপেন মুসলৈরেরকোদ্ভবৈঃ ॥৩০॥
ততঃ শরীরে রামস্য বাসুদেবস্য চোভয়োঃ ।
অন্বিষ্য দাহয়ামাস পুরুষৈরাপ্তকরিভিঃ ॥৩১॥
স তেষাং বিধিবৎ কৃত্বা প্রেতকার্য্যাণি পাণ্ডবঃ ।
সপ্তমে দিবসে প্রায়াৎ রথমারুহ্য সত্বরঃ ॥৩২॥
অশ্বযুক্তৈ রথৈশ্চাপি গোখরোষ্ট্রযুতৈরপি ।
স্ত্রিয়স্তা বৃষ্ণিবীরাণাংরুদত্যঃ শোককর্শিতাঃ ॥৩৩॥
অনুজগ্মুর্মহাত্মনাং পাণ্ডুপুত্রং ধনঞ্জয়ম্ ।
ভৃতাশ্চান্ধক বৃষ্ণিনাং সাদিনো রথিনশ্চযে ॥৩৪॥
বীরহীনং বৃদ্ধবালং পৌরজানবদাস্তথা ।
যযুস্তে পরিবার্য়ায় কলত্রং পার্থশাসনাৎ ॥৩৫॥
কুঞ্জরৈশ্চ গজারোহা যযুঃ শৈল্যনিভৈস্তথা ।
মপাদরক্ষৈঃ সংযুক্তা সান্তরাযুধিকা যযুঃ ॥৩৬॥
পুত্রাশ্চান্ধক বৃষ্ণীনাং সর্বে পার্থমনুব্রতাঃ ।
ব্রাহ্মণাঃ ক্ষত্রিয়া বৈশ্যাঃ শূদ্রশ্চৈব মহাধনাঃ ॥৩৭॥
দশ ষট্ চসহস্রাণি বাসুদেবাবরোধনম্ ।
পুরস্কৃত্য যযুর্বজ্রং পৌত্রং কৃষ্ণস্য ধীমতঃ ॥৩৮॥
বহূনি সহস্রাণি প্রযুতান্যর্বুদানিচ ।
ভোজ বৃষ্ণ্যন্ধকস্ত্রীনাং হতনাথানি নিযর্যুঃ ॥৩৯॥
তৎসাগরসমপ্রখ্যং বৃষ্ণিচক্রং মহর্দ্ধিমৎ ।
উবাহ রথিনাং শ্রেষ্ঠঃ পার্থঃ পুরপুরংজয়ঃ ॥৪০॥
নির্যাতে তুজনেতস্মিন্ সাগরো মকবালয়ঃ ।
দ্বারকাং রত্নসম্পূর্ণাংজলেনাপ্লাবয়ৎ তদা ॥৪১॥
যৎ যদ্ধি পুরুষব্যাঘ্রো ভূমেস্তস্যাঃ ব্যমুঞ্চত ।
তৎ তৎ সম্প্লবাযামাস মলিলেন স সাগরঃ ॥৪২॥
তদদ্ভুতমভিপ্রেক্ষ্য দ্বারকাবাসিনো জনাঃ ।
তূর্ণাৎ তূর্ণতরং জগ্মুরহো দৈবমিতি ব্রুবন্ ॥৪৩॥

কাননেষু চ রম্যেষু পর্বতেষু নদীষু চ।
নিবসন্নানয়ামাস বৃষ্ণিদারান্ ধনঞ্জয়ঃ ॥৪৪॥
স পঞ্চনদমাসাদ্য ধীমানতিসমৃদ্ধিমৎ।
দেশে গোপাশু ধানাঢ্যে নিবাসমকরোৎ প্রভুঃ ॥৪৫॥
ততো লোভঃ সমভবৎ দস্যূনাং নিহতেশ্চরাঃ।
দৃষ্ট্বা স্ত্রিয়ো নীয়মানাঃ পার্থেনৈকেন ভারত ॥৪৬॥
ততস্তে পাপকর্মানো লোভোপহতচেতসঃ।
আভীবা মন্ত্রয়ামাসু সমেত্যাশুভবদর্শনাঃ ॥৪৭॥
অয়সেকোঽর্জনো ধন্বী বৃদ্ধবালং হতেশ্বরম্।
নযত্যস্মানাতক্রম্য যোধাশ্চেমে হতৌজমঃ ॥৪৮।
ততো যষ্টি প্রহরনা দস্যবস্তে সহস্রশঃ।
অভ্যধাবন্ত বৃষ্ণীনাং তংজনং লোপ্ত্রহারিণঃ ॥৪৯॥
মহতাসিংহনাদেন ত্রাসয়ন্তঃ পৃথগ্জনম্।
অভিপেতুর্বধাথং তে কালপর্য্যায় চৌদিতাঃ ॥৫০॥
ততো নিবৃত্তঃ কৌন্তেয়ঃ সহসা সপদানুগঃ।
উবাচ তান্ মহাবহুরর্জুনঃ প্রহসন্নিব ॥৫১॥
নিবর্তধ্বমধর্মজ্ঞা যদি জীবিতমিচ্ছথা।
ইদানীং শরনির্ভিন্নাঃ শোচধ্বং নিহতাময়া ॥৪২॥
তথোক্তাস্তেন বীবেণ কদর্থীকৃত্য তদ্বচঃ।
অভিপেতুর্জুনং মূঢ়া বার্য্যমানাঃ পুনঃ পুনঃ ॥৫৩॥
ততোঽর্জুনো ধনুর্দিব্যং গাণ্ডীবমজবং মহৎ।
অরোপয়িতুমারেভে যত্নাদিব কথংচন ॥৫৪॥
চকার সজ্জং কৃচ্ছ্রেণ সম্ভ্রমেতুমুলে সতি।
চিন্তয়ামাস শাস্ত্রাণি ন সস্মার তান্যপি ॥৫৫॥
বৈকৃথং তন্মহৎ দৃষ্ট্বা ভজবীর্য্যে তথা যুধি।
দিব্যানাং চ সহস্রাণাং বিনাশাৎ ব্রীড়িতোঽভবৎ ॥৫৬॥
বৃষ্ণিতযোধাশ্চ তে সর্বে গজাশ্ববথযোধিনঃ।
ন শেকুরাবর্তায়িতুং হ্রিয়মানং চ তংজনম্ ॥৫৭॥
কলত্রস্য বহুত্বাদ্ধি সম্পৎতীষু ততস্ততঃ।
প্রযত্নমকরোৎ পার্থো জনস্য পবিবক্ষণে ॥৫৮॥
মিষতাং সর্বযোধানাংততস্তাঃ প্রমদোত্তমাঃ।
সমন্ততোঽবকৃষ্যন্ত কামাচ্চান্যাঃ প্রবব্রজুঃ ॥৫৯॥

ততো গাণ্ডীবনির্মুক্তৈঃ শরৈঃ পার্থো ধনঞ্জয়ঃ ।
জঘান দস্যূন্ সোদ্বেগো বৃষ্ণিভৃত্যৈঃ সহস্রশঃ ॥৬০॥
ক্ষণেন তস্য তে রাজন্ ক্ষয়ং জগ্মুরজিহ্মগাঃ ।
অক্ষয়াহি পুরা ভূত্বা ক্ষীণাঃ ক্ষতজভোজনাঃ ॥৬১॥
স শরক্ষয়মাসাদ্য দুঃ খশোকসমাহতঃ ।
ধনুষ্কোট্যা তদা দস্যূনবধীৎ পাকশাসনিঃ ॥৬২॥
প্রক্ষতস্ত্বেব পার্থস্য বৃষ্ণ্যন্ধকবরস্ত্রিয়ঃ ।
জগ্মুরাদায় তে ম্লেচ্ছাঃ সমন্তাজ্জনমেজয়ঃ ॥৬৩॥
ধনঞ্জয়স্তু দৈবং তন্মসাহচিন্তয়ৎ প্রভুঃ ।
দুঃখশোকসমাবিষ্টো নিঃশ্বাসপরমোহভবৎ ॥৬৪॥
অস্ত্রনাংচ প্রণাশেন বাহুবীর্য্য সংক্ষয়াৎ ।
ধনুষশ্চাবিধেয়ত্বাচ্ছরাণাং সংক্ষয়েণ চ ॥৬৫॥
বভূব বিমনাঃ পার্থো দৈবমিত্যনু চিন্তয়ন্ ।
ন্যবর্ত্তত ততো রাজন্ নেদমস্তীতি চাব্রবীৎ ॥৬৬॥
ততঃ শেষং সমাদায় কলত্রস্য মহামতিঃ ।
হৃতভূয়িষ্ঠ বত্নস্য কুরুক্ষেত্রমবাতরৎ ॥৬৭॥
এবং কলত্রমানীয় বৃষ্ণীনাং হৃতশেষিতম্ ।
ন্যবেশয়ত কৌরবস্তত্র তত্র ধনঞ্জয়ঃ ॥৬৮॥
হার্দিক্যতনয়ং পার্থোনগরে মার্তিকাবতে ।
ভোজরাজকলত্রং চ হৃতশেষং নরোত্তম্ ॥৬৯॥
ততোবৃদ্ধাংশ্চ বালকাংশ্চ স্ত্রিয়শ্চাদায় পাণ্ডবঃ ।
বীরৈর্বিহীনান্ সর্বাংস্তাএ্ শক্রপ্রস্থে ন্যবেশয়ৎ ॥৭০॥
যৌযুধানিং সরস্বত্যাং পুত্রংমাত্য কিনঃ প্রিয়ম্ ।
ন্যবেশয়ত ধর্মাত্মা বৃদ্ধবালপুরস্কৃতম্ ॥৭১॥
ইন্দ্রপ্রস্থে দদৌ রাজ্যং বজ্রায় পরবীরহা ।
বজ্রনাক্রূ বদারাস্তু বার্য্যমানাঃ প্রবব্রজুঃ ॥৭২॥
রুক্মিণী ত্বথ গান্ধারী শৈব্যা হৈমবতীত্যপি ।
দেবী জাম্ববতী চৈব বিবিশুর্জাত বেদসম্ ॥৭৩॥
সত্যভামা তথৈবান্যা দেব্যঃ কৃষ্ণস্য সম্মতাঃ ।
বনং প্রবিবিশূরাজংস্তাপস্যে কৃতনিশ্চয়াঃ ॥৭৪॥
দ্বাবকাবসিনো যেতু পুরুষাঃ পার্থামভ্যয়ুঃ ।
যথার্হং সংবিভজ্যৈনান্ বজ্রেপর্য্যদদজ্জয়ঃ ॥৭৫॥

স তৎ কৃত্বা প্রাপ্তকালং বাষ্পেণাপি হিতোঽর্জ্জুনঃ।
কৃষ্ণদ্বৈপায়নং ব্যাসং দদর্শাসীনমাশ্রমে ॥৭৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাংমৌসলপর্বনি বৃষ্ণিকলত্রাদ্যানয়নে সপ্তমোঽধ্যায়ঃ ॥

-ঃ-

বৈশম্পায়ন না হায় ঃ- নিংথৌ! জনমেজয়! মাগী মামা বসুদেবজীনা অসুম্না হায়রক্পা অসিদা অর্জুন অসি ওহোক্লা হায়ফম্ খঙদনা ৱাখি। মমায় মায়থোঙ লাংশিন্খি। বসুদেবদা অসুম্না হায়রক্ই ঃ- ॥১॥ মামা! বৃষ্ণিবংশগী প্রমুখ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অদুগা মরুপ্-মপাং, মচীম্নানাওশিংনা হুন্দোক্পিরম্রবী পৃথিবীসিগী মতৌবু ঐ অমুক্ হন্না য়েংবা ঙম্জরোই ॥২॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠির, ভীম, পাণ্ডব সহদেব, নকুল, দ্রৌপদী অদুগা ঐ (অর্জুন) ঐখোয় তরুক্ অসিগী ৱাখল্-থম্মোয়-পুক্লিংসি মশা অমতনি। তরুক্ অসিগী মনুংদা কনা অমতনসু পৃথ্বী থক্ অসিদা লৈনিংলরোই ॥৩॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠিরসু পরলোকতা চৎপ্রগে হায়না পুক্লিংদা লেপ্খ্রবনি। মতম্গী -কাল কৌবা মহাক্কী গতিবু খঙলবশিংগী মনুংদা অথোইবা! মামা! অদুগুম্বা মতম্না ঐখোয়বু লৌশিন্খিনবগী পূংফম্ অদুবুসু নক্শিল্লক্লবনি। অসুম্না খঙ্বিয়ু ॥৪॥ য়েক্লবা ঙম্বা! অকম্বা! মামাজী! ঐ হৌজিক্ মতম্ খর লৈরিঙৈদা বৃষ্ণিবংশগী নুপীশিং, অঙাংশিং অদুগা অহল্-লম্মনশিংবু পুদুনা ইন্দ্রপ্রস্থদা য়ৌহন্খ্রগে ॥৫॥ বসুদেবদা অসুম্না হায়রগা অর্জুননা দারুক সারথীদা অসম্না হায়রক্ই ঃ- "ঐ, হৌজিক, বৃষ্ণিবংশগী অকম্বশিংগী মন্ত্রীশিংগা য়াম্না থুনা উননীংঙি" ॥৬॥ অসুম্না হায়রম্রগা অকম্বা অর্জুন অসি, যাদবশিংগী খল্লুবদা য়াম্না ৱানা, যাদবশিংগী সুধর্মা কৌবা সভামন্দিরদা থুংখি ॥৭॥ তাঙবল মথক্তা ফম্দুনা লৈবা অর্জুনগী নাক্তা, মন্ত্রীপুম্বা অদুগা প্রজা মরুওইবশিং অদুগা বেদতত্ব খঙ্বা ব্রাহ্মণশিং লাক্তুনা ফম্মে ॥৮॥ মখোয় লাক্লিবশিংদুগী মনুংদা মায়থোঙ মকা লাম্বা কনাসু য়াওখিদে। থম্মোয় হক্চাংদা পোথাফম্ খঙদনা ৱাবঙাক্ত ওইনা উই। ময়াম্দু তৌফদ্ খঙদনা মচিনবান্ কংশিন্দুনা লৈরবা ঙাক্তনি। মখোয়না ৱারিবদুগী অমুক্ ৱারবা মায়থোঙ্ লাংশিল্লবা অর্জুনি। অর্জুন্না তপ্না তপ্না মখোয়দা অসুম্না হায়রক্ই ॥৯॥ মন্ত্রীশিং পূম্নমক্! ঐ, বৃষ্ণি অদুগা অন্ধক বংশগী মীপূম্নমক ইন্দ্রপ্রস্থদা চৎপ্রগে। দ্বারকা নগর পুম্বসি সমুদ্রদা লূপ্খিগদৌরবনি। অদুগা লৈরিবা ময়াম্সু বাহন ওইগদবা শাদোং শাগোল-শামু-রথ-দোলাই পূম্নমক্ শেম্ শারো। ইন্দ্রপ্রস্থ য়ৌরগা শ্রীকৃষ্ণগা মশূ ঈবুংঙো বজ্রবু ময়াম্ নখোয়গী নিংথৌ ওইহন্গনি ॥১০-১১॥ ঙসিদগী তরেৎনি হেক্ শুবা নুমিত্তা দ্বারকা নগরসিদগী ঐখোয় যাত্রা তৌরনি। অদুনা ময়াম্ পূম্নমক থৌরাং তৌদুনা লৈরো। থীল্লগনু ॥১২॥ থবক ঈরায় লায়না পাঙ্থোক্পা ঙম্বা অর্জুনগী ৱাসি তাবদা মন্ত্রী প্রজাশিংনা নীংবা পূম্নমক থুংননবগীদমক্ লোইনা শেম্ শাদুনা লৈনম্রে ॥১৩॥ অর্জুন্না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মহল কা অদুদা চঙদুনা অহিং অদু লেন্খি। মপি শিম্ভদুনা ৱানা অহিং অদু লেনখি ॥১৪॥ নোংঙাল্লক্পদা, তেজকল্লবা, প্রতাপচাউববা, শূরনন্দন, বসুদেবনা চিত্তবৃত্তিপুম্ব থিংদুনা যোগসাধন তৌদুনা, পরমাত্মাদা থম্মোয় হক্চাং পুম্বা লুপ্হন্খিদুনা পবমধাম্-উত্তম গতিবু ফংখি নোংগখি ॥১৫॥ বসুদেবগী মহল (শঙ্গায) অদুগী মনুংদা হাহাকার লাউনরক্খি। নুপীশিংগী কপ্প-লাউনরক্পাগী মখোন্না পূম্নিন্ নিন্খি ॥১৬॥ মখোযদু মশম্ মনা ঈফা ফানা, মফিমরোল্ মফম্ খঙ্খিদে। খুজীনচিংবা লৈতেং পুম্বা লাক্ লাক্তুনা লংথোক্লখি। মথবাক্ য়ৈ য়ৈদুনা, থম্মোয় শোক্লা তেংথা-নাওইনা

কপ্পখি ॥১৭॥ যুবতীশিংগী মনুংদা অথোইবী দেবকী, ভদ্রা, রোহিনী অদুগা মদিরা মখোয়সি মপুরোয়বা বসুদেবগী চিতাথক্তা মৈনুংদা থরায় থাগদগী শেম্-শাদুনা লৈনখি ॥১৮॥ ভারত ! নিংথৌ ! জনমেজয় ! অর্জুননা বসুদেবগী হক্চাংদু পুননবা, দোলাই (বিমান) ফজবা অমা শেম্শাখি। মাদুগী মথক্তা বসুদেবগী মৃত্যুদেহ অদুবু হাপ্পবা মী মরিনা, মরেংবান থোংনা পুহন্দুনা নগরদগী থোবক্ই ॥১৯॥ দ্বারকা বাসি পুম্নমক যদুবংশগী নুপীনহা, অহল পুম্বা দোলাই অদুগী মতুংইন্না কপ্প-লাউনদুনা লাক্খি ॥২০॥ বিমান্ অদুগী মাঙ্থানা অশ্বমেধযজ্ঞদা শীজিন্নখ্রবা, ছত্র, অগ্নিহোত্রগী মৈ-মৈবা অদু পায়দুনা যাজক ব্রাহ্মণ পুরোহিতশিংনা মাঙ্ ওইনা লাক্খি ॥২১॥ বসুদেবগী লোয়নরক্পশিং অদুগা লোয়নবীশিংদুগী সেবিকাশিংনা মফি-মরোল্ নীংথিনা শেৎ চাদুনা বিমান্ অদুগী তুংদা পরেং শাংনা ইন্নরক্খি ॥২২॥ বসুদেবনা লৈরিঙে মতম্দা য়াম্না পাম্না নুংশিনা চৎলম্ কোইরম্বা মফম্শিং বিমান্ অদু পু-পুদুনা লাক্লগা শ্মশান ঘাটতা পিতৃমেধ যজ্ঞ (দাহ সংস্কার) তৌখি ॥২৩॥ চিতাগী চক্রবা মৈথক্তা, বসুদেবগী লোয়নবী মথক্তা হায়থ্রবী মরি অদু কাখত্তুনা মশা মশাবু ভস্ম ওইহল্লম্লগা পতিলোক য়ৌখি ॥২৪॥ লোয়নবী মরিগা লোয়ননা বসুদেবগী মৃতদেহদুবু বিমান্দা হাপ্লগা মনমনুংশিরবা চন্দন কাষ্ঠনা সমিধ (যজ্ঞগী শীং) ওইদুনা অরোইবা সংস্কার তৌখি। দাহ তৌখি ॥২৫॥ মতম্ অদুদা মৈনা গ্রং-গ্রং চাক্খৎলক্পা মতম্ অদুদা সামগান শক্পা ব্রাহ্মণশিংনা বেদগী উচ্চারণ তৌবক্ই। খাঞ্জেল হৌনা শক্খি। খোঙোক্ মশা অমত ওইনা মযাম্দু খোঞ্জেল হৌনা কপ্খি ॥২৬॥ অদুগী তুংদা, বজ্রনচিংবা বৃষ্ণি-অন্ধক বংশগী নুপী-অঙাং পুম্নমক্না স্নান তৌরগা বসুদেবগী উদেশ্যদা জলাঞ্জলি কৎখি ॥২৭॥ ভরতশেষ্ঠ ! নিংথৌ ! জনমেজয় ! লোক ধর্ম-বৈদিক ধর্ম পুম্নমক্পু কায়দনা চৎপা অর্জুননা তৌগদবা থবক্ পুম্বা লোইশিল্লম্লগা ( পোৎলোইরম্লগা) বৃষ্ণিবংশশিংনা শিপ্রবা মফম্ অদুদা চৎখি ॥২৮॥ অকিবা ফংনা ফুন-শূনদুনা, শিদুনা, লৈমায় থক্তা তাদুনা লৈরিবশিংদুবু উবদা অর্জুনসি মপি ত্রং ত্রং চেন্না মাযথোং লাংশিন্না ৱাখি। ব্রহ্মশাপনা, মুসলদগী পোক্খিবা, শীংনাংশিংদুনা বজ্র অমমম্গী মশক্ লৌদুনা হাৎন-শিনখিবাশিংদুগী মীপুম্ খুদিংগী বিধি কায়দনা সংস্কারবু অর্জুন্না পাঙ্থোক্খি ॥২৯-৩০॥ অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণ-বলদেব অনীগী মৃত্যু দেহবু কোর্যথি থিদুনা সংস্কাব তৌখি ॥৩১॥ পাণ্ডুনন্দন অর্জুননা মতৌ অসুম্না মযাম্দুগী অমত ব্রাত্তনা প্রেতকর্ম লোইরম্লগা তবেৎনি শুবা নুমিত্তা, রথ তোংদুনা দ্বাবকা থাদোক্খি ॥৩২॥ মহাক্লা লোযননা শগোল, শল্লাবা, লোলা, উটর্নাচিংবা (পান্শিম্বা) বথ বাহনশিংদা তোংদুনা, বৃষ্ণিবংশগী অকম্বশিংগী নুপীশিং বিধবাশিংদুনা কপ্পাকপ্পা অর্জুনগী মতুংইন্দুনা চৎখি ॥৩৩॥ অর্জুনগী য়াথংদগী বৃষ্ণিবংশগী অকম্বাগী নৌকব-কর্ম্মচাবী মযাম্দু শগোলনচিংবা বাহন অমমম্দা তোংদুনা নুপীশিংদুবু ঈকোয় কোযনা ঙাত্তুনা শেন্দুনা চৎখি ॥৩৪-৩৫॥ চীং-চীংমুক্ ৱাংজাউববা শামুথক্তা অরোম্বা খুৎশু-খুলায মযাম্ হাপ্কত্তুনা, শামু অমমম্মু শেন্নবা পদাতিশিংদসু চৎখি ॥৩৬॥ বৃষ্ণি-অন্ধক বংশগী অঙাং মচা-পাখংশিংদুনা অর্জুনবু য়াম্না নুংশিনা থাজনা অর্জুনগী মতুং ইন্নদুনা চৎলি। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয, বৈশ্য, মবল লৈববা শূদ্রশিংনা অদুগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী লোয়নবী লিশিং তরাতকক্ অদু, শ্রীকৃষ্ণগী মশূবজ্র না মাঙ থাহন্দুনা চৎলি ॥৩৭-৩৮॥ ভোজ, বৃষ্ণি, অন্ধক বংশগী নুপীশিংগী মশিং লিশিং, লখা, অর্বুদ ফাওবা য়ৌখি। মখোয়সি লোয়না দ্বাবকাদগী খোঙ্শান্খিবনি। মীয়াম্ অদুনা চৎপা-লাক্পা অদু, সমুদ্রনা ঈচেল্ নাইনা চেম্বা অমগুম্বখি। হায়রিবা মপৈ অদু পুদুনা, লূচিংদুনা, অর্জুননা চৎখি ॥৩৯-৪০॥ অসুম্না অর্জুননা চৎখ্রিবসিগী হেক্ তুংদা কুন্তীবনচিংবগী লৈফম্ ওইরবা সমুদ্রনা, ফুবা-দলাল, সনা-লুপা মণি মুক্তানা চোন্না পান্না লৈববা দ্বারকাবু থুম্হৎখি লুপ্হন্খি ॥৪১॥ অর্জুননা হেক্

হেক্ থদোক্লম্বা লম্ মফম্ অদু ঈশিংনা পাখত্তুনা লৈহৌই ॥৪২॥ অসুম্না তৌশিল্লক্পসি উবদা দ্বারকাবাসিশিংদু হান্নদগী হেন্না খোঙগাপ্ কন্না চৎখি। দৈবগী লীলা অঙকপনি ! হায়না শোন্নখি ॥৪৩॥ ফজফজরবা হৈকোলদা লৈবা, চীংমান - তুরেল মপান্দা লৈবা বৃষ্ণিবংশগী অকন্বশিংগী নুপী মঁপৈদুবু অর্জুন মথন্তনা পুদুনা চৎখিবনি ॥৪৪॥ অসুম্না শিংলবা কল্লবা অর্জুননা চীংমান-তুরেল্ কয়া লান্দুনা লাক্পসিনা লম্বুম্না থল্লবা চাউখৎলবা পঞ্চনদ দেশ (পঞ্জাব) য়ৌরক্ই। অৱাবা পোথাবা ওইনা খুদোংচাবা মফম অমা য়েংদুনা ডম্বুর খল্ল খল্লদুনা লৈখি ॥৪৫॥ ভরতনন্দন ! নিংথৌ ! জনমেজয় ! অর্জুন মথন্তনা পুরক্পা ফজরবী নুপীশিং-সনা লুপাশিংদুবু উবদা মফম্ অদুদা লৈবা হুরান্বা ডাকুশিংদুগী পুক্নীংদা অপাম্বা মিহৌবা (লোভ) পোকখি ॥৪৬॥ অপাম্বা মীহৌবনা শুম্হৎখিদুনা মখোয়গী থম্মোয় পুক্নীংদা পাপ-পুণ্যগী ৱাখল লৈখিদ্রে। অদুগুম্বা অভীর জাতিগী ডাকুশিংদুনা ৱাতান্নখি ॥৪৭॥ য়েংঙু ! আদা, অর্জুন মথন্তনা, ঐখোয়বু উশিত্তুনা ঐখোয়বু লাম্থোক্তুনা কালমদুনা চৎখিগদৌরি। অদুনা ঐখোয় মহাক্ মথন্তনা পুরিবা নুপীশিং অদুগা লম্বুমসি লৌহৌসি। মহাক্ মথন্তগী মথক্তা আক্রমণ তৌফম্ থোক্ই ॥৪৮॥ অসুম্না ৱারেপ্পা ডাকুশিংদুনা অর্জুনগী মথক্তা আক্রমন তৌশিন্খি-অর্জুন তম্না ফুজিন্খি ॥৪৯॥ মতম্গী খোঙ্চৎনা পীরক্পা অকল্-অশোন ওইহন্বগী গতিদা সুবিধা লৌদুনা, ময়াম্দু হিংহনাদ লাউর লাউরদুনা মিপাইবা পোকহন্দুনা অর্জুন তম্না ফুজিল্লক্ই ॥৫০॥ আক্রমণকারী ডাকুশিংদুনা তুংলোম্দগী চেনশিল্, ফুজিল্লক্পদু উবদা অর্জুননা নোক নোক্নুনা মখোয়দা অসুম্না হায়রক্ই ॥৫১॥ ধর্মাধর্ম খঙদবা, পাপীশা ! নথ্বায় হিংনিংলবদি হনল্লো। নৎত্রবদি ঐগী তেন্না থাবদা নথ্বায় লোইনা থাবা তারে ॥৫২॥ অকম্বা অর্জুননা অসুম্না হায়রক্পসিদা করিমত থৌশাদনা-উশিত্তনা, হন্ন হন্না থিংলফাওবদা য়াদদুনা মীয়াম্ অদুগী মথক্তা চোংশিল্লক্ই ॥৫৩॥ মতম্ অদুদা অর্জুননা মাগী দিব্যাস্ত্র গাণ্ডীব লীরুংদা লীরী হাপ্তুনা তেঙ্গা থোংখি। অদুবু মতম্গী গতিনা গাণ্ডীব পায়খৎপা অদু ফাওবা অর্জুন ৱানা-লুনা থোক্খি। নিংথৌ ! জনমেজয় ! মতম্ হায়বদুনা ঐখোয়বু কলহল্-শোহলহন্বনি ॥৫৪॥ অদুনা য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা লীরীদি হাপ্লে। দিব্যাস্ত্র ময়াম শীজিন্নবগী কৌননবগী মন্ত্র-নিয়ম পূম্বা নীংশিংবা থোক্খিদে ॥৫৫॥ অর্জুননা মঙোন্দা লাক্লিবা ওইরিবা ফিভম্দু উবদা ময়াম্ মমাঙ্দা ঈকায়বা-নুংঙাইতবা ফংখি ॥৫৬॥ মতমগী খোঙ্চৎনা, শাগোল, শামু রথ মথক্তা তোংবা বৃষ্ণি সৈনিক ময়াম্দু ডাকুশিংগী মখুৎ চন্ত্রবা নুপীশিং অদুবু, লম্বুম অদুবু মুলহৌবা ঙম্খিদ্রে ॥৫৭॥ নুপীশিংদু ওম্থোক্লা য়াম্ত্রবনি। অদুনা মখোয়না পুম্নিবশিং অদুদগী লৈহৌরিবীশিং অদুবু কলহৌনবা অর্জুননা কন্না হোৎনখি ॥৫৮॥ অদুবু বৃষ্ণি-অন্ধক লাম্নীশিং অদুনা উনা উনা মখোয়গী মাঙ্ মক্তদা নুপীশিংদু মথং মথং চিংদুনা পুবা হৌরক্লে। অর্জুননা পাঙ্গল তোক্লা কন্নবা হোৎনখি। অদুবু মখোয়না তৌশিল্লক্লিবা থবক্ অদুদি অসুম্ হেঞ্জিল্লর্ক্খি। ডাকুশিংনা মশা শোক্খিনি হায়না কিবদগী খবনা মশা মশানা তুমিন্না ডাকুশিংগা লোয়ননা চৎখি ॥৫৯॥ কুন্তীকুমার অর্জুননা বৃষ্ণি লাম্নীশিংদুগা লোয়ননা অর্জুননা মখোয়দা থৌর থৌরবা তেলশিং কাপ্শিন্খিদুনা ডাকুশিংদুবু তান্ন তান্ন হাৎখি ॥৬০॥ নিংথৌ ! জনমেজয় ! অসুম্না তত্তনা কাপ্শিল্লক্পদুদা অর্জুনগী তেলদোংদা তেল্ নৈশিল্লক্রে, লোইশিল্লক্লে। তেলগী অৱাৎপা লৈতবা, তেল্তনা থন্দুনা লৈবা অর্জুনগী অক্ষয় ওইবা তেন্দোংনি। অদুবু ক্ষয় ওইশিল্লক্লে। অক্ষয় তুনীর না (তেন্দোংনা) ক্ষয় ওইরক্লে ॥৬১॥ তেল্না লোইশিন্খিবা-লৈরক্রবদুদা, অর্জুননা লীকংদু দা পায়দুনা লীরুংদুগী খোংজীনা ফুফ্দুনা তান্ন-তান্ন ডাকুশিংদুবু হাৎপা হৌবক্লে ॥৬২॥ নিংথৌ ! জনমেজয ! অর্জুনসি মপাম্লোম্ হীকথরক্তুনা অসুম্ য়েংদুনা লৈবা তাখি। নুপী অযাম্বা মখোয়না চিংদুনা পুখ্রে ॥৬৩॥ অর্জুন অসি

ঐগী মতম্ লোইরব্রা হায়না খন্দুনা মপুক্লিংদা দৈবগতি হায়বসি ওহ্বোক্লা কল্লিদকো হায়না খন্দুনা লৈখি। অব্রাখা খুদোংথিবা তাদুনা নুংশা শোর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা লৈখি ॥৬৪॥ সস্ত্র পুম্নমক্ ব্রাত্ত পাদনা লৈননবগী মন্ত্রযন্ত্র পুম্নমকসু কাউখ্রে। মপান্বোম্ হিক্থখ্রে। লীরুং তেল্ ফাওবা মনীং তম্না শীজিন্নবা ঙম্মক্ত্রে। মশাদা করিমত হৈনিংবা লৈত্রে। পুরুষকার (নিপা থোক্ল হোৎনবা) দৈব (লাইবক্তা সুম্ থোক্উ হায়না তম্খিবা) দুনা হেলমাল্লে হায়না খন্খি ॥৬৫॥ নিংথৌ ! জনমেজয় ! অর্জুন অসি ডাকুশিংগা থেংনবদু তোক্খ্রে। নিংথৌ ! অস্ত্রশস্ত্র হায়বসি, অস্ত্রশস্ত্রজ্ঞান হায়বা মশামক্সি শারীবা শক্তি হায়বসি, অনিত্যমক্তনিদো ॥৬৬॥ অদুনা করি গতি লৈতদুনা, লেম্হৌরিবা নুপীশিং অদুগা লন্থুম খরদু পুদুনা অর্জুনসি য়াম্না ব্রানা-নুংঙাইতনা কুরুক্ষেত্রদা থুংখি ॥৬৭॥ লৈহৌরিবা নুপীশিংদুবু খুদোং চাবা মফম্ য়েংদুনা বুদ্ধিমান অর্জুনা লৈহন্খি। খুন্দাহন্খি ॥৬৮॥ কৃতবর্মাগী মচাবু অদুগা ভোজরাজগী পরিবারবু অদুগা নুপীশিংবু অর্জুননা মার্তিকাবত কৌবা নগরদা ময়ুম্ শাবিদুনা লৈহন্খি ॥৬৯॥ অদুগী তুংদা, অকন্বা লুচিংবা লৈজদ্রবা অহল্লমন নুপী অঙাংশিংদু পুরক্লুনা ইন্দ্রপ্রস্থ লৈহন্খি ॥৭০॥ ধর্মচেল্লবা অর্জুনগা সাত্যকিনা থনম্বা নুংশিজরবা মচা যৌধানিকবু সরস্বতী তুরেল মপান্গী লম্দম্ অদুগী অধিকারী (নিংথৌ) হাপ্লিদুনা অহল্-লমন অঙাংশিংদুগা লোয়ননা লৈহন্খি। অদুগী তুংদা অকনবা বজ্রবু ইন্দ্রপ্রস্থগী নিংথৌ হাপ্লিখি। অক্রুরগী নুপীশিংদি বজ্র না য়াম্না খামজফাওবদা য়াদদুনা বনদা তপস্যা তৌবা চৎখি ॥৭২॥ রুক্মিণী, গান্ধারী কৌবী, শৈব্য, হৈমবতী, অদুগা জাম্ববতী নচিংবীশিংসিনা মৈনুংদা চোংশিন্দুনা পতিলোকতা চৎখি ॥৭৩॥ নিংথৌ ! জনমেজয় ! শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইরবী সত্যভামানা মাগী মতা খোঙ্লোয়শিংগা তপস্যা তৌনবগীদমক শক্লবা বনদা চৎনখি ॥৭৪॥ অর্জুনগা থানদনা লাক্পা দ্বারকাবাসীশিংদু ফাইদোক্লদুনা মফম্ চাবা চাবা য়েং য়েংদুনা লৈহন্নবা বজ্র গী খুত্তা শিন্নখি ॥৭৫॥ মতৌ অসুম্না, দেশকালপত্রগী তত্ব খঙ্লবা বুদ্ধিমান ওইরবা অর্জুননা মতম্গী খোঙ্চৎপু অদুগা সময়গতিগী মানমর্য্যাদাবু ঙাক্লুনা থবক্ পুম্বা কায়দনা শীল্লম্নগা ব্যাস-আশ্রম তান্না চৎখিদুনা দ্বৈপায়ন ব্যাসগা উন্নখি। ব্যাসগী দর্শন তৌখি ॥৭৬॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা মৌসলপর্বদা বৃষ্ণিকালত্রাদ্যনয়ন পর্বদা তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## মৌসলপর্ব

### অষ্টমোঽধ্যায়ঃ

(ব্যাস্যাশ্রমদা অর্জুনগা ব্যাসগা ঙাঙ্নখিবা মতাং)

### নিপালশুবা অধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ

প্রবিশন্নর্জুনো রাজন্নাশ্রমং সত্যবাদিনঃ ।
দদর্শাসীনমেকান্তে মুনিং সত্যবতীসুতম্ ॥১॥
স তমাসাদ্য ধর্মজ্ঞমুপতস্থে মহাব্রতম্ ।
অর্জুনোঽস্মীতি নামাস্মৈ নিবেদ্যাভবদৎ ততঃ ॥২॥
স্বাগতং তেঽস্ত্বিতি প্রাহ মুনিঃ সত্যবতীসুতঃ ।
আস্যতামিতি হোবাচ প্রসন্নাত্মা মহামুনিঃ ॥৩॥
তমপ্রতীতমনসং নিশঃশ্বন্তং পুনঃ পুনঃ ।
নির্বিণ্ণমনসং দৃষ্ট্বা পার্থং ব্যাসোঽব্রবীদিদম্ ॥৪॥
নখকেশদশাকুম্ভবারিণা কিং সমুক্ষিতঃ ।
আবীরজানুগমনং ব্রাহ্মণো বাহতস্ত্বয়া ॥৫॥
যুদ্ধে পরাজিতো বাসি গতশ্রীরিব লক্ষ্যসে ।
নত্বাং প্রভিন্নং জানামি কিমিদং ভরতর্ষভ ॥৬॥
শ্রোতব্যং চেন্ময়া পার্থ ক্ষিপ্রমাখ্যাতুমর্হসি ।

অর্জুন উবাচ

যঃ স মেঘবপুঃ শ্রীমান বৃহৎপঙ্কজলোচনঃ ॥৭॥
স কৃষ্ণঃ সহ রামেণ ত্যক্ত্বা দেহং দিবং গতঃ ।
(তদ্বাক্যস্পর্শনালোকসুখং ত্বমৃতসংনিভম ।
সস্মৃত্য দেবদেবস্য প্রমুহ্যাম্যমৃতাত্মনঃ ॥)
মৌসলে বৃষ্ণিবীরাণাং বিনাশো ব্রহ্মশাপজঃ ॥৮॥
বভূব বীরান্তকরঃ প্রভাসে লোমহর্ষণঃ ।
এতে শূরা মহাত্মানঃ সিংহদর্পা মহাবল্যঃ ॥৯॥
ভোজবৃষ্ণ্যন্ধা ব্রহ্মন্নন্যোন্যং তৈর্হতং যুধি ।
গদাপরিঘশক্তীনাং সহাঃ পরিঘবাহবঃ ॥১০॥

ত ত্রবকাভির্নিহতাঃ পশ্য কালস্য পর্য্যয়ম্ ।
হতং পঞ্চশতং তেষাং সহস্র্যাং বাহুশালিনাম্ ।।১১।।
নিধনং সমনুপ্রাপ্তং সমাসাদ্যেতবেতবম্ ।
পুনঃ পুনর্নমৃষ্যামি বিনাশমমিতৌজসাম্ ।।১২।।
চিন্তমানো যদূনাং চ কৃষ্ণস্য যশস্বিনঃ ।
শোষণং সাগবস্যেব পর্বতস্যেব চালনম্ ।।১৩।।
নভসঃ পতনং চৈব শৈত্যমগ্নেস্তথৈব চ ।
অশ্রদ্ধেয়মহংমন্যো বিনাশং শার্ঙ্গ ধন্বনঃ ।।১৪।।
ন চেহস্থাতুমিচ্ছামি লোকে কৃষ্ণবিনাকৃতঃ ।
ইতঃ কষ্টতবং চান্যচ্ছৃণু তং বৈতপোধন ।।১৫।।
মনোমে দীর্য্যতে যেন চিন্তযানস্য বৈ মুহুঃ ।
পশ্যতো বৃষ্ণিদাবাশ্চ মম ব্রহ্মণ্ সহস্রশঃ ।।১৬।।
আভীবৈবনুসৃত্যাজৌ হৃতাঃ পঞ্চনদালয়ৈ ঃ ।
ধনুবাদায় তত্রাহং নাশকং তস্য পূবণে ।।১৭।।
যথা পুবা চ মে বীর্য্যং ভজয়োন তথাভবৎ ।
অস্ত্রাণি মে প্রণষ্টানি বিবিধানি মহামনে ।।১৮।।
শবাশ্চ ক্ষয়মাপন্নাঃ ক্ষর্ণেনৈব সমন্ততঃ ।
পুরুষাশ্চাপ্রমেয়াত্মা শঙ্খচক্রগদাধবঃ ।।১৯।।
চতুর্ভুজঃ পীতবাসাঃ শ্যামঃ পদ্মদলেক্ষণঃ ।
যশ্চ যাতি পুবস্তাম্নে বথস্য সুমহাদ্যুতিঃ ।।২০।।
প্রদহন্ বিপুসৈন্যানি ন পশ্যাম্যহমচ্যুতম্ ।
যেন পূর্বং প্রদগ্ধানি শক্রসৈন্যানি তেজসা ।।২১।।
শবৈর্গাণ্ডীবনির্মুক্তৈবহং পশ্চাচ্চ নাশয়ম্ ।
তমপশ্যন বিষীদামি ঘূর্ণামীব চ সত্তম ।।২২।।
পবিমবিন্নচেতাশ্চ শান্তিং নোপলভেহপিশ্চ ।
(দেবকী নন্দনং দেবং বাসুদেবমজং প্রভুম্ ।)
বিনা জনার্দনং বীবং নাহং জীবিতুমুৎমহে ।।২৩।।
শ্রুত্বৈব হি গতং মমাপি মুমুহুর্দিশঃ ।
প্রনষ্টজ্ঞাতিবীর্য্যস্য শূন্যস্য পবিধাবতঃ ।।২৪।।

উদপদেষ্টুং মম শ্রেয়োভবানর্হতি সত্তম ।
ব্যাস উবাচ
(দেবাংশা দেবদেবেন সম্মতাস্তেগতাঃ সহ ।
ধর্মব্যবস্থারক্ষার্থং দেবেন সমুপেক্ষিতাঃ ।।)
ব্রহ্মশাপবিনির্দগ্ধা বৃষ্ণ্যন্ধক মহারথাঃ ।।২৫।।
বিনাশঃ কুরুশার্দূল ন তাঞ্ শোচিতুমর্হসি ।
ভবিতব্যং তথা তচ্চ দিষ্টমেতম্মহাত্মনাম্ ।।২৬।।
উপেক্ষিতং চ কৃষ্ণেণ শক্রেনাপি ব্যপোহিতুম্ ।
ত্রৈলোক্যমপি গোবিন্দঃ কৃৎস্নং স্থাবরজঙ্গমম্ ।।২৭।।
প্রসহেদন্যথাকর্ত্তুং কুতঃ শাপং মহাত্মনাম্ ।
(স্ত্রিয়শ্চ তাঃ পুরা শপ্তাঃ প্রহাসকাপতেন বৈ ।
অষ্টবক্রেণ মুনিনা তদর্থহ্ বলক্ষয়ঃ ।।)
রথস্য পুরতো যাতি যঃ সচক্রগদাধরঃ ।।২৮।।
তবস্নেহাৎ পুরানর্ষিবাসুদেবশ্চতুর্ভুজঃ ।
কৃত্বা ভারাবতরণং পৃথিব্যাঃ পৃথুলোচনঃ ।।২৯।।
মোক্ষয়িত্বা তনুং প্রাপ্তঃ কৃষ্ণঃ স্বস্থানমুত্তমম্ ।
ত্বয়াপীহ্ মহৎকর্ম দেবানাং পুরুষর্ষভ ।।৩০।।
কৃতং ভীমমহায়েন যমাভ্যাং চ মহাভুজ ।
কৃতকৃত্যাংশ্চ বোমন্যে সংসিদ্ধাম্ কুরুপুঙ্গব ।।৩১।।
গমনং প্রাপ্তকালং চ ইদং শ্রেয়স্করং বিভো ।
এবং বুদ্ধিশ্চ প্রতিপত্তিশ্চ ভারত ।।৩২।।
ভবন্তি ভবকালেষু বিপদ্যন্তে বিপর্যয়ে ।
কালমূলমিদং সর্বং জগৎবীজং ধনঞ্জয় ।।৩৩।।
কালত্রব সমাদত্তে পুনবেব যদৃচ্ছয়া ।
স এব বলবান্ ভূত্বা পুনর্ভবতি দুর্বলঃ ।।৩৪।।
স ত্রবেশশ্চ ভূত্বেহ্ পবৈরাজ্ঞাপতে পুনঃ ।
কৃতকৃত্যানি চাস্ত্রাণিগতান্যদ্য যথাগতম্ ।।৩৫।।
পুনরেষ্যন্তি তে হস্তে যদা কালো ভাবিষ্যতি ।
কালো গন্তং গতিং মুখ্যাং ভবতামপি ভারত ।।৩৬।।
এতচ্ছ্রেয়ো হি বো মন্যে পরমং ভবতর্ষভ ।
বৈশম্পায়ন উবাচ
এতৎবচনমাজ্ঞায় ব্যাসস্যামিততেজসঃ ।।৩৭।।

অনুজ্ঞাতো নগরংনাগসাহ্বয়ম্ ।
প্রবিশ্য চ পুরীং বীরঃ সমাসাদ্য যুধিষ্ঠিরম্ ।
আচষ্ট তৎ যথাবৃত্তং বৃষ্ণ্যন্ধক কুলং প্রতি ।।৩৮।।

**ইতি শ্রীমহাভরতে শতসাস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং মৌসলপর্বনি ব্যাসর্জুনসংবদে অষ্টমোঽধ্যায়ঃ ।।**

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- মহারাজ ! জনমেজয় ! সত্যবাদী ব্যাসগী আশ্রমদা চঙ্খিবদা সত্যবতী নন্দন ব্যাসমুনি অসি তুমিন্না ধ্যান তৌদুনা লৈবদু অর্জুননা উখি ।।১।। মহাব্রতধারী ওইবা ধর্মগী তত্বপুম্বা খঙ্গলবা, ব্যাসগী নাক্তা চঙ্খিদুনা ননাই ঐ অর্জুননি, অসুম্না হায়রগা অর্জুননা ব্যাসগী নাক্তা চপ্ লেপ্তুনা মখুৎ লোন্নদুনা লৈখি ।।২।। ধ্যান তৌরম্বদগী মখোল তাবদা ব্যাসনা হরাউনা অর্জুনবু স্বাগত তৌখি । লাও, ফম্মু হায়না অর্জুনবু ফম্হন্খি ।।৩।। মতম্ অদুদা অর্জুন অসি, মায়থোং লাংশিল্লি, মপুক্লিং শান্তি লৈতে। নুংশা শোর শাংনা হোল্লি । করিমত হৈনিংদবা ওইনা লৈখি । মাগী মতৌদু উবদা সত্যবতীনন্দন ব্যাসনা অর্জুনদা অসুম্না হায়রক্ই ঃ- ।।৪।। করিনো অর্জুন ? খুজিন্না, শম্না (শম্ মানানা) নৎত্রগা ফৈজোম মতোন্না তাবা মাঙলবা চফুগী ঈশিংদা স্নান ককাদি তৌরুদেকো ? মাদুগী প্রায়চিশ্চত্ত ককা তৌহৈদ্রবরা ? নত্রগা রজঃস্বলা ওইবী নুপীগা শম্ম খোৎনরুবা ককা তৌরুবরা ? মাদুগী প্রায়শ্চিত্ত ককা তৌহৈদ্রবরা ? নৎত্রগা, খঙ্না-খঙ্না, নবুদ্ধি চোইদুনা ব্রহ্মহিংসা তৌরু-লাক্লুরব্রা ? ।।৫।। নমান্নবগা লাছেংনরুবদা মাযথীবা ফংদুনা লাক্পা ককাদি নত্তেকো ? নংগী মায়থোং য়েংবদা নুংঙাইফম্ খঙ্দবা শান্তি লৈতবা ওইনা উই । হাযয়ু, ঈবুঙো, কৈদৌকবে ? নমান্নবনা লাক্চশ্রবরা ? ভরতশ্রেষ্ঠ ! নমান্নবদগী মায়থিবা ফংদুনা লাক্লব্রা ? ঐ ভাব্ করিমত তাদে। নংগী উইরিবা দশাসি করিনো ? করিদগীনো ? ঐনা তাবা য়াদবা বিশযরা ? নমায়থোং লাংশিল্লিবসিগী মরম্ হায়য়ু ।।৬।। অর্জুন্না হায়রক্ই ঃ- ভগবান্ ! অনৌবা নোংগী কুচুমাম্বা, কোয়রাওননা-থম্বাল মীৎতা তাবা, ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদু, বলরামগা লোয়ননা, ভৌতিক দেহ থাদোক্লম্লগা পরমধাম-নিজধাম দা লেঙ্খ্রে ।।৭।। দেবতাশিংগী দেবতা ওইবা, ইন্দ্রীয়পুম্বগী মফম্ অমুক্ ওইবা, তাবদা য়েংবদা নম্বদা শোক্পদা অমৃত গী মশক্ ওইবা, অদুগুম্বা অমৃত-মুর্ত্তিবু উখিদবদগী, মপোক্ অসিদা অমুক্ হন্না উবা ফংলবোই হায়না খল্লুবদগী, ঐগী জ্ঞান বুদ্ধি পুম্নমক্ মাঙখ্রে । লৈফম্ চাফম্ খঙ্দ্রে । ব্রাহ্মণশিংগী শাপনা, য়োচ্চুক্-নূংশূক্লী লান্দা অমগমগা হাৎনদুনা বৃষ্ণি, অন্ধক, যদু, ভোজবংশগী অকম্বপুম্বা লোইনা শিখ্রে। অকম্বশিংদুগী তুজুংবা পোক্পা শীংনাং মখোক্ মচৈ অমা থাবদা বজ্রনা থাবগুম্ থোক্খিবা অঙকপা পোক্পা লাল্ অদুদা লোইনা শিনখিবনি। হাযরিবা লাঞ্জাওসি প্রভাসতির্থদগীনি ।।৮-৯।। য়োক্তুম্, নূংদুম্ গী মুসলশিংদু লৈনরক্লবদা শীংনাং পাম্বী থেক্ল থেক্লদুনা য়ৈনখিবদা, হায়রিবা বংশশিংসিগী অকম্বা অমত হৌজিক্ পৃথিবীসিদা লৈত্রে ।।১০।। মপাম্বোম্ পাঙ্গলতনা মখোযগী লৈতেং ওইবা, অকম্বশিং লখারোম্ শিখ্রে ।।১১।। অমগমগা নুংশিননা লৈমিন্নবা, অকম্বশিংদুনা শিনখ্রিবা মীশি থৌদোক্ অদু মপোক্সমা কাউবা য়ারবোই । মতমগী খোঙচৎ খুদক্তা মথক্ -মখা থোক্

ওনৃথ্রিবসি অমুক্তা য়েংবিয়ু ।।১২।। অকন্বশিংদুনা শিখিবদু থম্মোয়-পূক্লিং উদ্দুনা লৈবসি খাঙবা ঙমদ্রে । শ্রীকৃষ্ণনা বলদেবনা মৃত্যুগী মখা পোনথ্রিবসি, সমুদ্র ঈরম্ তরেৎ লোইনা কংগ্রে, আকাশ কীহুরক্লুনা লৈমায়থক্তা তাররে, চীংনা হংগৎ-হন্দা কোয়চেল চেল্লে, মৈনা শাবা তোক্খ্রে, অঙ্গংবা ধর্ম লৌখ্রে - হায়বগুম্বনি। ওইথোক্তবনি, অদুবু ওইখ্রে। ঈমীৎনা উরফাওবদা থাজদ্রি। মীত্তা শোরি-শারি উত্রা খল্লি ।।১৩-১৪।। ভগবান্! শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন ঐবু তাদোক্লম্লগা চৎখ্রে। ঐবুত নত্তে। জগৎ পুম্নবুনি অদুনদি শ্রীকৃষ্ণ যাওদ্রবা জগৎ অসিদা ঐ লৈফম থোক্ত্রে। ভগবন্! অসিদি লায়রদনা ঐ ঈশাদসু ওহোক্পা ঙাক্তা থোক্খ্রে। অমুক্তা তাবিয়ু ।।১৫।। দ্বারকাদা থৌদোক্ অসি থোক্খ্রবতুংদা, ঐ বৃষ্ণিবংশনচিংবা বংশশিংগী অকন্বশিংদুগী নুপী-নহাশিং, অহল্লমনশিং অদুগা লম্ভুম ময়াম্দু পুদুনা দ্বারকাদগী লাক্চবনি । লম্বীদা পঞ্চনদ দেশগী অভীব ডাকুশিংনা অয়াম্বা লুট তৌখ্রে । ঐগী মাংমক্তদা বৃষ্ণিবংশগী নুপী অয়াম্বা নম্দুনা পুখ্রে ।।১৬।। ঐনা গাণ্ডীবলীরুংবু পায়থত্তুনা, লীবি হাপ্তুনা, তেঙ্গা থোংদুনা কাপ্কে তৌবদা ঐঙোন্দা যাম্না ব্রানা থোক্খি। ঐগী পাম্বোম্ পাঙ্গল অসি হান্নগুম্ লৈখিদ্রে ।।১৭।। মুনিদেব ! ঐ অস্ত্রশাস্ত্র জ্ঞান পুম্নমক অমত লৈখিদে-তেল্তনা থন্না লৈবা, অমাং অতা লৈত্রবা তেন্দোংদুসু কাপ্পিংঙাই লৈখিদ্রে ।।১৮।। শক্ তা কুচুদা চাংদম্লিংঙাই লৈতবা, শঙ্খ, জক্র, গদা পায়বা, থম্বাল্লৈনা মীৎতা তাবা, শত্রু শিংবু খুদক্তা মাঙহম্বা, রথথক্তা ঐগী মাঙদা সাবথি ওইবিবম্বা মাবু নীংশিংলুবদগী হেন্না মীৎনা উবা ফংখিদ্রে ।।১৯-২০।। সাধু সিবোমণি ! মহাজ্ঞানী ! মহাক্কী তেজতনা য়েক্লবা পূম্বা চাক্থেকহন্বিবম্বা মহাক্পুসু উবা ফংখিদ্রে, গাণ্ডীব লীকং ফাওবা থাংগৎপা ঙমখিদ্রে। তেল্গী অৱাৎ অপা লৈত্রবা অক্ষয় তূনীব-তেন্দোংদুসু তেল্ অমত লৈখিদ্রে। ঐ মঙলা হাবা খঙদনা কোকসু উক উক লৈদুনা, ডাকুশিংনা পুখিবদু তূমিন্না য়েংদুনা লৈহৌই ।।২১-২২।। মুনিদেব ! ঐ হৌজিক্ কবিমত হৈনিংদ্রে। শান্তিগীমবিক্ অমফাওবা লৈতে। দেবতাশিংগী দেবতা, পোক্পা-শিবা লৈতবা, ভগবান্ দেবকীনন্দন, বাসুদেবজনার্দ্দন মাবু উদবনা ঐ হিংদুনা লৈনিংদ্রে ।।২৩।। সর্বব্যাপী ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অন্তর্ধাম ওইখ্রে । খা-অৱাং-নোংচুপ-নোংপোকনা কদোম্দা , মাইগৈ শলাই অমত খঙদ্রে । ঐগী শাগৈ-নাতৈ, ঙাই-শৈলনি হায়না লৈবম্বা লোইনা লৈখিদ্রে । ঈশাগী পাঙ্গল হন্থ্রে । মুনিদেব ! ঐ অমদগী অমদা অঙাওবদৌনা কোযচৎ চৎতুনা লৈজবে। মহর্ষি! লেম্হৌবিবা পুন্সিসি লর্মাজংবিয়ু। জ্ঞান তাক্পিয়ু। পূক্লিংদা শান্তি পিবিয়ু । কবম্ তৌবগা মঙ্গল ওইগদগে হায়বদু অমুক্তা খন্বিয়ু ।।২৪।। শ্রীব্যাসদেবনা হায় ঃ-কুন্তীকুমাব ! নংনা লৈখিদ্রে হাযবিবা যাদুবংশশিংদো দেবতাশিংগী অংশ অমমম্ ওইনা বৃষ্ণিনচিংবা বংশশিংসদা মতম্ খবদং লৈবম্লনি। মউনা (মপূংনা) চৎখ্রগা তুথখ্রগা, মশামবেংশিংসু তুথখিবগুম্না চৎখিবনি। অদুগী মনুংদা নংসু অমনি। মহাক্না মূর্ত্তি নাইনা লৈবিঙৈদা, যগাযজ্ঞ, ধর্ম-কর্ম পুম্নমক মূর্ত্তি নাইনা লৈবগুম্ লৈবম্লনি। অদুনা চৎখ্রিবা লৈখিদ্রবা যাদবশিং অদুগী অবস্থাদা য়েংশিল্লুবনু। অদুগুম্বা মতাক অদু লৈখিদবদা, পাপপুন্যগী বিচার, তৌহৈবা তৌহৈদবা ধর্ম অধর্ম বিচাবসু লৈখিদবনি। মাগী মাগী প্রাবদ্ধকর্মগী মহৈ ফংদুনা চৎখিবনি। নংনা ঐনা খান্বা খক্ যাবোই। ব্রাহ্মণশিংগী অশাউবা পোক্লবা, শাপ্ ফংনবদু, মখোয মশানা তৌখিবনি। তৌখিবা কর্মদুনি প্রাবদ্ধকর্ম হাযবিবসে। প্রাবদ্ধকর্মগী মহৈ অসি, ওযেংমুক্কী মপোক্তা নত্তনা ইন্দক্কী মপোক্তসু অদুম্ ফংবনি। অদুনা শিখ্রিবশিংদুগী থোক্লগদবা অদু হান্না শিন্দুনা, শোযদনা থোক্লগদবা ওইনা লৈত্রবনি ।।২৫-২৬।। অদুনা, গোকুন্দবৰু, থেক্লেকপদুদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা থোইদোক্লা থৌশাখিদবনি। সর্বশক্তিমান্ ওইবা মহাক্তি, লোক অত্তমগী গত্তিবু মথক মখা থোক্ থোক্ ওন্বা ঙম্লনি। অদুসু

জগৎকী উপকারগীদমক্তনি। মশাগী অমত য়াওদে। নিঃস্বার্থনি। শাপতুবু মথক্ মখা ওল্হন্বসু ঙম্বনি। অদুবু মুনিগী শাপকী মানমর্য্যাদা ঙাক্পিরম্বনি। নংগী নমাঙমক্তদা ডাকু খরনা তৌবা ঙম্খিবদুগী রহস্যদু (মনুংগী অথূপ্পা ৱাদু) ঐ হায়গে তাও। বৃষ্ণিবংশগী নুপীশিংদো অপ্সরা-গন্ধর্বী মক্তনি। মশক্ মতৌ ফজরবী অপ্সবাশিংদুনা বষ্টাবক্রমুনিবু উবদা, অষ্টাবক্র (হক্চাং কায়াৎ নিপাল্ খোয়দ্রিং খোয়দ্রাংবা) মুনিদুবু উবদা নোক্খি। অদুদা অষ্টাবক্রনা অসুম্ হায়না শাপ তৌখি :- নখোয় লোইনা মর্ত্ত্য লোকতা নখোয়গী নশক্ নতৌ ফজবসিগী মানমর্য্যাদা (ইজ্জৎ) পুম্বা হন্থরবা জাতিগী মখুত্তা মাঙ্‌বা (ইজ্জৎ মাঙবা) ওইসনু। অদুম্ হায়না মাঙ্‌বা ফংলবা মীবু নোক্লবগী পাপ অদু কোক্চৌ। অপ্সরাশিংদো শাপ কোক্তুনা মাগী মাগী গন্ধর্বলোকনচিংবদা চচ্চখিবনি। শিবা অমত য়াওদে। খঙ্ঙু। অদুনা নংনা ৱারিদো, অরেম্বনি। অহোয়নদুম্ হৱাওবিয়ু ॥২৮॥ অর্জুন! রথথক্তা, মতম্ খরদং সারথি শাশিন্নরম্বদো নংগীত নস্তে। জগৎপুম্বগী সারথিনি। জগৎপুম্ববু চুপ্লি, খুর্জি পায়দুনা থৌবা শঙ্খ, চক্র, গদা পদ্মধারী, সাক্ষাৎ শ্রীনারায়ণনি। মাগী নোংগাখিবা হায়বা লৈতে। সর্বব্যাপকনি। মাগী মপানগী মূর্ত্তি উদ্রগা উদে-লৈত্রে হায়না ৱাগনু-নাস্তিক্ ওইদনু। পাপী-তাপী পুম্ববু লান্‌বিরম্নগা ঙহাক্ পোত্থাবা ওইনা মাগী পরমধাম-বৈকুন্ঠ ধামদা লেঙখিবনি ॥২৯॥ অকম্বা! অর্জুন! নংসু নচীন-ননাও ভীম্ নকুল সহদেবগা দেবতাশিংগী চাউরবা উপকার অমা পাঙথোক্লম্বনি, ৱাবগী মহুৎতা হৱাও নুংঙাইয়ু ॥৩০॥ কুরুশ্রেষ্ঠ! নখোয় তাইবং মী ওইনা পোক্লবগী মহৈ য়াল্লে। নথৌ লোইরবনিনা নখোয়গীসু পরমধামদা চৎখিনবগী মতম্ য়ৌরক্লে। নরাইবক্ ফবনি ॥৩১॥ ভরতনন্দন! অর্জুন! কাবা কৃম্বা, অরোহন-অবতরন হায়বসি প্রকৃতিগী নিয়ম্‌নি। জ্ঞান বুদ্ধিগীসু উন্নতি অবনতি লৈ। হৌজিক্ অমুক্ কলিযুগ লাক্কদৌরবনিনা অবনতিগী কাল মতমদু লাক্লে ॥৩২॥ কাল হায়বদুসু মহাক্নি। ঐখোয়দি লীলাগী ভাবুক অদুম্ মওইসি ॥৩৩॥ কাল কৌবা মহাক্ অসি য়াম্না বলবান্‌নি। অদুবু দুর্বল ওইনসু মরৈবনি। জগৎপুম্বগী শাসন তৌবা, জগৎপুম্বগী নিংথৌ মহাক্না অসুমসুম্ করিসু লৈত্রবা অমগী মীনায়গুম্ সেবক কুমসু মওইখি। কাল মশামক্না কাল মশামক্কী মনুংদা শান্নজবনি। শিগ্রে-লৈত্রে হায়দুনা ৱাগনু ॥৩৪॥ নংগী শস্ত্র অস্ত্রশিংগী মথৌসু লোইশিল্লক্লে। মমি শোল্লক্লবনি। মাগী মাগী শক্তি থদোকচবক্পনি, খঙ্ঙু। মতম্ য়েংদুনা নংগী নখুৎতা অমুক্সু মরাক্খিগনি ॥৩৫॥ ভারত! অর্জুন! উতমগতি ফংননবা মতমদো নখোয়গীসু লাক্লে। নখোয়গী অফবনি হায়না ঐ খল্লি ॥৩৬॥ বৈশম্পায়ননা হায় :-নিংথৌ! জনমেজয়! মহাজ্ঞানী, মহাশক্তিশালী ব্যাসগী ৱাসি তাবদা ভাব তারক্তুনা, অৱাবা পুম্বা থদোক্তুনা অর্জুন অসি হস্তিনাপুর তান্ন চৎখি ॥৩৭॥ হস্তিনাপুর নগর তান্না চৎখিদুনা যুধিষ্ঠিরগা উন্নখি। বৃষ্ণি- অন্ধকবংশনা মুৎখিবগী থৌদোক্শিংদু অমত ৱাত্তনা তাহন্‌খি ॥৩৮॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা মৌসলপর্বদা ব্যাসার্জুনসংবাদদা নিপালশুবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-০-

# ॥ " মৌসল পর্ব সম্পূর্ণ ওইরে " ॥

**মৌসল পর্বতদা শ্লোক ৩০৪ নি**

# মণিপুরী মহাভারত

## মহাপ্রস্থানিকপর্ব

### প্রথমোঽধ্যায়ঃ

(বৃষ্ণিবংশগী শ্রাদ্ধকর্মনচিংবা লোইরম্লগা প্রজাশিংদগী বিদায় লৌদুনা পাণ্ডবশিং দ্রৌপদীগা লোয়ননা বন প্রস্থান তৌদুনা নোংগাখিবা )

অহান্বা অধ্যায়

নরায়ণং নমস্কৃত্য নরং চৈবনরোত্তমম্ ।
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েৎ

জনমেজয় উবাচ
এবং বৃষ্ণ্যন্ধককুলে শ্রুত্বামৌসলমাহবম্ ।
পাণ্ডবাঃ কিমিকুর্বন্ত তথা কৃষ্ণেদিবংগতে ॥১॥
বৈশম্পায়ন উবাচ
শ্রুত্বৈবং কৌরবো রাজা বৃষ্ণীনাং কদনংমহৎ ।
প্রস্থানে মতিমাধায় বাক্যর্জুনমব্রবীৎ ॥২॥
কালঃ পচতি ভূতানি সর্বাণ্যেব মহামতে ।
কালপাশমহং মন্যে ত্বমপিদ্রষ্টুমর্হসি ॥৩॥
ইত্যুক্তঃ স তু কৌন্তেয় কালঃ কালইতিব্রুবন্ ।
অন্বপদ্যত তৎবাক্যাং ভ্রাতুর্জ্যেষ্ঠস্য ধীমতঃ ॥৪॥
অর্জুনস্য মতংজ্ঞাত্বা ভীমসেন্যো যমৌ তথা ।
অন্বপপ্যন্ত তৎ বাক্যং যদুক্তং সব্যসাচিনা ॥৫॥
ততো যুযুৎসুমানায্য প্রব্রজন্ ধর্মকাম্যয়া ।
রাজ্যং পরিদদৌসর্বং বৈশ্যাপুত্রে যুধিষ্ঠিরঃ ॥৬॥
অভিষিচ্য স্ববাজ্যে চ রাজানাং চ পরিক্ষিতম্ ।
দুঃখার্ত্তাশ্চাব্রবীৎ রাজা সুভদ্রাং পাণ্ডবাগ্রজঃ ॥৭॥
এষ পুত্রস্য পুত্রস্তে কুরুবাজো ভবিষ্যতি ।
যদুনাং পবিশেষশ্চ বজ্রো রাজা কৃতশ্চ হ ॥৮॥
পর্বিক্ষিদ্ধাস্তিনপুরে শক্রপ্রস্থে চ যাদবঃ ।
বজ্রে বাজা ত্বযাবক্ষ্যো মা চাধর্মে মনঃ কৃথাঃ ॥৯॥

ইত্যুক্ত্বা ধর্মরাজঃ স বাসুদেবস্য ধীমতঃ।
মাতুলস্য চ বৃদ্ধস্য রামদীনাং তথৈব চ ॥১০॥
ভ্রাতৃভিঃ সহ ধর্মাত্মা কৃত্বোদকমতন্দ্রিতঃ।
শ্রাদ্ধান্যুদ্দিশ্য সর্বেষাং চকার বিধিবৎতদা ॥১১॥
দ্বৈপায়নং নারদং চ মার্কণ্ডেয়ং তপোধনম্।
ভারদ্বাজং যাজ্ঞ্যবল্ক্যং হরিমুদ্দিশ্য যত্নবান্ ॥১২॥
অভোজয়ৎ স্বাদু ভোজ্যং কীর্তয়িত্বাতু শার্ঙ্গিণম্।
দদৌ রত্নানি বাসাংসিগ্রামানশ্বান্ রথাংস্তদা ॥১৩॥
স্ত্রিয়শ্চ দ্বিজমুখ্যেভ্যস্তদা শতসহস্রশঃ।
কৃপমভ্যর্চ্য গুরুমথ পৌর পুরুস্কৃতম্ ॥১৪॥
শিষ্যং পরিক্ষিতং তস্মৈ দদৌ ভরতসত্তমঃ।
ততস্তু প্রকৃতীঃ সর্বাঃ সমানায্য যুধিষ্ঠিরঃ ॥১৫॥
সর্বমাচষ্ট রাজর্ষিশ্চিকীর্ষিতমহাত্মনঃ।
তে শ্রুত্বৈ বচস্তস্য পৌরজানপদা জনাঃ ॥১৬॥
ভৃশমুদ্বিগ্নমনসো নাভ্যনন্দন্ত তৎবচঃ।
নৈবং কর্ত্তব্যমিতিতে তদোচুস্তং জনাধিপম ॥১৭॥
ন চ রাজা তথাকার্ষীৎ কালপর্য্যায ধর্মবিৎ।
ততোঽমান্য ধর্মাত্মা পৌরজানপদং জনম্ ॥১৮॥
গমনায মতিং চক্রে ভ্রাতরশ্চাস্যতেতদা।
ততঃ স রাজাকৌরব্যো ধর্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ ॥১৯॥
উৎসৃজ্যাভরণান্যঙ্গাজ্জগৃহে বল্কলানুত।
ভীমার্জুন যমাশ্চৈব দ্রৌপদী চ যশস্বিনী ॥২০॥
তথৈব জগৃহুঃসর্বে বল্কলানি নরাধিপ।
বিধিবৎ কারয়িত্বেষ্টিং নৈষ্ঠিকীং ভারতর্ষভ ॥২১॥
সমুৎসৃজ্যাপ্সু সর্বেঽগ্নীন্ প্রতস্থ নরপুঙ্গবাঃ।
ততঃ প্ররুরুদুঃ সর্বাঃ স্ত্রিয়ো দৃষ্ট্বা নরোত্তমান্ ॥২২॥
প্রাস্থিতান্ দ্রৌপদীষষ্ঠান্ পুরাদ্যূতর্জিতান্ যথা।
হর্ষোঽভবচ্চ সর্বেষাং ভ্রাতৃণাং গমনং প্রতি ॥২৩॥
যুধিষ্ঠিরমতং জ্ঞাত্বাবৃষ্ণিক্ষয়মবেক্ষ্য চ।
ভ্রাতরঃ পঞ্চ কৃষ্ণা চ ষষ্ঠী শ্বা চৈবসপ্তমঃ ॥২৪॥
আত্মনা সপ্তমো রাজা নির্যযৌ গজসাহ্বয়াৎ।
পৌরৈরনুগতো দূরং সর্বৈরন্তঃ পুরৈস্তথা ॥২৫॥

ন চৈনমশকৎ কশ্চিন্নিবর্তস্বেতি ভাষিতুম্।
ন্যবর্তন্ত ততঃ সর্বেনবা নগরবাসিনঃ ।।২৬।।
কৃপপ্রভৃতয়শ্চৈ যুযুৎসুং পর্য্যবারয়ন্।
বিবেশ গঙ্গাং কৌরব্য উলুপী ভুজগাত্মজা ।।২৭।।
চিত্রাঙ্গদা যযৌ চাপী মণিপুর পুরং প্রতি।
শিষ্টাঃ পরিক্ষিতংত্বন্যা মাতরঃ পর্য্যবারয়ন্ ।।২৮।।
পাণ্ডবাশ্চ মহাত্মানো দ্রৌপদী যশস্বিনী।
কৃতোপবাসাঃ কৌরব্য প্রযযুঃ প্রাঙমুখাস্ততঃ ।।২৯।।
যোগযুক্তা মহাত্মানস্ত্যাগধর্মমুপেয়ুষঃ।
অভিগ জগ্মুর্বহূন্ দেশান্ সরিতঃ সাগরাংস্তথা ।।৩০।।
যুধিষ্ঠিরে যযাবগ্রে ভীমস্তু তদনন্তরম্।
অর্জুনস্তস্য চান্বেব যযৌ চাপি যথাক্রমম্ ।।৩১।।
পৃষ্ঠতস্তু বরারোহা শ্যামা পদ্মদলেক্ষণা।
দ্রৌপদী যোষিতাং শ্রেষ্ঠা যযৌভরতসত্তম ।।৩২।।
শ্বা চৈবানুযযাবকঃ প্রাস্থতান্ পাণ্ডবান্ বনম্।
ক্রমেণ তে যযুর্বিরা লৌহিত্যং সলিলার্ণবম্ ।।৩৩।।
গাণ্ডীবং চ ধনুর্দিব্যং নমুমোচ ধনঞ্জয়ঃ।
রত্নলোভান্মহারাজতে চাক্ষয্যে মহেষুধী ।।৩৪।।
অগ্নিং তে দদৃশুস্তত্র স্থিতং শৈল্যমিবাগ্রতঃ।
মার্গমাবৃত্য তিষ্ঠন্তং সাক্ষাৎপুরুষবিগ্রহম্ ।।৩৫।।
ততো দেবঃ স সপ্তার্চিঃ পাণ্ডবানিদমব্রবীৎ।
ভো ভোঃ পাষ্ডুসুতা বীবাঃ পাবকং মাং নিবোধত ।।৩৬।।
যুধিষ্ঠিব মহাবাহো ভীমসেন পরংতপ।
অর্জুনাশ্বিসুতৌ বীরৌ নিবোধত বচোমম ।।৩৭।।
অহমগ্নিঃ কুরুশ্রেষ্ঠামযা দগ্ধং চ খাণ্ডবম্।
অর্জুনস্য প্রভাবেণ তথা নাবাযণস্য চ ।।৩৮।।
অয়ংবো ফাল্গুনো ভ্রাতা গাণ্ডীবং পরমায়ুধম্।
পরিত্যজ্য বনে যাতু নানেনার্থোহস্তি কশ্চন ।।৩৯।।
চক্রবত্নংতু যৎকৃষ্ণে স্থিতমাসীন্মহাত্মনি।
গতং তচ্চ পুনর্হস্তে কালেনৈষৎতি তস্য হ ।।৪০।।
বরুণাদাহৃতং পূর্বং ময়ৈতৎ পার্থকাবণাৎ।
গাণ্ডীবং ধনুষাং শ্রেষ্ঠং বরুণায়ৈব দীয়তাম্ ।।৪১।।

ততস্তে ভ্রাতরঃ সর্বে ধনঞ্জয়মচোদয়ন্ ।

সজলে প্রাক্ষিপচ্চৈতথহাক্ষয়েৎ মহেষুধী ।।৪২।।

ততোহগ্নির্ভবতশ্রেষ্ঠ তত্রৈবান্তরধীযত ।

যযুশ্চ পাণ্ডবাবীরাস্ততস্তে দক্ষিনামুখাঃ ।।৪৩।।

ততস্তে তূত্তরেণৈব তীবেণ লবণাম্ভসঃ ।

জগ্মুর্ভবতশার্দূল দিশং দক্ষিণপশ্চিমাম্ ।।৪৪।।

তঃ পুনঃ সমাবৃত্তাঃ পশ্চিমাংদিমেব তে ।

দদৃশুর্দ্বারকাং চাপি সাগবেণ পরিপ্লুতাম্ ।।৪৫।।

উদিচীং পুনবাবৃত্য যযুর্ভতসত্তমাঃ ।

প্রাদক্ষিণ্যং চিকীর্ষন্তঃ পৃথিব্যাযোগধর্মিণঃ ।।৪৬।।

**ইতি শ্রীমহাভরতে শতসহিস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং মহাপ্রস্থানিকে পর্বণি প্রথমোহধ্যায়ঃ ।।**

-ঃ-

卐 ।। ওঁ ।। 卐

শ্রীনাবাযণগী মশক্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু

শ্রীনাবাযণগী মশক্ ওইবা পুরুষ অর্জুনবু

দেবী সবস্বতীবু শ্রীদ্বৈপাযন ব্যাসবু

খুকম্জবগা শক্কদর্বনি জয কৌবা ভাবতবু ।

জনমেজযনা হায ঃ- ব্রাহ্মণ ! বৃষ্ণিবংশগী অন্ধকবংশগী অকন্বশিংগী মুসলযুদ্ধ ওইবগী, শিনখিবগী পাউদু তাবদা, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা পবমধাম্দা লেঙখ্রবদা পাণ্ডবশিংনা কবি কবি তৌখি ? ।।১।। বৈশম্পাযননা হায ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! নিংথৌ যুধিষ্ঠিবনা বৃষ্ণিবংশগী অকম্বশিংনা ফৃনদুনা শিনখিবা মহা সংহাবগী পাউদু তাবদা মহাপ্রস্থান তৌগ্রগে হাযনা মপূক্লিংদা লেপ্খিদুনা অর্জুনদা অসুম্না হাযবক্ই ।।২।। অশিংবা ! কাল (মতম্) হাযবসিনা অচচ্চত্ত জীবশিংবু তুম্শিলহল্লি । মুন্নবা থোংলি মুলহল্লি । বিনাশগী মাযগৈবোম্দা মীকুপ্ খুদিংগী চণ্ডশিল্লি । যুম্দগী চৎখিবসু চণ্ডশিলহন্বনি । যুম্দা হঞ্জিল্লক্পসু কাল (মৃত্যু) মঙোন্দা চণ্ডশিন্বনি । কাল কৌবা মহাক্কী তৌবা ঙাক্তনি। মহাক্কী বন্ধনদা লৈবনি হাযবিবসি চুম্মি । মহাক্সু অদুম মখঙ্ঙু ।।৩।। মযাম্বা যুধিষ্ঠবনা অসুম্না হাযবক্পদা অর্জুননা "কাল হায়বসি কালমক্সি । অদুনা মাবু কহ্লোক্পা খক্ যাবোই ।" অসুম্না হাযদুনা মযাম্বা যুধিষ্ঠিবনা হাযখিবদু যাখি ।।৪।। অর্জুননা খল্লিবা ব্রাখল অদুগা হাযদোবক্লিবসি অচুম্বমক্সি হাযনা ভীমসেন, নকুল, সহদেবনা যাখি ।।৫।। অদুগী তুংদা কালধর্মগী ইচ্ছাগী মতৃং ইন্না বাজ্য-সিংহাসন-সম্পত্তি পুম্না থাদেক্লম্লগা বনদা চৎপ্রগে হাযনা নিশ্চয তৌবগা যুধিষ্ঠিবনা বৈশ্যানিংঙোম্না পোকপা ধৃতবাষ্ট্রগী মচা ঈতোন্ তোম্বা যুযুৎসুবু কৌহল্লুবগা মঙোন্দা সম্পূর্ণ বাজ্যসিগী অবাৎ অতা পূম্নমক্ যেংশিল্লু হাযনা যাথ পিখি ।।৬।। অদুগী তুংদা,

য়াজ্যগী আধিপতী (নিংথৌ) ওইনা অর্জুনগী মশূ পরিক্ষিৎপু অভিষেক তৌদুনা নিংথৌ হাপ্খি। যুধিষ্ঠিরনা য়াম্না ৱানা নুঙাইতনা সুভদ্রাদা অসুম্না হায়রক্‌ই।।৭।। ঈবেম্মা! ঐনা নিংথৌ হাপ্লিবসে নংগী নচাগী মচা নশূ পরিক্ষিৎনি। মহাক্না কুরুদেশসিগী কৌরবশিংদুগা পাণ্ডববংশগী অমত ওইবা নিংথৌনি। ভারতপুম্বগী সম্রাট্নি। য়াদবশিংগী লৈহৌরিবশিংসিগী নিংথৌদি শ্রীকৃষ্ণগী মশূ বজ্র বু হাপ্লবনি।।৮।। পরিক্ষিৎ না হস্তিনাপুরগী অদুগা বজ্রবুনা ইন্দ্রপ্রস্থগী নিংথৌনি। নহাক্না ইন্দ্রপ্রস্থগী নিংথৌ বজ্রবুসু মমা শক্না য়েংশিন্‌বিয়ু।।৯।। অসুম্না হায়রগা ধর্মাত্মা, ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা মনাও পাণ্ডবশিংগা লোয়ননা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী, বসুদেবগী, অদুগা বলরামগী উদ্দেশ্যদা জলাঞ্জলি কত্তুনা শ্রাদ্ধকর্ম পাঙথোক্‌খি।।১০-১১।। থবক্ পূম্বদা তত্ত্বা খঙদ্রবা ধর্মরাজনা শ্রীকৃষ্ণগী উদ্দেশ্যদা, দ্বৈপায়ন ব্যাস, দেবর্ষি নারদ, তপোধন মার্কণ্ডেয়, ভরদ্বাজ, যাজ্ঞবল্ক্য মুনি ঋষিশিংদা ভোজন কৎখি। শ্রীভগবানকৃষ্ণ গুণগান কীর্ত্তন তৌহল্লগা শ্রাদ্ধকর্মদা লাক্লিবা ব্রাহ্মণশিংদুদা মখল মখাগী মনিমুক্তা, ফিরোল, গ্রাম (খুঙ্গং), রথ, শগোল, শম্মীনচিংবা দক্ষিনা ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রীতিগীদমক্তা কৎখি। গৃহস্থী ব্রাহ্মণশিংদা লক্ষুম অদুগা কুমারীশিংবু সেবা লাংবা তৌনবা কৎখি।।১২-১৩।। অদুগী তুংদা রাজপুরোহিত গুরু আচার্য্য অমা ওইনা কৃপচার্য্যবু পূজা দক্ষিনা তৌদুনা পরিক্ষিৎপু শিষ্য যজমান অমা ওইনা কৃপচার্য্যদা শিন্নখি।।১৪।। অদুগী তুংদা ধর্মাত্মা যুধিষ্ঠিরনা প্রজাশিং পূম্নমক্‌পু কৌরগা তৌগে খল্লিবা কার্য্যক্রম ময়াম্দু মখোয়দা লোইনা হায়দুনা তাহন্‌খি।।১৫।। যুধিষ্ঠিরনা তৌগে খল্লিবা - বনদা চৎখিনবচিংবা ৱাদু তাবদা প্রজাশিংগী থম্মোয়দা খোয়রাং খোয়শাউবা - নুংঙাইতবা পোক্‌খি। প্রজাশিংনা, যুধিষ্ঠিরনা হায়দোরক্লিবা ৱাফম্দু থোইনা হরাওনা য়ানিংখিদে। মীয়াম্দুনা খোঞ্জেল - খোল্লোক অমত ওইনা "ননাই ঐখোয় য়াজনিংদে" হায়না মখুৎ থাংগত্তুনা লাউনরক্‌খি। ধর্মরাজনা ঐখোয়বু থাদোক্‌পিরম্ফম থোক্তে হায়না লাউনখি।।১৬-১৭।। অদুবু ধর্ম ওইরবা যুধিষ্ঠিরনা কালগতিগী তত্ত্বু খঙদুনা প্রজাশিংনা হায়জবদু য়াখিদে। মনাওশিংগা লোয়ননা রাজ্য সম্পতি পূম্বা থাদোক্রম্দুনা মহাপ্রস্থান - পুনশিগী অরোইবা খোঙচৎত্ত চৎপ্রগে হায়না হোংবা য়াদবর্মখে নিশ্চয় তৌখ্রে।।১৮।। অদুদগী কুরুবংশগী বংশগী কোক্‌থক্কী মণি, ধর্মপুত্র, ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা, মশাদা শেৎলিচারিবা বেষ আভূষণ লোইনা ভোগ তৌদুনা উকু শেৎখি। ভীম-অর্জুন-নকুল-সহদেবসু মশাদা শেৎলি চারিবা লৈতেং পূম্বা লংথোকখিদুনা উকু শেৎখি।।১৯-২০।। ভরতশ্রেষ্ঠ! নিংথৌ! জনমেজয়! শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা থাদোক্‌পগী মতম্‌গী হৌনবী যজ্ঞ পূম্বা ব্রাহ্মণশিংবু তৌহল্লগা, তৌরিবা যজ্ঞগসিামগ্রী পূম্বা ঈশিংদা বিসর্জন তৌরম্লগা মহাযাত্রা-মহাপ্রস্থানগীদমক্ খোঙ থাংদোক্‌খি।।২১।। মমাঙৈদা চৌবর ত্মারদা লোইনা থাদোক্‌খিদুনা ফীজি ইন্দুনা বনদা চৎখিবদুগুম্না, শেৎচারিবা লোইনা থাদোক্-লংথোক্রম্দুনা, দ্রৌপদীগা লোয়ননা পাণ্ডবশিংনা থোরক্‌পসি উবদা নগরগী নিপা-নুপী পূম্বা কপ্পা লাউনখি। অদুবু পাণ্ডবশিংসি অরোইবা খোঙচৎ অসিদা ওল্লোক্না নুংঙাইনা মায়থোং মকারাম্না থোরক্‌খি।।২২-২৩।। যুধিষ্ঠিরনা খল্লিবা ৱাখল অদুগা তেযগে খল্লিবা থবক্ অদুগী তত্ত্ব লোইনা খঙ্দুনা পাণ্ডবশিংসি দ্রৌপদীগা লোয়ননা অদুগা হূই অমসু য়াওনা চথোরক্লে।।২৪।। তরুক্ অসিগা লোয়ননা তরেৎশুবনা যুধিষ্ঠির মশানা ওইদুনা তরেৎ অসি মথং মনাও নাইনা চথোকরক্‌খি। নগরগী নুপা-নুপী, অহল্-লমন পূম্বা তরেৎ অসিগী তুংদা চত্তুনা ফনা য়াম্না লাপ্পা থিদ্দোরক্‌খি। মখোয়গী মতৌদু উবদা যুধিষ্ঠিরনা মখোয়দুবু লৈহৌরো হায়না চীন্না পাক্ হায়দোক্‌পা ওম্‌খিদে।।২৫।। অদুদগীদি, পুরিবমীশিংদুনা অদুগা কৃপাচার্য্যনা যুযুৎসুবু কোয়শেন্ শেন্নদুনা কোনুংলোম্দা খোঙথাং তপ্পা থাঙদুনা হঞ্জিল্লক্‌খি।।২৬।। জনমেজয়! মহাত্মা ওইরবা পাণ্ডবশিংনা দ্রৌপদীগা লোয়ননা চৎখিবসিদা নগররাজকুমারী উলুপীদি গঙ্গাদা চোংথদুনা প্রাণ থাখি। চিত্রাঙ্গদানা মপাম মণিপুরদা হন্‌খি

। অদুগা অঁতে মমা শিংনা পরিক্ষিৎপু কোয়শিন্দুনা হঞ্জিল্লকখি ॥২৮॥ কুরুনন্দন ! জনমেজয় ! অশোম্‌দনা পাণ্ডবশিংনা মিংচৎ চাউবী সতী দ্রৌপদীগা উপবাস ব্রত তৌনা তৌনা মমায় নোংপোক্ ওন্দুনা চৎখি ॥২৯॥ মখোয়সি যোগী যোগীনি ওইদুনা ত্যাগ ধর্ম চত্তুনা করিগুম্বা পোৎ অমত পাম্‌দনা লৈত্রবনি। চীং-মান-তুরেল-বন-জঙ্গল কয়া লাম্ভোক্তু না চৎখি ॥৩০॥ খ্বাইগী মাংদা যুধিষ্ঠির, অদুগী মথংদা ভীম, ভীমগী তুংদা অর্জুন, মাগী তুংদা নকুল, খ্বাইগী তুংদা চৎখি ॥৩১॥ ভরতশ্রেষ্ঠ! নিংথৌ! জনমেজয়! খ্বাইমক্‌সিগী তুংদা, খ্বাইমক্কী অনুগতি তুংইন্নবী ওই ওইনা শংবান্নবী, হক্‌চাং কয়াৎ পূম্বা করিমত থাস্তনা ফজবী থম্বাল লৈনা মীৎতা তাবী, নুপীলক্তা অথোইবী দ্রৌপদীনা খ্বাইগী তুংদা চৎখি ॥৩২॥ পাণ্ডবশিংগী তুংদা ওসাইগী হূইদুসু তবিৎ তবিৎ ইন্নরক্‌খি। অসুম্না লাক্‌পসিনা লাল্ সাগরগী মপান্ য়ৌখি ॥৩৩॥ নিংথৌ! জনমেজয়! অর্জুন অসি দিব্যরত্ন ফংনিংবনা মাগী গাণ্ডীব অদুগা তেল্‌দোং অনীসিদি ইথা থাদ্রি ॥৩৪॥ লাল্ সাগর য়ৌরক্‌পসিদা লাল্ সাগর মপানদুমক্তদা চীংদুমগুম ব্বাং চাওবা মহাপুরুষ অমগী মশক্ লৌদুনা অগ্নিদেবসি চপ্ লেপ্লুনা, পাণ্ডবশিংগী লম্বী থিংখি ॥৩৫॥ সপ্তার্চি - তেজ তরেৎ পুরবা, তেজশিং - মৈশিং তরেৎ অসিনা জিহ্বা (লৈ) ওইবা সপ্তজিহ্বা অগ্নিদেবশিংদা অসুম্না হায়রক্‌ই ঃ- অকম্বশা! পাণ্ডবপুত্রশিং! অগ্নি হায়বদু ঐসিনি খঙ্ঙু ॥৩৬॥ মহাবাহু! য়েক্লবা ওম্বা ভীমসেন ! অকম্বা অর্জুন! অশ্বীনিকুমার অনী ! ঐনা হায়রিবসে চনিং তানা অমুক্তা তাও ॥৩৭॥ কুরুশ্রেষ্ঠ অকম্বশা ! ঐ অগ্নি নি। মমাঙ্‌ৈদা মৈ (অগ্নি) ঐনা অর্জুন অদুগা সাক্ষাৎ নারায়ণগী মশক্ ওইনা শ্রীকৃষ্ণ অনীগী প্রভাব না ইন্দ্রগী খাণ্ডব বনবু চাকপা ফংখি। চাক্‌পা হায়বসিনা ঐগী চীঞ্জাক্লী। ঐবু পেলহন্‌খি ॥৩৮॥ অদুনা, যুধিষ্ঠির ! ননাও অর্জুনা পায়রিবা গাণ্ডীব অদুগা তেন্দোংসে থাদোক্লন্নগা বনদা চৎখিফম্ থোক্‌ই। হৌজিক নখোয়দা খুৎশু-খুলাযগী করি প্রয়োজন (দরকাব) লৈরি ? থাদোক্লন্মু ॥ ৩৯ ॥ অহাম্বদা চক্রবত্র সুদর্শন হাযবদো শ্রীকৃষ্ণতগী লৈরম্বনি । অদুসু চৎত্রবনি। অদুসু মতম্‌গী প্রয়োজন (দরকাব) শ্রীকৃষ্ণগী খুৎতা অমুক্ লাক্‌খিগনি ॥৪০॥ গাণ্ডীব হায়বসে ধনু পূম্নমক্তগী অথোইবনি। ধনু পূম্নমক্কী নিংথৌনি। অদুঙৈ ঐনা অর্জুনগীদমক্তা বরুণ দেব দগী নিদুনা পুবক্‌পনি। অদুনা গাণ্ডীব গী কান্নবা লোইরবনি, মপুদা হঞ্জিনখিফম্ থোক্‌ই ॥৪১॥ মাদু তাবদা, মচীন্-মনাওশিংনা অর্জুনদা গাণ্ডীবলিরুংবু থাদোক্লম্নবা হাযখি। অর্জুননা নিঙাইবা লৈতনা গাণ্ডীববু অদুগা অক্ষয় ওইববা তেন্দোং অনীবু লাল্‌সাগবগী ঈশিংদা নুংশি-নুংশিনা থাদখি ॥৪২॥ ভরতশ্রেষ্ঠ ! জনমেজয় ! অদুগীতুংদা অগ্নিদেবসি খংমাং মাঙখি। অদুদগী পাণ্ডবশিংসু হন্না যেংঙম্‌দনা মখা পাংনা চৎখি ॥৪৩॥ অদুদগী লবণ সমুদ্রগী অব্বাং পাংনা সুম্ চৎখিবসিনা অসুম্ কোয়রক্তুনা মখাগা নোংচ্পক্। তাইনবা মাযগৈবোম্‌দা অসুম্ চৎখি ॥৪৪॥ অদুগী তুংদা মখাবোম্‌দা মমায় ওন্দুনা লাক্‌পসিনা, সমুদ্রদা লূপ্‌খিবা দ্বাবকাগী শরুক্ অদু উখি। অসুম্ তৌ তৌদুনা যোগ ধর্মদা লৈবিবা পাণ্ডবশিংনা অদুদগী মমায় ওল্লক্তু না পৃথিবী (ভাবতখণ্ড) বু যেৎ ওইননা পরিক্রমা তৌবম্‌গে খন্দুনা অব্বাং পাংনা লাক্‌খি ॥৪৫-৪৬॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা মহাপ্রস্থানি কপর্বদা অহাম্বা অধ্যায় লোইরে ॥**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## মহাপ্রস্থান-পর্ব্বণঃ

## দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ

(লম্বীদা দ্রৌপদী, সহদেব, নকুল, অর্জুন অদুগী তুংদা ভীমনা মথং মথং তুহৌবা-শিহৌবা। অদুগা মাদুগী মবম্ তাক্পা)

মহাপ্রস্থানগী অনীশুবা অধ্যায

বৈশম্পাযযন উবাচ

ততস্তে নিযতাত্মান উদীচীং দিশমাস্থিতাঃ।

দদৃশু র্যোগযুক্তশ্চ হিমবন্তং মহাগিবিম্ ॥১॥

তং চাপ্যতিক্রমন্তস্তে দদৃশুবালুকার্ণবম্।

অবৈক্ষন্ত মহাশৈল্যং মেরুং শিখবিণাং ববম্ ॥২॥

তেষাংতুগচ্ছতাং শীঘ্রং সর্বেষ্যং যোগধর্ম্মিণাম্।

যাজ্ঞসেনী ভ্রষ্টযোগা নিপপাত মহীতলে ॥৩॥

তাংতুপ্রেপতিতাং দৃষ্ট্বা ভীমসেনো মহাবলঃ।

উবাচ ধর্মবাজানং যজ্ঞসেনীমবেক্ষ্য চ ॥৪॥

নাধর্মশ্চবিতঃ কশ্চিৎ বাজপুত্র্যা পবন্তপ।

কাবণং কিং নু তৎব্রুহি যৎ কৃষ্ণপতিতা ভূবি ॥৫॥

যুধিষ্ঠব উবাচ

পক্ষপাতো মহানস্যা বিশেষেণ ধনঞ্জযে।

তস্যৈতৎ কলমদ্যৈষা ভুঙ্‌ক্তে পুরুষত্তম ॥৬॥

বৈশম্পাযন উবাচ

এবমুক্ত্বা নবেক্ষ্যৈনাং যযৌভবতসত্তমঃ।

সমাধয মনো ধীমান্ ধর্মাত্মা পুরুষর্ষভঃ ॥৭॥

সহদেবস্ততো বিদ্বান নিপপাত মহীতলে।

তং চাপী পতিতং দৃষ্ট্বা ভীমো বাজানমব্রবীৎ ॥৮॥

যোঽযমাস্মাসু সর্বেষু শুশ্রুষুবনহংকৃতঃ।

মোঽযং মাদ্রবতীপুত্রঃ কস্মাৎ নিপতিতোভুবি ॥৯॥

যুধিষ্টিব উবাচ

আত্মনঃ সদৃশং প্রাজ্ঞং নৈষোমন্যত কঞ্চন।

তেন দোষেণ পতিতস্তস্মাদেষ নৃপাত্মজঃ ॥১০॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্ত্বা তং সমুৎসৃজ্য সহদেবং যযৌ তদা।
ভ্রাতৃভিঃ সহ কৌন্তেয়ঃ শুনা চৈব যুধিষ্ঠিরঃ ॥১১॥
কৃষ্ণাং নিপতিতাং দৃষ্ট্বা সহদেবং চ পাণ্ডবম্।
আর্তো বন্ধুপ্রিয়ঃ শূরোনকুলো নিপপাত হ ॥১২॥
তস্মিন্ নিপতিতে বীরে নকুলে চারুদর্শনে।
পুনরেবতদা ভীমো রাজানমিদমব্রবীৎ ॥১৩॥
যোঽয়মক্ষতধর্মাত্মা ভ্রাতা বচনকারকঃ।
রূপেণাপ্রতিমো লোকে নকুলঃ পতিতো ভুবি ॥১৪॥
ইত্যুক্ত্বা ভীমসেনেন প্রত্যুবাচ যুধিষ্ঠিরঃ।
নকুলং প্রতি ধর্মাত্মাসর্ববুদ্ধিমতাং বরঃ ॥১৫॥
রূপেণ মৎসমো নাস্তি কশ্চিদিত্যস্য দর্শনম্।
অধিকশ্চাহমেবৈক ইত্যস্য মনসি স্থিতম্ ॥১৬॥
নকুলঃ পতিতস্তস্মাদাগচ্ছ ত্বং বৃকোদর।
যস্য যৎ বিহিতং বীর সোঽবশ্যং তদুপাশ্নুতে ॥১৭॥
তাংস্তু প্রপতিতান্ দৃষ্ট্বা পাণ্ডবঃ শ্বেতবাহনঃ।
পপাত শোকসন্তপ্তস্ততো নু পরবীরহা ॥১৮॥
তস্মিংস্তু পুরুষব্যাঘ্রে পতিতে শক্রতেজসি।
ম্রিয়মাণে দুরাধর্ষেভীমো রাজানমব্রবীৎ ॥১৯॥
অনৃতং ন স্মরাম্যস্য স্বৈরেষ্বপি মহাত্মনঃ।
অথকস্য বিকারোঽয়ং যেনায়ংপতিতোভুবি ॥২০॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

একাহ্না নির্দহেয়ং বৈ শত্রূ নিত্যর্জুনোঽব্রবীৎ।
ন চ তৎ কৃতবানেষ শূরমানী ততোঽপতৎ ॥২১॥
অবমেনে ধনর্গ্রাহানেষ সর্বাংশ্চ ফাল্গুনঃ।
তথা চৈতন্ন তু তথা কর্তব্যং ভূতিমিচ্ছতা ॥২২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্ত্বা প্রস্থিতোরাজা ভীম চ নিপপাত হ।
পতিতশ্চাব্রবীৎ ভীমো ধর্মরাজ্যং যুধিষ্ঠিরম্ ॥২৩॥
ভোভোরাজন্নবেক্ষস্ব পতিতোঽহং প্রিয়স্তব।
কিংনোমিত্তং চপতনং ব্রুহিমে যদি বেৎথ হ ॥২৪॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

অতিভুক্তং চ ভবতা প্রাণেনচবিকংথসে।
অনবেক্ষ্য পরং পার্থ তেনাসী পতিতঃ ক্ষিতৌ ।।২৫।।
ইত্যুক্ত্বা তং মহাবাহুর্জগামানবলোকয়ন।
শ্বাহপ্যেকোহনুযযৌ ম যস্তে বাহুশঃ কীর্তিতোময়া ।।২৬।।

**ইতি শ্রী মহাভরতে সহস্র্যাং বয়াসিক্যাং মহাপ্রস্থানিকেপৰ্বণি দ্রৌপদ্যাদিপতনে দ্বিতিয়োহধ্যায়ঃ**

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ - নিংথৌ জনমেজয় ! পূক্নিংনা চিংবা ইন্দ্রিয়পুম্নবু সংযম তৌদুনা (লাক্শিন্দুনা) অৱাং পাংনা পাণ্ডবশিংনা লাক্তুনা মহাপর্বত হিমালয়গী দর্শন তৌখি ।।১।। হিমালয়দুবুসু লাহোক্তুনা বালু (লৈঙোই) মক্তগী সমুদ্র (মহা মরূভুমী) বু উখি। পর্বৎ (চীংজাউ) শিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা মেরু পর্বৎপু দর্শন তৌখি ।।২।। পাণ্ডবশিংনা খোঙ্গাপ্ য়াঙ্না অসুম্ চৎখৎখি। খরা চৎলগা দ্রৌপদী অসি যোগভ্রষ্ট ওইদুনা খুদি থিদুনা লৈমায়দা তুথখি ।।৩।। মহাক্না তুথখিবদু উবদা ভীমসেননা যুধিষ্ঠিরদা হংখি ।।৪।। পরংতপ ! য়াম্মুং ! রাজকুবারী দ্রৌপদী হায়বীসি পাপকী থবক অমত তৌবা লৈখিদে। করিগীদমক্তা ঐখোয়গী ইতুং ইম্ব ওম্দনা লমখাঙ্দা তুহৌরিবনো ? ।।৫।। যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ- নিপা অথোইবা ! অকন্বা ! মাগী পূক্নিংদা, অদুগা তৌরকপা কর্ম খুদিংদা অর্জুনতদা মীচঙ্ মীখা নাইবগী থবক্ তৌখি। অদুমক্তনা দোষ ওইদুনা, মদুগী মহেদু চাহৌবনি। পক্ষপাৎকী মহেনি । অদুনা মপুরোইবগী অনুগমনবু (তুংইনজবা) মপুং ফানা ফংদবনি ।।৬।। বৈশম্পায়ন না হায় ঃ- জনমেজয় ! মহারাজ ! অসুম্না হায়রগা তুহৌরিবী দ্রৌপদী রোম্দা থওইনা য়েংঙদনা পাণ্ডবশিংসি অদুম চৎখি ।।৭।। খরা চৎলে হায়রগা সহদেবসি তুথখি। মদুদা, ভীমসেনা যুধিষ্ঠিরদা হংখি ঃ- ।।৮।। য়াম্মুং ! ধর্মবাজ ! নুমিৎ চুপ্পা ঐখেয়েগী সেবাত তৌজবা, মশাদা অহং য়াওদ্রবা, মাদ্রি পুত্র ঈনাওনা তুহৌরবসিনা করি মবম্গীনো ? ।।৯।। যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ- ভীম ! মী অমগী মশাদা অহংকার হায়বসিদি নংদি করম্ খঙ্ভি ? ।।৯।। ননাও সহদেবসে বিদ্বান ওইবদা জ্ঞান লৈবদা হৈবা মান্নবা কনা লৈ হায়বসি মহাক্না মতম্ পুম্নদা তংতনা খন্খি ।মাদুনা তুহৌর্বানি ।।১০।। বৈশম্পায়ন হায় ঃ- নিংথৌ ! জমেজয় ! যুধিষ্ঠিরনা মনাও অহুমগা হূইদুগা লোয়ননা অসুম্ চৎথখি ।।১১।। খরা চৎলে হায়বগা অকন্বা নকুলসু লৈমায়থক্তা তুথখি। মশক্ ফজরবা নকুলনা তুখিবা উবদা ভীমনা যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হংখি ।।১২-১৩।। যাম্মুং ! সংসারদা মাগা মান্ননা ফজবসি লৈরোইদবা নকুলনি। ধর্মগী লীক্রম কায়দনা চৎখিবা নকুলনি। ঐখোয়গী য়াথংবু কায়দনা চৎখিবা মহাকনি। ঐখোয়গী প্রিয়বন্ধু অমা ওইনা লৈজরম্বা তুগ্রিবসিনা করিগীনো ? ।।১৪।। ভীমসেননা অসুম্না হংওক্পা অসিদা যুধিষ্ঠিরনা নকুলগী মরম্দা হায়খি ঃ- ।।১৫।। ভীমসেন ! নকুলনা তত্তনা খন্খিবা হায়ববু - শক্ -কুচু ফজবদা ঐগা মান্নবা লৈরম্খিগদ্রা অসিনি ।। হায়বদি শারীরিক সৌন্দর্য্যদা মহাক্না মহেল্লে হায়না মতম্ পুম্নদা খন্খি। অদুদা মহাক্ লৈখা তাখিবনি। তুরিবসিনি লৈখা তাবা হায়বদো। মানা মানা খল্লিবা তৌরিবদো অদুগী মতুং ফংজবতনি। লাও, চৎসি লাও হায়দুনা যুধিষ্ঠিরনা ভীম-অর্জুন, অনীগা হূইদুগা মথং অমুক চৎখৎখি ।।১৬-১৭।। দ্রৌপদী, নকুল, সহদেব অহুম লৈহৌরে। অসুম্না অর্জুননা হায়না ৱারিঙৈ-খল্লিঙৈ মতম্ অদুদা অর্জুন মহাক্ মশামক্ খঙহৌদনা লৈমায় থক্তা

তুখি ।।১৮।। নিপাগী মনুংদা নোংশাগুম্না, ইন্দ্রগা মান্নবা তেজ লৈবা, ধনুর্বিদ্যাদা মপা লৈত্রবা, অর্জুননা তাদুনা শিদুনা লৈহৌবদু উবদা ভীমনা যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রক্‌ই ।।১৯।। য়াম্বুং ! ঈনাও অর্জুন হায়বসে ফাগিজুগায় তৌদুনা ওহাক্ নোক্‌মিন্নবদু ফাওবদা মীনম্বা-ওইদবা য়াওহন্‌খিদবা নিপানি। মহাক্না তুদুনা শিহৌরিবসিনা করম্বা কর্মগী মঁহেনো ? ।।২০।। যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ- ভীম ! মাহক্না হায়দোক্তবননি। মহাক্না নোংমা অসুম্না হায়খি ঃ- ঐ নোংমগী মনুংদা পৃথিবীদা লৈরিবা য়েক্লবশিংবু হাৎপা ঙমগনি - হায়না নাপল তৌখি। ভীম ! তাইবং মীনা ঐদি নাপল তৌদে হায়খিবদুমক্ অহংকারনিদো। মহাক্ মশানা হায়খিবদো থবক্ থোক্না অমুক্তা তৌরক্তে। অদুমক্তনা নাপল (অহংকার) হায়বদুনা মাবু লৈখা তাহন্‌খিবনি ।।২১।। অর্জুননা নোংমা ধনুধারীশিংবু অপমান তৌখি, চোপ্‌হন্‌খি । অদুনা ভীম ! লৈখা তানিংদবা মীনা অসুম্না থক্ তৌরোইদবনি ।।২২।। বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! অসুম্না ভীমদা পাউতাক্ পীরগা ভীমগা লোয়ননা ওহাক্ লাকমিন্নরবা তুংদা ভীমসেন অসি লৈমায় থক্তা তুখি। মতমদুদা, ভীমনা তুনা তুনা যুধিষ্ঠিরদা লাউনা হায়রক্‌ই।।২৩।। য়াম্বুং! ননাই ভীম তুরে। লেঙবা য়াদ্রে । ঐনা তুরিবসিগী মরম্ অমুক্তা তাক্‌পিয়ু ।।২৪।। যুধিষ্ঠিরনা হায়রক্‌ই ঃ- ভীমসেনং ! নংদি খ্বাইদগী হেন্না চায়। নংনা মপান্‌গী নোয়হল চাউহল্লিবদো যোসধান্না নত্তে। ভৌতিক শরীরসিবু ভৌতিক ভোজ্য ওাক্তনা লৈপাক্ ওাক্তনা নংনা লৈপাক্‌পু ব্রাং চাউহম্বনি । অদুগুম্বা ভৌতিক দেহসিনা মরম্ ওইদুনা নহক্না কনা অমতবু উশিংখিদে। অদুনা তুবনি ।।২৫।। অসি হায়রক্লগা যুধিষ্ঠিরঅসি হুইদুগা লোয়ননা মথক্তা চংখি। মসিগী তত্ত্ব অসি জনমেজয় ঐনা নঙোন্দা তাহন্‌খ্রে ।।২৬।।

**মক্ষম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা মহাপ্রস্থানিকপর্বদা দ্রৌপদ্যাদিপতনদা অনীশুবা অধ্যায় লোইরে ।।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## মহাপ্রস্থানিক পর্বণঃ

## তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ

(যুধিষ্ঠিরনা ইন্দ্রলোকতা ইন্দ্র অদুগা ধর্মগা খ্বারী শান্নবা)
তাইবং হুক্‌চাংগা লোয়ননা স্বর্গ কাখিবা)

### অহুমশুবা অধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততঃ সন্নাদয়ঞ্শক্রো দিবং ভূমিং চ সর্বশঃ।
রথেনোপযযৌ পার্থ মাহেত্যব্রবীৎচ্চ তম্ ।।১।।
স্বভ্রাতৃন্ পতিতান্ দৃষ্ট্বা ধর্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ।
অব্রবীচ্ছোকসংতপ্তঃ সহস্রাক্ষমিদং বচঃ ।।২।।
ভ্রাতরঃ পতিতা মেঽত্রগচ্ছেয়ুস্তে ময়া সহ।
ন বিনা ভ্রাতৃভি স্বর্গমিচ্ছেগন্তুং সুরেশ্বর ।।৩।।
সুকুমারী সুখার্হা চ রাজপুত্রী পুরন্দর।
সাস্মাভিঃ সহ গচ্ছেত তৎভবাননুমন্যতাম্ ।।৪।।

শক্র উবাচ

ভ্রাতৃন্ দ্রক্ষ্যসি স্বর্গে ত্বমগ্রতাস্ত্রিদিবং গতান্।
কৃষ্ণয়া সহিতান্ সর্বান্ মাশুচো ভরতভর্ষ ।।৫।।
নিক্ষিপ্য মানুষং দেহং গতাস্তে ভরতর্ষভ।
অনেন ত্বং শরীরেণ স্বর্গে গন্তান শংশয়ঃ ।।৬।।

যুধিষ্ঠির উবাচ

অযং শ্বা ভূতভব্যেশ ভক্তোমাংনিত্যমেব হ।
স গচ্ছেত ময়াসার্ধমনৃশংস্যাহি মে মতিঃ ।।৭।।

শক্র উবাচ

অমর্ত্যত্বংমৎসমত্বং চ রাজন্ শ্রিযং কৃৎস্নাং মহতীং চৈবসিদ্ধিম্।
সংপ্রপ্তোঽদ্য স্বর্গসুখানি চ ত্বংত্যজশ্বানং নাত্র নৃশংসমস্তি ।।৮।।

যুধিষ্ঠির উবাচ

অনার্য্যমার্য্যেণ সহস্রনেত্র শকাং কর্ত্তুং দুষ্করমেতদার্য্য।
মা মে শ্রিয়া সঙ্গমনং তয়াস্তু যস্যাঃ কৃতে ভক্তজনং ত্যজেযম্ ।।৯।।

ইন্দ্র উবাচ

স্বর্গে লোকে শ্ববতাংনাস্তি ধিষ্ণ্যমিষ্টাপূর্তংক্রোধবশাহরন্তি।
ততো বিচার্য্য ক্রিয়তাং ধর্মরাজ ত্যজ শ্বানং নাত্র নৃশংসমস্তি ॥১০॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

ভক্তত্যাগং প্রাহুরত্যন্তপাপং তুল্যং লোকে ব্রহ্মবধ্যকৃতেন।
তস্মান্নাহং জাতু কথংচনাদ্য ত্যক্ষ্যাম্যেনং স্বসুখার্থী মহেন্দ্র ॥১১॥
ভীতং ভক্তং নান্যদস্তীতিচার্ত্তং প্রাপ্তং বৈনিত্যমেতদ্ব্রতং মে।

ইন্দ্র উবাচ

শুনা দৃষ্টং ক্রোধবশা হরন্তিযদ্দত্তমিষ্টং বিবৃতমথোহুতং হু।
তস্মাচ্ছুনস্ত্যাগমিমং কুরুষ্ব শুনস্ত্যাগাৎ প্রাপ্স্যসে দেবলোকম্ ॥১৩॥
ত্যক্ত্বা ভ্রাতৃন্ দয়িতাং চাপিকৃষ্ণাং প্রাপ্তোলোকঃ কর্মণাস্বেন বীর।
শ্বানং চৈনংন ত্যজসে কথংনু ত্যাগং কৃৎস্নং চাস্থিতোমুহ্যসেঽদ্য ॥১৪॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

ন বিদ্যতে সন্ধিরথাপি বিগ্রহো মৃতৈর্মর্ত্যেরিতি লোকেষুনিষ্ঠা।
ন তে ময়া জীবয়িতুং হি শক্যা স্ততস্ত্যাগস্তেষু কৃতোন জীবতাম্ ॥১৫॥
ভীতিপ্রদানং শরণাগতস্য স্ত্রিয়া বধেব্রাহ্মণস্বাপহারঃ।
মিত্রদ্রোহস্তানি চত্বারিশক্র ভক্তত্যাগশ্চৈব সমোমতো তে ॥১৬॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

তৎ ধর্মরাজস্য বচোনিশম্য ধর্মস্বরূপি ভগবানুবাচ
যুধিষ্ঠিরং প্রীতিযুক্তানরেন্দ্রং শ্লক্ষ্ণৈর্বাক্যৈঃ সংস্তবসম্প্রযুক্তৈঃ ॥১৭॥

ধর্মরাজ উবাচ

অভিজাতোঽসি রাজেন্দ্র পিতুর্বৃত্তেন মেধযা।
অনুক্রোশেন চানেন সর্বভুতেষু ভারত ॥১৮॥
পুরা দ্বৈতবনে চাসি ময়াপুত্র পারিক্ষিতঃ।
পানীয়ার্থে পরাক্রান্তা যত্রতে ভ্রাতরোহতাঃ ॥১৯॥
ভীমার্জুনৌ পরিত্যজ্য যত্র ত্বং ভাতরাবুভৌ।
মত্রোঃ সাম্যমভীপ্সন্ বৈনকুলং জীবমিচ্ছসি ॥২০॥
অয়ং শ্বা ভক্ত ইত্যেবং ত্যক্তো দেবরথস্ত্বয়া।
তস্মাৎ স্বর্গে নতে তুল্যঃ কশ্চিদস্তি নরাধিপঃ ॥২১॥
অতস্তবাক্ষয়া লোকাঃ স্বশরীরেণ ভারত।
প্রপ্তোঽসি ভরতশ্রেষ্ঠ দিব্যাং গতিমনুত্তমাম্ ॥২২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততো ধর্মশ্চ শক্রশ্চ মরুশ্চাশ্বিনাবপি।
দেবা দেবর্ষয়শ্চৈব রথমারোপ্য পাণ্ডবম্ ॥২৩॥
প্রযযুঃ স্বৈর্বিমানৈস্তে সিদ্ধাঃ কামবিহারিণঃ।
সর্বে বিরজসঃ পুণ্যাঃ পুণ্যবাগ্‌বুদ্ধিকর্মিণঃ ॥২৪॥
স তং রথং সমাস্থায় রাজা কুরুকুলোদ্বহঃ।
ঊর্ধ্বমাচক্রমে শীঘ্রং তেজসাঽবৃত্য রোদসী ॥২৫॥
ততো দেবনিকায়স্থো নারদঃ সর্বলোকবিৎ।
উবাচোচ্চৈস্তদা বাক্যং বৃহদ্বাদী বৃহত্তপাঃ ॥২৬॥
যেঽপি রাজর্ষয়ঃ সর্বে তে চাপি সমুপস্থিতাঃ।
কীর্ত্তিং প্রচ্ছাদ্য তেষাংবৈ কুরুরাজোঽধিতিষ্ঠতি ॥২৭॥
লোকনাবৃত্য যশসা তেজসা বৃত্তসম্পদা।
স্বশরীরেণ সম্প্রাপ্তং নান্যং শুশ্রুম পাণ্ডবাৎ ॥২৮॥
তেজাংসি যানি দৃষ্টানি ভূমিস্থেণ ত্বয়াবিভো।
বেশ্মানি ভুবি দেবানাং পশ্যামুনি সহস্রশঃ ॥২৯॥
নারদস্য বচঃ শ্রুত্বা রাজা বচনমব্রবীৎ।
দেবনামন্ত্র্য ধর্মাত্মা স্বপক্ষাংশ্চৈব পার্থিবান্ ॥৩০॥
শুভং বা যদি বা পাপং ভ্রাতৃণাংস্থানমদ্য মে।
তদেব প্রাপ্তুমিচ্ছামি লোকানন্যান্ন কাময়ে ॥৩১॥
রাজ্ঞস্তু বচনং শ্রুত্বা দেবরাজঃ পুরন্দবঃ।
আনৃশংস্য মমাযুক্তং প্রত্যুবাচ যুধিষ্ঠিরম্ ॥৩২॥
স্থানেঽস্মিন্ বস রাজেন্দ্র কর্মভির্নির্জিতৈঃ শুভৈঃ।
কিংত্বং মানুষ্যকং স্নেহমদ্যাপি পরিকর্ষসি ॥৩৩॥
সিদ্ধিং প্রাপ্তোসি পরমাং যথা নান্যঃ পুমান্‌ক্বচিৎ।
নৈব তে ভ্রাতরঃস্থানং সম্প্রাপ্তাঃ কুরুনন্দনঃ ॥৩৪॥
অদ্যাপি মানুষো ভাবঃ স্পৃশতেত্বাং নরাধিপঃ।
স্বর্গোঽয়ং পশ্য দেবর্ষীন সিদ্ধাংশ্চ ত্রিদিবালযান্ ॥৩৫॥
যুধিষ্ঠিরস্তু দেবেন্দ্রমেবং বাদিনমীশ্বরম্।
পুনরেবাব্রবীৎ ধীমানিদং বচনমর্থবিৎ ॥৩৬॥
তৈর্বিনা নোৎসহে বস্তুমিহ দৈত্যনিবর্হণ।
গন্তুমিচ্ছামি তত্রাহং যত্র তে ভ্রাতরো গতাঃ ॥৩৭॥
যত্রসাবৃহতী শ্যামা বুদ্ধিসত্ত্বগুণান্বিতা।
দ্রৌপদী যোপিতাং শ্রেষ্ঠা যত্র চৈব গতা মম ॥৩৮॥

**ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং মহাপ্রস্থানিকে পর্বণি যুধিষ্ঠিরস্বর্গরোহে তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥**

-ঃ-

বৈশম্পায়ন হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! অসিগী তুংদা, আকাশ পাতালবু শীঙ্খুংনা ঙাংহন্দুনা দেবরাজ ইন্দ্রসি রথ মথক্তা তোংদুনা যুধিষ্ঠিরগী নাক্তা থুংলৈ। যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়খি ঃ- কুরুনন্দন ! লাউ, রথ অসিদা কাখৎলক্উ ॥১॥ ব্রাসি তাবদা, চীঙুলন্নীদা মনাওশিং শিদুনা তাদুনা লৈহৌবদু মথক্তগী ঈঙাল ঙান্না উবদা, থম্মোয় শোক্লা ব্রাদুনা যুধিষ্ঠিরনা ইন্দ্রদা অসুম্না হায়রক্ই ॥২॥ দেবেশ্বর ! ঐগী ঈনাওশিংসে লৈমায়থক্তা তাদুনা লৈহৌরে । মখোয়গা চৎননবগী থৌরাং তৌবিয়ু । শীন্‌বিয়ু। মরম্‌দি মখোয় য়াওদনা ঐ স্বর্গদা কানিংদে, চৎনিংদে ॥৩॥ ইন্দ্র ! দেবরাজ ! রাজকুমারী দ্রৌপদী, নুংঙাই য়াইফবা মরক্তা চাউরক্পিসে, অসিগা লোয়ননা ঈনাওশিংসু ঐগা লোয়ননা স্বর্গদা য়ৌহন্‌খিনবা অনুমতি পীবিয়ু ॥৪॥ ইন্দ্রনা হায়রক্ই ঃ- ভরতশ্রেষ্ঠ ! নংগী ননাওশিংদো নহাক্লা সিদা লাক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা মখোয়না স্বর্গদা থুংলরে । মখোয়গা লোয়ননা দ্রৌপদীসু য়াওরি। নহাক্ মফম্ অদুদা মখোয়গা উনরুরনি ॥৫॥ ভরতবংশগী লৈতেং ওইবা ! মখোয়দো মর্ত্যলোক তাইবং হক্চাং থাদোক্লমদুনা অনৌবা হক্চাং দিব্যশরীর ফংদুনা শ্বর্গদা লৈরে। অদুগা নহাক্তি হক্চাং সিগা লোয়ননা দিব্যশরীর পুদুনা লৈরবা ননাওশিংদুগা উরুগদৌরি। লাইবক্ ফবনি। চিংননু লাউ, কাখৎলক্উ রথসিদা ॥৬॥ যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ- ভূত-বর্ত্তমান অনীগী স্বামী ইন্দ্র ! হুই অসে ঐগী ভক্তনি। চিংলক্তা ঐগী খোংলোয় ওইদুনা ব্রাম্মিন্নরক্লবা ভক্তনি। অদুনা ঐগা লোয়ননা স্বর্গ কাহন্‌বিয়ু। য়াবিয়ু। শাউচেক্তা তাইবং মীদা ঐগা পক্ষপাত হিংসানচিংবসি ঐগী থম্মোয়দা লৈতে ॥৭॥ ইন্দ্রনা হায় ঃ- নিংথৌ ! যুধিষ্ঠির ! নহাক্সে অমরতা (শিদবা) হায়বদু ফংলবনি । ঐগা অম্মা ওইরবনি, চপ্ মান্নরবনি। সম্পূর্ণ লক্ষমী সম্পত্তি ফংলবনি, সিদ্ধি ফংলবনি। স্বর্গগী নুংঙাইবা হায়বদুসু ফংলবনি। অদুনা হূই অসিবু থাদোক্লম্মু। হূই অমবু থাদোক্লম্বা কয়ামুক লুবা থবক্নো ? ঈবাই লায়বনি ॥৮॥ যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ- সহস্রনেত্রধারী দেবরাজ ! আর্য্য পুরুষ ওইবা, মহাত্মা ওইবা অমগী মফম্‌দা হন্থরবা থাক্কী কর্ম তৌবসে য়াম্না লুনা থোক্ই। স্বর্গগী নুংঙাইবা ফংদ্রবসু ফংদ্রসনু । ভক্তবু থদোকপদি ঐ ঙমজরোই । ভক্তবুদি থাদোক্লগা স্বর্গগী নুংঙাইবা ফংবদো ঐ পাম্‌জদে ॥৯॥ ইন্দ্রনা হায ঃ- ধর্মরাজ ! য়েন্ হূইশিংগী মফম্‌দু স্বর্গদা লৈতে। অদুগুম্বা হূইগা লোয়ননা মীনা সেবা তৌবা দান ধর্মগী পুখ্রি-কুহা তৌদুনা মীগী অরাম্ থৌরাংবা কোক্লনবা দান যজ্ঞগী মহৈদো হিংশা য়াইতম্বানা মুন্দুনা পুখি। অদুঙৈ নহাক্লা মর্ত্য লোকতা তৌরম্বা যজ্ঞদাননচিংবগী ফল অদু মাংহন্নিংদ্রবদি হূই অসি থনম্মু। থাদোক্লম্মু । নথন্তা কাখৎলক্উ বিমানথক্ অসিদা। অদুম্ হায়না তৌবদা নশাদা দোষ লৈতে, হিংসা- নুংশিহৈতবনচিংবা করিমত লৈতে ॥১০॥ যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ- মহেন্দ্র ! ভক্তবু নুংঙাইরক্লবা মতম্‌দা থাদোক্পগী পাপ্‌কী সিমা লৈতে। কোক্লবগী প্রায়শ্চিত্তসু লৈতে। অসুম্না মহাত্মা, মহাজ্ঞানীশিংনা হায়। ভক্তবু ত্যাগ তৌবদি, ব্রহ্মহত্যা তৌবগা চপ্ মান্নৈ। অদুনা ঙম্খৈ নাইদবা সম্পত্তি ফংগনি হায়দুনসু ঐ ভক্তসিবুদি থাদোক্পা ঙমজরোই ॥১১॥ অরাবা খুদিংগী ব্রাবা ফংলবা, কিবদগী কম্বিয়ু হায়না চেন্‌শিঞ্জরক্লবা, ভক্ত ওইরবা, আশ্রয় লৌগদবগী, য়াম্না মিন। চেশিন্‌জরক্লবা হন্না য়েংবদা কনা অমত লৈজদ্রবা মীবু কন্বা পাম্বা মহত্মা ওইবনা থব্রায় থাগদবলৈরফাওবদা হায়রিবা পুণ্যকর্মশিংসিবু

থাদোক্তে । থব্রায় থখিবনা হেন্না ফৈ। মসি ঐগী মতনি, সিদ্ধান্তনি ॥১২॥ ইন্দ্রনা হায় ঃ- অকন্বা ! যাগ য়জ্ঞ, পূণ্যকর্মনচিংবদা, যজ্ঞপূজানচিংবদুদা হূইনা য়েংশিনগ্রবা, মনম্ নমগ্রবা-লেকগ্রবদি তৌরিবা যজ্ঞপূজানচিংবগী মহৈদু ক্রোধবশ কৌবা হিংচাবনা লৌখি, মুনখি। অদুনা হূই অসিবু থাদোক্লম্লবতা নহাক্ দেবলোক য়ৌগনি। নত্রবদি নহাক্না তৌপ্রিবা পূন্বা উৎতা ঘী হৈবনি ॥১৩॥ নিংথৌ ! নহাক্না নচীন্ননাওশিংবু নংগী লোয়নবীবুদি হন্না য়েংবদা থাদোক্পদি গুম্লগা হূইসিবুদি থাদোক্পা গুম্দ্রিবসিনা করিগীনো ? নুপীঅঙাংপূম্বা হন্না য়েংগুম্দনা ত্যাগ তৌরক্পা অদুনা নহাক্ স্বর্গ য়ৌরক্পনি। অমুক্ মর্ত্যলোক্তা হন্খিবা পাম্লব্রা ? ননাওশিং অদুদি নংগী ভক্ত ওইবদুনা লোয়নরক্খিদবরা ? হূই সিতনা লোয়নরক্পা অসিনা ভক্তনি হায়রিবসিদি করিগীনো ? নংগী নুংশিজরবা ননাওশিংগী আসক্তিদি থাদোক্লম্লগা হূই-শাঙাদা অসুক্ কন্না আসক্তি থম্লিবদি করিগীনো ? ॥১৪॥ যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ- ভগবান্ ! ইন্দ্র ! সংসারদা অসিগুম্বা লেঙ্বা য়াদ্রবা নিয়ম্ অমা লৈ। মদুদি ঃ- শিগ্রবশিংগা সন্ধি তৌনবদা বিগ্রহ তৌনবা হায়বসে খক্ য়াদে। অসিবগা সন্ধি-বিগ্রহ্ করিমত য়াদে। চান্নবসু য়াদে, খৎনবসু য়াদে। শিগ্রবা ঈনাওশিংবু দ্রৌপদীবু অমুক হিংগৎহন্দুনা জীবন দান তৌবা হায়বসে তাইবং মীগী খুৎতা লৈতে। অদুনা ঐনা মখোয়বু থাদোক্লম্বদি শিরবা মতুংদনি। হিংলিঁঙৈদা নত্তে। অদুগা হূই অসিদি শিবা লৈতনা অসুম্ ইন্নরক্লি ॥১৫॥ আশ্রয়দা চঙজরক্লবু তান্থোক্পা, স্ত্রীহত্যা তৌবা, ব্রাহ্মণগী মরল্ হূবা, মিত্র দ্রোহ তৌবা (তৌবিমল্ খঙদবা) হায়বা মরিগী পাপ্ মরি পুল্লপ্কা ভক্ত ত্যাগকী পাপ্ অমতগা চাং চপ্ মান্নে হায়বসি ঐগী মত নি। হায়রিবা ঐগী মত (বাদ) অসি কক্পিয়ু ॥১৬॥ বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী সিদ্ধান্ত তাবদা ওম্থোক্লা পেন্খিদুনা হূঈগী মশক্ লৌরম্বা ভগবান্ ধর্ম হায়বা দেবতাদুনা হূঈগী মশক্ থাদোক্তুনা, নিংথিজরবা ৱাহৈনা যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রকই ॥১৭॥ রাজেন্দ্র ! ভরত নন্দন ! নংনা নহাক্কী সদাচার, বুদ্ধি, প্রাণি (জীব) খুদিংমক্তা চাং চপ্ মান্ননা চাউবা (সমদর্শী ওইবা) হায়বা গুণ অসিনা নহাক্ অসি রাজর্ষিবংশগী ঈ অশেংবনা পোক্পনি হায়না নশানা উৎলে ॥১৮॥ ঈবুংঙো ! অদুঙৈ নহাক্না দ্বৈত বনদা লৈরিঁঙৈদা, নং অসি কযামুক্ ধর্ম চেম্বগে হায়মদু ঐনা মুন্না পবিক্ষা তৌদুনা য়েংগ্রবনি। ঐনা ননাও মবিবু হাৎগ্রবদা নংনা ঐঙোন্দা লোয়না হিংহন্বিয়ু হায়খি। মদুদা, ধর্ম ঐনা ননাওশিংগী মনুংদা নংনা হিংহন্নিংবা অপাম্বা অমতং হায়য়ু হিংহন্গে হায়বদা নংনা নমা অমতনা পোক্পা ভীম অদুনবুদি হায়দনা মাদ্রিনা পোকপা ননাও নকুলবু হিংহন্বিয়ু হায়খি। মদুদা ঐনা পেম্মনগ্রদুনা লোইনা হিংহন্খি ॥১৯॥ নংনা নংগী নমা অপোক্পী কুন্তীগা নমা অতোপ্পী মাদ্রিগা মশা অমতনি হায়না চপ্ মান্ননা উখি ॥২০॥ ঙসিদসু " হূঈ অসি ঐগী ভক্তনি" হায়দুনা ইন্দ্রগা রথ অমতদা তোংমিন্নবা-ইন্দ্রমক্ ওইবসু নংনা পামদ্রি। অসি স্বর্গমক্তসু নহাক্পু দেবতা অমা ফাও য়াওদ্রি ॥২১-২২॥ বৈশম্পায়ন না হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! অসুম্না হায়দুনা ধর্ম, ইন্দ্র, মরুৎগণ অশ্বিনিকুমাব দেবতাশিং অদুগা দেবর্ষিশিংনা পাণ্ডু পুত্র যুধিষ্ঠিরবু রথথক্তা থাংগত্তুনা অঁতে অঁতে দেবতাশিংবু মাগী মাগী বিমানদা তোংদুনা স্বর্গলোকতা চৎখি। রাজগুণ য়াওদ্রবা পুর্ণগাত্মা ওইবা বুদ্ধিদা কর্মদা পবিত্র ওইরবা সিদ্ধ শিংনা লৈবা মফম্ অদুদা চৎখি ॥২৩-২৪॥ কুরুবংশীশিংগী কোক্কী লৈতেং ওইবা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগা ইন্দ্রগা রথ অমতদা তোংমিন্নদুনা মহাক্ মশাগী তেজতনা আকাশ-পতাল্ পূম্ঙাল্ ঙান্না মথক্লোম্দা (উর্ধগতিদা) থুনা য়াঙ্না চৎখি ॥২৫॥ মতম্ অদুদা, লোক পুম্নমক্কী থৌদোক্ ৱারীবু খঙ্লবা, ৱা ঙাংবদা হৈশিংলবা দেবর্ষি নারদনা দেবমণ্ডল-দেবসভাদা খোঞ্জেল হৌনা অসুম্না হায়খি ॥২৬॥ স্বর্গদা য়ৌরক্লিবা-

লাক্লিবা রাজর্ষি পূম্নমক্না লৈরিবসে মানা মানা তৌখিবা কর্মগী ফল ঙাক্তনি। অদুবু ঙসি, কুরুরাজ যুধিষ্ঠিবনা তাইবং হুক্চাংবু মপোপ্ ঈকায় কায়দনা লাক্পা খ্বাইগী লৈতেং ওইদুনা ঐখোয় খ্বাইগী মবক্তা বিবাজমান ওইবিবরি ।।২৭।। মহাক্ মশাগী যশ-কীর্ত্তি (মিংচৎ), তেজ (মশেক্ মঙাল্) অদুগা সদাচার (লমচৎ ব্যাবহাব) গী মশক্ ওইরবা সম্পত্তিনা লোক অহুম্মক্ পূমকূপ্ কুপ্তুনা মর্ত্ত্যলোককী ভৌতিক্ শবীবসে পুদুনা স্বর্গলোকতা কাবক্পা য়ৌবক্পসি নিংথৌসি নত্তনা ঐখোযগী মবক্তা কনা অমত যাওদ্রি। অদুগা মমাংঙৈদসু তাখিদ্রি ।।২৮।। প্রভু ! রাজন্ ! যুধিষ্ঠিব ! পৃথিথক্তা লৈবিঙৈদা নোংদোম্বক্তা নহাক্লা উখিবা নক্ষত্র-তাবানচিংবা গ্রহশিংগী মশক্ ওইনা উখিবদো যেংঙু, মখোযসে মশেক্ মঙাল পুববা লোক অমমম্নি। মখোয়সিবু নক্ষত্রলোক, তাবালোক, চন্দ্রলোক, সূর্য্যলোক হায়না খঙনবি-যেংঙু ।।২৯।। নারদকী ৱাসি তাবদা, নিংথৌ যুধিষ্ঠিবনা দেবতাশিং, বাজর্ষিশিংগী অনুমতি (অযাবা) লৌদুনা অসুম্না হায়বক্ই ঃ- ।।৩০।। দেবেশ্বব ! ইন্দ্রদেব ! মর্ত্ত্যলোককী ঈনাওশিংনা মাগী মাগী শুভকর্মনবা, অশুভ কর্মনবা, মখোয়না লৈবা লোকশিংদুদা ঐসু লৈনিংঙি, অদু নত্তনা অতৈ লোক অমদা ঐ লৈনিংদে ।।৩১।। যুধিষ্ঠিবগী ৱাসি তাবদা দেববাজ ইন্দ্রনা অসুম্না অথোৎপা ৱাহৈনা হায়বক্ই ঃ- ।।৩২।। মহাবাজ ! ধর্মবাজ ! নহাক্ নশাগী কর্ম শক্তিনা য়ৌবক্লিবা স্বর্গ লোক অসিদা বাস তৌ। অসুমক্ লেঙদনা লৈযু। মর্ত্ত্যলোক-মনুষ্যলোককী মায়াগী নুংশিথৌবী (স্নেহপাশ) বু কৈদৌনা হৌজিক্ ফাওবা থদৎত্রি ? ।।৩৩।। কুরুনন্দন ! নহাক্লা ফংলিবা ধাম (গতি) অসে উত্তম গতিনি। মখা তানিংঙাই লৈত্রবা ধামনি-গর্তিনি ।।৩৪।। নবেশ্বব ! হৌজিক ফাওবা মানবভাব-মনুষ্যভাবনা নশাবু শোকহল্লিবসি কবিগীনো ? চুম্দে। যেংঙু, নংনা লৈবিবসে স্বর্গ লোক হায়বা অদুনি। লৈবিবা সিদ্ধসাধ্য মযাম্সে যেংঙু ।।৩৫।। অসুম হায়বিবা ঐশ্বর্য্য পূম্বনা তিল্লবা ইন্দ্রদা অর্থতত্ত্ব পূম্নমক্না তিল্লবা ৱাসি যুধিষ্ঠিবনা হায়খি ।।৩৬।। দৈত্যসূদন ! দেববাজ ! ঐগী ঈনাওশিং ৱাবে ৱামিন্নবক্পা নুংঙাইবক্পা ঈনাওশিং অদুনা লৈবা লোক অদুদা ঐ লৈনিংঙি। ঐনা সিদা নুংঙাইনা লোক অমদা লৈথোক্লগা মখোযনা হুম্বা লোক্তা লৈবদো ঐ পাম্জদে। ঈনাওশিং অদুনা, মশক্ মতৌ ফজববী ওইবতা নত্তনা সত্ত্ব গুণ চেল্লবী দ্রৌপদীনা লৈবিবা মফম্ (লোক) অদুদা ঐ লৈজকগে ।।৩৮-৩৮।।

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা মহাপ্রস্থানিকপর্বদা যুধিষ্ঠিবস্বর্গাবোহণ পর্বদা অহুমশুবা অধ্যায লোইবে।**

-০-

শ্রী পরমাত্মনে নমঃ

# শ্রী মণিপুরী মহাভারতম্

## স্বর্গারোহণপর্ব

### প্রথমোঽধ্যায়ঃ।

(স্বর্গদা নারদগা যুধিষ্ঠিরগা ওাঙ্নবা)

### অহান্বা অধ্যায়

।। শ্রী গণেশায় নমঃ ।।

নারায়ণং নমস্কৃত্য নরং চৈব নরোত্তমম্।
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদিরয়েৎ ।।
জনমেজয় উবচে
স্বর্গং ত্রিবিষ্টপং প্রাপ্য মম পূর্ব পিতামহাঃ।
পাণ্ডব ধৃতরাষ্ট্রাশ্চ কানিস্থানানি ভোজিবে ।।১।।
এতদিচ্ছাম্যহং শ্রোতুং সর্ববিচ্চাসি মেমতঃ।
মহর্ষিণামভ্যনুজ্ঞাতো ব্যাসেনাদ্ভুত কর্মণা ।।২।।
বৈশম্পায়ন উবাচ
স্বর্গং ত্রিবিষ্টপং প্রাপ্য তব পূর্বপিতমাহাঃ।
যুধিষ্ঠির প্রভৃতয়ো যদকুর্বত তচ্ছৃণু ।।৩।।
স্বর্গং ত্রিবিষ্টপং প্রাপ্য ধর্মরাজো যুধিষ্ঠিবঃ।
দুর্য্যোধনং শ্রিয়া জুষ্টং দদর্শাসীনমাসনে ।।৪।।
ভ্রাজমান মিবাদিত্যং বীরলক্ষ্ম্যাভিসংবৃতম্।
দেবৈর্ভ্রাজিষ্ণুভিঃ সাধ্যৈঃ সহিতং পুণ্য কর্মভিঃ ।।৫।।
ততো যুধিষ্ঠিরো দৃষ্ট্বা দুর্য্যোধন মমর্ষিতঃ।
সহসা সংনিবৃত্তোঽভূচ্ছ্রিয়ং দৃষ্ট্বা সুযোধনে ।।৬।।
ব্রুবন্নুচ্চৈপর্বচস্তান্ বৈনাহং দুর্য্যোধনেন বৈ।
সহিতঃ কাময়ে লোকাঁল্লুব্ধেনাদীর্ঘদর্শিনা ।।৭।।
যৎকৃতে পৃথিবী সর্বা সুহৃদো বান্ধবাস্তথা।
হতাস্মাভিঃ প্রসহ্যাজৌ ক্লিষ্টৈঃ পূর্বংমহাবনে ।।৮।।
দ্রৌপদী চ সভামধ্যে পাঞ্চালী ধর্মচারিণী।
পর্য্যাকৃষ্টানবদ্যাঙ্গী পত্নীনো গুরুসন্নিধৌ ।।৯।।

অস্তি দেবান মে কামঃ সুযোধনমুদীক্ষিতুম্ ।
তত্রাহং গন্তুমিচ্ছামি যত্রতে ভ্রাতরো মম ।।১০।।
নৈবমিত্যব্রবীৎ তংতু নাবদঃ প্রহসন্নিব ।
স্বর্গে নিবাসে রাজেন্দ্র বিরুদ্ধং চাপি নশ্যতি ।।১১।।
যুধিষ্ঠিব মহাবাহো মৈবংবোচঃ কথঞ্চন ।
দুর্যোধনং প্রতি নৃপং শৃণু চেদং বচো মম ।।১২।।
এষ দুর্যোধনো বাজা পূজ্যতে ত্রিদশৈঃ সহ ।
সদ্ভিশ্চ রাজপ্রবরৈর্য ইমে স্বর্গবাসিনঃ ।।১৩।।
বীবলোকগতিং প্রাপ্তা যুদ্ধে কৃত্বহহত্মনস্তনুম্ ।
যূযং সর্বেসুবসমা যেন যুদ্ধে সমাসিতাঃ ।।১৪।।
স এষ ক্ষত্রধর্মেণ স্থানমেতদবাপ্তবান ।
ভয়ে মহতি যোহভীতো বভূব পৃথিবীপতিঃ ।।১৫।।
ন তন্মনসি কর্তব্যং পুত্র যৎদ্যুতকাবিতম্ ।
দ্রৌপদ্যাশ্চ পবিক্লেশং ন চিন্তয়িতুমর্হসি ।।১৬।।
যে চান্যেহপি পবিক্লেশা যুষ্মাকং জ্ঞাতিকাবিতাঃ ।
সংগ্রামেষ্বথ বান্যত্র ন তান্ সংস্মর্তুমর্হসি ।।১৭।।
সমগচ্ছ যথান্যাযং বাজ্ঞা দুর্যোধনেন বৈ ।
স্বর্গোহযং নেহ বৈবাণি ভবন্তি মনুজাধিপ ।।১৮।।
নাবদেনৈবমুক্তস্তু কুরুবাজো যুধিষ্ঠিবঃ ।
ভ্রাতৃন্ পপ্রচ্ছ মেধাবী বাক্যমেতদুবাচ হ ।।১৯।।
যদি দুর্যোধনস্যৈতে বীবলোকাঃ সনাতনাঃ ।
অধর্মজ্ঞস্য পাপস্য পৃথিবী সুহৃদাং দ্রুহঃ ।।২০।।
যৎকৃতে পৃথিবী নষ্টা সহযা সবাজিদ্বিপা ।
বযংচ মন্যুনা দগ্ধা বৈবং প্রতিচিকীর্ষযা ।।২১।।
যে তে বীবা মহাত্মানো ভ্রাতবো মে মহাব্রতাঃ ।
সত্যপ্রতিজ্ঞাঃ লোকস্য শূবাবৈ সত্যবাদিনঃ ।।২২।।
তেষামিদানীং কে লোকা দ্রষ্টুমিচ্ছামি তানহম্ ।
কর্ণং চৈব মহাত্মানং কৌন্তেযং সত্যসংগবম ।।২৩।।
ধৃষ্টদ্যুম্নং সাত্যকিং চ ধৃষ্টদ্যুম্নস্য চাত্মজান্ ।
যে চ শস্ত্রৈর্বধং প্রাপ্তাঃ ক্ষত্রধর্মেণ পার্থিবাঃ ।।২৪।।
ক নু তে পার্থিবান্ ব্রহ্মন্নৈতান্ পশ্যামি নাবদ ।
বিরাট দ্রুপদৌ চৈব ধৃষ্টকেতু মুখাংশ্চ তান্ ।।২৫।।

শিখণ্ডিনং চ পাঞ্চালাং দ্রৌপদেয়াংশ্চ সর্বশঃ।
অভিমন্যুং চ দুর্ধর্ষং দ্রষ্টুমিচ্ছামি নারদ ॥২৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং স্বর্গরোহণ পর্বণি নারদযুধিষ্ঠিরসংবাদে প্রথমোঽধ্যায়ঃ ॥

-ঃ-

॥ শ্রী গণেশবু খুরুমজরি ॥

অন্তর্যামী শ্রীনারায়ণগী মশক্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু
নর ঋষিগী মশক্ ওইবা নরশ্রেষ্ঠ অর্জুনবু
ভগবতী সরস্বতীবু মহর্ষি বেদ ব্যাসবু
খুরুম্জরগা শক্তদবনি জয় কৌবা মহাভারতবু ॥

জনমেজয় না হংখি ঃ- মুনি ! বৈশম্পায়ন ! ঐগী ঈবুধৌশিং পাণ্ডবশিংনা অদুগা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা স্বর্গ লোকতা করম্ করম্না স্থান্দা লৈনখিবগে ? ॥১॥ পূম্নমক্সি মচা খায়না তাজনীংঙি। মুনি ! ব্রাহ্মণ ! অঙকপা থবক্তা তৌগুম্বা ব্যাসগী য়াথং অমদি কৃপা ফংলবা সর্বজ্ঞ অমা ওইবিববনি হায়না থাজৈ ॥২॥ বৈশম্পায়ননা হায ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! লোক অহুম্গী অন্তর্ভাব ওইনা লৈববা স্বর্গ অদুদা য়ৌখ্রগা নিংথৌ নহাক্কী নবুধৌশিং যুধিষ্ঠিরনচিংবনা তৌখিবা থবক্তো ঐ হায়গে, মুন্না তাউ ॥৩॥ স্বর্গ লোকতা যৌরবা তুংদা যুধিষ্ঠিরনা কবি উখিবগে হায়ববু - দুর্যোধননা স্বর্গগী নুংঙাইবা ঐশ্বর্য্য পূম্না ফংদুনা দেবতাশিংগী মরক্তা পুণ্য কর্ম তৌবা সাধ্যশিংগা লোয়ননা ফম্মিন্নদুনা মশেক্ মঙালনা থন্না লৈরম্মি ॥৪ - ৫॥ মওং অদুদা দুর্যোধননা লৈরম্বদু উবদা যুধিষ্ঠির অসি য়েংবা নুংঙাইতদুনা, মপৃক্লিং ৱাবৌননা হন্না য়েংঙম্দনা হন্দোক্খি ॥৬॥ দেবতাশিংদা খোঞ্জেল তৌনা অসুম্না হায়রক্ই ঃ- দেবতাশিং ! মহাক্কী হাক্তক্তগী ঐনা মৱাপ্ মপাং শাগে -নাতে পূম্নবু লাল্দা হাৎখি । পৃথিবী পূম্নবু উজাড়-মেলা শানা মাংনখি। মীনম্বা চৌবব শান্নদুনা ঐখোযবু চহী তরাহুম্দোই চুপ্না চাদা থক্তনা অৱাবা খাংহন্খি। মবাল্ লৈজদ্রবী ধর্মগী লীক্রম্ কায়জদ্রবী পাঞ্চালী দ্রৌপদীবু মীনা পিক্ থল্লবা চৌবব সভাদা চিংশিলক্তনা গুরুজন্শিং মাঙ্মক্তদা মহালোভী পাপী দুর্যোধনসিনা অৱাবা ঈকায়বা কয়া নংহন্খি। অসিগুম্না পাপী অসিনা লৈরিবা লোক অসিদা ঐ লৈজনিংদে ॥৭ - ৯॥ দেবতা পূম্নমক ! দুর্যোধননা ফংলিবা মফম্সে, ফনমক্ পুণ্য চেম্বা মফম্ ওইরবসু মহাক্কা ফংলিবা মফম্ অসিদি লায়বদনা, মাগী মশক্ ফাওবা য়েংজনিংদে। ঐনা পাম্বা মফম্দি স্বর্গ খণ্ডদে, নরক্ খণ্ডদে - ঈনাওশিংনা লৈবিবা মফম্দুবুনি ॥১০॥ যুধিষ্ঠিরগী ৱাদু তাবদা নাবদনা মোমোন তৌনা হায়বক্ই ঃ- নিংথৌ ! অদুম্না খক্ হায়গনু। স্বর্গদা য়ৌরক্লবদি, মর্ত্য লোকতা খৎনা চৈনখিবা, নুংঙাইনদখ্রিবা পূম্নমক্ অদুবু কাউথোক্খ্রগদবনি। মহাশান্তিদা লৈখ্রগদবনি ॥১১॥ মহাবাহু ! যুধিষ্ঠির ! নহাক্ হৌজিক্ স্বর্গ অসিদদি দুর্যোধনগী মফম্দা হান্নগুম্না অথীবা ৱাহৈশিংদো খক্ ঙাঙবা শক্পা হৌনদ্রে। ঐনা হায়রিবসে চনীং তানা তাউ ॥১২॥ হৌজিক্ দুর্যোধন অসে, দেবতাশিংমক্তা তরাম্ তরাম্না সম্মান্ তৌদুনা লৈরে। মহাক্ স্বর্গ লোকতা মতম্ কুইনা লৈরগনি ॥১৩॥ মহাক্না ক্ষত্রিয় ধর্ম মতুংইন্না যুদ্ধ যজ্ঞদা মশাবু হক্চাংবু

হোম্ তৌরম্লগা বীবলোক-বীরগতিদা ফংলরবনি। দেবতাশিংগা মান্ননা কল্লবা ননাওশিংগা মায় ওন্দবা লাম্ফম্দা, কবিমত কিদনা, শীংনদুনা লাম্দা মথ্বায় কংথোক্খিবনি। মাদুগী মহৈনা খুবম্ অসি ফংলিবনি।।১৪-১৫।। ঈবুংঙো! নিংথৌ! ধর্মরাজ! মর্ত্ত্য লোকতা মায়া চৌববনচিংবদো, চৌবর ত নত্তে। মর্ত্ত্য লোকতা তৌনরিবা থবক্ পূম্বা মায়াগী মায়া মক্তনি। দ্রৌপদীনচিংবদা পীখিবা অব্রাবপূম্বদো হৌজিক্তি লোয়না কাওথোক্লো।।১৬।। মমাংঙৈদা মর্ত্ত্যলোকতা ফংখিবা অব্রাবা নুংঙাইতবা পূম্বদো হৌজিক্ অমত নীংশিংবা য়াদ্রে। মাদু নগুগুম্বা জ্ঞানী অমনা তৌবা হৌনদে।।১৭।। অদুনা নং হৌজিক্ দুর্য্যোধনগা লেংগোন্নৌ-চান্নৌ। নিংথৌ! নহাক্না য়ৌরক্লিবসি স্বর্গ হায়বদুনি। মর্ত্ত্যলোকতা লৈরিঙৈগী কবিসু লৈতবা, অনীত্য ওইবা পোশক্ অমদা খক্ নুঙাইনদবদো হৌজিক্ ফাওবা লৈরবদি নংনা লাক্লিবসে স্বর্গ নত্রে। নংনা নশানা ওইহন্দ্রে।।১৮।। নাবদনা হায়রিবসি তাববতুংদা যুধিষ্ঠিরনা ভীমনচিংবা মনাওশিংনা লৈবিবা লোক, ফংলিবা পদবী অদু কদায়দনো হায়না হংবা ওইনা, নারদদা অসুম্না হায়রক্ই :- ।।১৯।। দেবর্ষি! মহাক্কী হাক্তক্তগী, (মহাক্না) শাগোল-শামু, সনা-লূপা, অকম্বা নিংথৌ কয়াবু তুম্হন্খিদুনা পৃথিবীবু সারক্ষাব মাঙহন্বদুগী লমন্ খুম্নিংবনা ঐখোয়বু কামক্রোধদা থাদরম্বা, মশাদা ধর্মগী মনম্ ফাওবা য়াওদ্রবা, তাইবং মী পূম্নমক্পু অমগমগা য়েংথিনহল্লম্বা, মাগুম্বা পাপী দুর্য্যোধননা স্বগগী লাইয়াম্গী মরক্তা সম্মান ফংদুনা লৈরি। অদুনদি পোক্তৈগী মীঙোম্দা লাঞ্জদ্রবা মগাম্লোম্গী পাঞ্চলনা ফংজবা খরদা নুংঙাইজবা মহাত্মা ওইববা ঈনাওশিংনা লৈবম্গদবা মফম্দুদি, দুর্য্যোধননা ফংলিবা স্বর্গ জাৎ অসি নত্তবা ওহ্লোক্না ৱাংলবা স্বর্গ অমদা লৈরম্বা তাই। অদুগুম্বা, সত্যবাদী ওইরবা, ধর্মদা কর্মদা জগৎ ফাওববা ঈনাওশিংনা ফংবা লোক অদু ঐস্নু ফংজনিংগি। মর্ত্ত্যলোকক্কী ঐগী মাগী হায়বা ৱাখল অদো নত্তে।।২০-২৩।। নারদজী! দেবর্ষি! ঈনাওশিংগী ঙাক্ হায়জবা নত্তে। ধৃষ্টদ্যুম্ন, সাত্যকি, ধৃষ্টদ্যুম্নগী মচাশিংনা লৈরিবা মফম্দুসু উজনীংবগী ৱানি। ধর্মগী পক্ষদা লেপ্তুনা ধর্মক্ষেত্র কুরুক্ষেত্রগী লাম্দা মথ্বায় কংথোক্লম্বা অকম্বা ক্ষত্রিয় নিংথৌশিংদুগী আত্মানা অনৌবা দিব্যশরীব ফংদুনা লৈবিবা মখোযদুবুনি ঐনা উজনিংলিবসি। মখোয়শিংদুবুদি দুর্য্যোধননা লৈবিবা স্বর্গনি হায়রির্বাসিদা লৈবম্দ্রে। অমত উদ্রে। মখোয়দুবুনি ঐনা উজনিংলিবদি। বিবাট, দ্রুপদ, ধৃষ্টকেতু, পাঞ্চালবাজকুমাব শিখণ্ডী, দ্রৌপদী মচাশিং লাক্ঙম্ ফাঙম্দ্রবা অভিমন্যু মখোয়সিবুসু উজনিংগি।।২৪-২৬।।

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা স্বর্গারোহণ পর্বদা নারদ যুধিষ্ঠির সংবাদগী অহান্বা অধ্যায় লোইরে।।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ।

(দেবদূতনা যুধিষ্ঠিরবু নরক্ উহন্বা ঃ মনাওশিংগী খোঞ্জেন্ তাবা)

### অনীশুবা আধ্যায়

যুধিষ্ঠির উবাচ

নেহপশ্যামি বিবুধা রাধেয় মমিতৌজসম্।
ভ্রাতরৌ চ মহাত্মানৌ যুদামন্যুত্তমৌজসৌ ।।১।।
জুহুবুর্যে শরীবাণি রণবহ্নৌ মহাবথাঃ।
বাজানো রাজপুত্রাশ্চ যে মদর্থে হতা বণে ।।২।।
ক তে মহারথা সর্বে শার্দূলসমাবিক্রমাঃ।
তৈবপ্যযং জিতোলোকঃ কচ্ছিৎ পুরুষ সত্তমৈঃ ।।৩।।
যদি লোকানিমান্ প্রাপ্তাস্তে চ সর্বে মহারথাঃ।
স্থিতং বিত্তহিমাং দেবাঃ সহিতং তৈর্মহাত্মভিঃ ।।৪।।
কচ্চিন্ন তৈববাপ্তোঽয়ং নৃপৈর্লোকোঽক্ষয়ঃ শুভঃ।
ন তৈরহং বিনা বংস্যো ভ্রাতৃভির্জ্ঞাতিভিস্তথা ।।৫।।
মাতুর্হি বচনং শ্রুত্বা তথা সলিল কর্মণি।
কর্ণস্য ক্রিযতাং তোয়মিতি তপ্যামিতেনবৈ ।।৬।।
ইদং চ পরিতপ্যামি পুনঃ পুনরহং সুবাঃ।
যন্মাতুঃ সদৃশৌ পাদৌ তস্যাহমমিতাত্মনঃ ।।৭।।
দৃষ্টৈব তৌ মানুগতঃ কর্ণং পববলার্দনম্।
নহ্যস্মান্ কর্ণসহিতান্ জয়েচ্ছক্রোঽপি সংযুগে ।।৮।।
তমহং যত্র তত্রস্থং দ্রষ্টুমিচ্ছামি সূর্যাজম্।
আবেজ্ঞাতো ময়া যোঽসৌ ঘতিতঃ সব্যসাচিনা ।।৯।।
ভীমং চ ভীমবিক্রান্তং প্রণেভ্যোঽপি প্রিযং মম।
অর্জুনং চেন্দ্রসংকাশং যমৌ চৈব যমোপমৌ ।।১০।।
দ্রষ্টুমিচ্ছামি তাং চাহং পাঞ্চালীং ধর্মচারিণীম্।
ন চেহ স্থাতুমিচ্ছামি সত্যমেবং ব্রবীমিবঃ ।।১১।।
কিং মে ভ্রাতৃবিহীনস্য স্বর্গেণ সুরুসত্তমাঃ।
যত্র তেমম সস্বর্গো নাযং স্বর্গোমতো মম ।।১২।।

দেবা ঊচুঃ

যদি বৈ তত্র তেশ্রদ্ধা গম্যতাং পুত্রমাচিরম্ ।
প্রিয়ে হি তব বর্তামো দেবরাজস্য শাসনাৎ ।।১৩।।

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্বা তং ততো দেবা দেবদূতমুপাদিশন্ ।
যুধিষ্ঠিরস্য সুহৃদো দর্শয়েতি পরংতপ ।।১৪।।
ততঃ কুন্তীপুত্রো রাজা দেবদূতশ্চ জগ্মতুঃ ।
সহিতৌ রাজশার্দূল যত্রতে পুরুষর্ষভাঃ ।।১৫।।
অগ্রতোদেবদূতশ্চ যযৌ রাজ চ পৃষ্ঠতঃ ।
পন্থানমশুভং দুর্গংমোবিতং পাপকর্মভিঃ ।।১৬।।
মিসা সংবৃতং ঘোরং কেশশৈবলশাদ্বলম্ ।
যুক্তং পাপকৃতাং গন্ধৈর্মাংসশোণিতকর্দমম্ ।।১৭।।
দংশোৎ পাতকভল্লুকমক্ষিকামশকাবৃতম্ ।
ইতশ্চেতশ্চ কুণপৈঃ সমন্তাৎ পরিবারিতম্ ।।১৮।।
অস্থিকেশসমাকীর্ণং কৃমিকীটসমাকুলম্ ।
জ্বলনেন প্রদীপ্তেন সমন্তাৎ পরিবেষ্টিতম্ ।।১৯।।
অয়োমুখৈস্তথা কোকাদ্যৈগৃধ্রৈশ্চ সমাভিদ্রুতম্ ।
সূচীমুখৈস্তথা প্রতৈর্বিন্ধ্য শৈলোপমৈবৃত্তম্ ।।২০।।
মেদোরুধিরযুক্তৈশ্চ ছিন্নবাহূরুপাণিভিঃ ।
নিকৃত্তোদরপাদৈশ্চ তত্রতত্র প্রবেরিতৈঃ ।।২১।।
সতৎকুণপদুর্গন্ধমশিবং লোমহর্ষণম্ ।
জগাম রাজা ধর্মাত্মা মধ্যেবহু বিশ্চিন্তয়ন্ ।।২২।।
দদর্শোষ্ণোদকৈঃ পূর্ণাং নদীং চাপি সুদুর্গমাম্ ।
অসিপত্রবনং চৈব নিশিতং ক্ষরসংবৃতম্ ।।২৩।।
করম্ভবালুকাস্তপ্তা অযসীশ্চশিলাঃ পৃথক্ ।
লোহকুম্ভীশ্চ তৈলস্য ক্বাথ্যমানাঃ সমন্ততঃ ।।২৪।।
কূটশাল্মলিকং চাপি দুঃস্পর্শংতীক্ষ্ণকন্টকম্ ।
দদর্শ চাপি কৌন্তেয়ো যাতনাঃ পাপকর্মিণাম্ ।।২৫।।
স তং দুর্গন্ধমালক্ষ্য দেবদূতমুবাচ হ ।
কিয়দধ্বানমস্মভির্গন্তব্যমিমমীদৃশম্ ।।২৬।।
ক চ তে ভ্রাতরো মহ্যং তন্মমাখ্যাতুমর্হসি ।
দেশোঽযং কশ্চ দেবানামেতদিচ্ছামি বেদিতুম্ ।।২৭।।

স সংনিববৃতে শ্রুত্বা ধর্মরাজস্য ভাষিতম্।
দেবদুতোঽব্রবীচ্চৈনমেতাবৎ গমনং তব ॥২৮॥
নিবর্তিতব্যো হি ময়া তথাস্ম্যুক্তো দৈবোকসৈঃ।
যদি শ্রান্তোঽসি রাজেন্দ্র ত্বমথাগন্তুমর্হসি ॥২৯॥
যুধিষ্ঠিরস্তু নির্বিণ্ণস্তেন গন্ধেন মূর্চ্ছিতঃ।
নিবর্তনে ধৃতমনাঃ পর্য্যাবর্তত ভারত ॥৩০॥
স সংনিবৃত্তো ধর্মাত্মা দুঃখশোকসমাহতঃ।
শুশ্রাব তত্র বদতাং দীনা বাচঃ সমন্ততঃ ॥৩১॥
ভো ভো ধর্মজ রাজর্ষে পুণ্যাভিজন পাণ্ডব।
অনুগ্রহার্থমস্মাকং তিষ্ঠ তাবন্মুহূর্তকম্ ॥৩২॥
আযাতি ত্বয়ি দুর্ধর্ষে বাতি পুণ্যঃ সমীবণঃ।
তব গন্ধানুগস্তাত যেনাস্মান্ সখমাগমৎ ॥৩৩॥
তে বয়ং পার্থ দীর্ঘস্য কালস্য কালস্য পুরুষর্ষভ।
সুখমাসাদযিষ্যামস্ত্বাং দৃষ্ট্বা রাজসত্তম ॥৩৪॥
সংতিষ্ঠস্ব মহাবাহো মুহূতর্তমপি ভারত।
ত্বয়ি তিষ্ঠতি কৌরব্য যাতাস্মান্ নবাধতে ॥৩৫॥
এবং বহুবিধা বাচঃ কৃপণা বেদনাবতাম্।
তস্মিন্ দেশে স শুশ্রাব সমন্তাৎ বদতাং নৃপ ॥৩৬॥
তেশাং তু বচনং শ্রুত্বা দয়াবান্ দীনভাশিণাম্।
অহো কৃচ্ছ্রমিতি প্রাহ তস্থৌ স চ যুধিষ্ঠিরঃ ॥৩৭॥
স তা গিবঃ পুরস্তাৎ বৈশ্রুতপূর্বা পুনঃ পুনঃ।
গ্লানানাং দুঃখিতানাংচ নাভ্যজানত পাণ্ডবঃ ॥৩৮॥
অবুধ্যমানস্তা বাচো ধর্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ।
উবাচ কেভাবন্তো বৈ কিমর্থমিহ তিষ্ঠত ॥৩৯॥
ইত্যুক্তাস্তে ততঃ সর্বে সমন্তদাবভাষিরে।
কর্ণোঽহং ভীমসেনোঽহমর্জুনোঽহমিতি প্রভো ॥৪০॥
নকুলঃ সহদেবোঽহং ধৃষ্টদ্যুম্নোঽহমিত্যুত।
দ্রৌপদী দ্রৌপদেযাশ্চ ইত্যেবং তেবিচিক্রুশুঃ ॥৪১॥
তা বাচঃ সতদাশ্রুত্বাতদ্দেশস্বদৃশীর্নৃপ।
ততো বিমমৃশে রাজা কিং ত্বিদং দৈবকারিতম্ ॥৪২॥
কিং তুতৎ কলুষং কর্ম কৃতমেভির্মহাত্মভিঃ।
কর্ণেন দ্রৌপদেয়ৈর্বা পাঞ্চল্যাবা সুমধ্যয়া ॥৪৩॥

য ইমে পাপগন্ধেঽস্মিন্ দেশেসন্তিসুদারুণে।
নাহং জানামি সর্বেষাং দুষ্কৃতং পুণ্যকর্মণাম্ ॥৪৪॥
কিংকৃত্বা ধৃতবাষ্ট্রস্য পুত্রো রাজা সুযোধনঃ।
তথা শ্রিয়া সুতঃ পাপৈঃ সহ সর্বৈঃ পদানুগৈঃ ॥৪৫॥
মহেন্দ্র ইব লক্ষ্মীবানাস্তে পরমপূজিতঃ।
কস্যেদানীং বিকারোঽয়ং য ইমে নরকং গতাঃ ॥৪৬॥
সর্বধর্মবিদঃ শূরাঃ সত্যাগম পরায়ণাঃ।
ক্ষত্রধর্মরতাঃ সন্তো যজ্বানো ভূরিদক্ষিনাঃ ॥৪৭॥
কিংনু সুপ্তোঽস্মি জাগামি চেতয়ামি ন চেতয়ে।
অহোচিত্তবিকারোঽয়ং স্যাৎ বা মেচিত্তবিভ্রমঃ ॥৪৮॥
এবং বহুবিধং রাজা বিমমর্শ যুধিষ্ঠিরঃ।
দুঃখশোকসমাবিষ্টশ্চিন্তাব্যাকুলিতেন্দ্রিয়ঃ ॥৪৯॥
ক্রোধমাহাবয়চ্চৈব তীব্রং ধর্মসুতো নৃপঃ।
দেবাংশ্চ গার্হয়ামাস ধর্মং চৈব যুধিষ্ঠিবঃ ॥৫০॥
স তীব্রগন্ধসংতপ্তো দেবদূতমুবাচ হ।
গম্যতাং তত্র যেষাং ত্বাং দূতস্তেষামুপান্তিকম্ ॥৫১॥
ন হ্যহং তত্র যাষ্যামি স্থিতোঽস্মীতি নিবেদ্যতাম্।
মৎসংশ্রয়াদিমে দূনাঃ সুখিনোভ্রাতরো হি মে ॥৫২॥
ইত্যুক্তঃ স তদা দুতঃ পাণ্ডুপুত্রেণ ধীমতা।
জগাম তত্র যত্রাস্তেদেবরাজঃ শতক্রতুঃ ॥৫৩॥
নিবেদযায়াস জ তৎ ধর্মবিবাজচিকীর্ষিতম্।
যথোক্তং ধর্মপুত্রেণ সর্বমেব জনাধিপ ॥৫৪॥

**ইতি শ্রীমহাভবতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং স্বর্গরোহণপর্বণি যুধিষ্ঠিবনরকদর্শনে দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥**

।ঃ।

যুধিষ্ঠিবনা হায় ঃ- দেবতা পুম্নমক ! স্বর্গনি হায়রিবা মফমসিদা, চাংদম্লিঙায় লৈত্রবা তেজপুবা বাধানন্দন কর্ণবু ঐনা উদে। যুধামন্যু অদুগা উত্তমৌজা জ্বানী মচীশ্নাও অনীবু ঐনা উবা ফংদে।।১।। অদুগুম্বা মহাবথীশিংনা লাম্লী মৈনুংদা তাইবং হক্চাংবু হোম্ তৌরম্বা, নিংথৌশিং-নিংথৌমচাশিংদুনা ঐগীদমক্তা মথায় থাদোক্খিবা মহাবথীশিংদুনা বীবগতি ফংখিদুনা স্বর্গ কাখিবা মখোয়দু হৌজিক্ কদায় কদায়দা লৈ ? ।।২-৩।। মহাবথীশিংদুনা লৈবিবা মফম্দুদা ঐসু লৈনিংঙি হায়না খঙবিয়ু ।।৪।। অকম্বশিংদুনা শুভমঙ্গল ফংদুনা অমাঙ্ অতা লৈত্রবা

লোকতুবু ফংগ্রিবদি ঐনা অসিদা নুংঙাইনথোক্তুনা মখোয় য়াওদনা লৈবা পাম্দে ।।৫।। লাল্ লোইববা তুংদা ঐনা ঐগী শাগেনাতৈগীদমক্ জলাঞ্জলি কত্তুনা তর্পন মতম্দা ঈমা কুন্তীনা কর্ণগী হান্না তৌ হায়না তাক্পিখি। ঈমানা অদুম্না হায়দোবক্খিবদুদগী কর্ণবু ঐগী পোক্মিন্নবা খ্বাইদগী অহল্ ঈয়াম্বনি হায়না খঙখি। মাদু খল্লুবদা থম্মোয় অসি পুবা য়াদে ।।৬।। দেবতাশিং পূম্নমক্ ! পূক্চেল চাওববা ঈয়াম্বা কর্ণগী চরণ অসিবু ঈমাগী চরণমক্নি খন্দুনা কোন্দুনা ঈবাল্ ঙাক্পিযু হায়না হায়জহৌদ্রে। মাসি পূম্নমক্কী অনুতাপকী মৈনা ঐগী থম্মোয অসি চাক্লি। অদুগুম্বা মহাবীব অদুগী তুং ইন্দুনা চৎপসু ঙম্হৌদ্রে। অদুগা কর্ণদুনা লোয়ননা ঐনা লাল্ শোক্লজবগ্লবদি ইন্দ্রমক্তা মায়থীবা পিবা ঙম্মম্মোই ।।৭-৮।। অদুগুম্বা সূর্য্য নন্দনদুবু হৌজিক্ কদায়দা লৈ ? মাবু উজনিঙ্ঙি। খুকুমজনিঙ্ঙি। পাপচেন্দুনা খঙহৌদবনা অর্জুন থাজিন্দুনা হাৎহন্খি ।।৯।। থৱাযদগী হেন্না নুংশিজবা কল্লবা ঈনাও ভীমসেনদুনা হৌজিক্ কদায়দা লৈ ? ইন্দ্রমক্তা মান্ননা কল্লবা অর্জুননা কদায়দা, অমনা পাক ওমদ্রবা নকুল সহদেবনা কদোম্দা, ধর্মচেল্লবী দ্রৌপদীদুসু ঐনা উনিংঙি। মখোয উদনা ঐনা স্বর্গনি হায়বিবা মফম্ অসিদা মীকূপ্ অমত লৈনিংদে। ঐনা হায়জবিবসে মীনম্বা নত্তে। তশেংনা হায়দোক্চবনি ।।১০-১১।। লাইযাম্ পূম্নমক্ ! মখোযদু য়াওদনা স্বর্গ অসিদা কবি ফংনি হায়দুনা লৈনিংগদৌবিবনো ? মখোযদুনা লৈতবা মফম্দো ঐঙোন্দদি স্বর্গ নত্তে ।।১২।। যুধিষ্ঠিবগী ৱাসি তাবদা দেবতাশিংনা হাযবক্ই ঃ- ঈবুঙো ! নংনা স্বর্গসিদা লৈনিংদ্রবদি চৎলো ননাওশিংদু উন্নকবো। দেববাজগী য়াথংনা ঐখোযনা নংনা পাম্বদু ত তৌগনি ।।১৩।। বৈশম্পাযননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! যুধিষ্ঠিবনা অসুম্না হায়বক্পসিদা দেবতাশিংনা দেবদূত অমা কৌশিল্লগা যুধিষ্ঠিবসি মাগী মৱাপ-মপাং, শাগৈ নাতৈশিংদু উহল্লু হার্যখি ।।১৪।। নিংথৌ অথোইবা ! জনমেজয ! কুন্তীনন্দন যুধিষ্ঠিববু দেবদূতনা পুখিদুনা ভীমনচিংবা মনাওশিংদুনা লৈবিবা মফম অদু তান্না পুখি ।।১৫।। দেবদূত অদুনা মাঙ থাই। যুধিষ্ঠিব অদসু দেবদূতকী মতুং ইন্দুনা অসুম্ চৎখি। অনীদুনা চৎগ্রবা মফম্দু ওঙ্খোক্লা শাথিববা শূক্ মল্লবা, হঙোইনফম ওইববা মফম্ ওইবগ্লে। মহাপাপীশিংনা অৱাবা খাঙননবগী দর্ণ্ড ফংননবগী হন্‌গৎ হন্দা চত্তুনা লৈবা মফম্ ওইবগ্লে ।।১৬।। মম্বনা শূক্ শুগুম মম্মি। শৱ ঙাক-শম্ তু শৱশযাং মপৈ তাদুনা লৈ। নর্মথিববা মনম্ন পাক থাল্লে। শৱ শযাং, হন না পাৎ পীং লাম্না লৈখোম্ থোক্ই। খোঙ্ পুথে ।।১৭।। কাঙ্ হযিং, ওন না লহই লাওজা ওক্ মপৈনা শৱ শযাংশিং চাগদবগী কাতু কাবল্ কোযচেল চেন্দুনা লৈবম্মী ।।১৮।। শাক হ্রাৱ মবক্ অদুদা নাকল অমদা মৈ নাক্রং গ্রঙ্ হৌনা চাক্লি। শৱশিং অদু চাক্লকপগী মনিল্না মনাম্না মীকুপ্ অমত পহ্দনা লৈঙমদবা মফমনি ।।১৯।। যোৎ গোপানা মাচন ওইবা মচীন পাম্বা ৱাক্ লাওজানাচংবা হিংসা শা ডচেক্লা কোযপাই-পাই। কোযচৎ চৎল। মম খিগৎপা অমমম্না বিঞ্চা চীংজাও চীংদোলগুম্ বাং চাউবা হকচাং যাওবা য়াওদবা, ভূত প্রেত না খুবক্ হাংদনা কাতু কাবল্ চৎল ।।২০।। উনশানা কূপত্রবা থাঙ্লেন্‌গী শৱ হশাক্কী শৱ হুমদাংশিংদুগী মথক্তা কোক্কী শকক্লা থবাক্ থবাক্ থাম্দুনা লৈবা থাওবি। খোঙ মথৈ থাওদবা, খুৎ মখুৎ থাওদনা, পাম্বোম নামদি চিক্থৎখ্রবা, শিদি শিদ্রিবা, অৱাবা চৈনা থাংডমদ্রবা, নাহেবব্পগী মখোং হংপ্দগাস অনক্পদগীসু নাকোং মোং হডাহ ওইনা এয ।।২১।। ধর্মবাজ যুধিষ্ঠিবনা মপূরদা অসুম [illegible] শাথববা, তুক্কৎচববা, হঙোইনফম ওইববা মফম কান্‌কান্দুনা অসুম লাকপসিনা, [illegible] ওথাবাদং, চৎপদা খোঙ পুখববা, থম্না বানা শংকতুনা চৎপা তাববা মফম্ অমদা [illegible] ।।২২।। [illegible] লাম্ছোক্লগা কবি অমুক্ ভবংগ হাযবদা ঃ খুৎ পোক্লা শাববা ঈশিংনা ঈচেল চেম্না [illegible] অমা চাক্লি। মাদবু [illegible]

তৌদুনা (লাম্থোক্তুনা) চৎপা ঈওম্ গুম্মরোইদবী বৈতরণী (লাম্থোক্পা য়াররোইদৌবী) তুরেল্ অমা উখি। তুরেল্ অদুগী ৱাংমদা অসিপত্র কৌবা বন অমসু লৈ। থাঙশাংতনা মনা পান্বা, ক্ষুর মচিন্তনা মশা মরেং ওইবা উপাম্বীনা থন্না হৌরবা বননি। অসিপত্র (থাঙশাংতনা মনা ওইবা উপাম্বীতনা থন্ন হৌবা) হায়বা বন অদুনি ॥২৩॥ বন অদুগী মনুংদা খোঙ্ থাবদা পোক্লগদবা লৈঙোইতনা থল্লবা মরুভূমি লৈকংলা লৈ। চক্ষু খাংনা চিংবা, চক্ষুশিংদা মৈ হৌনা শারবা ব্রুং ব্রুং শৌদুনা লৈরি ॥২৪॥ মফম্ মফম্দা শোক্পদা খুৎতা য়ূরগা মচীন্ তুল্লবা তিংখঙ পান্বা তেরা পান্বা পরেং শানা হৌরি। হায়রিবশিংসিনা পাপীশিংদা অৱা-অনা পিরিবদু যুধিষ্ঠিরনা উখি ॥২৫॥ নম্থিরবা মনম্না খাঙ্বা গুম্মক্তবদা যুধিষ্ঠিরনা দেবদূত অদুদা অসুম্না হায় ঃ- দেবদূত! ঐখোয়না চৎলিবা লম্বীসি কয়া ৱাংলি লোইগদৌবা? ঐগী ঈনাওশিংনা লৈরিবদুনা কদায়ৱাইদনো? মদোম্দা পু। দেবতাশিংগী লৈবাক্ অসিদা লৈরিবা মফমসিনা করি কৌই? করিদেশনো? ঐ খঙ্নীংঙি ॥২৬-২৭॥ ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা হেক্ হংলক্পদা দেপদূত অদু মমায় ওল্লি। লোইরে, অসি ফাওবতনি চৎকদবা হায়না খুম্খি ॥২৮॥ মহারাজ! যুধিষ্ঠির! "নিংথৌসিনা চৎপা গুম্মক্তদুনা হন্নিংঙক্পা মতম্দা হেক্ হল্লুক্উকো" অসুম্না দেবশিংনা ঐঙোন্দা য়াথং পীরক্ই। অদুনা লাক্লো, হল্লসি ॥২৯॥ জনমেজয়! হায়বগুম্মদনা, অপুম্ অশাগী মনম্ অদু খাঙ্বদা ৱারবনি। মনমদুমক্তনা ৱাম্থগদৌরে। অদুনা যুধিষ্ঠিরসি হন্নিংলক্লে। অদুনা, অদুৱাইদগী অদুম্ মমায় ওল্লক্লে-হল্লক্লে ॥৩০॥ অসুম্না হেক্ হল্লক্পা মতম্দুমক্তদা মায়ৈগে মরিদগী লাউশিল্লক্পা তাইবং মীগী খোঞ্জেলশিংদু ধর্মাত্মা যুধিষ্ঠিরনা তাখি। কবি হাযনা লাউরক্পগে হায়বদা ঃ- ॥৩১॥ হো ধর্মনন্দন! হো রাজর্ষি! শেংলবা বংশদা পোক্পা! পাণ্ডু নন্দন! যুধিষ্ঠির ঙাইখো! ওহাক্তা ঙাইবিখো! - অসুম্না তাখি ॥৩২॥ মহাপুরুষ! মহাত্মা! নহাক্না লাক্পতদা, ঐখোয়না লৈরিবা মফম্সে পূম্শেং শেংখ্রে। নম্থিরবা নুংশিৎনা নুংশিরবা মনম্ পূরক্লি। ঐখোয় য়াম্না ৱাবম্বদগী পুক্লিং হক্চাংদা ওন্থোক্লা নুংঙাইরবা অমা ফাওরক্লে ॥৩৩॥ পুরুষোত্তম! কুন্তী কুমাব! নিংথৌ অথোইবা! ধর্মাত্মা! মতম্ কুইনা উরুদ্রবদা নহাক্না হেক্ লাক্পদা ঈশা-ঈশাদা শান্তি অমা ফাওরক্লে। যাববদি ওহাক্তা পম্থবিখো! মতম্ খরতংতদি নুংঙাইবা ফংজহৌগে ॥৪৩॥ মহাবাহু! ভাবতনন্দন! য়াববদি পূংজা অনীত পম্থবিখোবা। ঐখোযগী শারীবিক মানসিক দুঃখ পূম্বদো নহাক্ লাক্পতা লোইনা কোক্খ্রে ॥৩৫॥ নিংথৌ জনমেজয়! অসুম্না লাউনরক্পসি যুধিষ্ঠিরনা চপ্ লেপ্তুনা তাখি। যুধিষ্ঠিরগী মচীন্দগী হায়গে হায়বা ইখঙ্ খঙ্দনা-" ইস! ওন্থোক্পনি! ওন্তোক্লা ৱানা লৈরম্লমাল্লেদা!" হায়না হেক্ হায়দোক্খি ॥৩৭॥ তাদি তাবগা, লাউরক্লিবসি কবম্ কবম্বা জীবনো, কনা কনানো হায়বদুদি করিমত খঙ্খিদে ॥৩৮॥ যুধিষ্ঠিরনা মখোয়দা খোঞ্জেল হৌনা অসুম্না হংলক্ই ঃ- নখোয় কনা কনানো? করি করি তৌকুরবগে? ॥৩৯॥ অসুম্না হেক্ হল্লক্পদা মায়ৈগে মরিদগী খোঞ্জেল হৌনা খুম্নবক্খি ঃ- প্রভু! ঐনা কর্ণনি। ঐনা ভীমনি। ঐনা অর্জুননি। ঐনা নকুলনি। ঐনা সহদেবনি। ঐনা ধৃষ্টদ্যুম্ননি। ঐনা দ্রৌপদীনি। ঐখোয়না দ্রৌপদীগী মচা মঙানি। অসুম্না তোঙাল্ তোঙাম্বা মায়ৈগেদগী তোঙাল্ তোঙান্না লাউনরক্খি ॥৪০-৪১॥ লাউনরক্লিবদু তাবদা যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না খল্লক্ই ঃ- দেববাণীরা! দৈববাণীরা! কল্লিদকো, দৈব! তাইবং মীগী পুন্সিদা দৈব! নংনা তৌরিবা শিল্লিবসে অঙক্পনিদা! ॥৪২॥ ঐগী পূক্চেল চাউরবা ঈনাওশিংনা, কর্ণনা, দ্রৌপদীগী মচাশিংনা, দ্রৌপদী মশামক্তা নহাল্মুক্কী নত্রগা হন্দক্মুক্কী মপোক্তা করি করি কর্ম তৌরুবদগী অমুক্ মনম্ নম্থিরবা তুক্কৎচরবা মফম্ অসিদা লৈরম্লিবনো! মখোয়সিনা মপোক্সিদা করি করি তৌখিবগে হায়বদু ঐ করিমত খঙ্দে ॥৪৩-৪৪॥ অদুগা

দুর্য্যোধননা হন্দক্কী মপোক্তা ফত্রবা কর্ম তৌরবসু, নহাল্‌মুক্কী মপোক্তা ফরি করি তৌরক্‌পনা মহাক্কি পাপী সেবকশিংগা লোয়ননা ঈনুং নুংঙাইনা দেবতাশিংগী মরক্তা ঙান্‌থোইদুনা লৈরি ।।৪৫।। মহল্লেমক্কা চপ্‌ মান্ননা দেবতাশিংদগী শম্মান ফংদুনা, রাজলক্ষ্মী-রাজসম্পত্তী ফংদুনা লৈহৌরি। অদুগা অসোম্‌দনা, ধর্মচেল্লবা ঐগী শাগৈ-নাতৈ, নুপী-অঙাংনা ৱানা মতম্‌ লেল্লরি। নরকতা তারি ।।৪৬।। ঐগী কল্লবা ঈনাওশিংসিদি পোক্‌পদগী কনাগুম্বা অমগী মফম্‌দা করিমত লাঞ্জরক্ত্রবা অকম্বা, সত্যবাদী ওইবা গুরুজনগী সেবা পূজা তৌবা ঙাক্তনি। ক্ষত্রিয়ধর্ম কায়দনা, যাগযজ্ঞ কয়া তৌরক্‌পা ঙাক্তনি। অদুবু মখোয়না ফংলিবা দশাসিদি করিনো ? হন্দক্কী মপোক্তা অফবা থবক্‌ তৌই হায়দুনসু হরাউনিঙায় করিমত লৈত্রবরা ? অদুদি নহালমুক্‌ মপোক্তা তম্‌দুনা লৈগ্রবনি হায়দুনা করিমত তৌদনা লৈরগদ্রা ? ।।৪৭।। ঐনা ঙসি, উরিবসি তাইবংদরা - মঙদরা ? ঐ হৌজিক্‌ তূম্‌লিব্রা ? জাগর অবস্থাদা লৈরিবা তাইবং অসি মঙানি হায়নবদুনদি মঙ্‌ ওইবা তাই। পূক্কিংগী ভ্রান্তি (মঙ্‌ ওইনবা) হায়বদু অসিরা ? ।।৪৮।। যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না মশাগী ওইরিবা অবস্থাদু মশামক্লা খঙজদদুনা চিন্তাগী লাংদা থুদুনা লৈখি ।।৪৯।। ধর্মপুত্র নিংথৌনা যুধিষ্ঠিরগী অশাউবা অমা পোক্‌খি। দেবতাশিংবু অদুগা ধর্ম হায়বদুবুসু থীনা নিন্দা তৌখি ।।৫০।। যুধিষ্ঠিরনা দেবদূত অদুদা অসুম্না হায়রক্‌ই ঃ- দেবদূত! চৎলো, হন্‌খিবা য়ারনি। ঐসিদা অসুম্‌ লৈহৌরগতদা, ঐগী ভাই বন্ধুশিং অসিগী নুংঙাইবা ওইজরি।।৫১-৫২।। বুদ্ধিমান পাণ্ডুপুত্র যুধিষ্ঠিরগী ৱাসি তাবদা দবদূত অদু হন্‌খি। যজ্ঞ চামরক্‌ তৌগ্রবা শতচক্রতু দেবরাজনা লৈরিবা মফম্‌দুদা দেবদূত অদু য়ৌখি ।।৫৩।। নিংথৌ ! জনমেজয় ! দেবদূত অদুনা যুধিষ্ঠিরনা তৌরিবা পূন্নমক্‌ অদু অমত ৱাক্তনা দেবতাশিং অদুগা ইন্দ্র মশামক্তা তহেন্‌খি ।।৫৪।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক চামনা শ্রী ব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা স্বর্গরোহণ পর্বদা যুধিষ্ঠিরনরকদর্শনগী অনীশুবা অধ্যায় লোইরে ।।

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ

(ইন্দ্রগা ধর্মগা অনীনা যুধিষ্ঠিরবু নেমথহন্বা, যুধিষ্ঠিরনা তাইবং হক্চাং থাদোক্লম্দুনা দিব্যলোকতা চৎখিবা)

### অহুমশুবা অধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ

স্থিতে মুহূর্ত্তং পার্থেতু ধমরাজে যুধিষ্ঠিরে।
আজগ্মুস্তত্র কৌরব্য দেবাঃ শক্রপুরোগমাঃ ॥১॥
স চ বিগহবান্ ধর্ম্মো রাজানাং প্রসমীক্ষিতম্।
তত্রাজগাম যত্রাসৌ কুরুরাজো যুধিষ্ঠিরঃ ॥২॥
তেষু ভাসুরদেহেষু পুণ্যাভিজনকর্মসু।
সমাগতেষু দেবেষু ব্যগমৎ তৎতমো নৃপ ॥৩॥
নাদৃশ্যন্ত চ তাস্তত্র যাতনাঃ পাপকর্ম্মিণাম্।
নদীবৈতরণী চৈব কূটশাল্মলিনা সহ ॥৪॥
লোহকুম্ভ্যঃ শিলাশ্চৈব নাদৃশ্যন্তি ভযানকা।
বিকৃতাণি শবিবাণি যানি তত্র সমন্ততঃ ॥৫॥
দদর্শবজা কৌববাস্তান্যদৃশ্যানি চাভবন্।
ততো বায়ুঃ সুখস্পর্শঃ পুণ্যগন্ধবহঃ শাচিঃ ॥৬॥
ববৌ দেবসমীপস্থঃ শীতলোঽতীব ভাবত।
মরুতঃ সহশক্রেণ বসবশ্চাশ্বিনৌসহ ॥৭॥
সাধ্যা রুদ্রাস্তথাঽঽদিত্যা যে চান্যেঽপি দিবৌকসঃ।
সর্বে তত্র সমাজগ্মুঃ সিদ্ধাশ্চ পবমর্ষযঃ ॥৮॥
যত্র বাজা মহাতেজ ধর্মপুত্রঃ স্থিতোঽভবৎ।
তত্র শক্রঃ সুবপতিঃ শ্রিয়া পবময়া যুতঃ ॥৯॥
যুধিষ্ঠিবমুবাচেদংসান্ত্ব পুর্ণমিদং বচঃ।
যুধিষ্ঠিব মহাবাহো লোকশ্চাপ্য ক্ষযাস্তব ॥১০॥
এহ্যেতি পুরুষব্যাঘ্র কৃতমেতাবতা বিভো।
সিদ্ধিঃ প্রাপ্তা মহাবাহো লোকশ্চাপ্যক্ষযাস্তব ॥১১॥
ন চ মন্যুস্ত্বয়া কার্য্যঃ শৃণুচেদং বচোমম।
অবশ্যং নবকস্তাত দ্রষ্টব্যঃ সর্ববাজভিঃ ॥১২॥

শুভানামশুভানাং চ দ্বৌ রাশী পুরুষর্ষভ।
যঃ পূর্বং সুকৃতং ভুঙ্‌ক্তে পশ্চান্নিরয়মেব সঃ ॥১৩॥
পূর্বং নরকভাগ্যস্তু পশ্চাৎ স্বর্গমুপৈতি সঃ।
ভূয়িষ্ঠং পাপকর্মা যঃ স পূর্বং স্বর্গমশ্নুতে ॥১৪॥
তেন ত্বমেবং গমিতো ময়া শ্রেয়োঽর্থিনা নৃপ।
ব্যাজেন হি ত্বয়া দোণ উপচীণঃ সুতং প্রতি ॥১৫॥
ব্যাজেনৈব ত্বয়া রাজন্ দর্শিতো নরকস্তব।
যথৈব ত্বং তথা ভীমস্তথা পার্থে যমৌ তথা ॥১৬॥
দ্রৌপদী চ তথা কৃষ্ণা ব্যাজেননরকং গতাঃ।
আগচ্ছ নরশার্দূল মুক্তাস্তে চৈব কল্মষাৎ ॥১৭॥
স্বপক্ষ্যাশ্চৈ যে তুভ্যং পার্থিবা নিহতা বণে।
সর্বেস্বর্গমনুপ্রাপ্তান্ পশ্য ভরতর্ষভ ॥১৮॥
কর্ণশ্চৈব মহেষ্বাসঃ সর্বশস্ত্রভৃতাংববঃ।
স গতঃ পবমাং সিদ্ধং যদর্থং পবিতপ্যসে ॥১৯॥
তং পশ্য পুরুষব্যাঘ্রমাদিত্যতনযং বিভো।
স্বস্থানস্থং মহাবাহো জহি শোকংনরর্ষভ ॥২০॥
ভ্রাতৃংশ্চান্যাং স্তথা পশ্যস্বপক্ষ্যাংশ্চৈব পর্থিবান্।
স্বং স্বং স্থানমনুপ্রাপ্তান্ ব্যেতুতে মানসো জ্বরঃ ॥২১॥
কৃচ্ছ্রং পূর্বং চানুভূয় ইতঃ প্রভৃতি কৌবব।
বিহাবস্ব মযা সার্ধং গতশোকো নিবাময়ঃ ॥২২॥
কর্মণাং তাত পুণ্যানাং জিতানাং তপসা স্বযম্।
দনানাং চ মহাবাহো ফলং প্রাপ্নুহি পার্থিব ॥২৩॥
অদ্য ত্বাং দেবগন্ধবা দিব্যাশ্চাপ্সবসো দিবি।
উপসেবন্তু কল্যাণ্যো বিবজোঽম্বরভূষণাঃ ॥২৪॥
বাজসূযজি তাঁল্লোকান্ স্বমেধাভিবর্ধিতান্।
প্রাপ্নুহি ত্বং মহাবাহো তপসশ্চ মহাফলম্ ॥২৫॥
উপর্য্যপবি বাজ্ঞাংহি তব লোকা যুধিষ্ঠিব।
হরিশ্চন্দ্রসমাঃ পার্থ যেষু ত্বং বিহর্বিষ্যসি ॥২৬॥
মান্ধাতা যত্র বাজর্ষির্যত্র বাজা ভগীবথঃ।
দৌষ্যন্তির্যত্র ভরতস্তত্র ত্বং বিহর্বিষ্যসি ॥২৭॥
এষা দেবনদী পুণ্যা পার্থ ত্রৈলোক্যপাবনী।
আকাশগঙ্গা বাজেন্দ্র তত্রাপ্লুত্য গমিষ্যসি ॥২৮॥

অত্র স্নাতস্য ভাবস্তে মানুষো বিগমিষ্যতি।
গতশোকো নিরায়াসো মুক্তবৈরো ভবিষ্যসি ॥২৯॥
এবং ব্রুবতি দেবেন্দ্রে কৌরবেন্দ্রং যুধিষ্ঠিরম্।
ধর্মো বিগ্রহবান্ সাক্ষাদুবাচ সুতমাত্মনঃ ॥৩০॥
ভো ভো রাজন্ মহাপ্রজ্ঞ প্রীতোঽস্মি তবপুত্রক।
মদ্ভক্ত্যা সত্যবাক্যৈশ্চ ক্ষময়া চ দমেন চ ॥৩১॥
এষা তৃতীয়া জিজ্ঞাসা তব রাজন্ কৃথা ময়া।
ন শক্যসে চালয়িতুং স্বভাবাৎ পার্থ হেতুতঃ ॥৩২॥
পূর্বং পরীক্ষিতো হি ত্বং প্রশ্নাৎ দ্বৈতবনে ময়া।
অরণীমহিতস্যার্থে তচ্চ নিস্তীর্ণবানসি ॥৩৩॥
সোদর্য্যেষু বিনষ্টেষু দ্রৌপদ্যা তব ভারত।
শ্বরূপধারিণা তত্র পুনস্ত্বং মে পরীক্ষিতঃ ॥৩৪॥
ইদং তৃতীয়ং ভ্রাতৃণামর্থে যৎ স্থাতুমিচ্ছসি।
বিশুদ্ধোঽসি মহাভাগ সুখী বিগতকল্মষঃ ॥৩৫॥
ন চ তে ভ্রাতরঃ পার্থ নরকার্হা বিশাম্পতৌ।
মায়ৈষা দেবরাজেন মহেন্দ্রেণ প্রযোজিতা ॥৩৬॥
অবশ্যং নবকাস্তাত দ্রষ্টব্যাঃ সর্বরাজভিঃ।
ততস্ত্বয়া প্রাপ্তমিদং মুহূর্ত্তং দুঃখমুত্তমম্ ॥৩৭॥
ন সব্যসাচী ভীমো বা যমৌ বা পুরুষর্ষভৌ।
কর্ণো বা সত্যবাক্ শূরো নরকার্হাশ্চিরং নৃপ ॥৩৮॥
ন কৃষ্ণা রাজপুত্রী চ নরকার্হা কথং চন।
এহ্যেহি ভরতশ্রেষ্ঠ পশ্য গঙ্গাং ত্রিলোকগাম্ ॥৩৯॥
এবমুক্তঃ স রাজর্ষিস্তব পূর্বপিতামহঃ।
জগাম সহ ধর্মেণ সর্বৈশ্চ ত্রিদিবালয়ৈঃ ॥৪০॥
গঙ্গাং দেবনদীং পণ্যাং পাবনীমৃষি সংস্তুতাম্।
অবগাহ্যততোরাজা তনুং তত্যাজ মানুষীম ॥৪১॥
ততো দিব্যবপুর্ভূত্বা ধর্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ।
নির্বৈবো গতসংতাপো জলে তস্মিন্ সমাপ্লুতঃ ॥৪২॥
ততো যযৌ বৃতো দৈবৈঃ কুরুরাজো যুধিষ্ঠিরঃ।
ধর্মেণ সহিতো ধীমান স্তূয়মানো মহর্ষিভিঃ ॥৪৩॥
যত্র তে পুরুষব্যাঘ্রাঃ শূরাবিগতমন্যবঃ।

পাণ্ডবা ধার্তরাষ্ট্রশ্চাস্থানি স্থানানি ভেজিরে ॥৪৪॥

ইতি শ্রীমহাভরতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং স্বর্গরোনপর্বণি যুধিষ্ঠিরতণুত্যাগে তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- নিংথৌ ! জনমেজয় ! কুন্তীকুমার যুধিষ্ঠিরনা মফম্ গুহাক্তং লেপ্তুনা ব্রাখল তৌদুনা লৈরিঙৈদা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংদু মফম্ অদুদা লাক্খি ॥১॥ "ধর্ম" হায়বদুসু সাক্ষাৎ মূর্ত্তিনাইনা মচা ধর্মপুত্র ধর্মরাজ উনগদবগী লাক্খি ॥২॥ নিংথৌ ! জনমেজয় ! দেবতাশিং অদুবু ধর্মনা হেক্ লাক্পদা যুধিষ্ঠিরগী অকোয়বদা লৈরম্বা অমম্বা মঁপে অদু অমত লৈখিদ্রে। পূম্ঙাল্ ঙানখ্রে ॥৩॥ পাপীশিংগী অব্রা-অনাগী খোল্লাউশিংদুসু অমত তাখিদ্রে। খংমুৎ মুৎখ্রে। বৈতরণীনা কদোম্দা, তিংখং পাম্বা তেরাপাম্বনা থল্লবা বননা কদোম্দা, অমত লৈখিদ্রে। অমত মশক্ উখিদ্রে। য়োংকী-নূংগী খাংজাও, ইশং শংলবা নূংপাক্, অমত মশক্ উখিদ্রে ॥৪॥ যুধিষ্ঠিরনা ঙসাই উখিবা শরূ-ঙারূ মঁখৈ, য়েংবদা অকিবা পোক্পা মূর্ত্তিশিং, লাওজা, লম্হুই-ক্বাক্শিংদু অমত মশক্ উখিদ্রে। মঙ্দা উরম্বদু মীকপ্ থোরক্লগা অমত লৈরম্দবদুগুম্না চপ্ মান্নখ্রে। মনম্ নুংশিরবা হৈনম্ লৈনম্ পুবা ঈংলবা নুংশিংনা তপ্পা তপ্প শীল্লক্খি। হান্নগী নম্থিরবা মনম্শিংদুগী মহুত্তা হৈ-লৈগী মনম্ না শিন্খ্রে। দেবতাশিং অমদি ধর্ম না হেক্ থুংলবদা মঙং অসি ওইখিবনি ॥৫-৬॥ ইন্দ্রগা লোয়ননা মরুৎদেবতা, বসুগণ-বসুদেবতাশিং, অশ্বিনীকুমার অনী, সিদ্ধসাধ্যশিং, একাদশরুদ্র, আদিত্যগন (আদিত্য তবানিথোই) অসি নত্তবা দেবর্ষি মহর্ষি ময়াম্দুসু লাক্খি ॥৭-৮॥ ফজবা পূম্নমক্না তিল্লবা দেবরাজ ইন্দ্রনা যুধিষ্ঠিরগী নাক্তা চঙলি্ক্তু না অসুম্না হায়রক্ই ॥৯॥ মহাবাহু ! যুধিষ্ঠিব ! নহাক্না অক্ষয়লোক-অমাঙ অতা লৈত্রবা লোক হায়বদু ফংলবনি ॥১০-১১॥ ঈবুঙো ! নিংথৌ ! নংনা উষ্ক্রিবা নরককী অব্রাবদুগী মরম্দা খক্ খল্লুরগনু। ঐনা হায়রক্কদৌরিবা ব্রাশিংসে মুন্না তাখো। নিংথৌ রাজর্ষি পূম্বা নরককী অব্রাবদো অমুক্তংদি উবা তাবনি। লাক্লিবশিংসে মাদু উনগ্রবা ঙাক্তনি ॥১২॥ নিপা অথোইবা ! তাইবং মীগী পুন্সিদা অফবা ফৎতবা কর্মশিংগী মঁপে (রাশি) অনীসে হান্নদগী খোম্জিন্দুনা লৈগ্রবনি ॥১৩॥ অহান্বদা নরককী অব্রাববু উগ্রবা-ফংগ্রবদো মতুংদা স্বর্গ অমুক ফংগনি। পাপকর্মত তৌবা মীশিংগীসু মহাক্না তৌগ্রবশিং অদুগী মনুংদা কর্ম মরীক্ অমনীদং য়াওখিবশিংদুনা হান্না স্বর্গগী নুংঙাইবা গুহাক্তং ফংবনি। মতুংদা মতম্ কুইনা নরককী অব্রাবা যমযন্ত্রনা ময়াম ফংঙুখিনি। অফবা খঙদে, ফৎতবা খঙদে। তৌখিবা কর্মদুগী মঁহৈ অমত মাঙ্বা য়াদে ॥১৪॥ নিংথৌ ! নহাক্কী মতুংদা মঙ্গলগীদমক্ নরককী অব্রাবা উহন্ তাহন্খিবনি। নংগী অফবনি। অদুঙৈ নহাক্না কুরুক্ষেত্রগী লাল্দা ইশি শিদবা অশ্বত্থামাবু শিরে হায়না মীনম্না খজিক্তং য়াওখিবদুনা গুরুদ্রোণদা ছলনা তৌখিবদুনা ঐনা নহাক্পু ছলনা (মীনম্না) তৌদুনা নরককী অব্রাবা অনুভব তৌহম্বনি ॥১৫॥ অসুম্না তাইবং মীগী পুন্সি পাপ্কী থবক্ খিৎতং য়াওখিবা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি। মাদুগী মঁহৈসু মাঙ্বা যাদে। অদুনা নংগী নচন্নিাওশিংসু ফৎতবগী শরুক্ খজিক্তংদা ওইরবসু চঙ্খিবা হায়বদুমদি শোয়দ্রবনি। অদুনা নংগী ননাওশিং-দ্রৌপদীসু নরককী অব্রাবা খরদি গুহাক্তংগী ওইরবসু ফংবা তার্বনি। নংসু নশানা খঙ্খি উখিবদু মেরু চীং কারক্পা মথং মথং শিগ্রিবশিং অদুগী কর্মগী দোষশিংদু নংনা অদুম ভীমদা উহন্খিবদুনি। দোষ লৈতবা অমত য়াওদবনি। দোষ লৈবনা অমুক্

পোক্সরিবসিনি ।।১৬।। পুরুষসিংহ ! লাউ, নহাক্কী নশাদা দোষ মরীক্ অমা ফাওবা য়াওদ্রে। মুক্ত ওইরে। অসিনি মুক্তি হায়বদো । ভরতশ্রেষ্ঠ ! নংগী পক্ষগী লাল্দাশিন্নিবাশিং অদো অমত বাংতনা স্বর্গদা লৈরে। য়েংঙোলাউ ।।১৭-১৮।। মখোয়গীদমক্তা নংনা লাঙনরম্বা মখোয়দো স্বর্গদা লোয়না থুংলরে। লোয়না সিদ্ধি ফংলে ।।১৯।। মহাবাহু ! অকম্বা সূর্য্যকুমাব কর্ণবুসু য়েংঙোলাউ। মাগীদমক্ ব্রাকনু ।।২০।। ননাওশিং অদুগা, নংগী পক্ষগী নিংথৌশিংদো মাগী মাগী মতীক্ চাবা মফম্দা স্বর্গদা লোইনা লৈবরে। মখোয়গী মরম্দা নহাক্ অঁতে অমা খক্ খল্লুবগনু। মীগী ত খন্বিদুনা লৈবসিমক্তু নংগী চাওরবা গুণ অমনি ।। ২১।। কান্নদে, লাউ, কুরুনন্দন ! চংসি চংলু, ঐগী নন্দন-কানন্দা ওহাক্ বিহার তৌরুসি ।।২২।। ঈবুংঙো ! ধর্মরাজ ! নিংথৌ ! নংনা তৌরক্পা কর্মশিংদুগী মঁহে চারো লাউ ।।২৩।। ঙসিদগী দেব, গন্ধর্ব, দিব্য অপ্সরাশিংনা নীংথিবা দিব্যযন্ত্র, আভরণমক্তা শেত্তুনা সেবা তৌদুনা, নতীক্ নগুণ শক্ শোন্দুনা লৈরগনি ।।২৪।। মর্ত্যলোকতা, নহাক্তা তৌখিবা, রাজসূয়, অশ্বমেধ যজ্ঞশিংদুগী মঁহে, তৌখিবা দান-দক্ষিনাশিংদুগী মঁহে চাবো লাউ ।।২৫।। কুন্তী নন্দন ! নহাক্তা ফংলিবা লোক অসি অঁতে রাজর্ষিশিংনা ফংনরিবাশিংদুদগীসু মথক্তনি। নিংথৌ হরিশ্চন্দ্রনা ফংলিবা লোকসিদগীসু হেন্তক্ তৌনা লৈরবনি। নিংথৌশিংসিগী মরক্তা নংনা তোম্থিন্ ওইনা লৈরুরগদবনি ।।২৬।। রাজর্ষি মান্ধাতানা রাজর্ষি ভগীরথনা দুষ্যন্ত কুমার ভবতনা লৈবিবা লোকশিংসিদা মখোযগা লোয়ননা শান্নমিন্নররো লাউ ।।২৭।। পার্থ ! পৃথানন্দন ! য়েংঙু -স্বর্গঙ্গা, বিয়ৎগঙ্গা, লোকপুম্বা শেংদোক্পিবী মন্দাকিনী লৈরে। মসিদা নকোক নমায়না লুপ্তুনা স্নান তৌ। স্নান তৌরগা দিব্য লোকতা চংখিবা য়াবনি ।।২৮।। অসুম্না হায়রিঙৈদা, ধর্মনা মুর্ত্তি (বিগ্রহ) নাইনা লাক্তুনা যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়খি ।।৩০।। অশিংবা ! নিংথৌ ! ঈপা (ধর্ম) ঐগী ফম্খুদিংদা নহাক্তা থম্লিবা অনুবাগ, শ্রদ্ধা, সত্যভাষণ, ক্ষমা (মীগী মবাল্ ঙাক্পিবা হৈবা) ইন্দ্রিয়সিং অসিদা ঈপা (ধর্ম) পেল্লে ।।৩১।। নিংথৌ ! ঐনা নংগী পরীক্ষা অহুম্রক্ তৌখি। তৌখিবা পবীক্ষাশিংদুদা নং মঁহে যান্খ্রে। ঐগা বনদা যক্ষগী মশক্ লৌদুনা ব্রাহং (প্রস্ন) কয়া হংখি। নংনা লায়না-চুম্না পাওখুম্ (উত্তর) পীখি। মাদুদসু ব্রাহংশিংদুগী মথং মনাও কায়দনা পাউখুম্ পীখি ।।৩৩।।ভারত ! দ্রৌপদীগা লোয়ননা ননাওশিংবু হাংখিবগী থৌদোক্ অদুদা, ধর্ম ঐনা হুইগী মশক্ লৌদুনা অনীশুবা পবীক্ষা লৌখি ।। মদুসু নংনা ঙম্খ্রে ।।৩৪।। হন্দক্তা অমুক্ অকোম্বা অহুশুবা পরীক্ষা লৌখ্রে। নংনা নশাগী অব্রাবা কবিমত য়েংদনা স্বগগী নুংঙাইবা ফাওবা পাম্দনা ননাওশিংনা লৈখিবা নরকতা নংসু লৈখি। মীগী ব্রাবাদা ব্রামিন্নবা, মীনা নাবকতা অব্রাবা ফংলবদি ঐসু য়াওগনি হায়না স্বর্গত্যাগ তৌবসি পঙনা ঙম্দে। অদুবু নংদি ঙম্খ্রে। মহাত্যাগী ! নশাদা স্বার্থগী শরুক্ কবিমত যাওদ্রে হায়বসি প্রমান ফংলে। মসিনা নংগী পবীক্ষা ঙম্বগী প্রমাণপত্রনি। নুংঙাইবো। খ্বাইদগী হেন্না ব্রাংবা থাক্ (লোক) তা কারো ।।৩৫।। পার্থ ! প্রজানাথ ! নিংথৌ ! নহাক্কী ননাওশিংঅসে, অদুগা দ্রৌপদীসে নবককী অব্রাবা ফংগদবা মীশক অমত নত্তে। নবককী দৃশ্য অমা মীৎতা উহনখিবদো, ইন্দ্রদেবনা মায়া তৌদুনা উহন্খিবনি ।।৩৬।। ঈবুংঙো ! নিংথৌশিংসে অমুমুক্তি নরকপু য়েংবা তাবনি। নিয়ম্ অদুগী মতুংইন্না, পুংজা অনীদং ত ওইরবসু নরকপু উখিবীন ।।৩৭।। নিংথৌ ! সব্যসাচী, অর্জুন, ভীমসেন, নিপাঅথোইবা নকুল-সহদেব, সত্যবাদী, দানবীর, মহাবীব কর্ণ মখোয়সে নরকতা কুইনা লৈবা য়াবা মীশক্ অমত নত্তে ।।৩৮।। ভরতশ্রেষ্ঠ ! রাজকুমাবী দ্রৌপদীসু নরক লৈগদবী মীশক্ নত্তে । লাউ ! মান্দাকিনী স্বর্গঙ্গাদা স্নান তৌরো লাউ।।৩৯।। নিংথৌ ! জনমেজয় ! ধর্ম না মুর্ত্তিনাইনা অসুম্না হায়রক্পদা নংগী পূর্বপিতামহ বাজর্ষি যুধিষ্ঠিব অসি

ধর্ম অদুগা স্বর্গগী দেবতাশিংগা মুনিঋষি পুম্নমক্না পূজা তৌনবী, পতিতপাবনী, পুণ্যসলিলা, দেবনদী মন্দাকিনীদা স্নান তৌখি। স্নান তৌদুনা হেক্ কারক্পদা, হান্নগী মর্ত্ত্যলোককী শরীর অদু থাদোক্লু না দিব্যদেহ (দেবমূর্ত্তি) লৌখি ॥৪০-৪১॥ অদুগী তুংদা, দিব্যদেহ ধারণ তৌদুনা যুধিষ্ঠিরগী দিব্য দেহনুংদা মর্ত্ত্য (লোককী) কামক্রোধগী অমোৎপা মরীক্ অমতসু য়াওখিদ্রে ॥৪২॥ অদুগী তুংদা, দেবতাশিংনা পুম্কোয় কোযশিল্লগা ধর্মরাজ-ধর্মপুত্র যুধিষ্ঠির অসি গন্ধর্ব অপ্সরাশিংগী স্তুতিগান, মহর্ষিশিংগী সামগান তা-তাদুনা মহাক্কী ৱাং চাউরবা তাণ্ডবল থক্তা মশেক্ মণ্ডাল্লা লোয়ননা বিরাজমান ওইদুনা লৈখি ॥৪৩-৪৪॥

**মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা স্বর্গরোহণপর্বদা যুধিষ্ঠিরভৌতিকদেহত্যাগ গী অহুমশুবা অধ্যায় লোইরে।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

(দিব্যলোক্‌তা যুধিষ্ঠিরনা শ্রীকৃষ্ণ-অর্জুনগা উন্নবা)

### মরিশুবা অধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা দেবৈঃ সর্ষিমরুদ্গণৈঃ।
স্তূয়মানো যযৌ তত্র যত্র তে কুরুপুঙ্গবাঃ ॥১॥
দদর্শ তত্র গোবিন্দং ব্রাহ্মেণ বপুষান্বিতম্।
তেনৈব দৃষ্টপূর্বেণ সাদৃশ্যেনৈব সূচিতম্ ॥২॥
দীপ্যমানং স্ববপুষা দিব্যৈরস্ত্রৈরুপস্থিতম্।
চক্রপ্রভৃতিভি ঘোরৈর্দিব্যৈঃ পুরুষবিগ্রহৈঃ ॥৩॥
উপাস্যমানং বীরেণ ফাল্গুনেন সুবর্চসা।
তথাস্বরূপং কৌন্তেয়ো দদর্শ মধুসূদনম্ ॥৪॥
তাবুভৌ পুরুষব্যাঘ্রৌ সমুৎবীক্ষ্য যুধিষ্ঠিরম্।
যথাবৎ প্রতিপেদাতে পূজয়া দেবপূজিতৌ ॥৫॥
অপরস্মিন্নথোদ্দেশে কর্ণংশস্ত্রভৃতাং বরম্।
দ্বাদশদিত্য সহিতং দদর্শ কুরুনন্দনঃ ॥৬॥
অথাপরস্মিন্নুদ্দেশে মরুদ্‌গণবৃতং বিভুম্।
ভীমসেনমথাপশ্যৎ তেনৈব বপুষান্বিতম্ ॥৭॥
বায়োর্মূর্ত্তিমতঃ পার্শ্বে দিব্যমূর্ত্তিসমন্বিতম্।
শ্রিয়া পরময়া যুক্তং সিদ্ধিং পরমিকাং গতম্ ॥৮॥
অশ্বিনোস্তু তথা স্থানে দীপ্যমানৌ স্বতেজসা।
নকুলং সহদেবং চ দদর্শ কুরুনন্দনঃ ॥৯॥
তথা দদর্শ পাঞ্চালীং কমলোৎপলমালিনীম্।
বপুষা স্বর্গমাক্রম্য তিষ্ঠন্তীমর্কবর্চসম্ ॥১০॥
অখিলং সহসা রাজা প্রষ্টুমৈচ্ছৎ যুধিষ্ঠিরঃ।
ততোঽস্য ভগবানিন্দ্রঃ কথযামাস দেবরাট ॥১১॥
শ্রীরেষা দ্রৌপদীরূপা ত্বদর্থে মানুষং গতা।
অযোনিজা লোককান্তা পুণ্যগন্ধা যুধিষ্ঠির ॥১২॥

রত্যর্থং ভবতাংহ্যেষা নির্মিতা শূলপাণিনা।
দ্রুপদস্য কুলে জাতা ভবদ্ভিশ্চোপজীবিতা ॥১৩॥
এতে পঞ্চমহাভাগা গন্ধর্বাঃ পাবকপ্রভাঃ।
দ্রৌপদ্যাস্তনয়া রাজন্ যুষ্মাকমতৌজসঃ ॥১৪॥
পশ্য গন্ধর্বরাজানং ধৃতরাষ্ট্রং মনীষিনম্।
এনং চ ত্বং বিজিনীহি ভ্রাতরং পূর্বজং পিতুঃ ॥১৫॥
অয়ং তে পূর্বজো ভ্রাতা কৌন্তেয়ঃ পাবকদ্যুতিঃ।
সূতপুত্রাগ্রজঃ শ্রেষ্ঠো রাধেয় ইতি বিশ্রুতঃ ॥১৬॥
আদিত্যসহিতো যাতি পশ্যৈনং পুরুষর্ষভম্।
সাধ্যনামথ দেবানাংবিশ্বেষাং মরুতামপি ॥১৭॥
গণেষুপশ্য রাজেন্দ্র বৃষ্ণ্যন্ধকমহারথান্।
সাত্যকিপ্রমুখান্ বীরান্ ভোজাংশ্চৈব মহাবলাণ্ ।১৮॥
সোমেন সহিতং পশ্য সৌভদ্রমপরাজিতম্।
অভিমন্যুং মহেষ্বাসং নিশাকরসমদ্যুতিম্ ॥১৯॥
এষ পাণ্ডুর্মহেষ্বাসঃ কুন্ত্যা মাদ্র্যা চ সংগতঃ।
বিমানেন সদাভ্যেতি পিতা তব মমান্তিকম্ ॥২০॥
বসুভিঃ সহিতং পশ্য ভীষ্মং শান্তনবং নৃপম্।
দোণং বৃহস্পতেঃ পার্শ্বে গুরুমেনং নিশাময় ॥২১॥
এতে চান্যে মহিপালা যোধাস্তব চ পাণ্ডব।
গন্ধর্বসহিতা যান্তি যক্ষপুণ্যজনৈস্তথা ॥২২॥
গুহ্যকানাং গতিং চাপি কেচিৎ প্রাপ্তা নরাধিপাঃ।
ত্যক্ত্বা দেহং জিতঃ স্বর্গঃ পুণ্যা বাগ্বুদ্ধি কর্মভিঃ ॥২৩॥

**ইতি শ্রী মহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং স্বর্গারোহণপর্বনি দ্রৌপদ্যাদিস্বস্বস্থানগমনে চতুর্থোঽধ্যায়ঃ ॥**

-ঃ-

বৈশম্পায়ননা হায় ঃ- মহারাজ! জনমেজয় ! অদুগী তুংদা, দেবতাশিংনা, অদুগা ঋষিশিং-মরুদ্গণ, অদুগা গন্ধর্বশিংনা যুধিষ্ঠিরগী গুণ-কর্মশিংবু শীংথানদুনা, প্রশংসা তৌর তৌরদুনা লাকপদু মহাক্ মশানা তানা তানা ভীমসেন, অর্জুননচিংবনা লৈরিবা মফম্ অদু তান্না লাক্খি ॥১॥ মহাক্না করি কবি উখিবগে হাযবদা ঃ- ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসি ব্রাহ্মবিগ্রহ (সাকার ব্রহ্মমূর্ত্তি) পুদুনা লৈ। অদুঙৈগী হান্না উখিবদুগা শক্ফম চপ্ মান্নবদগী খঙ্ঙখিবনি ॥২॥ অদুগুম্বা শ্রীবিগ্রহ (শ্রীমূর্ত্তি) অদু অমুক্তা উর্খিদ্রিবা, অঙকপা মশেক্না মায়গৈ পৃম্না পৃমহাই হায়দোক্না লৈ। অকিবগী মশক্ ওইবা সুদর্শন চক্র, গদানচিংবা খুৎলায়শিংদুনা দিব্য পুরুষ অমমম্গী মূর্ত্তিপুদুনা

ব্রহ্মস্বরূপ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী নাক্‌য়েংতা থৌগল্ তৌদুনা লৈ ।।৩।। মহাতেজ কল্লবা অর্জুননা শ্রীমূর্ত্তিদুগী মাঙদা চপ্ মখূৎ লোন্নদুনা আরাধনা তৌদুনা লৈ। কুন্তী কুমার যুধিষ্ঠিরনা ভগবান্ শ্রী মধুসূদনগী দিব্যমূর্ত্তিগী দর্শন ফংখি ।।৪।। অনীদুবু অমুক্ লাইয়াম্না ইকোয় কোয়না ঊৌখিনা পূজা তৌদুনা লৈ। অসিগুম্বা মহাপুরুষ অনীসিনা যুধিষ্ঠিরবু হেক্ উবদা মতিক্ চানা সম্মান্ তৌদুনা স্বাগৎ তৌখি। অনীদুনা অদুম্না তৌবদু উবদা দেবশিং অদুসু মরূ লূক্না খুরুম্খি। য়েংঙু, নিংথৌ ! জনমেজয় ! অমনা পাক্ ফংদ্রবা সম্মান্নু স্বর্গদা নবুথৌ যুধিষ্ঠিরনা ফংখি ।।৫।। অসিগী তুংদা, অমরোম্দা অমুক য়েংশিন্খিবদা, কুরুনন্দন যুধিষ্ঠিরনা শস্ত্রধারী-ধনুর্ধারীশিংগী খ্বাইদগী শ্রেষ্ঠ ওইবা মহাবীর কর্ণবু উখি। আদিত্য তরানিথোইগী মশেক্-মঙাল্ পুদুনা লৈ ।।৬।। অমরোম্দা অমুক্ য়েংখিবদা দিব্যরূপ দিব্যতেজ পুদুনা লৈবা ভীমসেনবু উখি। হান্নগী শাওং-শাদাদুদি ঈকায় কায়দনা মূর্ত্তিমান শ্রীবাসুদেব শ্রীনারায়ণগী নাত্তা তূমিন্না লৈ। মহাক্‌পু অমুক্ মরুৎদেবশিংনা (নুংশিৎ নিফুমাপন্না) ঈকোয় কোয়না থৌগল্ তৌরি। ভীমসেন অদো, হৌজিক্ সিদ্ধ মূর্ত্তিপুদুনা লৈরবনি ।।৭-৮।। অদুদগী অমুক্ কুরুনন্দন যুধিষ্ঠিরনা, নকুল সহদেব অনীনা অশ্বিনীকুমার অনীগী আসনথক্তা বিরাজমান ওইদুনা লৈবদু উখি। মখোয় অনীদুগী পূন্নরূপ্ পূম্বা মঙান্না মায়গৈ পূম্বা পূম্থল্ থন্না লৈ ।।৯।। অদুগী তুংদা যুধিষ্ঠিরনা থম্বাল্ পরেংনা ঙক্শম্দা লৈতেংবী, পাঞ্চাল রাজকুমারী দ্রৌপদীনা মঙালতনা দেবসভাদু পূম্ঙাল্ ঙাল্হন্না লৈরি। মহাক্ মশা মথক্তগী মঙাল্না সূর্য্যদেবগী মঙালগুম্না মায়গৈ পূম্বা হাইদোক্তুনা লৈ ।।১০।। অঙক্পা মওংশিংদু উবদা যুধিষ্ঠিরনা হান্নগী থৌগাক্ নাইদনা হায়বগী মওংদা ময়াম্দুনা ৰারী-ৰাতাই শাদুনা হংগে হায়না হেক্ তৌরক্পদা দেবরাজ ইন্দ্রনা, লৈরিবা পূম্নমক্ অদুগী পরিচয় মথং মথং পীরক্কই ঃ- ।।১১।। যুধিষ্ঠির ! য়েংবদা পূক্লিং হুন্নবগী মূর্ত্তিপুদুনা, মাগী নুংশিরবা মনম্না মায়গৈ মরি শীন্থুংনা লৈরিবী অসে সাক্ষাৎ ভগবতী লক্ষ্মী দেবীনি। নখোয়গীদমক্তা অযোনিসম্ভবা দেবীসিনা নখোয়গী লোয়নবী ওইনা শান্নবিরম্বনি ।।১২।। স্বয়ং ভগবান্ শূলপানি শঙ্করনা নখোয়গী পেন্নবগীদমক্তা পুথোক্খিবা মূর্ত্তিনি। তাইবং মপোক্তা দ্রুপদ নিংথৌগী মচানুবী ওইনা পোক্পিরদুনা নখোয় নচীনন্নাও মঙাগী মথক্তনা লোয়নবী ওইনা শান্নবিরম্বনি ।।১৩।। যুধিষ্ঠির ! আদা উরিবা, মৈগী মতৌগুম্না পুন্নং লংনা লৈরিবা গন্ধর্ব মঙা অসে, নখোয়গী তেজবীর্য্যদগী পোক্খিবা দ্রৌপদীগী মচা মঙা অদুনি। গন্ধর্ব মঙা অসিনা নখোয় অমমম্গী নচা ওইনা পোক্পিরম্বনি ।।১৪।। অদুগা আদগী উরিবা, গন্ধর্ব পূম্নমকী নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র কৌবদুনা মমিং ইকায় কায়দনা, নখোয়গী নপাবুং অহল্ (পাণ্ডুগী ময়াম্বা) ওইনা লৈবিরম্বনি ।।১৫।। অদুগা আদগীসিনা নখোয় মঙাগী নয়াম্বা ওইনা মৈ-নুমিৎ মকী মশেক্ পুদুনা লৈরম্বা মহাবীর কর্ণনি। মহাক্সে সূতপুত্রশিংগী খ্বাইদগী অথোইবা অমা ওইবা রাধা কৌবী মাগী মচা ওইনা রাধেয় হায়না জগৎ ফাওনা প্রসিদ্ধ ওইনা লৈরম্বদুনি ।।১৬।। নিংথৌ ! আ অমরোম্দা বৃষ্ণিবংশগী, অন্ধকবংশগী সাত্যকিনচিংবা, অকন্বা মহারথিশিংসে অমুক্ য়েংঙু। ভোজবংশগী অকন্বশিংসে য়েংঙু। মখোয়সে সাধ্য দেবতাশিং বিশ্বেদেবশিংদুনা মরুৎগণশিংগী মরক্তা বিরাজমান ওইদুনা লৈরি ।।১৭-১৮।। অদুগা, অসোম্দা অমুক্ য়েংঙু ! কনাগুম্বা অমগী মখুত্তা পরাজয় ফংবা লৈতবা মহাধনুর্ধারী সুভদ্রাকুমার অভিমন্যু লৈরি। চন্দ্রগী অংশ অমা ওইনা লৌরবা য়েংলবা মঙাল্ পুদুনা লৈরি। মহাক্সিনা চন্দ্রমাগী অংশ অমা পুদুনা সুভদ্রাগী মচা ওইনা লৈবিরম্বনি। কুন্তী-মাদ্রী অনীসু মহাক্কী মনাক্তা ফম্লিদো। মহাক্সে মহাক্কী বিমানথক্তা তোংদুনা ইন্দ্র ঐগী নাক্তা মরক্ মরক্তা হেক্ হেক্ লাক্ই, কোয়থোরক্ই ।।২০। শান্তনুনন্দন, রাজা ভিষ্মদেবগী দর্শন তৌ। মহাক্সে অষ্টবসু-বসুদেবতা নিপাল্ মনুংদা অমনি। মায়গৈ ঙাক্পা লাইনি। য়েংঙু,

দ্রোণাচার্য্যনা বৃহস্পতি (লাই পূম্নমক্কী গুরু) নিংথৌ লাম্নী যোধাশিংদো গন্ধর্ব যক্ষবক্ষ ওইনা লৈরিবা ময়াম্সিনি ।।২২।। কনা কনাগুম্বা নিংথৌনা গুহ্যক লোক তগী লাক্তুনা লান্থমদা মর্ত্ত্যলোকক্কী হক্‌চাং থাদোক্লম্লগা গুহ্যক লোক অসিগী গতি ফংদুনা লৈরি । মখোয়সে লোয়না ভৌতিক্ শরীর থাদোক্লম্লগা স্বর্গলোকতা মাগী মাগী লৈফম্দা লৈনরি ।।২৩।।

**মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা**
**"দ্রৌপদ্যাদিস্বস্বস্থানাগমন" গী মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ।।**

-০-

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ

(ভীষ্মনচিংবা অকম্বশিংনা মাগী মাগী মূলস্বরূপতা হৌরক্ফম্দা তিন্খিবা মহারভারতকী উপসংহার)

## মঙাশুবা অধ্যায়

### ॥" মহাভারত লোইশিন্বা "॥

জনমেজয় উবাচ

ভীষ্মদ্রোণৌ মহাত্মনৌ ধৃতরাষ্ট্রশ্চ পার্থিবঃ।
বিরাটদ্রুপদৌ চোভৌ শঙ্খশ্চৈরোতস্তথা ॥১॥
ধৃষ্টকেতু জয়ৎসেনো রাজা চৈব স সত্যজিৎ।
দুর্য্যোধনসুতাশ্চৈব শকুনিশ্চৈব সৌবলঃ ॥২॥
কর্ণপুত্রাশ্চ বিক্রান্তা রাজা চৈব জয়দ্রথঃ।
ঘতোৎকচাদয়শ্চৈব যেচান্যে নানুকীর্ত্তিতাঃ ॥৩॥
যে চান্যে কীর্ত্তিতা বীরা রাজানো দীপ্তমূর্ত্তয়ঃ।
স্বর্গে কালং কিয়ন্তং তে তস্থুস্তদপি শংসনঃ ॥৪॥
অহোস্বিচ্ছাশ্বতংস্থানং তেষাং তত্র দ্বিজোত্তম।
অন্তে বা কর্মণাং কাংতেগতিং প্রাপ্তা নরর্ষভাঃ ॥৫॥
এতদিচ্ছম্যহং শ্রোতুং প্রোচ্যমানং দ্বিজাত্তম।
তপসা হি প্রদীপ্তেন সর্বং ত্বমনুপশ্যাসি।

সৌতিরুবাচ

ইত্যুক্তঃ সতু বিপ্রর্ষিরনুজ্ঞাতো মহাত্মনা।
ব্যাসেন তস্য নৃপতে রাখ্যাতুমুপচক্রমে ॥৭॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

নশক্যং কর্মণামন্তে সর্বেণ মনুজাধিপ।
প্রকৃতিং কিং নুসম্যক্তে পৃচ্ছেষা সম্প্রযোজিতা ॥৮॥
শণু গুহ্যমিদং রাজন্ দেবানাং ভরতর্ষভ।
যদুবাচ মহাতেজা দিব্যচক্ষুঃ প্রতাপবান্ ॥৯॥
মুনিঃ পুরাণঃ কৌরব্য পারাশর্য্যো মহাব্রতঃ।
অগাধবুদ্ধিঃ সর্বজ্ঞা গতিজ্ঞঃ সর্বকর্মণাম্ ॥১০॥

তেনোক্তং কর্মণামন্তে প্রবিশন্তি স্বিকাং তনুম্।
বসুনেব মহাতেজা ভীষ্ম প্রাপ মহাদ্যুতিঃ ॥১১॥
অষ্টাবেব হি দৃশ্যন্তে বসবো ভরতর্ষভ।
বৃহস্পতিং বিবেশায দ্রোণো হ্যঙ্গিরসাং বরম্ ॥১২॥
কৃতবর্মা তু হার্দিক্যঃ প্রবিবেশ মরুদ্‌গণান্।
সনৎকুমারং প্রদ্যুম্নঃ প্রবিবেশ যথাগতম্ ॥১৩॥
ধৃতরাষ্ট্রো ধযেশস্য লোকাণ্ প্রাপ দুরাসদান্।
ধৃতরাষ্ট্রেণ সহিতা গান্ধারী চ যশস্বিনী ॥১৪॥
পত্নীভ্যাং সহিতঃ পাণ্ডুমর্হেন্দ্র সদনং যযৌ।
বিরাটদ্রুপদৌ চোভৌ ধৃষ্টকেতুশ্চ পার্থিবঃ ॥১৫॥
নিশঠাক্রুরসাম্বশ্চ ভানুঃ কম্পো বিদুরথঃ।
ভূরিশ্রবাঃ শলশ্চৈব ভূরিশ্চ পৃথিবীপতিঃ ॥১৬॥
কংসশ্চৈবোগ্রসেনশ্চ বসুদেবস্তথৈব চ।
উত্তরশ্চ সহ ভ্রাত্রা শঙ্খেন নবপুঙ্গবঃ ॥১৭॥
বিশ্বেষাং দেবতানাং তে বিবিশুর্নবসত্তমাঃ।
বর্চানাম মহাতেজাঃ সোমপুত্রঃ প্রতাপবান্ ॥১৮॥
সোঽভিমন্যুর্নৃসিংহস্য ফাল্গুনস্য সুতোঽভবৎ।
স যুদ্ধা ক্ষত্রধর্মেণ যথা নান্যঃ পুমান্ ক্বচিৎ ॥১৯॥
বিবেশ সোমং ধর্মাত্মা কর্মণোঽন্তে মহারথঃ।
আবিবেশ ববিং কর্ণো নিহতঃ পুরুষর্ষভঃ ॥২০॥
দ্বাপরং শকুনিঃ পাপ ধৃষ্টদ্যুম্নস্তু পাবকম্।
ধৃতবাষ্ট্রাত্মজাঃ সর্বে যাতুধানা বলোৎকটাঃ ॥২১॥
ঋদ্ধিমন্তো মহাত্মনঃ শস্ত্রপূতা দিবংগতাঃ।
ধর্মমেবাবিশৎ ক্ষতা রাজা চৈব যুধিষ্ঠিবঃ ॥২২॥
অনন্তো ভগবান্ দেবঃ প্রবিবেশ বসাতলম্।
পিতামহনিযোগাৎ বৈ যোযোগাৎগামধাবয়ৎ ॥২৩॥
যঃ স নাবাযণো নাম দেব দেবঃ সনাতনঃ।
তস্যাংশো বাসুদেবস্ত কর্মণোন্তে বিবেশহ ॥২৪॥
ষোডশ স্ত্রীসহস্রাণি বাসুদেব পবিগ্রহঃ।
অমজ্জংস্তাঃ সবস্বত্যাং কালেন জনমেজয ॥২৫॥
তত্র ত্যক্ত্বা শবীবাণি দিবমাকুরুহুঃ পুনঃ।
তশ্চৈবাস্পবসো ভূত্বা বাসুদেবমুপাবিশন্ ॥২৬॥

হতাস্তস্মিন্ মহাযুদ্ধে যেবীরাস্ত মহাবথাঃ।
ধটোৎকচাদয়শ্চৈব দেবান্ যক্ষাংশ্চ ভেজিরে ।।২৭।।
দুর্যোধনসহায়াশ্চ রাক্ষসাঃ পবিকীর্তিতাঃ।
প্রাপ্তাস্তে ক্রমশো বাজন্ সর্বলোকাননুত্তমান্ ।।২৮।।
ভবনং চ মহেন্দ্রস্য কুবেবস্য চ ধীমতঃ।
বরুণস্য তথালোকান্ বিবিশু পুরুষর্ষভাঃ ।।২৯।।
এতৎতেসর্বমাখ্যাতং বিস্তরেণ মহাদ্যুতে।
করূণাং চবিতং কৃৎস্নং পাণ্ডবানাং চ ভাবত ।।৩০।।

সৌতিরুবাচ

এতচ্ছ্রুত্বা দ্বিজশ্রেষ্ঠাঃ স রাজা জনমেজয়ঃ।
বিস্মিতোঽভবদত্যর্থং যজ্ঞকমান্তবেষ্বথ ।।৩১।।
ততঃ সমাপয়ায়াসঃ কর্ম তৎ তস্য যাজকাঃ।
আস্তীকশ্চাভবৎ প্রীতঃ পবিমোক্ষ্য ভুজঙ্গমান্ ।।৩২।।
ততোদ্বিজাতীন্ সর্বাংস্তান্ দক্ষিণাভিবতোষয়ৎ।
পূজিতাশ্চাপি তেবাজ্ঞা ততো জগ্মুর্যথাগতম্ ।।৩৩।।
বিসর্জয়িত্বা বিপ্রাংস্তান্ বাজাপি জনমেজয়ঃ।
ততস্তক্ষশিলায়াঃ স পুনরাযাৎ গজাহ্বয়ম্ ।।৩৪।।
এতত্তেসর্বমাখ্যাতং বৈশম্পাযন কীর্তিতম্।
ব্যাসা জ্ঞয়া সমাজ্ঞাতং সর্পসত্রে নৃপস্যহি ।।৩৫।।
পুণ্যোঽযবিতি হাসাখ্যঃ পবিত্রং চেদমুত্তমম্।
কৃষ্ণেন মুনিনা বিপ্রনির্মিতং সত্যবাদিনা ।।৩৬।।
সর্বজ্ঞেন বিধিজ্ঞেন ধর্মজ্ঞানবতা সতা।
অতীন্দ্রিয়েণ শুচিনা তপসা ভাবিতাত্মনা ।।৩৭।।
ঐশ্বর্য্যে বততা চৈব সাংখ্যযোগবতা তথা।
নৈকতন্ত্রবিবুদ্ধেন দৃষ্ট্বা দিব্যেণ চক্ষুষা ।।৩৮।।
কীর্তিং প্রথযতা লোকে পাণ্ডবানাং মহাত্মনাম্।
অন্যেষাং ক্ষত্রিযাণাং ভূবিদ্রবিণ তেজসাম্ ।।৩৯।।
যশ্চেদং শ্রাবয়েৎ বিদ্বান্ সদা পর্বণি পর্বণি।
ধুতপাপ্সা জিতস্বর্গোব্রহ্মভূয়ায কল্পতে ।।৪০।।
কার্ষ্ণং বেদমিমং সর্বং শৃণুযাৎ যঃ সমাহিতঃ।
ব্রহ্মহত্যাদিপাপানাং কোটিস্তস্যবিনশ্যতি ।।৪১।।

যশ্চেদং শ্রাবয়েচ্ছ্রাদ্ধে ব্রাহ্মণান্ পাদমন্ততঃ।
অক্ষয্যমন্নপানং বৈ পিতৃংস্তস্যো পতিষ্ঠতে ॥৪২॥
অহ্না যদেনঃ কুরুতে ইন্দ্রয়ের্মনসাঽপিবা।
মহাভাবতমাখ্যায় পশ্চাৎ সংধ্যাং প্রমুচ্যতে ॥৪৩॥
যৎবাত্রৌ কুরুতে পাপং ব্রাহ্মণঃ স্ত্রগিণেনবৃতঃ।
মহাভাবতমাখ্যায় পূর্বাং সংধ্যাং প্রমুচ্যতে ॥৪৪॥
ভাবতানাং মহজ্জন্ম তস্মাৎ ভাবতমুচ্যতে।
মহত্ত্বাৎভাববত্ত্বাচ্চ মহাভাবতমুচ্যতে
নিরুক্তমস্য যোগবেদ সর্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে ॥৪৫॥
অষ্টাদশপুবাণাপনি ধর্মশাস্ত্রাণি সর্বশঃ
বেদাঃ সাঙ্গাস্তথৈকশ্চ ভারতং চৈকংতঃস্থিতম্ ॥৪৬॥
শ্রুয়তাং সিংহ্ নাদোঽয়মৃষেস্তস্য মহাত্মনঃ।
অষ্টাদশপুবণানাং কর্ত্তুর্বেদমহোদধেঃ ॥৪৭॥
ত্রিভির্বষৈবিদং পূর্ণং কৃষ্ণদ্বৈপায়নঃ প্রভুঃ।
অখিলং ভাবতং চেদং চকাব ভগবান্ মুনিঃ ॥৪৮॥
আকর্ণ ভক্ত্যাসততং জযাখ্যং ভাবতংমহৎ।
শ্রীশ্চকীর্ত্তিস্তথা বিদ্যা ভবন্তি সহিতাঃ সদা ॥৪৯॥
ধর্মেচার্থে চ কামে চ মোক্ষে চ ভরত্তর্ষভ।
যদিহাস্তি তদান্যত্র যন্নেহাস্তি ন কুত্রচিৎ ॥৫০॥
জয়োনামেতিহাসোঽযং শ্রোতব্যো মোক্ষমিচ্ছতা।
ব্রাহ্মণেন চ বাজ্ঞাচ গর্ভিণ্যা চৈব যোষিতা ॥৫১॥
স্বর্গকামো লভেৎ স্বর্গং জযকামো লভেজ্জযম্।
গর্ভিণী লভতে পুত্রং কন্যাংবা বহুভাগিনীম্ ॥৫২॥
অনাগতশ্চ মোক্ষশ্চ কৃষ্ণদ্বৈপাযনঃ প্রভুঃ।
সংদর্ভং ভাবতস্যাস্য কৃতবান্ ধর্মকাম্যয়া ॥৫৩॥
ষষ্টিং শতসহস্রাণি চকাবান্যাং স সংহিতাম্।
ত্রিংশচ্ছত সহস্রাণি দেবলোকে প্রতিষ্ঠিতম্ ॥৫৪॥
পিত্রো পঞ্চদশংজ্ঞেযং যক্ষলোকে চতুর্দশ।
একং শতমহস্রং তু মানুষেষু প্রভাষিতম্ ॥৫৫॥
নাবদোঽশ্রাবযৎ দেবানসিতো দেবলঃ পিতৃন্ ॥
বক্ষোযক্ষাঞ্শুকো মর্ত্যান্ বৈশম্পায়ন এবতু ॥৫৬॥

ইতিহাসমিমং পুণ্যং মহার্থং বেদসম্মিতম্।
ব্যাসোক্তং শ্রূয়তে যেন কৃত্বা ব্রাহ্মণমগ্রতঃ ॥৫৭॥
স নরঃ সর্বকামাংশ্চ কীর্ত্তিং প্রাপ্যেহ শৌনক।
গচ্ছেৎ পরমিকাং সিদ্ধিমত্রমে নাস্তি সংশয়ঃ ॥৫৮॥
ভারতাধ্যয়নাৎ পুণ্যাদপি পাদমধীয়তঃ।
শ্রদ্ধয়া পরযা ভক্ত্যা শ্রাব্যতে চাপি যেন তু ॥৫৯॥
য ইমাং সংহিতাং পুণ্যাং পুত্রমধ্যাপয়চ্ছুকম্।
মাতাপিতৃসহস্রাণি পুত্রদারশতানি চ।
সংসারেষনুভূতানি যান্তি যাস্যন্তি চাপরে ॥৬০॥
হর্ষস্থানসহস্রাণি ভয়স্থানশতানি চ।
দিবসে দিবসে মূঢ়মাবিশন্তি ন পাণ্ডিতম্ ॥৬১॥
উর্ধ্ববাহুবিরৌমেষ্য ন চ কশ্চিচ্ছৃণোতিমে।
ধর্মাদর্থশ্চ কামশ্চ সকিমর্থং ন সেব্যতে ॥৬২॥
ন জাতু কামান্ন ভযান্ন লোভাৎ ধর্মং ত্যজেজ্জীবিতসাপিহেতোঃ।
নিত্যো ধর্মঃ সুখদুঃখে ত্বনিত্যে জীবোনিত্যো হেতুরস্য ত্বনিত্যঃ ॥৬৩॥
ইমাং ভারত সাবিত্রীং প্রাতরুত্থায় যঃ পঠেৎ।
সভারতফলং প্রাপ্য পরং ব্রহ্মাধিচ্ছতি ॥৬৪॥
যথা সমুদ্রো ভগবান্ যথাহি হিমবান্ গিরিঃ।
খ্যাতাবভৌ রত্ননিধী তথা ভারতমুচ্যতে ॥৬৫॥
কার্ষ্ণং বেদমিমং বিদ্বাঞ্শ্রাবয়িত্বাঽর্থমশ্নুতে।
ইদং ভারত মাখ্যানং যঃ পঠেৎ সুসমাহিতঃ।
সগচ্ছেৎ পরমাং সিদ্ধিমিতি মেনাস্তিসংশয়ঃ ॥৬৬॥
দ্বৈপায়নোষ্ঠপুটনিঃ সৃতপ্রমেয়ং পুণ্যংপবিত্রমথ পাপহরং শিবং চ।
যো ভারতং সমধিগচ্ছতি বাচ্যমানংকিং তসৎ পুষ্কর জলৈরভিষেচনেন ॥৬৭॥
যোগোশতং কনকশৃঙ্গময়ং দদাতি বিপ্রায়বেদবিদুষে সুবহুশ্রুতায়।
পুণ্যং চ ভারত কথাংসততংশৃণোতি তুল্যং ফলং ভবতিতস্য চ তস্যৈব ॥৬৮॥

**ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং স্বর্গারোহণ পর্বণি পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ ॥**

-ঃ-

জনমেজয়না হংঙি ঃ- ব্রাহ্মণ ! মহাত্মা ভীষ্ম, দ্রোণ, রাজা ধৃতরাষ্ট্র, বিরাট দ্রুপদ, শংখ, উত্তর ধৃষ্টকেতু, জয়ৎসেন, নিংথৌ সত্যজিৎ, দুর্য্যোধনগী মচাশিং, সুবলগী মচা শকুনি, কর্ণগী কল্লবা মচা, নিংথৌ জয়দ্রথ,

ঘটোৎকচ, অদুগা মখোয়সি নত্তবা অতৈগী মরমদি হায়বিরমদ্রে । মখোয়সি লাল্ফমদা তাইবং হক্চাং থাদোক্লম্লদুনা চৎশ্রবা ঙাক্তনি । মখোয়দুনা করম্ করম্না মপোক্তা পোক্খ্রবা ? মখোয়দু কয়া কুইনা তিন্নলনা লৈরম্মি। তিন্নরম্লগা কদায় কদায়দা চৎখি ? ॥১-৪॥ ব্রাহ্মণ ! অথোইবা ! মখোয়দুসু সনাতন ওইবা মফম (ধাম-লোক)দা চৎনখিব্রা ? ॥৫॥ বিপ্রবর ! পুম্নমক্সি, ব্রাহ্মণ নচীন্দগী তানিঙ্ঙি । নহাক্তি কল্লবা তপস্যাগী শক্তি লোইনা খঙ্বিরিবনি ॥৬॥ সৌতিনা হায় ঃ- জনমেজয়না অসুম্না হংলক্পদা ব্যাসবু খুরুমদুনা, য়াথং লৌরগা বৈশম্পায়ননা হায়রক্ই ঃ-নিংথৌ ! জনমেজয় ! মাগীমাগী কর্ম লোইদুনা চৎনশ্রবা জীবশিংদুনা মূল প্রকৃতিদা তিন্নখিবদি নত্তে। মূল প্রকৃতিদা তিন্নবা ফংদ্রিঙৈগী মরক্তা চূপ্শিন্খিবনা অয়াম্বনি। অদুদি হংলিবা ৱাহং অসিদি লাল্লব্রা হায়না ঐঙোন্দা হংলবদি, মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ-আকাশ, লৈপাক্ হায়রিবা মূলপ্রকৃতিশিংসিদা তিন্নদ্রিঙৈদা করম্ করম্না গতিদা চৎখিবগে হায়না ঐঙোন্দা হংলবদি, নংগী প্রশ্নসি (ৱাহংসি) চুম্লে। অদুগুম্না ৱাহং ওইরবদি তারো ॥৭-৮॥ রাজন্ ! ভরতশ্রেষ্ঠ ! জনমেজয় ! হংলিবসে দেবতাশিংগী মফমদসু য়াম্না রহস্য ওইবা অথুপ্পা ৱাফমনি । বিষয় অসিদা দিব্যদৃষ্টি-দিব্যচক্ষু পুরবা মহাতেজ কল্লবা মুনি ব্যাসনা হায়বিখিদো, ঐ হায়গে তাও ॥৯॥ কর্মগী গতি (ঈচেল)না হৌরক্পা অদুগা লোইশিন্খিবগী তত্ত্ববু মুন্না খঙ্লিবা, চাংজৌ নাইদ্রবা জ্ঞান সমুদ্রদা লুপ্তুনা লৈরিবা, ভূত-বর্ত্তমান-ভবিষ্য উরবা, সর্বজ্ঞ, মহাব্রতধারী, পুরাতন মুনি, পরাশর নন্দন, সত্যবতীপুত্র শ্রীব্যাসনা ঐঙোন্দা অসুম্না তাক্পিখি ঃ- অকম্বশিংনা নমথেক্তুনা মাগী মাগী কর্মবু মখা লৈতনা লোইশিল্লম্লগা মাগী মাগী হৌরক্ফম্ মূলস্বরূপ্ অদুগা তিন্নখি। খুদম্ ওইনা হায়রবদা মহাতেজস্বী ভীষ্মদু মহাক্কী হৌরক্ফম বসুদেবতাশিং নিপালগী মনুংদা চঙ্খি । মায়গৈ ঙাক্পা অষ্টদিক্ নিপালগী মনুংদা বাসুদেবতা অমা ওইনা লাক্লম্বনি ॥১০-১১॥ মায়গৈ নিপাল্তনি । মখোয় নিপালসিবু ঙাক্লিবা বসুদেবতাশিংসিসু নিপাল্তনি । ভীষ্মনা অমুক্ চঙ্খবদা গুরু নিপাল তারবনি । অদুনা ভীষ্মনা হেক্ লাক্লিবমখৈ মখোয় তরেৎতা ঙায়রম্বনি । ভীষ্মনা হেক্ চঙ্খিবদা নিপাল্ চপ্ চানা লৈখি । আচার্য্য দ্রোণনা বৃহস্পতি স্বরূপতা তিন্খি ॥১২॥ হৃদিকগী মচা কৃতবর্মনা মরুৎগণ (নুংশিৎকী দেবতা)শিংদা তিন্খি । মূলপ্রকৃতি হায়রিবসে মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, আকাশ, লৈপাক মখোয় মঙাসিনি । মঙাসিগী অধিদেবতা মঙানি । প্রদ্যুম্ননা সনৎকুমারগী স্বরূপতা তিন্খি ॥১৩॥ ধৃতরাষ্ট্রনা ধনাধ্যক্ষ কুবেরগী তাঙলবা লোকতা চৎখি। মহাক্কা লোয়ননা গান্ধারীসু অদুম্ য়াওখি ॥১৪॥ পাণ্ডুনা মাগী লোয়নবী কুন্তী-মাদ্রি অনীগা লোয়ননা মহেন্দ্রলোক (ইন্দ্রগী ভবন) তা চৎখি। বিরাট, দ্রুপদ, ধৃষ্টকেতু, নিশঠ, অক্রুর, সাম্ব, ভানু, কম্প, বিদূরথ, ভূরিশ্রবা, শাল, পৃথিবীপতি ভূরি, কংস, উগ্রসেন, বসুদেব, মনাও শংখগা লোয়ননা উত্তর মখোয়সি বিশ্বদেবশিংগী মরক্তা চঙ্খিদুনা বিশ্বদেবশিংগী স্বরূপতা তিন্খি ॥১৫-১৭॥ চন্দ্রমাগী মচা, মহাপ্রতাপী বর্চা হায়বদুনা অর্জুনগী মচা ওইনা অভিমন্যু কৌদুনা লৈরম্বনি। হৌজিক্ মহাক চন্দ্রমাদা তিন্খ্রে। মহাক্না চন্দ্রবংশগী ক্ষত্রিয়গী ধর্মগী মতুংইন্না মহারথি তরেৎ পদাতি থেংনবদো সংসারসিদা অতৈ অকম্বা অমতনা ঙম্মরোইদবনি। অদুগুম্না মহাবীর অদু তাইবং হক্চাং থাদোক্লম্লগা চন্দ্রলোকতা চন্দ্রমাদা তিন্খি ॥ ১৮-১৯ ॥ মহাবীর কর্ণনা অর্জুনগী মখুৎতা তাইবং হক্চাং থাদোক্লম্লগা সূর্য্যদেবদা (সূর্য্যলোক) তিন্খ্রে ॥২০॥ ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংদু লাল্ফমদা হক্চাং থাদোক্লম্বা অদুগী মহৈনা স্বর্গগী ভোগ ফংদুনা লৈরম্লগা ভোগ অদু চাবা হেক্ লোইদুনা হান্নগী মখোয়গী হৌরক্ফম্ কল্লবা যাতুধান (রাক্ষস) গী মপোক্তা যক্ষ-রক্ষ কিন্নর হায়রিবসিগী মনুংদা রক্ষ (রাক্ষস-হিংচাবা) হায়বদুগী লোকতা চৎখি ॥২১॥ বিদুরগা যুধিষ্ঠিরগা অনীনা ধর্মমক্কী স্বরূপতা

ধর্মদা অদুম্ তিন্খি। বলরাম অনন্ত শেষনাগ গী শায়োন পুদুনা লৈরম্বনা নাগরাজগী লৈফম রসাতলদা মাগী মাগী হান্নগী লৈফমদা চৎখি। মহাক্ অসি থাঙ্গেশেংবা অনন্তদেব মক্তি। মহাক্তা ব্রহ্মাগী য়াথংদগী পৃথিবীবু ধামন তৌদুনা লৈবি।।২২-২৩।। শ্রী নারায়ণ (শ্রীবিষ্ণু) হায়না জগৎপ্রসিদ্ধ ওইদুনা, লোক অহুম্না উপাসনা তৌনরিবা সনাতন শ্রীবসুদেবনা শ্রীকৃষ্ণ হায়না বসুদেবগী মচা ওইদুনা শান্নবিরম্নগা কর্ম পূম্বা লোইরবতুংদা বৈকুন্ঠধামদা লৈখি।।২৪।। জনমেজয়! শ্রীকৃষ্ণগী লোয়নবী ওইনা লৈবম্বী লিশিং তরা তরূক্ অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু নীশিং নীশিংনা সরস্বতী দেহ তীর্থদা চোংথদুনা তাইবং হক্চাং থাদোক্খি।।২৫।। অসুম্না ভৌতিক দেহ্ থাদোক্লম্নগা স্বর্গলোকতা অপ্সরা ওাক্তা ওইদুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা পূক্লিং চঙ্না লৈখি।।২৬।। মতৌ অসুম্না মহাভারতকী লাঙ্গাওদা মথ্বায় থাখিবা ঘটোৎকচশিং অদু যক্ষ রক্ষগী লোকতা চৎনখি।।২৭।। দুর্য্যোধানগী পক্ষদা লেপ্লুনা লাম্থেংনরম্বশিং অদু বাক্ষস ওাক্তনি। মখোয়সু মথ্বায় থারম্দুনা স্বর্গদা নীংথিবা খুভম ফংফংদুনা লৈনখি।।২৮।। শ্রেষ্ঠ পুরুষ ওইবশিংদুনা খরনা কুবেবলোক্তা, খরনা বরুণ লোকতা চৎনখি।।২৯।। মহাতেজস্বী! ভরতনন্দন! জনমেজয়! কৌরব-পাণ্ডবশিংগী পাক্চাউববা জীবনচরিত অসি নঙোন্দা মপূং ফানা লীববনি।।৩০।। সৌতিনা শৌনকনচিংবদা হায়ঃ- ব্রাহ্মণ! যজ্ঞগী তৌরিঙৈগী ওহাক্ হাঙবদা জনমেজয় নিংথৌনা বৈশম্পায়নবু লীহন্দুনা সম্পূর্ণ মহাভাবতকী কথা অসি তাখি। তাবদা জনমেজয়গী পূক্লিংদা অঙক্পা, নুংঙাইবা, অপেম্বা পূম্বা পোক্খি।।৩১।। অদুগী তুংদা যাজক, ব্রাহ্মণশিংনা যজ্ঞ অদুদা পূর্ণাহুতি তৌখি, লোইশিন্খি। যজ্ঞ লেপ্লুনা লিলশিংগী মথ্বায় কন্‌বিখি। আস্তিক মুনিদুসু ওম্বোক্লা পেন্খি।।৩২।। জনমেজয়না সর্পযজ্ঞ অদুদা লাক্লিবা-য়াওররিবা ব্রাহ্মণশিংদুদা মতীক্ চানা দান-দক্ষিনা তৌখি। ব্রাহ্মণশিংদু দান-দক্ষিনা য়াম্না ফংদুনা ময়ুম্ ময়ুম্দা চৎনখি।।৩৩।। যজ্ঞ তৌখিবা মফম্ অসি তক্ষশিলাদনি। যজ্ঞ লোইরগা তক্ষশিলাদগী হস্তিনাপুবদা হন্খি।।৩৪।। মতৌঅসুম্না, জনমেজয়গী সর্পযজ্ঞদা, ব্যাসগী যাথং লৌদুনা, বৈশম্পাযননা জনমেজয়দা লীখিবা চাউববা ইতিহাসগী কথা অসি ঐ (সৌতি) গী ঈপা সুতদগী তাদুনা-তম্দুনা শৌনকনচিংবা ব্রাহ্মণ নখোয়দা তাহল্লবনি।।৩৫।। ব্রাহ্মণ! পবাশবনন্দন, ব্যাসনা হাযরম্ লিবম্লিবা মহাভাবত কৌবা মহা ইতিহাস অসে মহাশেংলবা, পুণ্যচেল্লবা (তাবদা পুণ্য চেল্লগদবা) অঙক্পা গ্রন্থ (লেংলম্বা) অমনি।।৩৬।। ভূত-বর্ত্তমান-ভবিষ্য লোইনা খঙবা, কর্মফাওবগী বিধিবিধান পূম্বা লোইনা হৈবা-খঙবা, ধর্মযজ্ঞ সাধু, ইন্দ্রিয় খুদুম্ চম্বা, মনুং-মপান্ লোইনা শেংবা, তপস্যাতনা অন্তঃকবণ (থম্মোয) শেংলবা, ঐশ্বর্য্য (ঈশ্বরগী শক্তি) পূম্বা তিল্লবা, সাংখ্যযোগগী মহাবিদ্বান, শাস্ত্রপূম্বা মনুং-মপান্ মীংনা উরবা, মহর্ষি ব্যাসনা দিব্য দৃষ্টিনা লোইনা উদুনা, মহাত্মা ওইরবা পাণ্ডবশিংগী অদুগা চাউর-চাউরবা নিংথৌশিংগী জীবনচবিত (ইতিহাস) গী রচনা তৌখিবনি।।৩৭-৩৯।। অদুগুম্বা বিদ্বান অদুনা অতোপ্পশিংদা শ্রবণ তৌহল্লবদি, মহাক্ অদু, অদুগা তারিবশিং অদুসু পাপ পূম্বা কোক্ই। ব্রহ্মভাব পু ব্রহ্মবু ফংননবগী অধিকার লৈববা মীশক্ ওই।।৪০।। থম্মোয় হক্চাং অমত ওইনা ভক্তি শদ্ধাগা লোয়ননা কার্ষ্ণবেদ (কৃষ্ণদ্বৈপায়ননা লেংবা দেব) অসিবু শ্রবণ তৌববদি ব্রহ্মহত্যা মহাপাপ কৌটি কোটিদগী কোকই।।৪১।। শ্রাদ্ধকর্মদা মহাভাবতকী অঙন্বা শকক্ খবদং পাঠ তৌববদি শ্রাদ্ধ অদুদা কৎলিবা অন্ন-জল অদু প্রেত লোকতা লৈপ্রবশিংদুনা হবাউ হরাউনা চায়। মখোয়দা মহাতর্পন অমা ওই। (ওম্বোক্লা পেল্লি)।।৪২।। পূক্লিংনা, হক্চাংনা কর্মনা ব্রাহৈনা তৌকবা পাপকর্মদু সায়ং কালদা অঙন্বা শরূক্ খরদং পাঠ তৌরবদি লোইনা কোক্ই।।৪৩।। অহিংদা নুপী-নহাশিংনা ঈকোয় কোযশিন্দুনা, মখোয়গা পাপ কর্ম তৌমিন্নরবদি, প্রাতঃ কালদা মহাভারত

মতেক্ অমতং অর্থ তম্ব খঙ্না পাঠ তৌরবদি পাপশিংদু লোইনা কোক্ই ॥৪৪॥ গ্রন্থ (লেংশিন্ পৈশিল্লিবা) সিগী মনুংদা, ভারতবংশশিংগী পাক্ চাউরবা জন্ম-কর্মগী বর্ণন তৌববা অদুনা মহাভারত কৌবনি। মহা ওইনা লুল্লবা-মহাভারী ওইবদগীসু মহাভারত কৌবনি। "মহাভারত" ব্রাহৈ (সিং) সিমক্কী ব্যুৎপতি (নিরুক্তি) বু মুন্না খঙ্বতদা পাপ পুম্বদগী কোক্পদগী হায়বদু অদুম্ মওইবে ॥৪৫॥ পুরান তরানিপাল্ বু রচনা তৌগ্রবা, বেদবিদ্যা মহা সাগরগী মশক্ ওইবা মহাত্মা ব্যাস মুনিগী সিংহনাদ অসি তাও ঃ- " পুরান তরানিপাল্, হেক্ লৈবিবা ধর্ম শাস্ত্রপুম্বা ন্যায়ব্যাকরণনচিংবা তরুক্কা তিম্বা বেদ মবি, পুল্লপ্ অসিনা নাকল্ অমদা, অদুগা মহাভারত কৌবা গ্রন্থ মথক্ত অসিবুনা নাকল্ অমদা থম্দুনা খল অম্লবদি লুম্বা চপ্ মান্নে ॥৪৬-৪৭॥ মুনিবর ভগবান্ কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসনা মহাভারত কৌবা গ্রন্থসিগী নির্মাণ (রচনা) তৌবদা চহী অহুম্ চঙ্খি। চহী অহুম চঙ্না লেংবা মহাগ্রন্থনি ॥৪৮॥ মহাভারত ওইবা (মহাভারী ওইবা) "জয়" কৌবা গ্রন্থ অসিবু নৈনবিবা, পাঠ তৌবিবা, ভক্তিশ্রদ্ধাগা লোয়ননা তাবিবা মী মহাক্ অদুগী নাক্তা শ্রী (সম্পতি) কীর্তি (মিংচৎ) বিদ্যা অহুম্ অসি তৎতনা নপ্পদুনা লৈ ॥৪৯॥ ভরতশ্রেষ্ঠ ! জনমেজয় ! ধর্ম কর্ম, কাম মোক্ষগী মরমদা অমুক্ শন্দোক্না তাক্পা গ্রন্থ অমত সংসারদা লৈবরোই। মহাভারতদা য়াওদ্রবদা অতৈ গ্রন্থ অমদা খক্ য়াওবরোই ॥৫০॥ মোক্ষ (মুক্তি) পাম্বা ব্রাহ্মণ, রাজ্য সম্পত্তি পাম্বা ক্ষত্রিয়, অফবা মচা পোক্নিংবী গর্ভিনী (মিরোম্বী) ওইবী নুপীনা জয় কৌবা মহাভারত গ্রন্থ-ইতিহাস অসিবু শ্রবণ তৌগদবনি ॥৫১॥ মহাভারতপু নৈনবিবা, পাঠ তৌবিবা, মী মহাক্ অদুনা স্বর্গপ্রাপ্ত পাম্লবসু স্বর্গ, লান্দা জয় ওইবা পাম্লবসু জয়, ফংগি। গর্ভপুবীনা তাববদি অফবা মচা ফংগি। মরাযবক্ ফবী কন্যা (মচানুপী) ফংগি ॥৫২॥ নিত্যসিদ্ধ, মোক্ষমক্কী মূর্তি ওইববা ভগবান্ শ্রীদ্বৈপাযন ব্যাসনা সংসারপুম্বগী কান্ননবা জীব পুম্বনা ধর্মদা মায ওনশিন্নবা মহাভারতসন্দর্ভ অসিগী সৃষ্টি (নির্মাণ) তৌখিবনি ॥৫৩॥ অহান্বদা মহাক্না শ্লোকাবলী লখা হুম্ফুনা মহাভারত ইখি। মসিগী মনুংদা লখা কুন্থ্রানা দেবলোকতা. লখা তরামঙানা পিতৃলোকতা, লখা তরামরিনা যক্ষ-গন্ধর্ব লোকতা, লিশিং চামনা মর্ত্যলোক (মনুষ লোক) দা ইদুনা প্রচার তৌখি ॥৫৪-৫৫॥ দেবতাশিংদা নারদনা, পিতৃলোকতা অমিতদেবলনা যক্ষরক্ষশিংদা শুকদেবনা, মনুষ্যলোকতা বৈশম্পাযননা তাহন্খি ॥৫৬॥ শৌনকজী ! অদুগুম্বা মী মহাক্ অদুনা ব্রাহ্মণশিংনা মাঙ্ থাদুনা গম্ভীর ওইবা অর্থনা তিল্লবা, বেদজ্ঞান পুম্বনা থল্লবা, ব্যাসনা লেংবা মহা ইতিহাস তাববদি, মহাক্ অদু, নীঙবা পুম্বা থুংদুনা, মিংচৎ ফংদুনা অথোইবা সিদ্ধি (পোক্পগী মহৈ য়াম্বা) বু ফংগি। মসিদা কবিমত চিংনিঙায লৈত্রবনি ॥৫৭ ৫৮॥ ভক্তিশ্রদ্ধাগা লোযননা, মহাভারতকী কবিগুম্বা অঙম্বা শরুক অমতংদবু ওইববসু পাঠ তৌবদি, পাঠ তৌদুনা মীঙোন্দা তাহল্লিবা মী অদু সম্পুর্ণ মহাভারতকী অধ্যায তৌবগী ফল ফংগি। সিদ্ধি ফংগি ॥৫৯॥ ভগবান্ বেদব্যাসনা পবিত্র ওইববা শেংলবা সংহিতা অসিবু মচা শুকদেবদা তম্বিখি।মহাভবতকী মচি ওইবা উপদেশ (পাউতাক্) হাযববু অসিতনি - মদুদি ঃ- তাইবং মীনা, জগৎ অসিদা মপা লিশিং লিশিংবু মচা-মশূ, মরূপ মপাং লিশিং লিশিংবু তিন্নবক্লে কাযনবক্লে। মতুংদসু অসুম্না তিন্নবক্খিনি - কাযনবক্খিনি ॥৬০॥ অজ্ঞানী ওইবা, খঙ্দবা পঙলবশিংনা নুমিৎ খুদিংগী নুংঙাইবা-অকিবা-অরাববু থেংনবি। হার্যবিবা পুম্নমক্ অসি, জ্ঞানী-বিদ্বান্শিংদদি অমত লৈতে ॥৬১॥ "ঐ, পাম্বোম্ অনীসি থাংগৎতুনা জগৎতা লাউথোক্লি ঃ অদুবু কনা অমতনা মনাকোংদা হাপ্তে। ধর্মতনা মোক্ষবু, অর্থবু কামবু ফংগি। সিদ্ধ তৌবনি। অদুবু মাদু খঙ্না খঙ্না তানা তানা ধর্মদুবু সেবন তৌদে। তৌনিংদে ॥৬২॥ অপাম্বদগী কিবদগী- কামদগী লোভদগী অদুগা থরাযবু কন্নিংবদগীসু

ধর্মবু থক্ থাদোক্লোইদবনি। ধর্মতনি নিত্য ওইবা, অহাবা নুংঙাইবা, কায়নবা-তিন্নবা অসি পুন্নমক্ অনিত্যনি। জীবাত্মাসিতনি নিত্য ওইবা, জীবসিবু কাজিন্নিবশিংসে (বন্ধনশিংসে) "ভারতসাবিত্রী" হায়না জগৎতা প্রসিদ্ধ ওইবি। নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা (প্রাতঃকালদা) হৌগত্তুনা শরুক খজিত্তং ত ওইববসু পূর্ক্লিং শেংনা ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা পাঠ তৌরিবা নৈনরিবা মীদু সম্পূর্ণ মহাভারতপু পাঠ তৌবগী ফল (মহৈ) ফংদুনা পরব্রহ্ম পরমাত্মাবু ফংঙি। জীব মশামক্ বন্ধা ওইখি ॥৬৪॥ ঐশ্বর্য্য পুন্নমক্লা তিন্নবা সমুদ্র অদুগা চীংজাও অনীনা মনিমুক্তা রত্ন পুন্নমক্কী - খোনি (থোক্ফম্) ওইবদুগুম্না মহাভারতকী মশক্ ওইবা ঈপাক্ অমদি চীংজাও অসি মনিমুক্তাগী মশক্ ওইবা উপদেশশিংগী ভাণ্ডার নি, পুঁকৈনি ॥৬৫॥অদুগুম্না বিদ্বান পণ্ডিত ওইবনা কৃষ্ণদ্বৈপায়ননা প্রসিদ্ধ ওইহল্লম্বা (সিদ্ধ তৌবল্লবা) মহাভাবত কৌবা পঞ্চমবেদ (মঙা শুবা বেদ) বু পাঠ তৌবিবা, পাঠ তৌদুনা মীঙোন্দা তাহল্লিবা মী মহাক্ অদুগী মফম্দা পুষ্কব তীর্থদা লুপ্পবগী কবি প্রয়োন (দবকার) লৈবি ? ॥৬৭॥ মচীদা সনা য়োম্দুনা শম্বী লিশিং লিশিংবু বেদবেত্তা ব্রাহ্মণ লিশিং লিশিংদা দান তৌবগী ফলগা মহাভারতপু তম্ব খঙনা পাঠ-পাঠন তৌবগী ফলগা চপ্ মান্নে। অকোম্বগী অসিনদুম্ হেন্তক্ তৌই। মরম্দি, শম্বী, সনা লুপাশিংদুদী অনিত্যনি। মহাভারতকী উপদেশসিদি নিত্যনি। নিত্যবু পাম্মোইদৌবনি। নিত্য ওইবতবু পাম্গদবনি। মরম্দি পান্নিবা জীবাত্মা (আত্মা) অসি নিত্যনি। নিত্য - তনা নিত্যবু পাম্গদবনি ॥৬৮॥

**মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা স্বর্গরোহন পর্বগী মঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥**

-০

## সম্পূর্ণ মহাভারত সমাপ্ত ওইরে

